# মণিপুরী বারেং

সম্পাদক

ডা. আই. আর বাবু সিংহ

দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর
বি. টি. রোড, ইম্ফাল।

ফঙফমথোকপা ফঙগদবা
দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর
বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড
ইম্ফাল—৭৯৫০০১



অহানবা থুংনম—আগষ্ট, ১৯৯৭

কোপী মশীং : ৩০০০

মমল লুপা ৫০.০০

Printed at: K. K. Art Printers, Sega Road, Imphal.

MANIPURI WARENG reprint 1997. An Anthology of Manipuri Prose edited by Dr. I. R. Babu Singh.

---

*To be had of:*
**K. K. BOOK STORE**
Pologround Road, Imphal - 795001

# হীরম লামায়

| ছাৱম | অইবা | লামায় |
|---|---|---|

খ্‌বাইরাকপম চাউবা সিংহ

# ঈশ্বর ভক্তি

তাইবং মীওইবনা অতৈগী রায়েন চঙদনা মথোয়বু তেংবানবগী অচৎ-চত্তা জীব পুন্নমকী মকোক্কি হায়জরিবা অসিগী মরম করি লৈবগে ? ঐখোয় মীওইবনা তেংবানবা মপুনা মহাক্কী লীলাগী মরম ওইনবা শেম্বিরম্লবা মীওইবা নত্তনা জীব অতৈগী মরমদা থোইনা খঙঙুবা লৈত্রবস্থ ঐখোয়না জীব অতৈবু তোল্লবা জীবনি হায়রুবগী মরম করি লৈবগে ! অওইবমক মসিগী মরম থরা লৈ। জীব পুন্নমক অসি লাম্লগা চান্নবা পোৎ থি, থৌরাংলগা থক্লবা পোৎ ফংনবা লাক্লে। তেংবানবা মপু ঈশ্বরনা জীবদা মচা হেক পীনবগা লোয়নননা মচা অত্তুদা হুংশিবগী অম্বুতনা থিক-পিরমই। অসিনচিংবা হিরম পুন্নমক অসি থন্দুনা য়েংঙুরবদি লজিক শাস্ত্রদা হায়বগুম্না তাগদবা মরম অমা লৈ। মীওইবা হায়বসিস্তু জীব অমনি অত্তুনা মীওইবগীস্তু গুণ পুন্নমক অসি লৈবা ঙাক্তনি। অত্তু-ওইরবদি মীওইবগা জীব অতৈগা থেন্নবসি কদাইনো ? মহৌশাগী থেন্নবগুম্না অওইবমক থেন্নবা মরম থরা লৈ। থৌজ্জান হৈরবা ঈশ্বরনা তাইবংমীবু তেংবানবগী অকনবা লানফম অসি থেংনবা য়ানবা অশোনবা মহাক্কী মশা কন্নবদা মতিক চাবা লৌশিং, রাথল, পোত্থিনচিংবা পীবিরকই। অসি পুন্নমক্তগীস্তু মহাকপু শেম্বীরকপা মপুবু কাউদবা হায়বা অসি মীওইবগী অথোইবা লন অমনি। ঐখোয়গী অতৈ হায়নিং-ঙাই লৈতে, ঐখোয়না জীব অতৈ খঙবা লৈত্তে মরম থরা অসিতনা ঐখোয়না জীব অতৈগী মরক্তা মীওইবা হায়বা মিংফম অসি ফংহনা তেংবানবদা থ্বাইগী মকোক থঙবা-ঙম্মিবনি।

মরম অমা ওইনা ধ্রুবগী মতৌগুম্না চহী মঙাদা ঙাইরিবৈদগী তক্লবা মারক্তা অহিং মুংখিল থায়দনা লমগী মুংশি হৈত্রবা শা-উচেক পুন্নমক্তী অকিবা থাদোকুনা মহাক্না নীংজরিবা হরিবু কৌহুনা কপ্নি। কনানা ভক্তিমক্তনা মরম ওইহুনা প্রহ্লাদগী মতৌগুম মৈ, ঈশিং, চীং সমুদ্র পুন্নমক অকিবা লৈতনা মহাকী নীংজকম ওইবা শ্রীহরিবু কৌহুনা মহাকী পোকপা মহৈ য়ান্নখি। তৌইগুম্বমুং ঐখোয়না মুঙাইজবদি তেংবানবদা পোক্লবদা মীওইবনা ঈশ্বর ভক্তি য়ামত্রবমু মনম থরদং ফংহুনা মখোয়না পৃথিবীদা লৈনা লৈনা অমরাবতীগী মুংঙাইরবা মুর্ত্তি অহু উবা ফংহুনা পেন্নরি। তৌইগুম্বমুং অহুমদি ওইরগা অসিগুম্বা ভক্তি অসি মী পুন্নমক্তী থম্মোয়দা মতম অমতদা চপ মান্নমা পোকই হায়বদি নত্তে। মৈনা শীং, ই, নাপিনচিংবনা মরম ওইহুনা হৌরগা মমৈদা মীগী মিংনা উবগুম, ঈশ্বর ভক্তি হায়বা অর্সিমু অকিবা, অঙকপা, অরাবনচিংবা মরম অয়াম্বদগী পোক্লগা মমৈদা মীওইবগী থরায় হকচাং অপুম্ববু খুহুম চনবা হৌই। তৌইগুম্বমুং খেন্নবদি ঈশ্বর ভক্তি হায়বসিদি মতম পুন্নমক্তা মেন্না থাগী মেংলবা থাবনগী মতৌগুম্না মীবু চাকপা অমম্মুং থককৎহনবা লৈত্তে। মসি থাজেশেংবমক অমৃতগী মশক্নি।

তেংবানবা অসিদা পাম্বৈ লৈত্রবা মীওইবগী চংনফমবু কদায়দনো, অরাম থৌরাংবনা লমজাও খোম্না চাকপা মৈগুম্না মীওইবগী থরায় হকচাং অপুম্বমু চাক্লবা মাং-তুং হম্না য়েংবদা হিংনবগী অতোপ্পা পাম্বৈ উরক্লবা মতমদা কনানা মন্দাকিনীগী লুনা ঈংলবা লাইজ অমৃত থিক-পিহুনা চাক্লবা থম্মোয়বু ঈংহনবিরিবা। কনানা মীওইবগী অরাবগী মরক্না কৃপ্রবা মকশিন্নবা মায়থোং উহুনা মুংশিবগী খুদম ওইনা অরাবগী শ্বর হোনবিবা নত্রগা মুংশিবগী য়াহৈ অনী মরিদং ঙাঙনিংবা কনা য়াওবগে। ঐখোয়গী করি অমুক হায়নিংঙাই লৈত্তে, অতোপ্পা খুন্নিংঙাই থঙদে মীওইবগী থম্মোয়না মশানা মশাবু মুংশিবগী খোজেম্না কৌজত্রবা অরাবদা চান্নবগী পাম্মোম ত্তিংথোকুনা কোনবিত্রবদা তেংবানবগী অরাবা

মৈচাক্লা চাক্লবদা ওসাংখোগী চন্দন থিকপা লৈরাংগুম্না খঙ্গোয়বু লোনা খোঙংপিত্রবদা খন্নায়না করি য়েংহুনা করি নুংঙাইহনা করি অপাম্বা অমা খল্লুনা মোংকমগী মৈথু মরক অসিদা হিংহনা লৈনিংশদবা। নিংখো-য়েনগী সনা কোন্নুং চাক্লিবগী লাইরখাঙপোকপন্ড লাইনিংবগী তপোবন অসি পুম্নমক নত্তনা নঙনা অপাম্বা মতুং ইন্না তেংবানবগী মকম খল্লুনা পুম্নমক য়েংউ, পাম্বৈ লৈত্রবা তাইবংমীগী চংনকমবু মীওইবগী খঙ্গোয়ভনি। য়াথম্না কনাগীদমক অরাম খোরাংবা পুম্নমক কাউহনা নোংমদোন পঙ্গোন লোম্নাপাইখৎলিবা সমুদ্র ঈখা ফংনা লুপ্লিবা, কনাগীদমক অমম্বা লোক্তা কুমহুনা ফঙঙমত্রবা য়াইবু তাল্লিবা কনাগী মরমগীদমক অরাংবা লোইবী চীংশাং কাহনা হন্দুনা হন্দুনা শিদহিদাক থিরিবা অরেম্বনি পুম্নমক অরেম্বা ঙাক্তনি, মীওইবগী পুম্নমক অসিগী মরুবু মহাক্কী খঙ্গোয়ভনি। হে! বীনা। নঙনা কনাগীদমক অরাম্বা স্বর পান্দুনা নিংথিবা কোলোই শক্লিবা। হে আশা! নঙনা কনাগীদমক নুংঙাইবগী ঈচেম্মা অনৌ অনৌবা ঈথক হোইহন্দুনা অঙাওবগী পাম্নমগুম মীওইবগী পুক্নিংবু চোংহল্লিবা অমম্মুং নোংথাংকুপ্পগুম্না পুক্নিংবু মিকুপ খুদিংগী মমায় লৈহল্লিবা! অরেম্বনি পুম্নমক অরেম্বা ঙাক্তনি। খঙ্গোয়বু য়াওত্রবদা মীওইবনা কনানো কনাগী কনা অমুক হায়রকম লৈবগে। কুমগী কুমদম মতা য়োবনা য়েংউ, শরৎ ঋতুগী অনৌবা ফিজেৎ লৈতেংহনা মাঙদা থুংলরে। ওলাংবনা চাক্লমল্লবা জীব অপুম্বা ঋতুগী অনৌবা খোজান হেকফংবদা ইংনরে। হে পুক্নিং অরেম্বনি, পুম্নমক অরেম্বনি হায়হনা করিগী অম্না তেংথানরিবা। শরৎ ঋতুগী নীংথিবা রস পুম্নমক ফিংলুদা প্রেমগী ধারা শিম্বহনা চুপচহো। নঙগী চঙনফমবু মীওইবগী খঙ্গোয়ভনি। হে বসন্ত! লাও নহাকপু ঋতু অপুম্বগী নিংখোনি হায়রবসি কনানা হাপ্পনো। নামিবা মলয়া মুংশিংনু লিরি লিরি শিৎসনু হৈয়াং লৈয়াং অপুম্বনু মালংবগী ফোয়োই ইম্না খোঙথাং গুনা জগোই শাসনু। খোইমু লাবা অমোম্না অনৌবা হৈনম লৈনম ফংহনা নঙগী য়াকাইরোন

শকশন্নু। থম্মোয় পাল্লবা ঐখোয় মীওইবনা নিংথৌগী হোনবা ব্যবহার ঙাকনি। অওইবমক মীওইবগী থম্মোয় অসি তেংবানবদা ফংঙমত্রবা য়াইনি। ব্রহ্মাগী কমণ্ডলুদগী থোজান, হুংশিবা স্বর্গ গঙ্গা মন্দাকিনীনা চেন্থরকপগুম মসিদগী মীওইবগী থোজান, হুংশিবা অসিনচিংবা অফবা পুকচেল পুম্নমক চেম্থোরক্লুনা মীওইববু মীওইবদা মতিক চাহল্লি। তোইগুম্বমুং ঐখোয়গী লাইবক ফবদি—থম্মোয় য়াওদবা মীদি তেংবানবদা উত্রি, লৈরবস্মু মহাক্কী মপোক অহু অরেম্বনি। মথক্তা হায়রে ঈশ্বর ভক্তি হায়বসি মীওইবগী অথোইবা পুকচেন্নি। অরাবগী লৈচিন্না মায়কৈ ভরামক কুপথ্রবা মাং তুং য়েংবদা কনা পান্থে অমা থিবা ফংত্রবা মতমদস্মু নত্রগা হুঙাইবগী ঈপাক্তা অনৌবা ঈথক্তা হোরক্লবা মতমদস্মু মতম পুম্নমক্তা মীওইবনা ঈশ্বর ভক্তিগী ঈংলবা অমৃত থকচবা কংহুনা তেংবানবগী অরাম থোরাংবা কাউনরি। অওইবমক মীওইবগী থম্মোয়বু থাগৎপসি য়ামবু য়ামত্রি, মরমদি লাইবক ফবা মরম্না ঈশ্বর ভক্তিনা ঐখোয় মীওইবগী থম্মোয় পেন্নফম ওইরি।

মরম পুম্নমক অসিনা ঐখোয়না থঙই, ঈশ্বর ভক্তি হায়বসি ঐখোয় মীওইবগী মহৌশাগী ওইবা তৌগদবা অমনি। অহুমক নত্রগা ঐখোয়গী মহৌশাগী ওইবা রাখল অমস্মুং লৌশিংনা ঐখোয়দা তাকই—ইবুংঙো মহাক্কী থৌজান্না ঐখোয়না তাইবংপানবা অসিদা পোক্লুনা অমস্মুং হিংহুনা ঐখোয়বু মীওইনা পানবদা মতিক চাবা পুম্নমক পীবিরিবা তেংবানবগী মপু ওইবা ঈশ্বর অহুগী খুয়াদা ঐখোয় তোল্লবা মীওইবনা অতৈমক ঙমত্রবস্মু ভক্তিগী লৈরাং মথৈদা কচ্চবদি ঐখোয়গী তৌগদবনি। মরমদি, জীবগী মরক্তা ঐখোয় মীওইবনা তোংঙানবা পুক্লীংফম থরা ফংবসি ঐখোয়গী তোংঙানবা পুকচেল থরগীদমক্নি। মরমদি তৌবিরিবা হায়বদি ঐগী কান্নবা তৌবিরিবা কনাগুম্বগীদমক ঐনা করিগুম্বা কান্নবা অমা হন্না তৌবিবদি লাই। তোইগুম্বমুং নঙগী পোৎ লৌহুনা নঙোন্দা পীরগা নঙগী করি থোইনা পেন্নফম থোকপগে! প্রমান পান্থে

ব্লাহৈগী লাং পুন্নমক থাদোক্তুনা হায়রবদা মকাকন্না শাৎলিবা লৈরাং পামেলথক্তা য়াল্লিবা অমৃতনা থল্লবা হৈরাং পুন্নমক অসি ঐ, নঙ অমম্বুং মহাক কনাগীনো ঈশ্বরদা পুন্নমকপু শেম্বীরম্মীবা ইবুঙো মঙোন্দা ভক্তি লৈতবা মী অদুদি অমরোমদা হুরানবগুম্বনি। ইবুঙো মহাকী পোৎ হুরান্দুনা ইবুঙো মঙোন্দা কৎপগী করি অথোইবা গুণ অমা লৈরকফম থোকপগে হায়বা ঐখোয়না খঙদে, মরুদি ভক্তিতনি।

*পত্রং পুষ্পং ফলং তোয়ং যো মেভক্ত্যা
প্রয়চ্ছতি! তদহং ভক্ত্যাপহৃত মশ্নমি প্রযতাত্মনঃ

তৌইগুম্বম্বুং ঐখোয়না ব্লাবদি মতম অসিদা মতমগী ঈরৈনা ওইরবম্বু অমনা ওইরবম্বু ঐখোয়গী য়োইহেনবা তানথৎলিবা ছাত্রনচিংবা অয়াম্বনা মসি তানিংদে। নত্রগা তৃতীয়েনর্জিতং পুন্যম্ হায়বা নীতি শাস্ত্রগী ব্লা লৌদুনা নত্রগা হৌজিক্কী কান্নবা ব্লাগী (Utility) মতুংইন্না ঈশ্বর ভক্তি অসি কয়া থোশানদবগী থুদম উবা কংই। তৌইগুম্বম্বুং শ্রীমদ্ভগবত্তা প্রহ্লাদনা করি হায়খি। হিংচাবগী শাগৈদা পোক্লবা হে ইচিন্ ইনাওশা। মতম পুন্নমক অসি ঈশ্বর নীংবগী মতিক চাবা ঙাক্তনি, নহা ওইরিঙৈদা মীওইবগী থম্মোয়দা থাগ্রবা ভক্তিগী পাম্বী অদুতনা তুংদা মপুং ফারক্তুনা মীওইববু অরান খুভম ফংবা ঙমহল্লি। অদুগা ঈশ্বর ভক্তি তৌবদা অরাবগী অরাম্বগী করি থুদম লৈবগে হায়বা ঐখোয়না খঙদে। মথক্তা হায়গ্রে—ঈশ্বর ভক্তি হায়বা অসি ঐখোয় মীওইবগী থম্মোয়গী পোৎথাফমনি, তেংবানবগী অব্লাবগী মৈচাকনা চাব্লবা তাইবংমীদা মন্দাকিনীগী ঈংলবা অমৃতগী মশক্নি।

ইবা হৌগ্রবদা লোইনিংদ্রবা ঈশ্বরভক্তিগী ব্লা অসি ঐখোয়না ব্লাহৈ মঙা-তরাদং হায়জদুনা পনকক্ফম পীজরগে। ঈশ্বর ভক্তি হায়বা অসি থাঙৈশেংনা স্পর্শমণিগী মশক্নি। ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা মীতনা তেংবানবদা

* উনা অমত্তং লৈ অমত্তং হৈ নত্রগা ঈশিং খরদবু ওইরবম্বু ঐবু চেংনা নীংজরগা ঐঙোন্দা কৎলবদি মদুবু ঐনা লেম্না থক মাঙহন্দে; ভক্তিগা মাঙওইননা কচ্ছরিবনি নীংনা হরাওনা লোই।

পোক্লবা মীওইবগী থাগৎনফম ওইরবা থৌজাল হুংশিবনচিংবা অমেংবা পুকচেল পুন্নমক্কী মপু ওইহনা তাইবংপানবদা মীওইবগী মতিক চাবা থুভম ফংবা ঙমে। ঐখোয় হিন্দু হায়বা জাৎ অসিনা ধর্ম্মবু কিবনা শোল্লবমক্তদা পৃথিবীদা অখোইবনি হায়হনা ঐখোয়না নীংজরি অমম্ভুং অতৈনা থাগৎপিরি। অহনা ঈশ্বর ভক্তি রাংলবদি ঐখোয়গী জাতিগী ময়েং তাবনি হায়বা অসি ঐখোয়না থাজদবা ঙমদে। মরম পুন্নমক অসিনা থম্মোয় লকা মম্ভুংদা মতম পুন্নমক্তা ভক্তিগী পুক্লিং মশক শকফমবু য়েক্তুনা অয়াম্বা সংসারগী পাপ অমম্ভুং মৈচাক্তগী কোকপা অমম্ভুং অইংবা থুভম ফংনবা লাকনসি।

সর্বধর্ম্মাণ পরিত্যজ্য মামেকং শরণংব্রজ।
অহং ত্বাংসর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মাশুচঃ।

খ, ইবোকপম চাউবা সিংহ

# মিনুংশি

ঐখোয় মৈতৈগী মিনুংশি হায়বা য়াহৈ অসি মীওইবগী পুকচেলগী মরক্তা ওলাংথাগী য়াচংবদা শাংপা লৈরাং মালিকাদগীসু হেন্না থোংলবা পুকচেল্লি। মসিনা মীওইবগী থম্মোয়দগী হেক চেম্বরকপা মতম অতুদা মীওইবনা কন্নক য়েন্নবা অশাওবনচিংবগী য়ারক পুন্নমক কাউহুনা মতম খরদি লাইরৈপাক্তা পোল্লবা জীবগী মওং ওই। মসিগা মুংশিবগসু তিন্নদে; মুংশিবনা মুংশিবগী মফমদা থোক্তবদা চান্নবগী খুদোল কংপা অসি মহৌশানা তৌনিংদে। ঐবু মুংশিবা মী অতুবু ঐনা মুংশিবা ওস্মি। তৌইগুম্বসুং অতোপ্পবু কনানা মরম লৈতনা মুংশিরুবা ওবগে; শক-শুগনচিংবনা লৈত্তেংবা মী উরগা মহৌশানা ঐখোয়গী পুক্নিংদা মুংশিবা পোকই। তৌইগুম্বসুং শক-শুগ য়াওদ্রবা মুংশিফম মরম অমতা থোক্ত্রবা মী অতুদা কনানা মুংশিবগী কোলোই শক্লোংবগে! মসিগা থৌজালগসু খেন্নৈ। থৌজান্না মহৌশানা থৌজালবদা মতীক চাবা মফমদা থৌজালগী পাম্বোম তিংথোক্তুনা কোনবা পাম্মি। থৌজান্না মতম পুন্নমক্তা চেন্দবা ঈশিংগুম্না থৌজাল হৈবা মীগী থম্মোয়দা তুংহুনা লৈবতনা মথৌ ওই। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী মিনুংশি হায়বা অসিদি থাজেংশংবমক নোংনা মমথ্রবা অহিংদা নোংথাংকুপ্পনা লম্মাংনরবা লংকৈ চংপা মীদা কান্ন-বগুম্বনি। মসিগা চান্নবগসু মান্নদে। চান্নবা হায়বা অসিনা তোংনগন-বদগী পোক্লকই। চান্নবনা চান্নবগা লেঙ্গোন্নবা চিনগা চিনগা, পাম্বোমগা পাম্বোমগা, মায়গা-মায়গা, মিংকা-মিংকা তিন্নরগা মুশাইনৈ। তৌই-গুম্বসুং ঐখোয়গী হন্দক্কী মিনুংশি হায়বা পুকচেল অসিদি তোংনবসু

থিদে, তিন্নবস্তু ঙাইদে। লমলানববুস্তু চান্নবা মরুপকুম্না কোম্নবা পাম্মী। মসি থাঙ্গেশেংবমক নোৌবদগীস্তু নোৌরবা, থোংপদগীস্তু থোংলবা, ওলাংথাগী মাকমৈদা শাংলবা লৈরাং মালিকাদগীস্তু হেন্না লুরবা পুকচেল্লি।

থৌজান হৈত্রবা ঐনা লম্বীদা কমলিবা চাকনিবনা চেং থুয়া অমতংগী-দমক লম্বীগী সুংজ্রেং মরক্তা তাহ্নুনা মালেম লৈতানবু লায়না থৈহ্নুনা চংপা ঙম্মী। থৌজান হৈবা নহাক্না ঙমজবা খুদোল লান্দুনা থৌজানগী মগুণ উংলরি। তোৌইগুম্বস্তুং থৌজান হৈবা নহাকস্তু থৌজান থংদবা ঐহাকস্তু মহাক্কী মক্লবা মাইথোং, অর্নাবগী থুংহাই উহ্নুনা পুক্লিংদা সুংশিবমথৈ ঙম্মি। ঐহাক অসি চন্না নামা শোইরবা অতোনবনি হায়না কনানা থঙবীবগে! মরম অসিনা মিসুংশি হায়বা য়াহৈ অসি থৌজান্দগীস্তু হেশ্লিন্না মগুং চনশিল্লি। মহাক্কী অর্নাবা অহ্ব উহ্নুনা মতম অহ্নুদা ঐগী থম্মোয়গী লাইয়ুম অহ্নুদা মিসুংশি হায়বা পুকচেন্না থৌজানগা খুজেং পালোইননা লৈত্তবগী পাম্মুবা, অর্নাবগী অকিবা পুন্নমক মিকুপ থরদং পুমকাও কাওহল্লি। সুংশিহৈবা নহাক্না নঙগা সুংশিনরিবা অহ্নুগা নাপচিন্না সুংশি কোলোই ঙাঙনরিবা অহ্ব ঐনা করি থিরুকম লৈবগে। নবিঙানিগী সুংঙাইবা, নবিঙানিগী অর্নাবা নবিঙানিগী নরন্নাইনি। তোৌইগুম্বস্তুং নথোয় অনিগী থম্মোয়গী মরক্তা থাইনবগী মৈনা লমজাও থোন্না হেক চাক্লক্লবা মকা কল্লমলবা মায়থোংদা অর্নাবগী থুদমনা হেক চোংথোক্লক্লবা মতমদা ঐগী করি করি লৈত্রবস্তু নথোয় অনীগী অর্নাবদা য়াবিহ্নুনা অতৈ করিমক ঙমক্রবস্তু সুংশিবগী কোলোই মঙা তরাদং শক্নুনা ঐগী মমল য়াম্লবা মতম মাঙহনবদস্তু ঐনা থোইনা লীকপা পাম্মুদে। মহ্নুগী মরম অতৈ করিস্তু লৈতে, সুংশি থঙত্রবা ঐস্তু মিসুংশি য়েংবা ঙমদহ্নুনা লমজা পুরবনি। ঐ অসি মহোৌশানা তোপতোপ তাবা মীনি! কনাগস্তু চান্নবা হৈতে; অতোপ্পস্তু ঐগীনি হায়ব্না লুরবা পুকচেল অসি নোংদম থীরবা বিধাতানা ঐঙোন্দদি তম্বিরমত্রে, তোৌইগুম্বস্তুং পোক-পদগীস্তু উনত্রিবা নহাক্না করিগুম্বদগী অর্নাবগী ঈপাক্তা তারবা মায়কৈ

চাম হন্না য়েংবদা পাম্বৈ উত্রবা তুং মাং হনবদা চাংজৌ ফংকম থোক্রুবা মতম অহুদা নঙ্গা চান্নত্রবা ঐহাক্না অতৈমক ঙমত্রবস্থু চান্নবগী পাম্বোম তিংথোক্তুনা অৱোবা আশামখৈ পীরুবদা লৌক্লিংদে মরমদি নঙগা চান্নত্রবা ঐহাক অসি মীগী মিতুংশি য়েংবা ঙমত্রত্তুনা লমজা পুরিবনি। ঐদি পুকচেল কনবা মীনি, পোকপদগী থোজানগী মরিক অমত্তস্থু ফংলক্তে, ফংলক্রবস্থু মত্থ ঙমদবা অতোনবগী মওং ওইনা লৈরে; অহুগা নঙবুদি ঐনা তুংশিবগী থুদোল পীনিংবস্থু লৈতে; নঙগা ঐগা রাশি-তিন্নবা মীওইস্থু থোক্রে। অরেম্বনি, লৈমা য়েংলিঙৈদা খুতু কাহুনা তোকই। নঙগীস্থু কান্নদে, ঐগীস্থু ওইজদে। মিৎলুদা করিস্থু নত্তবা প্রেমগী থারা অনী মরিদং শিন্থবা নত্তনা ঐনা নঙগী করি তৌবা ঙম্বগে। মরম অসিনা মিতুংশি হায়বা অসি তুংশিবা চান্নবদগী হেন্না মতুং চনবা অমরোমদা রাখলগা লোয়নবা পুকচেলনি।

মসিগা মশাগী কান্নবা থিবা পুকচেনগা মরি থোকপা লৈতে। ঐথোয়না ঐগী নত্তনা অতৈ থঙদে, ঐথোয়না ঐগী নত্তবা অতোপ্পগী মরমদা থিরুবা পামদে। তৌইগুম্বস্থুং ঐথোয়গী মিতুংশি হায়বা অসিদি মত্থগা ওন্নতৈনবনি। ঐগী ইশাগী তোংজবস্থু লৈতে করিগুম্বদা নঙগীস্থু কান্নবা থঙত্রে। অত্থম ওইনমক মিৎলুদা তরং লাইজ শিন্থত্থনা অরেম্বদা পেন্নরি। মসিগা ভক্তিগস্থু তিন্নদবা লৈ। মশাদা ভক্তি মরিক অমতা পক্রুবা কনাগুম্বস্থু মিতুংশি য়েংবা ঙমদহুনা লমজা পুবা য়াওই, মহাক্তনা থৌইনশিন ওইত্থনা ভক্তি য়াওত্রবা ঐহাকস্থু মিৎলুদা প্রেমগী থারা শিন্থবা হৈ। অওইবমক মসি য়ান্না মমলবা মীওইবগী থম্মোয়গী লকা মতুংদা থুগুনা লৈরবা পুকচেন্নি। ঐথোয়গী লাইবক ফবনা মসি মীওইবা অয়াম্বদা লাইর-ইনাকথুনবা অচৌ অপিশক থায়দনা থাই অপুম্বগী লন ওইনা লৈরমলে। থোইনত্থম মসি অতোনবা, লাইরবা, অনংবা পাম্বস্থু লাইবক থীবনা থৌজানগী থবক তৌবা ঙমত্রবা ঐথোয়গী লন ওইনা থোক্লি। মসি থল্লু থল্লুরগা থাঙ্গৈশেংবমক তাইবংপানবা মপুগী অশির্ব্বাদকী

মওং ওইনা ঐখোয় মীওইবদা পীনবিরমলিবা মমল নাইত্রবা লয়ি। মসি লৈবতনা তাইবংপানবা অসি মীওইবনা লৈবদা মতিক চাবা ওইরিবনি, নত্রবদি মশাগী নত্তুনা অতৈ খঙত্রবা তাইবংপানবদা নহান্না মীওইবগী খুভম অসি মুৎত্রদবনি। মসি লৈবদনা তাইবংমীগী লোন্না অরা হুংঙাইবা মতম পুন্নমক্তা মীওইববু পুকমেন পাওমেন্নহুনা তাইবং-পানববু মপুক মরা তপনা থম্বা ঙম্মিবনি। নত্রবদি নহান্না ওলাং চাউরবী তেংবানবা অসিদা অশাওবগী মৈচাকনা চাকুনা তাইবং মীগী মমিং অসি কাউনত্রগদবনি।

থ, ইবাকপম চাউবা সিংহ

# কবি

ঐখোয়না ভেংবানবা অসিদা কনাবু কবিনি হায়না খঙজনা মহাক্কী খুয়াদা কবিগী মতিক চাবা খুদোল নত্রগা লৈরাংগী খুজোক অমত্তংসু কত্তুনা পেন্নসিগে, ফনা লুবা প্লাউথুমনি। মরমদি সংসার অসিদা মীওইবগী থম্মোয়গা লোয়ননা পোক্লকবা তাইবং মীনা উরু তারুবদগী স্বর্গগী নীংথিজরবা অমরাবতীবু ঙমজনবা ওইরবা কবিগী থম্মোয়গী অরংবা কাব্য কুঞ্জ নত্রগা কবিগী থম্মোয়গী লুরবা ঈফুত্তগী চেম্বরকপা লাইরৈবাক্তা চেল্লবা মন্দাকিনী গঙ্গাগী ঈশিংমুক লূরবা রাখলগী ঈচেল অমত্তু ফংনীংবা নত্রগা থক্লীংবা ঙাক্তনি। মসিং হায়ত্তুনসু মীওইববু পাম্বা অমসুং মত্তু ফংনবা লাক্লবা হায়বা অসি মীওইবগী গুণ নত্তুনা অরানবনি হায়রুবদি য়াদে। মরম অসিমক্তা ঐখোয়না কবিগী মশক খঙবা ঙমদত্তুনা লম্ফাংলবা তাইবংপানবা অসিদা লম্মুক্লরে। তমলকপা নত্রগা নৈনরকপদগী কনা-গুম্বনা য়ারেংগী লৈরাং পরেংদা মচন চানা য়াহৈগী লৈরাং থেত্তুনা মীগী পুক্লিং শুঙ্কাৎনবা ঙমই। হৈশিংলবা কনাগুম্বনসু কবি অমনা শেমথিবা নাচোম য়েংলগা মত্তুদগীসু হেন্না নিংথিনা লৈথেৎ হাপত্তুনা অতোপ্পা অমবু ঙাওহনবসু ঙমই। হৈনিংবা কনাগুম্বা অমনসু মহৌশাগী নীত্তিগী লীলা কম্বাক্তা অনৌ-অনৌবা পুক্লিং শুঙ্কাৎনবা ওইবা শকক্ম উৎলিবা অমত্তু য়েংত্তুনা খোৎচিলহৌবত্তদসু মীওইবগী থাগৎফম ওইত্তুনা মপুক্লিং পেন্নবা ঙমই। পুন্নমক অফবা ঙাক্তনি। তৌইগুম্বসুং থাঙ্গৈশেংবা কবি হায়বা অমত্তু মখোয় অসিয়া ?

তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না লাইরিক থরা লেংলগা ফজ ফজবা য়াহৈ থরনা য়ারেংগী লৈরাং পরেং অনী মরিদং লেংত্তুনা তাইবং মীগী ঙক্তা হকপিরগা নত্রগা মহৌশাগী নীংথিজবগী ফৌরোই য়েংত্তুনা নীংথিরবা কোলোই মঙা তয়াদং শকুনা মীগী পুক্লিং শুঙ্কাৎপা হেক ঙম্লগা মহাকপু

কবিগী আসন থাহুনা ঈরাৎপসি মহৌশানা পামদে। মেরা থাগী অহিংদা শংবানবা অতিয়াদা ঙৌরুনবা লৈচিন মচেৎ অমত্তা য়ৌনা উখিত্রে; য়েংখি য়েংখিবদা মিৎক্রম তাম্না শরত ঋতুগী লুপা মহি চেল্লবা থাবলগী মেংলবা মঙান্না মায়কৈ তরামক কূপখ্রে। লুরবা থাবলগী মায়ানা শুঙ্কৎখিহুনা অয়াম্বা হৈরাং লৈরাং অপূম্বা মকা ফন্না শাৎকাইরে। মালংবনা লৈরাংগী কোরোই ইন্না মায়কৈ তরামক শীনবা থুংনা লৈনম য়েল্লি। লৈরাং লৈনম ফংহুনা তেংবানবগী জীব অপুম্বা পুক্নিং তুজুং হরাও-নরে,অহুগা অমুক য়েংউ, কালেন থাগী হুমিদাংৱাই হুমিৎনা চীংয়া থাংবদা নোংচুপ থংবা অতিয়াদা মহী চেল্লবা সনাগী মচুনা ৱাহৈনা ফোঙদোক্লিবা। তুরেলগী তোর্ব্বান্দনি য়াঙ্গংলবা তোরৈ খুদিংদা তুরেলগী লাইজ ঈশিংনা লৈনা জগোই শার শারহুনা মাবু শেম্বা মপুগী মগুণ শক্লিবা, তোর্ব্বানগী নামিবা মলয়া হুংশিৎনা তুরেলগী অইংবা লাইজ হুমহুনা ওলাংবনা চাক্লবা পামেল উশাদা রাংনা তাম তাম হায়না তাম্লবা খোঙ্গেলনা তেংবানবা মপুগী মগুণ শক্লি। অসিনচিংবা ৱাহৈ অসি শেমলুদ্রবম্মু মশানা নীংথিজরবা ৱাহৈনি। অহুগা মহু তাদ্রিবা য়েংগন-থিগন্দবা কনাগুম্বম্মু অভ্যাসকী পাম্বৈনা ইরায় লায়না মসি ইবা ঙমগদবা ঙাক্তনি। মরমদি মশানা পামজহুনা হুংশিরবা, পুক্নিং থোগৎনবা ওইবা ৱাহৈ মঙা তরাদং ঙাঙবসি নহাক্কী নতিক্লি। ফজবা ফিদম থরা খঙহুনা হুংশিবা কোলোই অনী মরীদং ইবম্মু নহাক্কী নতিক্লি। তোইগুম্বম্মুং কবিগী লাইমক্লা য়ৌবদা ৱারবা কাব্যগী পুক্নিং হূনবগী মশক ওইবা অমরাবতী অহুদা নহাক্লা ননীং তম্না চঙনীংবা মতমদা চঙবা হেক ঙমগদরা হায়বা অহুদি ঐখোয়না লায়না থাজবা ঙমদ্রে। মরমদি তম্বা, নৈনবা, উরু-তারুবদগী পোকলকপা লোশিংনা নঙগী কবি ওইবগী থম্মোয় লৈকোন্দা লৈতেংলিবা ৱাখলগী লৈরাংবু ওলাংথাদা মতম চানা থিকপা নোংগুম্না মকাফন্না শাত্তোকহল্লি হায়রবমখৈদি চুম্মি, তোইগুম্বম্মুং কবি ওইবগী নঙগী প্রতিভা মহৌশাগী ওইবা লোশিংগী পাঙ্গল অহুদি নঙগী পুক্নিংগী মথা

পোনবনি হায়না থাজক্রবদি লাল্লি। করিনা নপুক্লিংনা নঙগী রাথলবু শীজিন্নবগি ওম্মী ; নপুক্লিংনা নঙগী পুকচেলবু ফাওবমখৈ লাংতক্লহনবা ওমগনি, তৌইগুম্বস্নুং মহৌশা হায়বী লাইরেম্বীগী লাইশঙগী নীংথিজরবা খোঙ অহুদি মহাক্কী মচা ওইবা তাইবং মী পুন্নমক্তা চপ মান্নবা হাংদোক-পিরম্বী হায়বহুদি ঐখোয়না হায়বা ওমজ্রে।

অহুগা কনাগুম্বনা করিগুম্বা অমা মথক্লায় শোক্লা নঙোন্দা হায়রবদি মহাক্কী ম্লাহৈ অহু নহাক্কী থম্মোয়দা পানবা ওমজ্রবস্নু মহাক্লম্বা মঙা-তরাগী মথক্লায়দি পানগনি হায়বসি ঐখোয়না থাজে। মন্নমদি মীওইবগী চীনবান হায়বসি ঐখোয় মীওইবগী অন্না-মুঙাইবনচিংবা কোঙদোক্লবগী অখোইবা পাবৈনি হায়বা অসি ফনা-চুমহুনস্নু অর্থ লৈতবা ম্লাহৈগী অর্থ অহু মীওইবসী খোরবা ম্লাখন্না লায়না কাবা ওমই। কবিগী পরীক্ষা তৌবস্নু অন্নাম্নদি মসিগা মান্নদন্না ? বসন্তগী অহীং মীচীক মীখোল তাজ্রবা মতমদা কোকিলশিংনা হৈনৌগী মপাল অপোম্বা খোবোম থন্না উমহুনা পঞ্চম স্বর ওইনা কুহু কুহু হায়হুনা ভেংবানবা মপুগী কোলোয় শক্তি ; কোকিলগী পঞ্চম স্বর তাহুনা অয়াম্বা পামেল ঙগী মপেনা পুক্লিং তুজুং হন্নাওনা ভন্নং লাইজ শিম্বরি হায়বসি পারু-তারুহুনা ইবদি লায়না ওম্মি। তৌইগুম্বস্নুং ঐখোয়না হংজনীংবদি কোকিলগী মঙাগুবা খোম্বাং অহু তাহুনা কনাগী পুক্লিংদা মপুগী মুংশিবা ফাওহুনা নহাক্লা পান্দম্লিবা পামেল পাম্বীশিংগী মত্তোগুম্না মিৎলুদা প্রেমগী থাক্লা শিম্ববা ওম্বগে ? নরৈবাক্কী ফনবা নরৈবাক্কী চাওখৎনবগী ম্লাথল নোংমতস্নু থনবা ওমজ্রবা নহাক্লা মরৈবাক মুংশিহৈরবা কনাগুম্বা কবিগী মন্না তমহুনা নঙগী পোক্লফম লমদস্নু স্বর্গদগী হেন্না নিংথিজে, লৈবাক অসিদা পোক্লুনা লৈবাক অসিদা শিজগে হায়বনচিংবা লৈশিলৈথোনবা ম্লাহৈ মঙা তরাদং ইন্নগা করন্না অতোপ্পগী থক্লায় শোকহনবা ওমগনি। ওলাংথাদা কনানা খোইখোই চেন্নবা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা ফমহুনা অঙাওবগুম্না মপুগী মুংশিন্নবা ঈপাক ভুম্না চেন্নিবা তুরেন্দা অমুক খোজিন্নুবা ওম্বগে। কনানা মমাগী মশক

উত্থনা শিগ্রবা মমাগী খোয়াং অমুক অহন্থংদা নোহোনা থকতুনা হা পলেম হায়না হন্না কোঞ্জবা ফংত্থনা পোকপগী মহৈ য়ান্নবগে ? কান্নদে পুন্নমক ওইদবা ঙাক্তনি। কালেনগী অশাবা, নিংথমগী অইংবা থাদোক্তুনা কনানা পৃথিবীগী নুঙাইবা পুন্নমক খোঁওইদবা ঙম্বগে। অত্থগা নঙনা মত্থ করিগুম্বদম্মু ঙম্মুরো ; তৌইগুম্বস্থং নঙগী য়াহৈ অত্থনা কনাগী থম্মোয়দা নুংশিবগী ঈচেন্না থুমহংনবা ঙমগদগে ; নঙগী তৌশিন্নবা মিংলুগী পি উত্থনা, কনাগী মিংস্না থম্বালদা তরংগী লাইজ শিন্থবগে ? পুন্নমক অরেম্বনি, কবিগী তাঙলবা থুভম অসিদি নঙগী পুক্লিংগী মথা পোনবা নত্তে ; ঐখোয়না মথক্তা হায়খ্রে, নথরায় শোক্লা হায়বা য়াহৈত্তনা মীগী মথরায় শোকহনবা ঙম্মী। অওইবমক অন্নাবা নুঙাইবা নুংশিনবনচিংবগী লোন অসি নঙগী য়াখন্না য়োন্নবা য়াহৈ তারবত্তদা তাইবং মীওইবনা নঙগী নন্না অত্থ তাত্থনা পেন্নবা ঙম্মী। মরম অসিনা হৌজিক্তি ঐখোয়না কবিগী খুভম ফংবা অসি ঐগী অপাম্বগী মথা পোনবরা পোম্বরা হায়বা অত্থ খঙবা ঙমলে। অমরোমদা কবি হায়বসি, ধ্যান তৌব্রিবা মুনি নত্রগী লাইতোংলবা মাইবীগুম্বনি। কবিনা য়াখলগী ঈপাক্তা হেক তাউবা মতমদা মহাক্কী থম্মোয়দা য়াখলগী ঈচেল চামনা ঈচেল চামা চামা ফাংনা চেন্থরকই। মতম অত্থদা য়াখলগী ঈপোমনা পুক্লিং থম্মোয়নচিংবা থুক্কৎখিত্থনা মহাক্কী রা ঙাঙথোক্লবগী পাঙ্গল মাঙথি, নত্রগা লাইতোংবা মাইবীগুন্না মরী লৈতবা য়াহৈ মঙা তরাদং ঙাঙবা নত্তনা মহাক্কী অতোপ্পা পাম্বি লৈতে। মতম অসিদা কবিগী অবস্থা অত্থ য়েংবদি অন্নাবগী মশক্লি। য়াখলগী ঈপাক অত্থদা অনৌ অনৌবা ইথক্লা চাংজৌ তোর্ব্বান খঙদনা হৌরকই, খুত্তা পায়বা খোর্জে তাখিবা খঙহৌদে ; হৌরকইবা য়াখলগী ঈপাক অত্থ মতিক চানা ফোঙদোকপা য়াবা য়াহৈ লাম্বা ফংদে। সংসারগী অন্না নুঙাইবগী মশক অসি মঙোন্দা অরাপ্পদা থোকপা অহিংগী তন্দন্দগী হেন্না ঙাম্না উদে ! অত্থগা মহাক্লা মপানগী লোশিং হেক ফংত্থনা খোর্জে খুত্তা হেক পায়থৎপদা মমাঙদা য়ৈথায়বগী পন চামন্না হেক পম্বিংলৈ

মমাঙগী হায়নীঙবা পুন্নমক অহু মতম অহুদদি পুক্নিংদা নুংদা থুজিন্না খোংপগী মমিদগী হেন্না ভাহোদে। অহুদা অমুক্তা কাব্যগী য়ারক কিবদগী কনাগুম্বা কবিনা হায়নীংবা চামম্ভু থাদোক্নুনা তোকই। ওম্হোকপনি! কবিগী য়াখল মতিক চাবা লোনবু ফংলম্নবদি কাব্যগী হুংলিবা কোলোই তাবমক্তা কল্লবা নুংস্থু মহি চেনগদবনি। নত্রগা ভাইবং পানবদা ঐখোয় মীওইবগী লোন অসি মপুং ফারে হায়নুনা জগোয় শাবা ঙমজরমগদবনি। তৌইগুম্নসুং অসি হায় হায়নুনস্থু মহাক্তি, কবি অহুদি—মতম অহু ফাওবা তেংবানবগী কল্পক-য়েক্লবা, মিংচৎ পাম্বগী মিহৌবনচিংবদগী লাপ্পা লৈ। শাস্ত্রদা যোগারূঢ় হায়নুনা ইকায়খুম্নরিবশিং অহুগী মরক্তা কবিগা শীংথান-রুবদা খোইনা অরানবা থোক্কনি হায়বা নীংদে।

জিতাত্মণঃ প্রশান্তস্য পরমাত্মা সমাহিতঃ
শীতোষ্ণ সুখ দুঃ খেষু তথা মানাপমানয়োঃ।*

হায়বনচিংবা য়াহৈ অসি ভাইবংপানবগী মপু ওইবা ঈশ্বর নীংথি-জবগী অমৃত ঈপাক্তা লুপথ্রবা কবিশিংদা অথোই অহেন নাইনা ফাওবা ঙাক্কনি। অস্মুন্না ঈশ্বরগী প্রেমগী হুঙাইরবা ঈপাক্তা লুপথ্রবা, মাগী মশক ওইরবা অহুগী মফমদা অইং অশাবা, অরা হুঙাইবনচিংবা পুন্নমক অসি করি খঙফম লৈবগে?

কবিগী মথল ফম্নম্বস্থু খঙদে, কবিগী তোঙানবা পুকচেল লৈরম্বস্থু খঙদে; খঙঙবস্থু খঙদ্রবস্থু ঐখোয় ভাইবংপানবা মপুগী থৌজান্না অসিগুম্বা থম্মোয় অসি ফংলবা মী অহুতবু মহৌশাগী ওইবা কবিনি হায়নুনা ভক্তিগী আসন থাদুনা ঈরাৎনীংঙি। মথোয়গী মফমুদদি ধর্ম্ম হায়বসি অরাবা লাইনীং নত্রে, মথোয়গী পুকচেল অহু ওলাংথাগী লৈরাংগুম

* শ্লোক অসি শ্রীমদ্ভাগবত গীতাগী ৬ শুবা অধ্যায় ধ্যানযোগকী ৭ শুবা শ্লোকনি। মসিগী অর্থদি :—

মথন্তগী আত্মাবু জয় তৌরদুনা শান্তি ফংলবা মীগী আত্মানা অইংবা অশাবা, নুঙাইবা অরাবা অমসুং মান অপমান পুম্নমক্তা চপ মান্ননা লেপ্পদনা লৈ।

খোংলি, শোরারেনগী বজ্রদগী হেন্না কল্লি। মখোয়গী আশানা বসন্তগী দূতগী মশক ওইরবা কোকিলশিংগী মতৌগুম্না তাইবংমীগী থম্মোয় ঈংনবগী মশক্লি। ভক্তিনা অসিগুম্বা কবিগী থম্মোয়গী লৈকোন্দা কৃষ্ণ কালেন খায়দনা শাংলবা লৈরাংনি, মখোয়গী খুয়াগী উফূল মরীক তাবতনা পৃথিবী অসি মীওইবনা লৈবা য়ারিবনি, নত্রবদি মশাগী ওইজবতা থিবগী মৈরি মরক অসিদা কনানা হিংহনা পানবা ঙমগবা। মখোয়না শীজিন-নথিবা মরম্না মীওইবগী লোম্না অন্না হুঙাইবা মতম পুম্নমক্তা মীওইবগী থম্মোয়বু পুকমেন পাওমেম্নবা ঙম্মিবনি; হুমিৎ থানা তাথিনবা ওইরবা মখোয়গী কোলোই মপাউ অতৈনা আশাবু তাইবং পানবা মপুগী মায়-কৈদা ইনশিনবিরিবনি মসিগা পান্দম্নীঙাই তাইবংপানবদা অতৈ কন্নি লৈবগে?

খ, ইবোকপম চাউবা সিংহ

# কবি অমসুং কাব্য

কনাবু ঐখোয়না কবি কৌগদগে? ঐখোয় অয়াম্বা করিগুম্বদা নত্রগম্ পুক্লিংদা খঙবা ঙমদবা আশা অমসুং সুঙাইবা অমা ফাওহুনা খোর্জে খুত্তা পায়খহুনা ইবা হৌগৎলি। ভৌইগুম্বসুং মহুনা ঐখোয়বু কয়া য়াংনা কবিগী থাক্তা থাঙ্গৎলবগে অমসুং ঐখোয়না ইরিবা অহু করম্বা মওংদা তারবগে হায়বদি ঐখোয় ইশামক্তা থিকম খঙদে। তাবদা মেংলবা সুংশিবা শরুক খরা ছন্দ চানা হাপতোপ-হাপচিন তৌহুনা খোঙেলভগী পাম্বনা অভৈবু শুমহৎনবা লাক্লবা অসি ঐখোয়না ঙম্মি অমসুং তৌনরিবনি। ভৌইগুম্বসুং মহুনা ঐখোয় অসি খাঙ্গেশংবা কবি অমা ওইরে হায়বা য়ারগদ্রা? অসিগুম্বা কাব্য অমসুং অসিগুম্বা কবিশিং অহুগী মফম অমসুং পাঙ্গলগী অরোইবা ঙমথৈদি নাকোং মথৈভনি হায়বা লাল্লোই। চুম্মী, মখোয়গী শৈরেং তাল চানা শক্তি অমসুং শোল্লি মীওইবগী থরায় অমসুং হকচাংসু মহুগা লোয়ন-লোয়ননা হরাওনা চোংলি অমসুং পুক্লিং সুঙাইনা জগোই শারি; মরমদি নাকোংগা চান্নরবা বীণাগী সুর অহুনা থম্মোয়গী অহানবা খোঙ্গাল হেক য়োরকপদা মীওইবগী থরায়বু পেলহনবা ঙমদে, য়ারককী তয়াল উবদা নঙগী নমিৎ পেনবা য়াই ভৌইগুম্বসুং নঙনা অপাম্বগা লোয়ননা মাবু হেক্লবা লাক্লরুবরা? নখোয়গী কাব্যগী করিগুম্বা মগুণ লৈরবদা অসি মথৈভনি। মখোয় অহু মনম য়াওদবা লৈরাংগুম্না কনাগী পুক্লিংবু মতম কুইনা শুমহৎহুনা থম্বা ঙমদে। মরম অহুনা কাব্যগী অশেংবা রস খঙবা মীনা কাব্যগী চাং য়েংবদা মসিগী মথক্তা খরদং য়াংনা কাথৎলি। মখোয়না ছন্দ চাবা য়াহৈ খরদং তারগা পেনবা ঙমদে, অথুম্বা য়াহৈ মঙা-তরাদং তারগনু

শুমহন্তে। নাকোংগী লম্বীদা চংলক্লিবা খোঙেল অহু থম্মোয় য়োনা চঙবা ঙমবরা নল্লগা ঙমদব্রা? ম্নাহে অহুনা থম্মোয়গী অথুপ্পা মক্ষমদা করিগুম্বা মুঙাইহন্নবগী অনৌবা ঈথক অমা হোৌহনবা ঙমব্রবা, মহুনা থম্মোয়গী লাইয়ুমদা অনৌবা নীংথিবগী করিগুম্বা শুমহৎননবগী মশক ওইরবা মমি অমা তাহনবা ঙমব্রবা, মাগী মুংশিবা থম্মোয়গী তাব্রদা য়ৈবদা অনৌবা স্মরগী হায়ফম থোক্তবা খোনথোক অমা থোক্লবদি মথোয় অহুবু কাব্যনি হায়না লৌনীংদে।

কবি শব্দগী অর্থ অসি হৌজিক ফাওবদা পীনরিবা অসিগী মরক্তা করম্বনা অচুম্বনো ঐখোয় খঙদে। কনানা হায় তাইংপানববু ফজহল্লিবা; ফজনা উরিবা অমসুং উৎলিবা অমদি ফজনা উহল্লিবা মহাক অহু কবিনি। মসিগী হিসাবতা হায়রবদি কালিদাস হায়বা মহাক অসি মহাকবিনি। অতৈ কবিগা কালিদাসকা খৈন্নবা অসি করিদনো? ঐখোয়না হায়নীংঙি, মহাক্কী নীংথিবা শেম্বগী হিরমদা মহাক্না তেংবানববু নীংথিজনতা উথি। হিরম অসিদাদি কালিদাসনা পৃথী মপুনা তাইবংপানবগী ফজবা পুন্নমক পুনশিল্লগা করম তৌবগে হায়বা য়েংনবগীদমক কালিদাসকী উপমা শেমথি; কালিদাসনা অহুন্না সংসারগী মপাল নাইব্রবা নীংথিবগী পুক-কৈদগী ফজবগী মশক পুন্নমক পুনাশিন্দুনা মীওইবগী মাঙদা থিনবীরম্লে। তৌইগুম্বসুং মফম অসিদা ঐখোয়না হায়হৌদবা য়াদবা অমা লৈরে, মহুদি ফজবা হায়বা অসি অয়াম্বাদি অমুক অপাম্বগী চাং মতুং ইল্লি। তাইবংপানবা অসিদি থাঙ্গেশেংনমক মচু য়াওদবা অরংবা মিংশেল অম-গুম্বনি তৌইগুম্বসুং জবাকুশুমনা মাবু ঙাওহনবা ঙম্মী, অপরাজিতানা মাবু শংবানহল্লি। অসুমতৌহুনা মপানগী জগৎ অসে মহোশানা মচু লৈতে, অথীবা ফজবা লৈতে। অপাম্বা মী অহুনা মাগী অপাম্বা মতুংইন্না মচু নাইহল্লি, ফজহল্লি, থীহল্লি অসিগুম্বা অপাম্বা অসিদি মী পুন্নমক্তা মান্নবা লৈতে। অমসুং লৈরবসু মাগী চাং খেন্নৈ অহুগা অপাম্বা ইরে লৈতবদি তাইবং পানবদা লৈরিগব্রা? ধর্ম্ম শাস্ত্র অমসুং দর্শন শাস্ত্রদাদি

মচুগী য়া তায় ; মচুংগুম্বা মী লৈরম্নবদি মাগী মমিত্তাদি ফজবা নত্রগা অথীবা লৈরমদবশু য়াই। তৌইগুম্বশুং ঐখোয়না হায়রিবা অসিদি অচুংগুম্বা মীতাগী য়া নত্তে। ঐখোয়দি মচুগী আনোক অমা হাপত্তুনা পাক্লবা চাউরবা তাইবং অসি কোইয়েং য়েংতুনা লৈরিবনি, ঐখোয় ঐখোয়না হাপলিবা আনোক অচুগী মতুংইন্না তেংবানবা অসি কনানা শংনা উই, কনানা ভাণ্ডমা উই, কনানা থীনা উই, কনানা ফজনা উই। মথক্তা হায়রে, অপাম্বশু অমুক চাং মায়দে, কনানা ফজনা উই, কনানা হেন্না ফজনা উই, কনানা খাইদগী হেন্না ফজনা উই অসিনচিংবা। মরম অচুনা অপাম্বা মীনা মাগী অপাম্বগী মতুং ইন্না তেংবামবগী ফজবা নত্রগা অথীবা অসি শেম্বনি। ঐখোয়না উই—খোইমু লাবা থাংজেংবনা লৈরাং খুদিংদা লৈহি থিন্তুনা কোয় তৌইগুম্বশুং জীবগী তত্ব খঙবা কনাগুম্বনা অমুক হায়রি খোইমুরাবা অচুমক্লা লৈরাং-লৈরাংদা থুম্নবা লৈহী য়েল্লম্বনি। অশুম্না তৌহনা খোইমুগী মশক ওইরবা অপাম্বা মীতনা তেংবানবদা নীং-থিবা হারবা অসি শেম্বনি। কালিদাস হায়বা মহাক অসি অসিগুম্বা মীতা অমনি—মহাক্তুম্না পামহৈবা মী তাইবংপানবদা কয়া পোক্লিগদগে ঐখোয় থিকম খঙদে।

ঐখোযশু মহাককুমনা নিত্তিগী তাইবংপানবা অসি উরি—তৌই-গুম্বশুং কদায়? ঐখোয়দি ফজবা অমত্তশু উদে। ঐখোয়শু অশোক পাম্বী উরি—তৌইগুম্বশুং কদায়? মহাক্তা মপাল থিম্বোক্লবগীদমক ফজবী কনাগী নপুরগী খোজেলনা তিল্লিবা মখোঙনা থেংনবা ভাইরি হায়বদি? অওইবদি, তাইবংপানবদা ফজৈ হায়না খঙনরবা, হুংশিবা মনম চেল্লি হায়তুমা কনানশু মিহৌবিত্রবা অশোকনা মপাল থিম্বোক-কদবগী ফজবা মওং অদো কালিদাসবু ভাইবনি। হিমাত্রিগী শোংনবা নাপোমদা ককথায়রবা রাদা তপ্পা তপ্পা হুম্নবা নামিবা হুংশিংনা হম্বদা হুংশিরবা মুরলী খোজেলগুম মনাগী পুক্লিং শুমহৎপা শুমবংগে। ঐখোয়মা হুংশিত্রবা য়াক্লবা খোজেলনি হায়না নীংবা অচু মহাক্তা মেঙনবা হুংশিবা

অথুম্বা খোঙেলনি হায়না নীংবা ঙমবনি। সন্ন্যাসী মতমদা উচু শেংলবী বনসুন্দরীশিংনা লৈগী কৈদোমদা ঈশিং চাইবা ঐখোয়দগি ফজদবা য়াই, ফজবগী মায়থোং থম্বাল অত্থবু অশেংবা থম্বালমন্নি থন্দুনা খোইমুনা লৈহি পাম্বদগী ওৎলরবা মহাককী থম্বৌ হেন্না মান্নবা পাম্বোমনা হাইবদো কয়াগী মতিক ফজবগে হায়বা ঐখোয়দি উদবা য়াই। তৌইগুম্বসুং মত্থগী হায়কম খোক্তবা নীংথিবা কালিদাসত্তি উথি। শরৎকী মহী চেল্লবা থাবলনা চামখোক্লবা অশেংবা লীক্লাইগুল্লবা তম্পাক্তা লাই-রেম্বীশিংনা মুক্তা চাইরঞ্ছনা শাল্লবদা করি ফজরিগদগে? ঐখোয়দি থগুদে, তৌইগুম্বসুং কালিদাসনা থগুথি। মমা অপোকপী পলেম লৈবাক লৈমনা পুত্রবী জানকী নত্রগা সপত্তষিগী তালোই অরুনধতীদা করম্বা লাইগীদা ওইবা মঙালনা ঙানথিবগে ঐখোয়দি উদে, অত্থবু কালিদাসত্তি মত্থ উথি। ঐখোয় মীচমনা ফজবা কৌবদা উত্রবা মফম অত্থদসু মহাকত্তি ফজবগী অতৎ-অথম লৈত্রবা ঈফুৎ উবা ফংঙি। অসুমনা তাইবংপানবদা ফজবা পোকহনবা অমসুং ফজবা শন্দোকপা তাইবংপানবদা তাংঙি। কালিদাসনা মশানা ফজবা অমসুং অতৈদা ফজবা অত্থ উহল্লি। মহাক্না মশাগী অঙকপা আনোক অমা শেম্লম্বা অত্থ অতৈ থাইনা হাপ্পি, মানা য়েংলু য়েংলুবা মফমদা তাইবং পানবা অসে মতোমতা ফজরক্কনি। শন্না হায়রবদি কালিদাস অসে তাইবং মীওইবদগী তোঙানবা মী অমনি। থেল্লবদি মঙোন্দা লৈবা অত্থ ঐখোয়দা লৈতে। মহাক্না ঐখোয় মীওইবদগী তোঙানবা অহেনবা অমা লৈ—মত্থনা মহাকপু মীগী মরক্তা তোঙানবা কালিদাস হায়বনি। মসিদা ঐখোয়না য়ানিংদবা ঙম্মোই মরমদি ইরিবমথৈ কাব্যনি অমসুং ইরিবা মী মথৈ কবিনি হায়বা ঐখোয়না য়ানিংদে অমসুং হায়বা পামদে। তৌইগুম্বসুং মসিদা লুবদি হৌজিক কবি অমসুং মহাক্কী কাব্যগী মশক থঙবা অসিনি। পোৎ পুম্নমকক্কীদমক হৌজিক কৈথেলদা "নকল" হায়বা অমমম খোক্লে। কবিগী মরমদসু অত্থমঙাই—কবিসু "নকল" য়াম্না খোক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে।

মরমদি নওনা পাম্লবদি থুম্লবা মেওলবা য়াহৈ থয়া ভিনশিন্নুনা মীবু পেলহনবা য়াই; শরৎকী পুনিমাগী ভাংথক নাইত্রবা থানা শংবাম্লবা অভিয়া ভাম্লি অয়াম্বা অহিংগী লৈয়াংনা মালেম অপুম্বা লৈতেংলি। ঈচেল নাইবা তুরেল্দা ঈথকী জগোই শারে, মলয়া হুংশিং নামিবা লৈয়াং লৈনম পুন্থনা ভাইবংপানবগী চাক্লবা থম্মোয়বু ইংহল্লি, অসিন-চিংবা—অসিগুম্বা শৈরেংগী ওইবা লোন অসি অয়াম্বনা মশাগী লৈনবগী মতুংইন্না ইবা ওমম্মি। ইবদি অরায়বনি—পুর্ণিমাগী মপুং কায়বা থানা অভিয়াদা থোক্লি, তৌইগুম্বমুং অরুবদি থম্মোয় কয়াদা পুর্ণিমাগী থাজগা লোয়ননা প্রকৃতিগী নীংথিবা অহু থেংনবদগী থম্মোয়দা নুঙাইবনা নোকপা ওমবগে? তুরেলগী ঈথক্তা ঈথককী জগোই শাই, অচুম্বনি; তৌইগুম্বমুং থম্মোয় কয়াদা তুরেলগী ঈথক্লা কাবগে? হুরানবা কনাবুম্ম ঐখোয়না মাল লোয়ননা ফাবা য়াই। নোম্বা কনবা কনাবুম্ম ঐখোয়না য়াদবা ওম্মোই। থাক্লৈশেংবা কাব্য হায়বা অসিদি বিষ্ণুগী পাদদগীভা চেনথরক্লবা লুরবা মন্দাকিনীগী ঈচেম্নি অমসুং অশেংবা কবিতানা স্বর্গগী অমৃতগী ঈরা থকুনা লাম্নরিবনি। ইরিবা অতুতদি মপুগী য়াম্না শেংত্রবা মনিল নত্রগা শেংত্রবা মভান মরীক নত্তুনা করিম্মু ফংবা নত্রগা উবা ওমদে। অম্নুম্না কাব্যগী অশেংবা রস অহু ফংবা অমসুং কবিগী ঈংলবা থুবম ফংবা অসি ঐখোয়গী মতভদি মীওইবগী নীংবগী মথা পোনবা নত্তে। নীংবনা বুদ্ধিবু লমজিংবা য়াই, নীংবনা পুক্লিংবু থৌগৎপা য়াই, তৌইগুম্বমুং প্রতিভা অমসুং মহৌশানা পীরকপা মভিক মগুণ হায়বা অসিদি নীংবনা য়োবা ওমদবা মফমনি হায়বা অসি ঐখোয়না থাজে।

তৌইগুম্বমুং অসি হায় হায়হুনম্নু ঐখোয়না মথক্তা হায়ব্রে—অম্নুম্না মীওইবদা ফজবা অসি চাং মাম্নদে হায়বতনি, ফাওবদি ফাওই। ভাইবং মী হায়বসি ফজবা পাম্মি। ঐখোয়গী থম্মোয় অসিদা কনাগী থৌইন-শিন অমা য়াওদনা ফজবগীদমক্তা লাংভক্লবা লৈ। কালিদাসনা ফজবগী-দমক্তা থম্মোয় লাংভক্লহুনা মিৎলুদা প্রেমগী ঈয়া চেন্দুনা ফজবগী

মায়কৈদা চিংনা-চিংনা য়েংবগুম্না ফজবগী গুণ খঙদ্রবা, ফজবগী শকফম য়েংবা হৈদ্রবা ঐন্দু ইশানা খঙদনা ফজবগীদমক্তা পুক্নিং লাংতক্লবা লৈখ্রি; অমম্মুং পুক্নিং লাংতক্লবা ফজবগী শকফম অহু য়েংহুনা থরদং নুংঙাইবা ফংজরি। মথক্তা হায়খিবগুম্না ফজবা উনবগী ওইথোক্ত্রবা আনোক অহুগী মতুংইন্না কনানা চাউনা উই, কনানা পিক্না উই, কনানা ঙৌনা কনানা শংনা উই, অসি মখৈতনি। ঐখোয়স্মু ফজবা হায়বা অহু পাম্মী নত্রগা পামবা হৈ, অমম্মুং পামহুনা মহু য়েংনীংঙি নত্রগা য়েংনীংবা হৈ, অসি ফাওবনি; মহু ফাওবগী নত্রগা পানবগী চাং থন্না থেন্নে হায়বতনি। মরমহুম্না মী মী অহুগী ফজবা পাম্বগী চাং নত্রগা পাঙল খেন্নবা মতুংইন্না ভাইবংপানবা অসিংবু ফজে নত্রগা হেন্না ফজে নর্ত্রগা খাইদগী হেন্না ফজে। খঙদবা কনানম্মু বসন্তগী য়াচংবা মতম, নুমিৎনা চীংয়া পকপ্রবা, চীংয়া খেমজোং লাংলবা তময়া কোরি চেনবা মতমদা শংবান্নবা লৌবুক, খাদগী হুমললকপা নামিমা মলয়া নুংশিৎনা হুম্বদা মবুক্লিংদা ওইথোকত্রবা নুঙাইবগী ঈপাক্তা তাউই; লাইনা ফারবা মীগুমনা হয়াউনা প্রকৃতিগী ফজবা অহু মিৎফম হোংদনা য়েংঙি, নত্রগা খাঙবা ঙম্মক্তহুনা নুংশিনা নুংশিবগী কোলোয় শকতোকই। মতম অহুদা মহাক কবি নত্রা অমম্মুং মহাক্কী কোলোয় অহুমক কাব্য নত্রা? করিগুম্বা খঙদবা কনা অমম্মু শরৎকী পুর্ণিমাগী থানা লৈচিন থাংদ্রবা শংবান্নবা অতিয়াদা মোমোন নোকপা, অমম্মুং লীক্লাইগুম্না লুরবা পাত্তা কুমথহুনা চান্নরবী থরোগা লোয়নন শান্নবা, নামিবা মলয়া নুংশিৎনা হুম্বদা হয়াওনা জগোই শামিন্নবা নারদ শারবা খাংজেংবা হুত্তিনা লৈরাং শিঙ্গারৈদা ওম্বা মান ত্তৌরবী মালিকা শেফালিকানা শাঙ্কৈরংনবা পিজ আভরন খোথোক্লুনা লংশৈকপা উবদা মাম্মু খঙদনা জগোইগী তাল থাক্লুই। শিঙ্গারৈগী মক্লবা দশা উবদা মমিত্তা ঈরাচেক্লি। অঙাওবা কনাগী মতৌগুম্না ঙাইহাক নোকই, ঙাইহাক কপ্পি, ঙাইহাক হয়াওনা জগোয় শাই, অঙকপা মতৌনি। ঙাইহাক অমা থাঙবা ঙমদহুনা

মুংশিবা কোলোই ঙাংঙ। ফজরবী প্রকৃতিগী ফজবগী ফজরবা রস অমু হেক থকউবা অমুদা ঙাইহাক মুনমুনা লৈতবা ঙমদে—মতম থরগীদমক থম্নবগী পাঙ্গল মাঙখি, উনবগী পাঙ্গল মাঙখি, তানবগী পাঙ্গল মাঙখি, মী অমু মতম থরগীদমক চেদা য়েকপা মূর্ত্তিগুম্না লেঙদনা, উদনা, তাদনা লৈ। তাইবংপানবা অসি মতম থরগী উনগুম চিকখি। মীনা মঙদা চেনগে লাক্লবা তৌইগুম্বস্নুং ঙমদবা মতৌ অমু-গুম্না মহাক মতম থরগীদমক অশিবগুম লৈ। নীংবা পুম্নমক অরেম্বা ওইমুনা তোকই। মতম অমুদা মহাক অমু মতম থরগীদমক কবিনি অমস্নুং মহাককী রাথল অমু অশেংবা কাব্যগী রস নত্রগা অথুপ্পা ঈচেল অমনি। তৌইগুম্বস্নুং মমুদা অরাবদি ঐখোয় মীওইবগী রাহৈ নত্রগা লোল অসি ঙসি ফাওবা মপুং ফাত্রি। মতমমুদা কবিগী ওইরিবা অবস্থা অমস্নুং থল্লিবা রাথল অমু ফোংদোক্লবা মতিক চাবা রাহৈ লৈরম্লবদি পৃথীসে নহান্না স্বর্গগী নন্দন কানন ওইরম্লগদবনি। হৌজিক বিজ্ঞান্না ঙমদবা লৈতে হায়নরি—অরাপ্পদা শকপা ঈশৈ, অরাপ্পদা শান্নবা লীলা নঙগী লৈফমদা ফমমুনা তাবা য়ারে, মাইক্রোফোন্না তারোইদবা তাহল্লে। কেমেরাদা মীগী মশকমক হেক মান্না মমি তাই, তৌইগুম্বস্নুং কবিগী পুক্লিংদা থল্লিবা রাথল অমু থুদক থুদক্তা মমি তাহৌনবা কেমেরা অমত্তং থোক্রম্লবদি তাইবংপানবা অসি নহান্না ঈংলবা শান্তিনিকেতন অমা ওইরমগদবনি। অস্নুন্না মী অয়াম্বা মমু য়ানীংগত্রা থরা অমুমক্তদস্মু থোয়দাত্রবদি মরাইবক ফবা মী থরদি অস্নুন্না মতম অমদা নত্রবস্নু মতম অমদা, কাল পাত্র নত্রগা অবস্থাগী মতুংইন্না অরাবা নত্রগা মুঙাইবগী ভাবনা মুন্দুনা অথুম্বা কবিগী রাথল ফংবা য়াওই। তৌইগুম্বস্নুং অরাবদি পুক্লিংগী রাথল অমু পুক্লিংদা তিন্দুনা তোকই। তেংবানবগী অরাবগী মুঙাইবগী হৌরবা থোক্লেম্না নমহৎখিমুনা মাগী ফজবা স্বর অমু অস্নুম থুইথখি। উরম্বা ফজরবা শকক্রম অমা অশেংবা মঙান্না মুৎথখিবগা লোয়ন লোয়ননা মশেন-মরাং উখি ... মরম অমুমক্তা তাইবং পানবা অসি ওইমুনা লৈরিবনি।

ঐখোয়গী ৱা অসি অওইবা পাম্বা কবিশিংনা য়ানীংদবা ৱাই। মখোয়গী মতম্তি তাইবং পানবগী নীংথিজবা অসি চান-চাননা মাগী হৈ-শিংজবা তুংলিনা য়েক্নুনা খাইদা উৎপা অসিনি। মখোয়গী কাব্যদা অওইবা হায়বদি ইংল্যাণ্ডদা রিয়ালিজম হায়বা অতুনা মরু ওইনা উগনি। রিয়ালিষ্টিক পামবা কবিনা হেন্দোক্না হায়বা পামদে। মখোয়না কবিগী কল্পনা মত্রগা ভাবনা নমথাক তৌবা য়ানীংদে। ফরবস্তু কত্রবস্তু তাইবং পান্নবগী চংশিবা মওং অসিদা অমুস্মক য়েকপা পাম্মী। তৌইগুম্বস্নুং তাইবংপানবা অসিদি মীনা মশা-মশাগী অপাম্বা মতুংইননা তোঙান-তোঙানবা মওং ওইহল্লি। তোঙানবা মীদা তেংবানবগী মশক অসি তোঙান তোঙাল্লি হায়বা অসিনা থাজবা তারবদি তাইবংপানগী অওইবা শকক্ম খঙবা লুই। অতুনা কবিনা মাগী কল্পনাগী মতেং লৌবা নত্তনা অতৈ পাৰে নৈতে। মহাক্না মহাককী তাইবংপানববু মহাককী মীৎনা য়েংবদা উবা মওং অতু মহাক্কী মিদা য়েক্নুনা উৎপা তাই। মতুদা তোং-জবদি ঐখোয়না ঐখোয়গী মীৎনা উবা ফংদবা অতু মহাক্না য়েক্নুনা ঐখোয়দা মাঙদা উৎলি। ঐখোয়গী মীৎনা উরিবা মওং অতু শেংনা মুথৎতুনা মহাক্না উবা মওং অতু ঐখোয়দা উৎপী। শন্না হায়রবদা কবিনা মাগী কল্পনাগী পাঙ্গলনা ঐখোয়গী উইশিললিবা মীৎ পাঙহল্লি। মতুদা করিগুম্বা অমোৎপা নৈরবস্নু মতু শেংদোকপী। মফম অসিদা মতুগী কান্নবা কান্নদবগী মরমদা শাংনা ইতুনা ঐখোয়গী ৱারেং অসি অমুক শাংদোকহল্লরোই। মথক্তা ইরিবা খরা অসিদগী ঐখোয়না কবি কনাবু কৌবগে অমম্নুং কাব্য হায়বনা করিনো হায়বা খঙলে, সংস্কৃত অলংকার শাস্ত্রদা "কাব্যং রসাত্মাকং কাব্যং" হায়, তৌইগুম্বস্নুং রস য়াওবা কাব্য হায়বনা করিনো, ঐখোয় খঙদে অমম্নুং খঙবস্নু অরাইবা নত্তে লুই। ঐখোয়না থাজবদি মথক্তা হায়খ্রিবা মপুগী থোজান ফংলবা মীশিং অসি-তনা অশেংবা কবিনি অমম্নুং মখোয়না হায়দোরকপা ৱাহৈশিং অতুনা অশেংবা কাব্যনি। মীওইবগী ৱাহৈ হায়বা অসিদি মখোয়গী ৱাখল্লগী

মতুং ইনবনি। সংস্কৃত কাব্য পামদবা কনাগুম্বনা ঐখোয়গী মত অসিদা অথাবা মীৎয়েংনা য়েংবা য়াই। ত্তোইগুম্বসুং ঐখোয়না হায়নিংঙি কবি হায়বা অসিদি নোংমদোন অতিয়া মথক্তা লৈচিনখেৎনা পাইরবা উচেক লাংমৈদোনমক্তদগীসু হেন্না মনিং মথা ত্তম্বনি। মশানা ব্যাকরণগী চেৎলবা য়োৎহিলং চন্দুনা লৈবা মহৌশানা পামদে। ঐখোয়না কাব্যগী নিয়ম কানুন শেম্বা য়াই, ত্তোইগুম্বসুং মহ্ অপাবা মীগী পুক্নিংনা কান্নদবা য়াই। থাঙ্গেশেংবা কবিদি—কনাগসু মরি লৈত্তবা, ত্তোঙানবা জগৎ অমদা চৎপ্রবা ত্তোঙানবা জীব অমগুম্বনি। শমনা হায়রবদা—কবিবু করিগুম্বা ব্যাকরণনচিংবগী নিয়ম্না পূনবা ঙমদে অমসুং পুনসিনহনবসু চুমদে। কবিনা অহানবনি, মতুংইন্না কাব্যগী নিয়মনি। প্রতিভা লৈবা কবি কনাগুম্বনা শীজিন্নবা নিয়ম মতুংইন্না কাব্যগী নিয়ম শেম্বনি। অইবা মী অহনা কবিনি, মানা ইরিবমথৈ কাব্যনি হায়বসু য়াদে। প্রতিভাগী লম অসিদি নীংবগী মথা পোনবা নত্তে। থাঙ্গেশেংবা কবিত্ব ফংলবা মীগীদি মত্তম অহ্গী য়াথল কোঙদোক্নবা মীওইবগী য়াহৈ লৈত্তে। কবিত্ব ভাব চত্তবা কাঅদা থনবা য়াথন অহ্ ইনবা কলম পায়বা মত্তমদা মহ্গী শরুক থয়দা ফংঙি। সুঙাইবা হায়বা অসি জগৎকী অপাম্বনি। কবিগীদি কল্পনানা মহ্ পী অমসুং মানা মহ্ ঐখোয়দা উৎলি। মহ্ রিয়ালিজমগী মতুংইন্না কল্পনানা কোঙদোক্নবদি কবিত্ব শক্তি ময়েং ত্তাই।

লমাবম কমল সিংহ

# কাঞ্চি কোকিল

"ব্লারক্তা পানবা তয়াল্লা ?
লৈখোক্তা য়েৎপা লিলথাক্লা ?
অমুনবা হৈদা চংবা তীল্লা ?
অথেঙবদা খোংবা কোকিল্লা ?"

নিংথিজরবা শরত পূর্ণিমাগী অহীংনি। মপুংফারবা থাগী থাবল্লা মালেম অসি অঙোবা ফিজংগী মতোগুম্না পুমকুপ কুপথ্রে। অরাপ্পদা লৈবা শংবাল্লবা চীংমাল খিবিক লৈচিল-নোংফাইনা পানা কুপথ্রে। অহীংগী মতম থেংজিল্লক্লে। কাঞ্চিপুরগী য়ুম খুদিংমক্তা অহল-লমন, পাথং-লৈশাবী, মুপী-অঙাং পুম্নমক মহৈ মহৈ মুঙাইনা তুম্নখ্রে। মফম খুদিংদা উনমুক চিকথ্রে। মরক মরক্তা উনা অকংবা কেল্লকপগী অমম্বুং য়াওল্লকপা উচেক-ব্লায়ানা থংহৈদনা খোংলকপগী খোঞ্জেল নত্তনা করি-গুম্বা খোঞ্জেল অমত্তা তাবা লৈখিদ্রে। অম্বুমতোনা উচেক ব্লায়া খোংখিদ্রবা উ-ব্লা পুম্নমক চপ লেপতুনা লৈথ্রবা, জীব পুম্নমক তুমথ্রবা, মীচিক মীরাউখোল তাখিদ্রবা অহীং অসিদা মুংশি মৈচাক ফংলবী উরিরৈদি শেগাইরবা থাংপোকশঙ অমগী মহুংদা ব্লাচেৎকী ফমুং মথক্তা ফমহুনা মিৎলুদগী পি তরং তরং শিম্বরি। থেংলবা অহীং অহুদা, পাক চাউরবা অতিয়াদা থা কোবা লাইনা চিকনা মথল্লতা থোকতুনা লাইবক-থীবী অসিগীদমক অরাবা ফোঙদাক্রিমাল্লে ! ফক্লাংগী অহোবদা থাগী মঙাল চংহুনা পিনা চোৎলবা খজাই অনী অহু পুম্নং লংথ্রে। করম্বা মতমদা বীরেনবু উবা ফংগদগে হায়বা ব্লাখল অসিদা লুপ্তুনা লৈথ্রে অমম্বুং মহাক্কী থম্মোয় লকানুংদা য়েক্তুনা থমথ্রবা, "থেংলবা অহীংদা পুথ্রী মপান্দা হৌরিবা লৈহাউ পাম্বী অসিদা তোংহুনা খোংবা কোকিল অহু ঐনি হায়না নীংবীয়ু" হায়বা বীরেনগী খাইনরমদাইগী অকোনবা ব্লাহৈ অহু হন্না হন্না নীংশিংবা হৌরক্লে। কোকিল হায়বা অহু

মপোকচৈঙগী মশক উত্রি, মখোল করম তোবা অদুম্ তাত্রি,অদুম ওইনমক অথঙবা মীদা কোকিলগী রা হংজবদা তাকপীবা অদুগী মতুংইন্না, মশক মচু মখোল হন্না হন্না মপুক্লিংদা খনবা হৌরক্লে অমম্বুং কোকিল হায়বা উচেক অদুবু পুক্লিংদা য়াম্না হুংশিখি—কোকিলগী রারী শাবনা পোত্থানবা ওইরি। মপুক্লিংদা হন্না হন্না খনবা মরমদগী কোকিলগী শকফম, খোঞ্জেল মাগী থোপতা চঙথ্রে। মিং উইশিনবদা মমাঙদা হঙ্গংহন্দা পাইবগুম নীংলে।

অম্মুম তৌনা কোকিলগী রাখন্দা মপুক্লিং লুপতুনা লৈরিবৈগী মতমদা খঙহৌদনা, উনা অপুংবা মরক্তগী চেক্লা অমনা মিরবা খোঞ্জেলনা "কূউ" হায়না খোংলকপগুম তারে। ইচিক হল্লক্লবা অহীং অদুদা খোঞ্জেল অদু পাকচাউরবা অতিয়াদা তিনখ্রে। অমুক হন্না খোম্বাং অমা হেনগৎনা উনা অপুংবা অদু পুমনিল নিনহন্দুনা "কূউ" হায়না খোংলকপা তারে। খোঞ্জেল অদু হেক তাবদা হকচাং পুন্নমক তুচুংলকই ফম্নম্বদগী চপ হেক লেপখৎলকই অমম্বুং "করি উচেকনো অহীং অসিদা ঐগী থম্মোয় থিনগাইদুনা খোংলিবা অসিবো" হায়দুনা ফক্লাং অহোবদা মাইথোং থম্বাল অদু চেপ্না য়েংথোরকই। হন্দকমুকম্ পুক্লিংদুবা খোঞ্জেল্লা "কূউ" হায়না খোংলকপা তারে। উরীরৈ পুক্লিং তপথবা য়াখিদ্রে। হুপীমচা ওইবগী অকি-অখং হন্দোক্তুনা মপান্দা চেম্মোক্লক্লে অমম্বুং কোকিল অদু হেক মফারগে হায়না খোংলকপা মায়কৈ অদোমদা চেন-শিনখ্রে। ওম্মোকপনি অমুক হন্না খোংলকপা তাখিদ্রে।

বীরেনগী আত্মানা কোকিল ওইদুনা পাইরক্লত্রা নত্রগা উরীরৈগী রারবা থম্মোয় অদুদা করিগুম্বা চেক্লা অমনা খোংলকপবু কোকিলনি খনগ্রবনরা অমদি উরীরৈগী অরাবমক্তবু হেনগৎহনগে হায়দুনা করিগুম্বা থঙবা ঙমদ্রবা নোংদম অমগী মতুংইন্না থাঙ্গৈশেংনা কোকিলমক পাইরক-ত্রা খঙদ্রে—খোঞ্জেল অদু তশেং তশেংনা "কূউ" হায়না উরীরৈনা তাখি। মতম অদুদা উরীরৈগী পুক্লিংদা খনখ্রিবা অরাবা রাখল অদু পুক্লিংদা পাল্লে—লোলগী মপুং ফাদবনরা, মপুং ফারবম্ মানা ইত্তেং পাংবীদবনরা

থঙত্রে উরীরৈগী অয়াবা অসি পুক্লিংদা পাল্লিবা অসিগা চপ মান্নবা ফোঙ-দোকপা ঙমদ্রে। মশাদি পান্দনা অতিয়াদা কোয়পাই পাইনিংবগুম্না মমিৎ তাঙবনা প্রকৃতিগী ফজবা য়েংনিংবগুম্না লোল থোক্রুবদা উরীরৈগী অয়াবা অদু ফোঙদোকে লাক্লবা অরেম্বা থৌয়াংনি।

থোঙ্গাল মনাকমক্তদা মযুংনা ঙম্বা চাউরবা পুত্রী অমা লৈ। পুত্রী অদুগী অকোয়বা মাইল মথায় অমরোম শাংই। পুত্রী অদুগী মায়কৈ মরিমক্তা অচৌ অচৌবা উপাল হৌদুনা পুত্রী অদু থোইদোক্লা শুক্লা উরি, নোংচুপথংবা মপান্দা হৌবা অচৌবা লৈহাউ পাম্বী অমগী অচৌবা মশা অমা পুত্রীগী ময়াইরোমদা শন্দোকখিদুনা মনাগী অরুম্বনা নেমথরক্নুনা ঈশিংগা শন্নরি। মীনা পুত্রী অসিদা লাইরেন লৈ হায়নৈ।

থাইনমৈচাক্লা ঙাওরবী, সুংশিবগী য়াথল্লা থোংথাঙ থিল্লবী অমহিক্তি কোকিল ফানিংবনা তনিক তনিক্লবী উরীরৈনা পুত্রীগী মপালয়োনা চংশিনখ্রে "পাম্বুবনা লৈহাউ পাম্বী অসিবু খুদোম্বীনা থিল্লম্বী" হায়দুনা অইংবা অহীং ওইদুনমকসু লৈহাউ পাম্বীগী মরুমদা ফম্নগা অয়া মৈচাক কোকত্রা হায়দুনা' চংশিনখিদুনা ফমলুরে। তাঙা অদুমক্তদা চেক্লা অদুনা লৈহাউ পাম্বীগী মথক্তা ফুইনা ফুইনা 'কুউ' 'কুউ' হায়না খোংগৎলক্লে, মদু তারবদা উরীরৈনা মতম কুইনা মাঙথ্রবা বীয়েনবু অমুক হন্না ফংবগুম সুঙাইথ্রদুনা থম্মোমক্নসু তমজনবগী মশক ওইরবা, নোরবা পাম্বোম অনী অদু থাজত্তুনা হায়রকই—"লাউ লাউ,কোকিল অমুক্তদি পাইথরকউ; ঐগী পাপ চেল্লবা পাম্বোম অসিদা শগাই তোংগুম্না তোংদুনা ননীংতম্না খোংলো লাউ। ঐগী থম্মোয় অসিদা নঙবু কোনশিঙ্গরগা পাম্বুবগী মৈচাক মুৎচগে, সুংশিবগী সেবা ফংবা শকচগে। লাউ কোকিল অমুক্তা পাই-থরকউ।" সুংশিহৈত্তবা চেক্লা অদুদি মহাকমক্কী খোজেন্দগীসু হেন্না মেংলবা য়াহৈনা পি মরিক মরিক্তা লোয়ননা হায়জরিবা য়া অদু থক তাবা লৈতে। ময়া কাথোক্নুনা মনীংতম্না হন্না হন্না খোংলি। মতম থরা ঙাইরম্বদগী চেক্লা অদুনা পাইথরকপা মরৈথিত্রবদা উরীরৈগী পুক্লিংদা চেক্লা অদু

ফারগে হায়না নীংথ্রে। মপুক্লিং অহু নুংশিবগা নুঙাইত্তবগা য়ান্নথ্রে। ঙমগনি ঙম্মোয় রাখল ইতৌ তৌদনা লৈহাউগী পাম্বী অহু কোন্দুনা কাখৎলক্লে। নুপীমচা ওইবনা মহৌশানা উ কাবা হৈতহুনা অনীরক অহুম্নক নাম্বহুনা তারে – অহুফাওবা ত্তোকপা লৈতে, মমৈথংদদি মশা য়াম্না পানবা উপাল ওইবনা মথং মথং কাখৎখিহুনা উনাপুংবা য়ৌথ্রে। মতম অহুফাওবা চেক্লা অহু খোংবা লেপত্রি—নীংবা থুংনা খোঞ্জেল রাংনা রাংনা খোংলি। পাঠক! শরৎ থাদা থাবন্না মপুং ফারবদা থাইনা মৈচাক্না ঙাওরবী উরীরৈ অসি অমুক্তা য়েংশিনবীয়ু। উপান্দা উরী য়েৎথ্রে। লৈহাউ পাম্বী অহু মতম নত্তনা লৈরোন শাৎথ্রে। কোকিল তোংথ্রে। মিকুপ অমগীদমক মফম অহু বসন্তনা থৌগল তৌথ্রে। কোকিল তোংলবা, মিকুপ অমগীদমক শাৎলরিবা লৈগা লোইনরিবা উনা পুংবা উপালগী মমি পুথ্রি মনুংদা তাথ্রে। মিকুপ অমগীদমক নুংশিং লেপথ্রে। উ-রা পুম্নমক মিকুপ অমগী তুংদা থোক্লগদবা অরাবা উরহুনা তুমিন তুমিন লেপথ্রে। থরান্মিচাক খিবিক্লাথাইনমৈচাক্কী খমথেংনা রাবা উহুনা তনিক তনিকথ্রে। থা কৌবা লাইনা অসিগুম্বা অরাবা অসি য়েংহৈদ্রে হায়হুনা নোংচুপথংবা চীং মরুমদা হাইথরক্লে।

উরীরৈনা মথংশিংনা কাখৎলক্কুনা চেক্লা অহু ফারগে হায়না মখুৎ হেক তিংথোক্লকপমক্তদা চেক্লাহু পাইথোকখিহুনা, পুথ্রীরোমদা শন্দোকখ্রিবা উশা অহুগী মতোন্দা তোংলুরে। ফারনি হায়না নুঙাইরম্বদগী চেক্লা অহু পাইথোকপ্রবদা উরীরৈগী পুক্লিংদা নীংবা কায়বা খিবিক্লা তিনথ্রে। লাকচৈদা হায়না থন্দুনা চীনবান মথক-মখা চীকথ্রে! অথোৎপা অমনুং অনৌবনা তিম্লবা শকফম অহু মিকুপ অমগী মনুংদা অশাওবগী শকফম পুথ্রে। ফৈ ফত্তে হায়বা লৌশিং মাঙথ্রে। চেক্লা তম্না উশা মথক্তা মখুৎ পুমথা থাহুনা পরপ পরপ চেনশিনথ্রে। হা ওম্মোকপনি! চেক্লাসু ফাবা ঙমদনা খোঙফম নাম্মোকখিহুনা অরুবা পুথ্রী ময়ায়দা "ঝম" লাউন্না তাথ্রে! ঈপোমগা লোয়নরবা ঈথক্লা করিম্বু তৌনিঙাই লৈত্রহুনা হন্না হন্না লৈরাইদা য়ৈবা হৌরক্লে।

---

লম্যাবম কমল সিংহ

# মাধবীগী পুকচেল হোংবা

মাধবীবু মতম কুইনা উখিদ্রে। মাবু নুংশিবা ইখঙ খঙদবা নুপীমচ অমা ওইনা ঐখোয়না উখি। অওইবমক্তি মহু নত্তে। ধীরেনবু ইনু নুংশিদবা নত্তে। ইহান হানবা উনবদা মহাক্কী মপুন্সি ধীরেন্দা কখোকখ্রে অহুম ওইনমক মহাক্না পাখংগী অরেপ্পা নাইদবা পুকচেলবু য়াম্না হঙ্গোইখি অমম্নুং পাখংশিংগী নুংশিবা হায়বা অসি থম্মোয় লকানুংদগী পোক্লক্তমাল্লে মিত্তুগী পোক্লকপমাল্লে হায়না থাজখি। থোইদোক্লম্মু নুপীমচা ওইবীশিংন মপুক্লিংদা নুংশিবা পোক্লবম্মু নুংশিদে হায়শিন্নৈ, য়েংনীংবমক লৈরবম্ম য়েংনিংদে হায়শিন্নৈ করিননো হায়ববু ম্রানা ফংবা পোং অহু মমলম্মু খর কাওখৎলি। মরম অসিনা মাধবীনা ধীরেন্দা থোইদোক্লা নুংশিবা উৎথিদে তৌইগুম্বম্নুং মাগী থম্মোয়দদি ধীরেনবু চেৎনা ফাজিন্দুনা থমখ্রে। মহাক্কী অঙাওবা পুকচেল অহুদা নুংশি মৈচাক চঙখ্রে। নক্লরিঙৈগী মতমদা লাপ্ন নীংলম্বা অহু লাপ্নরবা মতমদা নক্লা নীংলক্লে,—মসি নুংশিবগী হৌনশা ওইরমাল্লে। মতম কুইনা ধীরেনগা উনররোই থনবদা, হান্না খব্না খব্লা ম্রারম্বা অহু শরূক চামা হেন্না ম্রারক্লে,—অহানবদা নুংশিরম্বা অহুদগী শরুক চামা হেন্না নুংশিরক্লে। মহাক্লা করেম্নহুনা, ফাগী ফারাং তৌহুনা ঙাওখিবা ম্রা পুম্নমক অহুনা হৌজিক্তি মহু পুবা লিলগী মতৌগুম্না মাগী থোপতা চীকপা হৌরক্লে। মাধবীনা খল্লকই "নুংশিবা হায়বা অসি অতোপ্পা সংসার অমনি, সংসার অসিগী মনুংদা চঙখ্রবদি মমল য়াম্বা পোং ঙাক্তনা মমল য়ামদে, অহাউবা পোং ঙাক্তনম্মু থোইনা হাউতে, নুংশিরিবা পোংশক অহুগা মন্নী নক্লবা পোং অহুনা মমল য়ামখ্রবম্মু য়াম্লে হাউত্রবম্মু হাউরে, ধীরবম্মু ফজরে! খঙলে—নুংশিবা হায়বা অসি পোংশক অমত্তুদা তুংহুনা লৈরবদি মথুম খুমজিনবা উপুগী মনুংদা ফাজিনবগুম্না য়াম্না অরাবগী মশক্নি। ঐগী নুংশিবা ম্রাখল অসি মী অমত্তুদা লেপহুনা তাইবংপানবা পুম্নমক্তা

চাইথোকপা ঙম্নবদি অরাবা পুন্নমক কোক্কদবনিকো। অম্মুক য়াম্বা অরাবগী মপৈ অসি কোন্দুনা ধীরেন্না লাকত্রিবা মতম ফাওবা থরায় হিংগনি হায়বা থাজদ্রে ; অরাবা অসি কোক্লবগীদমক হৈবোক চীংগী লোকহুং অমদা লাই নীংহুনা লৈরগে, মহুগা লোয়ন-লোয়ননা খুদোংথিবদা তারবা লম্বী চৎপা মীশিংগী মতেং পাংগে।”

“তাইবংপানবদা মী ওইনা পোক্লগা পুক থন্না চাহুনা, ফজবা ফিরোল শেত্তুনা থরায় হিংবদি করিস্মু কান্নদে ; মীগী উপকার তৌবা ঙম্নবদি অথোইবনি। অথোইবা থবক অসি তানগে হায়রবদি স্বার্থত্যাগ তৌগদবনি, ইকাইবা থাদোক্কদবনি, মীনা য়েংথিবা কিরোইদবনি, মীনা চৈববু থাগৎপনি নীংগদবনি, মীনা ফুরগা হুংশিহুনা নানবীবগা চপ মান্ননা নীংগদবনি। হা ঈশ্বর ! পাঙ্গলশোনবী হুপীমচা ওইনা পোক্লবী ঐহাক্না, সমুদ্রগী মতোগুম্না পুকচেল চাউরবা স্বার্থত্যাগকী মরিক অমত্তং লৌজবা ঙম্নবা পাঙ্গল পীবীগদ্রা ? সমাজগী কান্ননবা থজিক্তং লাক্লনবা অথোবা পুকচেল পীবীগদ্রা ? হে দয়াময় ! হকচাংগী পাঙ্গলশোল্লবী , পুক্লিংগী পাঙ্গলশোল্লবী অন্ধবিশ্বাসগী কুয়োম্না য়োমহুনা পোক্লক্লবী ঐঙোন্দা অন্ধবিশ্বাসনা কুপহুনা থম্লবা অমম্বা সমাজগী মনুংদা স্বার্থত্যাগকী মঙাল থজিক্তং উৎননবা পাঙ্গল পীবীয়ু।”

রাখল পুন্নমক অসি তৌহুনা মাধবীনা হৈবোক চীংগী লোকহুংদা মথন্নতা লাই নীংগে হায়না মপুক্লিং লেপখ্রে। অহানবদা ফিজেৎ লৈত্তেংগী মরমদা পুক্লিং ফাজিনবা হৌরক্লে ; হুপীমচা ওইবগী শেৎনিং চানিংবা অরাঅহেনবা থাদোক্তুনা লৈঙাংশংবা ফি শেৎপা হৌরক্লে। অহুগী মতুংদাচাবথকপগী মরমদা পুক্লিং ফাজিনবা হৌরক্লে। মখল মখা অয়াম্বা অহাও-অথুম চারম্বা থাদোক্তুনা চাক্না থুমগতা চাহুনা মপুক থনবা হৌরক্লে অম্মুম তৌনা চীংগী লোকহুং অমদা লম্বোইবীগী মশক লৌহুনা লাইনীংবা হৌরক্লে। লমদম অহু থরা চীকপা মরমদগী ডাকুশিংনা,কনাগুম্বা মথন্নতা লংফৈচৎপা মীশিংগী মপোৎ মচৈ মুন্দুনা লৌবি। করিগুম্বদা মীগী মথরাই মাংহনবস্মু য়াওই।

মাধবীনা মশমমনা থাদোত্তুনা মরৈ তমখোক্তুনা, মথুক্তা থাংশাং অমা

পায়দুনা লাউ-থোংদুনা চেনশিল্লি। অম্সুম তৌনা খুদোংথীবা তারবা লংফৈ চৎপা মীশিংবু ডাকুগী মথুত্তগী কনবী। উরীরৈবু কনবিথিবস্নু মহাক্লি। মতুং অদুদদি "হৈবোক লাইরেম্মা মথি ফোংই", "হিয়াং অথোবা থোকই" অসিনচিংবা হায়দুনা—ডাকুশিংমক্লসু কিদুনা মফম অদুদা চৎনখিদ্রে, উপদ্রপস্নু খরা ফখ্রে।

ধন্যনি মাধবী নঙগী থৌরাং। থম্বাল চামনিপালগী মতৌগুন্না থোংলবা নঙগী থম্মোয় মনুংদা বজ্রগী মতৌগুন্না কল্লবা পূকচেল অসি লোৎলিবোই। লশিংগী মনুংদা তীল লৈবা অঙকপা নত্তে, কোঙ্গ্রেংগী মনুংদা মুক্তা লৈবা অঙকপা নত্তে, চোঙ্গাংগী মনুংদা মচিকাবা, মরুভূমিদা মরুদ্যান লৈবা, সমুদ্রগী মনুংদা চীং লৈবা ওইথোক্তবা নত্তে তৌইগুম্বস্নুং পঙলবা ওইনা— চাউগনবা, নীঙাইচাউগনবা, নবৈবাক্তগী মপাল থোকত্রিবা মাধবী নঙগী থৌরাং ন্নাথল অঙকপনি।

মৈতৈ মচাগী মরাইবক থীবা মরন্না স্বার্থত্যাগকী থুদম উৎখিবা মী খরা তাংই। স্বার্থত্যাগকী ন্নাংলবা অমস্নুং মনা পুংলবা শিদহিদাক পাম্বী অদু মশক য়েংগে হায়রবদি মণিপুরগী অন্নাংবা চীং কাখত্তুনা, তুরেল অচৌবা চেনবা, পাক্লবা লৈতেম মান্নবা ভারতকী লমদম অতৈদা য়েংথবা তারে, —মদুদা উগনি—মশা-মরেংনা ফল্লবা উজাউ কয়ানা মাগী মরুমদা অরা-অনা কয়া পোত্থাহনগ্রবা। উজাও কয়ানা চাবা ফংদ্রবা লাইরবদা উহৈ পীজে উজাউ কয়ানা নোংলৈ নুংশিৎ ঙাক্তুনা মাগী মরুমদা মী কয়া পোত্থাহনগ্রবা! উজাও কয়ানা মথক্তা তোংহন্দুনা মতুশোনবা মীবু মায়কৈ মরিমকী ঈরাং উহল্লি, উজাও কযানা হি ওইদুনা সমাজগী অথুবা তুরেল মনুংদা ঈরাক্লদুনা শিগদৌরিবা মীশিংবু মথক্তা তোংহন্দুনা পাকচাউরবা শান্তিগী মশক ওইরবা সমুদ্রতন্না চেম্বরি। মৈতৈগী লমদমদা করিগুম্বা অচৌবা পাম্বী হোরক্লবস্নু মদু চীংবু নমথত্তুনা হেন্না ন্নাংবা ঙমদে অমস্নুং ভারতকী লৈতেম মান্নবা লমদমগী মথক্তা শিংলিবা সমুদ্রদগী হৌরকপা অইংবা নুংশিৎ অদু মৈতৈ লমদমদা য়ৌবা ঙমদে।

---

হিজম অঙাংহল সিংহ

# থম্বাল

অচৌবা পৃথিবী অসিবু মপান নাইদ্রবা লুরবা, পাক চাউরবা সমুদ্র অমনা কুপ্পুনা থম্মি। অসিগুম্বা সংসার সমুদ্র অসিগী করম্বা মফমদা কয়া লুবগে হায়বা অসি কল্পনাগী থৌবী লিতোন্দা অনুভূতিগী নুংথ্থুম পুল্লগা থাদথুনা পৃথিবীনা হৌরকপদগী ঙসি ফাওবা ওন্নরকই। মফম অসিদা অম্মুক লুই হায়বা অসি ঙসি ফাওবা ওনবা লোইদ্রি, অসিনা মথৌ ওইথুনা (অয়াম্বা মীরোন কয়ানি) লৈনরকই। ঈরোন-স্থুং অসিদা হী য়াই কয়া লৈ হায়নবা মখৈদি হায়নরকই।

ঈপাক অসিগী ঈশিংনা পাইথংথিথুনা নোং ওইনা অমুক তারে। তীন কাং নাপীদগী জীব পুম্বনা অমৃত অসিবু থক্লুনা ময়োন চোংনরি, হিংনরি। পৃথিবী অসিবু ফারি। নক্ষত্রবদি উফুল ওইনা পাইথ্রগদবনি। তু-খোং তুরেনগী ঈশিং পীকই হায়থুনা তোঙানবা নত্তে, ঈপাক অসিদগী ঙাক্তনি। অরাববু নুঙাইহনবা নুঙাইববু কাঙহনবা সুম্বা মাগী গুণনি। সুম্বা অমৃত অসিদা লুপ্পুনা থম্বাল অসি মাঙগদৌরে।

মানা অমগী কান্নবা লৈরক্রবা অথুনা অতোপ্পা অমগী মাঙনবা ওই-রকপা হায়বা অসি হৌনবনি। অশি-হৈবোং কৌবা উনা, উনি হায়বগী কান্নবা লৈতবা, মশাগী কান্নবদা নীংবা মীগুম্না উখোংনচিংবা ওইথুনা খাই-দৌনা তৌদ্রবনা খাইগী অমাঙবা ওইরে। জীববু লৌরমদাইদা থম্নুং কিকোই লৌওনবীগী খুংলাই ওইনৈ। অসি হৈবোংদা নত্তে—মাগী কান্নবা য়েংবা, মীগী য়েংদবা থোইমু অসিস্মু মথু মঙায়রে, থম্বালনা অয়ো মন্নুং-চন, তৌরাং ফক্তা ওন্দুনা থোইমু মগুংলাংগী মাঙবা তারক্রবদা থম্নুং কিকোই লৌওনবীনা থোইমুবু খুংলাই ওইনা শীজিন্নথুনা থম্বালগী থরায়বু কৌথোক্ক-দৌরি। হায়রিবা অসিনি—মশাগী ওইজবদা ময়েংলবা মানা মীগী মাঙনবা ওইরবা হায়বসিদি শোয়দ্রবনি।

সমাজ অমবু থুত্নম চনগে হায়না হোৎনরকপদা সমাজ অত্নগী মন্নুংদগী পিরেলহৈগুম্বা অমবু থিরগা মানা থুৎলাই ওইত্নুনা সমাজ অত্নমকপু লাকশিনবা ঙমই। লৈরাং লৈকোনন্নুং অত্নুবু মাঙহনগে তৌরকইবা লাই অত্নুনা খোইমুবু—খোইমু মশুংলাগী লৈরাংমথৈ কাং-খোং চাইনরকএ। চোইরব্লবা তোল্ল-তারবা মতমদা—মীগী মীচ' লৈরক্তে—থম্বালগী মীচং লৈরক্তরে। মাবু উরগা মরুপ মপাংনা লৈথোক্লরে। হুংশিরক্তরে শরু-চুর মাঙথরকপগা চান্নরম্বা হুমিংনা থম্বাল মাগী পুথ্রী লাইজ অত্নুবু কংহনবা হৌরক্লে। অয়াকপা উলেন্না য়ৈবিররে। হুমিংকী মৈশানা চাকথেরক্লে মপাও পুরম্বা হুংশিংনা মৈশা পুত্নুনা শিংলরে। উখোং ব্লাখোংদা লেনবা অঙাওবীগুম্না মাগী লৈফম লৈরকতরে।

"থম্বাল হায়বী অসি পাং-থি-কোমথি লৈকু লৈরাই মচানি. করি লৈতবনি" হায়বিরক্লে। উন্না য়ৈত্নুনা মনা কংলে, ঈশিং কংথরে হুংশাগী মৈশা থাঙবা ঙমদত্নুনা লৈখোমদা চঙত্নুনা খোইমুবু লাইশোন ওইত্নুনা থাঙ-ঙকই য়েক্লবনা লৈখোম হুংদগী থম্বৌ ওইনা থম্বালবু ফারে। মতেক মতেক থুদেকপীরে। অসি ফাওবদা থম্বাল মবুক মুরমদে-ঙৌরোক ঙৌরমই মবুক অদো ইহো হোরমই। মতেক-মতেক তারবা ফাওবা মপুরোইববু নীংজবগী শিঙেল মাগী লংজানা মশা অদো অমগা অমগা তৎন-থানা লৈনদে।

অতৈ কংফাল লৈরাংশিংবুদি হুঙাই—য়াইফ মচা ওইনা য়োকই। ইংথম উল্লেন কনবি, মখোং শোমই, পুং মতম কায়দনা মালী থমত্নুনা লাইজ থিক্লম পীনবী। তিন-কাং মহিক-মতাং তোংগনি, তোংফদে হায়ত্নুনা ঙাকই। থম্বাল মাদি লমজা মদোম তোকচরে। পলেম-পম্বৌ কায়থ্রবদা মচেম মচন পুম্বনা অতোন—অতাংবু লমজা লৈরি হায়বা তাইবংনা কাউনবগুম থম্বালবু কাউনরক্লে।

পুথ্রী লাইজ হুংদো লৈকং ওইরক্লে লৈতংগাই ঙাক্তা ওইরে। থম্বালগী মমিং মতাংদা মঙা ইরকএ। অসি ফাওবদা খোইমু মাবু কাউদরি, মরৈ লৈয়েংদা তত্তনা শোল্লি। লিক্লা ফাওবা তাখিদরে মপুরোইবগী নাম

শোনবদা লৈয়েং কাইরে। অসি ফাওবদা "থম্বাল কোবা ঐবু মাঙবা তারে করি উপাই লৈবগে" হায়বা মমঙদস্মু খল্লুবা লৈতে। লৈয়েংদা খোইমু হায়বা ময়েক অসি ইখরে।

কোরৌ চাকচমাং অমগী অপীকপা মতাং অমত্তং থম্বাল কোবী লৈরাংনা লৈকোল পুথ্রী লাইজথক্তা শাৎলমই। ঙসিদি অউবগী থম্মোয়গী লৈকোল পুথ্রী লাইজথক্তা শাৎখরে। থম্বালগী মকোক, খোইমুগী ওক্তবা লৈরাং অতৈগী মতৌসিবু লৈকোল লমদমসিদা হৌরিবা পামেন পুন্সিবশিংনা উরকই। লৈরাং খোইমু মরোল মরোল ওইরবএ। অরাবা হুঙাইবা অনীনা পুরিবা লমদম অসিগী ঙমখৈ থিবা ফংলক্তরে। য়েংবা ঙম্মকতরে-উয়ুং পাম্বীশিংনা লৈকোল থাদোকখরে। অম্মকপা চীংগী লোক অরাংবা চীংদোং, অপাকপা অচীকপা লমদম লমজাওদা তোপ্না হৌথরে।

অথাপ্পদগী য়েংবদা পামেনশিংবু উজাও চীংজাও হায়হ্নুা লুম্না পুক্লীং হুনা উথরে নীংথিজরে। রাখল চাউবশিংগী রাখলগী লংজা ওইরকই। সাধু বৈষ্ণব যোগী মুনি ঋষিশিংগী মতৌনি,—নোংদোন— সেকপিল ওইহ্নুা লৈপাক ঙাকপা নিংথৌগুমই। পুক্লীং অসি তপথহল্লি। লোন-চৎনবা পংনা ঙমদবা বেদ পুরানগী মতৌগুম্না পামেন অসিগী মথোংদি পংনা য়োবা ঙম্মদরে, পুক্লীং চেৎপা যোগীগুমথরে তাইবংগী রাবা কোক্লবা যোগীশিংনা তৌবগুম-পামেনশিংনা খোইমু লৈরাংগী মতৌ উবদগী পামেন্না লাইনিং পরৈ চেৎখি। হেরা মনি মুক্তা পামদ্রবা, মশক উবদা শানা শাগী পুকচেল কোক্লবা, মখোয়গী খুৎন শোকপদা হুং ফাওবা পেৎলবা, জীবতবু হুংশিগ্রবা মহোয়তনা পাওতাক পীবদা :—"সতীনা মপু- রোইববু নীংবগুম লাইবু নিংগনি" হায়। শুম্না সতীবু থাগৎলি। যোগীশিং অসিনা লাইগী মমিং শোনবদা মশিং থংদরবদা, খোইমুগী লুথাক ওন্নবা থম্বালগী থমচেৎ মরু অকংবনস্মু তাইবং সতীশিংনা জীবদা পাওতাক পীবগুম্না যোগীশিংদা মশিং তাকই। তাইবং ঐনা তৌবগুম থম্বাল পুং মচেৎ অমতগী পুন্সিদা চহি কয়া পুন্সিবা পামেলগী পুন্সিগী লম্বী চিংই।

তাইবং সতীগী পুক্নিং লোদ্নুনা জীবদা যোগীশিংনা পাওতাক পি। অসিগুম্না যোগীশিংবু থম্বালনা নামগী মশিং তাকপি। থম্বাল মাগী মগুন্দি নিংথিজে। শিঙেল—মপান লৈবাং ওইবা, মহৈ তাওজিং হৈ ওইবা; মনা তাংগ লা—ওইবা, মবুক—হোবা—মক্তবা, খাংহৈবগী লংজানা মপুরোইবগী মফমদা লৈরাং মাগী থম্মোযদগী তৎন থান লৈতবী থম্বালগী পুন্সি ওনখরে।

---

অশাংবম মীনকেতন সিংহ

# মণিপুরী লোকসাহিত্য

মণিপুর চীংগী পল্লোন্নংদ, হেৈজ মদোম হেজবী, ভাজে মদোম ভাজবী, নীংথিরবী লৈবাক্নি। চীংদা য়েংঙুই মনীংথি; তমদা য়েংঙি মফজে; য়েংঙু-য়েংঙুবা মায়গৈদা ফজবগী ঈপোম, নীংথিবগীনা ঈথক-মিংফম কনা শুমদবা লৈ। নীংশিংঙকই লার্ড আরুইন্গী মপাউখোল 'মনিপুর মানি ভারতকী সুইজরল্যাণ্ড।' কৌথি নোংমা পণ্ডিতজীনস্ন 'নোংপোক ভারতকী কাশ্মীর।' নত্তে লৈবাকসে ওইজবদাঃ মিংকী কুম্মৈ; গুণগী কাদস্ন রাচ্চদবী অমনি। মহাক্কী সংস্কৃতি, মহাক্কী সভ্যতা লোকসাহিত্যনা শৈশক্লরিবা ঙক্লফম্নি। মতমগী খোঙহৌ খোঙহৌদগী পোক্লক্লবী সংস্কৃতি, সংস্কৃতি মহাক্কী য়াওল যুগ যুগফম খুদিংদা, য়াওল খুদিং শৈশক্লরিবা লোক-সাহিত্য কনানা পাউদমলুগনি।

নগর-রাজ্য কয়াগী মরক্তা অমা, অমত্তুগী লোকসাহিত্য, সাহিত্যত্তুগী মপাউ-মপাউত্তুগী মপৌ ওইবা খরদং ইজগে, মত্তুগী মঙাল্দা শোয়রোই, তাজগনি মশানা অত্তুম অপুনবা লোকসাহিত্যগী নাপ্ন মমি।

খাগী লমখৈদনি লমদম অসিগী। পাল্লম্মী নোংম নীংথিবা নগর রাজ্য অমা। খঙনখি লমদমদো কেগে লৈমরোল, মোইরাং লৈকোয়বুং হায়বা নীংথিবা মিংথৈনা। লৈবাক অসে য়েক্লবনা পল সাবা কল্লকপনা শৌ শাবা লমদম্নি। খোংগ্রেংনা পুন্সি থৌগাইনি, লানফম্নাপুন্সি চাক্তাফম্নি নীপা খুদিং লালোয়নি; লালোয় খোঙফমদনা পুন্সিগী লেঙদবা লম্বীনি। নীপা লৈবাক্কী থৱায়নি; লৈবাক্কী পাঙ্গলনি; লৈবাক্কী লম্নি; লৈবাক্কী নাপম্নি। নীপা লৈবাক্নি; লৈবাক নীপানি। নীপা নোংম নোংমগী মশেক চাউনা মঙাল তানা পানথংলক্লে, কুপী নোংম নোংমগী মঙাল শিথরক্লে। নীপাগী শেগাহুং মরুম থুপ্পা হিংজবা থৱায় অমা ওইথরক্লে।

অসুম অসুম নীপাগী মরলনুংদ চঞবদঃ মঙায়রক্লে। যংগোল মগ্না হৈনম লৈনম চেল্লম্ব থোক্লবা নুপী ওইবী শাগৈনা মাঙশোক থুদা য়াজবা ৱানা থোক্লম্মগনি।

নুপী নীপাগী মরম্নি; মথরায়দা পাঞবনি। মপু ওইবা নীপানা শীজিন্ননীংবা মওংদা শীজিন্নবদা কনানা করি হংঙুগবা। মপা ওইবা শাগৈনা মশা মশাগী য়াইফ—খোঙফম তানবদা মচা নিঙোল ওইবীশিংবু লৈরোং লাইদা কৎপগুম থাজনীংবা মফমদা হাজহ্না কথোক্লে। মবুং মোপ্না ওইবশিংনস্ত অহুমঙায়। পুন্সিগী খোংগ্রেংদা, লালোয় য়াইফ খোঙফম তানবদা মরল ওইবী নুপীবু হাহ্না য়াইফ কোঙ্গায় লৈনথি। থন্নদে নুপী ওইবীশিংনস্ থম্মোয় কৌবা পোচ্ছক্তো মপাক্লে; খঙনদে, থম্মোয় পান্ন পোকচবনা অপাম-নুংশি মথঙক্তে; নীংনদে কদৌনুং, অন্না-অনা কৌবদো মপোকচৈ মখোয়গী থম্মোয়নুংদস্। নীপা ওইবশিংনা তরাই তালোয় লৈচা শেৎনৈ; নুংশিবা কয়াগী মকাদা লৈচা তম তালোয় তুয়িন তম্বীনৈ। থন্নদে, নুপী মীনি; মীওইবগী থম্মোয়নি। নীপা ওইবা থম্মোয়দা অপাম-নুংশি পানবগুম নুপী ওইবী থম্মোয়দস্ মপাক্লে; নীপা ওইবা থম্মোয়দা অন্না-অনা ফাওবগুম নুজা ওইবী থম্মোয়দস্ অন্না-নুঙাই অহুম তন্ন মফাওক্তে।

নুপী হৈনি, লৈনি। হেক্লীংবনা পঙহেক-মহেকপা, চিন্নীংবনা পঙচিন মচিনবা—তরা চারে মচাবা, মঙা চিল্লে মচিনবা—করি নাচুংঙুবা কনানা! নুপীজা ওইবী থম্মোয়গী থম্মোয়নুংদগী পোক্লকপা মীকপ-মীরাউ, ঙমজ-থিদে নঙ্কৎপা লালগী লালাউ, লাংঙম পূংখোল, য়াইফ-মীনোক। যুগকী য়াওল কয়া ইরোন্নুংদা চেঞখি নুজা ওইবীশিংগী খোন্ন চাক্লবা থম্মোয়গী কারবা মীকপ-মীরাউ।

পাল্লুরবোয় নোংমদি অশৈবগী মথম্মোই! চোংথোরক্লে মৈদিংগোল থম্মোয় পানবা অশৈবা। লেপ্লে কল্লগে মোইরাং চহুরা। তম্মে হারিগী শৈহেক, লৌরে পিথাদোইগী শৈশক; তাংঙে তাম্নাগী খোম্বাং ইল্লে ঙানু

থঙ্গোংগী খোল্লোই, শক্লক্লে মহাক্কী শৈরেং—নুংশি-নুংঙোল থম্মোয়গী মপাউখোল, পোকথরে নুংশি নুংঙোন্ন লংলানরবা নীংথিবা লোকসাহিত্য শক্লরক্লে চীম্বাং য়েনা লৈরক কোন্সাং থিবিরু যুগ যুগকম খুদিংদা—অকোং জাম্ব ফোওইবী, হেঞ্জুনহা লাইপুরেম্বী, খুয়োল হাওবা য়াইথিংকোন্নু, কদেং থাংজহনবা তোনুলাইজিং লেম্বী, খুবোম্ব পিদোংনু ; রাংলৈ পুংদিং-হেবা শাৎপচনু শিহৈল্লবী, থম্ব থোইবী …।

নুংশিবা-প্রকৃতি, অপাম্বনা-বিকৃতি ; প্রকৃতিনা স্বর্গগী, বিকৃতিনা মর্ত্ত্যগী ; অপাম-নুংশি অনীগী মশক হান্ন তাক মোইরাং চন্নুরাশিংগী চারুবা থম্মোয়গী কারবা মপাউখোল তম্মগে নীংঙুরমাল্লে অশৈবা লেংলক্লে শৈরেং ; থম্মে নায়ক-কী কাদা মোইরাং অকোংজাম্ব-অপাম্বগী মশক্তম ; নায়িকাগী কাদনা নীংথিবী লাইলুড়া, গুরুগী মমোম ফোওইবী লাইরেম্ম নুংশিবগী মশক্তম।

শজিবু থাজিন্দনি মতম্মা ; মফম্মা তোর্ব্বুং লমজাউদনি। অপাম্বনা য়ারৌ শাদাল্লিঙৈ নুংশিনা পায়ম নুংদ ওল নুংশি কাইহৌজরুরে ; 'মত্তাং চানা ইরাল খোঙদাজৌ ; তালোয় লৈরাংপরেংলক শীংঙেল লৈচিল ওইবিনি, মোম্নু ইতালোয় নাচোমদা লংলা লংজা থুপ্পকি লৈরুপ লৈতিল তম্বীগে' চীঙ্গোইবিরে অপাম্না নুংশি মাগী মকাদা। মতম য়েংন ফোওইবী খোঙদাজরে অকোংজাম্ব মরানয়ায় ; নুজা ওইবী থম্মোয়গী থেংনদরে লোয়ুম্বা। ইকাই-নুংশি মৈবা থক অপাম মাগী মগুংলাং য়ারেকচরে নোংম কৌবা নোং ; ফংনদরে মখংলেল। য়াংদৌ খোঙশাল্লগে নীং নুজা খোঙ-দাই হুল্লক্লে নুংশিবনা ফিজি য়াল, পামু মহাকপু কুবিরমগে নীং শাথরে জগোয়—লৈতাই, নোংদাই, লৈনেৎ। অকোং মাগী গুম্মাঙ মথৌবুং পৈরে ফৌরাংন চীং চোল। খোঙশাল্লক্লে হৌজিক্তি য়াংদৌ অরাং তন্ন পাং ফোওইবী লাইরেম্ম। অকোংজাম্ব মরাল তম্মকঙৈ ফংঙরে ফোওইবী থুদম, লীরক্লে খোঙ্গুল লাংগোই শয়াংথক্ত নেৎ। লম্ফা লোকোন্দা থেংনরুরে। অপাম্বনা নুংশি ফাংখোঙ পায়ফরোই ; অপাম মানা থম্নগা নুংশি ইকাই

য়োগনি ; লাইনিং পরৈ চেৎন নুংশি ইখোঙ লীরকউ। অপাম্বনা খম্মবা কাল খম্ব কৌনা চংঙকউ ; থোয়না ৱাংনা লৈজবী নুংশি কৌজবী ঐহাক্ থোইবী কৌনা ওকচগে' নুংশি পূকমেন পাওমেল্লম হুনখরে খোঙদোই ফৌওইবী খংগোল মায়গৈ তন্ন তম।

ইংরাজী কবি ৱার্ডসৱার্থনা প্রকৃতিগী পৌরোহিত্য তৌখিবগুম সংস্কৃত কবি কালিদাসনা প্রেমগী পৌরোহিত্য তৌখিবনি। মহাকবিগী অভিজ্ঞান শকুন্তলম্‌দা য়েংসি।

অপাম্বগী বিভূতি—দুষ্মন্ত, নুংশিবগী বিভূতি—শকুন্তলা। অপাম-নুংশি অনীগী নুংঙোল খোঙফম—অকনবা নীংনবা ঈচেল ; চাংজৌনা অপাম-না নাম, নুংশিনা নাম। নোপ্পে চাংজৌ নাম। দুষ্মন্ত তপস্যা তৌবা তারে। মহাক্কী অপাম, অরঙবনা পোকখিবা কায়নবগী মৈদা ইক, মচু লোকপা তারে ; ইক্লে, লোক্লে, সনা মচু শেংঙে। অপাম ওল্লে নুংশিবা। চাংজৌ খোং মান্নরে ; নীংনবা ঈচেল মপুং ফানা থাবা য়ারে। নুংশিবা স্বর্গগীনি ; নুংশিবগী বিভূতি-শকুন্তলা, শিন্নরে দুষ্মন্তদা, তাপস্যনা শেংলবা ; কদাইদা ! স্বর্গদা।

য়েংঙসি হৌজিক্তি কেগে অশৈবগী অকোংজাম্ব-ফৌওইবী। নুংশিবা লাইরম্লেলগী ; লেপ্পে অদুনা ফৌওইবী লাইরেম্মা নীংথিবী লাইলুড়া ; অপাম্বনা মীরম্লেলগী ; থম্মে অদুনা অকোংজাম্ব মোইরাং লালোয়। চাংজৌ নাম নাপ্পে ; নীংনবা ঈপুং ফাঙম্মোইদোরে। অকোং চংঙে কাইনা মৈফম ; মপোক কয়া চুপ্প মৈদা ইক মচু শংঙে ; অপাম ওল্লে নুংশি ; থম্মে অপাম, ওল্লে নুংশি ফাওরে নুংশি খম্ব কোলোয়না। থোয়না ৱাংনা লৈজবী নুংশি নোংগুম্নক্লে থোইবী কোলোয় লৌ ; চেঞ্জরে নুংশি ঈচেল ঈৱাঙ-খোল্লোয় চাংজৌনুং নুংশিনবা থম্মোয় অনিগী।

অমৱোমদা, কালিদাসকী প্রেমগী পৌরোহিত্য সংস্কৃত সাহিত্য জগত্ত অমৱোমদনা কেগে অশৈবা, মোইরাং চৈজিংবা, মৈদিংগোলগী নুংশিবগী পৌরোহিত্য মৈতৈ লোকসাহিত্য জগত্তঃ করি খেন্নে। খেন্নদে—অমত্তঃনি। কয়াদঃ ৱাংগ্রবা-মৈতৈ লোকসাহিত্য।

অশাংবম মীনকেতন সিংহ

# কালিদাস

কালিদাস ভারতত কাব্য-জগৎকী লেমজনফম্নি; মহাক পোকচমল ভারতনা ঙসি জগৎকী কাব্য-সমাজদা ফম্বৈ য়াবা ঙমজরিবনি। তমসাগী খোঙহুংদা পোক্লবা তপোবনগী বীণানা নাওরোইবা ভারতকী কাব্য মপুং ফাজবনি, সিপ্রাগী খোঙবান্দা। কালিদাসকী শৈশক্তা মতম, যুগ কয়াগী য়াওল চারে; কবি কয়া লাক্লে, কবি কয়া চৎখরে; কবি-সমাজ থিবিক্তা কবিগী অর্ঘ্যদি মতম্মে মঙোন্দা মতম।

যুগকবি কালিদাসকী অমৃত-চেল্লবা খোর্জেইদগী শিন্থরকপা কাব্য-রসকী অমৃত চুপ্লুরবা কনানা মঙোন্দা ভক্তিগী অর্ঘ্য কত্তবা ঙম্মুবা। অকবিশিংগী রাদি থম্বু থম্লসি; কবিগী শাগেমক্লা মশা মশাগী অভিমান কাউথোক্লে; তন্না কৎনৈ মঙোন্দা ভক্তিগী অর্ঘ্য ভট্টি-বাণ-নচিংবা যুগ-পুবা কবি কয়ানা মখোয়না শক্করম্বা মহাক্কী গুণগান্না লেঙদবা প্রমাণ ওইরি। মতাং অসিদা কৃষ্ণভট্ট কৌবা অফাওবা কবি অমগী রাখল নীংশিংঙুদবা ঙমদে।

"বয়মপি কবয়ঃ কবয়ঃ কবয়োহপি চ কালিদাসাদয়ঃ

দৃষদো ভবন্তি দৃষদশ্চিন্তমনি দূর্ষ্যদো দৃষদঃ॥

"নুংজমগা নুংয়াইগা নুংলোমদা য়েংহুনা নুংশীংদা চম্মিন্নবগুম, কালিদাসহোয়গা ঐখোয় অতৈ কবিগস্নু কবিরোমদা য়েংঙগা কবিশীংদা অহুক মচম্মিন্নবা হায়বহুনি" হায়বা কবিগী রাফমসিনা কাব্য জগত্ত কালিদাসকী ফমফম অহুম মত্তাকই।

কালিদাস লাইনা থাবা কবিনি। কোকিল কনা খোম্দম্নবা লৈ। তাম্না কনা তান্থিরুবা লৈ! হরি কনা খোনশেম্নবা লৈ? পিথাদোই কনা শৈরেংঙুবা লৈ! মশানা অহুম লাকচবনি; মশানা অহুম তাজবনি।

বররুচি থোয়না ৱাংনা চৎপা কবিনি। কবি কনাবুস্মু মানা মীথানরুদে; কালিদাসকী মগুণ শক্লবা তাবদা মনা্তোন নাকচি কাঙভি। মহাক্কী অমম্বা অভিমান অসি উবদা গুণগী তুংনফম ওইরবা ভোজনিংথৌ ৱাবীদবা ঙমথিদে। নোংমা সভাদা আবৃত্তিগী মতাং অমা থোকখি। নিংথৌগী সনা য়াথংনা কবি বররুচি আবৃত্তি—থৌগল তৌখি :—

"শুষ্কং কাষ্ঠং তিস্থত্যগ্রে"

নিংথৌগী সনা ইংগীৎ ফংদুনা কবি কালিদাস বররুচিনা আবৃত্তি হেক লোইবগা থীপ্রিবা পদগী রূপান্তর তনহল হনখি :—

নীরসতরুবরঃ পুরতো ভাতি"

বররুচি মমিৎ পাঙেঙ; কালিদাস মশক খঙেঙ; নীঙাইদনা খোংবা কোকিলগী মগুণ খঙেঙ; জগৎনা "কবীষু কালিদাসঃ" হায়না মগুণ শক্লবদা মবুক্লীং, মথরায়, মহকচাং য়াওনা খোম্বাংজদুনা গুণীগী খুবম তাঞ্জখি।

কালিদাস অসিগুম্বা কবিনি। অদুনা জগৎনা মহাকপু মহাকবি মিংথোন্নবনি।

কালিদাসকী শব্দ নির্ব্বাচন শক্তি মশাগী পীথোকচরকপনি; মহাক্কী শব্দ লুজবা, মেঙজবা নীংথিজবা, ফজজবনা শ্রুতিদা অপেনবা পীনবদা নত্তনা ভাবুক্কী মিত্তা য়েংবদা পেনবা নাইত্রবা কুম্মে অমমমগী মশক্লি; শব্দবিশেষ অমদা ভাবুক্লা ঙাওদনিঙাই লৈতবনি।

"সরসিজমনুবিদ্ধং শিবলেনাপি রম্যং"

পদ অসিদা সরসিজ হায়বা শব্দবিশেষ অসিনা মশাগী লুজবা, মেঙজবা নীংথিজবা, ফজজবনা পদদা শ্রুতিমাধুরতা হাপ্পদ নত্তে; তরক্লবা থম্বাল ভাবুক্কী মাঙদা খিন্দুনা ঈপোম্নরবা লাইজ ঈপাক্লা কোন্ননা খিল্লি। ভাবুক্তা শ্রুতি-দৃশ্য কাব্য অনিগী সুঙাইবা পুন্না পীনরি। শব্দদা লালিত্যগা সার্থকতাগা অনি হেক হেক পুনবসি মহাকবিগীনা ওইনা তৌজৈ।

মহাক্কী থুয়েক্তস্মু অসিমঙাই। থুয়েক্কী ফজজবদা নত্তে; শব্দগী মাধুর্য্যনা পদগী লালিত্যনা ভাবুকপু গুম্বদা নত্তে; নীংথিজরবা অমগী সঞ্জীবনী মন্ত্রনা য়েক্লকপা শক্তম থুদিং মথরায় হাপ্লি; ভাবুক্কী মাঙদা তরং তরং থিল্লি :—

"মার্গাচলব্যতিকরা কুলিতেব সিন্ধুঃ
শৈলাধিবাজতনয়া ন যযৌ ন তাস্থৌ"।

উমাগী অকনবা অয়ুংবা তপস্যানা শিবগী নিবাত, নিস্কম্প ধ্যান কায়রে; মবুকচেন্দি য়েংনীংঙি; ব্রহ্মচারীগী মশক লৌহুনা ফাওরক্লে; মমাঙদা শিবনিন্দা তৌররে; ব্রহ্মচারীনি অয়াকপদি থানীংদে, মথম্মোইদদি য়োনা যুরে; মশাদা নান্থোকচরগে নীংবনা খোঙফম লৈনা ফুক্লক্লে; খোঙ-দোই-হুনথিগদৌরে উরক্লবদা শিবরূপ হঞ্জিল্লে; যুগ যুগান্ত মহাক্কী প্রেমদা তাউহনা মহাক্কী দর্শনগীদমক্তা তপস্যাগী অরাক্ষম পুরক্লবী পার্ব্বতীনি। চৎসি চৎঙমদা লৈসি-লৈঙমদা অরাবদা তারে। কবিনা মশানা বর্ননা তৌরিবা হৈমবতীগী শক্তম অসি 'চৗংমায়দা রাইবা ঈচেন্না লাইজ ঈহন্ন-বগুম' হায়বা মন্ত্রগী মশক ওইরবা উপমানা মথরাই হাপুনা পার্ব্বতীগী ঈকাই-হুংশি য়ান্নবা চৎসি-চৎঙমদা লৈথসি কদায় হায়বা শক্তম মাঙদা তরং তরং উৎলি। অসিগুম্বা থুয়েক অসি জগৎনা "উপমা কালিদাসস্য" হায়না শক্করিবসিনি।

কবিগী কল্পনা, কল্পনাগী খেল অঙকপনি; মহাক্কী কল্পনাগী জগত্তা তারুরবা ভাবুক কনাগী থম্মোয় মুন্দনিঙাই লৈ! স্বর্গদনি; কশ্যপগী আশ্রম্নি; সত্বগী রাজ্য, শান্তিগী য়াহিপফম্নি; মফম অসিদা শজিনা কৈ উবদা থুক্তে, কৈনা শজিদ মিতাদে; লাইজ ঈপাক্লা বাড়বাগ্নি গর্ভদা পুবগুম মহাক্কী তম্বাক্তা রজঃগী শক্তম সর্ব্বদমন; পীক্লবা মৈরিক্লা প্রলয় গুম্ব শক্তি

* তুরেলগী ঈস্নাইদা চীংজাওনা থৎলবদা মহাক (তুরেলগী ঈচেলহু) তুংহন্না থকু চেনবা য়াদে, মাঙলোমদা চেনখিবস্নু ঙমদে। মতৌ অদুগুম্না চীংনিংথৌ মমোমলোই পার্ব্বতীহু চৎখিবস্নু য়াদে, মফমহুদা লৈবস্নু ঙমখিদে।

পুবগুম চহী মঙাগী তনৌ তনৌরবা শক্তমদা দিগ্বিজয়গী শৌর্য্য ; অকিবা শম্ফে অমা পক্তনা মচাগীদমক্তা মপাঙ্গল ফুদোক্লবী নোংশা অমোমগা লালশোক্লব কার্ত্তিকী শকফম ; অমরোমদনা মশাগী ঔরস্তদগী তাবা মচা ওইবনা মচা মুংশিবা প্রেম্না ঈথক্লরবা মথম্মোই পুঙমত্রবা দুষ্যন্ত ; অঙাংগী মিহৌবা শক্তম ; অমুক অমরোমদনা জীবদয়ানা শক্তম্নরবী তপস্বিনী ; সর্ব্বদমনগী দমন্দা রারবী নোংশা অমোমগীদমক্তা মথম্মোই হীক্লবী শক্তম ; মুংশিহীক্লবা খোনফম্না নোংশা থাদোকহনগদবগী রাহোং অশাবা উক্তুনা লাউরকপা "পশ্য শকুন্তলাবন্যং" ।

চহী মঙাগী পুন্সি খোঙফমদ মমাদনা অন্না-মুংঙাইগী খোঙবু ওইজরবা অঙাংদা শকুন্তলাগী শকুন্তগা মথংদা লাবন্যংগী লা লাকপগা মমা তাকপোই নীংঙকপা মমাগী মফম হরাউনা হংঙকপা অঙাংগী হরাউবা শক্তম ; চিংনরম্বা কোক্তুনা মচানি খঙবদা হরাউবগী ঈহুন্না ফুং ঙাম্মোকপা নিংথৌগী শকফম ; জীবগী অন্নাব কোকপদ মুংঙাইথিবা তপস্বিনীগী মায়থোং ; তাঙ্গা অসিদা অঙাওবা মচাগী খোঙ্গুল লীরকপী মপুরোইবগা মচাগা পুন্না মমাঙ থাবা ফংজত্রবী শকুন্তলা অনিবু পুন্না খঙহৌদনা উবদা ঈকাই-মুংশি য়ান্নরবী শকুন্তলাগী অঙকপনা মাঙেঙাইনবা শক্তম, শব্দগী খেল অমনা শান্নরিবা খেল কবি কালিদাসতগীনি ।

জ্ঞান পুন্নমক্কী তুংনফম্নি । অথন্নবা ভাবুক থরদগী নত্তে কবি কবিদা কবিনি ; মহাক্তি কাব্য-সত্যগী পুজারী, জ্ঞানগী সাধক ; বিজ্ঞানগী সেবক পুন্নমকনি ;

* "তাং হংসমালা শরদীব গঙ্গাং
মহৌষধিং নক্তমিবাত্মভাসঃ ।
স্থিরোপদেশামুপদেশকালে
প্রপেদিরে প্রাক্তনজন্মবিদ্যাঃ ॥ ( কুমার সমভবম্ ১/৩০)

---

* শরদ ঋতু মৌরক্লবদা কাংঙ মন্নাম্না পরেং পরেং গঙ্গদা তপ্না লাকই । মতিক্ মগুণ চেল্লবা অফবা হিদাকশিং নুমিদাং ওইরকপদা ইরং লংই । অসুম্না পার্ব্বতী নহানমক্কী মপোক্তা হৈগুম মহৈশিং লান্ননা ফংই ।

"উমাগী শিক্ষাগী মতাংদা কাণ্ডগী শাগৈ পুম্বনা শরদ ঋতু য়োৌবদা গঙ্গাদা ফুঙ্গিনবগুম পুর্ব্বসংস্কার খিবিক্না ফাওররে" হায়রিবা কবিগী য়াফম্না দর্শনগী তথ্য পুন্নমক ভাবুক্তা কয়া নীংথিনা পীরিবা !

"গ্রহৈস্তত: পঞ্চভিরুচ্চ সংশ্রয়ৈঃ
অসূর্য্যগৈ সুচিতভাগ্যসম্পদম"। রঘুবংশম্ ৩/১৩

মহারাজ দিলীপকী ঔরসগী সুদক্ষিনাগী গর্ভদা পোক্নবা মহাক্কী মগুণতনা সূর্য্যবংশবু রঘুবংশ হায়না খণ্ডনরবা রঘুগী জন্মকুণ্ডলীগী য়াফম্না বিশেষ ভাবুক কয়াগী মথম্মোয় করি শুমদনিঙাই লৈ।

কবিগী কাব্য রসজ্ঞ থরদগী নত্তনা সত্যগী পুজারী, জ্ঞানগী সাধক, বিজ্ঞানগী সেবক পুন্নমক্কীনি। অতুনা কবিবু "সরস্বতীগী বরপুত্র" হায়না জগৎনা মিংথোন্নরিবসিনি।

---

* দিলীপ নিংথৌ মপারি রক্ত পোকপদা গুহ মঙা থরাংথাক্না অমসুং নুমিত্
থাপ্না ঙান্দুনা লৈবনা মাগী পুন্সিসি য়াম্ন মরাইবক্ ফরগনি হায়বা যোঙে

মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ

# নুমিৎ কাপ্পা

নুমিৎ কাপ্পা হায়বা লাইরিক অসি নুমিৎ অনিনা অহীং নুংথিল লেং শিন্নদা পানবদা থাই নুংজেংবম পিবা য়েকমা হাওতংলা হায়ব মীনাই অমনা মচা কোনবা ওমদবগী শাউত্নুনা কাপ্পগী ৱারীনি। মতুদা নুমিৎ অনীনা মমুম থাদোক্নুনা চেনখিবগী ৱা ইরি। অতুগা মসিবু শীজিন্নবনা মৈতৈগী চৎনবী চুকশাবা হায়বা মসি মতম চাদন শিবদা হজিনদনবা তৌবা থবক অতুদ মসিগী ৱারী মতেক অমতা ওইরবসু শক্তব য়াদে। মরম অসিনা মসিদা থোকখ্রিবা থোদোক অতু মৈতৈগী চৎনবীদা য়াম্না কায়বা তাই।

ঐখোয়না নুমিৎ কাপ্পবু সাহিত্য হায়না হায়খ্রি। অতুনা "নুমিৎ কাপ্প" সাহিত্যরা নত্তবরা হায়বসু হায়ফেৎ য়েংশিনফম থোকই। সাহিত্যগী বিচারদা নায়ক নায়িকানা মতিক চারবদি করিগুম্বা অকায়বা (দোষ) খর লৈবদি অকায়বা শালগ্রামবু শালগ্রাম নত্তে হায়ব য়াদবগুম সাহিত্যনি হায়গনি। অতুনা নায়ক নায়িকাগী ফিভমদং য়েংলগা সাহিত্যগী প্রমাণ ওইজগে। অতু নত্রবদি সাহিত্যগী নৈনরিঙৈদা হায়জগদবা হিরমদি লৈহৌবা তাই। থাই নুংজেংবম পীবা মীনাই ওইত্নুনা অহীং নুংথিল থবক শংদ্রবসু মথৌ কায়দে, মপাঙ্গল মথৌনা লৈত্নুনসু চাওথোক্তে, নাপল তৌদে, মানা তৌগে নিংবা ৱাখল মীবু খঙহন্দে। অতুনা মহাক ধীরোদাত্ত নায়ককী লক্ষণ লৈ। মরম অসিনা মহাক মতিক চাবা নায়ক অমনি।

অতুগা নায়িকা ওইগদবা নুপীদি সমাজগী চৎনবী য়েংদবী সাধারনী ওইবী নুপী অমা নত্রগা সতি ওইবী নুপী অমনা ওইগদবনি হায়না নাট্য শাস্ত্রনা হায়। অতুগা মহাকী নুপী হাওনু চঙখাননু অসি মপুরোইবগী য়াথংবু মথরায় মাঙবা কিদনা ঙাকই। ইমুং মনুংগী থবক ফজনা পুক্লিং চঙনা নোনই, নোল্লুকই, পুকচেল তিংই। অতুনা মহাক সতি ওইবী নায়িকানি। সতি স্বকীয়া নায়িকাগী লক্ষণ অমুম্না ইরি :—

"বিনয়ার্জ্জবাদিযুক্তা গৃহকর্ম্মপরা পতিব্রতাস্বকীয়া।—দর্পন। নুমিৎ কাপ্পগী নায়ক নায়িকা মতিক চাবা নায়ক নায়িকানি। মরম অসিনা ঐখোয়গী নুমিৎ কাপ্প অসি সাহিত্য অমনি।

সাহিত্য হায়বা অসি জাতিগী অমসুং সমাজগী মিংশেনগী মশকনি। জাতি অমগী মশক খঙগে হায়রবদি সাহিত্যনা প্রমাণ ওইরগা খঙবা ঙমই। সংসারগী পোৎ পুম্নমক্না মিংশেনদা মমি তাবগুম জাতি অমসুং সমাজগী মমিসু জাতি অদুগী সাহিত্যদা লৈ। মরম অসিনা সাহিত্য লৈতবা জাতিবু জাতি অমা ওইনা শিঙথানদে। ঐখোয়গী "নুমিৎ কাপ্প" অসিদগী মণিপুরী সমাজগী মরমদা করি খঙবগে হায়বা অদু য়েংনবা তৌজগে। সাহিত্যগী মিৎয়েংদা নুমিৎ কাপ্প হায়বা মমিং অসি তাবদা ঐখোয়গী পুর্ব্বীংদা মথল মথাগী চিংনবা পোক্লকই। খাই নুংজেংবম পীবানা কাপলিবা নুমিৎ অসিবু অতিয়াদা থোক্লিবা নুমিৎ অসিমকপু কাপ্পরা, নত্রগা নুমিৎকুমনা মগুণ লৈবা কনাগুম্বা অমবু কাপ্পরা হায়না খঙনীংবা অসিগা লোয়ননা মুথক লখা অমা রাংনা লৈথ্রবা সৌরজগৎকী ময়োল ওইরিবা নুমিৎমকপু খাই নুংজেংবম পীবানা কাপ্প অসি অওইবমক ওইরমগদ্রা, অদুগা মহাক্কী তেনবু কিদুনা নুমিৎমক্না লোৎলী হায়বা অসিবু চুমলমগদ্রা হায়বনচিংবা চিংনবা রাখল কয়া পোকহল্লি। মসিমক সাহিত্যগী ফজবা শাজৎনি।

পৃথিবীদা পোকপা নীপা অমবু কিবদগী নুমিৎ মক্না লোৎপা হায়বা রা অসি ওইথোকতবা রাফম অমা ওইবনা হন্দক্কী নুমিৎ অসি কনানো হায়বা খন্নদবা য়াদে। হিন্দু শাস্ত্রগী রাদা দ্বাদশ রবি (নুমিৎ তরানিথোই) অদুগা মৈতৈগী রাদা নুমিৎ চয়োল তরেৎ হায়দুনা নুমিৎ তরানিথোই অমদি নুমিৎ তরেৎ লৈবগী রা উই। হন্দক্কী নুংজেংবম পীবানা কাপলিবা নুমিৎ অসিদি মখোয় মঙা পোকমিন্নবগী রা ইরি। মদুদি—"য়োয়বু খোইমোম লাইরৈম কোরও নোংবু খোনবী, মালেম লৈবু লুম্বী, তাইবঙ অমম অঙাল পোকপী, খুনবী শল্লাই হনবীনা য়োয়মযায় মপারী মঙা শুনা নাউনৌজববু" হায়না ইরি। মরম অসিনা হন্দক্কী নুমিৎ অসি তাইবঙ পানবদা মৈশা

মঙাল পীরিবা হুমিং নত্তবা অতোপ্পা হুমিং অমা ওইনা "হুমিং কাপ্প" মশামক্লা উৎলি। অদুনা হুমিং অসি কনানো হায়বা লাইরিক অসিদা য়েংফম থোকই।

অহানবদা হন্দক্কী হুমিং অসিবু পোকপী মমাগী মরমদা হায়রিবা "য়োয়বু খোইমোম লাইরৈম কোরও নোংবু খোনবী, মালেম লৈবু লুম্বী, তাইবং অমম অঙাল পোকপী, খূনবী শল্লাই হনবী" হায়বা অসিদগী হুমিং পোকপী মমা অসি কনানো হায়বা য়েংবা তাই। "য়োয়বু খোইমোম লাইরৈম" হায়বসিগী অর্থনা সনা কোহুংগী লাইগী মশক ওইবী লৈম হায়বদি মহারাণী হায়রি। "কোরও নোংবু খোনবী, মালেম লৈবু লুম্বী" হায়বনা অতিয়া য়োনা মমিং চৎপী হায়দুনা মায়কৈ মরিমক্তা মহাকপু থঙদবা লৈতবী, অদুগা মহাক্কী মগুণনা মরৈবাক্কী চাউথোকচফম ওইবী হায়বদি মগুণ য়াম্না লৈবীনি হায়রি। "তাইবঙ অমম অঙাল পোকপী, খুনবী শল্লাই হনবী" না তাইবঙ পানবদা হুমিংনা অমম অঙাল পীবগুম তাইবঙ মীওইবগী অমম অঙালগী মশক ওইবা অরাবা হুঙাইবা পীবা ঙম্বী, অমসুং "খুনবী" হায়বনা খূনগী মপী লৈবাক্কী মপী-মপা ওইবী শল্লাইগীসু অহল ওইবী হায়বা অসিনা লৈবাক্কী মকোক নিংথৌগী মমানি হায়বা তাকলি। মহাক্কী মরমদা ইরিবা "খোইমোম লাইরৈম" হায়বা রা অসি লাই ওইরবদি ষষ্ঠি তৎপুরুষত লাইগী লৈম-লাইরেম্ম" হায়গদবনি। হন্দক্কী অসিদি লাইরৈম হায়বা মরম্না মধ্যপদলোপী কর্ম্মধরয়দ ওইদুনা লাইগুম্বী লৈম 'লাইরৈম' হাযরিবনি। অদুনা লাই হুপী নত্তে, মহারাণীনি। মরম অসিনা মহারাণীগী মচাদি নিংথৌনি। অতিয়াদা থোকপা হুমিত্তি মমা মপা লৈতে, নিংথৌ নত্তে। অদুনা হন্দক্কী হুমিং অসি হুমিং নত্তে। অসিগী মথক্তা মখোয় মচিন মনাও মঙা পোকমিন্নি, হায়রি। মখোয় অদুগী মমুংদা অহল অহুমনা শিগ্রগা অতোনবা অনী হিংহৌরিবা অদুনা হুমিং অনী অসিনি। অহানবা পোকপা ময়াম্বনা "থাঙয়িগুম চিশাৎনা লোইমোমগুম পোমকংনরবগী" হায়দুনা মহু মরুম ওইদনা ফৌন ফৌরাম

শাত্তুনা মাঙবগুম থা শুদনা লাইয়ৈ ওইনা পোকখিবগী ৱা ইরি। অনীশুবা ময়াম্বনা "কাইরৈ য়েক্লমগুম পোমকংনরবগী মালেম লৈশৌ খোইমিং কাববু ওইখিয়ে" হায়হুনা মরোল থোক্তুনা চহী অনী শুদ্রিঙৈদা শিখিবনা পোং-লোইবা য়াদবনা লৈরোন চনখিবা অত্থুগা মকম অত্থুনা লৈশৌপুঙগুম ভোঙান লৈহৌবগী ৱা ইরি। মতাং অসিদা পোমকংনরবগী মালেম লৈশৌ খোইমিং কাববু ওইখিয়ে হায়বগী 'পোমকংনরবগী' হায়বা অসিনা লৈরোল চনবগী মরম তাকলি। মসিদা হায়রিবদি য়েক্লমগুম্না মরোল থোক্তুনা শিরমত্রবদি লৈরোল চললোইদবগী ভাব অমা উৎলি। অত্থুনা মতম অত্থুগী মৈতৈ সমাজ অত্থু মরোল থোকত্রিবা মী হায়বদি চহী অনী শুত্রবদি লৈরোল চনবা; অত্থুগা চহী অনী শুরবদি লৈরোল চনদবগী মমি অমা উৎলি। অহুমশুবা ময়াম্বগী মরমদনা— 'মশাবী কাইতে ঙম্বনা মথনন হুকমন হামনবদা থোংনাং লেপ্পু কাউজাউ শেরালুদ চঙনা ঈমু খয়োমননা নোংমনখিয়ে' হায়না ইত্থুনা লমকেং লমহাইবনা মী উশিংতবদগী মপা লৈত্রবা শল কাওগুম্বা অমসুং লৈরাইদা খিন্দুনা মতোমতা লেপ্তুনা লৈরবা শোরারক্লগুম্বা ময়াং লৈবাক্কী অকনবা অমনা হাত্তুনা ঈ ওইনা শিখিবগী ৱা ইরি। মথক্কী অনী অত্থুগী মমিং য়াওদবা অসিনা তাকপদি নহা ওইনা মমিং থোন্দ্রিঙৈদা শিখিবগী ৱা তশেংনা তাকলি।

হন্দক্কী খাই হুংজেংবম পীবানা কাপখিবা হুমিং অত্থু খুম্বী শল্লাই-হনবীগী শিখিবা মচাশিংগী মনাও অহল তাউ-হুইরেং অহনববুনি। তাউ-হুইরেং হায়বা ৱাহৈ অসি থুগাইহুনা য়েংলবদি অতাউবা পোত্তা হুইগুম্না লেংবা হায়বদি প্রজাগী পাঙ্গনদা তোংহুনা তাউহুনা লৈবা নিংথৌদি হুই লেংবগুম নত্তুনা লৈবা হায়বনি। অত্থুনদি মহাক অসি নিংথৌ খুভমদা তাংহুনা নিংথৌদি নত্তনা নিংথৌ শাবগী ভাব লৈ। অত্থুগা মহাকপু 'অহনবা' হায়রিবা অসিনা তাকপা অমনা, মহাক্লা অতাংবনি মনাও সনা খোমমতোননা অশেংবা নিংথৌনি হায়বা তাকলি। মরম অসিনা খাই হুংজেংবম পীবানা কাপ্প হুমিং অত্থু অতিয়াদা থোকপা হুমিং নত্তবা তারি।

অদু ওইরবদি লৈবাক অমদা নিংথৌ অমী লৈবনা মতম অতুগী মণিপুরী সমাজগী ফিভমদা প্রজানা হায়জবা ঙমদবা নিংথৌনা মনীঙ তৌবগী মমি অমা উই। মরমদি খাই হুংজেংবম পীবানা হুমিংপু শাউহনা কাপ-খিবগী মরমদা অম্বা ইরি—"য়োয়ময়ায় তাউতনবনা অনীশু হুমিং অনী চৈয়োনন থবি অনী লেংশিন্নরবগী অন্না পোখা নাইদরে তয়ম মীনাই ওইবনিগিন থবক শংজ লৈতরে হায়না ন্নাতা থীখিরে। মোমনু-তাল্লোয় মরুম্বী হাওনু চোংথামনুবু নাউয়োকফদে। ঈপারি হাওতংথু ঈমোম তাওতংলাবু লাংগোনফংদ হায়না ন্নাতা থিখিয়ে"। মসিদা করিগুম্বা হুমিং অসিনা অতিয়াদা থোকপা হুমিংমক ওইরবদি মহাক্লা শাউরিবা অসি শাউফম থোক্তে। করিগুম্বা শাউরবস্তু মহাক্লী মতিক লৈরোইদবনা মরাইবকপু নিন্দা তৌবা নত্তনা হুমিংপু কাপ্পমক্তি ক্বাপলোইদবনি। অতুগা থবক শংদবগী শাউবা ওইরবদি মহাক্লা শাউবা অসি মহাকপু থবক শীজিন্নরিবা নীপা অতুদা শাউফম থোকই। করিগুম্বা হুমিংনা অতিয়াদা থোক্লিবা হুমিং অসিমক ওইরবস্তু মহাক্লী মবুংঙো অতুনা মহাকপু অহীংদা থবক শুহনফম থোক্তে। অতুগা হুমিংনা অনী থোকপা শেংলবস্তু মশানা য়ানা মীনাই ওইরুবনা অহীং হুংথিল অনীমক্তা থবক শুরবস্তু মহাক্লী মবুংঙো অতুদা শাউফম থোক্তে। অতুনা মহাক্লা মীনাই ওইবা অসি হুমিং অনীগী মরক্তা অমগী ওইবা তাই। মহাক্লা শাউবনা তাউহুইরেং অহনববু শাউরি। মসিনা থোকপদি সনা খোমতোনগী মীনাই ওইরগা মনাওনা য়াই হায়তুনা ময়াম্বনা চাউজনীঙবগী মহাকপু হেঞ্জিনন শীজিন্নবদা শাউবা তাই। মরম অসিনা হন্দক্লী খাই হুংজেংবম পীবানা কাপলিবা হুমিং অসি অতিয়াদা থোকলিবা হুমিং অসি ওইফম থোক্তে।

হন্দক মহাক্লা শাউবা অসি চুম্নগী থবক শংদবগী অমদি মচা কোম্বা ঙমদবগীদমক শাউবতা নত্তন লাল তৌবগী ফীভম য়োনা শাউরি। লীক্লং তেল শানবগীদমক মহাক্লী হুপীবু মপামদা ন্না নিবা থারিবা অসিনা তাকলি। মহুদি— "শানৌ পলেম পীথাঙ শিনবীও নপাম থোংথোঙ কারাল ন্না

কারাল নিংথৌ শোকপাম্বা মচিঙ শাংদা পানবা কংতংমুংতংদবা লোকলৌ চরোয়মৈ কেন্দবা, লাংলেল সোইমিং খিৎতব, কোঙয়াঙ শেমগম্ থোংদবু য়ানিরুও"। মসিনা তাকপনা তাইবঙমী ওইনা পোকপা মহাক্ক অতিয়াদা থোকপা হুমিৎকা লাল শোক্লবা থৌরাঙ তৌবা অসিনা হুমিৎ অশেংবা নত্তে, মগুণ লৈবা হুমিৎ কুমনা মতিক মঙাল চাউবা মী অমনি হায়বা উৎলি। অতুগা মহাক্কী য়াদ 'শানৌ পলেম পীথাঙ শিনবী" হায়দুনা 'শানৌ' হায়বা য়ানা মহাক্কী হুপীবু থঙহললম্লগা 'পীথাঙ শিনবী' হায়দুনা ঈমা শকপী হায়রিবা অসিনা মহাক্কী হুপী অদু মহাক্কী ফননবত্তা নিঙবী মহাক্কীদমক্তা য়াবী সতি ওইবী হুপী অমনি হায়বা তাকলি। মতাং অসিদগী মতম অদুগী মণিপুরী সমাজগী ফীভমদা মীনাই ওইবা মীদি য়াম্না খুদোং থীবা অদুগা অচৌবা মী ওইদুনম্নু চাউজনীংবা অমম্নুং হুপীনা মপুরোয়বা নীঙবী সতি ওইবগী মমি উবা ফংই। অমনা নিংথৌনা মরল্লাইগী থবক্তা প্রজাবু লেম্ন শীজিন্নবা য়াদবগী য়াম্নু মরল্লাইগী মীনাই লোইবা অসিনা উৎলি।

অদুগা থল্লগদবা অমনা মহাক্না য়া নিরুব্রগা "অউপ্পা লীগ ওই, অরোংবা তেনগা ওইনা মশা তেনশাখিয়ে" হায়বা অসিবু মহাক্কী য়াচেৎক্না শাবা তেন অদুনা পৃথিবীত নত্তনা সৌরজগৎপু অইঙ—অশা পীবা ঙমবা হুমিৎকী মৈশাবু লাম্থোক্তুনা হুমিত্ত করমনা পানগদৌরিবনো? তাইবঙ পানবগী জীববু চাকথেকপা ঙম্বা হুমিৎকী মৈশাদা মহাক্কী অকংবা য়াচেৎকী তেন্না করম্না চাকলোইদৌরিবনো? মসিমক অতিয়াদা থোক-লিবা হুমিৎ নত্তবগী খুদম অমনি। মথাদম্নু মহাক্কী তেনবু কিত্নুনা হুমিৎনা চেনবগী য়ানচিংবা লাকথিগনি।

খাই হুংজেংবম পীবা অসিমক্তি লাল হৌবা ঙম্বা মীয়া হায়ব অদুগী মরমদা অম্নুম্না ঈরি, "খাই হুংজেংবম পীবানা অমরক লীরি থম্মোয়তিং লকা তেনমৈ লাক্লা য়ায়রা তেলরাইখিবদু কোঙয়াঙ য়াদ পাললবদি কোঙয়াঙ কংলাংথাংন লাংলেল কোঙয়াঙ ইতুম তুময়ে। য়ায়র তেনথা

অমরক্তি পামেন ভুদ পাল্লবদি পালেম উচুঙ উরা কিন্থ্রয়ে” হায়বা অসিনা মহাক্কী মথৌনা মতিঙ লৈবা উৎলি। মহুগা লোয়ননা মতম অহুগী মণিপুরী জাতি অসি অচৌবা, অপীকপা, মীনাই মপু খায়দনা লালগী খুৎলাই শীজিন্নবা হৈবা, অমস্থুং লাল পাম্বা জাতি অমনি হায়বগী মমিস্থু ফজনা তারি। অহুগা মহাক অসি চুম্নগী খুৎলাই শীজিন্নবা হৈবদরা হায়বা অহুস্থু খুৎলাইগী মতিঙ থেক্না শীজিন্নবগী ৱা অস্থুম্ন ইরি— “হাওস্থু চোং-থামস্থুনা লৈরাই হুইশেল কারকপগী পুললাং লুরোয়থোংবু পানদমবস্থু পাচুরে” হায়বা অমস্থুং ‘মোমস্থু তাল্লোয় মরুমবীগী চোমলাং কাওবী মনশি, শিঙলেল নাপ ঙাল্লিববু ৱায়র তেনগা থোং লাব কন্নাক শেংজোলেপনা ৱায়র তেম্বাখিববু চোমলাং কাওবী মনাশিংবু চোমলাং নায়ায় খায়না ৱায়র তেনপাল্লবদা খাই নুংজেংবম পীবানা তাউ হুইরেং অহনববু ফারঙৈনে হায়না থৌতোংখিয়ে” হায়বা অসিদগী মহাক্কী মহৈগী মশক ফজনা খঙবা ঙমই। অহুগা মতম অহুগী নুপীগী মরমদা মপুরোয়ববু লাইগুম্না নীঙবা অমস্থুং মখোয়ন তৌবা থবক্তা মথৱায় থাবা কিদনা য়াথং ঙাকপগী মমি উবগা লোয়ননা মহাক্না নুঙাইতবা, শাউরিবা অসি তাউহুইরেং অহনববু শাউবনি হায়বস্থু তশেংনা খঙবা ঙমই।

মহাক অসি সনা খোম্মতোনগী মীনাইনি, অহুগা তাউহুইরেং অহনবনা মপু শানীংহুনা ওৎপনি হায়বা অহু লালগী থৌরাঙ লোইরহুনা চয়োম য়ুখোম লাঙনবা মহাক্কী নুপীদা হায়খিবা ৱা—“ওকলেল লাব লও চঙবা, লাইরেল লাবা লওতাববু লৈয়ে” হায়বা অসিনা মপোৎ নত্তুনা মপোৎ শাবা মীবুনি হায়বা তাকলি। ৱা অসিনা লৈবাক্কী হুমিৎ ওইবা মনাওবু শাউবা নত্তে, মনাওগী লওগী মশক ওইবা প্রজাদা অকম্বা ওক্লাবা শাহুনা মথুৎ থিংজিন্দুনা মপু শানীংবগীদমক তাউহুইরেংবু শাউবগী ৱা তশেংনা উৎলি। মসিদগী খঙবনা মতম অহুগী মণিপুরী সমাজদা নিংথৌত নত্তুনা মহাক্কী মচিন মনাও পুম্নমক নিংথৌগুম্না চাউজনিংবগী মমি উই।

খাই নুংজেংবম পীবানা লালগী থৌরাং লোইরহুনা লাল লুমখিবগী মরমদা অস্থুম্ন ইরি— “লমলেল মতাইম থেংয়া লমনুংশি পোইরৈ লমমরু

পুঙলেল লমমগুক্ত তাঙজবগুম লমফমলুরে॥” হায়রিবা রাকম অসিগী অর্থ য়েংবদা মপানগী অর্থনা থেংয়া কৌবা হুংশিবা লম, পোইরৈগিন মরুওইবা লম অথোইব পুঙ অমগী অশুকপা অশোঙবা লমদা লিলগুমনা লোত্তুনা লৈরুরে হায়রি। অদুগা মহুংদা পুরিবা অর্থনা লমলেল, লম পুম্নমক্কী মকোক ওইবা লম, হায়রিবা অথোইব লম থেংয়া হায়বা মী পুম্নমক থেংকম, হায়জফম, অমসুং চঙজফম ওইবদা মতিক চাবনা হায়জবা পুম্নমক য়াবিবগী লমহুংশি ওইবা মী পুম্নমক্না পাম্নবা হুংশিবা লম, অদুগা পোইরৈগী লম পুম্নমক্তা লৈবা পুঙলেল, লৈবাক্কী পুঙগী মশক ওইবা কোন্নুং পুম্নমক্কী মকোক ওইবা লমমগুক্ত মীনা কিনবা, হংগোইনবা মগুণ লৈবা অশুকপা লমদা হায়বদি কোন্নুংগী মচি অমদা লিলগুম্না থুপলুরে হায়রি। মহাক্না লুমলিবা অসি কোন্নুংদনি। অদুনা হন্দক্কী হুমিৎ অসি কোন্নুংগা মরি লৈনবগী ভাব লৈরে। মরম অসিনা হুমিৎ মচিন মনাওগী থোক্লকপা, অমসুং তাথিবগী মফমদা য়েংবা তারে। মশানৌ সনা খোমমতোনন তাথিবগী রা অসুম্না ইরি,—“য়োয়ময়ায় সনা খোমমতোনদি মরম লমলেল মতাইম লোইয়া চেগায় তাউ, থাংজি নারেঙপোক উয়ুঙ পামশংয়া নোংপোক চীঙলোল য়ামব, তমগী মরোল হকপরম, ঙাংভ্রাবা থোঙথিললোক খায়বা য়াকেল লোক, কবুই লৈশোক পুঙ, চীঙগী মরোল য়ামববু নোইহু থুমজা লোনগুম্বা লমদা পুহুং চেগায় মচেৎ লংগুম তরৈ তরৈ লংথিয়ে।” হায়রিবা অসিগী মপানগী অর্থনা নোংচুপ মায়কৈগী চীংখোঙ ( লোইজিঙ চীঙখোঙ ) চেগায় য়াম্না তাবা লম থাংজি মনা লৈঙ লেঙ পাম্বা, উয়ুঙগী ঈশং-শংনা হওব লম নোংপোকলোমদা চীঙলোন য়ামব, তম্পাকসু য়ামন লৈব, ঙাংভ্রানবা হুমিৎনা থোঙথিনফম ওইবা লোক, অথোবা, মরিল খাব মীন ময়া তেকপা লোক, কবুইনা লৈপাক শোকপা পুঙ, চীঙলোন অয়াম্ববু থুম্পাক লোলগুম লোন্নবা লমদ অপাবা চেগায় লংবগুম লয়ন লয়ন তাপ্রে হায়রি। অদুগা মহুংগী ভাবন, লমগী মকোক, অকোয়বনা কৎলবা লোই-পোৎ য়াফম ওইবা, কৎলবা লোইপোৎনা য়াম্বন পোৎ পুম্নমক চেগায়গুম

হোঙনা ফংবা থাংজিগুম্বা অকল অথৌ উনা লেঙবগুম থম্র লৈবা, লৈবাক পুবা ফমনাইবা কাঙবুনা অশংবা মহৈ মরোংনা থললবা পাম্ললগী অকোয়বদা হৌবা উয়ুং পরেংগুম কোয়না ঙাকপা নোংপোক মায়কৈদা চীঙলোল য়াম্না লৈবা কাঙলুপ কাঙলুপনা তাবা তম্পাকস্থ মশিঙ য়াম্না লৈবা ঙাংঙ্রাবা মুমিৎ মঙানন থোক্লকপা অমস্তুং তাবা মতমদা অহানবা অরোইবা থেংফম ওইবা মফম, মরিংজেল খাবা অকম্বা মীন মনিঙ তৌবা য়াদব লম, কবুই লোইশঙনা লৈপাক শোক্লা খূরুমতুনা লোই হাফম, অতুগা কুরুমচীঙ, স্থমেরুচীঙ, থেংগ্রুচীঙনা থুম্পাক লোনবগুম মরোল লোম্নন লৈব লমদা হায়বদি কোন্নুং মন্নুংদা অপাবা চেগায় লংবদা হাইনা হুমনা চৎপগুম চিঙনা-লেম্না শঙ্গাই তম্না লেংথগ্রে হায়তুনা মণিপুরী কংলৈ কোন্নুংনি হায়বা তশেংনা তাকলি।

মশানৌ সনা খোমমতোন কুমথ্রে। মশাবী তাউহুইরেং অহনবনা থোক্লকপগী রা অম্নুম্না ইরি,—“চীঙগী মৈনা উয়া কং, তমগী মৈ থোকথৈ নেমথিয়ে। অনম সিফা নীক্কে তৌবগুম্নবদা মশাবী তাউহুইরেং অহম্বনা নোংপোক চীঙলুথুমগী মুমিৎ মশোং চাউ থবি মমায় পান্না য়াথোক্লক্লে—” হায়রিবা অসিনা মুমিৎনা চীঙয়া পকুনা মুংশা মৈশানা ইঙথরকলবা অমম অঙাল শিন্নরমদাইদা নোংপোক্ত লৈবা চীঙগী লুথুমদগী মঙাল চাউন লংনা থোক্লকলে হায়রগা মন্নুংদা পুরিবা ভাবন চীঙগুম্বা ফম্বালগী মৈ নিংথৌনা মুমিৎ চীঙয়া থাংবগুম শঙ্গাই য়োগদৌগ্রবা অতুগা তমগী মশক ওইবা ফম্নাইবা অঙম্বা ময়াম্না মযুম কুমনতুনা লৈবাক রায়েনবা লোইবগী মশক ওইবা অমম্বনা লোইরমদাইদা লৈকু লৈরাই পাংগ নিংথৌ চন্নুগী মচা তাউহুইরেং অহনবনা কুরুমচীঙনা চিংবগী লুথুমদগী অপোঙ ইংথোল অঙোম কোন্নুংদগী নাপল চাউনা মথরায় মুঙাইনা কারক্লে হায়রি।

তাউহুইরেং অহনববু উবদা খাই মুংজেংবম পীবানা তেনন কাপলে। মহাক্লী তেল অতু শোয়তুনা তাউহুইরেংগী শগোল মথোঙদ পাল্লবদা মুমিৎ অনীমক লাল চেন্দুনা লোৎথ্রে। মতুদি “তাউহুইরেং অহনবদি থরায়

মিরেল পাইনা কোরও মথলনা য়াংবা ময়োলমদি শাম্পুখিয়ে।" হায়রতুনা লাংথিবা মফম উৎলি। মতুদি—মঙোল্নগী য়েংবদা অভিয়া মচেৎ অমত্তা মউবা চৌঙগোল অমদা লোৎথি। মশান্নৌ খোমথোমন লোৎপনা লৈমুরোল তরুক চঙ, লৈহাউরোল মঙা য়োন মপল লাইরেল তাউরোই- নাইগী তুবী মকুনফম লাইরেল ময়াফমদ শাম্পুখিয়ে" হায়বা অসিনা লৈমু- রোল হায়বদি পাৎপাল্ল তাবা থুঙ্গং তরুক লাম্ম মীন থঙদ-তাদনা লম লৈহাউরোল মঙা য়োনা চঙতুনা মীনা উদথা লমদা তাউরোই- নাইগুম্না মপা শরু লাংগোনবীবা অচৌবা মীগী মশাইকোল্ল লোৎল্রে হায়রি। লৈমুরোল তরুক হায়রগা পাৎপাল তাবা থুঙও হায়বা অসিদা কনাগুম্বন চিংনবা য়াই। মণিপুরগী চৎনবীদা লোক্তাক খোঙবাল তাবা মীবু ঈমু, তুরেল অচৌবগী খোঙবাল তাবা মীন ইঙৌ হায়মা থঙনৈ। ঈমুগী লৈফমবু লৈমুরোল হায়না শীজিন্নবনি। লৈমুগী মকোক ওইবা নিংথৌ পানবা লৈবাক্তি মোইরাংনি। অতুনা মীনা থঙদ-উদথা মোইরাংদা লোৎথিবগী রা ইরি। খাই নুংজেংবম পীবা মতোমতন হুরাল লামনাদা লাল হওরকপদা লৈবাক অমম্বুং অঙম অথৌ কনা অমত্তনা রা ঙাঙদমা তুমিন্ন লৈবা, অতুগা নুমিৎ মচিল মনাওনা লাল তৌবগী মহুত্তা মথরাক হিংনবা চেনবা অসিনা উৎপদি মথোয়না তৌবা থবক্তা লৈবাক্কী চৎনবীদগী হনজিনবা, অমদি চৎনবী থুগাইবগী লৈবাক্না অঙম্বনা চোংথোক্নবা অমম্বুং মথোয়না কিবগী মমি তাই। মরমদি মশাগী মীনাইবু কিব অসি চৎনবীবু কিবদগী কিবনি। অতুনা মতম অতু চৎনবীবু য়াম্না লুনা ঙাকপগী মমিম্বু উৎলি। অতুগা মতম অতুগী সমাজগী মরমদনা নিংথৌনা তৌবা থবক্তা লৈবাক্না য়ানীঙদনা রা হায়দবা অসিদগী ঊবনা মতম অদু নিংথৌবু নাইগুম্না নীংবা, মথোয়না তৌবা থবক্না চৎনবী ওইনা খোকপা মরম্না নিংথৌন তৌনীঙব তৌবদ লৈবাক্ন অঙম্বনা রা ঙাঙব ঙমদবগী মমি উই।

৮ নুমিৎ মচিল মনাওন লোৎথ্রবদা নুমিৎ লৈত্রবদি তাইকঙ্‌ পানম্বনা রাবগী মরমদ অম্মুমনা ইরি,—"তাইবঙ্‌ নোংশাপাল্‌ পুম্নমদি অমন্‌ মথৈ

কংলে। য়োয়ময়ায়বু মশক্ উদরে হায়ন য়াওরও ইশা লম্শারেল তোক্প-কাম্ব, হুরোক তাইবং, খুবিং— খুবাই, য়োংমু-য়োংশেল্, শাতুক শাজঙ্ ওক্লেল্ লাইরেল্, × × মমুং-লাইহিংচা অসিনচিংবন নারোল্ শিঙ্-লোলচিল্লক্রে।" মাসিনা নিংথৌ পানৃত্রবদি হূরানৃব চিম্বিব, মীনম শোরিব, পোৎ লাক্প নিংথৌ ওইনিঙ্বন খূৎ থোমহুনা মী মাঙনবা তৌবা, অমগা অমগা খৎননবা ইনশিনবা মী অসিনা লৈবাক ইঙন পানব ঙমদবগী রা অসি হুমিৎ থোক্রবদ তৌব ওইন ইরি। মসিদা ইশা লমশারোল, খুবিং— খুবাই হায়ব-শা লৈতবন মী খৎননব ইশা-নাইশাব মী, পোৎ মচা মশু চেল্লাক্ চেনকোই তৌব মীবু হায়বনি। তোকপ কাম্বন পোৎ অচেং অকোম য়েংলগ হুরানব মীবুনি। অম্মুম্না অহিংদ হৈনব হুরানব অসিন-চিংবন মাগী মাগী খূৎ থোম্লহুন মীবু ওৎপ নৈবগী রা উৎলি। মসিদগী মতম অহুগী সমাজদ নিংথৌন রায়েনহুন লৈবাক ঙাকপদগী লৈবাক হুঙাইন পাম্ব অমসুং চাউখৎপগী মমি উবগা লোয়নন তৌবঙম্ব মী লৈবগী মমিসু তারি।

লৈবাকনা অরাবা তারবা নিংথৌনা লৈত্রবদা লৈবাকীদমক কনানা করি তৌবগে হায়ব অহু ইরক্লি,—"লৈম তরামন থৌরাঙ ঙমতমথিয়ে। নিংথৌ পোংব তরাম্নসু তাউহুইরেং অহনবগি মশানৌবু শমু থোঙ্গুল লীগে হায়ন চৎথিরববু হুমিৎ সনা থোমমতোন অতোনববু থিখঙদরবগী থিংলও নিঙন তেন হলল্লাইরক্লে।" মতাং অসিদা মতম অহুগী সমাজদ লৈবাক রায়েনবগী মরমদ ফম্লাইবত নত্তনা ফম্লাইবীগীসু থৌদাং লৈবগী মমি উই। মসিগ লোয়নন 'হুমিৎ থিব' হায়ব রা অসিনা হুমিৎ নত্তবগী খুদমসু উরি। নিংথৌ পোংব তরান মফম খঙদন হুংবঙনন লৈরিবৈদ লৈবাকী ঈরাং য়েংব কাঙবুন লওকুম লওতাবীশিংন ঙাঙন [illegible] তমলরে। মহুদি "হে থোয়নৌ ঈতারোয় চাম্রবী হাইচেল লাওতাবীও, তিললী লিনতাউ তাও-রোইনাইগী ময়াফমদ লৈমুরোল নিনহুম নিনব, লৈহাউ[illegible] [illegible]ানহুম ঙানবা অসিবু করি মৈনো" হায়ব অসি তিনগিদি মরী তাউহুন লৈব লাই হুমিৎকি মচা-মশু ওইব থাংজিংগী ময়ুমদ মোইরাং লৈবাক মপুং ফানা

ঙাল্লিব অসি করি মৈনো হায়বদি কনাগী মগুণবু ঙাঙনবদ নিনবনো হায়ন হংবদা খুমখিব—"হে খোইনৌ ঈতা চান্নবী হাইচেল লাওকুম্বী নঙদি খঙ-দবরা? য়োয়ময়ায় সনা খোমমতোনগী মৈনে। খাই লুংজেংবম পীবাগী রায়র মতেনচাবু শোংকিবগী শান্মু পলিবনে।" অমুম্না ঙাঙনবগী পাউ তাবদগী সনা খোমমতোনগী মৈকম খঙলহুনা চকপ লমলাং মাইবীবু খাহুন খেমহনখি। মসিদগী মতম অহুগী সমাজগী মরমদা মৈবাক্কী ঈ-পাউ তানবা নিংথৌগী মী থম্বগী মমি উবগা লোয়নন মোইরাং তোপ্প মৈবগী মমিস্নু উবা ফংই।

চকপ লমলাং মাইবী করম্ব মীনো হায়ব মশক মওং পোংব তরাগি রানা উৎলি। মহুদি—"হে চকপ লমলাং মাইবী খোমলেন মঙচুমবীও, চিঙভুগস্নু লোনখঙনবী খোইয়মগস্নু লোনতিনবীনে। নঙদি মৈমুরোল ৬ চঙ, মৈহাউরোল ৫ য়োন য়োয়ময়ায় সনা মখোঙখাদ পাওমেললুও" হায়বা অসিদা মহাক অসি মাইবীদি নত্তবা মহাক্ক নীঙব রাখল চুমগনবী লুপী অমা ওইনা ইরি। মহাক্না মাইবী ওইরবদি 'মঙ চুম্বী' হায়বা রা অসিগী মহুত্ত 'শেনমিং চুম্বী' হায়গদবনি। অহুগা 'চিঙভুগস্নু লোন খঙনবী, খোইয়ুমগস্নু লোনতিন্নবী" হায়বা অসিনা লমলাং মাইবী অসি লাইগী মশক ওইবা সনা খোমমতোনগা য়াম্না চান্নহুনা পুকচেল খোইজেল তিন্নবা পুক্লিং খঙনবগী রাখল অমা উৎলি। মহাকপু রাখল চুমবীনি, মঙ তমহুনা ঙাঙনবা নত্তবগী রানা "মৈহাউরোল মঙা য়োনা" অমস্নুং "সনা মখোঙখাদ পাওমেললুও" হায়বা অসিনা শক উন্নরগা রা ঙাঙনবগী ভাব উৎলি। 'পাওমেনলুও'হায়বা অসিগী 'লু' হায়বা ময়েক অসি মফম অমদগী মফম অমদা চৎপা খঙনবনা মশা চত্তুন উন্নবগী রা উৎলি। 'মলেম মৈপী খোঙহাইকুম, মঙপোৎ চাতং পুন" হায়বা অসিনস্নু খঙহললি। খাই লুংজেংবম্ পীবানা লুমিং অসি তানথোক্নমা নিংথৌ খুভম হাঙলবস্নু অমস্নুং লাল হৌহুনা নিংথৌদা লংজবগীদমক করিগুম্ব অমত্তা তৌত্রবস্নু মহাক্না নিংথৌ ওইবগী রা ইরমদবা অহুগা চেনগ্রবা নিংথৌ অহুবু থিহুনা

থঙবা ঙমদদ্রুনা থাক অমদগী থাক অমা তানন কাথংলি হায়রি। অদুগা হন্দক্কী য়েনবা অসি পুন্নীং থওদুনা য়াকৈনবা পুবা য়েননি। মাবু পুবনা 'মচেঙ কাইরৈ অঙৌববু নাক্ত য়েপ' হায়বা অসিনা নাকন্দ য়েপ্তুনা পুবগী ম্না ইরি। অদুগা থবক্‌না 'কাইরৈ য়েনখোং অমরক্ কান খোংখৈহনববু য়োয়ময়ায় তাউতনববু পুন্নীং থাঙঙমদনা পারাক অমগা পাখোম অমগা তানথংনকলে' হায়বা অসিনা য়েনখোং থুদিঙগী পারাক অমগা পাখোম অমগা তানথংলে হায়বদি অহীং অমা হুংথিল অমগী লম্ কায় হায়বনি। নাক্ত য়েপ্প য়েনবা মীনা খোংহনবা হায়বা অসিনা থোকপনা য়েনবা নত্তনা করিগুম্বা খোংনবা পোং অমা ওইবা তাই। মণিপুরগী চংনবীদা নিংথৌগী অমম্নুং লাইগী য়াকৈবদা অদুগা লম চংপদা লময়িন খোংবদি পেনা, বাঁশীতন তৌই। সনা খোমমতোনন কারকপদা খোংথ্রিবা য়েনবা অসি য়েন নত্তে, লময়িন পেনা থাদ কোনববু য়েনবা নাক্ত য়েপ্প হায়বনি। মসিদগী মতম অদুগী মণিপুরী সমাজগী চংনবীদ নিংথৌগী য়াকৈনবা, লময়িন শক্লবগী চংনবী লৈবগী মমি তাই।

য়োয়ময়ায় সনা খোমমতোনন থোরক্লবদা তাইবঙ পান্বনা হুঙাইবগী মরমদা অম্মুম্না ইরি,—"খোইমুম লাই, নমু মী, য়াওরকশা ককচেং খোইয়া, ম্নাহী—মহু অসি থৈবীক্না পুন্নীং হয়াও থোইন হয়াউ চুকোই শারে।" মসিদা উংলিবসি মী লাইত নত্তনা শা-উচেক ককচেং খোইয়া ফাওবা হয়াউবগী ম্না ইরি। মসিনা তাকপনা লাইগুম্লবা অহল ওইরবা মী, চুম্নগী পুকচেল তিংবা মী, লমচং ফত্তবা শাগুম্বা মী, পুকচেল শীকপা তিল কাঙগুম্বা মী, অদুগা নহা-মুবী ফাওবা হুঙাইবগী ম্না ইরি। মসিনা খাই হুংজেংবম শীবানা তৌবা থবক অদুদা হুঙাইরবমু মহাকমক্না নিংথৌ ওইবদি পামদবগী ভাব উংলি। অদুগা প্রজানা অদু য়োনা হয়াউবদা হুমিং মশানদি মথরায় হুঙাইতবা, হয়াউবগী মতৌ উত্তবগী ম্না ইরি। মহুদি— "নিংথৌ পোংব তরাম্না মিংয়েং শানকৈববু হুমিং মমায় তাইরে থাগী মমায় মক্রে"। লৈবাক্না অঙম্বনা কৌদুনা নিংথৌ ওইহল্লবমক্তদা মহাক্না হয়াউদন

মমায় মকপা অসি, মমাঙউৈদা মহাক্না মনীং তৌদুনা অঙম্বগী মরা তাদনা তৌখিবা থবক্কী ইকাইবা, নুংনাংবগা থাই নুংজেংবম পীবানা করি অমুক তৌরকখিগদগে হায়বগী কিবগা অনীনা মকপনি। মহাক্কী মতৌ অদু উবদা নিংথৌ পোংবা তরান "নুমিৎ মচুক শাবিসে হায়না × × × নুমিৎ মচুক্ শাবিরে" হায়রি। হন্দক্কী নিংথৌ পোংবা তরানা চুক শাবগী রা অসি হান্নগী মথোয় মশেল লৈনখিবা পুক্নীং নুঙাইনদবা, য়েক্নবগী ভাব লৈনবা অদু কে:ক্লরগা অমগা অমগা পুক্নীং শেংদোক্লদুনা চান্নবা তৌবা থবক্নি। মতুগী মরমদা অশুম্না ইরি,— "কেগে মমাইবা থিংগোল মুরি কোংবীচা, লাংজেং লাংমৈবা থুয়োল, মরোল ফাওবনা শারেল য়েংলম ফম, পোইরৈ মমাইবা থাব লাংথংচা লাংবলচান ঈথাঙ থৌগুম্বন শারেল য়োয়রমফম্ কোঙয়াঙ থারা শা, মাউবী ফোপচল য়ৈ, তাউজিং হয়য়াম্‌পৈ ঙাইরোং শিংপাল লেম নাপু-নাশেল, নাথায়-নাতাঙ, উখোক্-রাখোক্, তাইরেল পোংফাই অসি থৈবীক য়াওনা নুমিৎ মচুক শাবিরবদ নুমিৎ মমায় পান্ন, থবি মমায় শেংন তনখৎলক্লে।" হন্দক্কী চুক শাবা অসিদা মোইরাংগী মাইবগা থাব হায়বদি থাই নুংজেংবম পীবাগী মথৌ পুবা ঙম্বা মাইবা অমগা য়েৎ ওই ফমদুনা চুক শাখি। থাবগী মাইবনা ওয়রমদা ফমখিবগী মরমনা মহাক্না মথা পোনবা উত্তনবা ফম্বনি। অদুগা মহাকপু "লাংবল চান ঈথাঙ থৌগুম্বা" হায়বা অসিনা লাংবল থাদ তুরেল লোং-থুমগী ঈশিং থাঙলিবা পানগী থোংফৈগুম্না থাই নুংজেংবম পীবাগী মথৌ পুবা ঙম্বা মীনি হায়বা উৎলি। অদুগা মোইরাংগী মাইবা য়াওবনা মোই-রাংনা সনা থোমমতোন লৈরমবগী করিগুম্বা রা অমা হায়রক্তুননবগী য়াওবনি। হন্দক চান্নরিব অসি থাবনে, মোইরাংনে, মৈতৈনে অহুমমক পুন্ন চান্নবনি। মসিদা চৎনবী মতুং ইন্ন মায়কৈ অনীনা পেন্নবা পোৎচয় (খুদোন পোৎ) পীনদুনা, অদুগা উখোক্-রাখোক্নচিংবা খুৎলাই পায়দুনা রাশক্লবনচিংবা তৌবা য়াথমথৈ তৌখিবগী রা ইরি। মসিদগী মতম অদুগী মণিপুরী সমাজগী মরমদা উবদি মী নত্রগা লৈবাক অমগা অমগা

য়েক্লা কোক্লুনা চান্নবগী থবক অসি মখোয় মশেনত তৌদে, মাইবশিংনা চৎনবী মতুংইন্ন রাশক রারেপনরগা চান্নহন্নবগী মমি উবগা লোয়ননা মতম অতুদা মাইবা লোয়শঙ লৈরে, অতুগা মাইবন লৈবাক নিংথৌগী থবক্তা মকোক ওইনা তৌবা অমস্থুং লৈবাক্কী চৎনবীস্থু লৈবগী মমি উবা ফংই।

হৌজিক্তি নৈনরকপা মতুং ইন্না সনা খোমমতোন সুমিৎ ওইরমদ্রে, নিংথৌ ওইরমলে। অতুনা মহাক অসি কনানো হায়বা অহু থিবা তারে। মসিগী মরমদা য়েংবদা পাম্বোইবীনা মহাকপু কৌবদা "নোংপোক চিঙলু-থুমগী সেন্দ্রেঙ লমহও য়াইমরুও" হায়বা অসিনা মহাক্কী মশক তাকলি। মতুদি নোংপোক মায়কৈদা লৈবা লুথুম হায়বদি কুরুমচীঙ, থেংগ্রু চীঙ, মনা শুমেরু চীঙগী লুথুম ওইবা শক্লাই য়ুম্ফমদগী থোক্লকপা, য়াই পুন্নমক্কীস্থু মক্লগী মশক ওইবা "হে সেন্দ্রেঙ" হায়বা অসিনা মহাক অসি কংলৈগী নিংথৌ সেন্দ্রেঙনি হায়বা অহু তশেংনা তাকলি। মশাবী তাউহইরেং অহনবনা সেন্দ্রেঙগী ময়াম্বা কুপত্রেংনি হায়বস্থু থঙলে। অতুগা থাই সুং-জেংবম শীবান মখোয়দগী ফম্বাল মুলহোবা খাব ফানদোংবনি হায়বস্থু তশেংনা থঙলে।

কুপত্রেঙ, সেন্দ্রেঙ, মচিন-মনাও অনীনা পানথিবা অসি মৈতৈ নিংথৌ নোংতা লাইরেল পাথংবা, অমস্থুং পোইরৈতোন অনিগী মমাঙ-দনি। মরম অসিনা "সুমিৎ কাপ্প" সাহিত্য অসিদগী ঐথোয়না চহী ১০০০ নি মথক্তা লৈগ্রবা মণিপুরী সমাজনা চাওখৎলম্বগী মরমদা মখাগী মমি অসি উবা ফংই। মতুদি :—

১। মরোল থোক্লিবা হায়বদি চহী অনী শুজিবা অঙাং লৈরোল চল্লি।

২। নিংথৌনা রায়েনদ মনীঙ তৌনা থবক তৌই, অতুম্নদি ওইরগা প্রজাবু লেম্না শীজিন্নবদি ঙমদে।

৩। মীনাই ওইব মীগী ফিভম ফত্তে, অতুগা নিংথৌস্থু চাউনীঙবা রাদবগী হায়বদি মনীঙ তৌবা হেনজিন্নগা প্রজানা লাল থোকপগী কীভম উই। অতুনা মীনাই নত্তবা মীদি নিংথৌগী থৌদ কোম্বগী রা উই।

৪। মণিপুরী জাতি অসি লাল পান্বা, মীনা লাকচবা য়াদবা, লালগী থুৎশু-থুৎলাই শীজিন্নবদ হৈ-শিংব জাতি অমনি হায়বগী মমি ফংই।

৫। হুপীনা মপুরোইবগী য়াথং ঙাকপদা মথন্নায় মাঙবা য়াবা থবক ফাওবদা চিংনবা লৈতবা সতি ওইবগী মমি তাই।

৬। নিংথৌগী মচিন মনাও পূন্নমক নিংথৌগুম্ন মনীঙ তৌবগী ফিভম লৈ।

৭। মতম অহুদা মচিন মনাও চাউহন্নীঙবদগী লৈবাক্কী নিংথৌ নত্তবা শন্নাইগী ওইনা অঙোম নিংথৌ শেম্বা হৌথিবগী মমি উই।

৮। অঙম্বগী মরা তাদনা নিংথৌনা তৌনিংদা তৌরবদি খুদোংথীবা তাবগী মমি উই।

৯। মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবদি মীনাইনম্ব নিংথৌ তাম্নোকলগা নিংথৌ ওইবা য়াবগী মমি তাই।

১০। নিংথৌবু হুমিৎক মান্নন হায়বদি লাই ওইনা ভক্তি তৌবগী মমি তাই।

১১। নিংথৌ পান্দ্রবদি লৈবাক য়াবগী য়াথনদগী মত্তিক চাবা নিংথৌ লৈনবা হোৎনবগী মমি উই।

১২। পাউ চৎপা মী মশক থঙনা শীজিন্নবগী মমি উই।

১৩। লাম্বীনবা মায়কৈ অনীবু করমনা চান্নহনগদগে হায়বা নিয়ম থঙবগী মমি তাই।

১৪। নিংথৌনা লম লেঙবদা লময়িন শক্প পেনান য়াকৈবগী চৎনবী লৈরম্বগী মমি উই।

১৫। মতম অহুদা মাইবা লোইশঙ লৈরে, মাইবনা লৈবাক নিংথৌগী থবক্তা মকোক ওইবগী মমি তাই।

১৬। মণিপুরী জাতি সাহিত্যদ য়াম্না চাওথৎপগী মমি ফজনা উবা ফংই।

মসি পূন্নমক অসি উবা ফংব মরম্ন সাহিত্যনা জাতি অমম্বুং সমাজগী মিংশেলগী মশক্তি হায়বম্ব উবা ফংই।

---

চিঙাখম পিশক সিংহ

# সাহিত্য অমসুং সমাজ

মমিং থোনবদা তোংঙান তোংঙানবা লোলগী ওইনা থোননরবস্মু সাহিত্য হায়বসি বিশ্ব মানবকীনি। মীওইবগী মচরিংনা মরূদা মান্নবনা লোল অমগী সাহিত্য মীওইবা পুন্নমক্কীনি। মী কোটি কয়ানাচহী কোটি কয়া চুপ্না খুন্দারক্লবা পৃথিবীনি. মশীং লাকওমদবা সমাজ, পরিমণ্ডল, প্রকৃতিনা য়ৈরকপা তিন্নদবা প্রভাবশিং, মতুদগী পোকখিবা রাখল, অভিজ্ঞতা, ভাব, অনুভূতি—পুন্নমক অসিবু ফোংদোক্লুনা সাহিত্য ইনরকই, ইনরি, ইনগনি। অতুনা সাহিত্য সমুদ্রগী মরমদা হায়বা মপুং ফাবগী রাদি থাপ্না থম্নতুনা সমুদ্র অতুগী মপান্দা লেপ্তুনা মাগী 'আস্পেক্ট' মচেৎ অমা ফাওবা উহন্নবা মপুং ফানা হায়বা ওইথোক্তবনি। অতুনা চোইজাইনবা মওংদা সাহিত্যগী মরমদা সাধারন ওইবা রাফম খজিক্তুং অতুগা মণিপুরী সাহিত্যগী মরমদা থরদংগা মমিংতা ওইনা শোকপোই, নানবোই তৌজগে।

সাহিত্যগী চপচাবা সংজ্ঞা পীবা লুই। চাওরাক্ল চবৌ চবৌনা অম্নুন্না হায়বা য়াই :—মতুদি মীওইবগীনোংম নোংমগী ওইবা পুন্সি, 'মাগী যুগ কয়াদগী চত্থরক্লবা ঐতিহ্য মাগী সমাজ অমসুং পরিমণ্ডল মতুদগী পোকপা অভিজ্ঞতা—পুন্নমক, অসিনা শাগচ্চবা মাগীতা ওইবা জগৎ অমসুং থৌশানত্রবা অকাম্ লমচৎ নকমন্দুনা উত্রবা মচৎ, অতুগা চোইজাইনতুনা থাইদোক্লগ্রববু পুন্নমক্কী ওইবা অমদা ওস্থোকপা পুন্নমক অসিবু ইনৌ নৌবা মওংদা মাগী 'অঘটণ—ঘটন পটিয়সী' ওইবা প্রজ্ঞা শক্তিনা লোলগী-মত্তেংনা সৃষ্টি তৌই। মতুনি সাহিত্য হায়নরিবসি। "মশাগী মরননাই ভাবপু ময়ামগী ওইহনবা"—রবীন্দ্রনাথকী মোৎনি।

সাহিত্য হায়বা অসি মচাক মরি য়ানশিন্দুনা শাবা দলালনি :—সমাজ, ঐতিহ্য, শিল্পরীতি অমসুং শিল্পী। তুরেল অনীগী সঙ্গম নত্তে;

মরিগীনি। তুরেল খুদিংমক সঙ্গম য়ৌদ্রিভৈদা মশা কয়াগা তিন্নরগা ঈফাংননা চেন্নকুনা মফম অমত্তদা তামিন্নত্থনা সাহিত্য-সঙ্গম শেগ্ননি।

সমাজ অমস্থুং সাহিত্য অনী অসিগী মরি অসি পীথোক-পীশিনগী মরিনি। সমাজদগী সাহিত্য পোক্লে; সাহিত্য অত্থুমক্তা অনৌবা সমাজ শেম্মি, পোকহল্লি। সমাজবু সংস্কৃতিবু, সাহিত্য মশামকপু মাঙদাইন্দুনা পুরি। মফম অমস্থুং মতমগী মন্থুংদা লৈনা লৈনা অনীমক্কী রাংমা লান্না লৈরি। ঙসি অমস্থুং হয়েংগী মীনা মশাবু থিবা ফংজরি; হিংবগী ময়াই কাবা পূন্নমক ফংজরি। অফবা সাহিত্যদি পুন্সিগী অমম্বা লম্বীদা ঙান্না থানবা থাউমৈনি। অম্থুম্বা সাহিত্য অতাঙবনি, মীওইবা জাতিগী অথোইবা লন্নি। সমাজনা সাহিত্যক অমগী মফমদা পীরকপা দানদি—থম্মোয়—ঈরোং হৌনা থৌগৎপা। মসি য়াওদনা কনামত্তনা নীংথিবা সাহিত্য ইবা ঙমদে। সমাজদা সাহিত্য ইনবগী পারিষ্টিতিক ফিভম অত্থু লৈত্রিবা মথৈ অফবা সাহিত্য থোরক্লোই। ভুত মঙাগী প্রভাবম্থু ফিভমশিং অসিগী অমনি। অত্থুনা আফ্রিকাগী জঙ্গলগী নেগ্রোশিংগী মরক্তা হোমর অমদি রবীন্দ্রনাথ অমত্তা থক পোক্লোই। শন্না হায়রবদা সাহিত্য হায়বসি সমাজ অমগী অপূনবা সাধনাগী মহৈনি। ঐথোয়গী হাক্তক অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবীরম্বা কবিশিংনা ইত্থনা থম্বীরম্বা রারেং শৈরেংশিং অসিদি অরাইবনি; মথোয়গী অথোইবা দানদি— ঐথোয়গী সমাজদা সাহিত্য খৌরাংবা অমা পোকহনবীরিবা অসিনি।

আদিম সমাজবাদ চৎলম্বদগী "পেত্রিয়ার্ক", অত্থুদগী নিংথৌ অমস্থুং নিংথৌরেন স্থুন্না সাহিত্যস্থু মতাং অমদা নিংথৌ অমস্থুং অচৌ অশাংনা কেন্দ্র ওইনা ধর্ম্ম অমস্থুং সংস্কৃতিদা তোংত্থনা চত্থখি।

রামায়ণ অমস্থুং মহাভারত নিংথৌ অমস্থুং অচৌ অশাংনা কেন্দ্র ওইবা সাহিত্যনি সাধারণ প্রজাগী অরা-অনং খনবীদে; সুপী নহাগী ইজ্জৎ ঙাকপীদে। পুন্সিদা অরাংবা আশানা কন্না ইম্মনবদগী মেকবেথকুন্না অরানবা লম্বীদা থোংদাজন্ত্রিবা লঙ্কাগী প্রজা কয়াগী ময়ুম মকৈ হত্থুমান্না

মৈ থাদোকপীরে। সীতা হুরুচো হায়না ইনশিনবা য়াওজদবা, হুরুরে হায়বা ফাওবা থঙজদবা প্রজা কয়া য়াওরমনি। য়ুবি পৌরি তাহুনা, লৌ খোইহুনা, ঙা ফাহুনা, তারি থকচহুনা ইচম চম্না লৈজবা লম্বাগী প্রজা কয়ানা ঙসি পৃথিবী অমস্তুং অতিয়াগী কারক্তা নোংজু হুংশাদা চংজফম লৈতনা মচা পিশকশিং কোন্দুনা উথোংদা, ৱাখোংদা য়াহিপ্না, অরাম খোৱাংবগী অরাবনা মপুক পায়হুনা লেল্লিবা অসিবু ঐখোয়না থনবীদে, অন্নাশরুক য়াবীদে। ঋষি কবিনস্তু মহাক্কী কমণ্ডলুদগী মীহুংশি ঈরিক থিকপীদে। ওন্ন-তৈননা ঐখোয়স্তু দেবী হুরুবগী লমন থুন্নকপদা পেন্নরি। অমুকস্তু লৈশাবী মচা অমনা পাথং ফজবা অমা উরুরে। পামজহুনা মঙোন্দা লৈজগে হায়জরুরে। পাথং অহুনা মাবু পামদহুনা অথোবা 'ব্লেদ' অমনা মনাতোন লেনথংতুনা ককথংপীরে। ককথংপা য়ানবা 'প্রি প্লান' তৌহুনা শূর্পনখা থোনজিনবীরে। উন্নীরৈ, থম্বানতোম্বী, ইবেতোম্বী থোল্লম্মবদি ঐখোয়গী থরায় থরদি শোক্কনি, ইবুংঙোতোনবু ৱারোগনি। মহাভারতস্তু অসি মঙাই। নীতিজ্ঞান, ধর্ম্মজ্ঞান অমস্তুং সংস্কৃতি লেংদনবগী উদ্দেশ্যদা নায়ক—নায়িকাগী মিচংদা তোংশিন্দুনা ইথিবা ঙাক্তনি। মতম অহুগী সামাজিক পরিমণ্ডলগী প্রভাবতগী ইথিবা সাহিত্যনি। হৌজিক কালগী ক্রোয়েডকি মিৎয়েংনা উকিলগী মিৎয়েংনা য়েংহুনা বিচার তৌগদবা নত্তে।

হৌজিক গনতন্ত্রগী, সমাজবাদি য়ুগ চৎখ্রে। সাহিত্যস্তু গন-সাহিত্য ওইখ্রে। পৃথিবীনা পীকশিল্লকপগা লোয়ননা সাহিত্যস্তু বিশ্ব-মানব সাহিত্য ওইখ্রে। ইলেকসন্দা কাননবা কনষ্টিট্যুয়েন্সী অমগী থনবনা রাজনীতিদা চংবা কনাগুম্বা মীওইশিংগীনি, মফম মতমনা শম্বল থাজিন্দবা বিশ্ব মানবকী থনবনা হৌজিক্কী সাহিত্যকারশিংগীনি। ঙসি জাতীয়তাবাদকী মরমদা, দেশপ্রেমগী মরমদা ইবা কলম অহুমক্তা অন্তর্জ্জাতীয়তাবাদকী মরমদা, বিশ্বপ্রেমগী মরমদা শৈরেং ইনরি। সাহিত্যকার থরদদি পৃথিবী অসি ৱাথলগী চথোম ফাদ্রে, হৌজিকনা থাজিনবা লাম্থোকপদা ৱারবা শম্বল অহু ৱাংমা লাম্না চোংথিহুনা 'ভুং' হায়বা মপান নাইদবা

মহাসমুদ্র অদুদা ভাবকী 'লাইনার' তোংলদুনা চৎনবসু কোঙাই অমা য়াওনরক্লে। মসি সমাজনা ওল্লকপা য়াব্রোম্না সাহিত্যদা চঙলকপা প্রভাবননি।

চহী লীশিং লীশিং কয়াগী মমাংদা মীওইবনা হিংনবগী পাম্বৈ অতৈ খঙজিনৈদা শা তান্দুনা হিংননবা হোৎনরম্মী। হৌজিক্তা শউনগী মতুম তাবা বল কৌবা অমবু থরায় থুবাক্তা হাপ্তুনা কোইতান তান্নদুনা শান্নরি; শান্নরিবা মীসু, অয়েংবা মীসু কয়া পেন্নরি। থুংলাই শাবা হৈজিনৈদা মীওইবনা ফুনবদা ময়ানা চিক্লরম্মী। হৌজিক্তা ময়ামক্তা চিক্রুবসু হেক শাউবগা মীওইবনা ময়া ক্রক ক্রক চিক্লি। কাউবা ঙমদে মিহৌরোনগী মচৎ অদু। সভ্যতানা ঐতিহ্যশিং অদুবু মচু কয়া শংথ্রবসু মশক মওং ওনথ্রবসু মরু অদু লেংদবনা ভাবুক ওইবা পুক্নিংনা লাইনা 'ফোং, ফোং' হায়বা ঙম্মি। মীওইবগী ওইবা অমসুং মী কাংলুপ অমগী ওইবা ঐতিহ্যনা সাহিত্যকার মশা ফাওবা খঙহন্দনা সাহিত্যগী মচাক অমা ওইনা ততুনা সাহিত্য সৃষ্টিদা য়াওররি।

চেং মখল অমত্তা, য়েঙাং মখল অমত্তা পুজারী কয়াদা তোংঙান তোংঙান থোংহনবদা হাওবা মান্নদে, রস তিন্নদে। মচু কয়াগী লং পীদুনা মীশক খরবু লোনহন্নবদা পোত্থোকশিং অদু খরনা ফজে, খরনা য়াম্না ফজে, খরনা থী। শিল্প থুদিংমক মসি ঙাক্তনি।

সমাজ অমসুং বিশ্ব প্রকৃতিনা পীরকপা মচাকপু সাহিত্যকশিংনা মাগী মাগীতা ওইবা হৈনজবা, পামজবা মওংদা মাগী রাখল্দা. থম্মোয়দা য়ৈরকপা পাল্লবা অদুগী মতুং ইন্না তোংঙান তোংঙানবা ফিজোল্দা লৈতেংবীদুনা সাহিত্য সৃষ্টি তৌনরি। মপানগী প্রকৃতি অমসুং তোংঙান তোংঙানবা ফিভমদা মীওইবগী তোংঙান তোংঙানবা মচৎ অসিনা রাখল্দা থম্মোয়দা অতৎ-অথম লৈতনা মশিং লাকঙমদবা শকওং লোৎদুনা য়ৈররি, মখল কয়াগী ঈশৈ শক্লরি, খোম্মাং য়ৈররি, ময়াম্না অমত্তা ওইররি, অমত্তনা ময়াম

ওইররি। মথোয়বু কবিনা মৃত্তি পান্না য়েক্লি লোনগী মতেংনা লেংলি, শক্তি ঈশৈ ওইনা। মৃত্তি অহুনি ঈশৈ অহুনি সাহিত্য হায়ববু।

অমগা অমগা তিন্নশিল্লগা অমা ওইবা মতমদা উন্নবা, তিন্নবা, পেনবা, অমগা অমগা তিন্নরগা অনী ওইবা মতমদা কায়নবা, রাবা ; লীলা মথল মথলনি। থেঙ্গাইনবা অমসুং পুনশিনবা,কায়নবা, অমসুং তিন্নবা, রাবা সুঙাইবা ; কপ্পা নোকপা ; সুপা সুপী ; শক্তি অমসুং শক্তিমান, ময়াম অসিগী মনুংদা লীলা মথল মথলনি। সাহিত্যকারশিংগী রাথন্দা, থম্মোয়দা য়ৈরকপা মতুংইন্না মাগী সাহিত্য শেম্লরি।

মী মীগী তোংঙান তোংঙানবা সংসাররনি। ভাব, অনুভূতি অমসুং কল্পনাগী শক্তিনা তিং লাওরিঙৈ মতম,—পাখং অমনা সুংশিজবী লৈশাবী অমা লৈরবদি—মাগী সংসারদি লৈশাবী অহুনা কেন্দ্রনি। মাগী পুক্নিং হকচাংগী 'লোকসর্ভা'কেন্দ্র অসিগী অকোয়বদা অসুম্বা লৈশাবী অসিনা শিরবদি ? গ্রহশিংগী খোঙচৎ হোংত্রি ; অহিং-সুংথিল চপচানা থায়রি ; বসন্ত চঙলকপদা পাম্বীশিংনা অনৌবা ময়োল চোংবা লেপত্রি ; অয়ুক অঙনবগী সুমিংকী ঙাঙ্ঙানবা মশেক্লা লৈচিন মথক্তা ফন ফন চোংহুনা নোংচুপ পাংনা চেম্বহুনা শান্নবা লেপত্রি ; প্রকৃতিগী করিগুম্বা খোংচৎ অমত্তা হোংবা লৈত্রি। অহুবু র্বার্দসবার্থনা হায়গনি— "Oh, the difference to me' অচুম্বনি কয়াদা খেন্নথ্রবা সংসার অনীনো ? অমসু সুংশিবী য়াওবা সংসার, অমরোমদা মহাক য়াওদবা সংসার। পোৎশক অমত্তা রাৎপদা পূমথেন থেন্নবা সংসার অমা চোংথোক্লকই। অহুগা মৈতৈ অমনদি অসুম্বা ফিভমদা করম্না তেংথাবা হায়বা অহু কৌবরোন নামোই-সুনা খোইয়ুম নোংদম থৈঙমদনা শিবা তারবদা মশাবী সুংবাল পোমবী লুরাউবনা তেংথাখিবা মতেংথা অসি পঞ্জনীংই :—

মোমনু তালোই নামোইনু
ইশানৌ সুংজেংবী নহাকপু
চীংঙু করম্বা লমওকপা কল্লকয়ে।

ইশানৌও হুংজংবী
ঙসি কৌবা নোংসিদা
পঙ্গৌগী শুম্মাং মথৌবুং
শুমাং মতা ফবদা
চংবী লাতোন থাগ-থা
লফু মতুপ মোনথাংবা
পায়মা নংগী পুথোং হাং
উনবী হুংবু চফম লেং
মালং মথি নাইবনা
থাম্বী মরাং হৌরবগী
লাইজ ইথিন হৌবনা
অমল থমলৈ মীহুংকোল
শরা থম্ন্‌ং মীথুরোম্দা
ইন্দাল্লগে তৌববু
নশাবী ঐগী য়াল্লাবু
নাতারিব্রা নামোইন্নু ?
মোমন্নু নংগী নমিরেল
নুজা নংগী মিরাং-পান্
থন্নু মীশা তাবা চীং
রাবা ফেরে লাউবা চীংদা
ঙাইহাক পুংগোই পোম্বাথো।
নশাবী নুংবাল ঐহাক্তি
নুজা নংনা তুংওইবা
শিঙেল তঙ্খাই শেৎকনি।
কোরৌ মৈশা লাংগনি
মোমন্নু নংদি থঙজব্রা ?

য়ায়া অমুম খোয়োয়া
লুয়াই শমদোং কোয়
তকলৌ শিদং শোন্দুনা
চেয়া য়াম্বী চাকয়াইগুম
শামু মথুৎ থুৎকাংনা
ওকথি লুমলাং কোঙনা
থজাই লেংওন চুপ্তুনা
মালেম্ থক্তা হাইথখি।

আফ্রিকাগী ময়মদা প্রেমেন্দ্র মিত্রনা,

হুমিংবী ঔয়সন্তগী মহায়ণ্যগী গর্ভদা
নাউপুন্থনা পোকখি অমুবা আফ্রিকা
খোনাউদা মাগী লাকওম-কাওমত্রবা

উমংগী হয়াও ময়াই কাবা
হে—ইডি, হাইডি, হা—ই ॥

বুদ্ধদেব বসুনা,

শীর্ণ ছায়া শুকে নিল আজ
শুভ সভ্যতার সূর্য্য।
(Today her twisted shadows
Has sucked the white sun of civilization )

উরুয়া কৃষ্ণা আফ্রিকা ওসি
মাগী কংলবা উরুয়া থকপ্রে
শুমহুনা অঙৌবা সভ্যতাগী নুমিৎ

( The barbarous greediness of the (so-called) civilised people has reposed its own shameless inhuman nature to its complete nakedness. )

মসিনি পোৎশক অমত্তদা কবিশিংনা য়েংবা তোংঙান তোংঙানবা মিৎয়েং, মত্রগা —পোৎশক অমত্তনা কবিশিংগী থম্মোয়দা মওং মওং পাল্লবা মপাল। মশা মশাগীতা ওইবা মওংদা পুথোক্করিবা, লেংথোক্করিবা অদুনা মাগী মাগী শিল্পরীতিনি। শিল্পী অমগী হৈশিংবগী রাখলগী ফজবা ফজদবগী চাং রস সৃষ্টিগী চাংস্থ ওইরি। রস সৃষ্টিগী চাং অসিমক্তা ওইরুরি মাগী সাহিত্যগী অফ-ফত্ত অরাং অনেমগী চাংস্থ।

অদুদি রস করিনো থন্নদুনা য়েংসি। রস করিনো থন্নবদা রাইশংনা থোকপা রাফম নত্তে ; মরমদি মসি তত্বগী মতৌগুম্না প্রমান তৌবা য়াবা রাফম নত্তে ; মীওইবগী থম্মোয়দা অনুভবতদা ফাওবা রাফম্নি।

শ্রুতিস্তুতিগী রাফমশিং অদু থাদোক্তুনা ইচম্ চম্না রস হায়রগা ঐখোয়না হেক্তা থঙনবা রাফম অদোমদগী হোৎনদুনা মসি মশক থঙনবা হোৎনসি।

মচু কয়াগী শকওং কয়াগী পোৎনা মশিং লাকঙমদনা থল্লবা মপান নাইদনা পাক চাওরবা বিশ্ব-সংসারনি। মীওইবনা মসিগা মরি অমা লিংখত্তুনা অমত্তা ওনশিনবা মতমদা মাগী থম্মোয়গী আঃ লৈথাদা অনুভূতি বোধ অদুদা থকহেক য়ৈরে। মতুদা ইন্দ্রিদগী পোকপা অরা-নুঙাইগী রাংমদা, লোন্না হায়দোকপা থোক্তবা আনন্দ অমা, মহা শান্তি অমা ফাওই। মতুনি রস হায়রিবা অদু, বিশ্ব-প্রকৃতিগা শন্নবদগী রস অসি কবিগী চিত্তদা ফাওরকপা মতমদা লোনগী মতেংনা মতুবু ফোংদোকই। মসি রস সৃষ্টিনি, সাহিত্য সৃষ্টিনি। অহানবা কবিচিত্তদা ফাওরকপা মতমদা মদু রস দৃষ্টিনি পোৎ নত্রগা হিরম অমগী মশাগী মপানগী অথাবা

মকু অদু ফাওদৎনা মঙাল অমনা রসজগৎকা মীওইবগী চিত্তগা শক খঙন-হল্লবা মতমদতা রস সৃষ্টি হায়বা অদু পোকই, রসসৃষ্টিনা সাহিত্য জগৎকী লম্বী উবা অমম্বুং উহন্নবগী অহানবা মচাক্নি। রসসৃষ্টিগী রহস্যজগৎ অসিদি মপানগী ইন্দ্রিয়শিংনা লাম্বা ফংবা পোৎশক নত্তে অউবা পোৎশক্লা মিংকী কারল ৱাংমা লানখিত্নুনা থম্মোয়গী অনুভূতিগী পোৎশক অমা ওই-খিবা মতমদা মপানগী হুমিংকী মশেক্লা লম্বী অদু তাকপা ঙমদে। অদুননি কবিবু "ধ্যান তৌরিবায়ুনি নত্রগা লাইতোংলবা মাইবীগা" চাংদম্নরিবা।

সৃষ্টিগী ধর্ম্ম অমা লৈ; মদুদি :—লোনগনবা। স্রষ্টানা পাম্মি, মাগী থম্মোয়দা ফাওরিবা আনন্দ অদু অপাবা মীদম্বু ফাওসনু মদু নত্রবদি মানা পেন্দে। অদুনা কবিগী উদ্দেশ্যদি —পুন্সিগা পুন্সিগা পুনশিন্নবা, অমত্তা ওইশিনবনি। মীওইবগী ফোঙদোক্তবা থম্মোয়গী লৈখাদা ওমদুনা লৈবা, অৱা-হুঙাইশিংবু ফোঙদোকপীদুনা লানবীবনিনীংথিনা ফোঙদোক্পা ঙম-জবা ভাব, অনুভূতি, কল্পনা ৱাখলগী পুনশিন্বা, থেঙ্গাইনবা পুন্নমক কবিনা ফোঙদোকপী। কবিনা সৃষ্টিদা পেঞ্জবগুম্ অপাবা কাংবুনা পেন্নবি। মসিভদা কবিগী নীংবা থুংজরি। মঙান্না পোৎশক অমগী মথক্তা তাদ্রিব-মথৈ মঙাল অদু লৈ হায়বা খঙনদে; মঙাল মশাম্বু নীংবা থুংজদে সাহি-ত্যকারনা মাগী পুক্নিংদগী শুংদোক্লক্পা কাব্যম্বু অতোপ্পগী চিত্তগী মথক্তা তাহন্নীংই; তাদ্রিবা মথৈ পেঞ্জদে। কনাগুম্বা সংস্কৃত কবি অমনা মানা হিংলিঙৈদা মাগী শৈরেংশিং অদু কনামত্তনা পাবিত্রবদা নীংবা কায়বগা লোয়ননা মাগী শৈরেংশিং অদু পাক চাউরবা পৃথিবী অমম্বুং মপান্ নাইদবা মতমদা শিন্নরমদুনা কপ্পা কপ্পা পুন্সি মতোল লোমখি হায়।

অশেংবা সৃষ্টি খুদিংমক রস সৃষ্টিনি। অশেংবা কাব্যরস মহাও তংবদা ফাওবা আনন্দ অদু 'ব্রহ্ম স্বাদ সহোদরঃ' হায়নরি। হৌজিক্কী মতমদা ক্রোচেনম্বু ধ্যানদগী পোকপা প্রশান্তিগা কাব্যদগী পোকপা আনন্দগী অমত্তনি হায়রি। সাহিত্য শব্দগী 'সহগী অর্থম্বু' 'রসেন সহ' হায়না লৌবনা ফগনি। নত্রগা কবিনা পাঠক কা লোয়ননা আনন্দ

তৌমিন্নবা হায়না লৌবসু ফগনি। অতুনা কবিনা হায়রি :—খৌনাওদা শক্তি গায়কনা পুক্লিংদা শক্তি ভাবোক্লা শক্তে কনাসু মতোমতা।পেচৈ কবিনা সিতদা।মহাক্কী থারাগী হৌপ্রবা লাই গুরুগী মগুণ শকপদা চাও-খোকপা পোকচবা তাইবং মীওইবনি। মবুথৌ পুরেন্না কৈ ফারম্মি হায়তুনা কুম্লাইনানা নারবা শোঞ্জু অতু ফাওবা থরাইতানা চাওখোকচরি। সাহিত্যগুম্বা মমল নাইদবা পোৎশকপু ঐখোয়গী ইপা ইপুনা থম্বিরম্মী হায়বদা চাওখোক্লোইদবা মণিপুরী কনা লৈগনি ? অতুদা থন্নগদবা হায়ববু ঐখোয়গী থাঙ্গৈমকশেংনা অরাংবা অরিবা সাহিত্য লৈত্রা অসিনি। অতুদা অরাবদি ঐ অসি অরিবা মণিপুরী সাহিত্য-নৈনবগী রাদি থাপ্না থম্বীখ্রে অতাবা-অউবা ফাওবা তমশিনবা অমদি ময়েক শেংনবা রাথল ফাওবা থদ্রিবা মীনি। ফের লৈবা ফালা শিজ্জিন্নবদগী মমল পীবদা অরানবা কয়া থোক্লিংঙাইনি। অতুমকপু মরু থোইবী ইচানুপীবু মুংশিজতুনা শম্ফবী থোজেরবসু থাঙ্গৈমক শেংনা মশক ফজবীনি হায়না মী থংনবা ফাওবা চংশিনবা মীওং অতুমক্তি ঐহাক ওইজদ্রি ; মরমদি ঐনা থঙজৈ সাহিত্যদা ডিমোক্রেসি চংদে ; ভোট মশিংনা অফবা নত্রগা ফত্তবা ওইহনবা হায়রোই।

অরিবা মণিপুরী সাহিত্যদা অরাংবা থাক্তি বর্নন য়াম্না থেংনৈ অমত্তংগী চাং য়েংসি, মৈদিংঙু পেংশিবাগী মজা ইবেম্মা লাইরুম চেংবীগী শক্তম থাবদা :—

লাইরুম্ চেংবী চঙথোনবী
তাইবং পুক্লিং পুকহুবী লৈমা চিনকোই অতপ্পী
... ... ... ...
লৈমা মিৎশুম য়েংবনা য়োইহৈ পুম্বা কোনশিল্লি।
শম্লাং মৈদা তনানবী, শম্বাল মনম্ পল্লানুবী
লৈমা তোংদম লিক্রু কোয় লিক্লাই-মুংদ্র লাইজ-চঙ।
লৈমা চিনবান মোইকাই-য়েং পামশং তয়াল ঙমজবী
লৈমা য়াতা য়েংলুবা লৈরাং কুণ্ডো পরেং-লেং

য়ান্না খোম্বাং ইরাইবা নোংথাং মানা তম্জৈদো
লৈমা থবাক্-লিক্থোল্লম তরেৎ শেন্দি শেনবুংনি।
শেনবুং থক্তা কোঙ্গোনথিন্ থক্কি লানা য়োমলিবা
থবাক্ ঙানফম তাবা-য়েং কোয়ৌ মশেক লোকমাই ঙান
... ... ... ...

অতোপ্পা মতাং অমদনা নামোইনুবু শিংথাবদা,

নুরা চিনকোয় পুকহুবী নুরা হেকমায় মীনুংওল্
খোইনা ৱাংবী নীংখিবী শম্লাং মৈদা তনান্বী
চেংলৌ শক্কোইরিবী তাইবং ওইবী কনাগা
পান্দম লাকপা ঙমগনি।

নুরা মিংফম য়েংলগা লিক্লোল থৌরোই ঙমজবী
মোমনু পিশুম য়েংলুবা তাইবং লকা তন্দম্বা
লীরী মানা চিংবদা ৱাইরা লীরুং তোলগোনবী
উনবী পুম্বা তেনপাল্লি। ... .

মসিনা চুম্না বর্ণনা মূলক ওইবা সাহিত্যনি। অতোপ্পা অমনা, তাইবং খোংচত্তা ঙাইহাক ঙাইহাক্কী অপাম্বা লখা, লথানা অকনবা নোংলৈ নুংশিংনা তেরা মফোল পুবগুম হুমহনা মীওইববু পুক্লুরবা মতুংদা হায়বদি চোজাইনবা ৱাথন্না লমগী চেক্লাগুম কোইপাই পাইহনা চৎলুরবা, থুদি কয়া থিরুরবা মতুংদা অভিজ্ঞতাদগী পোক্লক্পা অনৌবা ৱাথন্না অরোনবা খোংচৎপু খণ্ড-জরক্লহনা পোম্বীগুম লৈত্তানা লৈজরগে হায়না হল্লিল্লক্পদদি ফনা বুদ্ধি তাহনম্নু কায়দোংফম লৈভবা চেক্লাগুম কণ্ডাওননা থোক্লরি। তাইবং-মী অয়াম্বদা থোকপা অম্মুক লুথ্রবা ৱাফম্নু,

চেক্লা পাইথ্রবনা পোম্বী হল্লিল্লকপদা
চেক্লাগী কায়দোংফম খণ্ডদবনা পোম্বী কণ্ডাওনরেদো,

হায়না ইচম চম্না পরেং অনীগী সুংশিরবা শৈরেং মচা অমদা ফোঙদোকপা ভম্বা মণিপুরী জাতিনি। মসিনসু কাঙলুপ অসিগী অরাংবা সাহিত্য ইবা ভম্বগী মতিং ফোঙদোক্লি।

ফোঙদোরক্পদা থোইদোক্না রাবা, য়াম্না **'সভল'** ওইবা মীওই-বগী ভাব অমসুং মখোয়গী কাচিন্দা থুপ্লুনা লৈবা অনুভূতিদা ফাওরবা পুক্নিংগী রাফমশিং অমদি অরাংবা থাক্কী মনস্তত্বনি।

পুন্নমক অসি ফোঙদোক্পা মপুং ফাবা লাইরিক পংয়াম য়াম্না লৈ-রমদবা য়াই। অত্থবু ঐখোয়গী য়ামদবা মী মশিং, হিংননবগী প্রকৃতিনা থেংনবা লানফম অচাওরম তাম্নবগী ঐখোয় মশেল শৈয়েং-পাম্বোম ভানবা, মপানগী শনম-মিনম তানবগী থুদোংচাবা রাৎপা, মরু ওইনা, মতম 'ফেক্টর' —পুন্নমক অসি থন্নবদা অরাংবা থাক্কী সাহিত্য থরা ইপা-ইপুনা থম্বীরম্লিবা অসি মণিপুরী ওইবগী ভম্মম্বনি হায়নীংই। সাহিত্য হায়বা অসি চিঙাকুম্না তাইবং মীগী অথু-অথুবা দাবীশিংগী মসুং চন্দে। হৌজিক সাহিত্য ইবগী থুদোং অমুক য়াম্না লৈরবা মতম অসিদা ফাওবা ঐখোয় অয়াম্বনা হৌজিক হৌজিক হিংননবা ইনিংই, হিংহৌনবা ইনিংদে। মণিপুরীনা প্রকৃতিগী খোংচৎ মুন্না য়েংশিল্লম্মি; লৈচিল্লোন, কুমগী অহানবা নোংখোংদগী নোংগী কুমদম্বা থাসি মায়কৈনচিংবা পুন্সিগী খোঙচৎকা মরি লৈনবা রাফমশিং— প্রকৃতিবু মুন্না য়েংশিন্দুনা পুন্সিদা পানশিন্দুনা হিংননবগী শেম শাবা, অসিগুম্বা অরাংবা কৃষ্টিগী মীওইবনা পুক্নিংগী রাফম ফোঙদোকপদা লৈশি-লৈথোম্না সাহিত্যক ওইনা ফোঙদোকপদি মশানা তাবনি।

লিথ্রবা হৌথ্রবা মতম অমদগী মণিপুরী সাহিত্য অসি ঈথিন—ঈরৈগা লোয়ননা লাউনা—খোংনা চেল্লকপদগী মরক্তা শাংলবা মতম অমা ঈথম্নহুনা ঈচেল লেপ্পুনা লৈথিবগুম উই। কয়া শাংনা ঈচেল তংলুবা, অহৈ-অশিংবশিংগী রাফম ওইরসহু। ঐখোয়গী হাক্তক অসিদা নোঙ্গাথ্রবা কবি

থরনা ঐথোয়গী সমাজ অসিদা সাহিত্যগী অনৌবা ঈচেল অমা পুশিনবি-রকই, মুথরক্লবা থাওমৈবু ইনৌ নৌনা মশেক মঙানগা লোয়ননা থানগৎ-পীথি। সাহিত্যগী ঈথৌ লাংতুনা লৈরবা মনিপুরী সমাজনা মথোয়বু তরাম-তরাম্না ওক্থি। অদুদগী লাকথি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ; মহাক্কী হোৎনবগী মপান্দগী মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা অকনবা ঈনোৎ অমা পুরকথি ঈচাও অদুনা থুম্মৎথি মণিপুরগী মনুং অমসুং মপান্দা লৈবা মনিপুরী পুম্নমকপু, নীংশিংবিথি মমা মপা অনত্তগী মচানি হায়বদো।

সাহিত্যগী দাবী ঃ—সাহিত্যক ওইনিংবা মীগী মফমদা সাহিত্যগী দাবী থরা লৈজরি ; মদু থুংহল্লবদি মাবু ফংবা ওইথোক্তে। দাবী অদুদি মাগী সাধন— পন্থানি ; মাগী সেবা প্রণালীনি। ব্রহ্মসাধনগীদমক উপনিষদ্‌না 'আত্মা বা অরেদ্রষ্টব্যঃ' নচিংবা পাউতাক পীরি। সাহিত্যগী মরমদসু ঐথোয়না হায়বা য়াই,— সাহিত্যং বা অরে দ্রষ্টব্যঃ শ্রোতব্যো, মন্তব্যো, নিদিধ্যাসিতব্যঃ। পাগনি, থনগনি, ইগনি থনগনি, পাগনি। লৈত—লাইরগী রাথম্দগী মতেক পাইগী হিসাবনা সাহিত্য-সেবা ওইবা য়ারোই।

সাহিত্যনা দাবী তৌরি,—
* যৎ করোষি যদশ্নাসি যজ্জুহোসি দদামি যৎ।
... ... ... তৎ কুরুষী মদর্পণম্।'
সাহিত্যনা দাবী তৌরি,—
† মন্মনা ভাব মদ্ভক্তো মদ্যাজী মাং নমস্কুরু।
সর্ব্ব ধর্ম্মান পরিত্যজ্য মামেকং শরনং ব্রজ।'

---

* ( নঙনা তৌরিবা থবক, নঙনা চারিবা, নঙনা যজ্ঞ তৌরিবা, দান তৌরিবা—পুম্নমক ঐঙোন্দা কংথোকউ )।

† ( ঐবু নীংঙু, ঐগী ভক্ত ওইযু' ঐবু পূজা তৌ, ঐবু খুরম্মু। ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্লগা ঐঙোন্দদা নপুক্লীং অনী লোংদনা চংজো )।

সাধন—ভক্তিগী পন্থাশিং অসি সাহিত্য-সেবীগী সাধন পন্থানি হায়বদা লাল্লোই। মীওইবগী মচরিৎ মুন্না তমগনি; বিশ্ব প্রকৃতিগা শক্ খঙনগনি। অমুম্না অপাকপা অভিজ্ঞতাগী মতেংসু অফবা সাহিত্য ইনবগী মচাক্নি। মিষ্টিক ফনা ওইহনসু ইনটুইশন অভিজ্ঞতানি। রবীন্দ্রনাথকী 'কেকাধ্বনি,' মী অয়াম্বনা পাবীরবনি। নোংনা অতিয়া কুপথ্রে। অহীং-নুংথিল খঙদনা পুম্নমক মমথ্রে। চীংগী লোকচপনি; অচৌ-অচৌবা পাম্বীশিং অতুনা মুশিন-মুশিন মুনা কুংনা হৌরি। অতিয়া নীংথাইরবগুম থাকলকপা নোংখোঙনা থম্মোয় নীক্না কিহল্লি; নোংথাংনা তোয়না তোয়না কুপশিল্লক্না মিৎ পাংবা য়াদনা থক্কৎহল্লি। প্রকৃতিগী অসিগুম্বা ভৈরব মুর্ত্তি লৌরবা মতমদা কোকিল খোংহল্লবদি কনানা তানীংগনি। বিদ্যাপতিনা হায়রি,—'হংভোইনা খোংবা তাবদা থম্মোয় কাইনা নুংশিরি।' প্রকৃতিগা অনকপা মরি থমদবা মীওইনা মসি হায়বা ঙম্মোই। 'জিরাফ' ফনা হৌনা, হৌনা খোংলি, নত্রগা তেনজৈদৌনা য়াঙনা চেন্দুনা গুম্ভীরনা ঈশিংদা জবাং লাউনা চোংথৈ,'—হায়না ইবা য়াওবা লাইরিক অতু ফুক্নাক মৈদা হৌগৎনবা থম্বীবনা ফৈ। মরুভূমিদা ঙা ফানবা ইন খোল্লুসি হায়বগুম্বনি।

ঋষি বঙ্কিমগী"কৃষ্ণকান্তগী উইল"দা রোহিনী লৌবাচুমদে হায়না মযুম ফাওবা থাদোক্না চেন্দুনা খাঙজরবা গোবিন্দলালবু মমৈদা করন্না রোহিনীগী লাংদা থুহনবা, মাগী কপালকুণ্ডলাদা অরানবা চচ্ছদবা নবকুমার অমসুং ধর্ম্মগী ভাবনা থন্না লৈজবী কপালকুণ্ডলা অনীবু লৈরাই নীংথাইবদা য়াওহন্দুনা পুম্সি মতোল লোমহন্দুনা অরাবনা লোইশিনবা; অমদি কালিদাসগী শকুন্তলাদা শকুন্তলানা ইকাইবা রাংমা লান্না, 'রাজর্ষি অতু উরুবা নুমিত্তুগী' ... হাযবা রাঙাং মতেক অসিতা তাবদা প্রিয়ম্বদানা অনুসূয়াদা 'ইতা হৌজিক্তি হিদাক লৈত্রেদনা' হায়না হায়রিবা পুম্নমক অসি মীওইবগী অকুপ্পা মনস্তত্ত্বগী রাফম ঙাক্তনি। অমুম্না অভিজ্ঞতা লৈতনা সাহিত্য পাক পাক ইবদা অফবনি শিংথানরোই।

সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ

# কলা অমসুং পুন্সি

কলা হায়বসি য়াম্না চিলহাউ থিগনবা মহৈনি, মাগী রসস্মু য়াম্না কুপ্পী। মকুমথৈ ছন্দোক্লগা গুংগী মহাওত্নদা কলানা লোখৎপা পাম্মী। ঈশৈগী কলাদা ঈশৈগী রসনা, রাহৈগী মনুংদা লৈরিমথৈ খাইনা তাবদা হুডাইরবস্মু ঈশৈবু মমুত্তানা পামজবা ভাবুক অমদদি য়াম্না তয়াং তশোইনা থোকই। ময়েক মশোন হুঞ্জেক্লমত্নুনা স্নুরগী অরাংবা থাক্তা হাইগৎলক্লগা ঈশৈগী মপুং ফারকই ; রস খডবা ভাবুক্তা নুডাইবা পী। নারদ মুনিনা শকপা ঈশৈ— 'হরি-গুণ গাণ' তাবদা নুডাইতবা নত্তে, হৌজিক্কী আধুনিক ঈশৈগুম্বনি, অত্নবু অরাংবা থাক্কী ঈশৈদি নত্তে। শিব মহাদেবনাশকপা রাগ রাগিনী পুন্নমকপু মওং শুনা মুর্ত্তি হাপ্পুনা শক্পা ঈশৈ, ময়েক মশোলগী রাংমদা লৈগ্রবা ঈশৈ, অয়োবা থাক্কী ঈশৈনি হায়নৈ। মহাদেবগী ঈশৈদি অস্নুক্কী মতিক রস কল্লি, থাক রাংই, মত্নু তাবদা শ্রীবিষ্ণু থাঙবা ঙমদত্নুনা ঈশিং ওন্দুনা ব্রহ্মাগী কমণ্ডলুগী মনুংদা লৈখি, মত্নদগী গঙ্গা পোক্লকপনি হায়নৈ। শিবগী ঈশৈ ক্লাসিকেলগী অয়োবা থাক্কী ঈশৈনি, মাগী মগুণ অমস্নুং রসনা শুমহৎখিত্নুনা শ্রীবিষ্ণু ঈশিং ওল্লিবনি। তানসেনগী ঈশৈদগী মৈ হৌখি হায়নবত্নু থোইনা ঙক্লিংডাই ওইদে। চান্নবা মৈমক নল্লবস্মু মৈ গুম্বা মনিল অমা মাগী ঈশৈ তাবদা শোইদনা ফাওরমগনি। শিবগী ঈশৈ কৈলাশকী চীঙদোন্দা নুংশিংনা ঙংবগী স্নুরনি।

লাইয়েকপগী কলাদা লাইয়েকপনা মমিংনা মমাংদা তরং তরং উরিবা পোৎশক অত্নদা য়েকপা পেন্দে। পোত্তুগী মরুমদা লৈরিবা লাইয়েকপগী মনুংদা পানবা মওংত্নু পুথোক্লবদদা কলাগী মশক শেংনা ফাওরকই। থুদম ওইনা তুরেন্দা ঙমথত্নুনা হৌবা উপাল অমা অমস্নুং তুরেলগী ঈশিংদা তারিবা উপাল অত্নগী মমি অনীসিগী মরক্তা লাইয়েকপনা মমিত্নবু উপালত্নু লৈত্রগা মাঙখিগদবা মচাক য়াওদবা, মমিত্নবু হেন্না পামজে মরমদি মসিদা মায়াগী সংসার অসিগী মশক উই। থায়নগী ভারতকী ঋষি শুক্রাচার্য্যনা

হায়রম্মী ,কলাগী মগুন্দি আধ্যাত্মিক মমলদা লৈ। থায়নগী রা ওইরবস্নু হৌজিকস্নু অতুম চুন্সি মরমদি কলা হায়বসিদি মতম লৈতবা পোৎনি, 'Art is the currency of the infinite, it can never devalue,' কলা হায়বসি লোইনাইদবগী চৎনবী শেন্নি, মাগী মমল থক্ হন্থরোই। কলা হায়বসিগী মসিনা মরোয়রে হায়বা লৈতে। অরোয় অথম্বা লৈবদি মথন্নায় য়াওন্রবা পোত্তগীনি, কলাদি অহৌংবা পোৎকুম্বনি। অতুনা মওং মতৌ তোঙান তোঙানবা কয়াদা উৎলকপা য়াই। মওং অমদবু ওইরবস্নু অমদবু ওইরবস্নু ফজংবা কলাগী পোৎশক মচা অমদস্নু ভাবুক্না জগৎ পুম্বগী মমি তাবা ফংলবদি মতু অরাংবা কলানি।

মীগী খুৎনা শাবা পোৎকী মহুংদা জগৎনা ঙক্নরিবা তাজমহলনি। মাবু ইংরেজী কবি টেনিসন্না হুঙনা ওইবা পি কৌরম্মী, রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা মতমগী চাইরুংদা পকপা অঙৌবা পি মতুম অমা কৌরম্মী। লৈচিন থাঙবা থাবলগী অহিংদা তাজমহলগী ঙক্না ফজরবা মূর্ত্তিদা মপুক্লিং শুমহৎলোই-দবা মী লৈরোই। অতুবু কবিনা তেংথারিবদি তাজমহলগী শুমহৎনবা মশক অতুগীদমক নত্তে। অতুগা জয়পুরগী হুঙ অঙৌবা, নর্ম্মদা তুরেল মপান্দগী হুঙ নাপু, চীনাদগী অরংবা কাপ্পা হুঙ পঞ্জাবতগী সূর্য্যকান্ত মণি বাগদাদতগী নীলকান্তমনি অমসুং সিংহলদগী লেপিস লেজুলা কৌবা হুঙ ময়ামসিনা মচাক ওইতুনা মী লীশিং কুন্না চহী কুন্নিথোই চঙনা তাজমহল শাথি হায়বগীদমক কবিনা ঙক্না থাগৎলুনীংবা নত্তে। নোংমা গাইত্রং শান্ন শান্ননা নিংথৌরেল শাহজাহান্না মাগী থন্নায়দগী হেন্না হুংশিজরবা তান্নোই মমতাজ বেগমদা রাশকথি করিগুম্বা ঐঙোন্দগী নঙনা হান্না শিথিবা থোক্লবদি হুংশিবী, নঙগী মোংফমদা ইবান্নিগী প্রেম স্মৃতিসি অমর ওইহনবা ঙম্বা পোৎশক অমা ঐনা শারমগনি। শাহজহান্না স্মৃতি মন্দির অসিনা অতৎ-অথম লৈতনা মতম পুম্নমক্তা নিংথৌরেল শাহজহানগী তেংথাখোল কাউররোই, কাউররোই হুংশিনী মচীন থোক্তনা লাউরিবতু কবিনা তায়। মসিনি কবিনা তাজমহলদা উরিবা ফজবা আধ্যাত্মিক মমল।

কলা হায়বাস অথোৎ অনৌগী রা ওইনা তাই অত্থবু মীওইবগী পুন্সিদদি কলানা অকনবা চৈরাক অমা ওই। মীওইবগী পুন্সি অফ-ফত্ত অশোই-অণ্ডাম ময়াম্না ভাত্থনা শাবনি, কলা হায়বসি খন্দোক-খঞ্জিন ভৌরগা মানা অপাম্বহ্‌তা লৌথৎপনি। পুন্সিগী থোকই ওইরিবগী মত্থংদা খন্দোক-খঞ্জিন অসি ভৌরকপদা পুন্সিদা কলা চঙলকই। মী থরগী মোত পুন্সিসিদা হুংঙাইবা ফংনবা তানগদবনি, লাইবক অমন্থুং কর্ম্ম ফলগা পুন্সিগা করিম্থু মরী লৈনদে-মসি থোইনা ফনা হিংবগী মওংদি মাল্লি হায়ববু চর্ব্বাক মুনিগী মোৎ—মীগী মশেল পুরগা হাউনা চাথোকউ, হয়েং শিরগা লোইরে—হায়বত্থগী মনম ফাওই। মী অমগী পুন্সিগা মীওইবগী সমাজগী পুন্সিগগী মরক্তা করিগুম্বা মরী অমত্তা উত্রবা মীদদি মথক্কী মওং অসি থনবা য়াই। ভৌইগুম্বন্থুং মরী লৈনৈ হায়না উরিবা মীদদি পুন্সিগী উদ্দেশ্যদি বানার্ড শোগী অমন্থুং চার্ব্বাক্কী মোৎসিনা ওইবা য়ারোই। মত্থগী মথক্তা অশোয়বা অরানবা য়াওদবা পুন্সি লৈতে। অশোয়বা অরানবশিংত্থ অম্থুম অম্থুম থাদোক্তুনা শেংদোরকপদা খবারসি অরাংবা থাক য়ৌরকই—"A life of sacrifice in the pinnacle of art" হি, ধরাম্না কথোক্লবা কলাগী অরাংবা মতোল উই।

মীৎয়েং অসিদা গান্ধীজী অমন্থুং গৌতম বুদ্ধ অনৌগী পুন্সি তরং তরংনা ঙাল্লি। নিংথৌগী ফম, লনগৈ, হুংশিরবী হুপী, নৌনা পোঁকপা হুংশিরবা মচা পুম্নমক থাদোক্লমত্থনা মীওইবগীদমক উমংদা অরাবা পুন্সি লেন্দুনা অচুম্বা মঙাল থিথিবা—খম্বদা ঙক্লা থোক্লবা থাদোকপগী কলানি। গান্ধীজীনা মাগী পুন্সিদা অচুম্বা থিনা থিনা অরানবা অশোয়বা মথং মথং থাদোরক্তুনা মমৈদা মীওইবগীদমক মথরাই কৎখি। মথোয়গী মপুন্সি লেনখিবগী সাধনা অমন্থুং স্বার্থত্যাগ অসিবু কলাগী মীৎয়েংদগী কলাগী অয়ৌবী থাক কৌনৈ। কলাগী অতোপ্পা মমিং অমম্থু হৈ-শিংবা হায়নন্থু কৌবা য়াই। মীওইবনা ইপণ্ড পণ্ডনা— পুন্সি লেনবাখক পাম্লোই, য়াম্না হৈ-শিংনা লেম্লিংগনি। হৈ-শিংনা লেম্লবা হোৎনরকপদা কলা চংলে।

অরায়বা থুদম ওইবা থোং থুং মহৌশান। হাই হন্নিবা লেঙ-খোংলিবা অসিদগী তাল নাইনা মওং অমা হাপ্পুনা হাই ইম্নকপদা জগোইগী কলা ওই। অদুনা কলাগী খনবা হৈবা অমসুং অকবা থঙবা ঙম্বা মগুণসি মীওইবগী পুন্সিদা য়াম্না কান্নবা পোংনি। পোকপগী মহৈ য়ালহনবদা কলাগী শরূক চঙই অতৈ অতোপ্পা থল্লুদদুনা পুন্সিদা জর্মন দার্শনিক গেটেগী মীংয়েংদা- 'The purpose of life is life itself', হায়বা অদোমদদা য়েংলবসু মী অমগী মশাগী শক্তি পুন্নমক মপুন্সিদা মপুংফানা কোঙদোকহন্নবা হোৎনবদা সাধনা চঙই। অদুনা কলা চঙই। কলাগী শরুক অসি য়াওবা মরম্মনি মীওইবনা অকনবাসাধনাগা লোয়নননা তৌবা থবক খুদিংমক উবদা অউবা মীগী পুক্নিং পেল্লিবসি।

মসুংগী মচাক্তি য়াওদনা মপামগী কুয়োমদা ফজনবা শেম্বদি মীশক মান্নবা য়েকপা খুৎয়েক ওইগনি, অন্নাংবা কলাদি ওইরোই। অদুনা পুন্সিদা কলাগী মথৌ-তৌহন্নবা পুন্সিগী মসুংগী মচাক-লৈহন্নবা হোৎনগদবনি। মপানথোংগী মুংঙাইবা পুন্সি লেনবা মীনা শকথঙ-মায়থঙবা অসি ঙাক্তুনা পুন্সিগী অচুম্বা অশেংবা মচাক ওইদে। মীনা য়েংবদা করিসু ওইদনা উরবসু ঐনা ঐনা ঙমজবা থবক মচা অদুতং থন্নায় য়াওনা পুকচেল শেংনা পাঙথোকহল্লবদি পুন্সি মহৈ য়ানবা হায়বদু ওই। রবিঠাকুরগী শৈরেং মক্তেক অমত্তং মতাং অসিদা পন্নিংই :—

"কনানা ঐগী ইথৌসি তৌহৌনি?
হংই তারমদাই তুমিংনা,
মদু তাবদা জগৎনা থুক্ষম থঙদনা লৈ
তুমিন তুমিন্না।

কেপ্পামগী থাওমৈ লৈরম্মী, মানা
থুম্মকই, ইবুঙো,
ঐনা ঙমজবা অত্থমথৈদ্রংদি ঐ
ভোজগেকো।" (ইশাগী অনুবাদ)*

কেপ্পামগী থাওমৈগী পুন্সিহুনা মহৈ য়াল্লিবদি মশা পুন্নমক চাকথেক্নুনা লাইয়বা ইমুং কয়াদা মৈঙাল পীবনা ওইরি।



* মথক্তী শৈরেং অসি "কনিকা" কৌবা কবিতাগী মনুংদা য়াউবা 'কর্তব্যগ্রহন' কৌবা শৈরেং অদুগী অনুবাদনি।

সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ

# লান

মীগী মশাদা শাগী শরূকস্তু লাইগী শরূকস্তু য়াওই। মী অয়াম্বদা শাগী শরুক্লা হেল্লি, মী থরদদা, য়াম্না ভাঙই, লাইগী শরুক্লা হেল্লি, য়াম্নবস্তু য়ামত্রবস্তু মী খুদিংদা লাইগী শরূক খজিক্তুংদদি উৎতবা লৈত্রে, মতু মতীকচাবা মচিঙাক পীরগা চাউনা উৎলকদবনি। মীওইবগী মরক্তা মসিনা মশাথিরে শাগা চপমান্নগ্রে হায়বা মী অতুদস্তু চুম্নগী শা-ভাদস্তু খাইগী ওইনা চেল্লিবা প্রানধর্ম্ম কোবা থরায়বু হুংশিবতুদগী হেন্দোক্তুনা অতৈ গুণ অমস্তু মাগী মশাদা চেল্লি। মতুদি, মপা মমাবু হুংশিবা। মতু মচা অমস্তুং মশাবু হুংশিবা হায়বসিদি শাদস্তু চেল্লি। মপা মমাবু হুংশিবসিদি মীওইবদদা চেল্লি। মসিগা বুদ্ধিগনা মীওইববু শা পুমওই ওইগদবদগী কল্লি। মপা মমা হুংশিবসিবু মতিকচাবা ফিভম পীতুনা চাওখৎহল্লগা কৈরোই-লৈকাই, মরুপ-মপীজা অমস্তুংময়াম্ হুংশিবদা চংহল্লকপা য়াই। অতুনা মীওইবদা লৈরিবা মীবু হুংশিবা, মপা মমাবু ওইরগস্তু, অসিগা বুদ্ধিগসি লাইগী শরুক্লি। অতুনা মী খুদিংমক্তা লাইগী শরূক য়াওই হায়বদা করিস্তু চিংনফম লৈতে।

শাগীরম থোকপা থবক্তা মীগা খৎনৈ লাইগীরম থোকপা থবক্তা মীগা মীগা হুংশিনৈ। মশাগী ওইজবা থিবা মী অনীনা কৈদোঙৈদস্তু কুইনা ভিন্নবা য়াদে; অতুগা লাই নিংমিন্নবা অমস্তুং অচুম্বা থিমিন্নবা মী অনীদি য়াম্না হুংশিনৈ, অমগীদমক অমনা থরায় ফাওবা থাবা ঙম্না হুংশিনৈ। সংসারসিদা অরা-অনা ময়াম লৈরিবা অসি মীগী শা অসিনা পুথোকপা শেম্বাঙাক্তনি অক হুঙাইবা চাওখৎপা ফিভম ময়াম অসিনা মীগী শাইনা শেম্বনি। মসি নীংবা কায়বগী রা নত্তে। মীওইবনা মশানা অরা-অনং কয়া অমা শেমজরবস্তু, ময়ামতু নমথৎলকুনা অতুমক চাওখৎলকুবা অমস্তুং

মপুংফানা লাই ওইননবা অহুম হোৎনরকই। অহুগা শা-উচেকশিংনা মশানসু থোইনা অল্লা-অনংদি শেমজদে, প্রকৃতিনসু থোইনা অল্লাবা পীদেদি হায়ববু অহুম শা ওইহুনা লৈ ; ফগৎলকপা চাওখৎলকপা হায়বা লৈতে। থাইনগী চহি লীশিং কয়াগী মমাংদা লৈরম্বা শন অহু হৌজিক্কী শনহু অহুম ওইরি ; খনগৎপদা তাহৌবা ফিভমদা অহুম ইহোং হোংদনা লৈরি।

অহুদা অল্লাবদি মীদা লৈবা শাসিনা লাইহুবু মতম অয়াম্বদা নমহতুনা থম্মি, শাদা ঙাক্তা ওইহুনা মীওইবগী ল্লাথল অমম্বুং মুংশিবগী কাবু পীকশিলহল্লি। করম তোরে হায়রগা মীওইবসি পুল্লপ ওইনা চাওখৎপা য়াগদগে হায়বা খনবা ঙমহন্দে। খুদক খুদক্কী মশাগী ওইজনবা মতুং ফাওবগী চান্নবা ওইজবদি নত্তবা অদোমদা চিংশিল্লি। অসি খঙবা কাম্নে, মী খাইগী ওইনা অফবা ওইদবহুদি মী অমতগীসু চাম্নবা মতুং ফাওবগী অফবা ওইবা য়াদে ওইকম থোক্তে, মরমদি মীওইনা পানবগী অফবা ফত্তবা হায়বসি মরী লৈনবা ল্লাফম্নি, মশানা নাইতোম লেপ্পা য়াবা অচুম্বা অফবা জাৎ নত্তে। মীওইনা পানগে হায়রবদি মী য়াওদবদি য়াদবনিনা অমদদা ফবা মী অতৈদদি ফত্তবহুনা মী অহুদসু মতম কুইনা চাম্নবা ফবা থক ওইরোই। হান্নগী ল্লাফমদা হল্লকসি। মীগী শাসিনা মীবু নত্ত নত্তবা ঙাইহাক্কী মশাগী ওইজবদদা চিংশিল্লি। মরমদি অসিগুম্বা পোত্তি মহৌশানা মপাম্বোংদা ফজগল্লি, ঙাইহাক্তুং হেক শুমহৎপা ঙম্বদি মানা থোকই।

অচুম্বা ল্লান্নি মীগী শাসিনা হম্বা মায়কৈদদা মীবু তত্তনা চিংথৈ। লান হায়বসিবু, ঈশ্বরনা শেম্বদগী খাইগী মকোক ওইরবা, ব্রহ্মানা চহী চামা তোপ তোহুনসু মীওইনা পোক্তে ঙমদে হায়রিবা তাঙলবা মীওইবা মপোকপু অরেম্বদা মাঙনবা শিল্লিবা লান হায়বসিবু মুন্নাথম্বরুরবদি করিগী তৌকম থোক্তুগদগে।থোইদোকপদি অল্লাবা অমা কোল্লবগী শোল্লবা নত্তবা চুম্নগী শক্তি পাম্বদগী মীগী মপোৎ পাম্বদগী থোকপা লান অহুগুম্বা লান অহুবু করিগী তৌকম থোক্তুগদগে ? অহুবু মীগী শাসিনা মুন্নাথম্বহন্দে ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইজবহুদা পামহল্লি। লান হায়বসি অসিগুম্বা

ঙাইহাক্তুংগী পাম্বা মীওইবগী হাম্না হৌরুবা শাগী পুকচেনসিদগী থোকপনি। মীওইবগী থৎননীংবগী পুকচেনসি পোকঙৈদগী পীথোরক্লবনি হায়বসু য়াই। লৈপাক্কীদমক থৎনবা, লন-থুমগীদমক থৎনবা, নম্রগা ভুপীগীদমক থৎনবা, ইরৈহেক লৈত্রগা য়াহৈগীদমক থৎনবা অমা নত্রগা অমগীদমক থৎনবসি মীওইবনা মরম্নাই তাম্লকঙৈদগী হৌত্থুনা ঙসি কাওবসি তৌত্থনা লাক্লি। মসি উত্থনা কনা কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা লান হায়বসি জীবপানবা লৈননবগী মরুওইনা চংবা পোংশক অমনি হায়না থম্মে। মসি মথোয়না মীগী মশাদা লাইগী শরুক য়াওরিবসিনা শাগী শরুকপু ঙমগনি হায়বা থাজদবদগী ওইবা তাই।

মতাং অসিদা য়া অমগা লাকই। মীওইবনা শাগী লম থোকপদা থৎনৈ, লাইগী লম থোকপদা চান্নে হায়না হায়রে। অত্থনদি মীওইবনা ধর্ম্মগী থৎনরিবসিদি করিগীনো হায়বা য়াই। মত্থ ধর্ম্মগী দোষ নত্তে। ধর্ম্ম পূম্নমক্কী অফবা মরুদি অক্ষানি। অত্থদা ধর্ম্মনা হিংসাদা চংলক্লবা হায়বদি ধর্ম্মত্থনা নমত্থনা মীঙোন্দা লোইহন্নবা হোৎনরক্লবা অত্থদদি হিংসা মশানা অত্থম য়াউজরে, থৎনবসু মশানা অত্থম তাজরে। অত্থনা লাইগী লম থোকপদসু হিংসাগী লম হেক য়াওরকপদা থৎনবা হেক্তা লাকই। ধর্ম্ম হায়বসিদি থাজবগী পোৎনি, হিংসা য়াওরবদি ধর্ম্মত্থ ধর্ম্ম নত্রে।

মমাংঙৈদা মী অমনা মী থরগা ইফোং-ফোংনা মশাগী ওইজবা ফংননবগীদমক মীঙোন্দা হৌত্থনা লান তৌবদা ইকাইনরমদে, অকনবা তৌবা ঙম্বত্থম কৌনরম্মী। মমাংঙৈগী দিগ্বিজয় হায়বত্থ মতমত্থগী ফিভমত্থগীদি অফবদি লৈরমগনি হায়ববু হৌজিক্তগী হঙ্গৎনা য়েংলবদি মীওইবগী ইকাইফম ওইবা অমনি। মীওইবনা তৌরিবা থল্লিবা পুথোকইবা পূম্নমক অসি কনাগী তমত্থনা পুথোকইবনো হায়বদা মীগীদমক তমত্থনা পুথোকইবনি হায়বসিদি কনানসু মরৈ য়েৎলক্লোই; অত্থগুম্বা মরুওইবা মীত্থগী পুন্সিবু মশানা শিজবসু নত্তনা থামুথক্তা লোইহন্নবা লান হায়বসিবু থল্লুবদা মবুক পানবা মীনা ইকাইদবা ঙম্লোই। মীনা মীবু হাৎননবা শীনবা,

মাবুম্ভু মাবু ওম্বা মীনা অমুক হাংখিবা, মহুবুম্ভু অওম্বা অমনা অমুক হাংখিবা ; অস্তুম ভৌছুনা মথং মথং অওম-অওম্বা হাংনখিবসি লানগী মশা মস্তুংদা য়াওজরম্বা থৌরাংনি ; মীওইবা পূম্নমক সভ্যতাগী লোয়ননা পুম্মুং মুংত্রি ফাওবা। মসিদগী হেন্না ম্নাফম ইকাইফম থোকপা অতৈ কম্রি লৈগদগে ? মীওইবগী খজিক্তং আশা উরিবা হায়ববু মীওইবনা ইকাইবসি খঙনরক্রে, ফত্তবসি উনরক্রে। হৌজিক্কী মতমদা কনাগুম্বা মী অমনা জাতি অমনা ইফোং-ফোংনা মীঙোম্দা হান্না হেক হৌছুনা লান শোক্লবসি ঙম্রত্রে। ওইরবস্থ ওইত্রবস্থ ইকাইখাং ওইনা মরম অমমম মীনা হান্না কাইরকপগী মরম অমমম পীশিল্লগা লান তৌনরে। মসি মীওইবগী শাগা লাইগা অনী চিংনবগী ফিভমনি—শাছুনদি হৌজিকস্থ খরা ঙম্মিবা, ঙমদি ঙমগ্রবস্থ লাই অছুম্ভু মহাক লৈরি হায়বমথৈম্ভু হায়জবগী ফিভমনি। অছুগা থাঙ্গৈশেংনমকস্থ লান হায়বসি হান্না হৌরুছুনা লান শোক্লবা হায়বসি জাতি অমগী মী অয়াম্বনদি পামজদবনি। জাতি অছুগী অঙম অথৌশিংনা অপঙবা নাপল, পেন্নিংবা অমস্থং ওইজবা ফংনবগীদমক মচিন চত্তবা ময়াম্বু মথৱাইনা য়ানিংদনা নমছুনা য়াওহনবনি। ময়াম্বুম্ভু মমিৎ উৎ চাইনবা হোংনা থাগৎপীছুনা অরেম্বা মিংথোন মিংচৎ হাপচিনবীছুনা, কংলকপগী অরেম-অপা খরা পীশিন্দুনা লান পামহন্নবা অমস্থং খোংমী ম্নাৎতনবা মচাক চোংথোক্লক্লবা থেম্মি, নমছুনস্থ য়াওহল্লি। লান অমগী নাকল অনীমক্তা লান পামজদবা মীনা অয়াম্বনি।

লান হাম্নবসি য়ারবদি তৌদবনা কৈ হায়বসিমদি হৌজিক্তি মী অয়াম্বনা য়ানরে। থংননীংবগী পুকচেনসি মীগী লু-তোংদা পক্তুনালৈরবস্থ ইদ্রিগী অপামবশিংসি ফত্তে য়ারবদি মখোয়বু নমহত্তুনাথম্বনাকৈ, মখোয়বু খুদোংচাবা পীদবনা মীগী শান্তি ফংনবা লমনি হায়বসি খাইনা থঙনবগুম্না লানং হায়বসিম্ভু অছুগুম্বা ফত্তবা মীওইবগী মাঙনবা মশক ম্নমনি, তাইবং মীওইবা পূম্নমকী মম্নিদা মতম কুইনা পক্লক্লবা মাম্নহিং অমনি হায়না খম্নরক্রে। হেগত্তা কম্বা অহানবা সভাহ্ন মীওইবগী লাইগী শরুক্কা

ইনশিন্দুনা বুদ্ধি তারকপা অসিগী ইহান হানবা খোঙ্গেল্লি। খোঙ্গেন অসিদি মী পুম্নমকী মপুক্লিংদদি পাল্লে, থবক্তা মপুক্লিংদাপাল্লিবত্রু পুখোকপমক ভমজ্র-বম্মু। মীওইবা হায়বসিনা কৈ হায়্‌না খঙলবম্মু থবক অয়াম্বা তৌবা ভমদে, ফত্তে হায়না খঙলবম্মু তৌকপা ভমদে। মসিগী মরম লৈবা তাই। মীওইবসি মতম অয়াম্বদা অফবা অচুম্বা খঙবা বুদ্ধিনা তাকপা মতুংইন্না থবক তৌদে। ভাইহাক্কী পুক্লিংগী ইরাংগী ( Sentiment ) মতুংইন্না থবক তৌই। লান তৌকপা য়ানবা খুৎশু-খুৎলাই ককথনবা জাতি অমগা অমগা নুংশিননা তিন্নবগী মরীদু শেন্নবা হায়দুনা কয়া তিন্নরে, কয়া থন্নরে, মদুগী লমদা থবকম্মু খরা মথৈ তৌরে, অদুবু লান তৌক্লব্রা তৌক্লকদৌরে হায়বা মওং অমা উরব্রা হায়বদি উদ্রি' হেন্নদুম শাথিবা লাঙ্গাওনা হৌজিক পৃথিবীসিবু মঙলাক্লবগুম শোর হোনফম খঙদনা লেংবা লাকপা য়াদনা পাথৎহন্দুনা থম্মি। মী হায়বসি খুৎলাই য়াওব্রবম্মু খুৎলাই ফব্রিবৈঙম্মু মথৎনবনিনা খুৎশু খুৎলাই হম্বরগা লান তৌকনি হায়বা করিম্মু লৈতে। লান তৌক্লবগী উপাইদি অতোপ্পা লমলোমদা থিবা তাই।

হৌজিক্কী মতমদা লান অসি তৌক্লবগী থন্নরিবা নীশিং অসি চাওরাকপা কাংবু অনীথোক্ল খায়বা য়াই। অমনা নোংচুপলোমদগী মতম কুইনাপাঙ্গলগী নেশাদা ময়াই কাদুনা লাক্লবাথকপংবা হুই ওইরিবা কাংবু, অমনা নোংপোক-লোমদগী আধ্যাত্মিক শক্তিদা থাজবা হৌজিক্তি খাথংবা হুই ওইরিবা কাংবু অমা। এইচ, জি ৱেলসনা নোংচুপলোমগী কাংবুগী মহুৎশিনবনি লৌবা য়াই। অদুনা মহাত্মা গান্ধীবু নোংপোক্লোমগী কাংবুগী মহুৎশিনবনি লৌবা য়াই। সংসারসি ইঙনা পান্নবগী এইচ, জি, ৱেলসনা জগৎকী পথাপ ( World order ) অমা য়েক্লিবা অসিদা জাতি পুম্নমকপু চপ মান্নবা য়েংবা ভমদবা সম্রাজ্যবাদীগী ইহুনগী য়াওন অতৌবা মীগী দায়ী থাদোক্লিংদনা শেম্বা পথাপ ওইনা উই। ভার্সাইল সন্ধিদা লানগী মরু অদুম হুন্দুনা লৈখিবগুম ৱেলসকী পথাপুম্মু লান মরু খোৎ-খোৎপদি ফুক্তোক্লি। মথোয় অদুনা মতম চারগা তমখিবা চারা মচা-মচা ওইনা হৌরকনি হায়বদা করিম্মু চিংনফম লৈতে। ঐনা অম্মুম হুঙাইবা ফিভমদা

থৱা চাউথোক্লা লৈগে নত্তদি অদুম থৱা ৱাবা অতোনবা৷ কিত্তবদা লৈমু হায়বসি মীনা য়াকম থোক্তে, য়াৱবস্থ অনীমক্কী চান্নবা ফবা ওইরোই-দবনিনা অকাইবা লাকই। মী থুদিংমক কনাগীস্থ মথা থানীংদবা, থুদোং-চাবা অয়াম্বা ফংজফম থোকপত্থ নমথুনা মুস্থোকপীবদা থাঙথুনা লৈবা ঙমদবা ঙাক্তনি। মসি মী অমগীদা চুম্বগুম কাংবু অমগীস্থ জাতি অমগী-দস্থ চুম্মি। অথুনা সম্রাজ্যবাদীগী মনম য়াওবা করিগুম্বা পথাপনা মী থুদিংমক্লা লৌনিংবা মতম কুইনা ফরগদবা পথাপ ওইবা য়ারোই। অথুগা অঙোবা মীগী দায়ী হায়বসি মীওইবগী অন্না-অনং কয়াগী মরুনি। মরমদি অঙোবা মীগী দায়ী হায়না মমিংদা থোক্সিল্লগা থবক্তি মৈতৈ ৱাহৈদা শম্বন্না হন্নাইমতোন চাবগী থবক তৌই। মশাগী ওইজবনা মরুওইনা থম্লিবা মী অথুনা কদোৌঙদস্থ মশাগী ওইজনবা হান্না য়েংদনা মীগী ফননবা থনবীবা ঙম্বা হৌনদে। মুন্না থল্লুরবদি পুকচেন থাঙ্গেশেংনা শেংবা ঙমত্রিঙৈদা দায়ী পুবগী থবক লৌবসি দায়ী পুরিবা মীগীস্থ ফত্তে, মাগীদমক পুরিবা মহাক অথুগীস্থ ফত্তে। অসিগুম্বা মফমদদি মতম অয়াম্বদা অকোনবগী-সিনা অহানবসিগীদমক মথক মথা ওন্নভৈননা দায়ী পুবিবা তারকই।

চুম্মী, পৃথিবীগী জাতি পুম্নমক অসি ইঙনা শান্তি ফংনা চান্ননা লৈন-নবগীদমক করিগুম্বা পথাপ অমগী মথুংদা থোক্সিন্দুনা লৈবা য়াম্না ফবনি। হৌজিক্কী মতম অসিদা লৈবাক থুদিংমক জাতি থুদিংমক অসি অমুক্কী মতীক মন্নী লৈনগ্রে, অমনা অমদগী তোঙান তাথুনা লৈবা ওইথোক্তবগুম থোক্লে। অথুগী মথক্তা কনাগুম্বা অঙাওবা শিবা কিদবা অমনা কোইচোং চোংলগা ময়ামগী অন্নাবা তাগদবদগী কন্ননবা জগৎ পুম্বনা চংনবা করিগুম্বা পথাপ অমদি মথুদগীস্থ হেন্দোক্তুনা লৈবাক পুম্নমক্লা পুনশিন্দুনা পৃথিবীগী যুক্তরাষ্ট্র (World Federation) অমা শেম্বস্থ য়াম্না ফৈ। চুম্নগী ফবদা নত্তে হৌজিক অসিদা মসিদনা পৃথিবীগী অন্না-অনং কয়া অমস্থং লান হায়বসি তৌদনবা মরুওইবা পাম্বৈ অমনি থম্নরক্লে। মসিদা অরুবদি পৃথিবীগী পথাপ অসিদস্থ অমস্থং যুক্তরাষ্ট্র অসিদস্থ মথক্তা হায়ব্রিবা

সম্রাজ্যবাদীগী মনম য়াওহন্দবা, জাৎ অমমা অমগী মথা পোলহন্দবা, থোং চপমান্নবা কিতন্নবা থম্বা, জাতি খুদিংদা চপমান্নবা মনীং তৌবা গুম্বা পীবা ময়াম অসিনা চাকলেন ওইহনা শাস্ত্রবদি করিগুম্বা পথাপ অমম্ভু যুক্তরাষ্ট্র অমত্তনা লান খিংবা ঙম্মোই, তাইবংদা মীওইবগী মরক্তা শান্তি লিংখৎপা ঙম্মোই। নোংচুপলোমগী শান্তি পাম্মিবা কাংবুশিংনা মসি য়ুম্না মরু য়েনা থম্নবিবা মতিক ওই।

নোংপোক্লোমগী মহাত্মা গান্ধীনা মহুৎশিল্লিবা কাংবুগী রাকম্না মসিদগী ইভোপ তোপ্পা অমা ওইরে। মীওইবগী পুকচেন অসি অহিংসা বৃত্তিরোমদা হোংদোকপা অমম্ভুং মীওইবগী য়েৎনরিবা রাকম পুন্নমক অহিংসা বৃত্তিগী মীঙোন্দা কায়দবা লিচৎকী মতুংইন্না লেপ্নবা মসি গান্ধীগী অনৌবা শান্তি লিংনবা উপায়নি। মমাংথৈদগী হৌনা থোইদোকপদি জৈন ধর্ম্ম, বৌদ্ধ ধর্ম্ম হৌদোকপদগী অহিংসা ধর্ম্মসি লৈরক্লেদি হায়ববু মীওইবগী রাকম পুন্নমক্তা খুৎলাই ওইহন্না শিজিন্নবা অমম্ভুং মসিগী অর্থ মপুং-ফানা ইশোক-শোক্লা ফোঙদোকপদি মহাত্মা গান্ধীনা ইহান হানবনি হায়বা য়াই। অচুম্বা, অফবা, হুংশিবা হায়বা মীওইবগী রাকম পুন্নমকপু মতম পুন্নমক্কী ওইনা মী অয়াম্বগী ফননবা ওইনা লেপ্পা ঙম্বা মচাক অহুম অসি গান্ধীগী অহিংসা বৃত্তিদা য়াওই। অহুনা মহাত্মা গান্ধীগী উপায় অসিবু ইশম শম্না অফবা উপায়নি হায়বসু য়াই। মীগী পুকচেন অসিনা ঙরাং অহিং থঙহৌদনা অহিংসা বৃত্তিরোমদা লৈশিল্লম্নবদি ঙসি অয়ুক নোং-ঙানবগী হুমিং থোকপগা লোয়ননা মীওইবগী অন্না-অনং, খুদোংখিবা অয়াম্বা থোইদোকপদি মীনা শেম্বা জাৎ অসি, তাইবংপান অসিদগী হুমিংকী মঙাল্লা অহিংগী অমম্বা তাম্থোকখিবগুম, লৈরম্লোইদবনি। অহিংসা বৃত্তিদা হেক লৈশিনবগা মীগী থম্মোয়সি স্পর্শমনিনা শোকপগুম কোক্লেং ওনলি। মহুদদি শরানবা তৌনিংদবা তৌবা ঙমদবা, অফবা তৌনীংবা মীবু কল্লকপা য়াওদনা হুংশিবা থম্মোয়গী গুণ ময়াম অসি মশানা অহুমক পোকচরে। গুন্নিং ময়াম অসি পোক্লবা মীহুনবু কদাইদগী লান তৌনিং-ঙমগদগে, কদাইদগী মীবু তাথীরমগদগে, মশাগী ওইজবা কদাইদগী

থীরগদগে, হান্না মরম চাদনা ওইজবা ফংলম্বসু খুদক অদুদা মাবু থাদোকখিগদবনি। অদুনা মীওইবগী পুকচেন লম অসোমদা হোৎবগা লোয়ননা তাইবংপান অসি স্বর্গদগী হেন্না নুঙাইবা মফম অমা ওইগনি হায়বদা করিম্ব চিংনফম লৈতে। মসিগীদমক হোৎনবম্ব মতীক চাবা পোৎনি, অম্ব ফগ্রবা পোৎকীদমক হোৎনবদা থরায় মাঙবদি মহুত্তগী য়াম্না হেন্না তোংগ্রবা থরায় মমাঙনি। অদুন্নদি ওইরবদা মীওইবা হায়বসি কৈ হায়বদা কোক-হেক লৈশিল্লু হায়বা য়াদে, মতমকুইনা খোয়না খোয়না চৎলক্লবা মীগী পুকচেন অদুবু মহুনম্ব মখোয়দা খুদোং চাবা কয়ামরুমম্ব পীরিবা, পীগনি হায়না উৎলিবা অদুবু কোক-হেক থাদোক্লুনা তিংনা চৎলো হায়বা মী অয়াম্বগীদা ওইথোক্কবনি। মীওইবগী ভাবশিং অসিনা অচৌবা মঙান অমমম ফংঙমদাইদা অঙকপা থোদোক অমমম (miracle) চংঙি। কনানা খঙগনি অসিগুম্বা মীরাকল অমা অহিংসা বৃত্তিদা মীগী পুকচেন হোৎলমদাইদা থোকপা য়াই। পুকচেন পীকপা মশাগীতা য়েংবা হুংশিবা য়াওদবা লানফমদা মী লীশিং লীশিং শিরি, ফজবা তাইবংদা কুইনা গুালহৌরগদবা মৈরী ওইরিবা অহিংসা বৃত্তিগীদমকম্ব মী মশিং লাকঙমদনা মীঙোম্দা করি অমত্তা কায়রমদনা মশা মশাদা শিজহুনা মৈরা অসি মুত্তনবা হেন্না ঙান্না চাক্লবা থাউ হৈরবা য়াই। মতম অদুদা মীরাকল নশানা অদুম থোকচরগনি। মহাত্মা গান্ধীনা হায়, "ঐগী আদর্শদি মীগী হিংবদম্ব মতিকচাবা শিবদম্ব মতিকচাবা আদর্শনি। অদুনা হন্দনা হোৎনবা য়াবা আদর্শনি।"

মতম থরা চংবা তাই। অদুনা হৌজিক হৌজিক চৎনবা য়ানবা, মপুকচেন ফত্তবা মীনা মপুকচেন ফত্তবত্থ ফোংনা থবক থোক্না উৎপা ঙমদনবা, ময়াম পুমমক চাং চানা পুনবা য়াবা থাক্তা হায়রিবা অফবা পথাপ অমত্তং শেমহুনা মহুদা মীবু পুন্দুনা থগ্নবদি অরা-অনং থরা মথৈ কোক্কনি। মরক অসিদা অহিংসা বৃত্তিদা মীগী পুকচেন অদু লৈশিল্লক্লবা অমুক লেপ্পা লৈতনা থবক খুদিংমক্তা অহিংসা বৃত্তি শীজিন্নহুনা মীগী পুক্নিংবু অহিংসা বৃত্তিদা হৈনরক্লনা হোৎনবা য়াম্না ফবা ওইগনি। মীগী

পুকচেন্না অহিংসা বৃত্তিদা থুনা হেক লৈশিল্লক্লদি হায়নিঙাই লৈতনা ফরে। অতুমকপু মীগী হৌজিক্কী পুকচেন মতাসিদা ওইগনি হায়বা উত্রিবনিনা করিগুম্বা অচুম্বা অফবা পথাপ অমনা ঙাকশেন্দুনা লম হেন্দোকহন্দনা থম্নবা হোৎনবনা হৌজিক হৌজিক্কী থবক থোকপা ওইগনি। পথাপ অসিনম্নু লক্কা ফজনা শেমখিত্নুনম্নু কুইনা চৎনবা য়ারোই! ধর্ম্মনা য়াম্না ফবা ওইহ্নুনম্নু লৈথা তারক্লবগুম, মসিম্নু কুইরগা ফৎলক্তবা য়াই। মীওইবনা হেক তৌবা থবক পূন্নমক্তা পুকচেন্না মরুনি। পুকচেন শেংদনা পুকচেন ফত্তনা করিগুম্বা অফবা থবক অমত্তা মতমকুইনা ফনা তৌবা ঙম্মোই। থবক অত্নুদি মপান্দা লৈজবনি মন্নুংদগী ইনশিল্লকদোরিবা পুকচেন অত্নুনবু ফত্রবদা, ধর্ম্মম্নু অত্নুমঙাইরে, থরক অমদম্নু অত্নুমঙাইরে, মতমকুইনা ফত্নুনবা অচুম্বা চৎহনবা য়াবা লৈত্রে। অহিংসা বৃত্তিগীদি মরুওইবা পুকচেন অত্নুনা হান্না শেংদোক্লবনিনা তৌরু তৌরুবা থবক্তা অফবতা তাই। মরম অত্নুনা মতম কুইনগী চান্ননা অফবা থোক্লবগীদমক পুকচেন হোংবা অসিমদি থাদোকপা য়াদনা চঙলবনি। মীওইবা হায়বসিনদি বুদ্ধি লৌশিং পাঙ্গলদা মপুং ফাদবা ওইবনা মীনা পুথোরকপা হৌদোরকপা পোৎ খুদিংদা য়াম্না মুন্না খন্দুনা শেমখিত্নুনা মপুং ফাবা মতম পূন্নমক্কীদমক অহোংবা লৈতনা চৎনবা য়াবা পোৎ লৈত্তে। অত্নুনা আইন খুদিংমক্তা অত্নুম অহোবা লৈরিবা অত্নুনি। মীওইবগী পুকচেন্না ফত্রবদি আইন অত্নু লৈহ্নুনম্নু মহ্নুম্নু কাইহন্দনা অহোবা অদোমদা চঙত্নুনা মীগী ফত্তনবা তৌবা ঙমগনি। পুকচেন শেংলগতা ফরগতা অহোবা অত্নুগী খুদোংচাবা লৌরোইদবনি মীগী ফত্তনবা লমদা। অত্নুনা হৌজিক হৌজিক্কীদমক জগৎকী চৎনবা য়াবা পথাপ অমা শেমলবম্নু মহ্নুবু নীংথিনা শীজিন্ননবা অমম্নুং মহ্নুদা অহোবা লৈবা লৈরক্লদবহ্নু, মতম হোংলকপা মীগী ফিভম হোংলকপগা লোয়ননা শোয়দনা অহোন্দি লৈরক্লনি, ফত্তবা লমদা খুদোংচাবা লৌনদনবা মীগী পুকচেন হোংনবগী হোৎনবগা লোয়ননা চৎমিন্নরগা তাইবংগী নুঙাইবা ওইগনি মীগী পুন্সি অসি অরেম্বদা মাঙলরোই।

মসিগা লোয়ন্‌-লোয়ননা চেকশিনগদবা অমদি পেট্রিওটিজম অমস্তুং নেসনেলিজম হায়বা ভাবশিং অসিগী অর্থ লোবদা য়াম্না চেকশিনগদৌবনি। অহিংসা বৃত্তি চৎলবা মীত্থদি হ্নাহৈশিং অসিগী অর্থ অরানবা লৈত্রে। মরমদি মহাক্তি মীগী কায়দনবা চৎলগদবনি মাগী পেট্রিওটিজম অমস্তুং নেসনেলিজমদি মীঙোন্দা করিস্থ অমাঙবা অকায়বা থোক্রে। অদু নত্তবা মীদদি হ্নাহৈশিংসিগী অপীকপা অর্থদা তাত্থনা মীগী য়াম্না মাঙনবা মুৎনবা ওই। ঐগী ইমা সুংশিদনা মীগী মমা সুংশিরুবা ঙম্বা হৌনদে। অত্থগুম্ব-ত্থনা ঐগী জাতি সুংশিদনা মীগী জাতি অমস্তুং মীওইববু সুংশিরুবা ঙম্বা হৌনদে। সুংশিবগী অহানবা হৌফমদি য়ুমদগী হৌগদবনি। মসিদি চুমলে। তৌইগুম্বস্তুং ঐগী ইমাদা সুংশিথিত্থনা মীগী মমাবুদি মীওইনা খল্লক্রুবা মতমত্থদদি পুকচেন পীকপা অরাবা অত্থম হৌরে। জাতি অমগী মরমদস্থ অত্থ মঙাই। ঐগী ইরৈবাক ইজাতিবু সুংশিবগুম মীস্থ মরৈবাক মজাতিবু সুংশিরিবনি হায়বসি খন্নবা ঙম্নবদি পৃথিবীসিদা লান হায়বসি খরা তাঙগদবনি। মসি মপুক্লিংদা পাল্লবা জাতি অত্থনা কৈদৌঙৈদস্থ জাতি অমদা হৌত্থনা লান শোক্লবা ঙম্লোই। হ্নারী লাইরিক্তা কনাগুম্বা মরৈবাক সুংশিরম্বা মী অমগী মপুক্লি উরগা থাগৎলি, মত্থ ইরাংদদা থাগৎপা ওইনা তৌই; মুম্না খন্বত্থনা মাগী মাগী মরৈবাক মজাতি থোৎ-থোৎপা সুংশিন-রিবনিনা হেক্লিন্নরুবসিদি য়াম্না কায়বা অরানবনিকো হায়বসি পুক্লিংদা য়ৌনা পান্দে। ঐগী ইরৈবাক মাঙহন্নীংদবগুম মীগীস্থ মাঙহন্নীংদে; ঐগী ইরৈবাক মাঙহনগে তৌররিবা তৌরিবা মীত্থবু ঐগী খাইদগী ফত্রবা য়েক্লবা ওইনা য়েংবগুম ঐনা মীগী মরৈবাক মাঙহনগে তৌরুরবদি ঐনা খাইদগী তমথীরবা সুংশি হৈত্তবা অরানবা চৎপা মীনি হায়না লৌগনি হায়বা ইন্নাই লাইবা অচুম্বসিমত্তবু মুন্না খঙনরবদি লান হায়বসি হ্নাহৈমথৈ লৈরম্লবস্থ মশক ওইনদি খিবা ফংলমলোইদবনি। অত্থবু পঙনা পানবা তাইবং মী-ওইবনা মসিদবু খন্বদে। হৌজিক তাইবং পানবদা চৎনরিবদি, থোৎ-থোৎপনিদি হায়বা য়াদে, ঐগী ইরৈবাক ইজাতি সুংশিবনা মীগী মরৈবাক

মজাতিবু হুংশিহন্দে ; ঐগী ইরৈবাক ইজাতিগীদমক মী অতৈগী মরৈবাক মজাতিবু হুংশিবা পুন্নমক থাদোকহল্লিভি। মথুদি য়াবা হৌনদবনিনা, মরৈবাক মজাতি হুংশিবা হায়বসি মী পুন্নমকী মপোকতৈদগী য়াওরকপা ওইবনা লান হায়বসি থোকইনসিনি। অহনা পেট্রিওটিজম হায়বসি মশা- নদি ফত্তবা নত্রবস্থ তারুতারুরিবা পুকচেল অহগী মতুংইন্না অফ-ফত্তবা ওই। জাতি খুদিংমক্কা লান অসি তোকহনগে হায়রবদি ভাব অনীসিবু পুকচেন পাক্কা মীগী য়েংনা লৌরগদতা থর মথৈ য়াগনি। মীওইবগী মশানা থাদোকপা য়াদনা য়াওজরবা মরৈবাক মজাতি হুংশিবা অসিবু, মসিনন্থ মীওইবা পুন্নকপু হুংশিবগী হৌফম ওইরিবা অসিবু অপাকপা মীগী য়েংবা লমদা পুশিল্লবদদা ময়াম পুন্নমকী অফবা ওইগনি. লান তোকহন্নবগী মরু- ওইবা উপায় অমন্থ মশানা অহুম ওইজরগনি।

মসিদা লান হায়হনা শীজিন্নরিবা লান অসি খুৎথোক্কা অমগা অমগা তাথিবা হাৎনবা লান অহগী রানি। মসি নত্তবা অতৈ খৎনবা লান কৌবা য়াবন্থ লৈরি। অচৌবা মোৎ অমগীদমক খৎনবা, মীওইববু মপুকচেন ফবা ওইহন্নবা হোৎনবা, মীওইবগী অৱাবা ময়াম কোক্কবা হোৎনবা, কাংবু অমনা কাংবু অমবু, মী অমনা মী অমবু, মী অমনা কাংবু অমবু মাগী মাগী মোত্তা ওন্নবা হোৎনবা ময়াম অসিন্থ লানগী মন্থং চনবা য়াই। মীওইবনা মবুদ্ধি মরোশিং শীজিন্নহনা চাওখৎপা অচুম্বা হুণ্ডাইবা থিরিবা মীওইবনা মওং অমদা নত্রগা অমদা লান হায়বসি তোদবদি ঙম্মোই, য়ারোই। অহগুম্বা লান অহুদি ফত্তবা লান নত্তে, মীওইববু চাওখৎহনবদা থাদোকপা য়াদনা চঙলবা লান ঙাক্তনি। তোকহনগদবা লানদি মীওইবনা খুথোক্কা কল্লক য়েংথিবগা লোয়নননা হুংশিবা খঙদনা হাৎনবা লান অহনি। অসিগুম্বা লান্না মীওইববু মীগী থাক্তগী চিংথহনা থাঙ্গৎশেংনা শা ওইহল্লি। মীনা মী ওইগে হায়রবদি মসিগী লান অসি তোকহন্নবা হোৎনরগা ওইগনি।

---

দ্বিজমনি শর্ম্মা

# সাহিত্য

সাহিত্য হায়বা শব্দ অসি 'সহিত' শব্দদা 'ষ্য' প্রত্যয় তৌদুনা থোকপনি। 'সহিত'গী অর্থদি 'লোয়নবা'নি লোয়নবগী মতৌবু নম্রগা থবকপু সাহিত্য কৌই। রাহৈ অসিগী তোঙান-তোঙানবা অতুগা অমগা অমগদি মরী লৈনবা অর্থ অহুমথক লৈ হায়বসি সংস্কৃত সাহিত্যদগী খঙবা ঙমই। ভর্তৃহরিগী "সাহিত্য সঙ্গীতকলাবিহীন ; সাক্ষাৎ পশুঃ পুচ্ছবিষাণহীন" হায়বা শ্লোক অসিদা সাহিত্য হায়বা রাহৈ অসি কাব্যগী অর্থদা শীজিন্নরি। মন্মঠ. জগন্নাথ, বিশ্বনাথনচিংবা অলংকারিকশিংগী কাব্যগী সংজ্ঞাদা কাব্য হায়বনা পদ্যগী প্রবন্ধ ঙাক্তা খঙনগনি হায়বা য়াওদ্রবসু কাব্য হায়বনা পদ্যগী প্রবন্ধ ঙাক্তা খঙনরকপগুম তৌই। মতুগী মরমদি সংস্কৃত সাহিত্যদা গদ্যগী প্রবন্ধ য়ায়া তাঙবনা মতুবুদি থৌওইদদুনা পদ্যগী প্রবন্ধদতা লুনা তৌনখিবদগী অকোনবা অসিবুত! কাব্য ওইনা লৌনখিবনি। "সাহিত্য দর্পণঃ,"প্রতিহারেন্দুরাজগী "সাহিত্য শ্রীমুরারেঃ" অমসুং শ্রীকণ্ঠচরিততা য়াওবা "বিনান-সাহিত্যবীদ্যাহপরএ গুণঃ কথঞ্চিৎ প্রথতে কবীনাম" হায়বা অসিদগী সাহিত্য হায়বা রাহৈ অসি সাহিত্য শাস্ত্র (অলংকার শাস্ত্র, **পোয়েটিক্স**) কী অর্থদা শীজিন্নৈ হায়বা খঙবা ঙমই। বিলহনগী বিক্রমাঙ্কদেব চরিতকী "সাহিত্য-পয়োনিধি মন্থনোহহং কর্নামৃতং রক্ষত হে কবীন্দ্র!" হায়বা শ্লোক অসিদা সাহিত্য হায়বা রাহৈ অসি সাধারণ ওইনা গদ্য অমসুং **পদ্যগী** প্রবন্ধ পুন্নমক ( **লিটরেচর ইন জেনেরেল** ) খঙনবগী অর্থদা শীজিন্নরি।

মথক্তা হায়রিবা সাহিত্য শব্দগী অর্থ অহুম অসি অমগা অমগা মরী লৈনৈ। "শব্দার্থৌ সহিতৌ কাব্যম্" হায়না সংস্কৃতকী সাহিত্যকশিংনা ইরি। মসিগী অর্থদি শব্দ অমসুং অর্থ অনীমক্তা পুল্লগা ওই হায়বনি। সাহিত্য হায়বা শব্দ অসি সংজ্ঞা অসিদা য়াওরিবা 'সহিত'শব্দদগী থোকখিবা

ওইবা য়াই শব্দগা অর্থগা লোয়নববু কাব্য কৌবদগী সাহিত্য হায়রগা কাব্যবু অতুগা সংজ্ঞা অসি পীবা কাব্য ইবগী হৌনবী পুন্নমক ইবা অলঙ্কার শাস্ত্র অতুবুসু সাহিত্য হায়না খঙনখিবনি হায়বা য়াই। সাধারণ ওইনা গদ্য অমসুং পদ্যগী প্রবন্ধ পুন্নমকপু খঙনখ্রিবা অসিদি অহানবা অর্থ অতু পাকথোকখিবতনি। হৌজিক্কী মতমদা সাইন্টিফিক লিটরেচর নচিংবা রাহৈ উবদগী সাহিত্য ( লিটরেচর )গী অর্থ অসি অমুকসু মথং মথং পাকথোক্লে হায়বা উবা ফংই।

হৌজিক্কী মতমদা সাহিত্যগী অর্থ য়াম্না পাকই। মসিগী মখল য়াম্না লৈ। অহানবদা চাউরাক্লা মখল অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই গদ্য অমসুং পদ্য। করিগুম্বা সাহিত্যগী লাইরিক্তা গদ্য অমসুং পদ্য অনীমক পুল্লি। মহাকাব্য, কাব্য, নাটক, কথা, অখ্যায়িকা জীবনচরিত অসিনচিংবা সাহিত্যগী মখল য়াম্না লৈ। মখল ময়াম অসিবু খুত্তম চনবা ওইথোক্তবনি। ময়াম অসিগী অমবু মতৌক চানা ফজনা ইবা মী পুন্নমক্কী লাইবক্তা থোকপা নত্তে। ভামহনা হায়রি:— "কাব্যং তু জয়তে জাতু কস্যচিৎ প্রতিভামতঃ" হায়বদি কাব্য হায়বসি প্রতিভা লৈবা মীদগী থোকই; মতুম্ মতম পুন্নমক্তা নত্তে; মী অতুনা ইবা লাইরিক পুন্নমক কাব্য ওইগদবা নত্তে, মহাক্কী পুক্নিং য়াম্না নুঙাইরিবৈদা অমসুং অফবা কবিতা ইবগী পুক্নিংগী ঈথক হৌরকপা মতমদা ইবা অতুনতা কাব্য ওইগদবনি। সংস্কৃতকী সাহিত্য শাস্ত্রদা থাইদগী মকোক থোংলবা মম্মঠনা কাব্য থোকপগী কারণ হায়রি:— "শক্তির্নিপুনতা লোকশাস্ত্র কাব্যগ্যবেক্ষনাৎ

কাব্যজ্ঞশিক্ষয়াভ্যাম ইতি হেতুস্তদুদ্ভবে।।"

কাব্য ইগদবা মী অতুগী পোকপদগী লোয়নরক্লবা সংস্কার কাব্য ইবগী শক্তি হায়বদি প্রতিভা লৈতবা য়াদে। প্রতিভা লৈতবা মীনা ইবা কাব্য অতু অফবা ওইবা য়াদে। ভামহনা হায়রি—"প্রজ্ঞা নবনবোন্মেষশালিনী প্রতিভামতা।" অনৌ অনৌবা উহনবা লৌশিংবু প্রতিভা কৌই। কাব্য ইগদবা মীতুদি সহৃদয় ওইদবা য়াদে [illegible] অতৈনা ইবা নত্রগা

উৎপা উৱগা দোষ গুণ খণ্ডবা ঙম্বা মী অমা ওইদবা য়াদে। ব্যাকরণ, ছন্দ, অলঙ্কার, ইতিহাস, পুৱাণনচিংবা শাস্ত্র ময়াম হৈহ্না, অক অকবা কবিনা ইবা কাব্য অমসুং মহাকাব্য পাহ্না লেঙবা লেঙদবা সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎ পূম্নমক মুন্না য়েংহ্না খণ্ডহৈবা, হৈশিংবা মী অমা ওইগদবনি, অদুদগী কাব্য ইবগী অভ্যাস মতম কুইনা তৌগদবনি। পূম্নমক অসি পুন্না লৈরবা অদুতনা কাব্য ইবা ঙমগদবনি।

অদুনদি কবি অমা ওইবা নত্রগা সাহিত্য ইবা হায়বসি অৱায়বা থবক নত্তে। মথক্তা হায়রিবা গুণ ময়াম অসি লৈরবতদা অকবা সাহিত্য ইনবগী পুক্নিংদা ঈচেল অমা পোক্লকই। মদু পোক্লবতদা অইবনা নুঙাইনা ইবা ঙমই, ঐখোয়নসু মদু পারগা নুঙাইবা ফংবা ঙমই। পুক্নিংগী ঈচেল অসি লৈতবা মীনা ইবা সাহিত্যদি পাবদা নুঙাইবা পোকপা ঙমদে। অইবনা ইবা মতমদা পনখিবা অমসুং নমজা-হাজানহ্না ইখিবা অদুৱাইদা পারিবা মীগী মথং মথং নুঙাইরকপা অদু হেক্তা পল্লি।

সাহিত্যদা শব্দগী মখৌ য়াম্না চাওই। অর্থ ফজরবতদা সাহিত্য ওইগদবা নত্তে। অর্থ **কোঙলোক্লিবা** শব্দশিং অদুসু ফজদবা য়াদে; চপ চাদবা য়াদে। অর্থগী চপচাবা ৱাহৈ শীজিন্নহ্না অতৈ অমা শীজিন্নরবদি লোনগী ফজবা ৱাৎপতা নত্তনা কৱি করিগুম্বা মফমদা অর্থগী অকায়বসু লাকই।

লোর্দ মেকোলেনা মিলটনগী ষ্টাইলগী মরমদা হায়খি:—
"Change the structure of the sentence, substitute one synonym for another and the whole effect is destroyed." মরম অসিনা মমাঙৈগী সংস্কৃত সাহিত্যিকশিংনা সাহিত্যদা শব্দ অমসুং অর্থ অনীমকপু চপ মান্না প্রধান ওইনা লৌরমই। অচার্য্য দণ্ডী অমসুং জগন্নাথদি অর্থদগী শব্দবুনা হেন্না প্রধান ওইনা লৌখি হায়বা য়াই। অর্থগী ফজবদি থোইনা লৈতবা মফমদা ৱাহৈগী লৈতেংনা গুণ য়াম্না হেনগৎহনবা অমসুং পুক্নিংদা নুঙাইবা পীবা রচনা সাহিত্যদা তাঙবা নত্তে। ইংরাজী কবি ৱার্দসৱার্থ নসু হায়রি— It is unphilosophic

to call language or diction the dress of thoughts; I would call it the incarnation of thoughts."

রাহৈ হম্বনা শীজিন্নগদবা মফমদা রাহৈ হেন্না শীজিন্নহ্নবা অর্থ ফোঙ-দোকপা অফবা লেখক্কী থবক নত্তে; অদুগা শমন্না ফোঙদোকুনা অর্থ থঙবদা সহ্যদয়বু রাহনবস্মু চুমদে। লেখক্কী পুক্লিংনা ফাওবা রাখলগী ঈচেল অদু ফজবা শব্দগী ঈচেলদা মহৌশাগী ওইনা ফোঙদোকপা অদুনা অফবা সাহিত্য ওই।

অফবা সাহিত্যদি দোষ লৈতবা ওইগদবনি। হিরম অসিদা সংস্কৃত সাহিত্যিকশিংনা য়াম্না পুক্লিং চঙৈ অমস্মুং মসিগী মরমদা য়াম্না শুগায়না ই। পদ, অর্থ, রাগেং, ছন্দ নচিংবগী দোষ য়াম্না উত্নুনা লৈ। সংস্কৃত সাহিত্যগী দোষকী নিয়ম য়াম্না কল্লি। সাহিত্য অসিগী লেখক পূম্নমক হায়বা য়াই দোষ অমত্তা লৈতনা সাহিত্য ইবা ঙমখিদে। সংস্কৃত সাহিত্যগী সম্রাট কালিদাস ফাওবা সাহিত্য শাস্ত্রগী মিংনা কুপশিন্না য়েংবদা দোষ য়াওদনা লেপ্পা ঙম্বা নত্তে। হীরম অসিদা ইংরাজীনচিংবা জাতি অতৈগী সাহিত্যগী স্বাধীনতা য়াম্না হেল্লি।

সাহিত্যদা গুণ অমস্মুং অলঙ্কার লৈগদবনি। থৌনা ফরবা মীওইবগী গুণ ওইবগুম্না সাহিত্যগী মাধুর্য্যনচিংবনা গুণনি, লৌক-কোলনা মীওইবগী লৈতেং ওইবগুম্না উপমা, উৎপ্রেক্ষা, রূপকনচিংবা অলঙ্কারনা সাহিত্যগী লৈতেংনি। মথোয় অসি মফম চানা চানা রাখলগী ঈচেল্দা য়াওরকপা অদুদি অর্থগী ফজবা ওস্থোক্না হেনগৎহল্লি। গুণ অমস্মুং অলঙ্কার য়াওদবা সাহিত্যদি মগুণ লৈতবা অমস্মুং ফিজেৎ লৈতেংদবা মীগুম্বনি। সাহিত্যদা অলঙ্কারগী মথৌ য়াম্না চাওই। সাহিত্যিক কনাগুম্বগী মত্তা অলঙ্কারনা সাহিত্যদা প্রধাণনি। অওইবমক মগুণ লৈত্রবস্মু মী কনাগুম্বনা য়াম্না ফজনা ফিজেৎ লৈতেংহ্নবা লাক্লবদি মহাকপু মগুণ লৈবা মী অমা ওইনা অমস্মুং ফজনা উনবা অসি ঐখোয়গী পুক্সিদা থোক্কবা নত্তে, ফিজেৎ লৈতেং ফজবা উরগা অঙকপস্মু পোকই। মহুগুমহ্নবা অলঙ্কারনা অর্থদা হম্বা সাহিত্যবু ফজহনবা অমস্মুং অঙকপা পোকহনবা ঙমই।

সাহিত্যগী লাইরিক অমবু অফবনি ফত্তবনি হায়বসি মতুবু হন্না হন্না পারগা খঙবা ঙমই। অফবা সাহিত্যদি হন্না হন্না পারিবমথৈ নুঙাইবা য়াংপা লৈতে; পাবা খুদিংগী নুঙাইবা হেনগৎলকই অমসুং লেখক্কী য়াহৈ য়াত্তা অমসুং অর্থগী ফজবা অমসুং অনৌ অনৌবা গুণ **চোংথোরকই;** লেখক্কী চরিত্র গঠণ ফজবা, বর্ণনাগী ফজবা অমসুং মতাং অমসুং তাংকক্ শীনবদা হৈশিংবগী খুদম অনৌ অনৌবা থোবকই। কালিদাসবী শকুন্ত-লাবু অমুক পাবদা কবিগী মৃগুণ পুন্নমক কনাসু উবা ফংলিগনি হায়বা থাজদে। ইশামক্কী হায়রবদি অসুক্নক পারে হায়বা মশাং হায়বা ঙমদে। হৌজিকসু লাইরিক অসিবু পারুরবদি কবিগী ফজবা অনৌবা হান্না ফং-খিবদগী তোঙানবা খরদি শোয়দনা ফংগনি হায়না থাজে। ইংরাজী কবি সেক্সপিয়ারগী লাইরিক হন্না পারুবদা মহাক্কী চরিত্র গঠংগী ফজবা অনৌবা শোয়দনা ফংগনি; মীওইবগী প্রকৃতি মুন্না য়েংশিনবা অমসুং খঙশিনবগী খুদম অনৌ-অনৌবা চোংথোরক্কনি।

সাহিত্য হায়বসি মতম অমসুং মফমগী মখা পোন্দে; অকবা সাহিত্যদি মতম পুন্নমক্তা অমসুং মফম পুন্নমক্তা লুনা তৌনৈ। অতুগা মসি জাতি অমসুং ধর্ম্মগী মখা পোন্দে। কালিদাস অমসুং সেক্সপিয়ার অনী-মকপু লুনা তৌনবা অসি মতম অমসুং মফম নাইদে। জাতি পুন্নমক্তা অমসুং ধর্ম্ম তোঙান-তোঙানবা চৎপা মী পুন্নমক্তা মথোয়না হৌজিক ফাওবা নুঙাইবা পীরি।- কবি অনী অসিনা হৌজিক ফাওবা সাহিত্য জগত্তা য়ামনা য়াংবা খুভমদা লৈরিবা অসিগী মরমদি থরায় পানবা পান্দবা জীব পুন্নমকপু অমসুং প্রকৃতিগী পোৎ পুন্নমকপু মুন্না য়েংশিনখিবনি। অনী অসিনা দল পুন্নমক্কী ধর্ম্ম পুন্নমক্কী অমসুং জাতি পুন্নমক্কী মীগী পুক্নিংবু খুতুম চনবা ঙস্লিবা অসি মথোয়না মীওইবা হায়বা জাৎ অসিবু য়াম্না য়েং-শিনখিবা অমসুং খঙখিবননি, মীওইবগী পুন্সিগী থাঙ্গৈশেংবা পোৎ (Realities of life) অতু খঙখিবননি। মতমনা ওনবা নাইদনা মী-ওইবগী মশাদা পকপা গুণ অমসুং শাজৎ মুন্না য়েংশিন্দুনা ইরবদি মতম

পুন্নমক্কী মী পুন্নমক্কী থম্মোয়দা শোয়দনা পানগনি। পোশিয়াগী লমচৎ পারগা মহাক সেক্সপিয়ারগী মতমগী মুপী ওইবর্তা নত্তনা হৌজিক্কী লমচৎ ফজবী মুপী অমা ওইনা থোক্লি। মতম, মফম, জাতি অমস্মুং ধর্ম্মগী ভমথৈ লাম্নোক্তবা সাহিত্য অত্তু অফবা নত্তে।

করিগুম্বা জাতি অমা চাওখৎলে চাওখল্লি হায়বসি জাতি অত্তুগী সাহিত্য পারগা হায়বা ভমই। মীওইবগী রাখল, অপাম্বা, মুভাইবা, অরাৎপা, অরাবা, আশা শাজৎ অসিনচিংবা পুন্নমক্কী মমি সাহিত্যদা য়াম্না নীংথিনা ভইা।জাতি অমনা খল্লিবা অমস্মুং তৌরিবা পুন্নমক অত্তু লেখকনা থোইনা ইগে নীংলুপ্রবস্মু সাহিত্যগী চুম্নগী লাইরিক অতে ইবদা হায়রিবা ময়াম অসি হেক্তা ময়াওরকই। মরম অসিনা সাহিত্য পারগা জাতি অমগী করম্বা হীরমদা চাওখৎলবগে অমস্মুং করম্বা হীরমদা হম্বরিবগে, অত্তুগা সমাজগী ফিভম্না করম তৌরিবগে হায়বা পুন্নমক খঙবা ভমই। জাতি অমগী সাহিত্যগী মথং মথং হৌরকপা উরগস্মু জাতি অত্ত করম্না হৌরকপা অমস্মুং করম করম্বা অরা-অনং লৈখিবা অত্ত পুন্নমক ওথাক খঙবা ভমই অমস্মুং জাতি অত্তুগী পুক্লিংগী চাওখৎপস্মু মথং মথং উবা ফংই।

সাহিত্যগী বিষয় অসি ওম্নোক্না পাক চাউবা পোৎনি। ফনা ইত্তুনা বিষয় অসিগী কাচিন-কোয়া শোক্না অমস্মুং মতীক চানা তৌবা ভমগনি হায়বা থাজবা য়াম্না রাৎলি। মরম অসিনা রা অমত্তং হায়রগা লোইরগে। প্রতিভাগী মরমদা মমাঙভৈদা রা খরা হায়খ্রে। অত্তুগা মন্মঠকী কাব্য থোকপগী কারণ পারগা অয়াম্বগী পুক্লিংদা কাব্য নত্রগা সাহিত্য ইবগী থৌনা য়াম্না হম্বা য়াই। হায়রিবা ময়াম অত্তু অফবা কাব্য নত্রগা সাহিত্য অমা থোকপগী কারণত্তনি। কনাগী প্রতিভা লৈ অমস্মুং কনাগীনা কয়া য়াম্না লৈবগে হায়বসি লেপ্পা ফনা রাবা পোৎনি। অত্তুনা প্রতিভা লৈ খঙজ্রবদি সাহিত্য ইবা চুমদে হায়রবদি কনামত্তনস্মু সাহিত্য ইদবা ত্তাই। অত্তুনদি করম্বা মীনা সাহিত্য ইগদগে? শিক্ষা মতিক চানা ফংলবা, হৌজিক্কী মতমদা সাহিত্য চাওখৎলিবা লোন অনী অহুমদংগা

য়ামত্রগদা হৈরবা মী অদু শিক্ষাগী হৌরমলোমদগী সাহিত্য ইবদা মতীক চারে হায়বা য়াই। প্রতিভারোমদগীদি কনাবু প্রতিভা লৈ হায়নি। হৌজিক বিজ্ঞানগী যন্ত্রগী পাম্বৈনা পুক্নিংগী লৌশিংগী পাক্কল ওন্নবা হোৎনরি অদুগা করম্বা মীনা করম্বা লম্বীদা চৎলগা উন্নতি লৈগদগে হায়বা পুম্নমক খঙনবা হোৎনরি হায়বা ভাই। মসিনা থাক্লৈশেংনা চপ চানা হায়বা ওন্নবা মতমদদি করে। অদুগা মদু য়ৌত্রিবৈদদি কনাগুম্বা অমগী সাহিত্যগী প্রতিভা লৈ, লৈতে হায়বসি অশুম্না খঙনবা য়াই।

ভাংথোরকপা ৱাহৈ-ৱাতা চুম্বা, সাহিত্যগী লাইরিক পাবদা পুক্নিংদা হুঙাইবা পোকপা, মদুগী ৱাথল থল্লগা হুঙাইবনা অতৈ অতৈ ৱাথল পুম্নমক থুক্কৎপা ওম্বা অদুগা ইকোন কোনবদা খাইদগী হেন্না মরু ওইবা সাহিত্যগী প্রবন্ধ নত্রগা লাইরিক ইবগী বিশেষ শক্তি হায়বদি থোইনা ৱাদনা হায়নীং-বা ৱা অদু ফোঙদোকপা ওম্বা অসিগুম্বা মী অদুগী সাহিত্যগী প্রতিভা লৈ হায়বা য়াই। হায়রিবা ময়াম অসি সাহিত্যগী প্রতিভা লৈবা মীনা উৎক-দবা ঙাক্তনি। সাহিত্য জগত্তামমিং ফাওরিবা কালিদাস, সেক্সপিয়ার ৱার্স ৱার্থ, সেলি, কিটস, গেটে, রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনচিংবা পুম্নমক অসিগী পুন্সি য়েংবদা অসিগুম্বা থুদমশিং অসি মথোয়গী মমিং য়াওত্রিবৈদগীনা উবা ফংই। মরম অসিনা শিক্ষাগী মগুণ অমম্বুং প্রতিভাগী মথক্তা হায়-রিবা থুদম ময়াম অসি লৈবা মীনা সাহিত্যগী মতিক চাবা বিষয় থন্দুনা ইবগী অভ্যাস তৌগদবনি। করম্বা মীনা গদ্য ইগদগে অদুগা করম্বা মীনা পদ্য ইগদগে হায়রবদি মশা-মশাগী পীথোরকপা মতুং ইন্না লেপ্পা ভাই। মসি ওন্নরবসু অফবা সাহিত্য থোক্তে। লাইরিক ইবগী আর্ট অসি য়াম্না লুবা পোৎনি। ইরগতা ইবগী আর্ট অশুম অশুম হৈরকদবনি। অহানবা লাইরিক ইবগী অভ্যাস হেক হৌরকপদা তোঙানবা লোনগী অফ অফবা লেখক্কী লাইরিক থরা অহুবাদ তৌবসু য়াম্না ফৈ। মদুনা লোনগী পুকৈদসু হেনগৎলি। অদুগা অরাংবা ৱাথল ফোঙদোকপগী অভ্যাস অমা কনা নীংথিনা ওই।

---

**খিজমনিদেব শর্মা**

# কলা

অপাকপা অর্থদা কলা হায়রগা প্রকৃতিগী মহৌশাগী লৈরম্বা পোৎ নত্তবা মীওইবগী হৈশিংবগী মতৌদগী থোকপা মহৈবু খণ্ডনৈ। খরা পীক-শীনবা অর্থদা ললিতকলা ( ফাইন আর্টস ) হায়রগা খণ্ডনবা পুক্লিং অমসুং পুক্লিংগী কল্পনাদগী থোকপা মহৈশিংবু খণ্ডনৈ। তন্ত্র শাস্ত্রগী মতুং ইন্না কলাগী মশিংদি ৬৪ নি। ঈশৈ শকপা, পুংয়েবা, লাইয়েকপা, জগোয় শাবা, মূর্তি শাবা, য়ুমশাবা কবিতা লেংবা অসিনচিংবা অসি কলানি। মথোয়শিং অসিগী অমমমবু লৌখত্নুনা নৈনবদি মক্ষম অসিদা ওইথোক্কবনি। অত্নুনা পুন্নমক্কী ওইনা চাওরাক্লা নৈনবগী প্রস্তাব তৌরি।

মীওইবগী ইতিহাস অসি মীওইবগী রাখল্লা শেমগৎলকপা হৈশিংবগী মতৌগী পোৎনা পিকথল্লি। অতৈ জীবগুন্না মীওইবদি পুকথল্লা চাননবা পোৎ লৈরগা পেনবা ঙমদে ; নোং-নুংশিৎ অমসুং নুংশাদগী কননবা মথক কুপ্পা থাংগোকশং অমা লৈরগা পেনবা ঙমদে। মীওইবনা বস্তুজগত্তদা ঙাওত্নুনা লৈতে। ঈশ্বরনা পীবীরম্বা মহৌশাগী ফজবা পোৎ ময়াম অত্নু উরগা মথোয়গী রাখলনা ফজবা পোৎ অতৈ পুথোক্নবা হোৎনরক্লি। ফি-শেৎপা মতমদা ফজনা শেৎননবা অমসুং ফজবা ফি শেৎননবা হোৎনরক্লি। চাননবা পোৎ থৌরাং তৌবা মতমদা ফজবা অমসুং অফবা পোৎ চাননবা হোৎনরক্লি। য়ুমশাবা তারবসু মথক কুপ্পা পোৎ অমা লৈরগা পেন্দত্নুনা ফজবা য়ুম শাননবা হোৎনরক্লি। ফজবা মূর্তি অমা উরুরগা নত্রগা থল্লুরগা নত্নু য়েক্তুনা অতৈদা উহন্নবা হোৎনরক্লি। ঈশ্বরনা শেম্লবা জগত্তা তাবদা নুঙাইবা খোল ময়াম অসি তাবদগী মীওইবগী সঙ্গীত পুথোকখিবনি। মতৌ অসুম্না কলা অতৈ অতৈ থোকখিবনি মরু ওইবদি মীওইবগী ফজবা পাম্বা পুকচেল অসি লৈবদগী কলাশিং অসি থোকখিবনি। মহৈশিং অসি

হৈবা মীওইবনা জীবশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা **ফিভম** য়ৌথিবনি, মহু ঈশিংদা কংফান্দা নত্রগা অতিয়াদা লৈব জীব পূম্নমক্না কদৌঙৈদম্নু য়ৌবা ঙমত্রিবনি অমসুং মীওইবগী মথাক্তা পৌন্দুনা লৈরগদবনি।

**প্লেটো অমসুং এরিষ্টোটলগী** মত মতুংইন্না কলা হায়বা অসি মতৌ তম্বা ( অনুকরণ ) অমসুং **পুক্নিংনা** শাবা ( কল্পনা ) অমসুং অনী অসিবু ফোঙদোকপদগী কলা থোকই। ঐথোয়না উত্নুনা লৈ, কলা হায়বসি প্রকৃতিগী চপচানা মতৌ তম্নদি নত্তে। কলাকারনা প্রকৃতিগী পোৎকী ফজবগী মতৌ অহু উরগা মহাক্না অনৌবা পোৎ অমা ওইনা পুথোরকপনি। মহাক্না পুথোরকপা পোৎ অহু প্রকৃতিগী পোৎ অমগা মান্নরবসু মহাক্কী পোৎ অত্নদা মহাক্কীতগী ওইবা মতৌ অমা লৈ। অত্নুনা কলাকার অমনা করিগুম্বা অচুম্বা পোৎ অমা উৎপা মতমদা ইতিহাসনা তৌবগুম্না ইকোক কোকপা অচুম্বা অমা ওইনা উত্তে ; মহুগী মরমদা লৈবা মহাক্কী **পুক্নিংগী ফিভম** অহু উৎলি। অত্নুনা **এরিষ্টোটলনা** হায়রম্মী 'Truth of poetry is greater than truth of history"। কলাকারনা শেম্বগী থবক তৌবদা প্রকৃতিগী মতৌ তম্নবসু মহাক্না শেম্বা পোত্তা অনৌবগী মতৌ থরদি শোয়দনা উবা ফংই। মহুদনি কলাকারগী গুণ।

**পুক্নিংনা** শাবা ( কল্পনা ) দগী কলা থোকই হায়খ্রে। কল্পনা হায়বা অসি করিনো ? সাধারণ ওইনা সাহিত্যদা কল্পনাগী অর্থদি **পুক্নিংনা** শাবনি। কলাকারগী কল্পনাগী শক্তি অসিদি মহাক্কী প্রতিভাগী মথা পোনবনি। প্রতিভা হায়বা অসিদি অনৌ অনৌবা পোৎ পুথোক্নবগী বুদ্ধিনি। কলাকারগী অনৌবগী মতৌ অমসুং মশাগী ওইবগী তোপ-তোপ্পা মতৌ উৎপদি মহাক্কী কল্পনা শক্তিগী মথা পোনবনি।

মতৌ তম্বা অমসুং **পুক্নিংনা** শাবা পোৎকী ফোঙদোকপা অসি কলাগী মরু ওইবা শরুক্তি। ফনা ফজবা পোৎকী মতৌ তমসহু, ফনা ফজবা কল্পনাগী মওংসু ওইসহু, মহু **ফোঙদোক্নবা**পাম্বৈ অহু **পুক্নিং** হুবা ওইত্রবদি মহুনা কলাগী পোৎ ওইবা য়াদে। ইংরাজী কবি **শেলিনা** কলাবু

কল্পনাগী কোঙদোকপনি ‘এক্সপ্রেশন ওফ ইমাজিনেশন’ হায়রমই। কবি অসিনা মওং মতৌওম্বা অমম্তুং কল্পনাদগী মখোয়গী কোঙদোকপগী থবক অমুনা হেন্না কলাগীদমক্তি মরূ ওইবনি হায়বনি। বার্দসবার্থ নম্ব রাইহেবু রাখলগী ফিজেৎনি হায়বদা য়ারমদে। মহাক্না রাইহেবু ‘ইনকারনেশন ওফ থোৎ’ নি হায়রমই।

কলাদা কলাকারগী মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা মতৌ লৈরবম্তু মতুদা সমাজগী ওইবা মতৌ অমা নীংথিনা উবা ফংই। কলাকারগী কলাদা মহাক্কী সমাজ নত্রগা সম্প্রদায়গী মওং—মতৌ অমম্তুং ফিভম অমুগা সমাজ অমুগী সংস্কৃতি অমম্তুং পুন্সিংগী ফিভম পূন্নমক অসিগী মমি য়াম্না নীংথিনা তাই। মতুঙদা কলা অমু সমাজগী মমুংদা চৎনবা অমম্তুং পাম্নবা ওইরিবনি, কলাকারনা মরম অসিনা সমাজগা মরি লৈনবা পোত্তমক উৎননবা হোৎনরিবনি। সমাজগা মরী লৈনদবা পোৎ অমত্তং উৎলুবদা অকবা কলা ওইবা য়াদে। কলাগীদমক্তা কলা ‘আর্ট ফোর আর্ট’স সেক’ হায়বা মত চৎনবা য়াদ্রিবসি মরম অসিননি।

অমরোমদা অমুক, কলাকারনা মহাকপু য়োকপীরিবশিংগী পাম্বত্তমক য়েংহুনা শেলগীদমক্তা কলাবু ললোন পোৎ অমা ওইনা শীজিন্নরবদি কলাগী হম্ববা ওই। কলাকার অমগী মথৌদি মহাক্কী সমাজগী পোৎকা মরী লৈনবা মওংগী পোৎ পুথোকপনি। হেন্না রাংবা থাক্কী কলাগী মহাউ তংবা ঙমহনবা অসিম্তু মহাক্কী মথৌনি।

কলাগী উদ্দেশ্যদি ফজবা পোৎ শেমগৎলগা রস ফোঙদোকপনি। ঈশৈ শকপা হৈবা মী অমনা মহাক্না ফোঙদোক্লিংবা রস অমুগী মতীক চাবা রাগ থল্লগা মহাক্কী কল্পনাদগী থোকপা মথল-মথাগী মওংদা রস ফোঙদোকই। মহাক্কী ঈশৈ অমু তারগা তারিবা মীগী মুঙাইবা পোকই। লাইয়েকপা মীনা য়েক্লিবা লাই অমু উরগা লাই অমুনা ফোঙদোক্লিবা রস অমু অউবা মীনা থঙবা ঙমই। অম্মুম্না কলাকার অমনা মহাক্কী পুন্সিংগী ঈথক অমু ভাবককী পুন্সিংদা হাপচিল্লগা চপ মান্নবা পুন্সিংগী ফিভম পোকহনবা ঙম্নবা অমুত্তদা মহাক সার্থক কলাকার অমা ওইগদবনি।

কলাকার অমনা সার্থক ওইগে হায়রবদি মহাক্কী প্রতিভা লৈগদবনি, শাস্ত্রগী জ্ঞান নীংথিনা লৈগদবনি অমুগী মতুংদা অভ্যাস তৌগদবনি। খুদমগী মশক ওইনা সঙ্গীতকী প্রতিভা লৈবা মীনা অহানবদা সঙ্গীত শাস্ত্রগী মপুংফাবা জ্ঞান ফংননবা গুরুগী নাক্তা ফমগদবনি অমসুং মতীকচাবা লাইরিক লাইও পাগদবনি; অমুদগী অভ্যাস তৌগদবনি। কলা অতৈগী মরমদসু অসিমঙাই। অহুম অসিগী মরক্তা অমা য়াংপদা কলা মপুং ফাদে। অহুম অসি অমগা অমগা য়াম্না নক্লে, অমগা অমগা থানবা য়াদবা মরী লৈনে। খুদমগী মশক ওইনা ঈশৈগী প্রতিভা লৈত্তবা মীনা ঈশৈ শকপা হৈনদে অমুগা ঈশৈ শকপা হৈত্তবা মীনা ঈশৈগী শাস্ত্র নীংথিনা খঙবা ঙমদে। মরম অসিননি কলা অয়াম্ববু থবক্কী মহৈ (প্রাকটিকেল আর্ট) কৌরিবা। থবক য়াওদনা কলাশিং অসি খঙবা য়াই। কনাগুম্বা জগোইশাবা হৈত্তবা মীনা জগোই হৈ হায়রুনা মহুগী মরমদা ভাঙলবদি মহাক্কী মরমদা চেকশিনগদবনি। ঈশৈ শকপা হৈত্তবা মীনা ঈশৈগী মরমদা ভাঙলবসু মহুমঙাই।

কলাশিং অসিগী মরক্তুগী থরদং লৌথরুনা অমগা অমগা চাংদমহুনা য়েংবা কাম্নবা ওইগনি। ঈশৈ শকপা অমনা স্বরগী পাম্বৈনা রাগগী সৃষ্টি তৌই, রাগগী মতেংনা রস ফোঙদোকই। চিত্রকার অমনা রেখা অমসুং মচুগী পাম্বৈনা চিত্র য়েক্লুনা রসকী সৃষ্টি তৌই। মূর্ত্তি শাবা হৈবা মীনা মূর্ত্তিনা রস ফোঙদোকই। কবি অমনা ফজ ফজবা রাহৈ য়াত্তানা রস ফোঙদোকই। অসুম্না কলা খুদিংগী মওং তোঙান তোঙান্না রস ফোঙদোকই। অসিগুম্বা তোঙান তোঙানবা মওংসি কুপ্না য়েংলবদি সঙ্গীতকলাকারগী মথৌনা কলাকার অতৈদগী লুবা হেল্লি হায়বা তাই। মসিনা অত্তৈ কলাবু হস্থনা থনবদি নত্তে। সঙ্গীত হায়বনা হম্বা মথলগী সঙ্গীতপু খঙনরোইদবনি। সঙ্গীতকী শরুক্তি য়াম্না য়াংনা লৈবা রাহৈগী পাম্বৈনা রস ফোঙদোকপা হম্বা থাক্কী সঙ্গীতপুদি খন্নরিবা সঙ্গীতকী মসুং চনবা ওইনা লৌদে। ভাবদা মুভাইবা স্বরগী অভ্যাসতনা

মতিকচাবা রস ফোঙদোকপা অহূতবু সঙ্গীতনি হায়রনীংই। অসিগুম্বা সঙ্গীতনা তারিবা মীদা রস পোকহনবা য়াম্নমক লুবা পোংনি। মিংনা উবা লাই অমা নক্রগা অশাবা মূর্তি অমা নক্রগা জগোই অমা উরগা অউবা মীগী পুক্নিংদা রস লায়না পোকপা অহূগুম্না থাংগৈশেংবা সঙ্গীত তাবা মীগী পুক্নিংদা রস লায়না পোকপা ঙমদে। উবা অমসুং তাবগী মরক্তা হীরম খুদিংমক্তা উবনা খঙবগী মরমদা খুদোংচাবা হেনবা মরম্না সঙ্গীতগী খুদোং চাদবা কয়ামুক লৈরিবনি। অউবা পোত্তি মতম থরা লেঙদনা থমহূনা খঙনবা হোংনবদা খুদোং চাই। অতাবা পোত্তি হেক্তা চেনখি, লেঙদনা থম্বা য়াদে; অহূনা তাবমক্তদা খঙহৌত্রবদি অহূম্মক লোইরে, খঙনবা উপায় লৈত্রে। অহূগা অমুক, লাইয়েকপা মূর্তি শাবনচিংবা কলা থরদি শেমশাহূনা পুমলোই লোইরগা পুথোক্তুনা য়েংহনবগী খুদোংচাবা লৈ; ঈশৈ, জগোইনচিংবা কলা থরদি উৎপা মতমদা শোয়ত্রবদি অহূম্মক শোয়রে।

হুঙাইবা পোকহনবা অমসুং রাররবা মীগী পুক্নিং তেকখৎহনবগী থবক্তা সঙ্গীতনা কলা পূম্নমক্তগী হেল্লি হায়দবা য়ারোই। হীরম অসিদদি কলা অতৈনা সঙ্গীতকী মনাক নকলুবা ফাওবা ঙমদে। কনাগুম্বা অমনা ঈশৈ শকপা মতমদা অতাবা মীনা ঙাইহাক্তংগীদমক ওইরবসু মহূদা পুক্নিং পীরমদবা য়াওদে, মী য়াম্না তিন তিন্দবদি ঈশৈগী গুণাগুণগী মথক্তা নির্ভর তৌই। কনাগুম্বা অমনা পুক্নিংগী অরাবা ফোঙদোক্তুনা ঈশৈ শকপা মতমদা অতাবা মীগী পুক্নিংদা অরাবা পোকতবা ঙমদে। অয়েকপা লাই অমা নক্রগা অশাবা মূর্তি অমনা কলা অহূদা থরায় য়াওবা মী থরগী নত্তনা মী পূম্নমক্কী পুক্নিং চিংশিনবা ঙমদে। সঙ্গীতনা মী পূম্নমক পাম্নবা পোৎ ওই হায়বসিগী অরংবা থুদমদি করিগুম্বা ময়াম তিম্নবা অমসুং ময়ামগী হুঙাইনবা শীনবা থোদোক অমগী কার্য্য-ক্রমদা সঙ্গীতগী করিগুম্বা পোৎ অমা য়াওদবা লৈতে। অহূগা অমুকসু জগোই নাট্যনচিংবা কলানসু সঙ্গীতকী মতেং লোই।

---

ৱি.সি.তোংব্রা

# মিংকী পি

থরায়পানবশিং মহুৎদ মী হায়ব জাৎসিদনি পুক্নিংগী ইথিলদগী মিংতগী পি শিন্নব-কনা কনাগুম্বা পি শিন্নদবস্মু য়াওরম্বদি য়াই। পি তাদবশিংন তাহনবদ অশিংব থবক ওইনি, লাইয়েং হিরমদ থিজিনবশিংনে য়ামদ্রবদ মতুদি হায়। মথোয়ন মিংকি পি পরীক্ষা তৌত্বন য়েংলগা উরে মতুদি পুক্নিংগী, হকচাংগী অমস্মুং মথল মথা অয়াম্ব ময়াইকাব হিরমদা কাননবত ওই।

তৌববুদি তাইবংমীন মৈহৌরোলদগী হৌন মিংত পি তাব পাম্নরক্তে। সেক্সপিয়ারন মসিবু "মিংত অন্নাবপীব থুমহীনি" হায়না মমিং থোনখি। টেনিসন্ন, "কান্নদব পি মসিগী অর্থ করিনো থঙদে"। হায়খি।

তৌইগুম্বস্মুং লাইয়েংবশিংগী মোতক কবিশিংগীসিগ ওন্ন-তৈনৈ, মথোয়না মসিবু য়াম্না থাগৎলে। সুঙাইব মিকুপ্ত পিন মিংপু চামথোক-পিহ্নুা লংব হেঙ্গৎহল্লি হায়ব ঐথোয় থঙডি, হজিক লাইয়েং লাইরিক্ক পুথোক্লে মতুদি অরাবগী মতমদস্মু মিংকি পিন লৌনব য়াব লাইনা চংহন্দ-হুন নাতোন মনুংগী লম্বী ঙাকই।

অয়াম্বা জীব অতৈস্মু কপই, তৌইগুম্বস্মুং কনাস্মু মমিত্তগী মপি তাদে। করিগীনো মীদনা মমিত্তগী মপি শিন্দবা হায়বা হিরমসিদা বৈজ্ঞানিকশিংনা মতম য়াম্না চংনা রাখল তৌরে।

কপ্পবু মিংকী পিনা অরাবা, অনাবা নত্রগা অতোপ্পা পুক্নিংগী ঈচেল কোংদোক্নব পাম্বৈনি হায়নৈ। অঙাং অপীকপনা পোক্নবা মতুং থা অমফাওবা মমিংত মপি তাদনা কপই, মত্নগী তুংদা মিংকী মকোয়গী মপান্থংবা কাচীন্দা লৈব মীৎলুদগী পি তাহল্লকপা য়ারকই।

পুক্নিং বিজ্ঞান হৈবশিংনা কপ্পবু তম্মুবা নাইদবা পুক্নিংগী ঈথিনগী থৌওং অমনি হায়না শিংথানৈ। অত্নবু সমাজগী চৎনবী মতৌ তম্নবনিনা

মীবু কপ্প তম্বী। করম্বা মতমদা কপকনি কমদৌনা কপকনি অমম্বুং করম্বা মতমদা কপ্পোই হায়বা পূম্নমক মখোয়না তম্নৈ। অয়াম্বা মতমদা কপ্পবু পাংদবগী থুদম ওইনা লৌনৈ। তৌইগুম্বম্বুং রাথল অসি বিজ্ঞাম্ন ওম্বোক্ল-রনি হায়ন নীংই। মী পূম্নমকপু কপ্প তারিত্র? রাহংসিগী পাউথুমদ জ্ঞান্না য়ানিংন পীরে অমম্বুং মতুগী মরমম্বু উরে।

ফ্লোরিডাগী লাইনা ভাকথোক হকশেল লোইশংগী ( Board of Health's Bureau of Preventable Disease ) ডাক্তর জেমস ও বওন আমেরিকান কেমিকেল সোসাইটিগী লাইয়েংব কাংলুপ্ত রারেং ফোংবদ হায়খি মতুদি, মরক মরক্তা অরাবদংসি খায়তুন কপথোক্লবদি মতমগী ইরাংন লাইজুরব মীওইবগী পুন্সি শাংদোকপ হেনগনি মান মসিম্বু হায়রম্মি মতুদি নিপাওইবশিংন সুপীশিংগী মনাক্তা করমতৌন পুক্লিংগী ঈথিল থুতুম চনগনি নত্রগা করিগুম্ব অমাংব থোকহন্দন কমদৌন মসিবু চম্বহনথিগনি হায়বতু তম্বীব য়াই, মতুদ মখোয়গী থম্মোয়দ লাইনা পোক্কনি হায়বগী চিংননিঙাই লৈতে।

বৃটিশকী মীওইলোন হৈরব আশলী মোণ্টেগুগী মোৎত নীংন কপ-থোকপদি কান্নবা ওইবদ নত্তন থুৎথক্ত রাইচিনবোই নীংনরবম্বু অশেংব-মক্তি সুঙাইনবনি। অতুগা মান হায় কপ্পিংলগ কপ্প ঙমদবদি য়াম্না সুঙাইতনব ওই। মসিগী মহৈনা য়াম্না ফৎলদব য়াই।

ফোংন কপথোক্লব পাঙ্গল লৈব কনাগুম্ব মীন থুপ্প থনুংদ কপ্পকপা য়াই। ডাক্তর মণ্টেগুন হায় মতুদি লাইয়েংলোনগী প্রমাণ ফংনত্রে অয়াম্ব উনশাগী লায়না, হে-ফিভর, আলসার, কোলাইটিশনচিংব লাইনাদি কপ-থোকপ ঙমদবদগী পোকপনি হায়ন। ডাক্তর মোণ্টেগুগী মোত্ত কপ্পগী মরমদ কদায়ফাও খঙব য়াই হায়বতু অনী গুই কপহনব অম, অতুগ ভাম্বব অম। মঙ্গীন পুক্লিংগী চৈফুদগী হকচাংন মাংগদৌবতুদগী কনবী অমম্বুং হকচাংগী ইঙ্গীনবু হান্নগী থোঙচৎতু কায়হন্দন থম্বী।

থয়াইপানবশিংগী থুদমদগী থঙনরে মহুদি কপ্পগ় হকচাং পুম্নমক্তা ঈহল অমা কোংদোরকই। থীংব ঙমদ্রন কপ্পদ মসিগী অন্নাব মহৈ উনরে। হীক হীক লাওনা য়ান কপ্পদ কোক্কী তোং, খোয়ী, পুক, চাকথাওম্বু য়াওই। মুংশা হোম্লোক হোক্কিলগী মরীদ, নাত্তোনগী অখোংপ মনুংদ, খোয়ীদ, মিংত অমম্বুং উনশাদ হায়্নগা মান্নদবা থোকহল্লি।

পোচ্চং য়েংশংদা মিংকি পি পরীক্ষা তৌরগা লাইয়েংবশিংন উরে মহুদি মসি সেক্সপিয়ারন হায়ব অচম্ব থুমহৌহুদ নত্তে, মথল মথা অয়াম্ব পোং মচংন পুনগ্রবনি। পোংচং কয়ান ত্তিম্নগ থোকখ্রিবা পোংসি তোঙান তোঙানব ঈহলগী ফীভমদ অমম্বুং মী-মীহুগী হকচাংগী ফীভমদ ওনব নায় অন্নাবা, অনাবা নত্রগ শাওরিঙৈ মতমগী পিদি, ত্তিহ্লোন মিংকাহুনা অমদি মৈথুদ মিং থুপতুন তাব পীগ খেন্নৈ।

লাইয়েংব হৈবশীংন অসীম্বু উরে মহুদি অয়াম্ব অনাবদম্বু মিংকি পিহু হান্নদগী ওল্লী। অয়াম্ব লাইয়েংব হৈবশিংন য়াসীম্বু হায় মহুদি নারব মতমদ ঈনচিংব পরীক্ষা তৌবগুম্ন মিংকি পিম্বু তৌবা কান্নগনি। মিংকি পাগী মথাদা অহৎপা চে য়াহুনা ইন্না য়াদনা মিংকি পি লৌব য়ানি।

মবুক চৎপ জীবশিংবু পরীক্ষা তৌরগ উনরে মহুদি মখোয়গী মরক্তা কন্নি কন্নিগুম্বদি খোইদোকপ মরমদগী মপি তাই। "কুম্ভীর মপি তাব" হায়ন ঙাংনব অম লৈ মহুদি কুম্ভীরন মান ফাব শাহু চাব মতমদা মমিত্তগী মপি চেম্বরকই। থুম য়াওব ঈশিংদ লৈব অয়াম্ব জীবদি থুমহৌগী চাং ফন য়াম্ন মশাদ চুপশিনথি। অয়াম্বা মফমদা ঈশিংহু মখোয়গী মকোক্ত লৈব পিগী মরীবু মপাম্দা চিংথোকহল্লি।

মিংকি পিগী মরমদ য়াম্না কুপ্ন থিজিনহল্লি। অয়াম্বনা মসিগী মমল হজিক্তি খংবিথিরোই মহুগী পান্দমদি ময়াই নোংপোক্কী নিপা-হুপীশিংনা মখোয়গী চান্নব চান্নবীগীদমক মিংকি পিরাং তুংখৎতুন থন্নৈ। মিংকি পিসি তুংখৎলগ লিক্লিগী পাত্রদা হাপ্পগ মুংশি মুংঙোম্ন পীব নিংশিং থুদম ওইন থমজিন্নৈ।

জি.সি.তোংব্রা

# কাঙ নিংথৌ

( থোং গে হাংদোক্লগা মপান থোকপদা পুংজা কংসি রৈবা মখোন তায়) ১০,১১,১২, নোংয়াই য়োরবা রা ওইরে ঙসিসে ! হকচাং ঙক্ষাত্তনা নমহুনা লাইরিক ইগে হোৎনরুবদা মতম কয়া অরেম্বদা মাংথরবনো তূমস্তু তূমহোদনা ! থাশীবু ঙসিরা হয়েংলা, শাথীনা মন্ত্রেদা লাংবনগী অহীং আ—নোংয়াই ! মেরাগী থাবলনা শুমাংসি ককচেং চৎপা উনবা হয়েংরাই ঙাল্লদোরিবা অহৃগীরা, হুজিক অহীং নঙনা সুক মল্লিবা অসিবো ? অহৃদি ঐনা ঙসি নোংয়াই ফাওবা লীলাগী রারেং পরম ফজবা অমত্তং থিবদা রাখল লম্মুক্লরিবসি হয়েং অয়ুক মুমিংনা নোংপোক্ত তরং তরং হন্দোরকপা মতমদা অমৃতগুম্বা রাখল, মতীক চাবা রাহৈগী খোইরাদা বিক-থম্ন নিক নিক লাওনা লোকপ ফংনব্রাও ? তূমহুনা য়েংলগা হয়েং হৌগৎপদা থঙবা হায়বহুনি । তানীংব্রেদ হুইশিংসে তেংথাবগুম কগুনা কৌনরগা-নীংথিনা মিটিং তৌগেদি হায়দনা পংচিক্ত চিক্লরিবসিবু করি শাজৎনোনে মখোয়-সিবো ! হায় চৎথিনু অরাংব্রী নঙ, অরাংবী হোয় হোয় ! খাম্ব য়াব্রিবসে য়েংঙোই ! মতমগী ফিল্ম মতুং ইন্না হূইদ নত্তনা শা উচেক তীল কাঙ, কৌজেং, হারৌ, হরি নোংনাং, তিঙ্গোং কাংগোং,.মকু হঙোই গোগো—গোগা—ঐখোয়দনা কয়া তানীংথিব্রবনো ! মখোয়গীদি শৃঙ্গার রস য়াওবা মুংশিগ্রবা মরোল ওইরিনিসে । হু রাখল সুম থন্দুনা লৈরবদি তূম্বা য়াবা হৌনব্রে । ( থোঙ গম লাওনা থিংজিল্লি ) ।

হায় ! মেরা য়োরক্লফাও কাঙ নখোয়বু ইতুং ইন্নবা তোক্লিব্রাও ? ঐ ফমুংসিবু কাঙ চংলিব্রা ? ঐদি ফৎ ফৎ হুমহুনা নশা কম্বগদবজাৎনি থোকচরকউ হায় । ( ফৎ ফৎ কাংথল হুমদোকই ) ।

(ফমুংদা কাথত্তুনা হিপলে) হায় কাঙজাউ ! কাংথল মপান্ত্রা মনুংব্রা নহুনা খোংইবহুবো ? নখোয় মশেন্দি ফন মুংশিনা তানরম্বা য়াই, ঐহোন্দদি

কেন্থনকা খোংজরকন্থু তানীংদে ঈশৈ হনবী। খঙত্রে মখোয়সিবু পাথং লৈশাবীগী খোম্থোক থেন্নরিত্রা ? কাঙবা কাঙবী থেন্নবদি লাইবু লাইরি। কাঙনা খোঙবসিবু মচিন্দ খোঙত্রা মশা খপত্রবদি মরোল থোক্তবা জাংলা ? পাইবা কান্দদ মখোল তায়, তোংলবা মতমদনা তুমিন্ন লৈ। বাঁশীদা চিন্ন কাম্মগা থুংনা মরোল হাপ্পগুম গচিন মনাতোম্ন হুংশা হোনবদা মশা খপুনা সা-রি-গা মাগী ইনিল থোকপা জাংলা ? তেনগ্রবা পুল্সিসিদা তাইবং মীনা খঙগদবসি য়ামখরেদকো ! য়ৈথাইবনা য়াম্মিবা পুল্সিগী খোংথাং খুদিংদা ? ঐবু তুম্মত্রা রাখল থল্লিত্রা ? ঐনা তুমজগে তৌবদা ঐগী রাখল-নফাওবা য়ৈথাইরিব করিগীনো ? তুম্মো, পোথারো পুক্লীং হু ঁম উম ম..ম ! কাংখল মপান্দা ওইরবোই নীংবদি কাঙ ঐবো নঙ মতুংদা লোম্না লৈরম্মবা ওইরে। মপান্দা মপান্দা লোইনা চংলো ঐগী কাংখল মতুংদা কাঙ অমত্তা লৈবা য়াররোই হায়রবমক্তদা লৈহৌরিবা নঙ লোম্না লাঙ্গাবা স্পাই হায়ব-ত্থরাও ? লান্দা ওইরবদি নঙ ফারগা নোংমৈনা কাপথরদোবনিদো তোংউ, তোংউ মায়দা তপ্না। ঐগী লৈয়েগুম্বা থুবাক অসিনা থাজিন্দুনা হাংকে। (সেং থায়) তস কমদোই, হাওররিনি ইয়াং কংলবা ঐগী ঈচু। কদায়, শিক্সিত্রা নঙংবা ? নঙবু ঐনা শাবা ঙমত্রবস্থু হাংপদি ঙম্বা জাংনি খঙউ। শিবু শিহৌত্রমানে থুবাক্তা থুদম অমত্তা লৈতেনা হৈনা নাম্থোকখ্রেদা কাঙ নঙদে, বাদশাহ ঔরঙ্গজেবনা পাক লাকশিনবা ঙমদবা মহারাষ্ট্রগী উচি, মহারাজ শিবাজীরা নঙবো ? চীংগী লোকচপ্ত লোংপগুম অমনবা কাং-খলগী ফোংফম ফিথুপ্তা তোংত্থনা ঐবু তুমথবা ঙাইগ্রত্রাও। হাংলমানে হায়ত্থনা ঐদি মায়দা কন্না ফুরুরেদা। নাতোম্দা থেংত্থনা নাহিবুস্থু খরা অরত্রা ঐবো। ইকাইদা কাঙ নঙনা ঙসি ঐবু নিংথৌনা হুংথিল তুম্বদা শংবা য়োং অপঙবত্থ তাহল্লে। ঐ শাওগন্দবা জাংনি, অত্থবু নঙনা নাহী তাহনবসিদি ঐ শাওদবা ঙম্মোইদৌরি। নঙনা য়ৈরমত্থনা থোকপা নাহী নত্রবস্থু নঙোন্দা তায়নবা তায় ভায়া। হন্দকমুক লাকখো খঙনি, এন্টি এয়ার ক্রেফট গন্না অতিয়াদা পাইবা জাপান্নগী বোম্বর কাপথান্নবগুম

নমিৎ ননা নকোয় ফাওবা থিবা থঙহল্লোই। থঙগনি নীপা ঐগী ইতিক। থুয়াত্রা লুথুমত্রা বোম্বর পাইবগী মখোল অমা তারিবসে। লাও হন্দক্তি থবাক থাদোক্কে, থবাক্কী শরুসিদা নঙগী মেচিনগন্দু কাপ্লোরাও। ফাওরবা ফিলমগী স্নুংশিরবা ঈশৈনা শুমহৎপা ঙমদবা নীপা ঐনা কাঙ য়াঙ্গংবী নঙনা শকপা বাসক শয্যাদ তুমথবিদোবোই নীংত্রাও? ঐ হকচাংসি চোকথরবনি, য়াম্না তুমনীংলবা জাৎনি, অতুবু নঙ হাৎত্রিঙৈদদি ঐ তুম্মোই থঙডু। ঈশৈ ঙংহুনা পাইরগা চৎথিহু, মায়দা নত্রগা থবাক্তা অমুক্তা তোংউ। নতিক চাবা শেল থাগে, ঐগী শোইগত্রবা খুবাক্তা তোংলিঙৈ থাহুনা হাৎপদা, পাইরিঙৈ হায়হুনা ফাবা নত্রগা মোমবাটিনা তাম্নহুনা চুবদা সার্টিফিকেট কয়া ফংগ্রবা ঐগী থুৎনি। ঙসি থুৎ নঙনা মায়দা তোংলম্মবা লাইরিক হৈতবা কাঙ মাবু হাৎহোদবা করিগীনো? অঙক-পনি, হৈরবা শিংলবা মীবুস্নু শোইবা নাইহল্লি চেকশিন্নবা হায়হুনা মতম নঙনা ঙসি হকচাংনা খব ঙমদবনে, য়াম্নগা তুম্লিংবনে, রারেং লংজিন্ন থিবা থঙদবগী থরায় হুঙাইতবনে— থুদোং চাত্রবা মতমসিদা লান শীংলরিবা কাঙ নঙস্নু অপংবী ঈ পান্নবী ইকাইবা থঙদনা অফংবা মফমদা পাক তোংবীদি নত্রবোইরেকো। হৈ ওইজো, শিংলবা কল্লবা কাঙজাও ওইজো অশোন অনাবদা দান তৌবা ফাওব পাম্মুহুনা থন্নবা ঐগী ঈসিদি নঙোন্দ মরিক অমা ফাওবা পীথকপা ঙম্মোই, ইপারোমদগী পুরোন ৭, ইমারোম-দগী পুরোন ৭, শাক্ষী ওইবীসনু। নঙ তোংত্রেদনা কাঙ?' ঐনা তুমথিবা ঙাইরেনে। ফরে অতুদি ঐ লৌ হৌরগে, এটেক তৌরগেকো। নশা কঞ্জ-নবা শেম শাও। নঙনা নাকোংদা হাম্না খোংহুনা তাক্লগা ধর্ম্ম কায়দনা চীকপহু ঐ থঙই। ধর্ম্ম যুদ্ধদা ঐস্নু নঙবু হাৎনবা হোৎনগনি। মোমবা-টিহু কদায়দনো? মোম্পাক মখাদা মতেক অমা লৈবনিদা। মৈখেৎ খেতুনা চম্মে, কাঙ, নমান্নবা অতৈনা কায়হুনা চেনগ্রবদা কুরুক্ষেত্রদা লান লেপথিরোই হায়হুনা লৈহৌরিবা কাঙ অথৌবা! ইন্দ্রজীৎকী মায়ানা লোৎকেরা, অলম্বুসকী মাদুনা ফাজমগী মশক ওনগেরা, নঙনা হৈজবা

লৌশীং শিজিন্নৌ। কদায়দা লৈরে, নশক্তুদি উগেদনা নপাঙ্গল কয়া কম্বা নহৈ কয়া হৈবা মহারথীনো? ওঃ! নঙ ওইরে তোংউ তোংউ কাংখল অফোংপগী মরুম অদুদা। ইমিৎ ফত্রবসু মোমবাটিগী মঙাল্দিদা আনোক উপ্লবদি নঙনা লোৎপদা মায় পাক্লোই মিষ্টর মোসকুইটো! এনোফেলিস ওইজৌ কিউলেক্স ওইজৌ, মোমবাটিগী মৈনা চুবদা নঙ চাক্তবা য়ারোই। খুৎ য়েৎ, নঙ অসাইমুকসু শোইথরে হন্দক্তি মরুপকী মায় ঙাকউ--নথায় য়াওনা হোৎনৌ। কাংখলসু চাকহন্দনা তোংলিবা কাঙজাওসিগী মশা অনীছু থংচু চুরগা থংসৎ সংলু। মশা অনীছু তৎলবা মতুংদা মহাক মোম-পাক মথক্তা হায়হত্তুনা তারক্নি। মতম অদুদা ঐগী তুম্বা থুগাইবগী, নাহী তাহনবগী মতীক চাবা লমন খোংপাক্লা কাওদুনা ঐ শিংগে। রেদী রান, টু, থ্রী, ঈশে পাইখ্রেদো! করিগীনো খুৎ নঙনা করিসু লৈতবা কাঙ অমা হাৎপদা থক থক নিকউরিবো? অদুভৈ আলেকজান্দার দি গ্রেটপু ব্যাবি-লিয়ন্দ হাৎখিবা কাঙদুগী মগু শুথাংনি থন্দুনা কিব্রাও! বাঃ কয়াদা শিংথ্রবা কাঙনো? মৈশানা খিত্তং নক্লকপদা হেলিকোপ্টরগুম পাইখৎখিবা শায়। লোৎলু লোৎলু নঙনা লোৎকদবা— মফম্দু কদায়দনো? মোন মরুমদা লৈব্রাও? লৈতেনা। কম্বস অরাংবদা মশক উদনবা তোংলব্রা? তোংদে। কোক ঙাওরবা মতমসিদা কদোমদনো ঐনা থিদোবসে। আঃ হকাম চল্লকইব্রা? ঐ থঙদ্দ তুম্বা মতম হেল্লে। অদুবু য়েক্লবনা লুমদুনা নাক্ত লৈরিভৈ,করম্না তুমসিগে! ঙহাক্তং থাংখিবা তায়। মিৎ নঙনা উই-রকইবা করিগীনো? কাঙদি লাইরদুনা মোমবাটিগী মৈরীনা কাংখল ম্লাই-দুনা চাকথ্রবদি কমদৌনি? বিরাট পর্ব্বগী মতাংদা সনখোম্বা নিত্রা বান হায়ব তুম্নিংবগী তেন্দু অর্জ্জুন্না কাপ্পদা কৌরবকী লাম্মীনা তুম্নিংখিবদু ঐনা ঙসি তাঞাত্রব মতমসিদ তুম্নিংলকপা অপুম্না তৌরিব্রা? গোগোন মমা মচা হৌদোক্লগা কাঙসি ফাহলহৌবা, অদুগা ঐনা ঙহাক্তং তুম্লবদি কমদৌই। মায়োক্লবা লানকমদা ইমান ইমান্নবা থেংনবদা মীচং খোম্বা মী নেক্তুনা য়ৈনহনবা ধর্ম্মরাও? ঐ নীপামচানি, মদুমক্তি চোপমল্লি। কয়াবু কুইনা

# কাঙ নিংথৌ

মান লোংপা ঙমগদগে ? নিংথৌ মিংপাল পীরগে নঙবু য়েক্লবা, কাঙনিংথৌ ! নত্তীক লৈরবদি চিক্লোদনা খঙ্গাইদা চিকেরা, থবাক্তা পোথাগেরা, থুবোম্না হাউগদ্রা ? নঙনা লোংপনদি ঙনগদ্রাও ? অঙকপা থুংলোংনি, কাঙনিংথৌ, নঙ অপঙবা কাঙফমদি নত্তে নঙনা তৌথোরকপদগী থঙই। অদুবু নঙনা ফনা শিংচুনস্থ অঙাং কয়ানা ওঝা ওঝা কৌবীরিবা ঐঙোন্দগী হেন্না শিংবা য়াগদ্রা ? নঙনা ফনা কন্দুনস্থ শাইরোংনা নাউরীনা কাপুনা নয়াংশেকপী কাক্লচিংবা নঙোন্দগী কনবা হেনবা য়াংবা হেনবা উচেক কয়া কয়া হাংপা ঙমগ্রবা ঐবু লাকচবা য়ারোই হা-হা হা। কাঙ মখোয়বু মরুমদগী পোকথায়বদা ফাচুনা চাব ঙব ঙম্মু ঙাক্রা মশীং থিবা ঙমদনা চাখরবা নীপানি ঐ। ফৈ, নঙনা লোংলিঙৈ ঐগী মরিল লৈত্রবা মিং অনীসি ঙহাক্তুং পোথাহনগে মিনিট অমত্তং। মচুদগী মিং শিংলগা নঙবু লোংফমদগী চিংথোক্লগা নশা শাগন লাক্তুনা হায়হংলগা তেরা মোম্পাক্ত থাদচুনা নকোক্তু কোক লাওনা থুগাইগে থঙনি। মরুপ মৈ, মোমবাটিসে রারে ঙহাক্তুং মুথংখিগে, মিং নখোয়নীস্থ মিনিট অমমমদং পোথাজো। মচুদগীদি হেনবা হ্নাঙ্গে ঐহাক ইমান্নবদি থঙদেকো, হুপী-অঙাং তীল কাঙনদি লাকচবা য়াবা নীপা নত্তে। চানন তুমগন্থ চানন তুমগন্থ। য়েক্লবা কাঙনিংথৌ হাংত্রিঙৈ ঐ—ঙ—সি অহীং—তু—ম—ব—য়া—ত্রি। মরমচং চুমদবা অকনথাকয়া-লীলাদা থোকহল্লগা হাংতোকপা ঙম্বা ঐবু কাঙনিংথৌ নঙনা লাকচবা য়া—রোই—(তপথৈ) ঐ তুমত্রি নঙ লাকখিস্থ কাঙ ঙহাক্তুং পোথানখিসি। থোংলখিস্থ কাঙ, ঐগী নাকোং মপাদা। খোংবা লেপ্লে, নঙ চংলত্রা ? নত্রগা ঐগী চুবাদ নঙবু তোং—ল—ত্রা ? থুং, নঙবু অমুক্তদি হৌগত্তুনা চুবাদা মাচুনা য়েংউ ইবুংঙো, মাদি রাররিনি, ঐ থঙই নঙবু—ঐন—নঙ—বু নতিক চাব—দগী হেন্না শিজিন্নবিরে ঐ নঙবু কাউরোই (তপ্প) কাঙ হাংলু হায়বা নত্তে। ঐগী কুংলবা চুবাদগী ঈ চুপখিদনবা—অমুক্ত—দি তপ্না মারকউ পাইজখিনি পাংদবচু মথল্ল। (থেঙ্ক য়ু ঐগী থুং,—অচুনি, হাং—প ঙমত্রবস্থ তাল্দদি তাহোকপীউ হায়বনি। কদায় ! মাবদা হাংলুরবা লাইন শিরেদো নঙদি ! ইতিক চাবা য়েক্লবা আলেকজান্দর ঙম্বগী থারা, কাঙনিংথৌ, —বি—দা—য় !

( নাম্বোকম্রে )

———

ডি. সি. তোংব্রা

# নীংশিংলগা ইবা

মযুম পান্দ্রিবা নহারোল নত্তনা, যুম লিংলবা নীপা নত্রগা সুপী পুন্নমক্না মুন্না খঙই, লৌ লীংবা লাই, যুম লিংবদি লুই হায়বা। মরাইবক ফবা খরা নত্তনা মনীং থুংদবা হায়নীংবা রা কয়া লৈবা তাবীনবদি লৈতবা য়ামখরে। তাবীগে হায়য়ু হায়নীংবা, পাবীগে ইয়ু ইনীংব তাকপীবসে ফনা লাইবক ফবা রানি। পুন্সিদা তুংখৎলকইবা সুঙাইতবা, পেন্দবা ময়াম অসি লোইনা হায়দোক্নুনা ইশাগী পোৎলুমসি খরা য়াংহঞ্জরসিরা? ঐবু থীনা তোখিবা, ঐঙোন্দা থুদোং চাবা পীদবা, ঐনা য়েক্লবা ওইনা খনবা মীশিং অহুবু চৈহনা কল্লক পেন্নসিরা? মীনা তাবীগদ্রা? পাবীনীংগদরা? ইবা হৈবা মীদি মরম্লাই রাম্মু ময়ামগী সুঙাইনবা ইবা ঙমই। অহু য়োনা ইবস্নু হৈতবা মীস্নু মপুন্সিগী রা মীনা সুঙাইনবা ইবা তম্বা য়াই। থোকথিবা রারী ঙাক্না সুঙাইবা নত্তে। ভাবনা শাজন্দুনা ওইবা য়াবা রা খরা মতাং চানা হাপচিনবনা হেন্না সাহিত্যরোমদা মমল কাবা য়াই। মইসি পারগা য়েংবীউ, সুঙাইবা, কান্নরবা, অসিগুম্বা ইবা লাইদরা হায়হনা।

মীনা নীংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা। ঐখোয় বাজিনা হৈহন্নীং-বনা লাইরিক, ঐনা হৈরকপনা মার্বল-শান্নবা, চেগায়গী থাক্কা। ইংরাজী তম্বা মাংই হায়নহনা বাজিখোয় তমহোদে। তুংদা য়াম্না নীংঙমহোদহনা ঐবু কন্না তম্মু হায়হনা থৌজিল্লি। য়েনশাং অহাউবা পিজে, খোংউপ তোংহল্লি, খোংগ্রাউ ফজবা উপহল্লি। লাইরিক তম্বা চৎতবা য়াদে, ঔরাইবা রাৎপা য়াদে, শাজে খাঙহনা খম্মি। বাজিনা যুমদা তম্বীবা ঙম্মিদ্রে পারা খরা ফারম্মি. লাইরিক তম্বা কাবা তল্লমদে; ক্লাস ফোর ফাইভ য়োরকপা মতমদা হিস্ট্রি অমসুং জিয়োগ্রাফি পারা বাংলা লোনদা তম্বনা ফাবা খরা রাখি। ওজাসি ফাদবশিংবু শম্বল্লে মশানা কল্লি ফাদবা ঐখোয়গী ইমাইনা শম্বল্লে মহৈমুক মুন্দ্রি ফাওবা, ইমিত্তা লীক্লা শিম্বত্রি ফাওবা চৈগী নোং

হাংদে। 'লাইব্রিক তম্বা কাদবা য়াদে, নবুক য়েকশিন্নবনা কান্নরোই, নোংমা-নীনীত্তগী য়ানি, অঙাং', কল্লাংদা থেংলিবা শাক্ষেনা য়ুমদা ঙংইবা। 'স্কুলদসু কান্নক্লবদি পান্না কান্নকতবা য়াদে। অতৈদদি খরবু কৈ, ইতিহাস ভূগোল, কাবু কান্নকত্রবদি নমিত্তা শিহ্নবা প্রেম-ধারা পোক্নবা ঈশিং খন্না য়ান্না থক্লগা কারকউ,—বেংগলি স্কুলগী অকোয়বদা হৌরিবা শম্বন্নেগী ইংগীত্তলোন। শম্বন্নে মশা খুবাম খুবাম মুংত্তিগী অঙাং ফুনবা হেকপদা মথরাই মুঙাইনা শাংপা ঙমজদে, চহী কুমজা অমফাও ইমাশকপীদো। ইতিহাস ভূগোল তম্বীবা ওঝাইবুঙোগী মখুৎসু—শম্বন্নে মশা হেকপদা ত্তিংথংনা ফনা য়ুথররিনি, অহুবু ঐখোয়দা ফুবদি থক হম্বখিদে। ইমানা থাম্বা য়াদনা লাইব্রিক ঔরাইদবগী, তম্বা চংত্তবগী বাক্সীনা ফনা থীনা ফুই, ঐ লাইব্রিক ফগৎত্তে। শম্বন্নে ত্তিংথংনা থাম্ব য়াদমথৈ, ইমাশকপী শম্বন্নেনা ময়াং কংত্রিক কংনা ত্তেংশাবা তাদবমথৈ ওঝানা ঐখোয়বু ফুখি; কনানা শুং শুং কপখি, কনানা লাউখোংত্নগা কপখি, ওঝা ইবুঙো অহুদি মবুক ফগৎপা উখিদে। চৈ পায়বা বাক্সি অমম্মুং ওঝা, য়ৈর য়ৈরগা য়ৈনীংবা হেল্লকই, মুংশিবা খঙদবা হেল্লি। চৈ চাবা ঐ অমম্মুং ইমান্নবশিং চৈ চার চারগা হৈনরকত্নুনা চৈ খাঙবা হৈরকই, চৈ কিরকত্তে।

চৈ খাঙবা খন্না ঙম্বনা চৈ হাওহনবদি নত্তবনিনা চৈ চানীংবা মী লৈত্তে। ঐখোয় বাক্সিনা নেক্লনা তমহল্লিবা লাইব্রিক্লু লৈথোক্লনা ইথন্নাইনা তাবা মহৈ হৈনীংলক্লে। মতম অহুন্নাইহ্নু মার্বল কাপ্পদা খুং চুম্বসি য়ান্না কল্লক্লরমই। অহুদগী অমুক হেন্না থরাইনা পাম্বা মহৈদি চেগায় মচেংনা শান্নবা ধাকাদা খুং চুম্বনি। লাইব্রিক তম্বগী অহাংবা মত্তমদা য়ুমদা অমম্মুং স্কুলদা মার্বল শান্নবা য়.২ অহল লমম্না থিংদে ক্ষোংনা শান্নবা য়াদবদি ধাকানি। লাইব্রিক তম্বা লৈথোক্লগা খঙনা-চান্নবনা উরোইদবা লৌবুক-লমহাংদা, চীংঙা-পিশুমদা ঐখোয়না ইবুক পেন্না শান্নখিবহু চেগায়গী ধাক্কা, চেগায় মচেং খন্না হুল্লগা অপীবদা ককপগী মহৈ। থা অমদা ১৫ নিনা বাক্সিনা পাম্বা লাইব্রিক তম্বা কাহুনা চৈ খাঙউই, ১৫ নিনা

ইথরাইনা পাম্বা থাক্তা শায়রবদা থুং চুম্বা তম্মুই থরায়না। পাম্বা মহৈদি ঔরাইবা তম্দবনিনা পরপ পরপ হৈগংলকই। থাক্তা শাম্নবসি জুরারগী লম্বীগা ফাওনৈ হায়তুনা অহল-লমন্না উরগা য়ৈনৈ। উদনবা লোম্না শাম্নবা কেকু লোংপীগুম মুঙাই।

অরুবা মফমদা ককউ, পীরগা কাক লাউনা ককপা ওম্বসি ফনা মুঙাই। 'নাই কেপট ওল নাথিং' হায়তুনা কোম্বান্দা থিনবা মার্বলবু অরাপ্নদগী তম্মকপদা থোম্বদি কয়া মুঙাই হায়বতু চৈগনবা বাজি অমসুং য়ৈগনবা ওঝানা ভাব তাবিরম্নবদি লাইরিক তম্বসু মুংঙাইনবা 'শেমদোক্লুনা' লাইরিক হৈবা মীশিং য়ামথৎলমগদবনি। মার্বল অমসুং থাক্তাদা থুং চুম্নবা তম্বদা চু চাবদোনা থুম্মিবা, লাইরিক তম্বদনা চৈ চাবদোনা নারিবা করিগীনো? অতম্বা কাঙবু অমসুং তম্বীবা কাঙবুনা থংনীংঙাই ওইবা হিরমনি।

লাইরিক তম্ব লৈথোক্লুনা থাক্তা শাম্নবা মার্বল ঔরাইবা মুংদি মুংঙাই হায়ববু ওঝানা অহল-লমন্না য়াদবা পোৎনিনা মতম কুইনা মুঙাইবা ওমদে। ঐথোয়না ওসি চাক ওন্তা চারগা চীংঙা-মথোংদা শাম্নরিবা থাক্তা অসি বাজিনা লাক্লুনা উরবদি কমদোনি? স্কুলদা বাজিনা চৎলগা ঐবু থিরুবদা থেংনজবদি ঐবু য়ুমদা লৈহনগত্রা? ওঝানা য়ুমদা পাউ চেন্নম্নবদি। লৌরিবা ছুটিনা মরম লৈশিল্লক্লুতুনা ইবোক মনা হুৎপগীনি হৈজীংপোৎ পুরগীনি ফাওবা হায়জন্নরক্লে। ছাত্রনা রারিমচা ইবা হৌবসি লাইরিক তম্বা লৈথোকপগী ছুটি নীবদগী হৌই। স্কুলদা অচুম্বা মান্নবা থুমগদবা রারী, য়ুমদা লিরুনবা রারিমচা লেঙবা অরাইবা থবক নত্তে রারিহুনা নাতৈ চাত্রবদি মুঙাইত্রবদি ইনমগন্দা লীচৈগী নোং, ইথোংদনা শম্বল্লেগী লেন। ঐথোয়গী ইচে মাধবী কৌবী লৈশাবী অমা লম্বোইরগা দেশ সেবাগী জঙ্গলদা লৈথরে; ঙরাংদি মহাক থিরুবা চৎপদা লাইরিক তম্বা কারকপা ওমজত্রে, ছুটি পীবীয়ু ঙরাং এবসেন্ট ওইবগী। ছুটি পীগদবা ওঝা কয়া য়াম্না লৈনি? রারীমচা নাতৈ চাবা, অওইবা মান্নবা লেংবা হৈগনবা ছাত্রদি ছুটি লৈথোক্লনবা ময়াম্না য়াদবা তৌবা

হৈনবা হৱান চিনখিদা মীনা কয়া কাবা ওমত্রবা জাৎনা ওইগনি হায়বা য়াই। কাগী নত্তে, নোকপীগনু। থরায় য়াওনা হোৎনরগা মীদি হৈরকই। অরানবা থবক মীনা থওদনবা রারীমচা শেম্বনা হিরম অসিদা অহানবা ওঝানি হায়বা য়াই। রারীমচা লেংবা হৈনবা জুরার শান্নৌ, হৱাললু লাইরিক তম্বা লৈথোকউ হায়জবদি নত্তেকো। অচুম্বা মানবা রারী লেংবা লুই, য়াম্না রাই; দগি ফংদোরিবনিকো অওইবা মাম্রগা হায়তুনা থরায় য়াওনা হোৎনবা বেৎ বোইনা থম্না হেন্না হৈবা য়াই।

থাংজা হুমিংকী ছুটি থারকপদা হয়েং ছুটিনি হায়বগী হুণ্ডাইবত্থু রাহৈনা ফোংদোকপা লুই। নোংমাইজিং হুমিংনা তাশিল্লকুনা হয়েং নিংথৌকাবদা স্কুল কারগা শম্বল্লে চারুনি থনবদা থরায় হুণ্ডাইখিদবদো হৌজিক ফাওবা লাইমন ওইনা ইশাদা পকই। নীংথম চংলকপগী নিং-থৌকাবা অমদা বাজিনা ঐবু স্কুল কারুরম্নু নওগী মামগা নথোয় অনী অহানবা ওইনা লবুক্তা শন শেনমীন্নরুরো হায়তুনা ছুটি নোংমা পীবিখি। মত্থু ঐগী পুক্সিদা মমল য়াম্নবা হুমিংনি হায়না হৌজিক্তা থল্লি। ওরাং-গুম্বা নোংমাইজিংত্থু থুর্জি য়াওদনা ভাবকী শগোল ইনীংতম্না থৌতুনা শান্নখি, শান্নবত্থু লোইদনা হয়েং নিংথৌকাবগী ভূগোল ইতিহাসকী শম্বল্লেনা পন্দুনা শগোল মথক্তা হাপতুনা চিংলকপা সংযুক্তাত্থু তিংথং মরক্তা অত্থুম থাদখিরমই। মথংগী নিংথৌকাবত্থু বাজিনা লীলাত্থু লোইথোক-চরো হায়বগী মতাগুম লৌবুক্তা ইনীং তম্না থাদোকপীখিবত্থু কাউবা ওম্নরোই পুক্সিসিদা। অযুক লুংশাদা মামা ইবানি ঙাতোন ঙারেনগা পাল ইরোম্বগা চাখি। চাকতু চজিক্লি মামনা ইরোম্বদা কোৎপা হরাই মতোনদো লীথাই অনদি ফাগত্রা, হাউথ্রেদা চাক য়েনশাংদো হকচাংনা ফরিঙৈদা পুক্নীং হুণ্ডাইনা চাখিবা য়েনশাং! মতম অত্থুগী হরাই মতোন্দু ইরোনবদা কোৎত্রবসু ঙাতোন ঙাৱেন্দা নত্রগা চাক চজিকুদা তোৎলগা চাবসু অত্থুম মহাউখি। থাজদবা তোবীসু, শগোলথক্তা ভাবনা হাপ্পীবা সয়ম্বর-সভাদগী চিংওকপা সংযুক্তাতুনা লম্বী চিংতুনা পুরবদি নৈতেক ফাওবা ঙাকিজো কাংঙোগুম্না হাওই।

মণ তরামুকতু হোইরদুনা গৌরশিং থোংনাংমথোং য়োরে। লৌবুকতা মণশিং থাদোকুনা মনীং তম্না চাহল্লে। মামা ইবানীনা থোংবান মচা অমা পন থিংদুনা ইশিংলে, ঙামু মচা, ঙাথা, ঙাকিজৌ, খুবাম অমরোম ফারে, শম্থি অকংবা থুম্মুনা মৈ হোগৎলে লৌদুনা চারে চুরুট মত্তেক অমা থক্লগা লৌয়ীদা ঙবোং থাদুনা মামা ডুমখরে। ঐনা পোয়োং থিরে। ইথম্দা য়েংকা ওইগা পাইদুনা কাওনরে হুই থোংলে, ঈশৈ শক্লে লাউদুনা শান্নরে থোম্থাংনা খুম্লে। লৌয়ীদা মোন খাংদুনা হিপ্নগা অতিয়াদা পায়বা ৱার্দসৱার্থ কী লৈচিন, শেলিগী উচেক উরে... ভাবনা ৱারী কয়া লীদুনা লাল তৌদুনা শান্নরে......অফা-অপুন অমতা লৈতনা, পুক্লিং মকা লান্না অহাংবা লৌবুক্তা হুংশিৎ চাবা, হুমিৎ তাবা য়েংবা, লৌবুক্তা মণ ময়াম্না চাবা, লম্বীদা মী চৎপা উবা পুক্লিংনা থম্নীংবা থনবদা অপনবা লৈতবদু, পৃথীরাজনা সংযুক্তাবু সয়ম্বর সভাদগী চিংদুনা মরৈবাক্তা পুরকপমুক হুঙাই হায়বা য়াই। ৱার্দসৱার্থকী 'ভেকেন্ত-যাইন্দ' অহাংবা পুক্লিং হায়বদু লৈরবতদা ফজবা হুঙাইবা ৱাথল তাউথৎলকই অফা-অপুন্না থল্লবা তাইবং পুক্লিংনা মীচং নাইদবা সাহিত্যগী ইরুদু লোকপা ঙমদে। লাইরিক ইগে হায়বদি পুক্লিং ৱাই শংহনবা তমদবা য়াদে। হৈনখরবদি খৈদেনদা কবিতা ইবা ঙমই। নহাগী পুক্লিংদি ঈশিংদা ঙামু-মহা ফাবা ৱাবগুম থুদুম চনবা য়াই। মতম চাবা মতম পংনা থোকতবা থেংনখিবদু লীজবদনি। বাজিনা য়ুমদা চৈরম্মোই, স্কুলদা ওঝানম্সু য়ৈরম্মোই থল্লুবনরা করিনো-খঙদে, হুমিৎ অদু লাইরিক লেংবা মতমদা ইমিত্তা শং শং হেকতা উই, হুমিৎ অদুগী ঐগী পুক্লিং অদুম্না মকা লামহল্লগা ইয়ু হায়না তাকপগুম তৌই।

নোংমম্সু ঐখোয় য়ুমজাও অমনবগী মথক্তা মথোং মোৎপা পুংদোন পাম্বীনা লোত্তুনা মুনত্রিক মুল্লবা থুতুম্মক চাউরবা পুংদোন কয়ামুক ঐবু উহনখিবদু অঙকপনি। শরৎকী লুরব অতিয়াদা লৈচিন অঙৌবনা হরাওনা পাইরি, খম্নাংচাক্না মনীং তম্না চোরকোন মশাদা তোংদুনা থোংঙি নহানমখৈ ঐবু উহনদনা মুনবা ঙম্মে হায়দুনা পুংদোন্ন নোকই। দুর্গাপূজা

ত্তৌগনি ছুটিনি হায়ছ্না হয়াওরবা ঐনা মছু উরুবদি রবীন্দ্রনাথ, কীটস কালিদাসনচিংবা তুংদা পাবা কংলগদবগী খুদমনি। অছুক হাওবা উহৈ অমুক্তা চাথিজ্রি, মতুংদমু চাবা কংখিদে, কংলনি হায়বমু থাজদে। মী খুদিংমক মতম অমদা, মত্তাং চাবা অমদা অসিগুম্বা য়ারেং শৈরেংগী মচাক উবা তাবা থেংনবা ঙাক্তনি। মী খুদিংমক্তা কবি মরুহুনবা ঙাক্লি, নীংথিনা ত্তৌবীদনা, ঈশিং চায়বীদবা হার হাপ্পিদবনা কবি পাম্বীনা মহৈ য়াম্নবনি। মী—কবি হায়বা তোঙানবা জীব অমা লৈবা নত্তে।

চহী ৭০ রোমগী মমাংদা ঐথোয়গী পুথীদা থম্বাল অঙাংবা ১০৮ য়াম্না শাংখি। মতম অছু মণিপুরগী পুথী পাংনচিংবা অতৈদা থম্বাল শাত্তবদো-না ফজনা য়েংনৈ, লৈনি। থম্বালশিংছু কৈথেম্দা পুহুনা ঐনা য়োনখি। লম্বীদা পরপ পরপ মুরৈ, অয়াম্বা মতমদা কৈথেল য়ৌজ্রিঙৈদা লোইনা শিংলি। ফজনা শাংপা অমদ পৈশা অমা শিংলি, পোমশাংনবা অমদ মত্তেক শিংলি থম্বাল য়োনবগী শেলছু ঐন শেনফুদা থাদছনা তুংখংলি, কায়-থোক্তে পংনা। য়ানা তুংখংচবা শেলছু অতৈদা মাংখিদে, থাক্তা অমম্বুং কাং শান্নবদা নত্তনা। বীস মারে, দাস্তি কাটো ময়ায় ককউ, কোম্বাম্দ ককউ হায়ছ্না পীবা.পৈশা মশক উদবা মখৈ লংলা থারবা অছু অয়াম্নদগী হুন্দুনা ককপহুনি নীংদোন তীং চোংই, মং ছুও শোকমু লাওরগা খুং থাঙ্গত্তুনা জগোয় শাদবা ঙমদে। অপীবদা পানবদগী কোংবগী চামরক মাংভুরবমু অমুক্তং ককচবগী হুঙাইবছ্দি চহী নীফু নীংশিংঙি। ঐনা ককউবা খুংছম্দো. মীংয়েংদো, খুংহাইদো, ঙকইম্দো! কাং শান্নবদমু অছুমঙাই, নীফুরক পাম্দবা নীংশিংপোং নত্তে। অমুক্তং পন ঙাকপদা পানজবদো, তাইবুঙো হজক্তি সোইবীবা য়াদে। কদাইদগী ইবেম্মা পাম্মোইবীগী কৃপা য়েংগদোবনি। থোইরু তক্রগা, কাং ওংতুনা ফিভম ত্তৌরগা 'সোইফদে' হায়না লাওরগা কাপ্পদা স-র রর ত্রেক লাওনা তিল্ডি-বী মরুহু ঐগী কাংহুনা থোমখিবু—করিনো ফমথবা নংহৌদে চন্দ্রজীনীনা পানা খুদপ অমা থক লাপ্লি। ময়াম্না ভালো ভালো তা পরঙাকপা!

করিনো হুমিং অহু 'ঐবু ঐয়া' হায়বহু য়েনা হুণ্ডাইখি। থাকাদা কাংদা মাংখিবা শেল, মতম, চাখিবা চৈ, তাখিবা মীয়া কোংখিবা শেল পোখিবা পাজ্জল, লাইরিক তম্বা শিংখিবা, ফি মোংখিবা— পুন্নমক করিম্নু ওইদনা থল্লি। ঐনা দাস্তিদা ককখিবা খুৎহুন, পানণ্ডাকপদা পানখিবা কাংলুপ্তো পুল্সিদা মমল কয়া য়াম্লবনো? থবক খুদিংদা মহুগী খুৎহুন, কাংপান য়োহল্লবা হোৎনবনা পাল্দম অমা পী। পাল্দম অসি য়েনবা ইবা, পাবা, নোম্বা মী খুদিংগী তোগদবনি। মায়থিখিবশিং অহু কাওরগা মায় পাকখিবা থুকাপশিংহু নীংশিংহুনা য়েনবা তাল্লবদি মশাগী অমম্নুং ময়াম্মকী কাম্লগনি।

কজপ্রেদা সত্য ইবেমচানা শেম্বা তথেল্লে-নাচোমদো? শমজি পৈরপ পুল্লগা নাচোম অহু থেত্তুনা হুমিদাংল্লাইরম সনাবুল পায়রগা পুত্রীদা ঈশিং শোকপা খোরকপহুদি করিনো! খোং থাংনবা কাউহুনা হুণ্ডগী মূর্ত্তিগুম ঐখোয় অনী'হুম চপ চপ লেপ্পী। লৈ নাচোমহু লুপা কয়া চংবীবনো লৈজরগেবা; অমনা হংই। য়োম্লবা নৎচদে— নোকফেৎ তোরগা থুমলকই। মানা নোকফেৎ তৌবহু নোংথাং কুপ্পগুম পুমণ্ডান ণ্ডাম্না উই, মানা লাকপা মায়কৈহুম। ল্লাহং শোয়রে হায়হুনা ঐনা—নাচোমহু লৈজগে হায়বা নত্তে; নিজহৌরগে হায়বনি। মথুৎ ওইনা লোথোক্লগা য়েংনা পায়হুনা, নিবিত্রবম্নু ঐনা পীজরকপনি খনবিয়ু, হায়রগা পীরকপহু হেক লৌবদা ইশা পুন্নমক ভূমিকম্প তৌথি পৃথিবীম্নু মীকুপ অহুদগী ইনোনৌনা শেমপ্রমাল্লে থল্লি। কাগী থরা তৌনরগা, করি পাথোংমো থম্লহুনা ঐখোয় অহুম হল্লক্সী। পাথোংনা থল্লবা তাইবংপাল্লি, পাথোং :ফাঙনবা লাক্লবা নহা খুদিংগী মথৌনি। কনানা পাখোং লুনা চল্লি, কনানা লাইনা চল্লি। পাথোং ফোণ্ডবা ণ্ডমদবা কনানা হিমালয় চীংদোন কারি, কনানা সমুদ্রগী লৈথাদা লুপই, কনা অমনা লৈবাক-লৈবাক কোয়হুনা মহৈ তম্মুরি, শেন তাম্লুরি। কনানা লৈ ফজবা থিহুনা নাচোম শেমনবা পরেং লোংনবা লাক্লরি, কনানা লৈ নাচোম শেম্লগা শেল তাল্লি লৈ পরেং

লোক্লবা ফজবা লাং শাগ্নি। হোৎনবা, মায় পাকপা, থুদি থীবা, ঙমজ্রিকাওবা ঙন্নবা লাক্লবা পুন্সিগী লীলানি।

হিংবগী সুঙাইবা ফজনা শান্নবনি। অনৌবা পাখোং চনবা, পাখোং ফোঙনবা লাক্লবা। কান্নরবা সুঙাইরবা থৌদোক কয়া মায়য়োক্লবা, মায়থীরবস্মু হোৎনবা তন্দবা মায়পাক্লবা অমুক লাক্লবা। উরুবা তাক্লবা থেংনরিবহ্ন পুন্সিদা কান্নবা শিজিন্নবা। শিজিন্নববু হৈরবদি কান্নদবা লৈতে। মায় পাকপস্মু কৈ, মায়থীরবস্মু কৈ। অনীমক ইশাগী অমম্বুং ময়ামগী সুঙাইনবা কান্নবা মচাক ওস্নোকপা য়াবা ঙাক্তনি। মী থুদিংমক মাগী মাগী পুন্সিদা অতৈগা মান্নদবা থৌদোক কয়া থেংনরবা ঙাক্তনি। মখোয়শিংহ্ন ময়ামদা কবিতা, রারী, লীলা ওইনা ফোঙদোক্লগা হেন্নহ্নম সুঙাইমিন্নবা, রারবস্মু রামিন্নবা সাহিত্যগী থবক্নি। পাবীনবা তাবীনবা লৈরবদি ইগদবা মী অমম্বুং মচাক রাৎপা হৌনদে।

---

রাজকুমার শীতলজিৎ সিংহ

# ইন্তোকপা

শ্যামসুন্দরগা নবকিশোরগা মচিন মনাওনি। মৈতৈগী শাগৈ জাৎ ফরবা অমদা পোকপনি। থবক খুদিংমক্তা অচৌ-অশাং শাগৈ নাতৈগী রা য়েংনরকপদা ঐথোয় লৈরি হায়ত্রুনা চোংথোকপা য়াবা মীনি মথোয় অনীসি। ময়াম্বা শ্যামসুন্দরদি চোংথোক্লম্মী।

দরবার মেম্বর অমা ওইরম্মী শ্যামসুন্দর অত্রু। শেল চারুই হায়বদগী থবক তোক্লম্মী। অসুম তৌত্রুনা ইকাইবা ফংলবসু মাবু মীনা ইকাই-খুম্নবা মী অমা ওইনা লৌরি হায়না মথক্তা খঙবা ঙম্বা নীপা অমনি।

রাসু চাউনা-চাউনা ডাংলম্মী। মানা ডাঙবা পুম্নমক চুম্বা নত্তে খঙনা খঙনা অঙম্বা অমনা ডাঙলিববু হায়ত্রুনা কনামক্তা য়েৎপীরমদবা মরম্না মশাবু য়াম্না হৈ-শিংবা অমনি হায়না লৌজরম্মী। হৌজিক অঙম্বা অমা ওইবা তোক্লবা ফাওবা অত্রুম মশাবু অহৈ-অশীং অমনি হায়না খনবা তোক্লমদে। মচা-মনাওগী হুপী-নহা থিবা মতমদা রা য়াম্না য়ামগনবা নীপা হায়বত্রু শ্যামসুন্দরসু অমা ওইরম্মী। মৈতৈগী বামোন ক্ষেত্রি লৌনবা য়াদবা অমদি য়েক-শলাই তিন্নবা মীগী মরক্তা চারো-মোরো থিংবা অসিগী লুচিংবা ফীরান পায়বা অমসু শ্যামসুন্দরনা ওইজরম্মী।

বামোনমক ওইরবসু কোন্নুংদা গোবিন্দগী সেবা কাদবা ওইরবদি গোবিন্দ পুজারীগা শাগৈ মান্নবা বামোনগী মথুৎ চাদে অত্রুগা হুহোন কাবা য়াবা শাগৈদা পোকপা মীনা হুহোন কারুত্রবদি শ্যামসুন্দরগী ঈশিং শোঁকপা য়াররমদে। মৈতৈগী গৌড়িয়া হায়বত্রু য়াম্না কন্না ঙাক্না চৎলম্মী। শীং অফোবত্রু চান্নগা করিগুম্বা মৈ থাবা য়ারবদি মত্রু ফাওবা তোহম্নীং-বনি। ঈরুজরগা কারকপদা লম্বেল ঈশিং চাই-চাইত্রুনা কারকপা মীনি।

অত্রুবু ঈরুজবা মতমদা পুখ্রীদা মচীন তেংথোকপা ঈশিং অত্রু য়ান্নুংদগী ওথোক্লুনা কামশনব্রা হৈনবা জাৎনি। নুংদাং তুম্বা ফমুংদা নুংথিল শেংলে

থম্লিবা মশাবু অতুম হিগ্লুনা পোথারগা মাংদে হায়না খন্দোকপম্ভ ওয়ন্মী। শামতুনিদবু হায়রবদি অঙাংগী অমাংবা তৈরবম্ভ অতুম শেংই হায়না লৌবা মীনি।

ঐদি বৈষ্ণবনি কৃষ্ণগী নাম শোনবতনা ইথৌনি হায়রগা করম তৌনা মীনম্বা ঙাংজ্রবদি হৌনা থঙবা ব্যবহার হায়বতু থাদোকপা য়াই হায়বা অমম্ভ অতুক শোন্না নত্রবম্ভ য়াম্না কন্না ওইজবা মীনি। ঐ নত্তনা মী অতৈ পূন্নমক অতোনবনি হায়না খনবা বৈষ্ণব মথল অতুগী মকোকমক ওইবা ঙমত্রবম্ভ মরক্তা য়াওজরিবা শ্যামসুন্দরনি।

কৃষ্ণমন্দির অমা লিংখৎপা পান্নতুনা মানা চাজরিবা তলবতুনা ওক্রু-তুনা শেল চাবা হৌগৎলম্বনি। অতুম তৌতুনা মন্দির শাবা ঙম্রে। অতুবু মন্দির লোইরবা ফাওবদা মন্দিরগীদমক হৌখিবা শেল-চাবা ধর্ম্মতু থাদোকপা ঙমদতুনা অতুম চাখিবদগী কোম্বংদা উইহৈদবা মীনা উরক্লুনা থবক তৌকখিবনি।

নীতিগী মালা চৎপা তোক্লে, মী অতোপ্পবু লাইনীংদে পাপকী থবক্তা তৌই হায়তুনা সুপী নহা অতুগা মঙোন্দা য়েংপীদবা মমায় খন্না ঙাকপীবা মীদা ঙাংবম্ভ লেপ্পমদে।

হৌজিক্তি তলবম্ভ লাক্লে শেল চাকমম্ভ লৈত্রে, মালা চৎপনা মতম চিনখিতুনা থবক অতৈ অতৈ তৌবা ঙম্নমদে। অতুনা দোকান্দগী পোৎ-শোৎপনা মরুপ মপাংদগী শেল পুবনা মাগী হিংনবা উপায় ওইরম্মী।

হৌজিকম্ভ মীনা মাবু মেম্বর কৌবা তোক্রি, ঐগ্যা তাইবুংঙোন-চিংবা অঙম্বগী মিংগৌ অমত্তা মাঙদরি—থবক কা তলবকদনি মাঙখিবা।

মাগী মনাওনীপা নবকিশোরদি মতম মতুং ইন্না নহা ওইবনে অহল লমনবুম্ভ কিদবনে মনীংতম্না চৎচনিংবা নীপা অমা ওইরম্মী।

নবকিশোর অতু লাইরিকম্ভ ফনা তমশল্লুরে। অফ-ফত্তবম্ভ ফনা থঙজরুরে। মাগী মশাদা চাউথোকপনা করিনো হম্বনা করিনো অমত্তা থঙলমদে।

নীংতম্না পাঙরু হায়না লাইনা থারকপনি, ফনানা করি তৌজরনি হায়বা য়াখল থম্মোয়দা কম্না য়েক্নুনা লাক্লবা নহানি।

মহাক সরকারগী থবকশু তৌরমদে, থবক তৌনিংদবরা হায়বশু নত্তে তাঙ্গা চাদবা হায়বত্নি।

লাইরিক তম্বা লোইরগা ময়াম্বগা মতৈমগনা মুপী কোইথি থিরম্মী, অমত্তা ফংলমদে, মৈতৈ লৈবাকসি মুপীনা নীপাদগী মশীং হেনবনি, শ্যামসুন্দরগা মাগী মুপী সনাহনবীগনা থিবশু কম্না থিরম্মী, অত্নবু নবকিশোরগী মুপীদদি ময়াম্বগা মতৈমগনা থিবদা ফংবা য়াবদি অমত্তা পোকলমদে।

মতৈমা সনাহনবীনা ফী-রোল নাম্না শেঙ্নুনা হেক চৎপা উবদা মানা হংলম্মী—কদায়দনো ইতৈমা, মুপী থিবরা?

মানিনে। নঙগী মুপীসে পোক্রেনে ইবুঙো। কদায়দগী পোকনি ইতৈমা! নখোয়না পাম্বদি শাগে জাৎশু ফবা, ইনাকশু খুনবা, মথুৎ মশাস্নু শেল থোকপা ঙম্বা লেং-ওৎপা, মশকশু সরস্বতীনা ইকাইবা য়াবী —অত্নুগুম্বদি ইতৈমা ওইবা ঙমব্রা?

মাগী য়াসি তারগা মচোম্পাক নাইদে হায়না শাউরম্মী সনাহনবীত্নু। অত্নুদগী নবকিশোরনা হায়রম্মী— ইতৈমা মুপীদি নীপা মশানা থিত্রবদি ফংদবনি।

অত্নুগা নঙ থরা থিরকউদনা।

অত্নুদা হায়য়ু হায়রিবনি। নখোয়না ঐগী ইথৌবু হেক মুনবীবা শারত্নুনা ঐবুশু কয়া য়াহল্লে।

ফরেনে অত্নুগা নঙ থিজরক্লোনে।

তাইবুঙোবু য়াহনগনিদনা।

থিবা শুকখঙ খঙত্রবসিবু করিগী য়ারোইদগবনো।

য়া অমা হায়গে ইতৈমা?

হায়য়ু।

শাগৈ অকবা ঐখোয়গা মান্নবা নত্রবসু ঐখোয়দগী অহেনবা ওইর-বসু য়াইদনা।

জাৎকী মচা হায়বসিদি, শুঙাইনে নন্নাহৈ অহু তাবদা।

অহুগা শক খন্না ফজবদি অহুগী মথক্তা—য়ারোইদরা ?

মহুদি য়াম্না ফরিবা পোৎনিনা ইবুঙো।

লৈশাবীনিকো ইতৈমা।

মানি।

ঙাইহাক শংত্রিক শংনা য়েংলগা নবকিশোরনা অমুক হায়রকই—সুপীদি ঐ থিজরক্লগে। অহুগা ঐদি নখোয়গী লুহোং-লাকহোংবা হায়বহুদি ঙম্মোইবো।

সনাহনবীনা ফী-ফী কান্নহুনা হায়রম্মী। করি ন্নানোনে নঙনা হায়রিবসিবো ইবুঙো। হয়েং নচা-নশু পোক্লগা লুহোংকাল ফমদবীগী মচানি হায়হুনা মতু মচা থিবা ফংলোইনে।

করিদোগে অহুবু—ফমদবীগী মচাগা ফমদবীগী মচাগা লৌনজগনি। ঐগুম্বা মীসু মশীং য়াম্না লৈরি।

মহুগদি তৌহুসি ইবুঙো, নঙগী ঙাইবুঙোনসু য়ারোই।

অহুগা সুপী থিরকপদদি ঐনা থিবা ঙারেদো।

নঙনা অপাম্বা অহু হায়রো, ঐখোয়না চম্বুনা হায়রুনি, কুঠিনচিংবা য়েংগনি, অহুগা চানরগা মরুপ-মপাং ময়াম বার্ত্তোন তৌহুনা চীং-লেমনা লুহোংথোক্কনিদনা, ইনাওগীবু করি ন্নাৎপগে ?

কুঠি য়েংবা হায়বা ! মহুমা ইতৈমা ঐ য়ারোই, মহু ওইরবদি নখোয় থিজরুরো ঐদি ঙম্মোই।

হয়েং শিবা-নাবা থোক্লবদি করম তৌগনি। অহুবু ইতৈমা মী পুম্নমক শিগদবনি। পাঙ্জিনা মীবু অমর ওইহনবা ঙম্মোই।

অহুবু মতম চাদনা শিবা হায়বা অমা লৈদনা।

শিববু তারবদি ঙস্তা শিবনা হেন্না কৈ।

• মতৌ অসুম তৌদুনা মথোয় মশেল থন্ন-থন্নদুনা নবকিশোর অসি লুহোংবা মতম লিংখিরমদোরে।

অদুবু পাখংনা মথোন কারক্নবদা কনাগী মতীক লৈবগে লৈরাং লম্বেল থিংনবা। অদুনা নবকিশোরনা মাগী মতমগী সেবা তৌবা হৈবা খুজিন্না শোইদনবা কয়া লোত্তুনা লৈবী, লৈরাং অমা থোক্লম্মী, ভরানিগী তুংদা।

নোংমা অয়ুক নোং ফুং ভাল্লকপা কালদা শ্যামসুন্দরনা মীকপ থোক্তুনা য়াওদ্রিবৈদা মনাওনিপা নবকিশোরগী মরুপ অমা লাক্লে। মানা হৌদোকপদুদা মথোয় অনী হৌগত্তুনা করিগীনো হংলম্মী। পাখং অদুনা চিঠি অমা পীরম্মী। চিঠিদু শ্যামসুন্দরনা লৌরগা পারম্মী।

চিঠিদি অসিনি :—

ইবৈমা,

ইবৈমগা ঐগা ভাঙনবা ৱাদু কাওরিরোই হায়না নীংই। তাইবুঙো য়ানবা দায়ীদি ইবৈমা ওইগদবনি। ঐহাক মুপী অমা পুরক্লে, ভরাং অহিং শাগৈ জাৎতি ঐনা নহাল হায়রম্লদুনি ঐখোয়দগী হেন্না ফৈ। গুরুঅরিবন্নি। মুপী অসি ৱপা মমা অমত্তা লৈত্রে মাগী হায়ববু ঐ মঙাইরে। মশকসু ফনা ফজে ইবৈমনা হায়বদুমক থোক্কনি নীংই। মাগী মশাদা রাংপা হায়ববু লাইরবীনি, অহল-লমন লৈত্রবীনি। অসিসু ঐনা মাবু পুন্সিসিগী থাদোক্রুগা লোইরে। হোরেল ঐখোয়গী য়ুমদা পুশন্নবা থরা হোৎনবীয়ু। ভসি অয়ুক শীজিন্ননবা লুপা থরগা পীরকউ। মাগী মফী মরোলসু থরা লৈদবা য়াদে, লিকসু অমত্তং লৈগে। অদুনা শেলদু য়ারবদি থরা য়াম্না পীরকউ।

সেবক— নবকিশোর।

চিঠি অসি হেক পাবা হৌবদগী থগৎখিবদুনা বামোন নিঙোননি হায়দুনা হায়বদুদা শ্যামসুন্দরদি পাখৎপনা খম থেংলে শেলচাবা অধর্ম্ম নত্তে হায়না খনবা ভম্মী, মীগী ফত্তবা রা ভাঙবা অধর্ম্ম নত্তে হায়বা ভম্মী, মী শিসদু হায়না ওজা-মাইবা কৌদুনা মন্ত্র-যন্ত্র পোৎ শেমহনববু পুন্যগী মন্নং চলহনবা ভম্মী অদুগা বানোনবু মৈবৈনা লৌবা য়াই হায়বসিদি চুম্না

চিন্না পনবদি লায়রন্থনা মবুক্না অমুক্তং থন্নুবদা প্রায়শ্চিত্ত চামগা নিপান্নক ভৌনীংবা মীনি শ্যামসুন্দরদি।

মসিগুম্বা নত্তবা কর্ম্ম অসি মপা-মপু হাকতক্তা অমুক্তা থোকখিত্রি। মহাকথক্তা থোকপসিদা ইকায়-থুংশি য়ান্নবা য়াম্না শাউনীংলম্মী। মীগী মচানা ভৌবগা নোক্লগে হায়না ময়া কাথোক্লম্না শ্যামসুন্দরন্থ ময়ুম্নদা খোক্লবন্থদা ময়া কাবন্থ উমশনবম্নু গুমদা হেন্না কাথোকপম্নু গুমদা ঙাইহাক্তং থুংগী মুত্তিগুম তান্থনা লৈরম্মী।

অন্থদগী পাখং অন্থদা হায়রকই—

মঙোন্দা হায়য়ু যাদব, মহাক ঐগী ইনাও নত্তে, অসিদা মহাক চং-লকপা য়াদে। ঐনা মাগী মরমদা মহাক শিরে হায়না থনবদগী অতৈ অমা থম্রবনি।

য়াম্না ফনি হায়না যাদবনা হায়রম্মী। অন্থদগী সনাহনবীনা হায়রম্মী —ঙাইখো, থুপীমচান্থবু ময়ুমদা থিনবীরুরগা লোইরেদনা।

মন্থদা যাদবনা খুম্নম্মী —

ইতৈমা, মন্থ য়ারোই, নবকিশোরনা হায়ববু ইতৈমখোয়গী থাম্না মরি ···

থঙলে, যাদব ইবুঙো। অন্থ ওইরবম্নু মাইবা মাইবী ···

মন্থদি নবকিশোরগা তান্নবীয়ু।

মখোয়নীনা ঙাঙনবন্থ তারগা শ্যামসুন্দরনা থরা নেমথন্থনা হায়রম্মী —চুম্মী, উপায় অমদি লৈরি। যাদব, হৌজিকমক নহাক নবকিশোরবু পুন্থনা হাইহাক্তা লাকউ। ঐখোয় শাউহৌই হায়বা তাকম্নু, চুম্না লাকউ-দমক হায়রকউ।

য়াম্না ফনি।

শ্যামসুন্দরগা সনাহনবীগম্নু মখোঙ মথুং শেংদোকপা চংথরে অন্থগা ঙাইহাক লৈরগা যাদবনা নবকিশোরগা লোয়ননা লাক্লম্মী। শ্যামসুন্দরনা চীং-লেম্না হায়রম্মী—

নবকিশোর, নঙনা হন্দক ত্তৌবসি চুমদে, ইয়াম্বগা মায় মচেৎ অম-কাওবা য়েংদে। অদুবু নহা ওইবগী ঙাওরুবনি। ইয়াম্বা পুম্নমক খঙই। সমাজনা য়াদবা থবক ত্তৌবা চুমদে। অদুনা নঙগী থান্না অদু মাঙনবা থৌরাং অমা ত্তৌবনা চুম্মী।

সনাহনবীসু হায়রম্মী—ইবুঙো, নঙগী তাইবুংঙোনা হায়রিবসি য়াম্না চুম্মী। মাইবা মাইবী য়াম্না লৈ, ইতৈমা থিরুগে। হুপীমচাদু ময়ুমদা থম্মুচো :

ঙসাইমখৈদি ময়াম্বদা ন্না ঙাওবা হঙ্গোইদুনা ঙাঙলমদে। মতৈমনা ঙাঙলকপদুদদি মাসু খুম্বা ঙন্নক্লে। অদুনা অম্মুম্না নবকিশোরনা হায়রম্মী—

ইতৈমা, ঐ মী হাৎপা ঙম্মোই ; ঐ চুরান থাবা নত্তে। অদুগুম্বা হুংশিহৈতবগীদমক ঐ মী ওইনা পোক্লকপা নত্তে।

অদুবু কন্নম্না নঙবু ঐথোয়না তিন্ননা লৈবা য়াগনি। মীনা ঐথোয়বু তিন্নবীরোই। করিনি হায়গনি ?

হুপী চেনবা ইথম্নুনা হৌদোকপা নত্তে। মী পুম্নমক ত্তৌনরিবনি। অদুদা বামোন-নিঙোল অমা পুরকপগীদমক মীনা ঐথোয়বু তিন্নবীরোই-দোরিবনি। মীগীদমক লৈবসে ঐথোয়গী অন্নাবনি। ঐনা বামোন লৌরু-রগা মখোয়গী করি কায়গনি। মখোয়না পামত্রগা মখোয় ত্তৌদসনু। মখোয়বু কিবগীদমক ইচাবু হাত্তোকপা ধর্ম্ম নত্তে। বর্নাশ্রমদি মীগী খুৎ-শেমনি। মপাঙ্গল কনবগী অঙম্বনা শেম্বা নিয়মনি। অশোনবনা কিদুনা ইনবনি। মীনা শেম্বদি ঐসু মীনি ঐনা থুগায়বা করিগী য়ারোই— থুসু থুগায়রিবসিনি।

মাগী ৱাসি তাবদা শ্যামসুন্দর অদু শাওনীংবনা মশা-মউ পুম্নমক থক্ থক্ নীক্রম্মী। অদুগা হায়রকই—

থঙলে, ত্তোক্লো, পাপী। নঙ ঐগী কনাসু নত্তে। জাৎ তাথরো। নঙনা থোকপা অমা ত্তৌথরো। ঐ নঙবু শিরে হায়না লৌরবনি। ইনাওনি হায়দুনা কনবা য়াবরা য়েংবীগে ত্তৌরম্বনি।

অহুদগী ময়াম্বগী অশাওবা য়াখং কোকথক্তা পুরহুনা নবকিশোর তপ্পা তপ্পা যাদবগী তুং ইন্দুনা চৎখিরম্মী।

নবকিশোর অহু মাগী মুপী কিশোরীবু পুরহুনা লৌরাই মচি অমদা চৎখরে। মাগী মরা-মপাও অমত্তা ময়াম্বদা পীরকপা লৈতে। মতৈমনা অহুক খিহুনা হুমহুনা মথোয় কদায়দা লৈ হায়বা খঙবা মঙাই। মপুরোই-বদদি মহাকশু তম্নমদে।

খা তরেৎকী মতুংদা যাদবনা নোংমা লাকুনা সনাহনবীদা হায়রম্মী—

ইতৈমা, কিশোরী মচা নীপা অমা পোক্লে। অহুবু ইতৈমা, চানীঙাই লৈতহুনা য়াম্না রারে। শেল খরদংদদি পীবীবনা কৎত্রা ?

নবকিশোরনা পীরকউ হায়বরা ?

মানদি হায়রকপা ঙম্মোই। ঐনা মথোয়গী মতৌ য়েংবা ঙমদহুনা হায়বনি।

অহুবু ইবুঙো, ঐদি শেল পায়দে, ময়াম্বনি হায়হুনা তৌরিবসিনা মুকলেং লেংখিদবসিদা। ঐ নহাক্লদো হায়রবনি, শেলথুম খরা পীবনা চুম্মী। অহুবু করিমত্তা য়াদে। ঐহুম নপামদা চৎলো হায়।

ঐসু তৌফম খঙদরে।

চুমদি চুমদে। নবকিশোরগীসু সম্পত্তি কংফম থোকপনি। অহুবু মানা হায়দে হায়হুনা তুমিন্না …

মহুমক ফংনা হায়রবনি ইবুঙো ইতৈমনা। হায়রুরগা— মুপী নথোয়গী রা লৌবা য়াবা নত্তে অম্মুম্না হায়। অহুমকপু ইতৈমনা অমুক্তং মী পোং থাজন্দুনা য়েংগে।

যাদবসু হনখিরম্মী।

নবকিশোরগীদমক সনাহনবীনা য়াম্না রারম্মী। মানা ঙমদবনা তৌবনি, নত্রবদি বামোনহুবী ওইরবসু ময়ুমদা পুশন্দুনা থমগদবনি। অহুবু মানা ঙাঙবদি মুপী রা তাবিদবা ইমুং অমনীনা মহাক করিমত্তা ঙম্মমদে। অহুনা মহাকপুদি তাবীত্রবসু মচন-মুপী শ্যামাবুদি তাবীবা য়াই থন্দুনা শ্যামাবু কৌরম্মী।

শ্যামসু মপুরোইবগী ময়ুমদগী লাক্লম্মী। হেক থুংবগা মবুং অহলগী মনাক্তা চংলম্মী। মাদি তাদা হায়না কৌই। শ্যামসুন্দরদো তাইবুঙো কৌবা য়াবা মী নংলমদে। ফম নাইরুবদগী মীনা তাইবুঙো কৌব্রবনি। মখোয় অহম অসি মপা মমা অমত্তনা পোকপনি। শ্যামানা অঙাং পীশক ওইরিঙৈদা মমা-মপা শিথিরম্বনি। অহুনা শ্যামসুন্দরনা শ্যামাগী মমা-মপা ওইহুনা য়োক্লকপনি। মচন অপীশকপু মানা য়াম্না লুনা তৌজৈ : পারী-পুরী শুনা য়োকপা নত্তে হায়হুনা মানা হায়বদা মবুংনা য়াদবা লৈত্তে।

মাঙোলদা মালা পায়হুনা শ্যামসুন্দরহু লৈরম্মী। শ্যামানা মনাক্তা ফম্নগা হায়রম্মী—

তাদা, তায়াইমহু ঐখোয়গা তিন্নবা য়াদ্রে। অহুবু মাগী য়েংলুবদা কনাম্মু লৈত্তে। লক্ষা হায়হুনসু অঙাং অমা পোক্লিবহু ঐখোয়গী থাম্না নত্তে হায়বা য়ারোই। চাবোকপী অহুনা চরা হেন্দুনা লৈরবদি অঙাং অহুসু হিংলরোই।

শ্যামা, মাগী য়া ঐঙোম্দা হায়ররনু। শিথরবা মীগীদমক ঐ করিমত্তা তৌবা ঙমদে। ঐবু মানা থাদোক্লুনা চংখিবনি। ইয়াম্বা লৈ, অহল অমা লৈ হায়বা কিদবমথৈ ঐদি নীপানি ইনীংতম্না চংকনি হায়না চংখরবনি। অহুবু ঐনা য়েংফম থোক্তে।

তাদনা পীত্রবসু ইনম্মনা মরম্নাই পোং য়োম্হোক্লুনা পীগে হায়রিবসি থরা পীহল্লুদনা।

মাগা নবকিশোরগা করি থোক্লে। ঐগী ইনাও ওইরিঙৈদা মাগী মরী থোক্লরম্মী। হৌজিক্তি ঐগী ইনাও নত্রবনিনা ননম্মনা মাগী করি তৌকম থোকই।

অহুগা ঐহাকী ইরম্নাই পীজগে, অহুদি য়ারোইদরা ?

নঙগী থুসী তৌজো। নবকিশোরদা মত্তেং পাংবা মীহুদি ঐগীদা চঙবদি য়ারোই। মহু খঙউ শ্যামা।

তাদা, চুমদেদা, ইমা অমত্তগী মবুক্তা নাউপুত্থনা পোক্লকপনি। মুং-শিদবা ওম্মোই। তাদদি মেম্বর ওইরিঙৈদা জেলদা মী থা-থাহ্নবা পুকচেল অমত্থু কনশঙ্গবরা ?

করিগী চুমদনি শ্যামা। নবকিশোরনা ঐখোয়বু মুংশিদবদি ওয়্নগা, ঐখোয়না মুংশিদবদি করিগী লানগনি। হল্লো, থেংথরে। নয়ুমদা থবক শুৰীনীঙাই লৈরমলোই।

হায়বা য়াত্রবত্থদা শ্যামাস্ব গতি লৈত্রত্থনা ময়ুমদা হনখিরম্মী।

নবকিশোরনা ময়াম্বগী মতেং ফংবগী আশা অমত্তা তোরমদরে। মহাক্লা হন্দক তৌবসি লৈবাক্লা য়াবা য়াদবগীদি লায়রত্থনা ময়াম্বগী য়াম্না ইকাইবা অমা ওইবা মরম্না ময়াম্বদা মানা হায়জবা তাবীরোই হায়না থল্লম্মী। অহল লমম্না থনম্বা সম্পত্তি অত্থু মাগীমু শরাক য়াওরিবনি। অত্থবু মত-তিন্নদবা ময়াম্ববু ৱারৌবদগী করিমত্তা পাত্রমদে।

শিরগা লোইরে হায়বা পুম্পি অসিদা অমুক সমাজগী মীনা শেম্বা থুৎশেম-আইন খরনা মী অমবু অমনা মুংশিজবদা পনথীংবা অসি নবকি-শোরনা তুকচনা য়েংলম্মী। অত্থনা মত্থুগুম্বা নিয়মমু চেৎনা কোন্দুনা লৈবা সমাজদা যাওবা ময়াম্ববু মহাক্না য়ানীংবা করিম্মু লৈরমদে।

অম্মুম্না থনবা মরম্না মহাক মশামক্লা মতেং পাংবীয়ু হায়না ময়াম্বগী মকমদা থারক্লমদে। যাদবতনা পাঙ পীবত্থদা মতৈমা সনাহনবীনা মুংশি-ত্থনা তোরম্বা থবক্নি।

থরা লৈরগা অমুক পাঙ লাক্লে নবকিশোর অত্থু টাইফোইড ওগী নাত্থনা হিপ্পুনা লৈরে হায়বা। সনাহনবীত্থ অমুক হেম্না মিপাইরক্লে। হন্দকমুক্তি মপুরোইবগী পুক্নিং ওলহনবা য়াগদরা হায়না নীংলম্মী। পাঙ অসি যাদবনা ওম্মরোই হায়না মুমিৎ থরদি থাঙত্থনা লৈরম্বনি, অত্থদা তারগা ওমদে হায়ত্থনা ৱারৌখিগনি হায়বা কিবদগী য়াম্না কম্না নারবা তুংদা পাঙ পীরম্বনি।

সনাহনবীনা শ্যামসুন্দরগী নাক্তা প্রৎ-প্রৎ হোৎচন্দুবা হায়রম্মী—

নবকিশোর অহ্ রাম্না কন্না টাইকোইড-তগী নারে ঙসি তরানি ওয়ে হায়। ঐখোয় চত্নুনা মাইবা-মাইবীগী খোরাং তৌবা মতম ওইরে।

তুমিন লৈয়ু সনাহনবী, মাগী রা তানবা ঐগী নাকোং পান্দে। অসিনা কত্ত-সুংদ খোক্লবদি নীঙমহোরোই, মেম্বর!

করি নীঙমদবা। মশানা শিজরগে হায়বা মীবু কনাগী মন্তীক লৈ কন্নবা। মেম্বরগী থম্মোয় অহ্বু নুংনা শাবরা?

শ্যামসুন্দরনা অত্তে ওইরবদি মচোম্পাক নাইদে হায়না শাউগদবনি অহ্বু ঙসিদি করি তৌরবনো মোমোন নোক্লুনা হায়রম্মী—

সনাহনবী, চুম্মী ঐগী থম্মোয়দি নুংনি। চৎলো, নথোহ্নম ওক্ল।

মসি ঐগী ইথৌনি। অবোক লৈতবা মরম্না মানা ঐবু অবোক্লগী ফংগদৌবা সুংশিবা অহ্ ফংনবা হায়হ্নুনা লৈজরকপনি। মীওইবা দশাগী মনাইনি।

করি সুপী, দশাগী মনাই করম্না ওইগনি। মশানা ফংচত্রগা লাইদা ভাক্তা ইনশনবা য়াবরা? তানীংদে চৎথোকথরো আঃ দা। ঐ সুপী মন্না চত্তে হায়বা নঙ কাউরবরা? নঙনা লক্ষা হায়হ্নুনসু শ্যামসুন্দরনা তাবা লৈরোই থঙউ।

গত্তি লৈত্রহ্নুনা সনাহনবী চংথরে। থুনমক মী থাহ্নুনা শ্যামসুন্দরগা য়াম্না নুনা তিন্নবা মথক্কী অহলসু ওইরবা তোলেনসিং কৌরুরে।

তোলেন্না প্রেং-প্রেং চংলগা হায়রম্মী।

করিনো শ্যামসুন্দর, অঙাং-সুবীশিংগী পুক্লিং লাংতক্লবা থবক পংথোক থোকহনবসিবু? নঙবু করি তৌরবগে?

তাদা ঐঙোন্দা করিগী দোষ পীরিবনো? মখোয়না মশানা রাজগে হায়না নারান লেপচরগা ঐনা কদৌনি হায়বগে?

চুমদে, নহাল-মথৈদি নহাল-মথৈ ওইখরে। হৌজিক শিবা-চংবা মফম থঙদরবা কাল অসিদা ঙম্বা থরা তৌহোবনা চুম্মী, শ্যামা।

ঐঙোন্দা মখোয়গী রাসি অমুক তাহনবীরগসু তাদা।

ঐনা হায়বদি নঙবু শ্যাম, নবকিশোরহুবু পুরকউসিদা লাইয়েংনবা ত্তৌ হায়বা নত্তে। শেল-থুম মাইবা-মাইবী থাহনা মথাইদি কনবা য়াবরা হোৎনবা চুম্মী। মাগী হায়ববু কনা লৈরি নঙ নত্তনা।

ঐদি মাগী মরমদা রায় পীথরে তাদা। অহানবা রায় কত্তুনা, রায় অনৌবা অমা তানা চুমদে।

মহুদা মচন মুপী শ্যামান্তু রা তাবা য়াওরম্মী। মবুংগী রাহু তাবদা মপী শিন্থরহনা হায়রম্মী—

তাদা, তায়াইমগী রায়দি হোংবা ঙমদবা। নশানা মেম্বর অমা ওই-রিঙৈদা মীগী হাকতক্তা রায় হোংনবগী শেল চারুহনা থবক তৌরকপা নত্রা?

শ্যামসুন্দর শাউবনে ইকাইবনে অনী তিন্নহনা মচন-মুপীবু ফুগে হায়-হনা হৌগৎলম্মী। শ্যামানা হৌহনা চেনখিহনা অমুক হঙল্লা ফম্লম্মী।

তোলেনসিংনা অহুদগী হায়রম্মী—শ্যামা, কাল্লদে। অশাউবা থা-দোকউ। থম্মৌ। থীনবা য়াদে। য়াম্না লুনা নারবা পোৎনি।

অসি হায়রগা তোলেনসু চৎথরে। শ্যামসুন্দরগী থম্মোয়দি অহুম নুং ওইহনা ইলেঙ লেঙদনা লৈরম্মী। মাবু নোমহনা লেঙহন্নবা শক্তি কনামতগী লৈরমদে।

অসুম তৌহনা মতম হৌথরে। হীদাক-লাংথক অমত্তা তৌদনা মাইবা-মাইবী অমত্তা কৌদবনা অনাবা থুনা হেঙল্লক্তুনা নবকিশোর তাই-বংপাল থাদোক্তুনা নোংমা চৎথরে।

পাউ লাক্লে। পাউ তাবদা সনাহনবী অহু মপী অরৈবমথৈ শিন্থহনা কপ্লম্মী, অহুবু শ্যামসুন্দর কিবদগী মখোল হৌনা কপ্লমদে। শ্যামান্তু লাক্তুনা কপ্পা য়াওরম্মী। মখোয় অনীমক শ্যামসুন্দরবু রাল্লোহনা লৈরম্মী। রা করিমত্তা হায়রমদে। মখোয়নীমক অমনা অমদা য়েংনা য়েংনহনা কপ্প-দগী হেন্না কনামতনা কনামতবু থেমজিন্নবা হোৎনরমদে।

শিরগী পাউ লাকপা মতুং হুমনি শুরে। উজাউ পাম্বী নোম্বা হৌরক্লে। নোংচুপ্তা হুমিং থোক্লবরা নীংলক্লে, শ্যামসুন্দরনা সনাহনবীবু কৌরদুনা হায়রম্মী—

সনাহনবী, নঙ খঙবরা, নবকিশোরদুনা লৈরম্বা লম অদু ?

লমদি খঙই। মযুমদি খঙদে। অদুবু যাদবতা হংলগা খঙগনি। করিগীনো ?

লক্ষ্মা হায়দুনন্তু মাগী মমা মচাদু ঐখোয়গী ধারানি। মহাক লৈত্রবদি অঙাং অদু মক্ষম-মরাং খঙদনা লৈরগনি। মমা-মচা ঐখোয়গী অসিদা থম্নবা কৌরুগে।

করম্না থমগনি, লৈকায়না য়াগদরা ?

য়াদসু। ইংখোল মনুংদা য়ুম অমা তোঙাম্না শারগা হাও-পাঙল-বুদি থম্বা য়ারগা মখোয়বু অদুম্না থম্বা য়াদরা সনাহনবী।

য়াই, অদুবু ঐদি ভমজরোই, মাবু অসিদা থম্বা, করিগী। শিত্রিভৈদা ইনাও অদুবু উবা ফংহৌদরে। হৌজিকপু হুমিং চুপ্পা মমা-মচাবু উরগা নবকিশোরগীদমক মৈ চাক্লিবসি শীং য়াংদুনা লৈবা করম্বা হুপীগী থম্মোয়না খাঙবা ভমগদগে ? পুবীরকসু। য়েংবা ভমজরোই।

অদুবু য়াবরনে সনাহনবী, করম্না মপা লৈত্রবদা অঙাং অদুবু মীগী মখোংদা চঙহল্লুগনি। ঐখোয়গী ইমায় থুবনি। হুপী নখোয়না করিসু খঙবা পোৎ নত্তে।

সনাহনবীগী মন্না ভাবীরমদরে। যাদব কৌরগা শ্যামসুন্দর অদু মনাওহুপী কিশোরীগী মনাক ভাম্না চৎলম্মী। মখোয়না অহানবা চৎখিবদা ময়ুম শো লোম্লম্মী। মখোয়গী অদুন্নাইদা লৈবা মীদা হংবদা কিশোরীদি লম্বেল থোনবা য়াওবা চৎখি, পুং মঙা তারগসু হল্লকই, করিগুম্বা মতম-দনা শুকহনসু হল্লক্তে হায়না হায়রম্মী।

শ্যামসুন্দরনা যাদবতা ভাইহাক্তং ফমদবা য়াদরেদনা হায়দুনা

মখোয়নীমক ফীদা য়াওদনা কিশোরীগী থাংপোকশঙগী মাঙোলদা ফমংহুনা লৈরম্মী।

মখোয়না ফমথবগা পুংখায় অমরোম লৈরগা কিশোরীহু থুংলরে। যাদবনা ভাকুনা মতৈনি হায়বা খঙহুনা কিশোরীনা শ্যামসুন্দরগী মনাক্তা চংলকুনা থুরুম্লম্মী।

শ্যামসুন্দরনা হায়রকই।

কদায় নচাদি ইবেম্মা।

ঙরাং লোইথরে। মপা-মচা নামিন্নবনি মপাগী তুং অহুম ইনথ্রে।

নমা-নচা লোগে লাকপনি। নঙ চৎসিদনা।

ঐহাক থুরুমজরি। ঐ চৎচরোই।

করিগীনো?

ঐ যুম অহ্‌দা করি থোক্লহুনা চঙগনি।

করিনো নঙনা হায়রিবসিবু। নপুরোইবগী যুমদা চঙববু করি থোক্লহুনা হায়বদি?

ইপুরোইবা য়াওনা চঙবা য়ারমন্রবা যুমহুদা মাম্থু য়াওন্রগা ঐনা করি করম্না চঙফম থোকপগে?

অহুবু নঙদি ইবেম্মা, মাগী হুপীনি. মাগী মযুমদা...

ঐবু ঙাকপিয়ু! ঐ বনাবুম্থু শাউজদে. রারোবম্থু তৌজদে। মসি ঐগী হৈনজদবা হায়বহুনি। অদনা ঐবু ঙাকপিয়ু। ঐ চৎচবা ঙমজরোই।

অসি হায়হুনা কিশোরীনা থুরুম্লম্মী।

শ্যামসুন্দরনা মথরায শোক্লা হায়রম্মী—মাবু ঐনা ইম্বোকপা. নঙনা ঐবু ইম্বোকপা। যাদব, য়াদ্রে, করম তৌনি? চৎসি।

চহীনা লুমথরবা সনাখোংনাং অহু লেংঙম শাঙমদনা যাদবকী মরেংবান পায়হুনা হোৌগৎলগা 'চৎলগে' হুদি' হায়রম্লগা চৎখিরম্মী।

---

হরাইবম রনবীর সিংহ

# মৈতৈ চনু

নুপী ! নহাক্তি তংখায় অমনা মীওইবীনি, তংখায় অমনা কল্পনানি, অসুম্না হায়রম্মী কবি গুরু রবীন্দ্রনাথনা ।

পূর্ণিমাগী থাজনা
ঈয়ায়দা শাৎপা থরোগা
পায়মা কোলোয় খোয়দানা,
থরো লৈকা হাংবদা
নুরানা জগোয় শাহুনা
থাবলনা শাবা হকচাংগা—
তাইবংদা অহানবা খোরকখি ।

অসুম্না বর্ম্মীশিংনা শৈশক্নে । পুম্নমক লানবরা ? পুম্নমক অসি কবিতানি । অহুবু তাৎপর্য্যদি চুম্বা তাই । মতুম্না ঐহাক্তি থাজে । নুপীগী রোমাণ্টিক ওইবা মায়খোং অমসু লৈরি । মসি ওইদবা মঙ ভাক নত্তে ।

নুপী ওইবগী অনিশুবা থাক্তা নুপীবু নুপাগী অর্দ্ধাঙ্গিনী হকচাং তংখায ওইবীনি হায়রি । নুপীদি আধামরাগী মবেম্মসু নত্তে, মরম্নাই মপুং ফজরবা নুপাগী মীনায়সু নত্তে । পুন্সিগী অকা-অকুমদা খুজেং পালোইনহুনা ফীহুপ খাংজেৎ শেত্তুনা অরা-মুংঙাই খাইবোক য়েন্নবী, নুপা ওইবগী লোয়নবীনি । পুন্সিগী অভিমানদা নুপানা খুজিং ফাদবদগী য়েৎ-ওয় অনিগী সহযোগনি । মহৌশাগী শেংনকত্রবা লৈপুলনি । মংলৈবাক্তী লাইরেম্বী ওইরম্বদগী তাইবংগী খোঙলোয় ওইরকপদা নুপীবু অমুক হিভে-লুএছন তৌই, হায়বদি নুপীগী মগুণ নোহোনা লেপ্লি । মমলগী অকা-অকুম থরসু থোকই ।

অহুদগী পুন্সিগী থমথেংবা পরীক্ষা কয়া লাকপদা চীংগুম্না লেঙদবী, লৈবাক লৈমগুম্না অথাঙ কনবী, হৈপোদ লৈপালগুম্না কত্তবগী অফবা হনবী, মিংশেলগুম্না তরং-তশেংবী, পেন্সিব এনদিয়োরেন্স এন্দ প্রেসটিনঃ পিয়ুরিটিগী খুদম ওইবী সাবিত্রী, দময়ন্তী অমসুং ইমা সীতাগী মূর্ত্তিবু ভারতকী যুগ যুগকী ধ্যাননা পায়মা পরে চেৎনা নীংজরক্লি । ভারত নুপীগী

পুক্নিংগী শকতম শেম্বদা ভারতকী যুগ কয়াগী ধ্যান অসি য়াওথ্রবনি।রামায়ণ মহাভারতকী আদর্শ পুবা ইরোং কয়া চীংলোন মাপল লাম্না লাকুনা মৈতৈ নুপাগী পুক্নিং লৌবুকপু লৈহাও চেলহল্লি।

তুমিন্না লেঙদবী, পুন্সিগী চীরোল তৌদবা থৌদোক মীয়ামগী চৈফুদা নাচুংদনা থাঙবী, থুৎহন্দবী ইমা সীতাগী লম্বী অসি ঙাকুনসু মৈতৈগী পুক্নিং পেস্ত্রি। পুন্সিনা মহাকপু য়ৈশিল্লকপগুম, পুন্সিবুসু মহাক্না য়ৈহৌনা শেম্বা তুম্মিন্না থাঙবগী মহুত্তা পুন্সি অসিগীদমক অরেপ্পা মশক অমা থঙলগা পান্দম অহু য়োনবা থৌনা ফনা প্রতিক্রিয়া তৌহনা পুন্সিদা অপাম্বা মশক পীবা, পায়মা থোয়জংবী পাথৌ তেমশিংনবী নুপীবু মৈতৈনা পাম্মী। অরানববু শীংনবী মোইরাং থোইবীগী লেপথ্রবা পুক্নিংনা মরিং-জেন থারবা মপাবুং চীংথুবগী খুজিনবু চৎলু য়াদবা ; অহুগা অমরোমদা পম্মৌ মাগী লম্মনসু নোংদোন মানা রাংবরা পম্মৌ মানা মরাংই, মালেম মানা লুম্বরা পম্মৌ, মানা মরুমই, অসিনা পম্মৌ কাদা অকন-অরীং শীং-নরুবসু য়াদবা ; মতাং অসিদা মশাদা অরাবা কয়া পীজহনা লৈমরেন লাঙঙোন চঙথোনবী থোইবীনা পায়মা পুক্নিং চেৎনা লমন খুমথি, চীংথুবা পুক্নিং ওলহনখি। মসি নুপী ওইবগী এপ্রেসিব পিন্নিরিটিনা নমহনা লৈরম্বা চীংথুবগী মমিত্তা নুপীগী মগুণ অমম্বুং মমল তাকপনি। কুম্বি তেরা থাদা নোংবানগী লাংদা তারবদা নুরানা মরৌ তৌহনা য়াঙ্গোই থুরাপ থৌহনা, নুপা নত্তা নুপাগুম, মনাৎ নত্তা সরারগুম, থোইবীনা ওম্বা নাম্মোকখি। নুরাগী ইজ্জৎপু করেম্নবদগী থোইবীনা হোনবী দগু পীবদা নুরাগী পুন্সিগী ট্রেজেডিসু থোকখি। থোকচমু মৈতৈ চনুদি অরানবা তুমিন্না থাঙবী মশাতনা লাঙদবী অবলা নত্তে পাথৌ পোকপী পাথৌ তেমশীংনবী নীংথিবা অফবা পুন্নমকপু শেম্বী প্রকৃতিনি। মৈতৈ চনু থুদিংমক্তী পুক্নিংদা মুৎলি মুৎলিদা ওইরবসু মোইরাং থোইবীগী অরাংবা ফিদম অসি ঙাল্লি। শোয়দে হায়দে শোয়, লান্দে হায়দে লাল্লি। অহুবু য়াম্না মগুং হৌজিনবা মওংদা, যুগ কয়াগী লাইনীং অসি, মৈতৈ চনুগী পুক্নিংগী মীওই শেম্বদা য়াওথ্রবনি।

হবাইবম রনবীর সিংহ

# মী অমসুং সমাজগী চাওখৎ খোঙথাং

মীওইবগী সমাজ অসি চাওখৎপগী লম্বীদা চঙশিল্লিবরা ? চাওখৎপা হায়বসি করিনো ? য়ুম-কৈ, ফিজেৎ-চাকচা লম্বী-থোং, ঈ-পাউ চখোক-চৎশিন, চাখোক-পোখোক বিজ্ঞানগী অমসুং টেক্নিক্কী মরমদা য়েংলুর-বদি য়াম্না চাওখৎলে। খৃষ্টগী শতাব্দী (চা-কুমশীং) ১৯ শুবগী লোইরম-দাইদগী হৌদুনা ২০ শুবা অসিগী মতুংদা চাওখৎপগী খোংথাং অসি য়াম্না হেন্না, মথং মথং থুগৎলক্লি। অদুবু মীওইবগী অন্না-অনাগী চাংসু হেনগৎ-লক্তবদি নত্তে। মরমদি হৌখিবা চহি লীশিং অনী, লীশিং অনী চামঙা-রোম অসিগী মতুংদা মীওইবগী 'রিজদম জ্ঞানদি খোইনা চাওখৎপা উদে। খৃষ্টগী মমাঙগী অরিবা গ্রীস বুদ্ধদেবগী মতম অমসুং মদুগী মমাঙগী ভারত অমসুং অরিবা চীনগী জ্ঞানদগী হৌজিক্কী মতমগী জ্ঞাননা হেন্নে হায়বা য়াকম্ থোক্তে। বিজ্ঞানদদি মীওইবা অসি য়াম্না চাওখৎলে, জ্ঞানগী মরিদদি চাওখৎলি হায়বা য়াদে।

বিজ্ঞাননা চাওখৎপসি অঙকপা ফংলে। অরাপ্পা হায়বদু লৈখিদরে। ঐখোয়গা আমেরিকাগা য়ুম লোন্নরে। গ্রহ উপগ্রহশিংগা পাউ চৎনরে। মদুগী মতীক মীওইববু অমসুং পৃথিবী অসিবু কয়ারক হন্না উৎ ওইনা মাঙহনবা ঙম্বা থুৎলাই ময়ামসু পৈখৎনরক্লে। অসুপ য়াম্বা শক্তি অসিদি লাইতনা পায়রগা মতীক চাগদবনি ; অদুবু মশাগী নক্রগা কাঙলুপকী ওইজবতা থিবা মপুক্লিংগী মথীকনেম্বা মীগী মথুত্তা হৌজিক্তি লৈরে। মসিদগী হেন্না কিনীঙাই লৈতরে। বিজ্ঞানিকশিংনা থন্নে, থাগী খোংচৎ থৈরকুনা পৃথিবীদা, থেংলরবা নক্রগা ধূমকেতু অমগী মরম থোক্লেদুনা পৃথি-বীগা থেংগাইনরবা, নক্রগা পৃথিবীগী গর্ভ মতুংদগী করিগুম্বা মওং অমদা হু চেনবা গ্যাস য়াম্না কাপথোরক্লবা, নক্রগা হুমিৎকী মৈশা অসি লোই-থোকখিদুনা ঈংথরক্লবা মতম অদুদা পৃথিবী অসি মাঙবা য়াই। অসি পুম্নমক

অসি অরাপ্পা ওইথোকপা য়াবা ঙাক্তনি। হৌজিক হৌজিকী কিনীঙাইদি লম্নাইগী অমদি কাঙলুপকী ওইজবা থিবনা মিৎ তাংহল্লবা মীওইবগী থুক্তা অসুপ য়াম্বা আসুরিক শক্তি মাঙহন্নবগী থুৎলাই পৈত্নুনা লৈগ্রিবা 'অসিনি। অরানবা হিসাব অমদগী নত্রগা থুচিৎ-থুৎনানথোক অমদগী পৃথি পুম্নমক চামরক হন্না উফুল ওনবা য়াবগী মওংদা লৈরে। হৌজিক মায়কৈ অমরোম্না —লিমিটেৎ নিয়ুক্লিয়ার ৱার হায়বদি লম মচি অমত্তদা তৌবা পরমানু শক্তিগী লানগী থৌরাং তৌগনি হায়না শেম শারি। মায়কৈ অমরোম্না হায়রি অসিগুম্বা লান্দি লম মচি অমত্তদা তৌবা য়ারোই, লোইনা তুম্না মাঙগনি। কেমিকেল বাইয়োলোজিকেল ৱারকেয়ার হায়বদি রসায়নগী অমসুং অনাবগী মহীক মনাই শন্দোকপগী লানগীদমক শেম শাবা হৌনরক্রে। মমাঙভৈদা, ইতিহাসকী মমাঙগী যুগতা চাউরা চাউরবা মপাঙ্গল কল্লবা জীব মথল কয়া—মতমগী মতুং ইন্না ওল্লক্লিবা মহৌশাগী মওংগা চাননা ওনবা ঙমহৌদত্নুনা মাঙখ্রে ; শরু ঙারুতা মঙাইহৌরে। মীওইবনা হৈমন শিংমনবদগী, মশানা পুথোরকপা অওনবা ফীভম ময়াম অসিগা চাননা ওনবা ঙমদবদগী মুৎথ্রবা জীবশিংগী থুক্তুং ইনথিবা য়ানা লৈরে। মসিনি ঐথোয়গী থাইদগী চাউবা ৱাহং।

পৃথিবী অসে হৌজিক লম্বী লমলোং অমদা লৈরে। লাঞ্জাও অমা থোক্তুনা মীওইবা জাতি অমসুং মীওইবগী সভ্যতা অসি য়াম্না শাথিনা মাঙ-তাকপা থেংনবা অমা, নত্রগা মান্নবা, মতেং পাংনবা অমসুং চাওখৎ-মিন্নবগী মওংদা মীওইবা পুম্নমক থোমজিন্দুনা মীওইবগী সভ্যতা অসি কনবা অমা, লম্বী অনী অসিগী মনুংদা অমা থনবা তারে। কনবা তারবদি হিয়ুমেন সিবিলাইজেশন, মীওইবগী সভ্যতা অসি ওইনা পুম্না কনবা তাবনি। মুক্তবা অমসুং লান তৌবদি য়াম্না শাথিনা থুদোং থীনিঙাই ওইরে। ঐগী ঐগী জাতি, ঐগী ঐগী লৈবাক্তমক কনবা য়াররোই। পৃথিবীগী মচাক মরল পুম্নমক মীওইবা পুম্নমক্কী য়াইফনবদা শীজিন্নবা তারে। মসি-গুম্বা মওং অসি পুরক্তবা অনৌবা ৱাখল অমসুং অনৌবা পান্দমদা কথো-ক্লবা অনৌবা মীরোল অমা পুথোকপা তাবনি।

অফাওবা বৃটিশ ইতিহাস লেংবা প্রোফেসর আর্ণোলড টোইনবীনা মহাক্কী অচৌবা লাইরিক "দ ষ্টদি ওফ হিষ্ট্রি" হায়বা—অদুদা সভ্যতাশিংনা পোক্লকপা, চাওখৎলকপা অমসুং লৈখা তাখিবগী ফীভমশিং অদু কুপ্না য়েংলগা পুখোক্লি, সভ্যতাশিংনা হৌরকপা অমসুং চাওখৎলকপা অসে, জাতি অমনা মকোক থোংলকপদগীসু নত্তে, অকোয়বদা লৈরিবা ফীভম ময়াম অদুনা মশানা তাকবা ওইনা হেক্তা পুখোরকপসু নত্তে। মী-ওইবা সমাজনা অকোইবদা লৈরিবা ফীভম ইনভাইরোনমেন্ত অদুগা চাননবা হাৎনৈ, অগুম্বা মফমদা ফীভমশিং অদু মখোয়গী থুদোং চানবা শেমদোকই, ঙমদবা মফমদা মীওইবনা ওনবা য়াবা ওন্দুনা ফীভমশিং অদুগা চাননবা তৌই। মসিবু এনভাইরোমেন্ত কৌই। ফীভমশিং অসিনা মরুওইবা মওংদা ওল্লক্লবদি মতুনা সমাজ অদুদা চেলেঞ্জ হায়বদি শীংনবা অমা ওইরে। শীংনরিবা অসি থেংনদুনা নাকল অনিগী মরক্তা হায়রোনি চানবা অমা পুরক্লবা তৌবদা হোৎনখ্রিবা, য়াখিবা ময়াম অদুদগী সভ্যতা পোকই অমসুং চাওখৎলি। হিংবা হায়বা অসে জীবনা ইনভাইরোনমেন্ত হায়বদি অকোয়বদা লৈরিবা ফীভম ময়াম অদুগা চাননবা এদাপটেশন তৌবগী অতৎ-অথম লৈতবা প্রোসেস থোরম পরেং অমনি। অকোয়বা অসিনা ওনথ্রবা, অদুগী মতুং ইন্না : এদাপটেশন তৌবা অদুসু মায় পাক্লবা, অদু ওইরবদি প্রোগ্রেশ চাওখৎপা হায়বা অদু ওইরে। অওনবা অদুনা থুমনখিবা নত্রগা থংলাক লাকখিবদগী এদাপটেশন তৌবা ঙমহৌত্রবা অদু ওইরবদি জীব অদু মুৎখরে। সমাজগীসু অদুমঙাই। টোইনবী প্রোসেসনা মসিবু চেলেঞ্জ এন্দ রেসপোন্স শীংনবা অমসুং পাউথুম পীবা কৌই। পাউথুমগী মতীকচাবা চাদবগী মতুং ইন্না অকা-অকুম থোকই।

মমাঙলৈদগী সভ্যতাশিং থেংনখিবা শীংনবদি মপানগী মহৌশাগী ওইবা, মচাক মরলগা মরী লৈনবা চেলেঞ্জ ওইনা তৌরম্মী। মতুংগী সভ্যতাশিংনা থেংনবা শীংনবদি পুক্নীংগী ওইবা, আধ্যাত্মিক ওইবা মওংগী

চেপেঙ ওইনা তৌই। চাওখৎপা অসে হৌজিক্কি মচাক মরলগী অমসুং টেক্নিক্কী চাওখৎপগী মতুং ইন্না ঙাক লেপ্পা য়াত্রে। অচুম্বা, ফজবা অমসুং ধর্ম্মবু পামজবা মী পুম্নমকপু মান্নবা লোয়নবা, চানবীহৈবা, তোম্ন-তারবগী মীহুৎশি চাউবা, মীওইবা পুম্নমক ইমুং অমত্তা ওইনা থনবা অসিগুম্বা পুক্নীংগী ফজবা মগুণশিংঙনা হৌজিক সভ্যতা অসি কনবা ঙমগদৌরিবনি। ধর্ম্মগী জাতিগী রাষ্ট্রগী মিংদা নাইত্তোম তানীংবা কাংবুশিং অহুনি মসিনা অপনবা পীরিবা অসে। মীওইবগী ইনটেলেক্ট, রাখলগী শক্তিগী মিত্রং ময়াম উরে; মীওইবগী পুকচেল্দি হোংদনা রাজনীতিগী, অর্থনীতিগী, আইন--কানুনগী সিসটেম কয়া পুখোক্লনা সভ্যতা অসি কনবা ঙমগনি হায়বা থাজদে। যুগ অমা লোইরে, যুগ অমা লাক্লে। মীওইবগী পুকচেল হোংহন্না আধ্যাত্ম শক্তিদা যুক্ষম ওইরবতদা মীওইবগী সভ্যতাগী অনৌবা মহৈ চুম্বা পুন্সি লাক্কনি। অনৌবা জমানা অসিগী মরু হনগদবদি মী অমমমগী পুক্নীংদা মহাক্কী আত্মাদা, অহুগী মতুংদা মপানগী সমাজদা।

সভ্যতা খুদিংমক পুন্সি হিংবগী মওং অমনি। সভ্যতা খুদিংমক ধর্ম্ম হায়বদি লেঙদবনি হায়না লৌবা সিষ্টেম অফ ভেল্যুজঃ পান্দমশিংবু ফোঙদোক্লবা শিনবনি। ভেলুশিং অসিদা থাজরিবমখৈ, মতুনা সমাজ অহুগী মীওইশিংদা ধর্ম্মগী ওইবা পুক্নীংগী অকনবা শাফু অহু পী। ভেলুশিং অসি থাজরক্তবদা সভ্যতা অহুগী নিয়ম, কানুন সংস্থান পুম্নমক অহু মথরাই য়াওদবা মওং ওইরকই। নাৎসিজম অমসুং কোম্মুনিজমগু অর্থ অসিদা সেকিয়ুলার রিলিজন লাইদি থাজদবা ধর্ম্ম মথলনি হায়না লৌবা য়াই। মরম অসিদগীনি মখোয়গী ভেলুশিং অহুদা চেৎনা থাজবা কাঙবুগী শাফু অসি য়োনা কল্লিবা। সভ্যতা অমমমগী মশক অসি মীওইবগী হৌনশা অমসুং মহাক্কী পম্বৎফমগী মরিদা লৈবা রাখল ফিরেপ অহুগী মতুং ইল্লি। মী হায়বা অসি শা মরক্তা খাইদগী হেন্না হৈশিংবা য়োং মথল অমরা মহাক অসি দিমান্দ অমসুং সপ্লাইগী, অমদি ক্লাশ খেৎনবগী আইনগী মথা পোনবা অর্থনীতিগী জীব মথল অমরা? মহাক অসি রাজনীতিনা

ময়োল ওইবা শা মথল অমরা ? নত্রগা মঙোন্দা মঙালগী ওইবা মীওইবগী তোপ-তোপ্পা শরুক অমা য়াওরিবরা মতুগী মতুং ইন্না মহাক্না সংসার অসিগী ওইবা পুন্নমক লেঙদবা সত্যগী মথা পোলহনবা তাবা।

হৌজিক অসি নেচরেল সাইন্স প্রকৃতি বিজ্ঞান অমসুং মেছিন্না সুপ্পা জগৎনি। মীওইববু মেছিন মথল অমা ওইনা য়েংনীংবা মতমনি। বিহেবিয়ারিজমনা মীওইববু হকচাংগী অমসুং কন্দিসন রিফ্লেক্সকী মথা পোনবা মেছিন ওইনা উৎলি। সাইকোএনালিসিসনা মীওইববু সব-কোনসস ইমপলস শিংগী মথা পোনবা ডাক্তরশিংনা শেম-দোক-শেমজিন য়াবা জীব অমা ওইনা উৎলি। মার্ক্সিষ্ট শিংনা মী-ওইবগী পুক্নীং অসি সমাজগী অমসুং অর্থনীতিগী ফীভম ময়ামগী বাইপ্রোদক্ট হায়বদি মশা ওইবা পোথোক ওইনা লৌই। মার্ক্স না হায়রম্মী, "মীওইবগী পুক্নীং রাথলনা মথোয়গী লৈবগী মওং অতু লেপ্পা নত্তে। মতুগী মহুত্তা মথোয়গী সমাজদা লৈবগী মওং অতুনা মথোয়গী পুক্নীং, রাথলগী মওং লেপ্পনি" মহাক্কী মোৎ চৎপশিংনা মীওইবগী পুক্নীং রাথল অসি ইপিফেনোমেনন লৈতেং পোথোক ওইহনখ্রে। মোৎ অসিগী মতুং ইন্না সমাজগী ফীভম ময়ামদি ইতিহাসকী থিঙঙমত্রবা নিয়মগী মতুং ইন্না ওল্লি, মতুগী মতুং ইন্না মীওই খুদিংমকসু ওল্লি, মীও-ইবগী পুক্নীং রাথলসু মতুগা কোয়না ওল্লি। স্পিনোজানা হায়রম্মী, তারক্লিবা সুং অমনা, রাথল থনবা ঙম্রবদি, মপানগী মরমশিং অতু খঙ-দবদগী, মশানা তানীংহুনা তারিবনি হায়না খল্লমগনি।

অসিগুম্বা মোৎ অসিদা মীওইবগী অশেংবা দিগ্নিটি ইকায় খুম্নিংঙাই ওইবা মওং অতু লৈতরে। মী হায়ব অসি হৌজিক্কালগী মেথিন্না শীজি-ন্নহুনা জাতীয়তাবাদকী ক্লাস কনফ্লিক্ট শ্রেনী থেংনবগী নত্রগা অতোপ্পা মরম অমগী থুংলাই ওইননবা সার্কসকী শাগুম্বা তম্বীগদবা মচাক ওইরে। মসি মীওইবনা মশানা থেংনজবা, অমসুং মহাক্কী খাইদগী অচেৎপা অমসুং মপুং ফাজিনবা থাজবগদি মামত্রে। থংনরিবা অচৌবা ধর্ম্ম পুন্নমক্না তম্বি,

মীওইবগী থম্মোয়দা ঈশ্বর লৈ, মীওইবদা অচুম চুমদা খন্নবগী বিবেক জ্ঞান লৈ, অচুম অরান খনবা ঙম্বগী শক্তি অসিনা মীওইববু জীব অতৈদগী খেন্নহল্লি, অমম্বুং মরম অসিদগী মীওইবগী পুক্নি অসে অশেংবনি। মী হায়বা অসি খুৎলাই ওইনডা শিজিন্নবা তৌহৈদে, He is a member of a kingdom of ends পুক্নিগী খুজিংদি মী অমমম অসিনি। অফবা, অনৌবা, অচৌবা, ফজবা পুখোরক্লিবা পুন্নমক অসে অহানবা মী অমনা পুখোরক্লগা মতুংদা মী অতৈদা অমম্বুং মথং মথং সমাজদা শম্নোরকপনি। আদর্শ পান্দমগী মশক ওইবা সমাজ অমদা মী অমমম অসিনা ক্রিয়েটিব হায়বদি অনৌবা শেম্বগী তাঙ্গা পীগদবনি। নত্রবদি ওল্লক্লিবা কীভম ময়ামগা চাননা ওনবা ঙমদদনা মীওইবা অমম্বুং মীওইবগী সভ্যতা মুৎথিগনি। অসিগুম্বা গনতন্ত্রগী ভেল্যুজ অসে মীওইবগী হিংহৌনবগী-দমক য়াম্না মরু ওই।

প্রোগ্রেশ, চাওখৎপা হায়বা অসে মুবমেন্ট. খোংচৎ অমনি, মসিগী ডাইরেক্সন চৎপগী মায়কৈ অমম্বু অহৃগা গোল পম্বুংকম অমম্বু লৈকম খোকই। হিটলরনা হায়রম্মী, মী অমমমগী মরন্নাইগী ওইবা মফম লৈতে, রাষ্ট্রতনি অরেপ্পা রাষ্ট্রগী পুক্নীং ফোঙদোকলিবনা পার্টিনি। বেঙ্ক ফেক্টরী রাষ্ট্রিয়করণ তৌবগী কান্নবা লৈতে, এখোয়না মীপুম খুদিংমক সেমিয়েলাইজ তৌরে। সমাজনা চাওখৎকে হায়রবদি অসি-গুম্বা মায়কৈদদি চৎপা য়াদরে। সমাজ অমদি সভ্যতা হায়বা অসে হেক লিংবদা ফ্রিদম খরদি মনাংলে। মরু ওইবা ফ্রিদম. কন্নবা, মরু ওইদবা ফ্রিদম খরা থাদোকপা অসি সমাজ খুম্নাই অমা লিংবদা তঙাইফদে। রাজনীতিগী, অর্থনীতিগী অমম্বুং সমাজগী ওইবা ফ্রিদম কয়া ঙাক্তুনা থম্বনা গনতান্ত্রিক সমাজগী মওংনি। পুন্নমক অসিগী থাইদগী মরু ওইবদি স্পিরিচুয়েল ফ্রিদমনি। মহাভারতনা হায়রি,— আত্মাগীদমক পৃথিবী থাদোক্লদবনি।

---

রাজকুমার সনাহল সিংহ

# মৈদিংঙু গরীবনিরাজ হাকথক্কা মণিপুরী সংস্কৃতিগী য়াওন

খৃষ্টগী তরানিপালশুবা শতাব্দী হৌগৎলকপা মতাং অসি মণিপুরগী ইতিহাসতা অনৌবা যুগ অমা হোরে। বাদশাহ ঔরঙ্গজেবনা খৃষ্টাব্দ ১৭০৭ তা শিখিবগা লোয়ন-লোয়ননা মোগল সাম্রাজ্য কাং-খোং চাইবা হৌরকপা মতাংনি। মতাং অসিদা মণিপুরগী রাজনীতিগী অতিয়াদা মংলম্বা নোং হাইদোকখিহ্না শেংলক্লে। মতাং অসিদা মপৌনা মরিংজেল লৈবা অমম্বুং তৌবা ভম্বা নিংথৌ অমা মণিপুরদা থোরক্কবা য়াদবা অহুগুম্বা মতাংনি। মতাং অসিদা খৃষ্টাব্দ ১৭০৯ দা মৈদিংঙু তুর্বী চরাইরোংবনা নোংগারবদা মজা ইবুঙো গরীবনিরাজনা ফম্বাল কাহ্না মণিপুরদা নিংথৌ ওইহ্না পানখি। মৈদিংঙু গরীবনিরাজ খৃষ্টাব্দ ১৭০৯ দগী খৃষ্টাব্দ ১৭৪৮ ফাওবা চহী ৩৯ মণিপুরদা য়েক্ক-তিংখং লৈতনা খুৎকম পাঙম্না পাল্লমই। নিংথৌ অসিগী মিং পামহৈবসু কৌই, খোংনাং ময়াম্বসু কৌই; গোপাল সিংহসু কৌই। মহাক্কম্বা শা-লান্দা হৈশিংবা, থৌনা ফবা নিংথৌরেল মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মরক্তা অতাঙবনি। ঔরা লৈবাক্কা লান্দাহ্না মৈতৈগী লানভম ফিরাল থেংখিবা, অরাং ব্রহ্মদেশকী চেগাইন কৌবা মফমদা লৈরিবা ঔরাগী মমিং চৎলবা কাউমুদো পেগোদাগী মনাঙ থোংজাওদা ঔরা জয় তৌরমই হায়বা খুদম চারোন-শুরোন কয়া ফাওবা নীংশীংহ্না লৈহৌনবা থাহ্না য়ান্নুনা থাঙফম থনম্বা নিংথৌরেল অহ্ মৈদিংঙু গরীবনিরাজ অসিনি। নিংথৌরেল অসিগী মথৌনাবু ইতিহাসকার গেইট সাহেবনা অম্বুকী মতিক থাগৎলমই মতুদি মহারাজ গরীবনিরাজগী লানগী ফিরাল অহ্ নুংশিংনা হুমদোক্লমজ্রবদি ব্রহ্মদেশ অপুম্বা অসি নিংথৌরেল অসিনা লৌশিনবা য়ানা লৈরম্বনি, অসি য়েৌনা থাগৎলমই। ঔরাগা

তখেলগা লৈবাক অনীনা লৌতুনহুনা মতম অমত্তদা মায়কৈ অনীদগী তক-শিল্লকুনা লাম্দারক্লবদা নোংশাগী লিংজেল চেনবা নিংথৌরেল অসিনা মায়োক য়াহুনা ঔরা অমসুং তখেল তেঙ্গোল অনীমকপু মায়খীবা পীথ।

মহারাজ গরীবনিৱাজনা নিংথৌ ওইবদা রাষ্ট্রবিপ্লব অমা থোকহনখি-বগুম্না মহাকথক্তা ধর্ম্মবিপ্লব অমসু থোকহনখি। নিংথৌরেল অসিগী ধর্ম্মগী বিপ্লব অসিনা মণিপুরনা ভারতবর্ষগী অতৈ অতৈ লমগা সংস্কৃতিগী মরী লৈনবগী লম্বী লাওনা ফাংখি।

মপাইবুংঙো চরাইরোংবা সনা হাক্তকগী মণিপুরদা বৈষ্ণব, শৈব অমসুং শক্তি ধর্ম্ম তোংন য়ান্নৰা চৎলকপা ধর্ম্ম অসি মহারাজ গরীবনি-রাজনা স্না লৈবাক কল্লকপা মতাং অসি ফাওবা চৎলমই। উমং লাইন-চিংবা মৈতৈ লাই অয়াম্বসু মতম কুইনা লাত্নুনা লাক্লি।

মহারাজ গরীবনিৱাজনা বিষ্ণু নীংলম্বগী প্রমাণদি "নিংথৌরোল" হায়বা লাইরিক অহুদা অমুম্না ইহুনা লৈ— "মৈতৈ নিংথৌ জয় শ্রীগরীব-নিরাজ মহারাজ শ্রীগোমতি মহারাণীদনা লৈপাকপু সেংহল্লকে হায়না বিষ্ণুগী অংশনা পোক্লকপা নিংথৌ অতুনা বৈষ্ণবকী থুয়া উফুল অতুপু কোকথক্তা থোংনা য়াচরে।" মহাকথক্তা কালিকা অমসুং কৃষ্ণগী লাইশঙ শঙ্গাখি। মতাং অসিদা চৈথারোল কুম্বাবদা অমুম্না ইরি: "চোংথাম লৈশংগী কুম শক ১৬৩৮ লমদা থা ৭ নি শগোলশেম্দা কালিকাগী কিয়োং (ফুরা) শঙ্গাইএ। পুথেম ইথাইগী কুম শক ১৬৪৪ থরান ২২ নি যুমশা-কৈশাদা কৃষ্ণগী কিয়োং ( ফুরা ) শঙ্গাইএ।"

মণিপুরদা তোংন য়ান্নৰা চৎলক্লিবা ধর্ম্ম ময়াম অসিগী মহুংদা বৈষ্ণব ধর্ম্মনা অমুন অসুম লাকশিল্লকুনা লৈবাক অসি তংখায় চল্লক্লে। অসিগুম্বা মতম অসিদা শ্রীহট্ট জিলাগী নরসিংহ টিলাদগী শান্তদাস কোবা রামান্দী ধর্ম্ম চৎপা নিপা অমনা মহাক্কী চেলা ভগবানদাস, নারায়নদাস অনীগা লোয়ননা মণিপুরদা ধর্ম্ম শন্দোকপা থুংলরে। গরীবনিৱাজ নিংথৌনা শান্তদাসপু মহাপুরুষ অমা লাকপগী হৌনবা সেবা তৌহুনা থমখরে। হন্দক

শান্তদাশ মথন্তনা মণিপুরদা খোঙদারকপা অসিনা মণিপুরীশিংগী মরাইবক থীবা হায়রগত্রা মরাইবক ফবা হায়গত্রা, মণিপুরদা ধর্ম্মবিপ্লব অমা থোক-হনথি। শান্তদাস মথন্তনা মণিপুরদা থুংলবা মতাং অসি "সনামহী লাইকন" কৌবা লাইরিক্তা অম্বুম্না ইরি—"তুবী চরাইরোংবা সনা হাক্তক্তা হিন্দু লমচং হাপ ক্ষেত্রি লীচং লেপকে নীংলম্ববু খোইয়ুম নোংদম মতুং ইন্না নোংগাখিরে হায়দবরা ? বিষ্ণু থয়াং মতানপোম তিনখরে। লিক্লাই মপারি খোংনাং ময়াম্বা নিংথৌ সনা মহাকথক্তা বামোন গঙ্গাধর কৌবদা সাঁখ্য ধর্ম্ম লোনা পোইরৈ সনা লৈবাক ঙাক্লবদা ময়ু খোইয়ম লাইয়িং-থৌনা ইনোংয়াই অসিদি লাইনীং মহৈ পাল্লরোই হায়বগী শ্রীহট্ট মপুং-য়াইগী শান্তদাস বৈরাগ্য অথোইববু কৌথোকলুইএ। ভগবানদাস, নারা-য়ণদাস অনীমক্তা ঙাইরোইনা পোইরৈ পুংদা য়াইথুংলরে।"

"মিয়াং" হায়বা মৈতৈ পুরান অছুদা হায়রি— 'অসিগী মতুংদা শান্তদাসনা নিংথৌ শেনবা য়াইরেকশঙদা লৈরে। নোংচুপ লমগী লম্বোইবা অমা য়ারেকশঙদা থুংলরে হায়বা তারে। নিংথৌ শেনবনা নিংথৌদা হায়রৈএ—ননাই ঐখোয়গী শঙদা লম্বোইবা অমা থুংলরে হায়না নিংথৌদা হায়বদা মহু ওইরবদি ঐ চত্নুনা উনগে হায়না থোক্লক্লে। নিংথৌগা শান্তদাসক্তা উনখরে। শান্তদাস নিংথৌনা লুনা তৌত্নুনা মহাক্তী চেলা অনীগা লোয়ননা হুঙাইনা লৈরক্লে। শান্তদাস মহাক্তী য়ামান্দী ধর্ম্ম অছু শম্লোক্লবা হোৎনবদা লৈবাক প্রজানা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা থন্নায় লুপথিবা মতৌ অছু উবদা তল্লাই তরাইবা হেক ঙমখিদে।

শান্তদাস হনবা মৈতে, মহাক্তী হোৎনবা লেপ্পা লৈতে। মৈদিংঙু গরীবনিরাজগী বৈষ্ণব ধর্ম্মদা অচেৎপা ভক্তি উবদা শান্তদাসকী থবক মওং অমা হোংখরে। মহাত্মা বৈষ্ণব ধর্ম্মবু থাগৎ থাগৎলগা নিংথৌরেল গরী-বনিরাজবু য়ামান্দী ধর্ম্মদা দীক্ষা পীনবা হোৎনরক্লে। মতাং অসি "সনামহী লাইকমদা" অম্বুম্না ইরি-'হে মণিপুর লৈমাবা গরীবনিরাজ মহারাজও তুবী নঙনা চৎলিবা গৌরিয়া ধর্ম্ম অথোইবগী ভক্তি রত্ন অচৌকপা অসিদি মোমত্নু

মুজ্জা শকহেনবীনে। নমু মীগী লনবু থৌত্থ মুংছুম ওইনা নীংবা যোমহু চেংলৌ শক্তোই হেনবীশিংবু পলেম মমা পোকমাবীগুম উরবা পামেল উগুম থাংহৈবা মালেম লৈময়োনগুম ময়ারবা, নমু মীপুম খুদিংবু থৱায় অমত্তা ওইনা থৌজাল তাইহেল নাইদনা চেংলৌ মীশক য়েংদরবা অসি-শিংগী লমচৎ হৌনশানে। গৌরিয়া লাইমরু রসরাজ মুত্তি শংশংবা যুগল-ব্রহ্ম চংখোনবগী গৌরিয়া লাইরমলেন অসিদি পোইরৈ মী অয়াম্বনা তৌগমলোই। মহারাজগুম্বা লাইবক ফবা ইন্দ্রি পুক্নীং কন্না মিৎয়েং চৌইদ য়ামদরবা, কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ মরম মরিবু শমু হক্তা পক্তরিবশিংনা লমচৎ মতীক ওকনা তৌগময়ে। ক্ষেত্রি লমচৎ হৌনশা পোইরৈ লৈবাক ঙাকনবদি সনা অযোধ্যা মপুরেন শ্রীরামচন্দ্র লাইয়িংথৌগী অচেৎপপু তৌরবগুম চৎঙমঙৈনে হায়না নীংখল্লে।'

অসুম হায়বা শান্তদাসকী মন্না তাবদা মৈদিংঙু গরীবনিৱাজগী সনা পুক্নীং ওনগ্রে।"মিয়াৎতা শান্তদাসনা নাম পীগে হায়বা মত্তাংদা নিংথৌনা খুমখিবা অমসুং লৈবাক্কী অঙম্বশিংগা তান্নহুনা নাম লৌবা য়ানখিবা অহু অসুন্না ইরি, 'নিংথৌনা খুমএ--হে লম্বোইবা ঐগী লৈবাক্কী মত্রি লৈরিএ। ঐবু ঙম্বা অঙম্বা লৈরিএ। ন্না তান্নখিগে হায়হুনা কোক্সুংদা চংগ্রে। লৈবাক মীয়াম তিল্লে। নিংথৌনা লৈবাক্কী অঙম্বদা হায়এ— নোংচুপ লমগী লম্বোইবা অমা লাক্লে, নাম পীগে হায়রে। নঙনা নঙনা নীংবা হায়রো হায়রবদা লৈবাক্না খুমএ—হে নিংথৌ-ও ঐখোয়দি করি খঙবা? নিংথৌনা খল্লগা অসুম তৌসে হায়বা মতুং ইন্না তৌসে হায়না লৈবাক্না খুমএ। অহু ওইরবদি মানা পীরসনো য়ারসে হায়না তান্নরে।' লৈবাক্না য়ারহুনা গরীবনিৱাজ শকাব্দ ১৬৬১ ইঙা থাগী ৫ নি পানবদা রামান্দী ধর্ম্মগী তারক মন্ত্রদা দীক্ষা তৌরে। গরীবনিৱাজনা মবাই হাওবমগী অকোংবদা লৈবাক মীয়াম মমাঙদা মহারাজনা খুবাক লোংনা য়ারে অহুগা চক্র কন্দলি কৌবা ব্রাহ্মণ অহুনা বেদ মন্ত্র শোন্দুনা আহুতি ঘী হৈরিঙৈদা নিংথৌরেল অসিনা নোং-খিল চাইবী অমসুং পীতাম্বর সিংহ তুবী চৱাইরোংবগী মচানিপা ঐদি

শ্রীরামচন্দ্রবু নত্তনা অতোপ্পা লাই অতৈ অমা নীংলরোই, চীংঙু রাম নামুংববু মিৎয়েং থুক্ষম হোংদনা নীংজরগে, হায়না রাশকখি। মতাং অসি "সনামহী লাইকন" কৌবা মৈতৈ পুরানদা অস্মুম্না ইরি — 'লাইরেন মৈদিংঙ্না পাইরোরেম অকোং হাওমচা-ও পোইরৈ পুম্না মাঙলে, রাঙম পুম্না তিম্না রাশরুসে হায়খিয়ে। পোইরৈ পুম্না তিল্লে। লাইরেন মৈদিংঙ্না থুৎপাক লোংনা য়া, চক্রকন্দলি কৌবনা বেদ মন্ত্র শোন, আহুতি ঘী হৈরিভৈদা লাইরেন মৈদিংঙ্দি য়াওরা খোজেল রাংনা ঐনে ঐনে নোংখিল চাইবী মপারী শ্রীপীতাম্বর সিংহ তুবী চরাইরোংবা মপারী হীরাচিংবা থাঙগুম্বদি ঐনে। খোইয়ম অয়াম্বদি নীংলরোই, চীংঙ্রাম নামুংববু মিৎয়েং থুক্ষম হোংদনা নীংজরগে হায়না রাশকখিয়ে।'

মৈদিংঙ্ গরীবনিরাজনা রামান্দী ধর্ম্মদা দীক্ষা তৌরবদা শান্তদাসনা মৈতৈ লাই পুম্নমক শ্রীরামচন্দ্রদা লোইনা তিনবনি হায়না তাকপীখি। মতুমক "সনামহি লাইকন" কৌবা লাইরিক্তা অস্মুম্না ইরি—"নোংখিল চাইবী মপারী গরীবনিরাজ নিংথৌরেন্দা পাওমেনখিয়ে—সনা মপুরেন রঘু উত্তম থোইথোইবা অত্থদি খোইয়ুম লেংনা মালেম শেম্বা মাঙহনবা পুম্নমক চীংঙ্ সনা মহকশাংদা তিনবা লাইমরুনে। খমলাং নখোয়গী পাপললাই ইরেং নখোয়গী পুপাল্লাই খিবিক্তি রামপ্রভু মহকশাংদা তিনখিরো পাওমেল্লময়ে।"

রামান্দী ধর্ম্ম লৌবা মতম থরগী মতুংদা মৈদিংঙ্ গরীবনিরাজ অসি গুরু শান্তদাসকী থুদোম্বীদা লৈত্থনা পুত্রে। গুরু অসিনা হায়বা অয়াম্বা নিংথৌনা ইনপ্রে।

খৃষ্টগী তরানিপালগুবা শতাব্দীদা মণিপুরদা রামান্দী ধর্ম্ম চৎলম্বগী থুদম হৌজিক ফাওবা রাংথৈ লৈকায়দা নীংথেম পুপ্রী ময়াদা লৈরিবা রামজী প্রভূ অমসুং মহাবলী উমংদা লৈরিবা হনুমান ঠাকুর লাংলিবা অসিনা মসিগী লেঙবা য়াত্রবা সাক্ষীনি।

নিংথৌ লাইবক য়ুমদিম্নবা হায়বত্থ ওইপ্রে। শান্তদাসনা হায়বা মতুং ইন্না মৈতৈ লৈবাক্তা মতম কুইনা লাত্তুনা লাক্লিবা উমং লাই অয়াম্বা

নীংলরোই হায়তুনা উমং লাইগী থুবম মাঙহনবা হৌরক্লে। শকাব্দ ১৭৬২ ইঙা থাদা মৈতৈ লৈবাক্কী উমংলাই মখৈ খোমগত্তুনা মোংবহনবা উমং (মহাবলী উমং) গী হৈবোং শিদবগী মখোঙদা লোইনা ফুমজীনখি। মত্তৌ অম্সুন্না মৈতৈনা হান্না নীংলম্না লাইশিং অসি নীংলরোই হায়হুনা মণিপুরগী মচি মচিদা লৈবা উমংলাইগী কোনায় অমদি কোলু মখৈ পুখত্তুনা মহাবলী উমংদা কোম তৌত্নুনা ফুমজিল্লগা যজ্ঞ তৌখি। চহী অসিগী ইঙেন থা ১০ নি পানবা নিংথৌকাবা গুমিত্তা পাম্বোইবী সনামহী, সরারেন, হোইদোন পোকপীনচিংবা লাই তরেৎ অমম্মু থুগাইখি।

মসিনম্মু লোইদ্রি। শান্তদাসনা মৈতৈ ময়েক্তা ইবা মৈতৈ লাইরিক মখৈ খোমগত্তুনা মৈ থাদোক্লবা থৌরাং তৌরক্লে। গুরু অসিনা নিংথৌদা হায়জিল্লে, 'মৈতৈ ময়েক্তি লাইগী ময়েক্নি, মৈতৈ ময়েক্না ইবা লাইরিক্তি মীগী লাইরিক নত্তে। অতুনা মৈদা লোইনা থাদোকসি।' নিংথৌনা লৈবাক্তা থম্লবে। গুরু লৌরেম্বা খোংনাংথাবনা মৈতৈ লৈবাক্কী লাইরিক মখৈবু মৈদা লোইনা থাদোকপা হায়বা রাফম অসি য়ানীংদে হায়না নিংথৌদা হঙ্গৎখি। নিংথৌনা গুরু লৌরেম্বা খোংনাংথাবনা হঙ্গৎপা লৌখিদে, শান্তদাসনা হায়বা অতুনা অফবনি হায়না থনগ্রে। নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না মৈতৈগী অরৈ অরৈবা লাইরিক মখৈ কংলা উত্রা মমাঙদা পৈরবো হায়না শামু তোংহুনা কৈথেল পাউ চেল্লে। কনাগুম্বা লোন্না করিগুম্বা লাইরিক থমহৌবা লৈরবদি মতীক চাবা দণ্ড ফংগনি হায়না লাউথোক্লমই। নিংথৌগী য়াথং কিবনা মৈতৈ ময়েক্তা ইবা লাইরিক অয়াম্বা কংলা উত্রা মমাঙদা পৈররে। মতম অসিদা গুরু লৌরেম্বা খোংনাংথাবা সনা কোম্নুং কারক্লে অমসুং মবুথৌ নিংথৌরেল কয়াগী সনা হাকথক্তা তৌনরক্তবা পুরান মৈথাবা হায়বা অসি তৌহৈদবা থবক্নি, লৈবাক্কী নিংথৌগী অরাবা ওইগনি হায়না নিংথৌদা হঙ্গৎখি। গুরু শান্তদাসনা হায়বা হান্না হাথোকখরে হায়না সনা য়াথং তাক্লবদা অক-ফত্ত পুম্নমক নিংথৌগী শক্লক্তি হায়রম্লগা গুরু খোংনাংথাবা হনগ্রে।

কংলা উল্ল্রা মমাঙদা পুথক্তুনা পৈরিবা লাইরিকশিং অসি চাম কুম্নি-থোইনি হায়না "মিয়াৎ" কৌবা পুরান্দা ইরি। লাইরিকশিং অসিগী মনুংদা "তাউরোইনাই য়াঙবী", "পাখংবা য়াঙবী", "পাখংবা নাওয়োম", "সনামহী নাউ-য়োম" অসিনচিংবা অসিনা অথোইবনি।

অঙম্বশিংনা থোগল তৌতুনা নিংথৌ লেঙথোরক্লে। শান্তদাস থোরক্লে। মহাক্না তাকপা মতুং ইন্না লাইরিক ময়াম অতু থাগা ল্লাংগা পৈরে উচুক তরুক য়ুংলে; শীংথাং তরেৎ হাপলে থৌরী অহুম্না মথক্তা ফারে, চীথেক মরিদা উচিরা মরি য়ুংলে, মথক্তা ফিনা থাকল খল্লে, চফু অমদা ঈশিং হাপলে। শান্তদাসনা মথুক্তা থাঙ অমগা মৈবুন অমগা পাইরগা মাঙ থানা নিংথৌ অমম্বুং লৈবাক মীয়াম্না য়াওনা তরেৎলক হন্না কোয়রগা চিথেক মরিমক্কী উচুক অতু থাঙনা হক্লমই। ঈশিং খর খরম্বু হৈরমই অমম্বুং লাইরিক্তা মৈ চুরমই। মতৌ অম্বুন্না মৈতৈ লাইরিক মৈ থাখি। মসিবু 'পুরান মৈথাবা' হায়না খঙনৈ। লাইরিক মৈ থাবদা তৌবা অতুগুম্না অশিবা মীগী পোৎলোইবদম্ব অতগুম্না তৌগদবনি হায়না শান্ত-দাসনা নিংথৌ অমম্বুং লৈবাক প্রজাশিংদা হায়খি।

মৈতৈ লাইরিক মৈ থাখিবা খৃষ্টগী তরানিপালগুবা শতাব্দীগী অহানবা তংখায় অসি মণিপুরী সাহিত্যগী লাইবক থীবা অমম্বুং অন্নাবা মতগনি। অতুবু মৈ থাগ্রে হায়রিবা লাইরিকশিং অসিগী থোঙ্গুল পুমুং মুৎখিবদি নত্তে। মৈ থাহৌদবা লোৎশিন্দুনা থমহৌবা লাইরিকশিংগা, মৈ থাদোক-খিবা লাইরিকশিং অসিগা মমিং মান্নবা লাইরিক কয়া হৌজিক ফাওবা লৈনরি।

নিংথৌরেল গরীবনিৱাজনা পাম্নম্বদি মৈতৈ ময়েক্তা ইবা মৈতৈগী লাইরিক্কী মহুত্তা সংস্কৃত অমম্বুং বাংলা লোন্দা ইবা লাইরিক চৎহনবনি। নিংথৌরেল অসিনা রামান্দী ধর্ম্ম চৎখিবদগী সংস্কৃত অমম্বুং বাংলা লোন্দা ইবা লাইরিক কয়া কয়া মৈতৈরোন্দা হন্দোকখি। সনা হাকথক অসিদা ফাওখিবা পণ্ডিতশিংগী মনুংদা অঙোম গোপী, লাইশ্রম অরোই, য়ুম্নাম অতিবার, মুঙ্গাংবম গোবীন্দ রাম মথোয়গী মমিংশিং পনবা য়াই। অঙোম

গোপীনা কৃত্তিবাসকী রামায়ণ অমসুং গঙ্গাদাস সেনগী মহাভারতকী মতাং কয়া কয়া মৈতৈরোন্দা হন্দোকখি। লাইশ্রম অরোই অমসুং য়ুম্নাম অতিবার পণ্ডিত অনীনা "শমসোক ঙম্বা" হায়বা লাইরিক অমা ইরম্মী। মুঙ্গাংবম গোবীন্দরাম পণ্ডিতনা "তখেল ঙম্বা" হায়বা লাইরিক অমা ইরম্মী। লাইরিক অনী অসিমক নিংথৌরেল গরীবনিৱাজনা ঔৱা লান্দাগুনা শমসোক ঙম্বা অমসুং তখেল লান্থেংনবগী মতাং অসি লৌহুনা ইরম্বনি।

মৈতৈ নিংথৌবু 'লাইয়িংথৌ' কৌনরম্বা অমা, নিংথৌরেল অসিগী সনা হাকথক্তগী 'মহারাজ' হায়না শকাব্দ ১৬৪৬ তগী কৌবা হৌখি।

মহারাজ গরীবনিৱাজ সনা হাকথক অসি মণিপুরদা তান্ত্রিক যুগকী য়াম্না চাওখৎপা মতমনি। মতম অসিদা কামরূপ তন্ত্র, মন্ত্রগী লৈবাক্নি হায়না ভারতদা মমিং চৎলমই। কামরূপ বিদ্যা অসি য়ুমলোন্নবা লৈবাক মণিপুরদসু চাওখৎলম্বগী খুদম রাক্তনা লৈ। গুরু খোংনাংথাবগা গুরু শান্তদাসগা মহৈ তান্নবগী ৱারী মতাং অমা "মিয়াৎ" কৌবা পুরান্দা অমুক্না ইরি 'খোংনাংথাবনা হায়— নিংথৌগী হীয়াং অচৌবা অসিবু ইপুক্তা য়োংলগে। নিংথৌগী মমাঙদা, লৈবাক্কী মমাঙদা হীয়াং অমা ময়াদা য়োংগ্রে। অমগী মতুংদা শান্তদাসনা, নঙনা অমম তৌরবদি ঐসু অমা তৌগে হায়হুনা হঙ্গাম মরু উতোং অমা হৈদোক্লগা মানা খুনু ওইহুনা খুল্লে। খোংনাংথাবনা মহু উরবদা হৌদোং ওইহুনা লাক্কে তৌরে।'. শান্তদাসনা কিহুনা তোক্লে। অসিগুম্বা মহৈ তান্নবগী থৱক অসি কামরূপতা য়াম্না চৎনরমই। বাদশাহ ঔরাঙ্গজেবনা আসাম লান্দানবা মহাক্কী সেনাপতি মিরজুমলাবু কামরূপতা থারমদাইদা হায়খি— 'কামরূপ হায়বা লৈবাক অমা মহৈ য়াম্না হৈবনি. মীবু য়োং ওলহনবা ঙম্বনি, চেকশিল্লু।' গুরু শান্তদাসনা খুনু ওনবা, গুরু খোংনাংথাবনা হৌদোং ওন্দুনা তান্নবা করি ঙক্লিংঙাই লৈ ?

———

রাজকুমার স্বরেন্দ্রজিৎ সিংহ

# রাকচিংগী নোং

রাকচীংদা তাবা নোংদি পৃথিবীগী শিদহিদাক্নি। পৃকৃতিনা অমুক অমুক মম্বরক্তুনা পৃথিবী অসি অকংবা উনানা কুপ্পরবা মতমদা রাকচীংগী নোংনা অমুক অমুক হিঙ্গৎহল্লি। রাকচীংগী নোং থিকপ্রবা মতুংদা মালেম পৃথিবী থরা মমিৎ পাঙই; ওলাংথাগী মুংশা মৈচাক, অশিৎ অরাম্বাগী উরি রাউরি, ইংথম থাগী থারনা উন মরক্তা অরাবা কোঙ্গায় নংলক্লবী পৃথিবী মোমোন নোকচৈ; ঋতুরাণীগী থোগল নংনবা হৈনো মপাল শাই, মতম অসিদা ভেংবানবা অসি পুমলেঙ লেঙই, মথুম মরাঙ হোই, মপুগী ছন্দনা নোম নোম লাউনা ঈথক হোই, থম্মোয়গা থম্মোয়গা হাংদোক্লে; য়াওশং য়োরক্লবদা হরি হয়ুম হোয়ানৈ, শাবী-শানৌ হৌত্নুনা থাবল চোংবীদা উরাংনৈ, কাইদ-কাইদ নোকমিন্নৈ, রাহোং কোকিল চীল্লোক্লৈ।

ব্রহ্মাগী কমণ্ডলুদগী চাইথরকপা লাইজরা? তাইবং পোকপীনা থীকথরকপা অমৃতরা? কুমগী নোংথোঙ অহানবদি পাঞ্চজন্যগী থোজেন্নি, লানবাউ অনৌবনি; কুমগী মোংজু অহানবদি অশিবা লাম্মী হিঙ্গৎহনবনি।

পৃথিবীদা রাকচীংগী নোংদি চহী থুদিংগী থিক্নি, লানগী সাজোন্দি লোইরবা? লোইদ্রি দধিচী মুনিগী শরক্ন লৈত্রি। অত্তুবু—তাঙইফত্রবদি, লান্দি শোয়বা য়াদে; দোলাই শেমশারে, সারথিসু লেংলক্লে, অর্জ্জুনদি লৈত্রি। অত্তুদি কমদৌনি? মপুগী থৌরাং কায়গদৌরিবরা? রাকচীংগী নোংনবু চহী থুদিংগী তক্তনা থীক্লবদি অর্জ্জুন লাকথিনি; জগন্নাথগী রথনবু লেপত্রবদি লান শোয়ত্রবনি; পৃথিবীগী কৌরব শাগৈ শোয়দনা তুম্নথিনি।

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ

# রবীন্দ্র শৈরেং

বিশ্ব-শিল্পীগী মঙলানজান্দগী ভেংবানবগী লৈশেম থোকপ্রিবনি অহুগা আর্টিষ্টকী মঙলানজান্দগী আর্ট শেমপ্রিবনি। অহুনা অগ্নি পুরানদা আর্টিষ্টকী স্বপ্নমন্ত্রগী রা য়াওরি। পদ্ম-পুরাননা হায় ; মৈরা অমদগী মৈরা অমা চহুগুম্না আর্টিষ্টনা মাগী থম্মোয়হুংগী চিত্রদগী মপানগী চিত্র য়েক-থোকই—হুংগী মীৎয়েংবু মপানগী থুংশেমদা ওম্মোকই। আর্টিষ্টকী থম্মো-য়হুংগী চিত্র অসি বিশ্ব-শিল্পীগী মঙলৈবাকী চিত্রনি। অহুনা আর্টিষ্টকী আর্ট বিশ্ব-শিল্পীগী মঙলান্নি, আর্টিষ্ট মথম্ভনা শেমজবা ঙাক নত্তে। ঐতরেয় ব্রাহ্মণনা হায়রি—

ওঁ শিল্পানি শংসন্তি দেবশিল্পানি।…

আত্মসংস্কৃর্তবাব শিল্পানি।

ছন্দোময়ংবা এতৈর্যজমান আত্মা নম্ সংস্কুরুত্তে।

অহুনা কবিগী কাব্য বিশ্বকবি অমদি বিশ্ব-শিল্পীগী খোম্বাংনি। কবিগুরু রবীন্দ্রনাথকী "চিত্রা" কাব্যগী 'অন্তর্যামী' কবিতাদা কবিনা হায়রি—

কি বলিতে চাই সব ভুলে যাই,

তুমি যা বলাও আমি বলি তাই।

(হায়জনীংবা অপুম্বা নীংশিংজবা ঙমজদে,

নঙনা তাকপীবা অহুতা ঐনা হায়জবনিনে।)

কবিগুরুগী খোজেল অসিমক্তমু কবি-কাব্যদা বিশ্ব-শিল্পীগী খোজেল য়াওই হায়বা তাকই। অহুনা কাব্যগী খোজেল পাউদম্বা অরায়বা থবক নত্তে। অহুবু কবিগুরুগী সাধনা অমসুং আদর্শদা লাইমিং লৌহুনা ঐনা মতম থরদং বিশ্বভারতীগী ছাত্র ওইজরকপদগী ফংলকপা মঙাল থরদং লাম্বোকচরি!

রবীন্দ্র শৈরেংগী খোরকক্কম চীংদোন্দগী ছোনা তাকম চীংশাং ফাওবদা লৈরিবা লম্বীগী চিদাই অনিদা উবা ফংগনি—ঋতুগী কুম্মৈ শাগ্নরিবী

শীঙেল লৈরাং পরেং, লমথেক খুদিঙদা অনৌবা থুংশেমগী পোংলাঙ কয়া, ফজবগী অনৌ অনৌবা শকলোল, মালঙবনা পুরিবা বাঁশী-খোঞ্জেলগী অথুপ্পা শাথেক মায়কৈ শলাই খুদিঙদা মঙলৈবাক্কী মায়ালৈকোল। মচু মনম অমদি ঈশৈগী অঙকপা কুম্মেন শাংলবা লম্বী অসি ফজবগা ফজবগা নম্নহনা ফজবনা পুময়োম য়োম্লি। রবীন্দ্র শৈরেং অয়োবা কলাগী মখোল চাত্তরেৎ লোঙবা ফুরাগী শকফম্লি। শৈরেংগী চাউরবা ফুরা অসি লাই-রৈবাক্কী কনাগুম্বা শিল্পীগী ধ্যানগী মশক্নি।

অম্মুম্না ঙক্লবা রবীন্দ্র শৈরেং অসি মথম্নতা তোপ তোপ্পা মগুণনা মপুং ফাজবা অহুগুম্বা শৈরেংনি। সাহিত্যিক অমম্মুং কবিগী পুক্নিং হায়বসি জাতি অমম্মুং যুগকী য়াথল, মফম মতমগী ওইবা সমাজগী ফিভম পুক্নিংনা চিঙ্গাক ওইহনা য়োকথংখিবা ঙাক্কেনি। অহুবু রবীন্দ্রনাথকী কাব্যদি মফম মতম, জাতি অমম্মুং সমাজদগী ফংবা চিঙ্গাক্না য়োকথংখিবা নত্তে। মহাক্কী মমাঙদা য়াংনা সাহিত্যগী চাউরবা প্রতিভা অনীখক লৈরম্মী। অমনা মাইকেল মধুসূদন, অমনা সাহিত্য সম্রাট বঙ্কিমচন্দ্রনি। অনীমক অসি বাংলা সাহিত্যগী অভিয়াদা লংলবা থরাম্মিচাক ঙাক্কেনি, নোংচুপ সাহিত্য লম্মীগী লনগৈদগী অনৌবা মীৎয়েং, অনৌবা শৈশক অমম্মুং অনৌবা য়াথল পুশিল্লকুনা বাংলা সাহিত্যগী অনৌবা যুগ পুম্নমক্কী ওইবা মফম পুম্নমক্কী জাতি পুম্নমক্কী ওইবা খোঞ্জেলনা শৈহেক্কুনা মনীংতম্না মশা খপ্পগা য়াথলগী অমম্মুং মচুগী সপ্তলোকতা পাইহনা লৈবা প্রতিভাগী চে-ক্লানি। মহাকবি সেক্সপিয়ারনা এলিজাবেথকী প্রভাবতগী নাম্থোকখিবা ঙমদে, জর্মন কবি গেটেসু জর্মন 'কুলটুর'বু থাদোকপা ঙমখিদে। রবীন্দ্র-নাথতি মহাক্কী কাব্যসরস্বতবু যুগ পুম্নমক্কী জাতি পুম্নমক্কী ওইবা পান্দম অমগী লাইশঙ মন্নুংদা লাচ্চখি অহুনা রবীন্দ্রকাব্যগী মপোক্তি চহী অহুম নাউপুবা সনা চহী অহুমগী অমদি কর্ণগী মপোকুম্না ময়ামগী মাম্নদবা মপোক্নি।

অম্মুম্না ময়ামগা মাম্নদবা মথম্নতগী ওইবা ঈচেল অসিগী মরুপ ন্নিয়মগী থৌশিল থরদি লৈঙবা নত্তে। কবিগী পুক্নিগা অমত্তা ওইনা

তিনখিবা মচাক খরনা কবি প্রতিভাগী, ত্তোপ তোপ্পা মওঙ অসি ওইখিবনি। অহানবদা কুমজা চা তরামপালশুবগী ব্রহ্মধর্ম্মগী আন্দোলন; 'অনীশুবদা সমাজনা পুস্রবা শাগৈগী প্রভাব, অহুমশুবদা উপনিষদতগী ফংবা লাইরমলেনগী রা, মীওইবগী মগুণ অমসুং ত্তেংবানবগী অমত্তা ওইবা শকক্ষম, মরিশুবদা কবিগী মশাদা চেনবা ঈশৈগী প্রতিভা। মখোয় অসিনা মরম ওইদুনা হান্না লৈরম্বা হিন্দুধর্ম্মগী রায়েল অমসুং সমাজগী চুপ্পীনা কবিগী পুক্নীং রাখল পুনবা ঙমখিদে।

অওইবা জগৎ অমসুং লাইরমলেনগী ওইবা, ইন্দ্রিনা লাম্ব ফংদবা খম্মোয়গী মুংবান (অনুভূতি) অমদা রবীন্দ্রকাব্যগী ফুরা শাগৎলিবসি কবিনা মাগী কল্পনা লৈকোন্দা রাখলগী জগোই অমা হেক্তা শানীংলকুনা তোবা নত্তে। মনুংগী মনুং লমলেন্দগী ঈহৌরকপা মুংগী ইখিল অমা কবিনা মঙলৈবাকী কুঁম্মে পামজবা অতুগা তিন্নদুনা মুংগী অথুপ্পা মশাগী ওইবা রাখলনা ঈশৈগী মশাদা তোংদুনা ত্তেংবানবা শীনবা থুংনা পাইবা ঙম্মিবনি। কবিগী ত্তেংবানবা পুন্নমকপু মপুম অমত্তা ওইনা য়েংবা মীৎয়েং, মীওইবা পুন্নমকী ওইবা রাখল অমসুং পান্দম. লাইরমলেনগী ওইবা প্রেম অমসুং ফজববু ফংহনবগী সাধনা পুন্নমকসি ঈন্দ্রিনা লাম্বা কংদবা খম্মোয়গী মুংবান অসিদগী থোকখিবনি। মীরমলেন রাংমগী খম্মোয়গী মুংবান অসিনা রবীন্দ্রকাব্য প্রতিভাগী মরুওইকা মশক্নি।

মীরমলেন রাংমগী মুংবান অসি কবিগী পুন্সিগী অযুক্তা ফংথবা উপনিষদকী মঙান্দগীনি। অদুনা রবীন্দ্র শৈরেংগী হৌরকফম মরুদি, উপনিষদনি। উপনিষদকা লোয়ননা বৈষ্ণবদর্শনগী অচিন্ত্যভেদাভেদ তত্ত্ব অমসুং লীলাবাদ, হেগেলগী রিয়ালিজ্ম, বার্গসঁগী গতি তত্ত্ব অমসুং কবির দাদুনচিংবা সাধুশিংগী আধ্যাত্মিক রসকী কবিতাগী প্রভাব থরা চঙবা ওইনা উই। অদুবু তশেংবদি অদুমক নত্তে। মমুং মফেনগী লংলাদা মচু মান্নবা থরা য়াওবত্তনি; টেকনিক, শীং মথল, মপুং ওইবা মশক্তা মান্নবা নত্তে। লৈলেম, লৈশেম্বা অমসুং পুন্সি অদুম অসিগী থাইদোক্লবা য়াদবা

মরিবু উপনিষদকী থম্মোয়দা ফাওখিবগুম্না রবীন্দ্রনাথকী থম্মোয়দম্ম লৌশিংগী মীৎ পাঙলকপদগী হৌনা চপ মান্নবা ফাওব্রবনি। "সর্বং খল্বিদং ব্রহ্ম তজ্জলানিতি শান্তমুপাসীত, ঈশাবাস্যমিদং সর্বম্ যতকিঞ্চিজ্জগত্যাং জগৎ"— তেংবানবা পুন্নমক অসি ব্রহ্ম অমত্তনা শন্দোকপনি, মঙোন্দগী থোকখিবনি অমসুং মঙোন্দা অমুক তিনখিবনি। আনন্দনা ব্রহ্মনি। আনন্দদগী তেংবানবগী লৈশেম থোকব্রিবনি অদুনা লৈশেমগী মসুংদা লৈরিবা পুন্নমক আনন্দগী মাঙবা নাইব্রবা শকফম্নি। অদুনা ঈশ্বর, তেং-বানবা অমসুং মীওইবগী মরক্তা মরুওইনা থেন্নবা লৈতে। মসিনি উপনি-ষদকী থোঞ্জেল। কবিগী লৈবাক্তি লৌশিংগী লৈবাক নত্তে, পুক্নীংগী লৈবাক নত্তে—থম্মোয়গী মুংবান অমগী লৈবাক্নি। উপনিষদকী তত্ত্ববু কবি রবীন্দ্রনাথনা মুংবান অসিগী পাম্বৈনা লৌশিনখি। তত্ত্ব অসিনা কবিগী কাব্য হিদেন্দা হিনাউ-শাবা ওইরি।

অদুনা রবীন্দ্রকাব্যদা আধ্যাত্মিক কবিতা নত্তবা শৈরেং মখল থরা য়াওরবসু রবীন্দ্রকাব্যগী মসুংগী ঈচেলদি আধ্যাত্মিক অনুভূতিগী ঈচেলনি। গীতাঞ্জলি, গীতিমাল্য, গীতালি অমসুং অতোপ্পা কাব্য খরদি অনুভূতি অসিগী ইতিহাসনি। গীতিমাল্যগী 'সুর' কবিতাদা কবিনা শন্নি—

বাজাও আমারে বাজাও
বাজালে যে সুরে প্রভাত-আলোরে
সেই সুরে মোরে বাজাও।
যে সুর ভরিলে ভাষাভোলা গীতে
শিশুর নবীন জীবনবাঁশিতে
জননী-মুখ-তাকানো হাসিতে-
সেই সুরে মোরে বাজাও।
সাজাও আমারে সাজাও।
যে সাজে সাজালে ধরাং ধূলিরে
সেই সাজে মোরে সাজাও।

সন্ধ্যামালতী সাজে যে ছন্দে
শুধু আপনারি গোপন গন্ধে
যে সাজ নিজেরে ভোলে
আনন্দে, সেই সাজে মোরে সাজাও।
(খোংবীয়ু ঐবু খোংবীয়ু।
অয়ুক অঙনবগী মঙানবু খোংলিবা সুর
অতুদা, খোংবীয়ুনে ঐহাকপু।
থলহল্লিবা নঙগী সুর রাহৈ-রাংমগী
শৈরোলবু নারাগী নৌরবা পুন্সিগী
বাঁশীবু
মমাগী মায়থোং য়েংজবা মীনোকপু—
সুর অতুদা ঐবু খোংবীয়ু লৈতেংবীয়ু
ঐবু লৈতেংবীয়ু।
মালেমগী উফুলবু লৈতেংবগুম্না লৈতেংবীয়ু
ঐবু লৈতেংবীয়ু।
সন্ধ্যামালতীনা শেমজরীবা চন্দনা
মথন্নতগী থুপ্নবা লৈনম্না য়োমহ্নুনা,
সুঙাইবগী শৈনিন্দা মশাবু কাউজবা—
লৈতেং অতুনা ঐবু লৈতেংবীয়ু।

শৈরেং অসিদা কবিনা মশাবু ঈশ্বরগী মফমদা লাম্থোকচরি। অয়ুক অঙনবগী লুরবা মেঙলবা মঙানগুম, নারাগী নৌরবা য়ারা অমশুং মীনোক্লুম মহাকপু শেংদোকপীনবা অমদি সুমিদাংরাইদা শাৎপী মালতী লৈরাংগুম মশাগী মনম্না য়োমজহুনা মশাবু কাউজবা পীনবীনবা হায়জরি।

গীতাঞ্জলিগী 'অসমাপ্ত' কবিতাদা অমুক শক্লি—

জীবনে যত পূজা হল না সারা,
জানি হে জানি, তাও হয়নি হারা।

যে ফুল না ফুটিতে ঝরেছে ধরনীতে,
যে নদী মরু পথে হারালো ধারা,
জানি হে জানি, তাও হয়নি হারা ॥
( পাঙথোকপা ঙমদ্রবা পুন্সিগী থৌরাং
থঙইনে থঙই, মহৃ অরেম্বা নত্তে।
শাকায়দনা লৈমায়দা কেনথ্রবা লৈরাং,
মরুগী লম্বীদা ঈচেল থকথ্রবা ইরেল,
থঙইনে থঙই, মহৃ অরেম্বা নত্তে )

মসিদা পুন্সিগী লোইব-নাইদবা ঈচেল-মপান-নাইদবগী লমদম পাংনা মীওইবগী পুন্সিনা চৎলিবা লোইবা-নাইদবা অভিসার লৈশেমগী লোইবা নাইত্রবা চক্রগী খোঙলৈ ফজনা য়েক্লি পুন্নমক অসি কবিগী থম্মোয়দা ফাওবা, ইদ্রিনা লাম্বা ফংদবা মুংবানগী শক্লোন ঙাক্তনি। মহাক্কী আধ্যাত্মিক কবিতা পুন্নমক্কী মরুওইবা মুরদি "গীতাঞ্জলি"গী

সীমার মাঝে অসীম, তুমি বাজাও আপন সুর
আমার মধ্যে তোমার প্রকাশ তাই এত মধুর।
কত বর্নে কত গন্ধে, কত গানে কত ছন্দে
অরূপ, তোমার রূপের লীলায় জাগে হৃদয়পুর ॥
(থৈনাইবগী মনুংদা থৈনাইদবা নহাক্না
নঙগী সুর খোংবিরি
ঐগী ইনুং লমদমদা নঙনা ঙাম্মোইবিবনা
অমুক থুম্না ফজরি।
মচু মনম কয়ানা, ঈশৈ ছন্দ কয়ানা,
শকনাইদবা, নঙগী শক্লোন্না
থম্মোইগী লমদম ঈহৌরি। )
অসিনি।

মীওইবদা মপান নাইবা অমস্থুং মপান—নাইদবা অনী পুন্না লৈবগী ভত্ত্ব অসিনা রবীন্দ্রকাব্য পূম্নমক্কী মরুওইবা স্থূরনি।

ভারতকী সংস্কৃতি অমস্থুং সাধনাগী মরুওইবা খোঞ্জেলদি ঈশ্বরবু মাঙদা থম্নগা ত্তেংবানবা অমস্থুং পুন্সিবু কোনশিন্দুনা রস চুপ্পনি। ইশাগী হুণ্ডাইনবগীদমক কোনশিনগদবা নত্তে, ঈশ্বরগী ওইবা রাথল অমস্থুং অনু-ভূতিনা শেংদোক্লবা পুন্সিবু কোনগদবনি। ভারত সাধনাগী খোঞ্জেল অসি উপনিষদকী খোঞ্জেলনি রবীন্দ্রকাব্য— ভারতকী থম্মোয় খোঞ্জেল অসিগী শৈরোলনি।

রবীন্দ্রনাথনা অঙাং ওইরিঙৈদা "সন্ধ্যাসঙ্গীত" গীতিকাব্য ইদ্রিঙৈ মমাঙদা "বনফুল","ভানুসিংহের পদাবলী" "বাল্মীকি প্রতিভা" নচিংবা কাব্য কয়ামুক ইথ্রবস্থু কবিগী থাঙ্গৈশেংবা কাব্যজীবনদি "সন্ধ্যাসঙ্গীত"তগী হৌবনি। মরমদি "সন্ধ্যাসঙ্গীত"কী মতমদদা কবিগী গীতিধর্ম্মগী ঈচেল পন্দনা লাকপা হৌথি। "সন্ধ্যাসঙ্গীত"কী মথংদা "প্রভাতসঙ্গীত" কাব্য ইথি। গীতিকাব্য অনীমকসিনা রবীন্দ্রগী শৈরেংদা স্থূরগী মশা পানখি। ত্তৌইগুম্বস্থুং "ছবি ও গান" অমস্থুং "কড়ি ও কোমল" কাব্যদদি মহাক্কী শৈরেংসি চিত্র-কল্পনাদা অয়াম্বা শাদোং ওইখি। "মানসী" দদি চিত্র অমস্থুং লিরিক অনীমক তিন্নরা লৈবা উই। "সোনার তরী" দা রবীন্দ্র শৈরেংগী লিরিক্কী শকক্তম মপুংফানা উবা ফংই অমস্থুং চিত্র কল্পনানা মশা ওইনা শীজিন্নৈ। মসিগী মতুংদা অমুক্তুংদদি কল্পনা-কাব্যদা চিত্র কল্পনা-দগী মত্তেং লৌবা উই। "সোনার তরী"গী মতমদগী হৌনা কবিগী অরোইবা হুমিৎ ফাওবা রবীন্দ্র শৈরেং লিরিক্কী মশা থত্তুনা অরাংবা ভাবকী লমদমদা মনীং তম্না পাইবা ঙমখি।

রবীন্দ্রগী শৈরেং খাইদগী কুপ্পবা কলাগী লাংলোন্না থল্লবা ছন্দগী খোঙজীগা লোয়ননা চেম্বরিবা ফজবগী ইচেম্নি। ছন্দগী জগোয়দা অমুক মপুংফানা ফজবা শৈরেং পৃথিবীদা কনাগুম্বা কবি অতৈগী শৈরেংদা উবা ফংদে। কালিদাসতগী হৌদ্নুনা নোংপোক্কী কবিশিং অমস্থুং হোমরদগী

হৌড়না নোংচুপকী কবি পুন্নমক্কী কাব্যলৈকোলগী ফজবা পুন্নমক শক্তংলগা ৱবীন্দ্রগী কাব্যলক্ষ্মীগী শাখেক্তা পুন্নপা তিল্লৱগুম উই। মহাক্কী কাব্য-লৈকোলদি ঋতুগী মেলানি—ছন্দগী থাবলচোংবীনি। ৱবীন্দ্র শৈৱেংগী অলঙ্কারদি বসন্তগী কুস্মৈদা শাবী শানৌশিংনা শেংপা অথন্নবা মচুগী অথন্নবা কিজেংকুম্বনি। সমাসোক্তি অলঙ্কার ৱবীন্দ্র শৈৱেংদা য়াম্না তোয়ন্না উবা ফংই। মসিনা মহাক্কী খাইদগী পামজবা অলঙ্কারনি।

ৱবীন্দ্রকাব্যদা ৱিয়ালিটিগা কল্পনাগা, ইমোসনগা আইডিয়াগা, মী-ওইবগী থম্মোয়দা ফাওবা সুংগী ইথিলগা মপান নাইদববু থাজবগী ঈথক-হৌবা ৱাখলগা, মিষ্টিসিজমগা মীৱমলেনগী ৱাখলগা স্বুর অমত্তনা পৱেং অমত্তা ওইনা লেংলি। অহুনা মহাক্কী কাব্যদা ৱোমান্টিসিজম ৱিয়ালিজম অমসুং অনী অসি লেঙ্গোন্নবা উই।

ৱবীন্দ্রনাথ মপুংফাবা ৱোমান্টিক কবিনি। কুমজা চা তৱানিপালগী মমৈদগী হৌড়না কুমজা চা তৱামাপলগী অহানবা শরুক ফাওবদা য়ুৱোপ-কী সাহিত্যদা, থোইদোক হেন্দোক্না ইংৱেজী, ফৱাসী অমসুং জর্মন সাহিত্যদা, সাহিত্যগী অনৌবা ঈথক অমা লাকখিবা অহু ফোঙদোক্লব-গীদমক 'ৱোমান্টিক' হায়বা ৱাহৈ অসি শীজিন্নখিবনি। ৱোমান্টিক সাহি-ত্যিকশিংগী পুক্নিং—মচুনা শঙহুনা কল্পনাগী চিত্র কয়া শেম্বা ঙম্মী। মীওইবা পুন্সিগী মায়কৈ কয়াগী চিত্র, লায়ৱ ইনাকখুনবাংঅচৌঅপীক কয়ানা শেম্বা সমাজগী চিত্র-কল্পনানা ফজহন্দুনা ঐথোয়গী মাঙদা উংপা ঙম্মী। পৃথিবীগী উকুল মৱীক্তগী হৌড়না উৱিবা পুন্নমক কল্পনাগী পাম্বৈনা ফজে হায়না নীং-হনবা ঙম্মী। য়ুৱোপকী সাহিত্যদা ৱিয়ালিজম হায়বা ৱাহৈসিম্বু কুমজা চা তৱামাপলদা পোকখিবনি। ৱিয়ালিষ্টশিংগী মত্তদি মীওইবগী পুন্সিদা কল্পনাগী মফম করিমত্তা লৈতে অচুম্বা অওইবত্তনি ঐথোয়গী পুন্সিদা চঙবা। অওইবা অমসুং কল্পনা অনীমক অসি তিন্দুনা ৱবীন্দ্রনাথকী কাব্য মপুং ফাবা কাব্য অমা ওইহল্লি। ইবসেন বর্নার্ড শো, এমিলি জোলা, ম্যেক্সিম গোর্কিনচিংবা সাহিত্যকশিং অসি ৱিয়ালিষ্ট ঙাক্তনি। মথোয়দি

ভাবনা শাবা কল্পনা লমদমগী আদর্শ অমত্তা য়াদে। মথোয়গী মতভা অৱাংবা আদর্শ হায়বা পোৎ অমত্তা লৈতে। বর্নার্ড শোনা হায়খি— My reputation has been gained by my persistent struggle to force the public to reconsider its morals. হৌজিক্কী সমাজনা য়ানৱিবা লমচৎকী লমওনজৈ অসি চুহ্রা চুমদত্রা হায়-হুনা খন্নহন্নবা হোৎনবদা বর্নার্ডশোনা মিংচৎ কংখি। অসুম্না হান্না লৈরম্বা সমাজগী আদর্শবু মচেৎ মচেৎ থুগায়হুনা য়েংলকপা অমদি সমাজ অমসুং পুন্সিবু ফিজেৎ য়াওদনা হকচাংভগী শকফম্ব য়েংলকপনা সমাজ অমসুং পুন্সিবু ফজনা উবা ঙমদে। রোমান্টিকশিংদি প্রকৃতি অমসুং মীওইবা পুন্সিগী শকলোন কয়াগী মরক্তা মীরমলেন রাংমগী ফজবা অমা উবা ফংই। চুন্নগী মীৎয়েংদা ছন্দ য়াওত্রবা গন্তগী মশক ওইবা, অমোৎপনা অথীবনা কুপ্রবা পোৎশিং অহুগী মনুংদম্ব অথুপ্পা ফজরবা শকফম উবা ফংই। ইংরেজী সাহিত্যদা রোমান্টিসিজমগী প্রভাব য়াম্না চঙখিবসি শেলী, কীটস রার্ডসৱার্থ কোলরিজ কবিশিং অসিনি। শেলীদি মঙ-লৈবাক্তদা মপুন্সি লোমগ্রবনি। নীংতম্বগী মঙ, মুংশিবগী মঙ, পৃথিবীনা স্বর্গ ওইরকপগী মঙ পুন্নমক অসি অওইবা তাইবঙদা লাক্রে হায়হুনা মহাক্না নীংবা কায়বা ভোৱমদে। মহাক্না থাজরম্মী—অন্নাবা অমসুং নীংথুংদবগী মরক্তা অনৌবা পুন্সিগী অয়ুক লাক্কনি।

If winter comes, can spring be far behind ? অসিনি শেলীগী থোক্লেন।

ৱবীন্দ্রনাথসু মতম অমদা বাংলাগী শেলীনি হায়খি। ৱবীন্দ্রনাথ অমসুং শেলী অনীমক রোমান্টিক অমসুং লিরিক কবিনি। অতুম ওইনমক অনী অসিগী থেন্নবদি লৈ। শেলীগী শৈরেংদা মশক নাইবা তাইবঙগী শকফম অমত্তা য়াওদে। শেলী মশামক্কী রাহৈনা মহুগী শাক্কী ওইরি—

Nor heed nor see, what thinks they be ;
But from these create he can

**Forms more real than living man,**
**Nurslings of immortality !**

রবীন্দ্রনাথতি মশক নাইবা ভাইবঙবু কৈদৌঙৈদম্ক্ম কাউদে। রবীন্দ্র-কাব্যদদি মতম পূম্নমক্তা শক্কী ভাইবঙদা ভাবকী লীলা শান্নরে। মহাক্কী কাব্যচিত্রদি থাঙ্গৈশেংবা মূর্ত্তিনি, মমি নত্তে। 'নির্ঝ' রের স্বপ্নভঙ্গ' 'বসুন্ধরা' 'বর্ষশেষ' 'মানসসুন্দরী'নচিংবা কবিতাদা ঈশৈগী ঈচেম্না ঈরায় কম্না চেম্ব-রবম্ব শক্কী চিত্র থাদোক্তুনা ভাবকী অহাঙবা মালঙবান্দা চৎপদি নত্তে। ভাব অমম্বুং শক্কী অপুনবা খোঙচৎনি।

অতোপ্পা রোমান্টিক কবি অমনা কীটসনি। মীরমলেনগী ফজববু থম্মোয়দা ফাওবনা মহাক্কী কাব্যগী মরুওইবা শক্তম্নি। পৃথিবীগী মশক-মচু-মনম-ঈশৈনা মহাক্কী থম্মোয়দা ঈথক হোৎহল্লে অমম্বুং মথোয়গী ফজবা মগুণবু মহাক্না শক্লি। অম্বুম্না ইন্দ্রিনা খঙবা ঙম্বা শক্কী সিংহাসন্দা কীটসকী কাব্যজগৎনা লৈরি। শক্কী ভাইবঙদা উরিবা ফজবা অসি মপান নাইদবা অমগী শরান্নি অমদি ফজবা পূম্নমক্কী হৌরকফম অমদগী থোরকপনি হায়বা করিগুম্বা ভাব অমত্তা মহাক্কী য়াওদে। তৌইগুম্বম্বুং রবীন্দ্রকাব্যগীদি মসিনা মরুওইবা লংজৌন্নি। কীটসকা রবীন্দ্রনাথকা থেন্নবা অমনা রবীন্দ্রনাথকী মীত্তা ফজনা উরিবা শকফম পূম্নমকসি মপুংফাবা ফজবা অমগী শরান্নি হায়হনা ফজবনি অত্থগা কীটসকী মীত্তা উরিবা ফজবা শকফমশিং অত্থদি কল্পনাগী মচুনা মঙাম্না মতম পূম্নমক্কী ফজবা ওইনা উনবা লাক্লে। কীটসকী 'Ode on a Grecian Urn' কবিতাদা,

"Heard melodies are sweet but those unheard are [illegible]eeter" অম্বুম্না অওইবা জগত্তগী আর্টিষ্টকী কল্পনাগী জগৎনা হেন্নি [illegible]। অম্বুম্না রবীন্দ্রগী ফজবা অমম্বুং কীটসকী ফজবা অনীসি তোঙান [illegible] শকফম অমমম ওইরি।

[illegible]তগী কবি ওইনা ৱার্ডসৱার্থকা রবীন্দ্রগা মান্নবা থেন্নবা অমীম্রক [illegible]মনীমক্কী মমীত্তা প্রকৃতি অসি থরায় পান্নি অমম্বুং প্রকৃতিগা

মীওইবগা অচুম্বা অমত্তদগা পোকপা ভোঙান ভোঙানবা শককম্নি হায়না লৌই। ভৌইগুম্বন্নুং প্রকৃতিগী শককমদা লৈরিবা ফজবা পুন্নমক অসি মপুংফাবা ফজবা অমদগী চাইথোরকপনি হায়বসিনা রার্ডসৱার্থকী প্রকৃতি পূজাগী মরুওইবা মন্ত্র ওইরমদে। প্রকৃতিগী ফজবনা মীওইবগী পুক্নিংবু ফজহল্লি, অমোৎপা রাখল্লগী লাপথোকহল্লি অমসুং লাইরমলেনগী রাখল পোকহল্লি হায়বসিনা রার্ডসৱার্থকী কাব্যগী মরুওইবা রানি। রবীন্দ্র-নাথত্তি প্রকৃতিগী ফজবা উরগা মতম পূন্নমক্কী ওইবা ফজববু থম্মোয়দা ফাওই। অম্সুম্না রার্ডসৱার্থকী কাব্যগী মরুওইবা রাদি ধর্ম্ম অমসুং লম-চৎনি। রবীন্দ্রগীনা ফজথোইবা অমসুং মপুংফাবা রসকী তুংনকম ওইরিবা অতুগী মহাও তংবনি।

বিশ্বসাহিত্যগী দৱবারদা সেক্সপিয়র, গেটে অমসুং ভিক্টর হিয়ুগো রোমাণ্টিক কবি অহুম অসিগা রবীন্দ্রনাথকা চাংদমনিঙাইনি। সেক্সপি-য়রনা নাট্যদা, গেটেনা, কাব্য অমসুং নাট্যদা, হিয়ুগোনা কাব্য অমসুং উপন্যাসত্তা মীওইব-পুন্সিগী মসুংহজিন্না লৈপ্রবা অথুপ্পশিং অহু উৎনবা লাক্লখি। সেক্সপিয়রগী সাহিত্য—সমাজগী মসুংদা লৈবা মী মথল কয়া-মরুম্বু উৎননবা চাউরবা মেলা অমনি। সেক্সপিয়র— সাহিত্যগী মসুংদা মীওইবগী মতম পুন্নমক্কী ওইবা শককম উবা ফংভি। অৱাবা-নুঙাইবা, য়েংথীবা-কল্লকপা, নুংশিবা-অপাম্বা, অশোনবা অথুবা পূন্নমক্কী মরক্তা মী-ওইবগী ফজববু শক্লি। ভিক্টর হিয়ুগোগী সাহিত্যন্তু মীওইবগী জয়বু শক-পনি। মহাক্কী নোত্রি দেম অমসুং ।লা মিজরেবলমনচিংবা মীওইবা পুন্সিগী মসুংদা লৈরিবা ফজবা পুন্নমক অসিগী লংলবা ইতিহাসনি। গেটেগী কাব্যদা মীওইবা পুন্সিগী অৱাবা নুংঙাইবা অশোয়বা পুন্নমকসি পুন্সিগী অচুম্বা শককম নত্তে, থোদোক্লি— থোদোকশিং অসিগী মসুংদা থোরকপা মীওইবগী লমচৎ অহুনি মীওইবগী শককম। গেটেগী থোক্লেন-

Manners so long as he is striving;
A good man through obscurest aspiration

**Is ever conscious of the one true war.**

অদুনা মীওইবগী লমচৎতি মহাক্কী সুংগী হাথল অমসুং লৌশিংনা খৌদোক করামরুমগী মরক্তা লাকুনা অরোইবা পদেং য়েৌরবা মতমদা খঙতি। করিগুম্বা আদর্শ নত্রগা ধর্মনা লমওনজে ওইদুনা ওনগদবা নত্তে, মীওইবা হায়রবসিদি মহাক্কী সুংগী লেপ্পা নাইত্রবা ইথিল অমনা অচুম্বা লম্বীদা অমুম লাক্লিবনি। সেক্সপিয়র, গেটে, হিয়ুগো অহুম অসিমক মীওইবগী অচুম্বা লমচৎ উবা ঋষি—কবিনি। মখোয়না শক্লিবা হিয়ুমে-নিজম মওং অসি রবীন্দ্রসাহিত্যদদি কয়া উদে। লিরিক কবিশিংদি মহৌশানা মশাগী ওইবা হাথলদা তোংদুনা লৈগল্লি য়াম্না কা হেনবা ইগোইষ্টনি। মশাগী ওইবা সুংগী পুন্সিনা মশাবু কোঙদোকচৈ। মশাগী পুক্নিং মচুনা তেংবানবা অমসুং পুন্সিবু য়েকই। গেটে অমসুং হিয়ুগোদি লিরিক কবি ওইরবসু মখোয়গী মরুওইবা সাহিত্যদি নাট্য অমসুং উপ-ন্যাসনি। অদুনা মশাগী চেতনানা মীওইবগী মহৌশাগী ওইনা লৈজবা শককম্বু কুপশিন্দে। তৌইগুম্বসুং রবীন্দ্রনাথকী প্রতিভাদি মরুওইনা লিরিকী প্রতিভানি। মহাক্কী "কথা ও কাহিনী", "পুনশ্চ", "শেষ সপ্তক" নচিংয়া কাব্যগী কবিতা খরদা অসিগুম্বা মথলগী হিয়ুমেনিজম উবা ফংতি। কাব্য অতৈ অতৈগী সুপা সুপীদি মহাক্কী মপুকখোক্তগী পুখোকপনি।

রবীন্দ্রকাব্য পুন্নমকী সুংগী খোজেন্দি তেংবানবা পুন্নমকপু সুংশিবনি। তেংবানবগী মসুংদা লৈরিবা উফুল মরীক্তগী হৌদুনা প্রকৃতি অমসুং মীওই-ববু সুংশিবা অসিনি মহাক্কী কবিপ্রতিভাগী শককমদি। কবিগী 'নির্ঝরের স্বপ্নভঙ্গ' কবিতাদা চৌংথুংগী ঈরৈবুংনা ঈচেল পুন্নমক কৈদি কোনশিন্নগা ভুমদুনা লৈরম্বদগী মীকপ খোল্লকুনা ভুরেল ওইনা চেংরকপা অদু কবিগী থম্মোয়দা থুগুনা লৈরম্বা বিশ্বপ্রেমনি। কবি প্রতিভাগী মশক ওইরিবা বিশ্বপ্রেম অসিনা ঈহৌরকপদা কবিগী থম্মোয় হাংদোকখি—

জাগিয়া উঠেছে প্রাণ,
ওরে উথলি উঠেছে বারি,

ওরে প্রানের বেদনা প্রানের অবেগ
রুধিয়া রাখিতে নারি।
… … … …
হেথায় হোথায় পাগলের প্রায়
ঘুরিয়া ঘুরিয়া মাতিয়া বেড়ায়
বাহিরিতে চায়, দেখিতে না পায় কোথায় কারার দ্বার।
( য়াকায়রক্লেনে থম্মোয়সে,
ঈহোয়ে লাইজ ঈথক হৌনা,
থম্মোয়গী অরাবা ইপোম ঙমদরেনে থম্বা খিংহৈনা।
… … … …
মায়কৈ শনাই থঙদনা
ঙাওন কৈনা চেন্দুনা
খোকচনীংলে মালঙবান, ফংখিদরে উবা কদায় কৈশুমশঙ।)

অদুম্না মায়কৈ শনাই শীন্না মহাক্কী প্রতিভাবু, চাইথোকখি। তুরেললা মাগী ঈচেলগী পম্বুংদা সমুদ্র য়োরবা ঈচেলগী অর্থ ফংবগুম্না কবিসু মশাগী মপুংফাবা শকফম ফংজনবা মাগী মশক্তম ওইরবা প্রতিভাবু তেংবানবা শীন্না চাইথোক্লুনা মপান নাইদবা তেংবানবগা অমত্তা ওইনা তিন্ননীংবগী খোঞ্জেল ঈহৌরকখি—

কী জানি কী হল আজি, জাগিয়া উঠিল প্রাণ,
দূর হতে শুনি যেন মহাসাগরের গান।
( করিনো ঙসিদি থঙদরে য়াকায়রক্লেনে থম্মোয়সে,
তাবগুম তৌরি অথাপ্পদা মহাসাগরগী ঈশৈ।)

'প্রভাব উৎসব' কবিতাদা কবিনা— মশাবু তেংবানবগী মফম থুদিংমক্তা লৈবা ওইনা উরি।

হৃদয় আজি মোর কেমনে গেল খুলি ;
জগৎ আসি সেথা করিছে কোলাকুলি।

( হাংথরে ঙসি থম্মোয়সে করম্নো থঙদে,
তেংবান পুম্বা মসিদা লাক্নুনা লেঙ্গোম্নররে । )

অমুম্না কবিনা অমুক মাগী থম্মোয়দা তেংবান পুম্বা লাক্নুনা তিল্লবা উরি ।

কবি রবীন্দ্রনাথ ফজবগী পুজারীনি । মপান নাইদনা অমম্বুং মপুং ফানা ফজবগী শকলোন ওইনা লৈরিবা তেংবানবগী শকফম পুম্নমক কবিগী মীত্তা ফজে অমম্বুং কবিনা মুংশিজে । ফজবম্বু মুংশিবসিনা মরম ওইদুনা পোৎ খুদিঙমক্তা শকফম খুদিঙমক্তা কবিগী থম্মোয়না কোয়চৎ চৎলি । অমুম্না মপান নাইবা পোৎকী মম্নুংদম্বু মপান নাইদবনা লৈ হায়বসি কবিনা খঙবা ঙম্মী অদুগা আইডিয়েলনা রিয়েলগী মম্নুংদা লৈরগা মপান নাইদবগী অর্থম্বু লৈহল্লি । অদুনা, মপান নাইবনা মপান নাইদবগা তিম্নরগা মহাক্কী অর্থ ফংবগুম্না মপান নাইদবনম্বু মপান নাইবগা তিম্নরগা মহাক্কী অর্থ ফংঙি । অনীগী মরক্তগী ফংনরিবা অর্থ অসি রবীন্দ্রনা মাগী 'দুই পাখি' কবিতাদা ফজনা ফোঙদোক্লি । জীবাত্মাগী মশক ওইরবা পোনগী চেক্লাবু পরমাত্মাগী মশক ওইরবা লমগী চেক্লানা মপান নাইদবা মালঙবানগী উমংদা কৌথোকই অমম্বুং পোনগী চেক্লানা মাগী খুরবা পোম্নুংদা লমগী চেক্লাবু কৌশিল্লি ।

বনের পাখি বলে ; "খাঁচার পাখি ভাই,
বনেতে যাই দোঁহে মিলে ।"
খাঁচার পাখি বলে, 'বনের পাখি, আয়
খাঁচার থাকি নিরিবিলে ।"
( হায়রকই লমগী চেক্লানা, "পোনগী চেক্লা মরুপ ও,
চৎলসিনে উমংদা ।"
হায়রকই পোনগী চেক্লানা, "লাউনে লমগী চেক্লা ও
পোন্দা চীক্লা লৈসিনে ।"

মীওইবা অমম্বুং ঈশ্বরগী মরক্তম্বু অমগা অমগা মুংশিনবগী মরী লৈ হায়বা তত্ত্ব অমা কবিতা অসিদা ফজনা তাক্লি । মসি অহানবা মীৎয়েংদদি

বৈষ্ণবভক্তিগী সখ্যৰসকী মওং মাল্লি। অদুবু বৈষ্ণবকী সখ্যৰসতদি শান্ত অমসুং দাস্য অনীসু য়াওরি। অদুগা শৈয়েং অসিদা হায়রিবা চেল্লা অনীসিগী মরক্তা শান্ত অমসুং দাস্যগী ভাব লৈনৈ হায়না তাক্তে। অদুনা মসি বৈষ্ণবভক্তিৰস নত্তে।

ৰবীন্দ্ৰকাব্যগী ঈচেলসি লাইরমলেনগী ওইবা থম্মোয়গী সুংবান অমনা পুরবসু কবিদি পুন্সি অমসুং তেংবানবগী ৰস পুন্নমক চুপ্পা পাম্মী। অদু ওইরবসু রিয়ালিষ্ট কবি অতৈগীগুম্না মতম খরগী ওইবা মপুংফাদবা ৰস নত্তে কবি অসিগী ৰসতি। মহাক্কী ৰসতি অহানবদা ইন্দ্রিগী পেন্নিংতাই ওইবা ৰস মাল্লবসু মমৈদা ইন্দ্রিনা লাম্বা ফংদবা ভাবকী জগৎ অমদা পুখৎখি। সুপীগী ফজরবা খবাক-তানফসু "ইমা লক্ষ্মীগী কমলাসন" ওই-হল্লি, মফি শেত্তবী সুপীগী হকচাংদা ইকাইবা থারবা অশেংবা প্রেমগী মূর্ত্তি উাল্লি। মরম অসিদগী মহাক্না, বিশ্বসৌন্দর্যগী ( Universal Beauty) মখক ইরায় লায়না উবা ফংখি তেংবানবা অমসুং পুন্সিগী মমুংদা প্রকৃতি অমসুং মীওইবগী মরক্তা— 'সনাগী হি গী হিহোনবা ওইনা মতমগী ঈপাক্তা সংসারগী অপাম্বা অমসুং প্রেমগী ঈখোলাংবা পুন্নমক্কী রাংমদা লৈরম্বা বিশ্বসৌন্দর্য। অদুনা মহাক্কী 'মানসসুন্দরী'দা হায়রি—

এখন ভাসিছ তুমি
অনন্তের মাঝ ; স্বর্গ হতে মর্ত্যভূমি
করিছ বিহার ; ...
( তাউরি হৌজিক নহাক্তি
থমদবগী মমুংদা ; নোংদোন মালেম শীন্না
লৈরি কোয়দুনা ... )

ৰবীন্দ্ৰনাথকী 'সোনারতরী' অমসুং 'চিত্রা' কাব্যদা 'জীবনদেবতা' হায়বসি 'পুন্সি নোংদম্ব'গী তত্ত্ব অমা য়াম্না মরুওইনা উবা ফংঙি। পুন্সি-নোংদম্বা লাইবু কবিগী মীত্তা সুপী ওইনা উই, সুপা ওইনা অমুক উই। কবিগী জীবনদেবতা কবিগী পুন্সিবু লমজাংবীবা, মপান-নাইদবগা তিন্নবগী

অভিসারদা মৈরা পায়বীরিবা নোংদম্বনি। অমরোমদা তেংবানবা শীনবা থুংনা লৈরিবা থম্নাইদবা মপু, অমরোমদনা কবিগী মথন্নতগী ওইবা পুন্সি নোংদম্বা লাই। মসিদা বৈষ্ণবকী দ্বৈতবাদকী রাফম লাকই। ঈশ্বরনা ঐখোয় খুদিঙমকপু তোঙান তোঙান্না থম্লি অমসুং ঐখোয় খুদিঙমকপু সুংশিবিরি। অতুগা ঐখোয়সু ঐগী ঐগী ওইনা ঈশ্বরবু সুংশি। ঈশ্বরবু ইশাগী ওইনা খনবা মতমদনা জীবনদেবতা অতুগা ময়ামগী ওইনা খনবা মতমদনা বিশ্বদেবতা হায়বতনি। জীবনদেবতাগী তত্ত্ব অসি রবীন্দ্রকাব্যদা য়াম্না মরুওইবগী মরমদি কবিগী কাব্য পূম্নমক্কী লমজোং পীবিবসি মহাক্কী জীবনদেবতাননি। অদুনা কবিনা মহাক্কী 'নিরুদ্দেশ যাত্রা' কবিতাদা হংলি

আর কত দূরে নিয়ে যাবে মোরে হে সুন্দরী,
বলো কোন পার ভিড়িবে তোমার সোনার তরী।
( অমূক কয়া তান্না পুবীগদৌরি ঐবু হে ফজবী ?
হায়য়ু করম্বা তোৰ্ব্বান্দা থাংগদগে নংগী সনাগী হি )

রবীন্দ্রনাথনা সমুদ্রবু পৃথিবীগী মমা ওইনা, অমসুং পৃথিবীগী জীব পূম্নমক্কী মমা ওইনা উই। 'সমুদ্রের প্রতি' অমসুং 'বসুন্ধরা' কবিতাদ— পৃথিবীবু উবা কংভি থম্মোয়চেনবী কনাগুম্বী অমগী শকফমদা। পৃথিবীনা জীবশিংবু মাগী সুংশি থম্মোয়না কোন্দুনা থম্লি। সমুদ্রগী ইরাউখোল ভা-রগা কবিনা নীংশিংলকই পৃথিবীনা লাইজ তরঙ ভাক্তা ওইরিঙৈ কবিগী থন্নায়না লাইজসুংদা লৈরিঙৈগী খোঙেস। পৃথিবীগা কবিগী পুন্সিগা লৈনবা মরী অসিগী মসুংদা বৈজ্ঞানিক তত্ত্বগী অচুম্বসু য়াওরি। পৃথিবীগী লৈশেম্না লাইজতরঙ ভাক্তা ওইরিঙৈদগী হৌনা সাইয়োন অমদা নত্রগা আদা কবিগী পুন্সি অসি লৈরক্লবদি—উ, উরী, শা উচেক্লচিংবগী মপোক কয়া কয়া লৌথ্রবনি। অসুম্না মপোক কয়ারক হন্না ওন্নগা কবিনা মপোক অসিদা লাক্লিবনি। মহাক্না পৃথিবীগা করিগুম্বা মতমদসু থাদোক্লরক্ত্রি। অদুনা 'প্রাণ' অমসুং 'স্বর্গ হইতে বিদায়' কবিতাদা পৃথিবীবু সুংশিবগী রা কয়া ফোঙদোক্লি।

রবীন্দ্রনাথকী "বলাকা কাব্য"দা য়াওবা শৈরেং খরা মীওইবসি প্রকৃতিগী হকচাংগী শরুক অমা ওইনা উৎলি। মসি হৌজিকী অনৌবা দার্শনিক তত্বগা মান্নে। প্রকৃতিগী মসুংগী শককম অহু মীওইবগী পুক্নিংগী মিংশেলদা মমি তাই। প্রকৃতিনা মাগী মপুংফাবা লৈশেমগী শককম পুন্নমক মীওইবগী পুক্নিংদা উবা ফংহি।

রবীন্দ্রনাথকী মীৎয়েংদা পৃথিবী অমসুং মীওইবা পুন্সি অসি মায়া নত্তে। অহুনা ইন্দ্রিগী থোঙ পুন্নমক থিংজিন্দুনা ধ্যান তৌরগা পৃথিবীগী রাংমদা অরান-খুভম তানবা মহাক্না য়ানিংদে। মহাকী মীৎয়েং অসি 'মুক্তি' কবিতাদা ফজনা খঙহল্লি—

বৈরাগ্যসাধনে মুক্তি, সে আমার নয়।
অসংখ্য বন্ধন-মাঝে মহানন্দময়
লভিব মুক্তির স্বাদ।

( থাদোক্লগা তানবা অরান খুভম, নত্তে মহু ঐগী।
মশীং নাইদ্রবা অক্বা-অপুন মরক্তা
তংগনি হেন্বোইনা শুংঙাইরবা মুক্তিগী মহাও। )

পৃথিবীদা মহামানব ( Superman ) হায়বদি লাইপোক মীওই অমা লাকখিগনি হায়বা তুংগী রাফম রবীন্দ্রকাব্যগী অরোইবা খোজেল ওইনা লাউরম্লি। চেতনাগী থাক্কী রা য়াওদ্রবদি রবীন্দ্রগী মহামানবক্কা অরবিন্দগী সুপরমেন ( Superman ) গা মান্নে হায়বা য়াই। লাক্লিবা মতমগী শাইগোন্দগী মহামানবনা লাকপা উহুনা রবীন্দ্রনা শকখি—

ওই মহামানব আসি
দিকে দিকে রোমাঞ্চ লাগে
মর্ত্যধূলির ঘাসে ঘাসে।
সুরলোক বেজে উঠে শঙ্খ,
নরলোক বাজে জয়ডঙ্ক,

জয় জয় জয়রে মানব অভ্যুদয়
মন্দি উঠিল মহাকাশে।
( মীথোই-মীহেন মীওই লাক্কুনা
মায়কৈ খুদিং তুজুংলে,
মালেম নাপীশীংনাশিং।
থোঙ্গৎলে মোইবুং লাইরৈবাক্তা,
মীরমলেম্দা জয়গী পুংথোল,
জয়-জয়, জয় মীথোই মানা খোঙদাবা
নিল্লক্লে পাক্লবা অতিয়াদা )

অম্নুম্না ঋষি কবি রবীন্দ্রগী কাব্য মীৎয়েংনা তুংদা ওইরকদোরিবা পৃথিবীগী মায়কৈদা থিন্দুনা মহামানবকী জয়বু শক্লম্লি। কবিগুরুগী খোঞ্জেলনা চুম্লবদি মহামানবনা পৃথিবীদা থুংলরবা মতমদা বিশ্ব একতাগী পান্দম অমনা মফম মতমগী অথুবা কোর নমথেক্তুনা ঐথোয় পুম্নমকপু ছন্দগী পরেং ওইনা লেংলগা পৃথিবীবু ট্রেজেডিদগী কল্লরগনি। পান্দম অসি ভারতত্তদি অনোবা নত্তে, থায়নদগী হৌনা লৈরক্লবনি মরম অদুনা কবিনা লাউরম্লি— মীওইবা পুম্নমকী তিন্নফম তীর্থদি ভারতনি।

———

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

# জি. সি. তোংব্রা

হন্দক এমঃ ডিঃ ইউনা দিল্লীদা মণিপুরী ড্রামাগী ফজরবা মশক অমা তাকলুবদগী হৌনা ভারতকী ড্রামা সভাদা মণিপুরী ড্রামাস্নু লেঙ্ত্রবা আসন অমা ফংলবনি। লাইফদিবীগুম শেগায়রবা লুবাক মন্নুংদা লৈগদবা নত্রে। ফজরবা অঙাংগুম মীয়াম মমাংদা লেপ্লবা তারবনি। অসিনা মণিপুরী পুম্নমক্না ঐখোয়গী লৈজরিবা অমস্নুং লৈজরব্বা ড্রামাগী মওং অসি খঙবা তাই—য়াম্না চেকশিন্না, য়াম্না কূপথনা অমস্নুং মপুং ফাবা মীয়েংগা লোয়ননা। অসিগুম্বা মণিপুরী ড্রামা শকথঙবগী খোংচৎ অসিদা ঐখোয়না থেংনদবা য়াদবা, হন্দোকপা ঙমদবা অমদি কনানো? জিঃ সিঃ তোংব্রা হায়না ময়ামদা উৎচরিবা শ্রীতোংব্রম গীতচন্দ্র সিংহ।

চহী কয়ামুক্কী মমাংদা জিঃ সিঃ তোংব্রানা চূড়াচান্দ হায় স্কুলগী কাচিন অমদা লোম্ন থুপ্না নৈনথি সেক্সপিয়ার ইবসেন অমস্নুং বার্ণার্ড শো। অকোনবগী অসিনি গীতচন্দ্রনা য়াম্নমক হেক পামজবদি। জিঃ সিঃ হায়বা অসিমক জজ. বনাড শোগী জিঃবিঃএসঃহায়বজ়গী নমুনানি। খাইনদি অত্তুম খঙনরকই ফাগী তোগনবা, করেম্নগনবা, চৎনরিবা সমাজগী তাংপাং চঙদবা মীতা অমা ওইনা। খর লৈরগদি পুথোরক্লে ড্রামা কয়াম্নুক। সবজেক্ট জাং শুরে, কনাগী রাজনীতি, সমাজনীতি, সাহিত্য পুম্নমক মহাক্কী ড্রামাদা য়াওরে। প্রেমভক্তি রসনা থল্লবা, শাবী শানৌগী মুংশি-মুংওন য়ারীনা হা-রবা মণিপুরী ড্রামা লমদমদা গীতচন্দ্রনা লংশিল্লকই-ফাগী, করেমনবা অমস্নুং বুদ্ধিনা তাশিন্দুনা শাথবা অনৌবা ড্রামাগী বোম অমা মুঙাইরবা স্নুর অমদা কুইনা উইহুনা লৈরম্লবা মণিপুরগী ড্রামা ভাবোকপু মীৎ খংপাং পাঙহল্লি। খরনা শাউই, খরনা নোকই, অকপ্পদি থংওদেমাগী ড্রামা য়েংবদা। কপকদবা মী অমতং হায়রগা জিঃ সিঃ তোংব্রা মশামক

—মহাক্কী বুদ্ধি অমসুং থম্মোয়দা পাল্লিবা অত্ত মপুং ফানা কোঙখোক্লবা, থাজহন্নবা লাক্লরকপদা।

তোংৱ্রাগী লীলা পুন্নমক কমেডিনি। অয়াম্বনা করেম্নবা লীলা ঙাক্তনি। টলষ্টয়না হায়খি বার্ণার্ড শোদি পুন্সিবু ফাগীদোনা লৌই। শোনা খুমখি—পুন্সি অসি ভশেংনমক ফাগীনি, 'Life is, indeed, a joke'। তোং-ৱ্রাসু শোগুম্না হায়বা য়াই—পুন্সি অসি ফাগীনি। জিং সিং তোংৱ্রাদি ৱাবা হৈনদে, থম্মোয় নৌথবা পামদে। নোকপা পামই সমাজগী তৌনরিবা ইৱাংদা, মহুং মপানগী ভিন্নবা য়াদবা ফিবম কয়ামুক্তা, শিংলে হায়না চৎচ-রিবা কয়াগী অপংবা ফিবমদা, ঙাওরে লৌনরিবা কয়াগী অশিংবা মওংদা। অসিনি তোংৱ্রাগী ফিলোসোফী, গীতচন্দ্রগী মিৎয়েং। অদুগা অসিনি মহাক্কী ফাগীগী হৌরকফম। সমাজদা লৌনরিবা চৎনরিবা ময়াম—সুংশি-নবা, যুমপানবা, সমাজ সেবা তৌবা, ৱাজনীতিনচিংবদা ময়াম্না পুনরিবা ভাবশিং অসি তৌশিন্নবনি, তাৎনি, ওইবা য়াবা নত্তে। অদুবু ময়ামসিনদি মহাকপু শাউহন্দে, নোক্লিংহল্লি। থোঙনা চৎলিবা ঐখোয়না কোক্লা চৎকে হোৎনরম্বা নিপা অমবু উবদা পোকফম থোকপা নোক্লিংবা অদু-গুম্না গীতচন্দ্রনা ময়াম্না তৌনরিবা অসি উবদা নোক্লিংলিবনি। মতাং অসিদি বার্ণার্ড শোগী প্রভাব গীতচন্দ্রদা ফনা য়াম্না তাই হায়বা য়াই।

অদুবু গীতচন্দ্রগী সবজেক্টতি মণিপুরী সমাজনি ফনা হায়রুনসু মণিপুরী ড্রামাটিষ্ট অমা ওইগে হায়রবদি মণিপুরী সমাজবু মুন্না শকথঙদবা য়াদে শো, শেক্সপিয়রগী ফিজী পায়রুবা ঙাক্তনসু চৎনদে। অসিনা হান্না ফজনা শাৎতুনা লৈজরমলবা মণিপুরী শুমাং লীলাগী লৈরাংশিং অসিগী মনমসু মহাক্কী ড্রামাদা ফজনা য়াওই। হায়নীংবদা হায়বা করেমননিংবদা করেম্নবা শুমাং লীলাগী থাদোক্লবা য়াত্রবা মণিপুরী ভাবোক্লা থরায় তানা নোকচ-ধ্রবা ফাগীগী মওং অদুসু গীতচন্দ্রনা মপুং ফানা শীজিন্নৈ। অদুবু মসিদি চুম্নগী থুৎলায়নি। শুমাং লীলানা য়োবা ঙমদবা ভাব কয়ামুকপু কোঙ-দোকপসিনি তোংৱ্রানা মরুওইনা পাম্লিবদি। চুম্নগী নোকহনবদা নত্তে;

খৱুহনবনি। খলহনবদসু নত্তে, মতুগী মতুংইনবা থবক পায়খৎহনবনি। হায়বদি সমাজ সংস্কার তৌনবা তস্বীবনি।

ঐখোয়না মুন্না খঙগদবা অমদি গীতচন্দ্রসি না ঙাঙবা ফাগী তৌবা য়াম্না হৈ। অহোইবা অথম লৈত্তনা, য়াম্না মচং য়াওবা য়ারী শাবা ঙমই। মসিনি মাগী ড্রামাদা ততুনা উৎলিবসি। বার্ণার্ড শোগুম্না য়াম্না য়াম্নমক ইন্টলেক-চুয়েল ওইবা ঙমত্রবসু মহাক্না হায়নীংবা খরদি ফজনা পালহনবা ঙমই। নোংথাংগুম্না ঙাম্বোকহনবা ভাব য়াহৈ য়াত্তা কয়ামুক ঐখোয়না তোয়না মহাক্কী লীলাশিংদা থেংনৈ। অনৌবা ভাব কয়ামুক্তুনা ঐখোয়গী চেৎনা থমজরিবা রাখল অমসুং ভাব কয়ামুক লৈঙোইদা শাবা য়ুমগুম্না কিস্বুহ-ল্লকই। অত্তবু সুংঙাইরিবদি ড্রামাদা য়াওরিবা করেক্টর (চরিত্র) শিংহুসু মখোয়গী অশোনবা, ওইদবা পুম্নমকতু মশা মশানা খঙজে। মসিননি গীতচন্দ্রগী ড্রামানা ভাবোকপু অত্তৎপা লৈত্তনা নোকহল্লিবা।

ড্রামাগী প্লোটতা চরিত্র চিত্রণ (কেরেক্টরাইজেসন) দা অমসুং চরিত্র-শিংগী অন্তর্দ্বন্দদা তোংব্রানা মুন্না য়েংশিন্দে। মহাক্কী হায়ববু হায়দোক-হল্লগা লোইরে—Spontaneity is the thing। হায়কম থোকপা থোক্তবা লৈত্তে, মত্তাংবু চারবদি কোক হেক্তা কোংদোকহনবা ময়াম্বু খঙহনবা, নোকহনবা। মীওইবগী রাখলগী অমসুং থম্মোয়গী রায়েন পথাপ লৈবা হৌনদে। করেক্টর হায়ববু করিনো? ঐনি। ঐনা হায়রিবসিনি। লীলাগী করেক্টরশিংনা মাগী মাগী মরোল্দা হায়গদবা নত্তে। ঐনা মখোয় অমমম ওইরগা হায়রিবনি। মসিনি গীতচন্দ্রগী মত। অসিদনি মহাক্কী ড্রামাগী লুরবা পরীক্ষা।

---

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

# মৈতৈগী শুমাং লীলা

অহীং ওইশিল্লক্লে। য়াওশংগী মুঙাইবনা হৌজিক ফাওবা থন্নায় হকচাং কুপলি। অতুবু থাপতক তোনা মথোল অমা তাই—ঢোল্লোক্কী মথোল। মায়কৈ অসোমদা চেনশিন্নরক্লি মুপী অঙাং অহল-লমন পূন্নমক। পাক্লবা লম্পাক অমদা মৈঙান্দা পূন্নমক পৈছ্নুনা লৈরে। ময়ায়দা চৌকি অনীগা লোয়ননা মী থন্না লেপলি ফমলি। শুমাং লীলা হোরে।

বাংলা দেশলোমগী যাত্রাদোনা অতুক য়াম্না ঈশৈনা মরু ওইনা ধর্ম্মগী ৱারীলোমদা চঙশিন্দে। রামায়ণ মহাভারতলোমগা থোইদোক্লা মরী লৈনদে। অমতং হায়বা তারগনা হরিশ্চন্দ্র। অতৈদি কবোগা মৈতৈগা নক্লরম্বগী ৱারী ( থোক লীলা ) ঐথোয়গা হৌজিক ফাওবা থাদোক্লবা য়াম্রিবা কুইরবা মোইরাংগী সভ্যতাগী ৱারী (মোইরাং পর্ব্ব)অম্বা থোইবীগী মমাঙগী লাংঙোন অমগী ৱারী (পিদোন্নু) মণিপুরগী কাউনবা ঙমনত্রিবা অথোইবা নিংথৌ (ভাগ্যচন্দ্র)।। হৌজিক হৌজিক সামাজিক সমস্যা উরকপা ( ফাদোক পেমচা ) অম্ুম তোনা লীলা মওং মওং লৈ।

ভাবোক্কীদি মুঙাইরগা লোইরে। নোক্লগা লোইরে। মশক্তা থোইনা য়েংদে।

নীপা অমনা ফিরোল থন্নাশেংচিল্লগা নিংথৌ হেক্তা ওই। অমনা অমুক ফনেক অমা শেংচিল্লগা মকোক থুম্নগা মুপী হেক্তা ওই। মাল্লি মান্দে হায়বা ভাবোক্কী থোইনা বেরা লৈতে। হেক্তা ময়ানৈ। ঙাঙথোরকপা ৱাতাদা উৎলিবা ফাগী অমম্ুং চৎথোরকপা শাজং অতুনা পাল্লগা হেক্তা লোইরে।

ড্রামাগী ভাবোক্তি থর কুপথৈ। ড্রামাদা চঙত্রবা য়াত্রবা প্লোট কেরেক্তর অমম্ুং সিচুয়েসননচিংবা অমম্ুং ভাবোকপু চিংহ্নুনা পুৱিবা আগ্রহ

( suspense ) হায়বহ্ খজিক্তং মপুং ফারকত্তবদা সহানুভূতি কংদে। লীলা হেক্তা নুঙাইতে। উৎলিবা চরিত্রগী মশা পূন্নমক অপুনবা লংনা অমনা ফাজিল্লি। তিন্নবা য়াবা য়াদবা খোদোকশিংগী য়াহৈ য়াভাগী অরুবা মতাং লৈ। য়াম্না চেকশিন্না নুঙাইবা ড্রামানি।

শুমাং লীলাগীদি অহু লৈতে। চরিত্র হায়বা পোৎশক থোইনা থমদে। হায়নিংবা য়াভা হেক্তা হায়জিনবা য়াই ঙাইহাক্তী থোকউ থোক-উবা ভাব অহু ফোঙদোকপদা অপনবা লৈতে। হৌজিক্তা য়াথং পীরম্বা বড় মন্ত্রীনা নুপী কায়নবগী প্রেম সঙ্গীত শক্তোরকপা য়াই। লিরবা য়ারৌদা নায়ক অহুনা অমুকম্তু ড্রামাগী নত্রগা সিনেমাগী ঈশৈ শরুকপদা ময়াম্না শাউদে। নুংবু নুঙাইহল্লবদি পঙয়াদা ময়াবা ভাবোক্নি। থোরকইবা নীপাহুনা য়াশীবু থর লৈরবা অমম্তুং হায়দোরকপা তৌথোরকপা অহুনা ইপক্তা পকচরবদি ভাবোকপুদি পুনিংবা মওংদা পুবা য়াই। অমুকম্তু নোকহনবা য়াই ; অমুকম্তু কপহনবা য়াই।

অসিনা শুমাং লীলাদা ভাবোক্না মরু ওইনা পাম্লিবদি য়ারী পরিং নত্তে। ফাগী—নোক্নুনা নুঙাইবা, নুঙাইহুনা নোকপা। অঙাংপিশক অমদগী অহল ফাওবসি ফাগীগী মতাংদা য়া কাহুনা লৈরিবনি। লৈশাবী মোনহা খরতনা লেম্বা উৎনিংবদগী মচিন খুমহুনা ইনোক নোক্লিংদবা শাজিন্নৈ। নোক্লকপা মতমদা লম্পাক নত্রগা শুমাংহু পোকথায়গদোগুম হঞ্জিন হঞ্জিন নোকইবনি ; নহারোল পাখং মচাশিংম্তু লীলাদা অমুক য়েং, নুপীরোমদা অমুক য়েং— অহুম নোকই। অহল য়াননবা য়ারী মপুং মান্নবা করুণ রস পোকহনবা মতেক অমনিম্তু ময়াওই। অহুবু ময়ামগী দাবীনা কনবনা য়ারী চুমদ্রিং উৎপা লীলা য়াওরক্রে।

অহুদা নুঙাইরিবদি তৌরিবা ফাগিশিংহু ভাবোকপু করেম্নবনি। সমাজগী অমোৎপা অশোনবা অথীবা পূন্নমক হাম্লেংবা লৈত্তনা উৎলক্লিব অমম্তুং উৎননবা লাম্নরিবনি। নুপী লোনবগী অরুবা অমম্তুং নুঙাই

সমস্যা, সুপীনা লোয়া নীপা ভাওনবগী সমস্যা, নহারোলশিংনা লম হেল্লকপগী মওং কাগি ওইনা পুথোরকইবনি। থিরেমথৈ চৈরগা নোকহনবা ওল্লিবা শুমাং লীলানি। চম্না নোকহনবা ৱাঙাংদা ফিভমদা নোকহনবস্থ কয়া অমা য়াওই।

ঐখোয়না খঙগদবা অমদি শুমাং লীলা হায়বসি পুন্নমক্কী ওইবা লীলানি। পুন্নমক্কা য়াবা পুন্নমকপু উৎপা লীলানি। সমাজগী ৱাখলগী অমস্তুং খক্সোয়গী মিংশেলনি হায়বা য়াই। লীলাগী মীগা ভাবোক্কা অমত্তা ওই।

লেম্না ফজবা লীলাদি ড্রামানি। শুমাং লীলা নত্তে। অদুবু মৈতৈশিংগী খক্সোয়দা থুম্না চেল্লিবা মণিপুরী সংস্কৃতি অমস্তুং সমাজগী ঈচেল অমা খঙগে হায়রবদি শুমাং লীলা নৈনদবা য়াদে। মরমদি শুমাং লীলাগা সমাজগদি অমত্তা ওইনা ঈরোইননা লেপ্তুনা চেল্লিবনি।

———

খোইবী দেবী

# ভারত চনুগী আদর্শ

ভারতবর্ষ হায়বা লৈবাক অসি এশিয়া মহাদেশকী মনুংদা লৈবা লিরবা লৈবাক অমনি। লৈবাক অসিগী সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতিসু অরিবশিংগী মনুংদা অমনি। যুগ কয়াদগী হৌনা লৈবাক অসিগী মীশিংনা বিদ্যা মথল কয়া লৈনরকুনা জগৎপু জ্ঞানগী মঙাল্লা ঙালহল্লক্লি। ভারত অসিমক জ্ঞান বিজ্ঞান কয়াগী হৌরকফম্নি— ত্যাগ, সাধনাগী মুংফম্নি। ভারতকী বিদ্যা, সাধনা, ধর্ম্ম, শিক্ষা দীক্ষা, সতী ধর্ম্মগী থিংচৎ,— অঙক-পনি ঙসি ফাওবা মুত্রি। ফাওরবা মুণি ঋষি কয়ানা ভারতকী আদর্শ তাক্লি। ভারত চনু কয়ানসু মখোয়গী আদর্শ থনম্লি। ভারত চনুশিংদি মপুং ফারবা জ্ঞান্না লৈতেংলবী, মমা ওইবগী মুংশিংহৈবী মপুকচেন্না থন্নবী অমসুং মশাবু মুন্না মশক থঙজরবী ঙাক্তনি।

শ্রীরামচন্দ্রগী লৈবাক ঙাকপা, প্রজাবু লুনা নীংবা, ধর্ম্ম ঙাকপা অসিনচিংবা মখোদা পুক্লিংচঙবগী ন্নারী পৃথিবী ইতিহাসতা অনী শুত্রবনি। শ্রীরামগী তালোই সীতা দেবীনা মহাকী সতীত্ব ধর্ম্মনা জগৎকী গুণী কাঙ-লুপ্প্ৰ লমজীং পীবিরম্মী। সাবিত্রীনা শিরবা মপুরোইববু অমুক হন্না হিং-গৎহনখিবা ভারত নত্তনা অসিগুম্বা দৃশ্য অসি কনানা জগৎকী করম্বা মফমদা উপ্রবগে? করম্বা লৈবাকী 'সতী'না মপুরোইববু নিল্লা তৌবা তাবদা মথল্লায় থাবা ঙমখিবগে? মশা পুম্বা পুমথরহনা নীংখায়গদৌরবা মপুরোইবদা থল্লায় হাপ্পা ঙমখিবসি বেহুলা নত্তনা করম্বা লৈবাক্তা করম্বা চনু পোকখিবগে? দময়ন্তী, লীলা, চূড়ালা, কুন্তিদেবী, দ্রৌপদি, চিন্তা, পুন্নমক লৈমা নিংথৌকোন্দা শাৎচবী রাজ-কন্যা ঙাক্তনি, অহুবু মশানা ন্নানা অমদি থঙনা লম্বীগী চাকনীবীগুম অন্না-অনা কয়া থাঙখিবা, ন্নারী অমদি লাইরিক্তা লেঙত্রবা প্রমাণ ওইরি। মপুরোইবা মমিং ঙাঙদি

হায়দুনা গন্ধারীদেবীসু মমিত্তু ফিনা ফাজিন্দুনা মিৎ তাঙবী শাখি। অসি-গুম্বা মপুরোইবগী অন্না-সুঙ্গাই খোঙচৎ খুদিংদা লোয়ননা চৎমিন্নরবী অমসুং ধর্ম্মক্ষেত্রদা থরায় হকচাং লুপ্পবী ভারত চনু কয়া'মনি। কর্ম্ম ক্ষেত্র-রোমদা য়েংলুরবসু শীংথাবদা মতীক চারবী ভারত চনু কয়া লৈরি রাজ-পুত্তনাগী থৌনা ফরবী চনুশিংগী 'জোহরব্রত'হায়বসি নুপীগী ইকাই খুম্নবা ঙাক্লবগীদমক মৈনুংদা চোংশিন্দুনা মথরায় থাদোকপা মোমোন নোকপা মায়থোংনা মপুরোইবা অমসুং মচাবু লানফমদা য়েক্লবা মায়োক য়ারুনবা মঙ্গলাশীর্ব্বাদ পীদুনা থাখিবা—শঙদবা কনা লৈরমগনি। চান্দবিবি ঝান্সীগী রাণী মথুত্তা থুংলাই পায়দুনা য়েক্ল মায়োক য়াখিবা— ইতিহাসকী রারী ওইনা লৌরসিরা ? নত্তে, তশেংনমক ভারতকী থৌনা ফরবী চনু ঙাক্তনি। ত্যাগকী মরীদা য়েংলুরবসু,— ধাত্রী পান্নাগী রারী তাবদা ঙসি ফাওবা মিত্তগী পী শিন্দদবা কনা য়াওগনি? অসুম্না নিংথৌগী মহারাণীদগী হৌরদুনা মীনাই নুপী ফাওবদা ভারত চনুগী আদর্শ ততুনা উবা ফংলি। শম্না হায়র-বদা ধর্ম্ম অমসুং কর্ম্ম ক্ষেত্র অনীমক্তা ভারত চনুশিং অসি করিগুম্বা লৈবাক অমত্তদা চাংদম্নবা য়াদনা লাক্লি। অসিগুম্বা ভারত চনুগী আদর্শ অসি মাঙখিগনি হায়বগী চিংনবনা স্বামী বিবেকানন্দনা লাউখি— 'হে ভারত, কাউগনু নহাক্কী নুপী জাতিগী আদর্শ সীতা, সাবিত্রী, দময়ন্তী। কাউগনু নহাক্কী সমাজ, চাউরবা মহামায়াগী শক্তম্নি।''

অদুবু ঙসিদি কদায়, ধর্ম্ম— ক্ষেত্রগী নুপীনা কদাইদা। কর্ম্ম ক্ষেত্রগী নুপীনা কদোমদা। হৌজিক্কী বিজ্ঞানগী যুগতা লৈরিবা নহারোলশিংনা শোয়দনা হায়গনি—রুশিয়াগী নুপীনা নোংদোল খেংনা পাইদুনা অতিয়াগী থাবু মথুংনা লাম্বা ফংলবা মতম অসিদা সীতা, সাবিত্রী, দময়ন্তী অমসুং ঝান্সী রাণীগী মফম লৈত্রে। অমুকসু হায়গনি— হৌজিক্কী সমাজ অসিদা মাধবীগী স্বার্থত্যাগকী মফম লৈত্রে উন্নীরৈগী জগৎনি। কয়াদা থীনা হোং-প্রবা রাখম্নো ! চুম্মী, হোংগনি, সমাজগী খোঙচৎ হায়বসি মতমগী মতুং ইন্না অমদি মীওইবগী জ্ঞান হেঙ্গৎলকপগী মতুং ইন্না হোংই অদুবু হোংবা হায়বসি কত্তবা, চুমদবা থবকশিং অমদি নীতিবু হোংবনি, অফবদি মতম

পুন্নমক্তা লেঙদনা থন্নবা হোৎনরিবনি। অদুগা অমুকন্সু লৈবাক অমগী সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতিগা লৈবাক অমগীগা য়াম্না খেন্নে। লৈবাক খুদিংনা মাগী সংস্কৃতি মাঙখিদনবা কন্না হোৎনৈ মরমদি লৈবাক অমগী মশাগী সংস্কৃতি অদু হেক মাঙখিবদা জাতি অমা ওইজবগী শক্তম অদুসু মাঙখ্রবনি হায়না লৌনৈ। সংস্কৃতি হায়বসি শন্না হায়রবদা লৈবাক অমগী হৌনবী, চৎনবী, ফীজেৎ-চাকচা, রাঙাং-শাঙাং, যুম্নে-কৈরৈ অসিনচিংবা কয়ামুক পূনশিল্লগা ওইরিবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা মৈতৈ নুপী অমনা শাড়ী শেত্তুনা শিন্দুর নমত্তুনা চৎলবদি মৈতৈরা ময়াংলা হায়তুনা মুন্না য়েংনৈ অমসুং খন্নে। মসিদিগী ঐখোয়না মুন্না খঙবা ঙম্মে ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী মচেৎ অমতং মাঙবদা জাতি অমা ওইবগী শক্তম মাঙভি হায়বসি। অমুকন্সু নোংপোক অমসুং নোংচুপ অনীগী সংস্কৃতি অসি অঙকপা ফংনা খেন্নখ্রবনি, নরুবা শুকয়া য়াদবনি। ঐখোয়না কৈদৌঙৈদা নোংচুপলোমগী সীতা নত্রগা সাবিত্রীগুম্বীগী রারিদি তাবা ফংলোই অদুগা 'কিন্নর'গুম্বগী রারিদি তত্তুনা তাবা ফংগনি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি নোংপোক অমসুং নোংচুপ অনীগী নুপী অসি থম্মোয়, রাথল অমসুং হৌরকফম খেন্নবনি। অদুনা নোংচুপলোমদগী ঐখোয়না লৌবা তারবসু ঐখোয়গা চুনবা অফবা লমচৎ ব্যবহার, রাখল কয়াদি লৌবা য়াই অদুগা ঐখোয়গা পকশিন্নদবা মদু তৌরুরগা হিন্দু সমাজদা অমাঙবা ওইবা থবকশিং অদুদি ঐখোয়না লৌরুবা লাল্লি।

ভারত চনুগী খায়দগী ফজবা আদর্শদি 'সতীত্ব' অসিনি। চনু অমা ওইরগা সতীত্বগী গুণ অসিবু চেন্দ্রবদি থন্নায় য়াওদ্রবা হকচাংগা অম্মানি। 'সতী'গী অর্থদি ঐখোয়না ইচম-চম্না মপুরোইবা অমদগী হেন্দবী নুপী অদুবু সতীনি হায়না লৌনৈ। মসিসু থোইনা কায়বা নত্তে। অদুবু মদুদগী হেনবা সতী অমনা চেনগদবা গুণ থরসু লৈরি, মদুদি — প্রেম, ভক্তি, শ্রদ্ধা, হায়বদি—নুংশিবা, নোম্লুকপা, থাজবা,-- অদুম অসিমক সতী ওইবী নুপী অমনা চেনগদবা গুণশিংনি। হায়রিবা গুণশিং অসি নুপী ওইবীশিংনা পুন্সিগী থাক অনীমক্তা চেন্নগদবনি, ময়ুমদা কুমারী ওইনা

লৈরিঙৈদা মমা মপা অমসুং অহল-লমনশিংগী মফমদা চুংশিবা, নোল্লুকপা অমসুং থাজবগী মিৎয়েংগা লোয়ননা য়েংগনি। মযুম পান্নবা মতমদনা মপুরোইবগী মফমদা য়েংগনি। চনু অমনা সনা লুপা, মণি মুক্তা, কয়া-মুক্তা লৈতেংঙনসু সতীত্বগী গুণ অসিবু য়াওত্রবদি, উকংদা লৈতেংবগা অক্সানি। অহুবু অরাবদি বিজ্ঞান্না অহক্কী মতিক চাওথৎলক্লিবমথৈ ধর্ম্ম অমসুং আদর্শগী ল্লাখল হন্থরকপগুম তৌরি। অহুনা ঐখোয়না কিদবা ঙমদে মহুদি, বিজ্ঞান্না চাউখৎলকপগা লোয়ননা অচুম্বা অমসুং ফজবা হায়বহু মাঙথ্রগত্রা? ধর্ম্ম অমসুং আদর্শ মাঙলবদি মীওইবগী লমচৎসু লৈরক্লরোই। ধর্ম্ম অমসুং আদর্শ হায়বসি য়াওত্রবদি পুক্লিংগী লমচৎ শেম-গৎপা য়াদে. পুক্লিংগী লমচৎ য়াওত্রবদা বিজ্ঞানগী মফমসু লৈররোই। মরম অহুদগী ভারতকী রাষ্ট্রপতি রাধাকৃষ্ণনমক্লা হায়খি, ধর্ম্মদা যুম্ফম ওইরগা বিজ্ঞানগী জগৎ শেমগৎকদবনি। অহুনা বিজ্ঞানগী জগত্তা ধর্ম্ম অমসুং আদর্শগী মফম লৈতে হায়বদি মহুদগী হেন্না লানবা ল্লাফম অমা লৈররোই। মতাং অসিদা ঐখোয়না পন্নীংবা ল্লাফম অমসু লৈরি মহুদি, হৌজিক্কী যুগ অসিদা মূর্ত্তি পুজা তৌবনা করি কান্নগদগে হায়বা কাঙবু অমসু লৈরি। মসিগী পাউথুমদি নোংচুপ্পা নোংপোক্কী ধর্ম্মবু মূর্ত্তি পুজা তৌই হায়হুনা নিন্দা তৌরকপা মতমদা স্বামিজীনা ফজনা পীখ্রে, মূর্ত্তি পুজা তৌবা হায়বসি ঈশ্বর ফংনবা লম্বী অমনি, ভারতকী চৎনবী ধর্ম্মগী মতুং ইন্না মূর্ত্তি পুজা তৌদবা য়াদে। মাঙদা মূর্ত্তি অমা থমহুনা পুজা তৌরবদি পুক্লিং অমসুং ল্লাখল চোইথোক্রে, মহুনা পান্থৈ ওইহুনা ঈশ্বর ফংগদৌরিবনি। স্বামিজীগী ল্লাঙাং অসিগী মতুং ইল্লবদি হিন্দুগী মমাঙঙৈদগী হৌনা চৎন-ল্লক্লিবসি, অর্থ য়াওদবা, মপান্থোংগী মিৎকী কুম্মৈ ওইনবা অমত্তা নত্তে, মপুং ফানা অর্থ চেল্লবা অমসুং কান্নরবা হীরম ঙাক্তনি। অহুনদি ভারত চনুগী 'সতীত্ব' হায়বা আদর্শ অসিসু থাদোকপা য়াত্রবা ফজরবা গুণ অমনি। থোইদোক্লা ভারত চনুশিংদি ধর্ম্মগী চঙজফম ওইরক্লি। চুপীগী ধর্ম্ম অমসুং আদর্শ হায়ববু 'সতীত্ব' হায়বা গুণ অসিদগী অতোপ্পা অমা

লৈত্রে। যুগ কয়াদগী হৌদুনা ভারত চনুশিংগী পৃথিবী শিন-থুংনা কাওরবা 'সতীত্ব' ঐখোয়না ঙসি মাঙহনবা চুমদে, কনগদবনি।

হৌজিক্কী সমাজ অসিদা রাহং অমা ততুনা থোরক্লি, নুপীগা নুপাগা অধিকার চপ মান্নরবা যুগ অসিদা নুপীশিংনা সতী শাদুনা কল্লিগী নুপাগী মথা পোল্লুগনি। অসিগুম্বা অরানবা রাখল কয়াগী সমজীং মথাদা চৎপ-দগী নোংম নোংমগী সতীত্বগী গুণ অসি মাঙশিল্লকপ্রা হায়না খল্লি। সতী হায়বসিগী অর্থদি মপুরোইবগী মথা পোনবা হায়বা নত্তে, অমরোম্নদা থম্মোয় শেংলবী, অফবা থবক্তুনা মহাক্কী ওইরবী নুপী অদুবু সতী কৌগনি। সতীদা অতাঙবা গুণ কয়ামরুম অমম্মু চেনবা উই মদুদি, ব্লিদ পাৱার পেসেন্স অসিনচিংবা। ব্লিদ পাৱার হায়বসি ঐখোয়না মৈতৈলোন্দা হায়বা তারবদি 'নীংবগী শক্তি' নত্রগা 'সাধনা' হায়বা তাই। অসিগুম্বা নীংবগী শক্তি অসিনা সাবিত্রী অমম্মুং বেহুলানা শিরবা মপুরোইবশিংবু অমুক হন্না হিংগৎহনবা ঙমখ্রিবনি। পেসেন্স হায়বসিম্মু অথাঙ কনবা হায়বা তারে। সীতা, চিন্তা, দময়ন্তী কয়াদা অন্নাবা থাঙখ্রবনো, অন্নাবশিং অদু মপুরোইবগা লোইননা থাঙমিন্নরিবনি, অদুনদি, সতীশিং অসিবু করম্না নুপাগী মথাপোনবীনি হায়নগনি। মতাং অসিদা নুপী অমনা মপু-রোইবগা লৈনরিবা মরী অদু শম্নপ্না অমুক্তা য়েংসি। লুহোংবা মতমদা নুপানা শেংলবা বেদগী মন্ত্র শোল্লগা মৈবু সাক্ষী ওইহন্দুনা হায়রি—"নঙগী থন্নায়গা ঐগী থরায়গা, নঙগী শরুগা, ঐগী শরুগা, নঙগী তোংশাগা, ঐগী তোংশাগা অমম্মুং নঙগী উনশাগা ঐগী উনশাগা তিন্নরবনি; থন্নায় হকচাং অনীমক্তা নঙগা ঐগা অমত্তা ওইরবনি।" নুপীনা হায়রি—'ধ্রুবমসি ধ্রুবাহং পতিকুলে ভূয়াসম"—হে ধ্রুব, নহাক্না লেংদনা লৈবগুম ঐম্মু ইপু-রোইবগী শাইগোন্দা, লেংদনা লৈজগে। থুদম অমা অনী অসিদগী ঐখোয়না উরে মদুদি—হিন্দু শাস্ত্রগী লুহোংবগী ধর্ম্ম অসি কন্নাদা শেংখ্র-বনো, পৃথিবীগী করিগুম্বা লৈবাক অমদা লুহোংবগী মন্ত্রদা অসিগুম্বা অন্নাংবা থাক্কী ভাবনা থম্বসি য়াওদে।

মথক্কী ৱাকম থরা অসিদগী ঐখোয়না ভশেংনা উবা ফংলে, মুপাগা মুপীগা অনী অসিগী মরীসি কয়া য়াম্না নক্নবনো হায়বত্থ। ময়াম্না খণ্ডনবা মওংদা অমুক হায়রবস্থ য়ুম পাল্লবী মুপী অমগী মফমদা মপুরোইবা হায়বসি শকফম কয়ামরুমগী মওংনি,—অৱা-মুণ্ডাই অনীমক্কী মরুপ্নি, লমজিংবনি অমস্থুং শ্রদ্ধাগী মশক্নি। মপুরোইবশিংনস্থ মখোয়গী লোয়নবীশিংবু পুন্সিগী অথোইবা মরুপ, অৱা-মুণ্ডাইগী ঈথক ঈরৈ কয়াদা লোয়ননা তাওমিন্নগ-দোরিবনি হায়না লোগনি, মতম লৈবথিবিক্তা মহাক্কী লোয়নবীবু মুংশিবা অমস্থুং চানবীবা মীৎয়েংনা য়েংবীগনি— অমম্বা ৱাথনগী কান্নত্রবা মুপীদি মুপাগী ৱৎকম্নি, শান্নপোৎনি, মুপাগী সেবা তৌত্থনা মখোয়গী মপুন্সি লেনগদবনি হায়বা চুমদবা, চৎনত্রবা ৱাথল অত্থ থাদোক্কদবনি। মুপী অমস্থুং মুপা অনীগী মরীসি কয়ামুক য়াম্না নক্নবগে হায়বত্থ খুদম অমত্তুংগা য়েংলসি। ৱাধা কৃষ্ণগী য়ুগল মূর্ত্তিদগী কৃষ্ণগী মূর্ত্তি লোথোকপ্রবদি ৱাধাগী মগুণ লৈহোত্রে অত্থগা অমুকস্থ ৱাধাগী মূর্ত্তি লোথোকপ্রবদি কৃষ্ণগী গুণ মাঙথ্রে। অত্থনদি মুপা অমস্থুং মুপী অনী অসিগী মরীসি ভৎন থানবা য়াত্রবা থাইদগী হেন্না নক্ননা লৈবা মরীনি। মুপানা দেবতা ওইরবদি মুপীদি দেবীনি। ভারতকী ধর্ম্মদা মুপীগী থাক্তি য়াম্না ৱাংই, মত্থগী খুদমস্থ ৱাৎপা নত্তে,—শ্রীৱামচন্দ্রনা যজ্ঞগী হোম পীবদা মহাক্কী সহধর্ম্মিনী য়াওত্র-বদি য়াদে হায়ত্থনা সনাগী সীতা শারগা ৱামগী ওইদা থমথি। হায়রিবা অসিনা অচুম্বা ওইরবদি মুপীগী গুণ অসি কয়াদা ৱাংথ্রবনো ! মুপাদস্থ অত্থ মঙাই—মমতাজমহলগীদমক শাহজহান পোকখিবা নত্তে। অস্থুম্না মুপা অমস্থুং মুপী অনীমক্কা মাগী মাগী চৎফম থোকপা ব্যবহার, লমচৎ অমস্থুং অমনা অমগী মফমদা খনকম থোকপা ৱাথল অত্থ থম্নরবদা, কৈদৌঙৈদস্থ ইমুং মহী লাঙলোই, অনীমক পুন্সি চুপ্পা ভৎন-থানবা লৈতনা লৈমিন্নগনি। মুপী অমস্থুং মুপা অনীমক্কী আদর্শ থায়নগী ভারতকী সভ্যতা অমস্থুং সংস্কৃতিদা য়াওরক্নবনি, অনৌবা নত্তে। আদর্শ অসিগী মতুং ইন্না চৎখিবা ভারত চত্থ কয়াগী মমিং ভসি ফাওবা মুন্নি।

অহুবু হৌজিক্কী সমাজ অসিদা ঐথোয়না য়াম্না অন্নাবা দৃশ্য থরা উরি, **হোলিরুৎকী ফিল্ম ষ্টারস্মু** য়েৌঙমদা, ভারত চনুগী আদর্শস্মু থাদোকথি, মরক শরক্কী ফিভম অসিনি। লাইরিক লাইশু ফনা য়াম্না হৈহুনস্মু গুপা অমস্মুং নুপীগী মওং অসিদি থক হোংবা য়ারোই, কাক্তা রাহোং মতু পানশিল্লগা কদৌঙৈদস্মু রাহোং শুনবা য়াররোই; অহুনদি মাগী মাগী চৎফম থোকপা লমচৎ ব্যবহার অহু কায়দনা চৎপনা হেন্না ফজরোইদ্রা? থোৎচ-নৌজব, মমা ওইবগী মিনুংশি থঙবা হায়বসি নুপীগী য়াওজরকপা গুণশিংনি হায়বদা করিস্মু লাল্লোই। অসিগুম্বা গুণশিং অসিদগী নাথৈহুনা চৎথবদা নুপীশিং অহুদি নুপী অনা ওইনা মহাক্কী পুন্সি অহু মহৈ য়ানগনি হায়বদা য়াম্না চিংনিঙাই ওইবা রাফম্নি। মহৈ মশিং নীংথিনা হৈরবী চনুশিংদা নুপীগী ওইজরবা আদর্শশিং অহুগা অমুক হাপচিন্নবদি সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবগুম ফজরোইদ্রা? ভারতকী মুনি ঋষি কয়ানা ভারত চনুশিংবু অরাংবা থাক্তা থাঙহুনা থনম্নবনি, অসিগুম্বা অরাংবা থাক অসিদগী তারক্তনবা ঐথোয়না হোৎনবা তাই।

———————

শ্রীলবীর শর্ম্মা শাস্ত্রী

# কলিঙ্গ লাল লোইরবদা অশোক

ঙসি কলিঙ্গগী লৈমায়দা ঐগী জয় ক্রিয়ালনা হাই হমলি। ঐগী ইতিক, ঐগী ইগুণ অমসুং ঐগী ইথৌনা পুন্নমক অসিগী মাঙদা ঙসি তাই-বংপান্না মকোক নোনবগুন্না উরে। পৃথিবীগী করম্বা নিংথৌনো ঐগা মাইয়োক য়াগদবা? কনানো ঐগী ঈ খৌরাংলবা থাংশাংগী মাঙদা মঙক হাইগৎনা লেপকদবা? য়েংউ ঙসি মৌর্যশিংগী মাঙদা মঙক হাইগৎনা লেপ্লম্বা কলিঙ্গ লৈবাক্না ঐগী খুয়াদা ওল্লিবসে। কলিঙ্গগী মথৌনা লৈরবা লান্মী মীশিং হম্ফু, শগোল লান্মী লীশিং অমা, শামু চাক্রেৎ ঙসি লোইনা তুমগ্রে। ঈখোং চেল্লবা কলিঙ্গগী লৈমায়দা লান্মী লীশিং লীশিংনা তাহুনা লৈরি। য়েংউ মশীং লাকঙমক্রবা লান্মী কয়ানা জেলগী চেকপল মনুংদা অশিবগুম তাহুনা লৈরি। মায়কৈ পুন্নমক্না নিল্লি-মহারাজ অশোকী জয়। অহুবু মসি অওইবমক ঐগী জয়রনে?

য়েংউ লালগী ঈমায়দা তাউরিবা মী-শা, কনাগী তৎলবা খোঙ-খুৎ খুৎলাইগী চৈনাখোল থাঙবা ঙমদহুনা ওম্লোইরিবা লান্মী কয়া, শিঙম নাঙমদনা লৈমায়দা লাউংথোংনা ওল্লিবা অশোকপা শগোল শামুগী মপৈ। মী-শা পাল্লিবা লংজা কাক্লা অতিয়াদা লৈনা লৈনা পাইরি। কুরিগুম্বদা শিফাক্লিবা মীগী মমিং কোথোকুনা চারি। লংজা উমাইবীনা মীগী মখিবোং মুন্নবদা মহৈ মহৈ চিক্লরি। শাহিং চাবা শা-কৈ লমহুইশিংনা হরাউনা মী-শা চারি। চাবা ঙম্লরোইদবা লীশিং কয়াগী মী-শা হম্নোক্লগা পীক্লবা শহুম মচেৎ অমগীদমক্না মহৈ মহৈ মুন্নহুনা থরায় থানরি। অম্মুক নীহৌচাউবা অম্মুক কল্লকচাউবা, অম্মুক তোনবা শাগী জাৎ। অহুবু অওইবমক শাশিং অসিদগী ঐখোয় মীনা হেন্না ফরিবরনে?

মপুরোইবা কাইনরবী মথোৎ কারক্লিবী কলিঙ্গ চনুশিংগী কাইনা মৈশা, মচা কাইনরবী মমা ওইবীশিংগী অভিশাপ অমসুং তেংথা নাওইবগী

খোঙ্গেল পুন্নমক অসি য়েংহুনা অমসুং তাহনা কন্না কুইনা লৈথিগনি। নীংথিবা ফজবনা থল্লবা কলিঙ্গ ওসি মোংকম ওইরে। ঈনা ঈ-খোং চেল্লে, মী-শা তাউরে। হয়েংদি শন্না শয়াংনা থল্লবা মোংকম অসি খোঙ থাবা য়াররোই, মমথিবনা মী চংবা ঙম্লরোই। কলিঙ্গগী লান্মীদা নত্তে মশিং লাকওমদবা মগধগী লান্মীশু লানফম অসিদা মতম কুইনগী ওইনা পুন্সি তুমখুন তামগ্রে। জয় ওইবগী হন্নাওবনা মথোই কারবা ইরৈবাক্কী প্রজাশিংসু মপা-মচা কাইনবগী অন্নাবনা কপ্পা লাউনগনি। পুন্নমক অসিগী মরু কনানো ? অশোক··· মহারাজ অশোক··· । লান অসি ওবদা ঐনা ফংলিবদি লৈবাক নত্তে তৌইগুমসুং অকিবা ফংলবা মোংফন্নি।

ওঃ মীওইবা ! করিগী অমুক মিহৌচাউবা। করিগী মীগী ঈ থক্লীং-লিবা ! জাতি অমগা জাতি অমগা য়েন্নরিবা লৈবাক অমগা অমগা লান থেংনরিবা। তাইবং মপুগী নীংথিবা খুৎশেম, মালেম লৈকোন অসিদা শান্তিগী লৈরাংদি শাৎহন্দ্রে, সুংশিগী সুন্নসু খোকহন্দ্রে ? মীওইবগী সংসার লীলাদা হাংলো তুপ্লো অমসুং কপ্পা লাউনবগী খোঙ্গেলতনা নিঙ্গি। মালেম লৈমগী মচাশিংনা মমাগী ওম্পাক্তা নিংতম্না শান্নবা অমসুং হন্নাও মোমোন নোকচবা ফংজন্তে। কুচুগী য়েক্লবা, লোল তিন্নদবগী, তাথিনবনা কাউগ্রে মমা অমতগী মচানি। পৃথিবী পুম্বা জয় তৌহুনা মীওইববু খোঙনেংনহুনা পান্নীংলিবা মী অহু কয়াদা মন্নাইবক থিগ্রবা। মীগী ঈ থকপদা হালেংবা লৈত্রবা, খৌরাংবা কোক্রুবা ঐগী থাঙ অসি অমুক হন্না পায়ররোই কল্লক মিহৌবা অমসুং হিংসাগী ফিজং শেগাইহুনা অহিং-সাগী লম্বীদা চঙলগনি। জীববু ওৎ নৈহুনা মীওইবা জাতিগী অভিশাপ অমুক হন্না তাররোই। ভগবান তথাগত বুদ্ধদেবনা তাক্লম্বা লম্বীদা চত্তুনা ঐনা মহাক্কী থুয়াদা চঙজরগনি। মাগী থুয়া উকুলনা শেংদোক্লমলবা মকমশিং অহুদা কোয়বা চৎলগনি। অহিংসা, ধর্ম্ম, অকবা লমচৎ পুন্নমক্কী মকমদা মান্নবা মিৎয়েংনা য়েংবা, মসিনা ঐগী রাখল ওইরগনি। লৈবাক্কী মকম মকম খুদিংদা যুম্বী অমসুং সুংপাক কয়াদা ভগবান তথাগত (বুদ্ধ) গী

পাউতাক ইগনি অমসুং মানব ধর্ম্ম শন্দোকনি। ঐ শা চাবা অমসুং যু থকপা থাদোকনি। ঐগী লৈবাক্কী মনুংদা জীব পানবশিংবু হাৎপা অমসুং অয়াবা পীতুনা হিংসা তৌবা থিংলগনি, অনাবশিংগীদমক্তা লাই-য়েংশঙ শাগনি। লম্বীগী মপান মপান্দা মনাপুংবা উপাল থাতুনা জীব-শিংগী অয়া পোথাকম শেমগনি। অতিথিশিংগী লৈকম শঙ শাগনি, মকম মকম খুদিংদা পুখ্রী অমসুং গুহা তৌগনি। ঐগী লৈবাক্কী মপান্দা লৈবা অতোপ্পা লৈবাকশিংদা অমুক হয়া লাল তাররোই তৌইগুম্বসুং সুংশিবা অমসুং অফবা ভাবনা ধর্ম্ম বিজয় তৌবদা য়াওবীনবা ঐনা কৌজগনি। ঐগী লৈবাক্কী ফয়াই-ফয়াইবশিংনা ধর্ম্ম শন্দোকপনা মথোয়গী মথৌ ওই-হনগনি। ধর্ম্ম শন্দোক্লবগীদমক ঐনা অঙম অথৌশিং হাপকনি। অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্তসু ধর্ম্ম শন্দোক্লবা মী থাতুনা ভগবান তথাগতকী পাউতাক, সুংশিবা, পুম্নমক্কা মরূপ শানবা য়াথলবু পৃথিবী পুম্নমক্তা শিনবা থুংনা শন্দোকনি। হে ভগবান তথাগত নঙগী পাউতাক অমসুং নয়াথং ইন্দুনা মীওইবা অমসুং তাইবংপানবগী সেবা তৌবা ঙম্বা পাঙ্গল পীনবীয়ু। ধর্ম্মদা চঙজরি ; সংঘদা চঙজরি, বুদ্ধদা চঙজরি।

ধর্ম্মং শরণং গচ্ছামি
সংঘং শরণং গচ্ছামি
বুদ্ধং শরণং গচ্ছামি।

———— ——

ছিজম গুণ সিংহ

# সরকারগী চাকরী

মখুদাংদা মড়ী শিগ্রবস্নু চাউতোন হেক্তা খঙই পুংফম অহু পুং মরী হেনগ্রে। মরীমথায় তারক্কদোরে হায়বা। পুং ১০ দগী মিকুপ নাহেম য়েংহনা ফম্বনি থোঙজিন অহুদা কাগী মহুংদগী মশ্লিলা খিঙলকপা ভাহনা, হেক খিঙলকপগা চঙগদৌরিবনি কাগী মহুংদা। করিগুম্বদা হায়রকই মঙোন্দা, হোঙবা অহু কৌরু, চাউবা অহু খিরু, করিগুম্বদা থৌদাই ফাইদ অসি পীরুচো তোম্বহনা চাউবহনা। অসোমদা মশ্লিলা খিঙলকপা খজিক্তুং রাইশংবদা বাবুশিং অমনা "তাদা চা খিত্রা কৌবিরু","কা মতপ অমত্তা লৈবীরু","চে অসিমা বাবু অহুদা পীরু" অসিনচিংবা। পৃথিবীনা মীকুপ অমা ফাওবা লেপ্তুনা হুমিংকী অকোয়বদা লৈরি হায়বসি থাজদবা মীশক অমা চাউতোনস্নু ওইরমই অঙাং ওইরিঙৈদা মমান্নবা স্কুলদা তম্ব-শিংনা রা অসি হায়বা তাবদা মহাক নোক্লীংলমই। মহাক্লা থরদং তমজবা মাগী পারাদা য়াউরবা ফাউবদা মহাক শুকথা থাজরমদে। অহুবু থাজরক্লে হৌজিক্তি রা অসি। পৃথিবীনা হুমিংকী অকোয়বদা মিকুপ অমা ফাউবা লেপ্তুনা লৈরি হায়বসি মহাক্লা উরুবা নত্তে— মাগী পুন্সিদা থেংনরিবা, মাগী পুন্সিদা লৈরিবা অসিদগীনি।

হায়না হায়না পুং মরী মথায় তাশিল্লক্লে, ঙসিদি মাবু কৌবা মশ্লিলাহু পংতোই তোইনা খিংলক্তে, অহুবু মহাক হুংশা থীরকই। মরমদি অস্নুম্না খরা লংনা খিঙবা হুমিংসিদি মাগী সাহেবগী থবক থক লোইগনদে, করিগুম্বা লাইবকথীবা হুমিত্তদি মহাক দশা তাগল্লি।

পুং মরীমথায় খঙ্গীক্তুং হেল্লকপা অহুদা মশ্লিলা খিঙলকই কাগী মহুংদগী। চাউতোন চঙশিল্লে মাগী সাহেবকী কা মহুংদা লেপঙরে পাক চাউরবা টেবলগী মাঙদা সাহেবকীমমাঙমক্তদা থারিবা। সাহেবনা হায়রকই

'ঙসিদি অথুবগী অথুবা ঙাক্তা থৱা থেঙবা তারে। হেড ক্লার্ককা টাইপিষ্ট অমগা কুমখিবা য়াদে হায়রুচো।"

"ফনি স্যার।"

সাহেবনা হায়বহ্নমক হায়রুরে হেড ক্লার্কতা। চহী হায়ফেৎ লৈশিল-লক্লবা হেড ক্লার্কনা চাউত্তোনবু মুন্না য়েংলগা হায়রকই,

'খঙদ্রেনে চাউত্তোন নখোয়গী সাহেবকী থবক অসে, মীগী ওফিস পূন্নমক মীচিক মীরাউখোন তানখিদ্রে, ঐখোয়গী অসিদা মঙায়রে। ঐগীদি ইথৌ লেন্নরে — য়ুমদা কুমথ্রবসু ফুনাক পান্দা ফম্রগদবনি, য়ুম হায়রা ইনক নকই, নখোয়দি ৱাবা তারেদা। ৱাঙ্গোয়দা নত্রা নঙগী য়ুমু ?"

"মানি বাবু। ৱাঙ্গোই হায়বহ্নসু মচিন অসিরাইদ: নত্তে আ খুদোন পাৎকা হেক্তা তাইনরবনি।"

"অহুদি কমদৌনি নহাক্তি অসুপ অসুপ থেঙনা কুম্লিবসিদি। নচা কয়া চাউবা লৈরবগেমে নঙবু ?"

চাউত্তোন্দু হায়ফেৎ ইকায়রপ তৌই, হেড ক্লার্কসু খঙলিবনি মহাক লুহোংবা পংকুই কুইখিত্রি অহুবু মরাইবক ফবগী মচা ফংজখিবা কুইত্রি হায়বা। মাগী মতৌহ্ উবদা হেড ক্লার্কনা হায়রকই "ইহে ঐদি ইকাউবু কাউরুরে, নঙগী নচাগী ষষ্ঠি পুজাগী বার্ত্তন্দু কুইখিত্রিনে ? অহানবা ওই-রিনিমে অহনা।

"মানি বাবু।"

"চান থরুবা তাঙলিবা মতাঙ অসিদা কোন্নবা ঙমলিত্রা নঙগী তলব অহুনা ?"

"কদায়দগী কোন্নগদগে। পাবনা ফৌ থৱা থায়বীবা অসিনা উরোন সারোন হোৎনরিবনি। মীগী মশেনসু য়াম্না তোম্নি ননাই ঐদি লুহোংবদা পুথখিবা পৈশাসু শিংবা লোইত্রি।"

"হোয় থৱা ৱানা হোৎনবা তারেদনা। থবক অসিবুদি লৌ উবনহুম কান্নগজা থম্লি ঐদি, ঐখোয়দবু থবক তৌরকপা চহী ২৮/২৯ গুজিল্লরুবগী থাঙলিবনি। নপাঙ্গল ফরিবা নখোয়দি নোম্বা ৱাম্না ৱারি।"

"ঐগী খঙ্গরিবনি বাবু অহৃবু ঐখোয়গী অহল অসিনা মীরক তিনবা কৌই হায়হ্না শিনবীথিবনি। তৌবগীদি বাবু ঐনা লৌজরিবা তুগী অসিগু সরকারগী থবক অসিমা তৌই হায়বদগী পীরকপনি। য়াম্না ইনাক থুনবা ইমুংগী মচানি, ইম্ফালদা থাজগনি হায়না মমা মপানা তমজবনি !"

চিঠৈদা সাহেবকী মখিলা অমুক থিংলম্লে, চাউতোন সাহেবকী মনাক তাম্না চেনখ্রে। চঙ্ভুবদা অখুম্না তাকপীরকই—

"চাউতোন ঙসিদি নহাক ঐখোয়গীদা য়ৌরুদবা য়াদ্রে। ঐদি কাউথোকউরে পীং থরা থাইরুগদবা লৈহৌরি।"

চাউতোন তুমিম্না অহুম লেপ্লি। সাহেবনা মঙোম্লোমদা য়েংখৎ-লকই, মতু উবদা চাউতোন ফনি হায়না হায়রকই। সাহেবনা মথা তারকই,

"য়া অমত্তং হায়বদা হরাউ হরাউ থক খুমদবসিগু করিগীনো চাউতোন? ঐহাক অসে নঙবু ··· ?"

"অহৃগী নচ্চদে—ননাই ঐ লমসিনা থরা লাপ্লসিদা!"

"থবক চংলমদাইদদি য়ুম থাপই হায়বসি থক খলহৌদবরা নঙরো?"

"চাউতোন পাউখুম পীফম থঙদে। অচুম্বনি মহাক লম থাপ্লা নকপগী য়াম্নি খলহৌসবনি। মাগী চঙকুবা মতৌচু উবদা সাহেবনা নমহং হংজিল্লকই,

"খলহৌবরা খলহৌদবরা হায়য়ুনে চাউতোন? খোঙ্গেল হায়ফেৎ য়াংনা হায়রকই, চাউতোন পাউখুম পীবা ঙমদ্রে, মাগী অশোনবা মকমদা কিং নমহুনা হংলকপা সাহেবকী য়াহংনি, মহৃগী জবাব পীবা ঙমফম খোঙ্কে খুজংগী অচম্বা পিয়ন অমনা।

"ঐহাক থঙই নহাক তুমিৎচুপ্লা থবক অমত্তা হায়বদা মরৈ তৌই তুকাদা থিহুনা লৈ হায়বা। মসিগী ফল করিনো হায়বহু খঙহনবা ফাউবা য়ারবনি। ঐহাক মীগী মাঙনবা তৌনীংদে। অহুমকপু মসিমদি খঙভু অসিগুম্বা ব্যবহার লৈতবা হৌন-লোনচৎ খঙদবা, নথক্তা লৈবা মীনা খৌদাবদা নীংঙাই চাউবা ঐহাক হৈনদে।"

চাউতোন মরু লুকথখিবদগী মকোক হাইগৎপা ঙমদ্রে। মমান্নবা মুক্লা কাংজে শান্নবদা মনম লৈপাক তারক্রবা চাউতোন্দু উত্তিংবগুম চপ লেপ্পুনা অত্থম মরেরে। চহী কয়াগী চাকরীগী ফল মহাক ফংলে, শিকার তম্মীরবা শামু ওইরে।

স্থমিদাং ময়ুমদা হল্লকপদা মাগী স্থপীদং নত্তুনা পুম্নমক চাবা থকপা লোইনরমত্থনা তুম্না হিপ্পরম্লে। মাগী স্থপীনা তুম্নমদবা উবদা মাবু ঙাই-রিবমাম্লে হায়ত্থনা মপুক্লীং খজিক্তং মুঙাই, অত্থবু মঙোম্দা মখোল য়াক্লপ্পা হায়রকই,

"তলব হেক ফংবগী নোংমা নিনিসিদি য়ুম অমা লৈহৌরি হায়বসি মীংশিংদ্রেদনকো। ঐনা কুম্মে তৌরক্লবদি ফজরোইকো।"

"ওফিস কারিবনি পিয়ন ওইরিবনি হায়ত্থনা চাক লোইবা ঙাইঙম-দবমথৈ চেঙ্গা চাত্থনা চেনপ্রে, আদনা খোল্লাই শত্তুনা ফম্বমথৈ ফম্মুরে, থোক্লক্লগা ইম্ফালগী মমায় নানবী, পোৎফম ফম্মীশিংগী লোকমাই মতোম্দা ফম্বমথৈ ফম্লগা নোংয়াই মতুং য়োরগা য়ুমদা লাকপা! তলব ফংইবনি হায়ত্থনা গপকা তৌজবা শারিবা য়ুমদদি লুপা তরাদস্থু ফানা পীদে। ইপামদগী হোনবদা ঐবু উরগা কিনরে ইবুং ইপুরা পুম্নমক্লা"।

কাংখল মস্থংদগী পোৎথা পোৎথা শমথরকই চাউতোনগী স্থপীনা। ঙাংলিবত্থ তারগা চাউতোন্দু নোক্লীংবত্থম পোক্লম্লে। মফি হোংনা হোংনা মচিন মথা ফৈরেং তুরেং চিংলে। মানা ওফিসতা তৌরুবত্থগা মাগী স্থপীনা শাগৎলিবা অত্থগা খল্লুবদগীনি। অমুকস্থু নীংশিংলকই মাগী থাগী তলবকী হিসাব—তলব চারকপদগী ঙসি ফাউবদা শোত্তুনা চাবতনা মাগী মখৌ ওইরকই। ওফিসকী বাবুশিংগী কর্ম্মগী পোৎপাং চিৎথবা নত্তে মহাকস্থু। পোৎপাং মতমদদি তৌমিন্নরিবনি হায়ত্থনা বার্ত্তন থক চিৎথ-বীদে; মাগী খোকপদনা ইকাইত্থনা তাক্তে, তৌরুরে অমা অনী নত্তুনা পাংবীরকপা নত্তে মখোয়গী পোৎপাং হিসাব লৈবা নত্তে।

মীগী মচাগী ষষ্ঠি পুজাদদি অহীং অথেংবা চাবা থকপা লোইবা ফাওবা সেবা অসিদং য়াওবীয়ু হায়দুনা হেক্তা মহাইজিল্লকই, য়াম্রে ব্যবহার থোক্তে। মাগীদদি বাবুশিংদি লরায় অরাপ্পদা চৎপা খুদোং চাদে—লাক-পীবা নত্তে। ওফিসতা সাহেবশিং বাবুশিং চা কপ অমত্তা ওইরবসু লঞ্চ মতমদা থক্নৈ, চানৈ, মহাকসু মীনি, সুপা অমনি থক্লিংই চানীংলকই থকই। ৫/৬ নি থক্লকপদগী চাগী নেশা চুরে হৌজিক্তি, নোংমগী কপ অনী অহুম থক্তুবা হৈনরক্রে। কনাগুম্বা মরেং মমান্নবশিংনা কৈথেল পোৎকম চঙহুনা ফাগী যোগাই তৌবা মাসু য়াওরুই, জীবনিনা। তলবকী রাদি কনাসু হংনদে— থোক্লরক্লগদি মী অমা ওইবগী চাংদা ওন্নৈ, মাসু মীনি আয় ব্যয়গী হিসাবতা ঙাওবা মীসু নত্তে মাদি, ঙাওনীঙাই হিসাবসু লৈতে। মযুমদা হায়রে তলব চারবনি হায়দুনা মপানা তোঙান্না পীজরে লৈকায়গী শিংয়েল শেল, শেম্বাং মানা পীরে, খুলগী কুম্মৈগী শেম্বাং মাগী শরুক তম্নে।

মহৌশা হিসাব শুদবা চাউত্তোন হিসাব অমুক্তং শুরুই ঙাইহাক অহুদা করিমত্তা লেমম্রে মাগী তলবতু। থবকী খল্লুরগা নোক্লীংলকই অমুক্তা হেন্না। থোক্লাই শৎপনি হায়রি মাগী থবক্তু। অরাম খোরাংবা পুন্নমক কোকত্রে। সুমিদাংগী চাক চাদনা মাগী ফম্মুংদা চুমত্রিং অহুম চঙত্রে। মানা তৌরিবহু উই মাগী সুপী তথোংনা। চাউতোন্না লময়াইদা কুইরেমথৈ নোকমি তৌনা লেপখিবা অহুদগী ফম্মুংদা চুমত্রিং চঙখিবহু উরগা তিং শোক্লবমাল্লে হিপ্প্রম্বদগী ফুক হৌগত্তুনা চৈরকই—

"মীনা হায়রগা তৌগে মতাগুম নোকমি নোকমি তৌহুনা ফম্মুংদহুম চঙথিবা শারি। লমশা কনাগী রাখলদা নোকচবা শারিবনো. ইম্ফাল সুপী মায়নানবী কনাগীদা লুক হারকপগে ইমুংগী চাক-কা চানীংব্রিবো ? লাউ কাম্নরোই য়ুমদা থিল্লোরাউ।"

চোংথোরক্লে তথোং ফম্মুংদগী যুগোৎ রায়য়োং চাত্রবা অফোৎপা মফি ফনেক্তু, শেমজিল্লহুনা মাগী তিং শোকপা মতাং থোক্লর্মাল্লে। মাগী মতৌহু উবদা চাউতোন হেন্নহুম নোক্লীংলক্লে শাউনীংবদি লায়রহুনা

অহুবু নোকপা য়াবা মতাং নত্রে হায়বদি মাম্নু খঙলে— মন্নমদি তথোং চুম্না ফম্নাংদা চোংথোরকপদগী হেন্দুনা মাগী হিদানমচা অহুদা খল্লিবা কাংখলনচিংবহু তনফোই ফোইদংলে। ইশি শিনা তুমজরিবা পীক্লিবা অঙাংহু মশা শাগন লাকুনা চিংখংলগা মনঙ্গদা হুঙ্গংপোইনা পোথংলে। অসিদম্নু নত্তে তথোং মশা অহু চেঙথৈবগুম নীক্লে, হায়নি হায়রোই খঙ-দনা মপুরোইববু চৈবা হৌরক্লে।

চাউতোন মতৌহু উরগা তপ্না হায়রকই, "ঙাইখোনে তথোং করিনো নঙনা তৌরিবহুবু ঙাওরত্রা নহাকপু! ঐনা হায়রিবসি অমুক্তা তাখো হায়মি। মীগী পোংখোঙদা ফম্নুবদি লায়রহুনা যুমদা য়োরক্লিবসি-ফাও ওম্বোক্লা ম্নানা য়োরক্লবনি, হায়দোকদৌববু ইকাই নঙোন্দা। ইমা-খোয় পাজিখোয় তারগা ঐখোয়বু য়াম্না নোক্নরগনি। ঐনা হায়বসে তাখো! চুম্নি নঙনা হায়বদো অযুক্তা চাক চেঞ্জা চাহুনা চেল্লি হায়রিবা চেন্দবা য়াদহুনা তৌরিবনি হায়দোকপা ইকাই, ঐখোয়গী সাহেবকী মচা অহু স্কুলদা থিনবা নংলোই হাইহুনা চেল্লিবনিনে। তলবকী পৈশা নীংথিনা পুশিল্লক্তে হায়বহু হৌজিক্কী মতনদা লুপা ১১০ রোম অসিনা করি কোম্নগনি। ষষ্ঠি পুজা অহুদা কয়া য়াম্না চঙখি, নহাক্কী লাইকম্নবদা কয়া পুখখি। চহি চুপ্না অসি মীঙোন্দগী শোং লঙহুনা পুশিন্দুনা চারক্লে মীগী মমাঙদা ইকাইহুনা পাজিনা কৌ খরা খাইবী অহুপ হায়বদনি নঙনা হেম্না খঙলিবহুনি। নঙগী ইন্নফি অমত্তা লৈশি হায়নরকইবসি কয়া কুইরে। অহুগনে ঐনা তৌরিবা থবক অসে ওফিসকী থবক্তি পংন্না ম্নাবা নত্তে, চে-মুং খরা চংপতনি অহুগা ঐখোয়গী সাহেবতুগী মরম্নাইগী থবক হোংনবদা লোইরবনি। ঙসিম্নু শীং মন অহুম হোজিল্লগা খায়রম্নিবনি, থাজত্রগা য়েংউসে ঐগী থুবাক অসি অহুগা ঐগী লেংজুমদা উশীং হোনবগী দাগ লৈরিবসি।"

চাউতোন্না লালতেন থাউমৈহু পুশিল্লকুনা তথোংকী মমাঙদা মথুং থুবাক্তু তিংথোক্লকই। হায়গুম্নহুনা চাউতোনগী মথুবাক অহু ইঙাঙ ঙাঙনা পোকথোকপা উরে। তথোং মপুরোইববু হুংশিদবা নত্তে মিকাবগী

য়ারোঙবনি—মাগী কনা নত্তরা লমলানবা অমদা মহাক্না অম্নুম্না শাউরুবা মত্তীক লৈব্রা ?  মথং মথং ওইনা চাউত্তোম্না মফুরীৎ লোথোকুনা মাগী য়েৎকী লেংবান্দা শীং পুরকপগী তঙাং তঙাং পোমথা-হৈথাননা লৈরিবত্থস্নু উহল্লি। তথোং য়া ঙাওখিব্রে তুমিন লেপ্তুনা লৈপ্রে।

“থোদো অসে নীনীদা কাংবা নত্তে ঙসিনা শীং থায়রে, হয়েংনা মাগী যুম মিয়াং কম্বরম্নু হায়রকপা য়াই, লোয়োক পাম্বাদা ফৌ ঁয়বা, পেকপা হোনবা য়াওরকনি। অত্থবু ঐস্নু মুপা অমনিনা নখোয়বু খঙহনগদকাউ ইকাই। নঙোম্দা ফাউবা ইকাইরবা ঐগী থবক মতা অসিদা অতোপ্পা কনাদা ঐনা ইকাইরোইদৌরিবনো ?  ঐহাক নহাক্না থোংলম্বা চাকসি চানীংদবগী নত্তে, য়ামনপ্রত্থনা ঙাইহাক্তং পোম্বাগে থল্লম্বনি।

তথোং তোফম খঙদনা চৈযুং উযুংগুম চপ লেপ্তুনা লৈরে, মপুরোইবগী পোকথোক্লবা মথুবাক তঙাং তঙাং পোমথা-হৈথানরবা মরেংজুম উরে মহাকস্নু। তুপ্পা থুগায়বদগী শাউরবা অঙাং অত্থনা মনঙ্গন্দা তিং শোক্লা কপ্পি, মাগী মমাঙদা মথুৎনা ফোইদৎলুবা কাংখল পুন্নপ তাত্থনা লৈরি। পুন্নমক খঙব্রবগুম তথোং উযুংগুম য়া লান অমত্তা ঙাওখিব্রে। অহোয়নত্থম মমিত্তগী মপি শিম্বরক্লে। চাউত্তোনস্নু য়া মথা অমুক তারক্লে, চপ লেপ্তুনা মমায় লৈথা ওম্বত্থনা অত্থম মরৈরে। ঙাইহাক লৈরগা তথোংনা হংলকই,

“অত্থবু নহাক্না তৌরিবা থবকুবু সরকারগী থবক্নি হায়বদাইনে। নখোয়গী সাহেবতুগী মীনাইমক্তি নত্তেদনা নচিন অত্থপ লুপ্পিববু কয়িগীনো।”

চাউত্তোন মঙক্তমক হাই পাউথুম অমত্তা পীরক্তে অত্থবু মহাক তথোংনা হায়রিবত্থদি খঙদবা নত্তে।

———

ডা: আই. আর. বাবু সিংহ

# যাত্রীকক্তা থেংনরুবা

ধর্ম্মদা ঐগী খোইদোকপা জ্ঞান লৈতে। আত্মাদি শিবা নাইদে, মপাম্মোংগী হকচাংতনি মাঙখিবা অমসুং মীওইবনা শিবগা আত্মাগী লৈফম স্বর্গ অমসুং পতাল হায়না খায়তুনা মাগী মাগী তৌরুবা কর্ম্মগী মতুংইন্না মফমশিং অসিদা লৈরুই হায়বসি ঐঙোন্দদি সমদ্বিবাহু ত্রিভূজগী লৈমাইগা তাইনবা কোন অনীতু অমগা অমগা মান্নে হায়বগুম লায়না খোক্তে। শিরগা আত্মা কদাইদা লৈরুই, অমুক পোকপরা নত্রগা অহাংবা জগৎ অসিদা কোইপাই পাইতুনা খা থরানমিচাকুম লৈত্রা ঐ খঙদে। ঐগী খাজবা অমদি লৈ,—মীওইবগী শক্তি অমসুং পুক্নিংগী অইন-কনবদা অসিগুম্বা শক্তি অমসুং অইন-কনবসিতনা মীওইনা পোক্লবসু মী থরতনা মীগুম হিংখিবনি।

ধর্ম্মদা খাইদগী মরু ওইরিবসি রাখল নত্তে—পুক্নিংনি। খঙনীংবা নত্তে— খাজবনি খাজবগী লৈইসি হেক হেন্দোকুনা খঙনীংবগী অহংবা খুদম্না (?) থল্লবা লৈমাই অতুদা চঙলকপদা ধর্ম্মগী মথৌ লোইরে। যাত্রীক অমথক থেংনরুই ইথা খাজরুদনা নোংমা নবদ্বীপ্তা মহাক্না হায়—গুরুগী সেবা লাকপনি। ঐদি খঙদে করি হায়রিবনো গুরুগী সেবা। মথংদা হায়রকই, রাধারাণীগী কৃপাদগী য়োরকপনি, লোলসু খঙদে, লমসু খঙদে অতুবু গুরুগী সেবাগীদমক্তা রাধারাণীনা পুবিরকপনি। ঐঙোন্দা হংলকই, কনাগী সেবা লাকপনো ? মহাক্না হায়রিবা সেবা হায়বসি ঐহাক মাগা রারী-রাতাই শারকপসিদগী ভাব তারকই, অর্থ খঙলকই। ঐনা হায়, ঐদি সেবা লাকপা নৎচদে চুম্না লম য়েংবা লাকপনি। ঐগী পাউখুমসিদা মহাক পেন্দে। মহাক্না হেক পান্নম্বা পাউখুমদি মহাকুম্না ঐসু সেবা লাকপনি হায়বসিনি। ঐবুসু মহাকুম্না সেবা লাকপা যাত্রীক অমনি হায়না

থন্দুনা ঐঙোন্দা লৈরম্বা মাগী থাজবা অমম্তুং সেবাগী অপাম্বহ্ন হান্নগুম্না মাগী মরু কোক্লবা, চন্দন্না মমায়হ্ন থল্লবা মাগী অচম্বা মীৎয়েং অহ্নদা থোইনা উত্রে। ন্নাই শিংপিত্রবা, মোংলবা কা অহ্নদা শেগাইবা কক অমদা তুম্বা ঙাইহ্ননা মতম লেনবহ্ন থরম্তু ফননবা ঐনা থঙহৌদনা হংখি মীতৈনা চিন-তামনি পুহ্ননা নবদ্বীপ্তা বৃন্দাবন্দা থাদনবা চংলিবসি করিনো? হন্দক্তি ঐগী ব্যাসদেবহ্ন মথরাই হায়ফেৎ নুঙাইরে হায়বসি ঐ থঙই ফুরিৎ থাউ-দগী আকবরশাহ উপু তথ্যাই য়াউবা অমথক পুথোক্লকুনা ঐঙোন্দা পীরকই অমথক অমনা মহাক্না থকই। চুরুটকী মৈথুহ্ন মথাই তানা শাংনা চিংলগা হায়রকই, মীওইবনা অন্তগী মতম য়োরকুনা মাইবা মাইবীনা থুং থারহ্ননা জীবগী অরোইবা থোঙচংকী মতম য়োরক্লবদা আত্মা অসিনা মপান থোক্লমদাইদা লাইবক্কী শরু মিৎ অনীগী কারক অসিদা তোংহ্ননা লৈ। মতম অহ্নদা ভগবান্না মশাগী মূত্তিহ্নমক মফম অসিদা উৎপিরকই। মতম কুইনা উরুত্রবা ভগবানগী মূত্তিহ্ন মতাং অসিদা উরকপদা জীবগী মিত্তা পি তারকই, মিৎ অনীসি হঙ্গং হঙ্গংনা পাঙলকই। হঙ্গং হঙ্গংনা মিৎ পাংহ্ননা য়েংলিবসি ভগবানগী দর্শন অহ্ন ফংলকপননি। অহ্নগুম্বা ভগ-বানগী চরন্না দর্শন পীরম্নবা মফমহ্ন মৈ থাদোকুনা অরেম্বদা মাঙহনখিদনা শরু মচেংতু পুরগা তীর্থ স্থান অমদা থাদরুসি হায়হ্ননা চিন্তামনি লৌনহ্ননা পুন্য তীর্থ অমদা থাদনরিবনি। অকনবা থাজবা অমগা লোয়ননা হায়। মহাক্কী দর্শন অসিদা ঐনা য়ানিংদবা, হরনিংবা কয়াম্তু লৈরি, মাগী তীর্থদা চিন্তামনি থাদবগী ব্যাখ্যা অসি তাবদা ঐহাক পুংপেন পেনবদি নত্তে।

মথংগী অয়ুক অঙনবদা মহাক্না ঐবু হৌরকই, গঙ্গা স্নানগীদমক্তা। রাকচীংগী অয়ুকনি হুমিৎতু থোক্রি। অইংবা ঈশিংদা কুমহ্ননা লূপ্লুবহ্ন ঐদি কিরুই! অহ্নবু মহাক্না ঙমহ্ননা পুহ্ননা চংলে। ঘাট য়োবদা মহাক গঙ্গাগী ইরোম্নংদা কুমথহ্ননা স্নান তৌত্রে, অইংবহ্নদা। ঐহাক থঙ্গানৈ। অহ্নবু মথংদা ঐম্তু কুমথরে স্নানগীদমক্তা। ঐগীদি থোইদোকপা সেবা নত্রগা নীংজবা লৈতে। অহ্ননা গঙ্গাদা ইরুবহ্ন ঐহাক করিম্তু শোল্লাকপা

ভৌদনা অহুম লোইশিল্লে। স্নান লোইরগা কারকপদা তোর্ব্বাম্দা মহাক্না ঐঙোন্দা মুন্না য়েংই, হংলকই, ইংবরা? অইংবা ঈশিংদা য়াকচৌংগী অমুত্তা লুপ্ননি। করিগী ইংদনি? অহুবু মহাক নুঙাইখিদবা য়াই খন্দুনা ঐনা হায়খি ইংদে শাগৎলকপগুম তৌরকই ইশাসি। হন্দক্তি মথুত্তা পায়বা মিংশেল অমম্ভুং খুদোম্বীদা কোৎলিবা চন্দনম্ভু থম্নগা চিংদেম্না হায়রকই, কৃপা অমা লৈবনিনে গঙ্গাগী অইংবা ঈশিংসিদা ইরুবম্ভু ইংদবনিনে মহাপুন্য তীর্থনিনে। ঐ খুমফম খঙদে। ঐনা হায়গে খল্লম্বদি ঈশিং অইংবনা ইরুবা লোইরগা হকচাংসি শাগৎলি, অশাবনা লুবা লোইরগা ইংথরকই হায়নিংলম্বনি। অহুবু মহাবৈষ্ণব অসিগী অম্বুক কনগ্রবা থাজবসি থুগাইনিংদহুনা ঐ তুমিন্না লৈরে। ঐনা ফনমক কম্না বিজ্ঞানগী য়া পুশিন্দুনা মতাং অসি মঙোন্দা তাহল্লবম্ভু মাগী গঙ্গাদা লৈরিবা থাজবসিদি কৈদৌঙৈদা কোকহনবা ঙম্নোই। অসিগুম্বা থাজবসিননি মহাকপু থাম্নবা তীর্থ মফম অসিদা লোলম্ভু খঙদনা পুহুনা লাক্লিবসি, চহী কয়া কয়াগী য়ানা য়ানা তুংশিজরক্লবা মরল মথুম পুম্বহু পুরক্লুনা মফম অসিদা মরু শিৎনাম্না কোকথোক্লুনা হন্দোক্লুনা থনম্লিবসি মাগী থাজবসিননি। মহাক্না হায় লু কোকথোকনি, ঐগী লৈজবা পুম্বা কথোক্লমগনি, পুন্সিদা কংঙমদনা কংবা দর্শননি, গুরুগী সেবানি। মসিনি মহাক্কী য়াধারাণীগী কৃপা হায়রিবসি। মহাক্কী য়াধারাণীগী কৃপাদি মাগী থাজবা অমম্ভুং শ্রদ্ধা অসিনি। মহাক মথংদা পুরী, গয়া বৃন্দাবনগীদমক্তা যাত্রা তৌখি, নবদ্বীপগী। ঐদি য়াবী মাগীদমক্তা মরোলম্ভু থোক্তা করি লোলনা ঙাংনহুনা তীর্থশিং অহু য়োগদোরিবা? অহুবু মাগী য়াধারাণীগী কৃপা লাকপম্ভু য়াই, মসিদদি মহাক কম্না থাজে।

নবদ্বীপকী মফম অয়াম্বা য়েংবা চৎলুই। মোংলবা, খুরবা লম্বীগী কাচিন্দা লৈরম্বা থোজাল অমদম্ভু হেক্তা ইরম্মী, ভক্তি, প্রেম, ভজন। লাইকম থরদনা চংবদা অকক্লবা পৈশা লৌই, পৈশা মশীংহু শুত্রগা চংহন্দে। অশেংনা ভগবাম্না শেল অকক্লবা পীত্রবদি চংহল্লকম্ভু ঐগা ঊনবা

য়াদে হায়না হুকুম অমা জারিগ্রবয়া মখোয়স্তনা খওলমগনি। মীশিং হেল্লংলকপা, চাবা কংলক্তবা, চয়া অনী শুনা নীংখিনা চায়ক্রুবা খরদং কংবা চেংস্থ মুংকুপ য়াইকুপ্তুনা তংখাই য়াল্লবা মীনা চায়গা হিংনগদৌরিবা অচাথাউদা মী শিবা য়াবা পোৎ য়ানশিন্দুনা হেয়া শেন্দোং তায়রবা মতম অসিদা থোঙ্গাল খুদিংদা থেৎলিবা, কক্লাংদা ইরিবা ভক্তি প্রেম অসিবু চুমতমক ইবা ওইরমগনা নত্রগা খম্মোয়স্থ য়াওরমখিগনা ? রাখল অসি খল্লকপদা মরু কোক্লবা অমনবা কোট লিৎপা মনঙ্গন্দা চাউরবা পোৎয়োম য়ানবা মনাত্তোন নম্বা ঐগী মরুপ তীর্থ যাত্রীকু নীংশিংলকই। মহাক্তি রাধারাণীগী কৃপাদগী তীর্থ অমদগী তীর্থ অমদা ভক্তি প্রেম খিবা চংলি মী-য়োল অতৈ খওদনা। মহাক্তী ভক্তিদি অয়োইবা নাইদে। থেংনবা মফমদা মহাকপু উনজগনি, শোয়দনা কংকনি ভক্তি অসিনি মহাক্তী থাজবদি। মহাক্তী থাজবা মাওখিগনা ? মাওদবদি ওইসমু। অদুবু মহাকস্থ তৌ-শিন্নবা ময়াম অসিগী মরক্তা ভক্তি প্রেম কংদনা হল্লক্লগনা ?

---

ডা. আই. আর. বাবু সিংহ

# ডাক্তর কমল ঃ মীৎয়েং অমা

কুনগুবা চহীচা অসিগী মণিপুরী সাহিত্যগী খাইদগী অচৌবা অমম্মুং অথোইবা কবি ডাক্তর কমলগী মরমদা নৈনবদা মসিনা খাইদগী অরোইবা রানি হায়বা মত পীবা য়াম্না লুনা থোক্কনি। মরমদি, মীওইবগী সমাজ অসিনা অম্মুম অম্মুম মাঙদা চঙশিল্লকপগা লোয়ননা হোংলক্লিবা মীওইবগী রাখল অমম্মুং মীৎয়েংগী মরেপ্তা অচৌবা কবি কয়াগী শৈরেং রারেংস্মু অনৌবা মচুদা, অনৌবা অর্থদা থোরকই। উপালগুম্না মশা মরেং ফম্নোক্লুনা অনৌ-অনৌবা সভ্যতাগী হোংলক্লিবা ঈচেল্লক্তা তাউবা ঙম্বসিমক অনৌবা মীওইশিংদা মতমগী মীৎয়েংগা রাখলগা চানবা অর্থ পীবা ঙম্বসিমক কবি অমগী অরাংবা অমম্মুং অচৌবা থাক লেপ্লবগী লমজৈ অমনি। মীওইবগী পুন্সিগী লেঙদ্রবা রাখলশিংবু জাৎ-বিজাৎ থায়দনা মতম চুপ্পদা মফম পুম্নমক্তা চুমহনা লৈরবা মীৎয়েংগী মরেপ ফাউবা কবিগী থুৎশেমতনা মতমগী হোংলক্লিবা অওনবা কয়াসিগী চৈথেং থাঙহনা লেঙদনা অমর ওইহনা লৈ। মসি য়াওদবা কবিগী থুৎশেমদি তম্দনগী মতৌগুম্না মতম থরুদং কুফেৎ-কাফেৎ ঙাল্লমলগা শোয়দনা অমম্বা মরক্তা, অকাউবগী গর্ভদা তিনথি। কমলগী পুন্সিগী মরু ওইবা মীৎয়েং অমদি 'কুটিল ওইরবা সমাজ' অসিগী অনেম্বা রাখল অমম্মুং ওইদবা মমলগী মশক অসি হোংদোকহল্লগা অনৌবা মমলগী চৎনবীনা মহুৎশিন্দুনা শেম্বনি। ধ্যান তৌহনা পুন্সিদগী লাপ্না চেম্থোক্লগা মীওইবা সমাজগী অরাংবা মরক্তগী লোন্না থুপ্না নাম্থোকখি-হনা অচীকপা মফমদা তুমিন্না ফম্লগা ফংলকপা উরকপা কবিগী মীওইবা পুন্সিবু পাক-চাউনা য়েংলকপা মীৎয়েং অহুদি নত্তে। অমোৎপা সমাজ অসিগী মরক্তা লৈরগা, অয়ুক নুমিদাং পুন্সিগী অরা-নুঙাই সুরগী মম্নুংদা উরকপা মীওইবগী পুন্সিগী অরাৎপা অহুনি মহাক্না পাম্বসি। মহাক্কী

মীৎয়েংদা পুন্সিবু হঙ্গোই ভূক্কচবগী মফম লৈতে, নত্রগা কবি কয়াগী মীৎয়েংদা 'য়ারবা পুন্সি' ওইরবা মীওইবা মপোক অসিবু থাদোক্তুনা থাপনা চেনখিবগী অপাম্বা য়াওদে। মসিগী মহুত্তা লৌশিনবনি নৌ-হৌননা থাপ্পা লংথোক্লম্বগী মহুত্তা। মথুম থুমজিনবা উপু মনুংদা লৈবগা অমহা ওইরবা চৎনবী থাজনবী অমম্বং অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োম্না থানা কূপ্পুনা লৈরবা সমাজ অসিদগী থরদং হেন্না চুম্বা অশেংবা মীওইবগী মমলনা মাগী চাং ওনবা য়াবা সমাজ অমা কমলনা উথি মাগী কল্পনাগী জগত্তা। ঐ ঐগী লন্নাইগী ওইবা অথুবা মীৎয়েং অসি থাদোক্তুনা হেন্না পাক চাউরবা, হেন্না মপূংফারবা মীওইবগী অপূনবা ধর্ম্ম অমা মীৎয়েং অমা পুরকপা পামথি কমলনা।মাগী "মাধবী" মীৎয়েং অসোমদগী য়েংলবম্বু ফনা নীংথিনা মরীক চুম্মী হায়বা য়াই। মরৈবাক্কগী মপাল থোকচত্রবী, পঙলবী ওইনচাউগনবী, "হকচাংগী পাঙ্গল শোল্লবী পুক্লিংগী পাঙ্গল শোল্লবী অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োমনা য়োমহুনা পোক্লবী" মাধবীগী পুন্সিদা কমলনা অয়োবা থাক্কী অয়াংবা মখলগী স্বার্থত্যাগকী মমি উহনথি :

"তাইবংপানবদা মী ওইনা পোক্লগা পুক থন্না চাহুনা ফজবা ফিরোল শেত্তুনা হিংবদি করিস্ন কান্নদে, মীগী উপকার তৌবা ঙম্নবদি অথোইবনি। অথোইবা থবক অসি তানগে হায়রবদি স্বার্থত্যাগ তৌগ-দবনি, ইকাইবা থাদোক্কদবনি, মীনা য়েংথিবা কিরোইদবনি— মীনা চৈববু থাগৎপনি নীংগদবনি, মীনা ফুরগা হুংশিহুনা নানবিবগা চপ-মান্নন নীংগদবনি। হা ঈশ্বর! পাঙ্গলশোনবী হুপীমচা ওইনা পোক্লবী ঐহাক্লা, সমুদ্রগী মতৌগুম্না পুকচেল চাউরবা স্বার্থত্যাগকী মরিক অমত্তং লৌজবা ঙম্নবা পাঙ্গল পীবীগদ্রা? হে দয়াময়! হকচাংগী পাঙ্গল শোল্লবী, পুক্লিংগী পাঙ্গল শোল্লবী, অন্ধবিশ্বাসকা কুয়োম্না য়োমহুনা পোক্লক্লবী ঐঙোন্দা অন্ধবিশ্বাসনা কুপ্পুনা থম্নবা অমম্বা সমাজগী মনুংদা স্বার্থত্যাগকী মঙাল খজিক্কং উৎননবা পাঙ্গল পীবীয়ু।" ("মাধবী")

"মাধবী" পারুবদা ঐখোয়দা ভত্তনা নীংশিংহল্লি— সমাজগী অশোয়বা, অরাংপা সমাজ অসিদা ঐখোয়না মতম কুইনদগী হৌনা ইন্দুনা লাক্লুবা চৎনবী থাজনবী কয়া অসিগী থোইদোক্লা মমল লৈরক্কুবা, মত্থগী মহুত্তা অত্তোপ্পা অনৌবা মমলগী চাংনা ঐখোয়গী মীৎয়েংবু লমজিং-লকপা। ঐখোয়না পুন্সিদা নীংলম্বা পূম্নমক্কু লোইনা নংলমত্রে, পুন্সিদা লুনা তৌরম্বা মমল য়াম্বনি নীংলম্বা পূম্নমক্কু শোয়দনা লেঙদবা ওইরমত্রে। মত্থগী মহুত্তা ঐখোয়দা পীরকই অনৌবা মমল, ঐখোয়দা উহল্লকই পুন্সিগী অনৌবা মশক অমা :

চন্দন পাম্বী কয়া কয়ানা,
চীং-মাল নারক-শীংলক্তা,
মাঙ'গুম অরেম্বা উকং ওইথনা,
পুক্নিং লৈকোলগী অথুপ্পদা ;
থারিবা চন্দন পাম্বীথু চেকশিন্না,
কংথ্রনিকো অরেম্বদা !
পুক্নিং হকচাংগা লোয়ননা,
থঙহৌররোইনে কনামত্তা !
("লৈপরেং")

অসিগুম্বা "পুক্নিং লৈকোলগী অথুপ্পদা" থারিবা চন্দন পাম্বীথু'না অরেম্বদা উকং ওইনা মাঙখিবসিদা কবিনা আপীল তৌরি মীওইবা পূম্নমক্তা মপাম্বোংগী কাউজনখিবা তাইবংগী অরাঙবা খোঞ্জেলনা নমহৎ-খিথনা মশক থঙদনা মাঙখিদনবা। মীওইবা পুন্সিগী অনৌবা মীৎয়েংনি, অনৌবা লম্বেলনি, অনৌবা মমলনি।

মথক্কী মীৎয়েং অসিবু য়াম্না ময়েক শেংনা মরীক চুম্না উৎলিবদি কমলগী শৈরেংশিংদনি। মহাক্কী শৈরেং অয়াম্বা রোমান্টিক ওইরবা

অরাংবা আদর্শগী মচুনা লৈত্তেংঙি, পুন্সিগী অইংবা, অতপ্পা মুর অমনা মাগী পুন্সিগী পামজবা ঈশৈনি : 'নির্জনতা' হায়বা শৈরেং অসিদা মীওইবা সমাজগী অথুবা মীৎয়েং, ওইদবা তৌশিন্নবা, মপাম্বোংগী শককম অমম্বুং মমলগী চাংদা পুন্সিবু য়েংলিবা, পুন্সিগী অর্থ হন্নবা হোৎনরিবা পূন্নমক অসিগী ওন্নতৈনবদা লৈরবা মমল অমম্বুং অর্থ অমা পীরি। সমাজগী অশোয়বা মীওইবা পুন্সিগী অরাংপসি নৈনহনা শৈরেং অসিদা উৎলবম্নু, ক্লাসিসিজম কাঙলুপকী শৈরেংদা পুন্সিবু বুদ্ধি অমম্বুং রাখলগী মরেপনা ওন্দুনা য়েংলকপদা পরীক্ষা তৌহনা পুথোকপদা থেংনরকপা উরকপা মীওইবা সমাজগী মমী শান্নবা অশোয়বা অরাংপা অমম্বুং মপুং ফাদবহৃদি নত্তে। অরুম্বা অমম্বুং চাংমান্নবগী খলনা পুন্সিগী, সমাজগী মশক অসি লেপনবা হোৎনরকপদা ক্লাসিসিজমগী কবিশিংনা চানদবা, অশোয়বা, মান্নদবা কয়া উরকপদা শোয়দনমক পুন্সিগী অক-ফক্ত নৈনরকই।

কমলগী শৈরেদা উৎলিবা মশক অসিদি অসিগুম্বা সমাজগী মীওই-বগী পুন্সিবু বুদ্ধিগী রাখলগী মীৎয়েংদা ওন্নকপদা থেংনরকপা অশোয়বা, অথীবা অরাংপা কয়াবু শৈরেংগী রারেংগী লমদা ফুংঙাইহনবগা লোয়ন-লোয়ননা মশক খঙহন্দুনা পাউত্তাকম্নু পীবা চুমথোকহল্লিবগী, শেমদোক-হল্লিবগী অপাম্বা থোকহনবা মীৎয়েং অহু নত্তে। মহাক্কী শৈরেং অসিদা ঐথোয়গী অরাংপা, অশোয়বা কয়াবু মশক উহল্লি অহুবু অশোয়বা, অরাংপশিং অসিগা লোয়ননা উহল্লি মীওইবা পুন্সিগী অপূনবা মশক অমম্নু। পুন্সিগী ইতিহাসতি অশোয়বশিং অথীবশিং অসিতগী রারী নত্তে, পুন্সিগী পাত্র অসিদা ঐথোয়না শোয়দনা থেংনগনি অথাবা, অয়াকপা, অশীনবা, অথুম্বা, অহাউবা, হাউত্তবা মহাউ পূন্নমক্না তিন্নবা মচল অমা। মসিমক্তি কমলনা মাগী শৈরেংদা উৎননবা হোৎনরিবম্নু। মরম অসিনা মাগী শৈরেংদা উৎলিবা পুন্সিগী মশক অসিনা অশোয়বা, অথীবশিং অসি পুথোক্তুনা উৎলবম্নু, মথোয়শিং অসি উৎলকপদা হুই হুই

লাউন্নবা শাজৈগী অথৌবা চৈফু অহু য়াওদনা উৎপা ঙম্মী। মসিগী মহত্তা অশোয়বশিং অসিবু ঐখোয়দা মশক খঙহন্দুনা ইশাগী অমসুং পুন্সিগী ভৎন-থানবা য়াদ্রবা শৱাক অমনি হায়না খঙহন্দুনা শৈরেংশিং অসি পারুবদা অরোয়বদা ঐখোয়দা হান্নরা খঙলম্লবা, হান্নরা থাজহনা লৈরম্লবা পুন্সিগী মমল কয়াবু অনৌবা মীৎয়েং অমদা য়েংহনবগা লোয়ননা, নৌহৌননা সমাজগী পুন্সিগী মমল অমা ফংলকপগুম ভৌহল্লি, উহল্লি। 'নির্জনতা' দা য়াওরিবা "পুক্নিং তপনা লাইনীংগে" হায়না য়াচংবগী অমম্বা মরক্তা অচীকপা মফম থিরক্লিবা ব্রহ্মচারী অহুদা "অচীকপা' কৌবী লমদম অহুগী মবেম্মত্তনা তপ্না তপ্না হায়রকই ব্রহ্মচারীগী নাকোংদা,

সমাজগী ইতিহাস
মপুংফাদে মপুংফাদে।
থুম্লক্তা শানবা ৱারী,
মরীক চুমদে, মরীক চুমদে।
জাতিগী ইতিহাস হায়বসে
মিৎনা উহৌবা নাকোংনা তাহৌবা
মরীক চুম্না ইবতনি ৱারী থরা।
ফোঙদোক্তবা পুক্নিংগী ৱাদি
করম্না খঙগনি মহাক্না ?

("লৈপরেং")

ঐখোয়না নহানমথৈ খন্নরম্লিবা পুন্সিগী মমল অমসুং সমাজগী চৎনবী থাজনবগী পুন্নমক অসিগী ওন্নতৈনবদা কমলনা উহল্লিবা মপুং ফাদবনি, কমলনা শকখঙহল্লিবা ভৌশিন্নবনি। মপাম্থোংগী মমল অমসুং মপাম্থোংগী মতীক মগুণতনা পুন্সিগী অশেংবা মমল লেপ্পা চুমদে, মসিদগী হেনবা অমা লৈরি, মমিৎ তাঙলবা বিজ্ঞান অমসুং মনা পঙলবা ইতিহাসনা য়োবা ঙমদ্রবা ইশিনবা ঙমহৌদ্রবা মীওইবগী থম্মোয় হায়বা অচৌবা পোৎশক অমা লৈরি :

পোৎকী মমলবু অচুম্বা,
খঙহৌবা, উহৌবা, তাহৌবতনা
লৈপনবরনে চাংতম্নহনা।
অহুম্না চৎনরবদি সমাজদা।
ফরে চেক্কী সিড়ি মথক্তা
গমলা মথক্তা লৈত্তেংলিবী
লৈরাংসে ভাব্বিনা কৌবী,
মথন্তনি শক ফজবদা,
মথন্তনি মনম মুংশিবদা,
অচৌকপদা শাৎপী কেন্তকীসি
অরেম্বনি মাগী পুন্সি।

("লৈপরেং")

মতাং অসি য়োরকপদা কবি কমলগী কল্পনাগী ব্রহ্মচারীগী শিক্ষাম্বু মপুং ফারে, 'শান্তি লাইরেম্বী'না মঙোম্না লৌরিবা মীওইবা পুন্সিগী রারীম্বু মপুং ফারে। বিধাতানা মাবু শেম্বীরকপদা কাউহনা পুক্নিং পীবিরম্নবম্বু পুক্নিং অহু ফোংদোক্লবগী পাম্বৈদি পীরমত্রবা মহাকী মতম্পাক্তা থোকখিবা জগৎকী থৌদোক থুদিংমকপুদি লোইনা উহৌ-তাহৌরবী মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীগী মচৌন্দগী থোরকপা লৌথোরকপা জগৎকী, মীওইবগী, সমাজগী মশক অসি উরুবদা ব্রহ্মচারীগী পুক্নিংদা অনৌবা অওনবা অমগী লৌচিংনা ফাজিল্লকই, অরা-মুঙাইনা থল্লবা সমাজ অসিদগী শিক্ষাতনা মপুং ফারক্তে, মীওইবা সমাজগী চৎনরিবা মমলশিং অসি নত্তবা অনৌবা ফংলকপা মমল অমগী লমজিংনা নৌহৌননা পুক্নিংবু মতম কুইনা তুমহনা লৈরুবদগী মিকপ থোকহন্দুনা য়াকাইহল্লকই :

লিকলাগুম্না থমনাথক্তা পকপা
পুন্সিসি তয়াংতশোইবা

থমনা খেনজোংনা ভামথবা মত্তমদা
তিনজগে নংগী পুক্লিং পুথ্রিদা

("লৈপরেং")

অপাবশিংমু ব্রহ্মচারীগুম্না আত্মাসমর্পণ তৌই, পুন্সিগী মশক অসি থঙলকপগুম তৌই, অসিগুম্বা জীবন ইতিহাস য়াওদনা সমাজগী মরক্তা লৈরগা লাংতক্লরবা পুক্লিংদগী খোরকপা রাখল, ভেংথানীংলকপা অমসুং ইশা পান্দুনা কোইপাই পাইনীংলকপা অত্থুতনদি মপুং ফাদে হায়বদি তত্তনা নীংশিংহল্লকই।

মীৎয়েং অসিগী মরেপতা কবি কমলগী অত্তোপ্পা শৈরেং অমা 'চিরবিদায়' হায়বসিমু ওন্দুনা য়েংবা য়াই। শৈরেং অসিদি মপাম্বোংদা শাবী-শানৌগী প্রেমগী মশক অমা ওইনা কনাগুম্বী সুরা অমগা মানা লুনা-চাম্না য়োকচবী ভেনরা অমগগী মরক্তা শানবা রারীগী মওং ওইনা উৎলবমু অসিগুম্বা প্রেমগী শৈরেং অসিদা মীওইবা পুন্সিগী মশক অমা উৎপদা নত্তনা মপুং ফাদবা শক্তম অসি উহন্দুনা অনৌবা মীৎয়েংগী মতেংনা সমাজগী অমসুং পুন্সিগী অনৌবা মমল অমা লেপননবা, পীননবা হোৎনরি। য়েক্লবনা লাংগোই চনশিল্লক্লবদা চেক্লা অত্থুগী মথরাই মাঙগত্রা হায়না চিংনরহুনা অথুবা মীৎয়েংগী মসুংদা লৈরবা সমাজদগী থাদোক্লগে নিংলবী সুরানা হায়রকই :

হন্দক্কী মপোকসিগীদমক,
মত্তম কুইনা কাউদনবা,
লোরেকো নংগী ফোটোসি,
থাদোক্লমলো সুংশি লমদম
নিংঙোলকাগী লুথুমদা য়ান্দুনা
সুমিৎ থুদিংগী মীৎকী পিনা;
নংগী ফোটোসি চামথোক্কেকো,
ইত্তাশকপী হৌজিক্তি পাইথ্রোকো।

("লৈপরেং")

মুরা অসিনা থল্লগা য়াই মীওইবা পুন্সিগী মশক পুন্নমক, মীওইবা পুন্সিগী অমম্বং থম্মোয়গী অহোংবা পুন্নমক মমিং তাংলবা বিজ্ঞানগী মতেং লৌতুনা ফোটো অমগী মমুংদা লোইনা য়াওহনবা য়াই হায়না অহুবু চেক্লা অহুনা অন্নাবা খোঞ্জেলনা হায়রকই :

শেগাইপ্রবদা ফোটোনা,
স্মৃতি ঙাকনি করমতৌনা ?
মীৎ তাঙলক্রবদা মীওইবনা,
ফোটো য়েংগদগে করম্না ?
মুংশিবা পোক্রবদা পুন্সিংনা
করি কান্নে ফোটো চামা থেৎতুনা ?
অমরোমদা হায়রক্রগা—
মীগী পুন্সিং ঈচেল হোংলকপা,
চেংলৌ শকফম হোংলকপা,
ঙম্বরনে ফোটোনা মতুংইনবা ?

("লৈপরেং")

অঙকপা বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা মীওইবনা পুন্সিগী মমল লেপনবা থম্মোয়গী শকতম লেপ্পবা হোৎনবা পুন্নমক অরেম্বনি, ওইদবনি। মপান-থোংগী সংসার অসিদা, সমাজ অসিদা ঐখোয়না লৌনরিবা, থাজনরিবা মমল পুন্নমক অসিতনা অরোইবা নত্তে, লেঙত্রবা অরেপ্পা নত্তে। মসি নত্তবা অতোপ্পা সমাজ অমা, অতোপ্পা জগৎ অমগী মমি কবি কমলনা লেপলকই, অহুগুম্বা সমাজ অহুদা জগৎ অহুদা নিংথৌ প্রজা, চাক্লিবা ইনাকখুনবা, পুন্নমক চপমান্ননা লৈমিন্নবা য়াবা :

নত্রগা পুরকউ অসিগুম্বা গ্রাফর,
মাগী মপান নাইদবা ফোটো মমুংদা,
নিংথৌ, প্রজা, চাকনিবা, ইনাকখুনবা,
চপমান্নরে মতিক মগুণ।

নত্রগা থাদোকপীয়ু অসিগুম্বা উমংদা,
চাদথক্তবগী অরাম খোরাং লৈতবা,
কল্লকপা য়েংথিবা লৈনদবা,
অমাংবা অশেংবা চপমান্নবা।

("লৈপরেং")

কবিগী কল্পনাগী মণ্ডলান্দা উরিবা জগৎ সমাজ অসিগী শরুক খরদং পুকচেল পিকপতনা থল্লবা মত্তমগী সমাজ অসিদা, মীওইবা পুন্সি অসিদা ডাক্তর কমলনা শেমগৎলম্বনি।

———

অনিম্মা শর্ম্মা শাস্ত্রী

# মরুপকী মতৌ

মরুপ শান্নবা নত্রগা ইতাও শান্নবা, মুপীগীনা ইতা শান্নবা হায়বসি মীওইবগী তাঙলবা মরলনি। চীংদা লৈবা মীশিংদা মৈতৈনা মীওই য়েংহ্নুনা ইপা, ইমা, ইচন অমসুং লেংগাদনা মরুপ-ইতা অসুম হায়না মিং-গৌনৈ। হায়রিবা মিংগৌশিংসিনা মীওইবগী য়াম্নমক নরুবা মরীনি হায়বা ফোঙদোক্লে। তৌবমকসু হায়রিবা মিংগৌসি কৌনহ্নুনা লোয়নরিঙৈদা ফনা শাউনিংবা-মুংঙাইতবা রা লৈহ্নুনসু মহু কোক্লিঙাই ওই, কোকপসু য়াওই। মসিগী ইরায় লাইরবা থুদমদা হায়রগা—তাথিবা রাহৈগী তেন্না থস্মোয় শোকপমুক মীওইবনা তানীংহ্নুনতা লৈরিবা মিংগৌশিংসি না-কোংদা হেক তাবমক্তা থস্মোয়দা য়াম্না থুনা পানকম থোকই, মুংঙাইকম থোকই। অহুগা মথক্তা হায়খ্রিবা মরী মতা থোকপদতা কৌনবা মিং-গৌশিংসি ঐগী ঐগী মরী থোকপা মীওইশিং অহুগুম্না অতোপ অতোপ্পা মীশিংদা মরী লিংখৎনিংহ্নুনা শন্দোক্লা থিরকপনি।

সংস্কৃততা 'মরুপ' হায়বসি ফোঙদোক্লবা রাহৈ অহুম লৈ। মথোয়হু মতাং অসিদা নৈনহ্নুনা খঙজিনবা ফৈ।

(১) সুহৃং—মানা তৌবিথিবা উপকারহুগী করিগুম্বা উপকার—থুংলং অমা তৌরকখিগনি হায়বগী রাখল তৌরুদনা মীগী ফননবা (উপকার) তৌরিবা মরুপ অহু সুহৃং কৌই।

(২) মিত্র—মুংশিবতনা থোং ওইহ্নুনা মীগী উপকার তৌরিবা মরুপ অহু মিত্র কৌই।

(৩) বন্ধু—করিগুম্বা মরী মতা অমা থোকপনা মরম ওইহ্নুনা মীগী উপকার তৌরিবা মরুপ অহু বন্ধু কৌই।

মৈতৈ লোলদা "হান্না য়ৈনৌ, কোম্না মরুপ শান্নৌ" হায়বা রাহৈ অমা লৈ। মসিগী ইঙ্গিত্তি মরুপ হায়বসি অমনা অমদা পুন্সি শিন্ননিঙাইনি: অহুনা অমনা অমগী মপুক্লিং মরিল মুম্না খঙদোক্লগদবনি হায়বনি।

ষণ অমা লৈবদদি ফনা মুয়া য়েংই, তৌইগুবসুং মরুপ অমা ফংবদদি করিসু পোইনা খলহোদে, ইচম চম্বা মতৌ অমদি ঙাইহাক্তং মুঙাইমিন্নরুবত্তনা মরুপ হেক্তা নওনথি। মতৌ তন্নদবা মীওই লৈতে। অঙাং ওইরিঙৈদনা খরা নয়েক লানা মতৌ তম্নিংবা অমদি তম্নিংবগী মওং খেংনৈ। অতুগা অওইবমক্তি নহারোলদগী হৌরগা পুন্সি সক্যা য়ৌশিন্নবা মী ফাওবা মানা মানা মুংশিরুবা মতৌ তমজনীংবা মরুপ অতুগী মতৌ নরমচং ব্যবহারশিং তত্তনা নীংশিংই। মরম অসিনা কনাগুম্বনা চঙখোল্লবা লাইরিকশিংবু নীংথিজরবা মরুপকা পাংথকনি হায়না চাংদয়ে। হায়রিবা রাসিগী লৌশিন্নীংঙাইদি—ঐনা মীঙোম্নগী মতৌ তম্মুবতু নীংশিংতুনা ঐঙোম্নগীসু মীনা অফ অফবা মতৌ কয়া লৌথিনবা হোৎনগদবনি, মসিতনা মরুপ ওইনরিবা মীওইশিংতু মহৈ মহৈ মপুঙ ফানগদবনি।

অফবা মনাৎ ( স্বভাব ) পুদি ফত্ত-ফত্তবনা হায়া চুশিনবা হায়বসি মীওইবগী হৌনশানি। অঙাংনা অফবা পাউবৌ পাঙ্তাক্তগী ফত্ত ফত্তবনা হায়া চিন্দা পুই. পোইনা রানা হোৎনরুদ্রবসু হেক্তা চুশিল্লি। নহারোলনা নীংথিনা স্বর চানা শেমতুনা শক্করিবা ঈশৈদি তুং-ওইনরগা তালজাওগী ঈশৈ স্বর কায়না লাওরকপা হেক তাবদা অঙাও-অফৈগী চৌইরোল মাল্লবশিংতুনা হেন্না পামজে।

করম্বা মীওইবু মরুপ ওইগদগে অমসুং করম্ববু থাদোকদগে হায়বতু নৈনসি। ঐঙোম্নগী য়ায়া হেন্না রাশক থেংপা মীগা হায়বদি ঐগীদি হায়দ্রবদি লোইরে. চুন্নবসু লাল্লবসু, মতুগী মহৈত্ত করবসু ফত্রবসু-য়ানিংদ্রবতুদি য়ানিংদ্রে; কনাগীসু মরা তাদ্রাই হায়বা মীতাগা মরুপ ওইরোইদবনি। ঐনা নিংলিবসি শোয়দনা ওইহনগদবনি মসি নত্রবদি ফত্রবনি হায়না মাগী মবুকথোক অহুত্তবু পোইদোক্লা লূনা নীংলিবা মীশক অসিদি নাকল অমত্তা উবা মীতানি। মখোয়সি মশাগী অভিমত অত্তুতবু ইকাই থুম্নজবা নত্তনা অতৈ কনাবুসু খৌশানিংদ্রবনি। মরুপকী লমদমদি মাগী রাথল ঐগী রাথল অনীহু তিম্নরগা খবক পাঙখোবনিন্নগদবনি। অওইবমক্তি ঐগীদি

হায়রিবসিনা মরোয়রে কনাগীসু মগ্না তারোই হায়রিবা মীসিনা মরুপ অমগী, অমদি সমাজগী করিগুম্বা অফবা থবক থরা তৌরকনি হায়না নীংকত্রবনি।

য়াম্না নোকন খেগনবা মতাং চারবসু চাত্রবসু মতম অয়াম্বদা থিগৎ-কনবা, কনাগুম্বা অমগী করিসু লৈতবা মগুণ থরা উরগা হেক্তা মথাগৎপা নত্রগা খম্দনা হেক্তা মচৈবা, ইরাই লায়না পুক্লিং মওং কায়গনবা মীতা-সিগা মরুপ ওইরোইদবনি। হায়রিবা মীতাসিদা চীং লেমজনিঙাই মওং মতৌ (ব্যক্তিত্ব) লৈত্রবনি। মহাক ইচম চন্নবনি। মাগা চেকশিন্না করিগুম্বা রা অমত্তা তান্নবা য়ারোইদবনি। মশানা রাখল নীংথিনা থম্বা হৈনত্রবা মীতাসিদি করিসু লৈতনা ইচম চম্বা হিরম অমনা মাবু মুংঙাইহনবা রাহনবা লায়না ঙমগনি।

মশাতগী ওইজবা য়াম্না কা-হেন্না থিবা মীতাগা মরুপ ওইরোইদবনি। হায়রিবা মীতাসি কা হেন্না লীকপসু শোয়ত্রবনি। হায়রিবা মীতাসিগা করিগুম্বদসু পুকচেল তিংনা থক তিন্নবা য়াদে। মাগী মফমদা করিগুম্বা থরদি মথাকনিংই, করিনা মহাক্তি মশাতগী থনথিগদবনিনা। পুক্লিং তিং-থোক্লনা তিন্নত্রবা মীদি মাগা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌমিন্নরোইদবনি। অহুগা কনাগুম্বা মবুদ্ধি মরোশিং চংথোক্লবা মীতা থোক্লবদি মাগী য়াম্না হেন্ন ওইজবা য়েংনিংবগী চংথোক্লবা মতৌতু ফোঙদোক্তনবা ফনদি মহোৎ-নৈ, অহুবু কাঙঙ মরক্তা উরোক্লম্বনি; থঙদবা য়ারোই।

ঐগী নত্রগা কনাগুম্বা অমগী রাখলতবু ঙাইহুনা লৈবা, কনাগুম্বা অমগী রা য়াওদনা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌথোক্তবা মীতাগা মরুপ ওইদবনা ফৈ। হায়রিবা মীওইসিনা মবুদ্ধি মরোশিংনা করিগুম্ব থবক অমত্তা তৌররোই অহুনা ঐঙোন্দা মরম চাদনা অরুবা দায়িত্ব লৈবা রাইচিনবা হেল্লি; মাগী মবুদ্ধিতসু ফকতিল্লি চাওখত্তে।

করিগুম্বা থবক অমা তৌগদবদা চীং-ফুক্কদবগুম তৌবা, মতম য়াম্না শাংনা থম্বহুনা লৈগনবা তৌইগুম্বসুং ইপাংদি পাংথোক্তবা, অপিকপা— অচৌবা করিগুম্বা হিরম অমগীদমক্তা য়াম্না রাজগনবা, চিংনজগনবা

নীংহন্নগনবা মীশক্কা মরুপ ওইন্নোইদবনি। অসিগুম্বা মীশক অসিবু গীতাদা 'তামস কর্ত্তা' খাইমক্তগী অত্তোনবা মথলগী থৌমী কৌই। মখোয়গী ফত্তবা মত্তৌশিংদু অত্তোপ্পা মী অমদা চুপ্পবদি অনীগুবা অদুম্মু মাগুম্না মাঙ-থন্নকই। ফত্তবা মত্তৌদু হেক্তা লৌনবা হায়বসি মীওইবগী হৌনশানি।

মপান্থোংদা য়াম্না মত্তৌ মালহন্নগা।চেকশিল্লক্লগা লায়থোক্কনবা হায়-বদি মনুং-মপান য়াম্না নাইনা চৎপা মতুমক্লা (মাগী লমচত্তু ফারক্লবদা) মাবু চপচানা হুংশিবা ঙমদবা মীশক্কা মরুপ ওইক্নদে। হায়রিবা মীতাশিদা ঐগী পুন্সি শিন্নবা থক য়ারোই। মত্তোম্দগী ঐগী করিগুম্বা কান্নগদবা হিরম অমা আশা তৌরুবদি লায়রহুনা ঐনা মাগীদমক কৈদৌঙৈদম্মু করিমত্তা পুকচেল তিংনা তেংবাংনিংলোই। করিগী মানদি অয়াম্বা মতমদা মপুকচেল মতিংথোক্রুবনিনা। মখোয়সিনা 'মরুপনি' হায়দুনা ফনা মত্তৌ মালহন্নবা হোৎনবদু-মনানা হৈমাং শাজবনি, মদুনা কৈদৌঙৈদম্মু হৈমাংগুম কান্নরোই।

ম্নাথল—স্বভাব মান্নবা ঙাক্তা মরুপ ওইবা ফংনরুবা নত্তে। অদুগা করিগুম্বদা মদু থেংনরবদি স্নানা মনম হুংশিবগুম্বনি। মসিগী অওইবমক্তি অসিনি-মীওইবগী ম্নাথল স্বভাব, শিনফম অমম্মুং পুক্সিংগী খোঙচৎনা অসিনি, মরুপকী মফমনা অমনি। রামদি য়াম্না পুকচেল তপ্পি শাওগন্দে অথাং কল্লি, লক্ষ্মণনা ফিংই, শাওগল্লি, অথাংকন্দে; অদুম ওইনমক অনীদু ঙমথে লৈতনা চাম্নে। লৌশীং চাওরবা পুকচেল ফজরবা দান তৌবতনা মশিঙ্গাং ওইরবা কর্ণগা পংলপ তৌবা পুকচেল ফত্রবা, লোভী ওইরবা, কনামতনা হায়বা ইন্দবা ঙকচাও থেক্লবা দুর্য্যোধনগা অনীগী ম্নাথল স্বভাব থেন্নরবমক্সি তৌইগুম্বম্মুং মখোয়নি য়াম্না চাম্নে। মপুন্সি চুপ্পা লোয়নথি। মীওইবগী পুক্নীংগী খোঙচৎলোমদা য়েংলগা চিন্তা পোৎলুম্নগনবা মীনা হন্নাও তয়ামগনবা মীগা, অতপ্পা মীনা থন্না ফিংবা মীগা তিন্নবদি অদুগা বিদ্যাগী লমলোমদা য়েংলগা বৈজ্ঞানিক অমগা সাহিত্যিক অমগা তিন্নবদি পুন্সি লানফমদা শোয়দনা লায়না মায় পাকনি।

হৌকম কাকম ভিন্নবা, জাতি ধর্ম্ম মান্নবা ভাক্ত মরুপ ওইগদবনি, অহ্ নত্রবদি য়াদে হায়বা করিস্নু নৈতে। শম্না হায়রবদা অসিদগী হেম্না নুরিবা হিরম্নোমদা—পুক্নিংগী খোঙচৎ স্বভাবনচিংবদা মান্নত্রবা কাওবদা মরুপ ওইখিবনি ; হৌকম কাকম মান্নদবনা করিগী মরুপ ওইরম্নোই, লম লাম্না ভিন্নখিবা মরুপ্তি খোইনহ্নম চানে। "মীওইবনা থাপ্নরগা নুংশিনৈ, ষণনা নরুরগা চান্নৈ।" হৌকম চাকম জাতি-ধর্ম্ম মান্নদবা রামগা সুগ্রীবগা, রামগা বিভীষণগা অনীসি পুকচেল ভিংনা ভিন্নখি। অমনা অমগী মত্তেং পাংনরহ্না নুংঙাইমিন্নখি। কনাগুম্বা মজাতি ধর্ম্মবু য়ান্নমক ইকাই থুন্নবা ভাক্লিবা মীওইদি—মাগা জাতি ধর্ম্ম মান্নদবা অভোম্বা মরুপ্ন য়াম্না নুংশিজে। মখোয়'নিগী মরক্তা মান্নদবা পল অমা লৈরিবহ্না মরুপকী লংলবা স্নাগী ফুদোংননবা পোৎচং ওইনৈ। হায়খ্রিবশিংসিগী রামচংদি—মান্নদবা ভাক্তনা পিক থম্না লৈরবা সংসারসিদা খোঙ-ভোন চপমান্নবা অনীভনা মরুপ ওইগনি হায়বা থক নত্তে, মান্নত্রিবা ময়ামসিগী মরক্তা—মরুপকী লমলোমদা মান্নবা অমা থিগদবনি, হায়বনি। রাকম অসি থরা পাক্লা নৈনবা ভারবদি হায়রিবা রাকম অসিনা অহানবা পাড়া ওইনরগা অরাংবা আদর্শ অমা কংনিঙাইস্নু লৈ—মহ্নদি তেংবোনবা অসিদা লৈরিবা মান্নদবা ময়ামসিবু মান্নবা লোৌবা ( অরাবদা নুঙাইবা থিবগুম্না ) হৈনরবদি অথাপ্নদা লৈবা অনকপদা লৈবা মীশিংবু ঙম্না মরুপকুম থম্লকনি। মসিদগী 'ঐগীতা' 'নঙগীতা' হায়বা পিক্লবা রাথল থাদোক্কনি। মীয়াম্নু মরুপকুম ইচিন-ইনাওগুম উবা ঙম্লকনি। করিগুম্বা হায়রিবা থাক অসি য়োরবদি— পৃথিবীনা ঐগী দেশনি মীওইবা জাতিনা, ঐগী ইজাতিনি মসিয়োনা থম্বা ঙম্মকনি।

মরুপ হায়বসিদি—অম্না নুংঙাইবনচিংবা অয়াম্বা হিরমদা লোয়নগদবনি। করিগুম্বা অরাকম অমা ভারবদা শরুক য়ানগদবনি চাকভাংলবদা করি চারিবগে , ঐঙোম্না লৈরিবসি য়েন্নহ্না চামিন্নসি, হায়নগদবনি, লৈপাক্কী রাথোক লাম্হোক নত্রগা ভোরা-ভুনা অম্না মৈরক চঙবা ভারবদা 'মরুপ' হায়না থিনগদবনি, রায়েনশং য়োনিঙাই ওইবা রাথোক

লাক্লবদগী নওগীদমক ঐ লৈরি করিম্নু রাক্লু হায়না মতুংদা লেপ্লিগদবনি। অশি-অনা নংলবদস্নু "শিবাহায়বসিদি পোক্লিবা খুদিংমক্কী তোন্দুনা লৈ-রিবা থৌদাংনি অকোন-অহান্তনি, অতুগীদমক থোইনা রাফদে" হায়না থেমজিনবিগদবনি—অসিনচিংবা মী অমনা অমগী মফমদা উৎকমথোকপা সহানুভূতি, পাংজফমথোকপা মতেং পাংনরিবা মীওইতু মরুপ কৌই।(১) হায়রিবা ময়ামসিবু মরৈনত্রবদি মরুপ কোত্রে চুম্না খঙনবা হায়বতুনি।

মীওইবগী সুংশিনবগী মথল অসি খরা য়াম্মি। ইমা-ইপাবু সুংশিবা অমদি ইচিল-ইনাওবু সুংশিবা মওং অনীদি থেম্নৈ। মরুপপু সুংশিবসিনা হায়রিবা মথল অনী অসিদগী অমুক তোপ্পী। মসিগা হায়রপ মান্নবা হায়-বমক্তবু—ঐগা হেক পোকমিন্নবা ইচিন-ইনাওশিংদা খল্লিবা রাথল অমদি মথোয়বু সুংশিরিবা মওং অতুগা মরুপ সুংশিবগী মতৌগা মান্নৈ হায়না লৌবা য়াই। অতুগা মুন্না খম্নতুনা য়েংলবদি—মসিগস্নু খেম্নৈ। মরুপকী মফম অসিমক্তবু চাননা ইতোপ তোপ্পী। অসিদগীস্নু হেন্দোকুনা কনাগুম্বা চান্ন-রবা মরুপ অনীগী মতৌ উরগা ভাবোক্কী পুক্লিংদা হায়ফম খঙত্রবা থোৎ-নৌরবা রাথল অমা পোকই। মসিবু ভক্তি কৌবস্নু য়াই। খুদম ওইনা রামগী অশেংবা মনাই ভক্ত ওইজবতনা হনুমান ভাবোক্কী ভক্তিগী নীংথি-জরবা পাত্র ওইরিবনি। মতৌ অম্নুন্না সুংশিজরবা মরুপ অনীতুগী মফমদা ভাবোক্কী থম্মোয়দা 'ভক্তি' অমা শোইদনা পোকই।

চহী নৌরিঙৈদা লৈকায়দা, খুল্লোন্নবা লমদা নহারোলনা মমান্নবশিং-গা মরুপ শান্নৈ। তোয়না তিন্নৈ, অরোনবা অফোংবা, অন্নাবা সুঙাইবা থৌদোক কয়ামরুম্না অমনা অমগী পুক্লিংদা য়েক্নবা কয়া হোৎনৈ। মহৈ য়াল্লি। আ-তুংদা ফাওবা পিক্লিঙৈ খুদৈ শেৎলিঙৈ, ফনেক থোয়দোম শেৎলিঙৈ কাংজৈ শান্নমিন্নরিঙৈ চাকথোংবী শান্নমিন্নরিঙৈ, য়াওশং কোয়-মিন্নরিঙৈগী থৌদোকশিংতু নীংশিংনতুনা, ইনোনোনা সুঙাইমিন্নৈ পুক্লিং

১। উৎসব বাসনেচৈব দুর্ভিক্ষে রাষ্ট্রবিপ্লব।
রাজদ্বারে শ্মশানেচ যত্তিষ্ঠতি স বান্ধব:।

নৌমিদ্রৈ। তৌবসু মীওইবগী হৌনশা ওইনা চহী রাথঙ্গ নৌরিঙৈদা থেং-নথিবা থোদোকশিংগী চাওরবা নকন অমা পুক্ষিংদা য়ান্না নুংশিনা থাক্তুনা লৈ। মওইবনদি— পিক্রিঙৈদা পুক্ষিংদা ফাওথিবা থুক লাওবদু থোপ লিরবা তেংবানবগী লম্ফাংলবা সয়োংশিংদা সম্মুক্ররবদা—মাগুম্না করিগুম্বা হিরম অমত্তদা কাওহনবা ঙমদে।

লৈকায় কয়ামক্রমদগী লাক্তুনা পুল্লরিবা শিন্দনশিংদা নহারোলনা মরুপ য়াম্না লায়না ফংই। মতা অসিদা মরুপকীদমক য়ান্না চেকশিন-হৌগদবনি। অনবু ওইরবসু অনবু ওইরবসু হাসতা ফংগদরিবা ছাত্র-শিংথুগা মপাম্বোংগী ওইনা থরগী মথৌ তিন্নদবদি য়াদে তৌইগুম্বসুং ঐগী মাগী পুন্সি শিন্নফম ওইগদবা মরুপ হাপ্রবদুদি মযামগী মরক্ত অথনবা থরত্তনা ওইগনি। রাসি মথক্তস হায়প্র— ছাত্র ওইরিঙৈগী পুন্সিসিদা মথল মথেল য়াম্নবা মীরক্তা তিন্নজ্না মীখল ময়ামগী অপূনবা পরিবার অহূমক্তদগী তেংবানবগী মশক ওইরবা পরিবার অসিগা তিননা পাড়া অমা তমহৌবা য়াই।

মরুপকী মথল অমসুং মথোয়গী মত্তোগী রা নথক্তা নৈনখ্রে। হৌজিক তিন্নরুবা সঙ্গদগী পক্লকপা নহৈগী মরনদা নৈনসি, তিন্নরুবা সঙ্গগী মতুংইন্না পুক্ষিং-রাখল, লমচৎ ব্যবহার হোংই। মরম অদুনা অফবা সঙ্গ তিল্লু, ফজবা মত্তো তম্মু হায়না পাউ তাক্লরিবনি, তৌইগুম্নসুং হায়রিবা রা অসি মতম লৈবথিবিক্তা পুমচুম চুম্বদি নত্তে। মহৌশানা ফনা শৌরকপা চেকশিন্না লোশিংতনা চৎলিবা মীহুবুদি কনাগুম্বা ফত্রবা মী অমনা ফত্তনা শাজিং-লমচৎ অমদি মওং মত্তো থরনা লাকশিনদা ঙমদে। হায়রিবা মীওইসিদি থরা তাঙই। থুদম ওইনা দুর্যোধনগী ভকচাওথেকপা লোভী ওইনবা-নহুৎ ওরবা লিল অমুবগী মত্তোগুম্নবা লমচত্তুনা মতম পূন্নমক্ত ফত্তুনসু—তা নবা গুণ কয়া চেল্লিবা চন্দন পাম্বীগুম্নবা কর্ণ মশাগী ফজরবা স্বভাব মক থাদোকথিরে। মথক্তা হায়খ্রিবা অসিগুম্না মহৌশানা কত্তনা হৌরক্রবা মীওইদি ফলিসু মওং হোংদোকপা য়াদে। মহাক্তি মওং শেমত্তুনা নৈ ইক্তনা লোইরবা চক্ষুবু

অমুক মওং হোংদোকপা য়াদবগুম্বনি। করিগুম্বদা নম-হাহ্নুনা মওং হোং-দোক্লবা হোৎনরুরবদি মৈ ইক্লবা চক্লুনা চৈগী চৈনা ফংহ্নুনা ইচাই-চাইবগুম চাইহ্নুনা তোকই। মসিনা তাকপদি মহৌশানা ফনা নক্রগা ফত্তুনা হৌরক্লবা মীশক অহু তিন্নরুবা সদনা পুমশেম শেমদোকপা য়াদে; অহুন্নদি ওইরগা খরা তোয়না থোংনরুম্লবদি ফত্তবা মরুপকী চুহি চক্লুদা খুৎ থিংজিন্নুরবদি শোইদনা খরদি মপক্লকই।

---

খোইবী দেবী

# প্রেমনগর য়োরুবদা

নবেম্বরগী তাং ১৯, ১৯৭৫ ইং। মোরে খোঙচৎনি। সুমিৎ চপযুংবা মতম চপচানা খোঙশাল্লি, সুংঙাইবা রাখল অমগা লোয়ননা। রাংজিং য়োবদা ঙাইহাক পোৎথাই। চা কপ অমমম থকই, কা মতপ অমমম চায়, ড্রাইভরনা চাক চায়। লৈশাবী অমদি কোক ঙাওরে হায়রুনা চম্প্রা মনম নম্মি তত্তুনা, হোই মাই হায়দে, মীনা ঙাংবা শকপা তানিঙদে মতোমদা তুমিন্না ফম্মি। মমৈথঙদা মনিঙদা ফম্বা সুংঙাইত্রে হায়তুনা মমাঙদা ফমহল্লে, মত্থ ফাওবদা মহাক সুংঙাইবা ফংখিদে। রাংজিংদগী পলেল য়োরে, সুংঙাইবা থরা হেল্লি, মোরে য়োরগনি থনবদা; পলেলগী চেক তৌফমদা চেক তৌবা লোইরতুনা লাক্লে — অনীথেক, অহুমথেক, পথেক, পথুম য়োবদা ড্রাইভরনা করিনো'মা তৌরে অমুক্তা য়েংখিসি হায়তুনা তোংলিবা ঐখোয় পূম্নমক লোইনা কুমথৈ; য়েংনৈ, মহৈ-মহৈ কদায়দা শোয়রিবনো। ঐখোয়দি অমম্বদা মাবনি, ড্রাইভরনা হায়রকই, —'মোবাইল ওইল যুরে।' ঐখোয়না খল্লি মেল্লগা য়াগনি অতুনা খোইনা লুনা খল্লুদে। ড্রাইভরতু ফনা নীংথিনা শুকথগ্রে, মমৈথংদা হায়রকই— 'য়াররোই হল্লসি।' মহৈ-মহৈ য়েংনৈ, কযা হরাওনদে। ইম্ফালংলোমদা গাড়ী মমায় লৈরক্লে; রা অমত্তা ঙাংনদে পুক্নিংদদি খনৈ, করম্না হজিন-সিগে য়ুমদা। ঐনা লৈগে থনবা অমদি মীগী পোৎতপ য়ামগ্রে অতুবু হল্লকপদদি পূমহাঙ হাঙলে। গাড়ীদগী হেক কুমথবদা ময়াম্না হংই — 'কৈদোরে অমুক হল্লরুবদি?' 'মোরে চঙহন্দে' হায়বা নত্তুনা উপাই লৈখিদে।

ঐখোয়গী টিম অসিস্থ তরাইনা হেক হনবা টিমস্থ নত্তে। মথংগী সুমিৎ অয়ুক পুং মরীরোম তাবদা লোইনা থুংনররে হোরুবা লৈত্তনা।

অতোপ্পা গাড়ী অমদা অমুক চৎলে, মসিমস্তু হান্নগীহৃগা থোইনা খেন্নবা লৈত্তে, পথেক খুদিংগী চীন্না কামহৃনা চৎলি, নীংশিংলকই অহৃৈগী থা-দোইগী—'পরি থোদোক, শঙম হজিল' হায়বহৃ। অহৃবু য়োদবদি য়াদে। অরাবদি য়োরমদাইদা সুকয়ামক য়ারক্লে কাম্বস্তু ঈনবস্তু অমত্তা য়াখিদ্রে, য়ানরে মহৈ-মহৈ য়োবা ঙমদনা লম্বীদা অম্মুম লৈরগদ্রা হায়না। উচিন নাচিন্না লাকই জীপ অমা, চীংমী পাখঙ অমনা থৌরহৃনা। মহাক্কী জীপ-তুসা জীব মথল কয়ামরুম তোংই— ওক, য়েন, মী। মহাকস্তু ড্রাইভর মান্নি, মথুং মশা, অমুবা অঙাঙবা মফি-মরোল থাউথী মনম। মাগী জীপ অহৃদা গাড়ীগী থুংলায় শুনা য়াওরম্মী। ঐখোয়গী গাড়ীদা শীজিন্নগদবা থুংলায় অহৃ মমল য়াম্না পীবা অচোবা থুংলায়স্তু নত্তে, — শুপ্নতগী পিক-ধ্রবা 'পানা' মচা অমত্তনি, থাউ পুরিবা মরীন্দু লৈথোক্লবা, মহৃতং য়াওদবদা গাড়ীহৃ লম্বীদা ফনা কুইনা লেপ্লুনা লৈথি। ঐখোয়গী ড্রাইভরহৃগী মতেং চীংমী ড্রাইভরহৃনা য়াম্না পাংবিরে, গাড়ীস্তু য়ারে। মহাক্না মথরায় মঙামক য়াওনা ঐখোয়গী মতেং পীখিবহৃদা ঐনা থনখি — ঐখোয় মশেল অম্মুম্না পুকচেল থোইজেল তিন্নবা থবক তৌমিন্নরবদি ঐখোয় অসি য়াম্না থুনা চাওখৎপা ঙমগনি। ঐহাক্না মুংঙাইজহৃনা মঙোন্দা চুরুট মচৈ অমা লাল্লগা বিদায় তৌনরম্মী।

মরক মরক্তা লাইহৌ হৌবগা লোয়ননা উচিন নাচিন্না মুমিদাংরাই-রমদা মোরে য়োজরে। ওন্থোকপনি! অরাবদি লোইবা নাইদে—তমু চঙবগী পামিট-অমুক। ঐখোয়দি ইরাই লায়না এস.পিদগী লৌরগা চঙবা য়াগনি হায়না খন্দুনা লাকপনি অহৃবু বিএসএফতগী অমুক লৌবা তাপ্রে। ইম্ফালদগী মী অমনা দাসা হায়বা কনানো অমদা চিঠি অমা ইরম্মী। মহাক সিআইডিগী মী ওইরমাল্লে। মঙোন্দা চিঠিহৃ পুহৃনা চৎলুরে। মহাক্না নাকন্দা ইহৃনা থারক্লে। মহৃ পুহৃনা বিএসএফ অফিসার উন্নবা চৎলে। মহাক্না লৈরিবা চীংদোন্দু ফনা নীংথিনা রাংই; শাদো থোংনা কাখৎলে, উন্নরুরে, অহৃবু থোইনা অথুম্বা পাউ নত্তে, মহাক্নদি

পার্মিট পীবা ওমদে, পার্মিটতি এসপিনা পীগদবনি, মহাক্তি পার্মিটকী অচুম-চুমদ য়েংবনি হায়রে। ঐখোয় য়াম্না নীংবা কায়খি— কান্নত্রে হায়দুনা মিটর মরুপতা অমুক হায়জরুরে। ঐখোয়গী মত্তৌহুদা মরুপু হুংঙাইত্রমাল্লে— 'হয়েং অমুক লৌরগা চঙলো' হায়বিরল্লে। ·

অমুক ওস্তাদগী লাকপনিনা ঐখোয় কনা'মতা চাক চানরক্তে। মখোয় খরদি হোটেলদা চারুরে ঐদি চানিংদহুনা চাত্রে। হুমিদাংগী পুং ৬ লোম তারকপগী অহুরাইদা পোৎ লৈরগা থোংহুনা চাসি হায়হুনা কৈথেল কারে। কৈথেলসি ঐখোয়গীদা হায়রগা কৈশামথোং, কৈশামপাৎকুম্বনি। ঐখোয়গীদি টিন্না নত্রগা ইনা কুপ্পা শঙ মচা মচাবু খরা লৈরি। মখোয়গীদি সরক্তা কারগা হেক্তা ফম্বনি। নোং তারবদি ছাটিন থাল্লমগত্রা থঙত্রে। ঙা য়োনফমদা চংভি ঙা লৈবা। ঙা য়োনবী শাজাওবীহু পোৎসি লোইনা মমাঙদা শম্পোক্লুনা থাই, মাগীহুদা য়াওদবা লৈতে। ঐখোয়দি ঙা খরা পামজবনিনা, মরি মরি থারিবা অঙৌবা ঙা মথাহু কয়াগীনো হংলুই। মহাক্না ঐখোয়সি মীনৌনি হায়বা খঙলমাল্লে, অমুক্তদা হায়রকই—"ইন্দিয়া মরি, বর্ম্মা নিপাল," ঐ ঙাইহাক চমল্লে, ভাব তাত্রহুনা অমুক্তা হংখি—করিনো হায়রিহুবো? ঙা য়োনবীহুনা ভাব তানা হায়রকই—সে, ইন্দিয়াগী পৈশাদা লুপা মরি অহুগা বর্ম্মাগী শেল্লনা নিপাল হায়বনি। ও! অহু ওইরে হায়হুনা ঐনা নোকই; মহাক্তি নোকপকা শংদে। মাগী পোৎফমদা য়োমশিল্লিবা মীয়ামহুগী পেল্লবা হোৎনবদা। অঙকপা রাকম অমম্ লৈরি চেঙ য়ানফমদা,—ঐখোয়না হংই—"চেঙসিবু কয়া পীরিবগে? খুল্লকই চেঙদাইবিহুনা "পেদরা, চোয়দরা?" পোৎ লৈবা চৎমিল্লরিবা ইবানি ওকচানহুনা ঙৈহাক য়েংনরগা হংই "কৌটাসিদা কয়ানো?" মহাকম্ ভাব তারমাল্লে—"লুপা অনী" খুল্লকই। অম্মুম্না থঙবোই-থঙদবোই পোৎ-চৈ লৈরগা ঐখোয় হুমিদাংহু য়েলকেয়ার সেণ্টর অমদা লেক্লে।

ঐভোম্দা খাইদগী ঙক্লা থোক্লিবদি মোরে হায়বা মফম অসি মণিপুরগী লমনি অতুগা মফম অসিদা লৈরিবা মীস্তু অয়াম্বনা মণিপুরী ঙাক্তনি হায়বা য়াই। লোল, লমচৎ অমস্তুং নাওং-নাতা চপ মান্নবা মউই, অতুগা ৱাথন্দি খজিক্তং থৈরপ তৌই। নীংশিলকই ঙবোংখাউগী ৱা "ঐখোয়না লক্ষী-পুরদা লৈরিব্রা নত্ত্রগা লক্ষীপুরনা ঐখোয়দা লৈরিব্রা" ? ৱাফম অসিমদি ঐখোয়না নীংশিংবা য়াই। মখোয় মণিপুরী ওইরবস্তু মতম কুইনা মো-রেদা খুন্দাতুনা লৈখিবনা লমদম অদোমগী ৱানা হেন্না খল্লম্বা য়াই। অতোপ্পা অমদা মখোয়সি মণিপুরী সমাজ অমদি সরকারনা মতম কুইনা হুন্দোকপিরবা মীওই ঙাক্তনি। মরম অতুনা মখোয়গা থরা তোয়না উন্নবা অমস্তুং তোংনবা মীগা নকশিন্নখিবনি। অস্তুন্না ঐখোয়না হুন্দোকপিরগা মীগীরোমদা চঙখিবসি ঐখোয়গীদি ওস্থোক্লা য়ামথ্রবনি।

মথংগী হুমিত্তুদা ঐখোয় অযুক ঙন্না হৌগৎলগা বিএসএফকী সিফাই অমগা লোয়ননা তমু চঙবা তারে। ঐখোয়দা য়াওরক্লিবা, ইন্দিয়াগী শেল অসিনদি পোৎ লৈবা য়াদবনিনা বর্ম্মাগী শেলদা ওস্থোকপা তারম্মী। অসিগুম্বা শেল ওস্থোক-ওন্সিনগী কারবারসিদি প্রেমনগরদা তৌই, মরম অতুনা ঐখোয় প্রেমনগরদা চৎলে। প্রেমনগরগী মমিংসি কুইরে ঐনা তারক্লিবা। মিং অসিমক্লা ঐবু চিংশিল্লকপস্তু কুইরবনি। মিং অসি-মক্কী ফজবগা মফম অতুমক্লা ওইরম্লিবতুগদি য়াম্না শাথিনা থেন্নগুম্বনি। মতাং অসিদা ঐনা নিংশিংলকখি— ৱার্দসৱার্থকী "য়েরো অনভিজিটেৎ"অমস্তুং "য়েরো ভিজিটেৎ"।' ঐহাক্লা উত্ত্রিভৈদা খল্লম্মি— থুৎশেমগী ফজবনা থল্লবা শহর মচা অমনি মসি, টাউন অমনি ফজবা ফুরা দলাল কয়ানা লৈভেংলবা। অতুবু ঐগী ৱাখলগী প্রেমনগরগা লৈরম্লিবা অশেংবা প্রেমনগরগদি শাথিনা থেন্নে। প্রেমনগর মমিংতা ফজবনি। মশক্তি ফজদে। মীদি মখল শুনা লৈ পঞ্জাবী, মাররাড়ী. মাদ্রাজী, বঙ্গালী ৱাত্তে। কারবারদি খাইনা খঙনরিবতুনি —মোরে; মোরে কারবার। মফম অতুগী মী থুদিংমক কারবারগী মীনি—হুপা, হুপী, অঙাং অহন

ওয়মক। ঐখোয়না শেল কায়বা চঙলিবা দুকান্দু পঞ্জাবীগীনি; ভদ্র মহিলাহুম্ভু ফনা হৈ-শিংই, শেল কায়গে হায়বদা লৈতে থুম্মি। অরো-নবা রা থরা মেন তানা ঙাংনরবা মতুংদা কায়বহু য়ারে। প্রেমনগরগী দুকানশিংহু উ-রা থরনা মতম থরগী ওইনা হেক্তা শাজিনবা মাল্লি। ভৌবগীন্সু মফম অহুদা লৈল্লিবহু মীরমদগী চেল্লকপা মীওইশিংনা অয়াম্বনি। ঈংগ্রবা অয়ুক অহুনা মাত্রাজী মো লৈশাবীশিংনা শমজিদা লৈ-পরেং মচা অমমম থেৎলগা চংথোক-চংশিন ভৌরি। ঐখোয়গীন্সু লৈ থেৎপা হায়-বসি মচৎনৈ অহুবু ঐখোয়গীদি অয়াম্বা মতমদা হুমিদাং রাইরমদদা থেৎনৈ। অহুবুদি মাগী মাগী মনাৎ খেন্নবা হায়বহুনি।

ঐখোয়গী কাঙবুহু প্রেমনগরদগী শেল ওইনা য়াম্না কায়নরে, অহুদগী তমু পাংলে। অহানবমক্তদা ইন্দিয়াগী গেট হেক লাম্বোকপগা থোং অমা লাল্লি। থোং অসিদগী ভারত অমম্ভুং বর্ম্মাগী লম থায়দোকপা হোর-মাল্লে, তংখায় অমনা অঙৌবনি, তংখায় অমনা অমুবনি। ভারতলোম থংবনা অঙৌবনি অহুগা বর্ম্মারোম থংবনা অমুবনি। মখোয়গা ঐখোয়গা লৈনরিবা লম্বেলগী ফিভম অসি য়েংলুরগা মমাংঙৈদা অরানা লাম্দারক্লুনা মৈত্রবাক্তা চহী তরেৎ থুম্তাকহনথি হায়বা রারী, গম্ভীর সিংহ মহারাজনা অরাশিংবু নিংথি খোঙবান কাওবা তাম্বোকথিবা অসিনচিংবগী রারী কয়ামরুম অসি অচুম্বা ঙাক্তা ওইরম্বা য়াই, অওইবমকম্ভু অম্মুক নরুনা লৈবা লৈবাক অনীনা য়েংথিনবা নত্রগা মরুপ শান্নবা হায়বসি য়াম্না লায়বা রাকম্নি। ঐখোয়গী লৈবাক্তদি লম্বী চৎপা অমম্ভুং গাড়ী থোবসি ওই-রোমদা থোই, বর্ম্মাদদি য়েৎলোমদা থোই। রেঙ্গুন, মন্দলেনচিংবা অচৌবা শহরশিংদি য়াম্না লু-হেন্না ফজরম্বা য়াই অহুগা তমুগুম্বা মফম অসিদনি ঐখোয়গী শেম্বিত্রবা লম্বী থোংগা অম্নানি।

তমু কৈথেনসি ইম্ফালগী পোছারি পোৎকম হায়বহুগা অম্নানি; থোইদোকপা-অচৌবা দুকান লৈবা উদে। মহুংলোমদা থরা চংশিল্লগা অচৌবা দুকাম্নি হায়হুনা মরি-মঙা লৈ, মখোয় অহুম্ভু ডিপার্টমেন্টেল

ষ্টোর ওইনা তৌই। অহানবদা পোছারি পোৎকম পরেংদা চৎলি। অয়াম্বনা ফিগী পোৎকম ঙাক্তা ওইনা তৌই। ফিসি ঐখোয়গীসিদা ফংলিবসিগা থোইনা খেন্নবদি নত্তে। অত্থবু মখোয়গীদা নাইলোনগী বেবী সুট অমদি শামতুগী সুটতি মরাঙ কায়না ফংই। মমলসু খরা হোঙই। ইম্ফালদসু মরাঙ কায়না ফংবা পোৎশিং অসি তমু তাম্না লৈবা লাক্লবনিনা খরদি লৈবা চুম্মি হায়দুনা তুকান পরেং কোয়না চৎপা হোরক্লে। পোৎপুদি ইমান মান্নবনি, ময়ামদু ঙাংনবা উনবগী নুংঙাইদুনা চৎপনি। ঐনা লৈনিঙবা নাইলোনগী ফুরিৎ খরা অমসুং শামতুগী জরসি অমা লৈগী গমদা মচা অমগা লৈরে। ময়ামদুসু মানা মানা পাম্বা অপাম্বা পোৎ খরা খরা লৈনরে। পোৎকম ফম্লিবা মী অয়াম্বা পাখং-লৈশাবী ওইনা তৌই; মতৌদি কারবারগী মীতানি। মখোয়সি য়েংবদা মৈতৈগা থোইনা খেন্নবা উদে, মরোল ঙাংলক্লগদা খঙবা নত্তনা। মীওই-মীতৌ, শাওং-শাদা চপ মান্নে। লৈশাবী মচাশিংদি য়েংবদা নুংঙাই, মীৎ পেল্লি। মমায়দা চন্দন তৈশিল্লি, চুম্নগী চন্দন নত্তে, পর্সিয়ান পরফ্যুমগুম্বনি। পামজবনিনা অয়ুক পুং ৮ দগী কাবদুনা নুমিৎয়ুংবা পুং ১২ ফাওবা কারে। পোৎকম খুদিং হজিল-হজিল, পোৎসু চপ মান্নে, লৈবদি করিসু হেন্দে। লৈরিবা পোৎশিং অদুসু ইম্ফালদা লৈরবদি মিনিট তরা চঙবা নত্তে।

ঐদি চৎপদা রামল্লদুনা ঐগা লেংমান্নবী নুপী অমগী পোৎকমদা ফমদুনা ব্লারী তৌদুনা লৈরে। লেংমান্নবীদুগী মমায়দু শগোল শক্তানি; কুচু ঙৌই, কাসু তত্তনা শায়। উনশাদু য়েংবদা নহা ওইরিঙৈগী ফজরিঙৈগী মমি তাই। পুকচেনসু ফজনা উই, অতিথিবু তরাম্না ওকই। ঐনা অঙাংগী তুপী অমগা জেকেট অমগা মঙোন্দগী লৈ। পোৎ লাম্থোক লানশিল্লি মচা নুপী লৈশাবী মচা অমনা তৌই। মহাক্তি লেঙদনা ফম্মি। মহাক্না ঐবু করি থবক তৌরিবগে হংই। ঐনা খুম্মি—"ওঝা ওইরি"। মহাক্না অমুক হায়—"ঐ ইন্দিয়াদা লাক্কে, ফারোইদ্রা"? "পাস-পোর্ট লৌরগা লাকউ, ফারোই"—ঐনা খুম্মি। ঐনা মঙোন্দা চুরুট অমা লাল্লি

থকউ হায়ত্নুনা। ইন্দিয়াগী চুরুটনি। মহাক্নস্তু ঐঙোন্দা বর্ম্মাগীনি হায়ত্নুনা অমা লাল্লকই। অস্নুন্না ন্নারী-ন্নাতায় শানত্নুনা ঙাইহাক কম্মিন্ন-ন্নবা মতুংদা ঐখোয়গী কাঙবু লাকুনা চৎলসি হায়ত্নুনা অত্নুম লাক্লে।

হুংখিলগী পুং অমরোম তাবদা মোরেদগী ইম্ফাললোমদা লাক্লে। ঐখোয়গী ন্নাখনদি হুমিং তান্ত্রিঙৈদা পলেল য়ৌহোবনি। নোংমত্তা ওইরবস্নু মপান্দা লৈরুরগা য়ুমদা হল্লক্নুপা হায়বসি পুক্নিংদা হুংঙাইবা অমদি ফাওই। অত্নুবু কিলোমিটর ৩/৪ দং চৎলপদা গাড়ী লাইহৌ হৌরক্লে। চৎখিবা খোঙচৎকী মওংত্নু হল্লকপদস্নু চপ্‌চানা থোক্লরে। ঐখোয় মিত্নুন চোংবা হৌরক্লে। চৎখিবা খোঙচৎতি ঙল্লিঙৈদা চৎপ-নিনা কাচিন-কোয়া থুংনা উই, থোইনা অকিবা, অথুকপা পোক্লুদে। হল্লকপা খোঙচত্তি মমশিল্লক্লবনিনা হুমাং অনপ্পা ফাংই। কিন্নিবসি অতৈ করিস্নু নত্তে। মফম খরদা অকিবা খৌদোক খরা থোকখি। খৌ-দোকশিং অত্নু নীংশিংলুবদনি কিরিবসি। অমম্বা হেক্তিল্লকপগা লোয়ননা গাড়ীগী লায়নাস্নু হেক্তিল্লকই। ড্রাইভর অত্নুস্নু কাম্বদা মথনাউ তৎলে। থাউ-উত্তোংত্নু শিন্দোক্লুনা য়েংবদা অহোবা মথুল অমা লৈরম্মী মত্নু মেনশিল্লি। তেংনোপল য়ৌবদা হুমিদাংগী পুং ৬ লোম তারে। করম্বা মতমদা ইম্ফাল য়ৌগনি হায়বসি ঐখোয় পুন্নমক্কী লাইনিংনি। ডিমাপুরগী চীং লম্বীদগী মোরেগীনা হেন্না ঙম্মোই নিংই। গাড়ীগী থাউমৈস্নু য়ারক্তুত্নুনা পুং ৬½ তাথোকপ্রে। পলেল য়ৌবদা তায়ার অমা অমুক হুংশিং তা-থোকপ্রে। রাংজিং য়ৌনা অত্নম্মক লাকই। মফম অত্নুদা হুংশিং হান-বদা পাখং মরীত্নু হুমাং-অর-র চেনথৈ। খুদোংখিবা হায়বসি লাক্লবদা মরী-মরীনি। কাইনথংদা শ্রীগোবিন্দ নীংশিংলকই—গোবিন্দ ইবুংঙো, মতুং অমুক লাকচররোই, ঙসিদদি য়ুম য়ৌহনবিয়ু। শ্রীগোবিন্দনা খৌ-জানবিরমাল্লে নোংয়াই মতুং পুং অমরোম তাবা মতমদা উচিন-নাচিন য়ুম য়ৌরে।

এঃ কেঃ শর্মা

# রস

'রস' হায়বা ৱাহৈ অসি সংস্কৃত সাহিত্যগী লিরবা ৱাহৈশিংগী মরক্তা অমনি। বেদদা ৱাহৈ অসি মরাংকায়না শীজিন্নবা থেংনৈ। ভারতকী সাহিত্যনা চাওখৎলকপগী মতুংইন্না ৱাহৈ অসিগী তোঙান তোঙানবা শক্লোন থোরকই অমদি মথল কয়াগী অর্থদা শীজিন্নরকই। ইশম শন্না রসকী অর্থদি মহাও হায়বনি। সংস্কৃত সাহিত্যদা রসকী অর্থ মরী থোক্না শীজিন্নরম্মী— (১) পোৎকী রস হায়বদি অথাবা, অথুম্বা, অয়াকপন-চিংবা রস ৬ ( ষদ্‌রস ); (২) আয়ুর্বেদগী রস হায়বদি হিদাক-লাংথক্কী মচল ময়াল ( রসায়ন ) গী অর্থদা; (৩) সাহিত্যগী রস হায়বদি শৃংগার বীর করুণ নচিংবগী অর্থদা অমদি (৪) ভক্তি রস হায়বদি ভক্তিগী লমদা অরান-খুভম ফংবগী অর্থদা।

সাহিত্যদা রস হায়রগা করিবু খঙনৈ? নুংঙাইবা কাব্যানন্দ। করিগুম্বা পোৎ অমা চারগা পোৎ অদুগী মহাও অদু ঐখোয়না ফংবগুম সাহিত্য পারগা নত্ত্রগা তারগা নুংঙাইবগী মহাও অমা ঐখোয়গী ইশাদা খঙহৌদনা ফাওরকই। মহাও অসিনি রস হায়রিবসি। মহাও হায়বসি অথুম্বতদা লৈবা নত্তে, অথাবা, অশিনবদসু অদুম মরৈ। রসগুলাগীসু মহাও লৈ; শুক্তানিগীসু লৈ; চম্প্রাগীসু লৈ। সাহিত্যদসু মদুমঙাই। নুংশি-নুংওলগী ৱারী অকল-অথোগী ৱারীতনা নুংঙাইবা নত্তে। কায়-নবগী, খাইনবগী, শাউনবগী, ওইনবগী, অকিবগী অৱা-থোদোক কয়া পাবদা নুংঙাইবা পোকই; হন্না হন্না পানিংই। শন্না হায়রবদা অৱা-নুংঙাইগী থোদোক অনীমক্তা অপাবগী পম্মোয়বু চপমান্নবা চিংশিনবা ঙম্মী। মসি রসকী গুণননি। রসপু 'ব্রহ্মানন্দ-সহোদর' হায়না অখণ্ড-অহৈশিংনা

শীংথানরম্মী। ব্রহ্ম ফংবগী নুংঙাইবগুম্বা মনুংঙাই অমা রসত্তা য়াওবনা মসিবু ব্রহ্মানন্দগা পোকমিন্নবনি হায়না লৌনরম্বগী রাত্তনি।

ভারতীয় কাব্য শাস্ত্রগী আচার্যশিংনা রসপু কাব্যগী থরায়নি হায়না লৌহুনা কাব্যদা রসকী অচৌবা মফম অমা থনম্বতা নত্তনা মসিগী অকুপ্পা ব্যাখ্যা তৌনরম্লিবনি। কাব্যদা রস করম্না পোকপগে হায়বগী মতাংদা "নাট্য-শাস্ত্র" ইরম্বা ভরত মুনিনা মথাগী শ্লোক অসি পীরম্মী—

বিভাবানুভাব ব্যভিচারি সংযোগাদ্রসনিষপত্তি ।।

শ্লোক অসিগী অর্থদি বিভাব, অনুভাব অমদি ব্যভিচারি ভাবকী সংযোগতগী হায়বদি তিন্নবদগী রস পোকই হায়বনি। শ্লোক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা সংযোগ (তিন্নবা) অমদি নিষপত্তি (পোকপা) হায়বা রাহে অনী অসিগী তোঙান তোঙানবা ব্যাখ্যা তুংদা লাকপা আচার্যশিংনা তৌনখি অমদি অচৌবা য়েৎনবগী রাফম অমা ওইহুনা লাকখি। রসনা কাব্যগী আত্মানি হায়বা রাফম অসিদা মোৎ অমত্তা ওইরবস্থু মসি করম্না পোকপগে হায়বগী মতাংদদি মোৎ খেন্নবা লৈখি।

রসকী পোৎচঙ ওইরিবা বিভাব অনুভাব অমদি ব্যভিচারী ভাব করিনো হায়বসি খঙবা য়াম্নমক দরকার ওই। পুক্নিংগী ইহুন নত্রগা অহোংবা মওংবু ভাব কৌই হায়না ভরত মুনিনা তাক্লম্মী। মী খুদিং-মক্কী মশাদা ভাব অসি লেঙদনা লৈবনা মসিবু স্থায়ীভাব হায়না খঙনৈ। ভাব অসি ঈহৌরকপগী মরু ওইবা মরম ওইরিবা মী নত্রগা পোৎপু বিভাব হায়না খঙনৈ। বিভাবকী মখল অনিনি— আলম্বন অমদি উদ্দীপন। ভাব ঈহৌহনবদা মরুওইবা মরম ওইরিবা নত্রগা অচৌবা থৌদাং য়ারিবা নায়ক-নায়িকানচিংবা মীশকশিং অসি আলম্বন বিভাবনি অদুগা ভাব অদু পোকহনবদা য়াঙশিলহল্লিবা মচাকশিং অদুনা উদ্দীপন বিভাবনি। মুংশি-মুংওলগী ভাব পোকহনবদা থাবল ফবা অহিং নত্রগা অচীকপা হৈকোল লৈকোলগী প্রভাব অদুনা উদ্দীপন (য়াঙশিনবা) গী থবক তৌই। আলম্বন অমদি উদ্দীপনগী স্নপূনবা শাফু (প্রভাব) না

মী অদুগী মশাদা ভাব পোকহল্লবদি মী অদুবু আশ্রয় হায়না কৌই। ভাব ঈহৌরকপদা আশ্রয়গী মশাদা পুক্লিং অমদি হকচাংগী ওইবা অওনবা কয়া লাকই। অওনবশিং অদু তাকপা থুদমবু অনুভাব কৌই। অনুভাব হায়বদি ভাবকী তুংইনবা হায়বনি। থুদম ওইনা হায়রবদা নায়ক নত্রগা নায়িকাগী মশাদা রতি-ভাব (নুংশি-নুংওনগী রাথল) ঈহৌরকপা মতমদা মথোয়গী মশাদা মোমোন মীনোক মিৎচিনা য়েংবা মিৎয়েংনচিংবা পুক্লিং অমদি হকচাংগী অহোংবা কয়া উবা ফংই। অহোংবা অসি অনুভাবনি। অনুভাবকী মখল অহুম লৈ— কায়িক, রাচিক অমদি সাত্বিক। হকচাং কায়াৎকী লেঙ-ওৎপগী মতেংনা কোঙদোকপবুনা কায়িক; রাঙাংনা কোঙদোকপবুনা রাচিক অদুগা পুক্লিংগী ঈহুলনা কোঙদোকপবুনা সাত্বিক কৌই। অনুভাবশিং অসিগী মতেংনা ভাবকী মশক তাকই। ফিভমগী মতুং ইন্না স্থায়ীভাবশিং অসি মরক মরক্তা অমুক হৌরকপা অমুক মাঙ-খিবা নাই। শৃংগার রসকী স্থায়ীভাব ওইরিবা রতি অমনা ঈহৌরকপা মতমদা অমুক রাবা অমুক নুংঙাইবা নত্রগা অমুক কপ্পা, অমুক নোকপা তত্তনা উবা ফংগনি। অসিগুম্বা পুংফমদা হৌরক্লিবা ভাবপু সঞ্চারী ভাব কৌই। স্থায়ীভাবকী শন্দোরকপা মশক্লি সঞ্চারী ভাব হায়বসি। রস করম্না পোকই? য়েৎনরিবা রাফম্লি। অদুবু শন্না হায়বা য়াই—আলম্বনগী মতেংনা ঈহৌহল্লবা অমদি উদ্দীপনগী মতেংনা ঈনোৎ হাপ্লবা লোয়নননা সঞ্চারীশিংনা চেৎশিলহল্লবা অনুভাবশিংগী মতেংনা আশ্রয়গী থম্মোয়দা ভুমহনা লৈবা স্থায়ীভাবশিংবু য়াকায়হল্লি অমদি পোক্লক্লিবা স্থায়ীভাব অসিনা অপাবা অমম্নুং অউবশিংগী থম্মোয়দা পাল্লবা মতমদা রস পোকপা হায়বনু ওইরকই। হিদাক মচল কয়া পুল্লগা রসায়নগী রস শেম্বগুম নত্রগা পোৎলম কয়ামরুম পুল্লগা শর্বতকী রস শেম্বগুম ভাব কয়ামরুম পুল্লগা সাহিত্যগী রস শেম্মী।

**রসকী মখল :**

ভারতকী সাহিত্যদা নবরস হায়দুনা রসকী মখল মাপলনি হায়না লৌনৈ। মথোয়গী শন্নপ্পা মশক মথাগী অম্নুম্না তাকপা য়াই।

১। শৃংগার রস : শৃংগারবু রসরাজ (রসকী নিংথৌ) হায়না খঙনৈ। রতিনা মসিগী স্থায়ীভাবনি। নুংশি-নুংঙনগী ওইবা রারী লাইরিক লীলা-পালা রস অসিগী য়ুম্ফম্নি। কালিদাসকী "অভিজ্ঞান শকুন্তলম" অঙাংহলগী "খম্বা থোইবী শৈরেং" শৃংগার রসনা মপুং ওইবা লাইরিক ওঙাক্নি। রতি হায়বা ভাব অসি থরায় পানবা খুদিংমক্তা লেঙদনা লৈবা ওাক্তনি। নায়ক নায়িকানা মসিগী আলম্বননি, থাবল ফবা অহিং, চীং তুরেল পাৎ, হৈ-কোল-লৈকোল, নামিবা মলয়া নুংশিৎ অসিনচিংবনা উদ্দীপননি। নায়ক নায়িকাগী অমগা অমগা য়েংনবা নুংশি মিৎয়েং লুরুরুবা মায়থোংনচিংবনা অনুভাবনি অদুগা নোকপা-কপ্পা, রাম্বনচিংবা খুদক খুদক্তা ওইরকপা পুক্লিং অমদি হকচাংগী অহোংবা ফিভম অদুনা সঞ্চারী ভাবনি। শৃংগারগী মখল অনিনি— সংযোগ অমদি বিয়োগ। বিয়োগ শৃংগারবু বিপ্রলম্ভ শৃংগারস্মু কৌই। থুংনববুনা সংযোগ অদুগা কায়নববুনা বিয়োগ হায়না খঙনৈ। কালিদাসকী "মেঘদূত"তা বিপ্রলম্ভ শৃংগারগী অয়োবী থাক উবা ফংই।

২। হাস্য রস : ফিভম কায়বা, রাঙাং শোয়বা, ফিজেৎ-লৈতেং শোয়ব-নচিংবা শীংথাবদগী হাস্য রস পোক্লকই। হাস (নোকপা) না রস অসিগী স্থায়ীভাবনি। মতাং চাঁদবা রাঙাং অমদি নোক্লিংবা ফিভম্না উদ্দীপমনি য়া কাবা, চীন-কাঙবনচিংবনা অনুভাবনি। তুম্লিংবা, তম্ববা থোয়রাংবনচিংবনা সঞ্চারী ভাবনি। সংস্কৃত নাটকতা য়াওরিবা বিদুষক অমদি মোইরাং-পর্ব্বগী শোরা, তোরোনচিংবা পাত্র কয়া রস অসিগী আলম্বমনি।

৩। করুণ রস : নীংবা কায়বা, অরাবনচিংবদগী করুণ রস পোকই। শোক (অরাবা) না মসিগী স্থায়ীভাবনি। অশিবা মী, অরাবা তারবা মরুপ-মপাং, মরী-মতা কয়ানা আলম্বননি। উদ্দীপননা অশিবা হকচাং পোংলোইবা, মহাক্কী মতিক মগুণ তাকুবা অমদি মহাক্তা মরী লৈনরম্বা পোংশক উরুবা রস অসি ঈহৌহনবদা ঈনোৎ পীরিবা উদ্দীপননি। কপ্পা, তেংথাবা, লাইবক্তা থুকুম্না গুবা অনুভাবনি। সঞ্চারী ভাবনা নীঙহম্নবা,

মাইথোঙ মকশিনবা অসিনচিংবনি। সংস্কৃত নাটককার ভবভূতিনা 'করুণ এব একোরস' হায়তুনা রসতি অমত্তনি, মতু করুণনি হায়রম্মী। "উত্তর-রাম চরিত্তম" হায়বা মহাক্কী নাটক অসি করুণ রসনা মপুঙ ওইবা নাটক্নি। কবি বাল্মিকীনা রামায়ণ ইখিবসু করুণ রসকী ইথিলদগীনি।

৪। **বীর রস ঃ** শা-লান কয়া ধর্ম্ম অমদি দানদা থৌনা উৎলকপা মতমদা বীর রস পোকই। উৎসাহ (থৌনা)না রস অসিগী স্থায়ীভাবনি। আলম্বননা নায়ক-নায়িকা য়েক্নবা, চঙজরকপা মী তীর্থস্থাননচিংবনি। য়েক্নবনা পীরকপা অকায়বা থবক মহাক্কী মতিক মথৌনা অমদি নাপল, লৈত-লায়রবশিংগী অরাবা ফিভম অমদি রাঙাং-শাঙাং কয়ানা উদ্দীপন্নি। নায়ক্কী চীঙলেম্বা ফিভম, লানগী খুৎশু-খুৎলাই কাপথোরকপা অসিনচিংবা অনুভাবনি। অশাউবা হন্দবা নিংশিঙলকপা, য়েৎনবা, হরাউ-তুজুংবা অসিনচিংবনা সঞ্চারী ভাবনি।

৫। **অদ্ভুত রস ঃ** পোৎশক নত্রগা মীশক অমা উরুরগা অঙকপা নত্রগা শুমহৎপা পোকপা মতমদা অদ্ভুত রস ওইরকই। বিস্ময় (অঙকপা)না স্থায়ী ভাবনি। অঙকপা দৃশ্য নত্রগা অঙকপা পোৎলম কয়ানা আলম্বননি। আলম্বনগী অঙকপা রাঙাং-শাঙাং, শাওং-শাদা অমদি তৌথোরকপা মওং-মতৌনা উদ্দীপন অতুনা মীৎ শুক্তোকপা, হমাং ভাবা, তুচুংবা, অকাউবা, নোকপা অসিনচিংবনা অনুভাবনি। চিংনবা, হরাউবা, তথকপা, লাং-তক্লবনচিংবনা সঞ্চারী ভাবনি। হনুমান্না লংকাগী বনদা শক্তি উৎপা, অঙাং লব-কুশনা মপাবুং রামচন্দ্রগা লান্থেংনবদা উৎলিবা অঙকপা মতৌ অদ্ভুত রসকী খুদম ঙাক্তনি।

৬। **ভয়ানক রস ঃ** অকি-তুজুংবা পোকপা য়াবা দৃশ্য অমা উরু-তারু-বা নত্রগা নিঙশিংলুবদগী ভয়ানক রস পোক্লকই। ভয় (অকিবা)না মসিগী স্থায়ী ভাবনি। মী, পোৎ নত্রগা জীব অতু উরুরগা অকিবা পোকফম ওইরিবা মহাক অতুনা আলম্বননি। আলম্বনগী অকি শক্তম্নরকপা ফি-ভমশিং অতুনা উদ্দীপননি। মমায় মমিৎ তথক তথকপা, হকচাং নীক্লকপা,

মশাদা তুজুংবা পোক্লকপা, মায়কৈ খুদিং য়েংলকপা অসিনচিংবা ফিভম কয়ানা অনুভাবনি। চিংনবা, চিন্তা তৌবা, রাম্ববনচিংবা মখা তানা পোক্লকপা ভাবশিং অসিনা সঞ্চারীনি।

৭। রৌদ্র রস : য়েক্লবনা উশিত্তনা তৌবা থবক হায়বদি গুরুগী নিন্দা তৌবা, দেশ অমদি ধর্ম্মবু ইকাই খুম্নদবা, চৎমবীবু খুগাইবা অসিনচিংবা উরুরগা শাউনিংবা পোক্লকই। মসি রৌদ্র রসকী তুংনকম্নি। ক্রোধ ( অশাউবা ) না মসিগী স্থায়ীভাবনি। য়েক্লবা নত্রগা শাউফম থোক্লিবা মীশক অদুনা আলম্বননি। য়েক্লবনা তৌরকপা হৌনদবা থবক অমদি মহাক্কী অকনবা রাঙাং-শঙাংনা উদ্দীপননি। মায়থোং লাংশিল্লকপা, মীৎ ঙাংশিল্লকপা, পিশুম শুক্তোকপা, থানা য়েংবা নিশানচিংবনা অনুভাবনি। রাম্ববা, শুমহৎপা, নিঙশিংবা, ময়াইকাবনচিংবনা সঞ্চারী ভাবনি।

৮। বিভৎস রস : তুক্কৎচনিংঙাই ওইবা মীশক নত্রগা পোৎশক অমা উরুরগা পোক্লকপা রস অদু বিভৎস রসনি। জুগুপ্সা ( তুক্কৎচবা ) না মসিগী স্থায়ীভাবনি। তুক্কৎচনিংঙাই ওইবা মীশক নত্রগা পোৎশক অদু আলম্বননি। অশিবা মী, শা-উচেক, মোংফম, হকচাংদগী ঈ তাবনচিংবা দৃশ্য উরুরগা তুক্কৎচবা পোকই। নমথিবা মনম, অথিবা শক্তম, হঞ্চাক থাবনচিংবনা রস অসি ঈহৌহনবদা ঈনোৎ হাপ্নি। মসি উদ্দীপননি। তুক্কৎচবা দৃশ্য কয়া অসি উরুরগা মীৎ উইশিন্দুনা থাঙবা, তিন শীৎপন-চিংথনা অনুভাবনি। থুক লাউবা পোকপা, চিন্তা তৌবা, ঙকচানবা, লায়না পোক্লকপনচিংবনা সঞ্চারী ভাবনি।

৯। শান্ত রস : তত্ত্ব-জ্ঞান অমদি বৈরাগ্যনা মরম ওইরদুনা শান্তরস পোকই। সংসার অসি মায়াগী মশক্নি, ব্রহ্মতনি অচুম্বদি হায়বা রাখল অসিগা লোয়ননা সংসারগী অরা মুংঙাই থাদোক্লুনা বৈরাগী ওইথ্রবা সাধু সন্ন্যাসীশিংনা রস অসিগী আলম্বননি। নির্বেদনা শমনা মসিগী স্থায়ী ভাবনি। পুন্যগী মশক ওইরবা আশ্রম তীর্থস্থান অচিকপা উমং-রামং, সাধু সঙ্গ অমদি বেদ উপনিষদনচিংবা আধ্যাত্ম জ্ঞানগী লাইরিক পাবা

অমদি ভাবনচিংবনা উদ্দীপননি। অরান-খুভম ফংনিংবগী রাধল পোক-লকপা, লাইনীংবগী পুন্সি লেনবনচিংবনা অনুভাবনি। তাইবং জীবগী পুন্সি অসিবু থৌশাৱক্তবা, জীবশিংগী মফমদা থৌজাল উংনিংলকপা অসিনচিংবা রাধলশিং অসি সঞ্চারী ভাবনি। রাধা কৃষ্ণ অমদি চৈতন্য-দেবগী রারী লাইরিক কয়াদা শান্ত রস মরাং কায়না উবা ফংগনি।

———

লোংমাইথেম তোম্বী সিংহ

# ভারতকী নীংতম্বা আন্দোলন অমসুং সাহিত্য

সাহিত্যনা সমাজগী হোংলক্লিবা পুক্নি য়েকই। জাতিগী অনিংবা, থাজবা, মী কাঙলুপকী পুক্নিরোল পুন্নমক সাহিত্যদা নীংথিনা মমি ভাই। ভারতা লাকইবা অনৌবা, জাতিগী ওইনা ওল্লকপা রাখল অস্থু সাহিত্য অমসুং কলাদা য়াম্না শাফু কন্না ফোঙদোকপা থেংনৈ। কবিতাদা, ড্রামাদা উপন্যাসতা, খবর-চেকোঙ কয়াদা, পমফ্লেট কয়াদা— অকনবা ঈনিল অমগা লোয়ননা লাক্লিবা ইনিংবগী ঈথিল অস্থু ফোঙদোক্লকই। অইবশিং অমসুং লাইরিক-লাইশু হৈরবা ইন্টেলেকচুয়েলশিংনা মথোয়গী থুংইনা মরম ওইহনা মীয়ামগী রাখল-লমজিং পী, থরায়-পাঙল, লিংজেল-হাপ্পী। বিপ্লব খুদিংমক আন্দোলন খুদিংমক সাহিত্যনা ইনশিনবা ঙাক্তনি। সাহিত্য য়াওদনা আন্দোলন হৌবা ওইথোক্তে। বিপ্লব ( রিভোলুসন ) নত্রগা আন্দোলন হায়বসি অইবা অমসুং অঙাঙবা য়াউদনা মথরায় পান্দুনা চংলু হায়বা য়াদে। ফ্রেন্স রিভোলুসন থোকপগী মরম কয়া লৈরম্বা য়াই। মোন্টেস্ক্যু ভোলটায়র রুশো নচিংবা অইবশিং, দার্শনিকশিংগী থুংইশিংনা ফ্রেন্স রিভোলুসনগী থোন্নাং তোহনথিবনি। রুশোগী "সোসিয়েল কন্ট্রেক্ট" না রিভোলুসনগী রাখলগী মচাক হুনথি অস্থুগা রিভোলুসনগী মতমদা বাইবল ওইনা শীজিন্নথি। রুশোগী "Man is born free, but everywhere he is in chain"—কনাগী থম্মোয় য়াকাইরোইদবা য়াউবগে? আমেরিকাগী সিভিল রারদম্থু সাহিত্যনা অচৌবা থৌদাং য়াথিদবা নস্তে। আমেরিকা মশাগী জাতিগী ওইবা

সাহিত্য লৈজরমদে— য়ুরোপতগী তাংজবনি। অদুবু ইং ১৮২৯ দা "দি এন্সাইক্লোপেদিয়া আমেরিকা" ফোঙলে। হায়নবা লৈ— মীনায় লোই-বগী ওৎ-নৈবগী মরমদা, ফিউজিটিভ স্লেভ এক্টকী মায়য়োক্তা ইবা হেরিয়েৎ বিচর ষ্টোঈ "অংকল টোম'স কেবিন" (১৮৫২) কৌবা লাইরিক অসি ফোঙলমত্রবদি সিভিল ৱার শোক্লরমদবমু য়াই। লৌলা ওইনা চহী ৭৫ চুপ্পা শান্নখিবা য়ুগ অদুগী খাইদগী মমিং চৎপা সিভিল ৱারগী ঈথিল ঈহৌ পীখিবা লাইরিক্নি। অমুম্না গোর্কি তোলষ্টোয়নচিংবা রুসকী অইবা কয়ানা ওক্টোবর রিভোলুসনদা অচৌবা থৌদাং য়াখি। ভারতকী নীংতম আন্দোলনদমু সাহিত্যনা য়াম্না মরু ওইবা থৌদাং য়াখি। অইবশিংনা হাকথেংননা আন্দোলন হৌহনবা নত্রবমু মখোয়গী খুৎই কয়ানা লাইরিক-লাইশু হৈরবা নহারোলশিংদা ৱাখলগী মমুন ফারবা বিচার তৌনবগী শক্তি পোকহনখি। ৱাহৈ-ৱাতা, নিয়ম, থুজিল-থৌরাং, পোরম-পোমিৎ, মরৈ-শক্তি কয়া পীখি। মখোয়গী খুৎইনা থাপ্না অমম্নুং পাক্লা শন্দোকখিত্রুনা মীয়ামদা ঈরাং হৌহন্দুনা মীয়ামগী ঈহৌ শাগৎপদা তেংবাংখি। শন্না হায়রবদা সাহিত্যনা আন্দোলনগী ৱাখলগী চৈশু অমম্নুং থৌনানি।

১৯ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা বাংলা সাহিত্যগী অনৌবা য়ুগ অমা হৌরে। ফোর্ট ৱিল্লিয়ম কলেজ লিংবা, শ্রীরামপুরদা বেপটিষ্ট মিশন লিংবা, ছাপাখানা লিংথৎপা, টেক্সবুক কয়া ইরকপা অসিনচিংবদগী মতম কুইনা কবিতানা শাসন তৌরম্বা তোক্লুনা 'ৱায়েং সাহিত্য' না মপান ফংগৎলকখি। চপচাবা ৱায়েং সাহিত্যগী ফত্রবদি রাজা রাম মোহন রায়গী মখুত্তগী থোকখি। নোংচুপকী শিক্ষা ফংলবা নহারোলশিং অমদি অইবশিংনা রিনাস`াগী ৱাখল ধারাগা লোয়ননা অনৌবা বাংলা সাহিত্য শেমগৎপা হৌখি। খবর অমম্নু' চেকোঙ কয়া ফোঙলে। খবরশিংগী মমুংদা—"বন্দে মাতরম", "সন্ধ্যা", "য়ুগান্তর" শীংথানবাখাই। চেকোঙ-শিংগী মমুংদা "সমাচার দর্পণ" (শ্রীরামপুর মিশন), "সংবাদ কৌমুদী" (রাম

মোহন রায় ), "বিবিধার্থ সংগ্রহ" ( রাজেন্দ্রলাল মিত্র )," তত্ত্ববোধিণী পত্রিকা" ( দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুর ), "সংবাদ প্রভাকর," ( ঈশ্বর চন্দ্র গুপ্ত ), "বেঙ্গল গেজেট"( ১৮১৬-গঙ্গাধর ভট্টাচার্য্য )," সমাচার চন্দ্রিকা" ( ১৮২২-ভবানী চরণ বন্দ্যোপাধ্যায় )," বঙ্গদর্শন"( ১৮৭১-বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়) অসিনচিংবনি। থবর অমসুং চেফোঙশিং অসিনা রাজনীতিগী চেতনা পুরকপদা য়াম্না তেংবাংখি। তশেংবমক জর্নেলিজমনা নীংতম-আন্দোলন্দা মরু ওইবা থৌদাং য়াখি।

সিফাই লালহৌগী মতুং চহী অহুম লৈরগা ফোঙলকপা দীনবন্ধু মিত্র (১৮৩০-১৮৭৩) গী "নীল দর্পন" ( ১৮৬০ ) হায়বা ড্রামা অসি নিম থাবা সাহেবশিংনা ভারতকী লৌউ-শিংউবা মীশিংদা তমথিনা ওৎ-নৈবা উৎপা, ফজরবা সোসিয়েল দোক্যুমেণ্ট অমা ওইরবা, বাংলা সাহিত্যগী ইহান হানবা প্রতিবাদ ( প্রোটেষ্ট ) তৌবা লীলা অমনি। ড্রামা অসিনা মতম অহুদা অঙকপা ঈরাং অমা পোকহনখি। ড্রামা অহুদা মিঃ রোগনা ক্ষেত্রমণি কৌবী লৌউবগী মচানুপী ওৎপা অসি থম্মোয়দা য়েক্তুনা লৈগ্রবা দৃশ্য অমনি।

ওৎ-নৈবগী থম্মোয় কায়রবা দৃশ্য অসি য়েংবদা থাঙবা ঙমত্রহুনা ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরনা মিঃ রোগ শারিবা অর্ধেন্দু শেখর মুস্তাফিদা মাগী খোঙউপ শৎলগা লংশিল্লকখি। খোঙউপ লঙশিল্লিবসি মীয়ামগী থম্মোয়-শুংদা ওমহুনা লৈরিবা জাতি অসিগী অশাউবগী মৈরিগী সিম্বোলনি। লীলা অসি য়ু, পি, দা উৎপা মতমদা ভাবোক ওইরিবা বৃটিশকী লাম্নীশিং অহুনা মিঃ রোগ ফুবদা শাউমনগ্রহুনা থাংশাং শৎলগা ষ্টেজ মথক্তা কাখৎ-লকখি। লীলা কায়খি। সরকারনা লীলা অর্সি থিংখি। মধুসূদন দত্তনা ইংরেজীদা হন্দোক্তুনা রেভ. জেমস লোংনা ফোঙবগীদমক্তা লোংবু জেলদা থা অমা থমখি। "নীল দর্পন" না তুমহুনা লৈরিবা ভারতমচাশিংগী মিৎ পাঙহল্লকখি। লীলা অসি বেঙ্গলগী "আংকল টোম'স কেবিন"নি। লীলাসিগী ফলনা কমিশন ওফ ইনকারী

শেমহ্নবা নিম থাবগী ফিভম অমদি কারবার অসিগী মরমদা য়েংশিনখি। মসি ভারতকী অহানবা লৌমীশিংগী আন্দোলননি।

মথংদা ভারতকী দেশপ্রেমগী ঋষি হায়না থঙনরবা বঙ্কিমচন্দ্র থোরক্লে। মাগী অমর ওইরবা মন্ত্র, হৌজিক্কা জাতিগী ঈশৈ ওইরিবা 'বন্দে মাতরম — ভারতকী নীংতম-আন্দোলনগী খোল্লাউ ওইনা শীজিন্নখি। বন্দে মাতরম অসি বঙ্কিমনা ইং ১৮৮২ দা কোঙবা "আনন্দমঠ" কৌবা উপন্যাসতা সন্ন্যাসীশিংগী লালহোৌদা সন্ন্যাসীশিংনা শকপনি। উপন্যাসকী ৱারী অসি ইং ১৭৭০ গী মতমগী বেঙ্গলগী শাথিরবা মতম— "civilization without a mercy" হায়নবা অহুগী য়ুম্ফমদা ইবনি। নবাব অমসুং ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানীগী সাহেবশিং অনীনা প্রজাশিংদা ওৎ-নৈবা, শুমহ্নবা চাবা, আইন লৈতবা, ময়ুম-মকৈ মৈ থাদোকপা, চাক তাঙবা, উনা চাহ্নবা, মী চাহ্নবা হিংনবা—য়াম্না তমথিরবা মতমনি। বঙ্কিমনা তমথিরবা অমসুং অচুম্বা লৈত্রবা লৈঙাক অহুগী মায়য়োক্তা মরৈবাক নীংলবা লালহোৌবা সন্ন্যাসী কাঙবু অমা উপন্যাস অহুদা শেমগৎখি। মথোয়গী মচিন্দা বন্দে মাতরম শকই। উপন্যাস অসিনা ইমালৈবাক, মাতৃভূমিদা ভক্তি লৈরবা কথোকপগী অকনবা ৱাথল অমা পী। মসিদা দেশপ্রেমগী শেংলবা ৱাথল য়াউরি। ঋষি বঙ্কিমনা দেশপ্রেমগী ৱাথল ৱাহুনা লৈরম্বা হিন্দুশিংদা নৌহোৌনা দেশপ্রেমগী ঈচেল অমা হোৌহনখি। নাকোয়ননা উপন্যাস অসি বৃটিশকী মায়য়োক্তা হোৌবা আন্দোলন মথল অমনি। "আনন্দমঠ" না ভারতকী তুংগী নীংতম আন্দোলনগী লম্বী থোনখি। শ্রীঅরবিন্দনা হায়—Bankim gave us the reviving mantra, which is creating a new India, the mantra—Bande Mataram." তশেংবমক বঙ্কিমদি লমতাকপা অমসুং লময়ানবা অইবা অমনি।

'বন্দে মাতরম' গী ফল য়াম্না থুনা ফংলে। ঈশৈ অসি ভারতনা নীংতম্বা কংগ্রিসৈগী মমাংগী চহী নিফুমুক্তি জাতিগী ঈশৈ ওইপ্রবনি।

ঈশৈং অসিনা মী খুদিংবু অঙাওবগুম য়াই থাহনা ওমহংখি, অঙাওবা ওইহনখি। ইং ১৯০৫ গী বেঙ্গল অনী থোক্লা খায়দোকপগী অঙকপা থৌদোক অহুদা 'বন্দে মাতরম' না আন্দোলন অহৌগী থোল্লাউ অমসুং খুংলাই ওইনা শীজিন্নখি। বেঙ্গল অনী থোক্লা খায়দোক্লে হায়না লাউ-থোকপগী নোংঙানবনি— ওক্টোবর, ১৯০৫ ইং। হুমিং অহুদা রবীন্দ্র-নাথনা মীয়ামদা লাউথোকচখি। —"সরকারনা ঐখোয়বু অনীথোক্লা খায়দোকপা হায়না লেপ্রে। অদুবু ঐখোয়গী থম্মোয়দি খায়দোকপা ওইথোক্তে। ওক্টোবর ১৬ তা ঐখোয় রাখী পুনসি, মরমদি রাখীনা অপুনবগী খুদমনি।" হুমিং অহুদা চাখুমদা মৈ হোৎখিদ্রে, মী খুদিংমক চন্না হেল্লে। নোংঙাল্লকপদা মী কাঙবু কাঙবু 'বন্দে মাতরম' লাউর-লাউরদুনা লম্বীদা চৎলে। মী লাক্ষ কয়াগী অঙকপগী মশক ওইরবা প্রতিবাদ সভা পাঙথোকখ্রে। লেপ্তুঃ গবর্নর ফুলরনা 'বন্দে মাতরম' শকপা থিংলে। অহোইনদুম অচাকপা মৈদা থি হৈজিনবগুম বন্দে মাতরমগী থোংজলতনা অতিয়া নিনখ্রে। লাথি, লৌচৈ, নোংমৈ গুলিনা নীংতম-আন্দোলনগী ঈশৈবু থিংবা ঙমখিদ্রে। আন্দোলন অসিনা ভারত পূম্বা নীকহনখি—ভারত পূম্বগী আন্দোলনগী ঈহৌ— স্বদেশী আন্দোলন শন্দোকখি।

মথংদা বেঙ্গলগী এন্টি-পারতিসন মুভমেন্টকী অকনবা ঈহৌদা চোঙ-থোক্লকই ঋষি শ্রীঅরবিন্দ অরংবা শঙ্গাইশৈবগুম ভারতকী রাজনীতি ক্ষেত্রদা। মাগী তেল্লবা চহী ৫ গী (১৯০৫ দগী ১৯১০) রাজনীতিগী পুন্সিদা ভারত পুম্বা মিং থকহনখি। মহাক্কী ফিরেপতি—এক্সত্রিমিষ্টনি। মসিদা বিপিনচন্দ্র পাল, তিলকনচিংবা চাউরবা মীশক কয়া য়াওরি। শতাব্দীসিগী হৌগৎলকপা অঙনবা নীংতম-আন্দোলনগী তাঙক্কা শ্রীঅরবিন্দনা য়ারিবা থৌদাং অসি য়াম্না মরু ওই। প্রতিভা লৈবা, সেনসিতিব ওইবা, পীথোক্লবা শক্তি য়াউবা নিপাসিনা ইরকপা খুৎই

কয়াদা—য়াম্না মতুং হুনজিনবা আধ্যাত্মিকী মহাও অমদি শেংলবা জাতিয়তাবাদগী ৱাখল য়াউরি। রাজনীতিগী মৱমদা ইহান হান্না ইবদি "ইন্দু প্রকাশ" কৌবা চেক্ষোঙদা আগষ্ট ৯, ১৮৯৩ দগী ফেব্রু: ১৮৯৪ ফাউবা মমিং লোত্তুনা কংগ্রেস অমসুং বৃটিশকী মায়য়োক্তা ইবা আর্টিকলশিংনি। অথৌবা বুদ্ধি অমসুং অকনবা ৱাহৈনা মতমতুদা ঈরাং থোকহনখি। মার্চ ১৯০৬ দা "যুগান্তর" দা আর্টিকল থরা ই। নেসনেলিষ্ট পার্টিগী চে ওইনা বিপিনচন্দ্র পালনা হৌদোকপা "বন্দে মাতরম" দা ইবা অর্টিকলশিংনা মাবু জাতিগী হীরো অমা ওইহনখি। য়াম্না খোৱাংনা স্বর থিংবমথৈ শ্রীঅরবিন্দনা করি ইরক্কদগে হায়না "বন্দে মাতরম" বু ঙাইনখি। মাগী "ভবন মন্দির মেনিফেষ্টো" অসি নেসনেলিষ্ট মুভমেণ্টকী বাইবল ওইখি। মসিদা মখোয়না তৌগদবা থবক থৌরমগী প্রোগ্রাম কয়া ইরি: ভারতকী অচৌবা রাজনীতিগী আন্দোলনশিংগী মরুমদা লুরবা আধ্যাত্মিকী ৱাফম কয়ানা য়ুম্ফম ওইতুনা লৈরি। গান্ধীজিগী দর্শন অসিসু ভারতকী পরম্পরাদগী, দর্শনগী পুক্কৈদগী শাগৎপনি। অসিগুম্বা য়ুম্ফম অসিদগী আইদিএলিষ্ট ওইরবা শ্রীঅরবিন্দনা 'স্পিরিচুয়েল নেসনেলিজম' গী অৱাংবা ৱাখল অমা দান তৌবিরম্মী। মঙোন্দদি নেসনেলিজম হায়বসি অথুবা মীৎয়েংদগী য়েংবা চুন্নগী মরৈবাক হুংশিবা নত্তে, মসিদি ধর্ম্মনি। মসিগা লোয়ননা ভারতমাতাগী অৱাংবা লাইগী শক্তিদা থাজ্ঞৎপা ৱাখল অমসু পীরমই।

রবীন্দ্রনাথঠাকুরদি অচৌবা হিয়ুমেনিষ্ট অমনি। বিশ্ব মানবনি। মাগী হিয়ুমেনিজম অসি উপনিষদ অমসুং নোংচুপকী লিবরেলিজমদগী শাগৎপনি। মাগী নেসনেলিজমদি অপাকপা হিয়ুমেনিজমগী ৱাখলদা শাগৎপা মী অমগা মী অমগা খেন্নবা লৈতবা নীংতম্বা (ফ্রিদম) অমসুং মান্নবা (ইক্বালিতি) হায়বা বিশ্ব দর্শন অসিনি। মানা হায়বা— "I have believed that the truth of man is in the Greater Man who is linked in the hearts of the greater masses." মসিনি

মাগী জাতীয়তাবাদ। স্বদেশী আন্দোলন্দা জালিয়ানৱালাবাগকী থৌদোক্তা মহাক তুমিন্না লৈখোক্কে—প্রতিবাদ কয়া তৌখি। বৃটিশ সরকারনা পীবা নাইতহদ ফাউবা লৌখিদে। মীওইবগী চপ মান্নবা থাক্তা পুরকপদা অপনবা পীরিবা অথুবা মীৎয়েং অমসুং সমাজগী চৎনবীশিংবু য়াম্না কন্না নিন্দা তৌই। বেঙ্গল থায়দোকপগী মতমদা ইবা মাগী নোভেল "গোরা" দা রাজনীতিগী নীংথা-তম্বা, হিন্দু মুসলিম থৎনবগী রাকম পল্লি। রবীন্দ্র-নাথকী আন্দোলনগী তোখায়বা মত লৈ। বঙ্কিম, বিবেকানন্দ, অরবিন্দ-দোনা দেশপ্রেম হায়বসি কথোকপগা লোয়নগদবা অরাংবা থাক্কী পোৎশক অমনি হায়বসি রবীন্দ্রনাথকী অচেৎপা মতনি। অহিংসা হায়বসি থম্মোয় কাচিন্দগী থোক্লক্কদবনি; কান্নবা, দরকার লৈবদগী মপান্দগী নমফুদা অহিংসা লৈহনগদবা নত্তে। মতাং অসিন্নাইদা অমসুং অতোপ্পা হীরম কয়াদা গান্ধীগা রবীন্দ্রনাথকা থেন্নবা। মত কয়া লৈখি। অতম্ ওইনমক রবীন্দ্রনাথকী "শিশু তীর্থ", "অগ্রদূত", "পরি মস্ত"—শৈরেংশিং অমদি "পরিত্রম,', "মুক্তাধারা"— লীলাশিং অসিদা গান্ধীবাদকী মমি তাই। মাগী "জন - গন - মন"— জাতিগী ঈশৈ অসি ইমালৈবাক্কীদমক্তা কৎচবা নীংতম রাথলদগী শাগৎপা কবিগী অচোবা দান অমনি।

অসুম্না নীংতম-আন্দোলনগী মতাংদা বাংলা সাহিত্যদা মরৈবাক নীংবা কবি, সাহিত্যকার কয়া চোঙথোক্লকখি। কবি রঙ্গলাল বন্দোপা-ধ্যায়গী—"পদ্মিণী", "উপাখ্যাণ", কবি হেমচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়গী "ভারত সঙ্গীত"—মরৈবাক নীংবা ঈশৈগীদমক মমিং চৎলি। থোইদোক্না মমিং চৎপা কবি অমদি— মীওইবগী নীংতম্বগী অচুম্বা ধর্ম্ম শন্দোকপা, দেশ-প্রেমগী কবি, ওৎ-নৈবগী মায়য়োক্তা লৈবা কবি, অনৌবা যুগকী শৈশকপা, ময়াম্না বিদ্রোহী কবি হায়না খঙনবা—কাজি নজরুল ইস্লামনি। নীংতম রাথলনা চুরবা কবি অসি ভারত ইতিহাসকী নোংলৈ মুংশিংকী মরক্তা ফাউগৎলকই, নোংলৈ-মুংশিং মরক্তা লৈরম্মী অতুগা মহাক্না তুংদা অকনবা নোংলৈ-মুংশিং অমসু হুমদোক্লম্মী। ইং ১৯২২ দা "ধূমকেতু" কৌবা

ৱাই-ৱাৱি অমা ফোঙই। সরকারনা থিংই, জেলদা থমই। মাগী "ভাঙ্গর গান" সিভিল ডিসওবিডিয়েন্স মুভমেণ্টগী লানগী খোল্লাউ ওইনা শীজিন্নখি—"কাউথেক্লো অতুগা থুদেক্লো শো/জেলগী থোঙজাউ লোল্লিবা। থাদোক্লো মৈ জেলখানা পুন্নমক/কিন্থহল্লা শুন্নমক মক্ক ফুক্কা মাঙহন্দুনা।" অতুগা মাগী মমিং চৎলবা থম্মোয় মৈ হোৎনবা ঙম্বা "বিদ্রোহী" না আন্দোলনকারীশিংগী থম্মোয়দা মৈ চুখি। থিয়েটরগী জগত্তসু মমিং চৎলবা গীরিশ্চন্দ্র ঘোস লৈরি। মাগী গ্রেত নেসনেল থিয়েটরদা—দেশ-প্রেমগী ৱারীদা ইবা ঐতিহাসিক লীলা কয়া শান্নখি। সত্যেন্দ্রনাথ দত্ত, তারাশঙ্কর বন্দোপাধ্যায়, আনন্দ শঙ্কর রায়, উপেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়, মন্মথ রায়, বনফুল—অসিনচিংবা সাহিত্যকার কয়ানা নীংতম-আন্দো-লনগা মরী লৈননা রাজনীতিগী ৱাথল চেনবা, মতমতুগী পুন্সিগী মমি তাবা, ইতিহাসকী থৌদোক-ৱাথোক কয়া ইবা মপান নাইত্রবা সাহিত্য কয়া পুথোক্লকখি। কলিকতানা মতম কুইনা বৃটিশকী কোন্নুং ওইবা, বৃটিশকী হাকথেংনবা শাফু ফঙখিবা-সংস্কৃতিগী কেন্দ্র ওইখিবদগী বেঙ্গলনা নীংতম-আন্দোলনগী হৌফম ওইখি। ভারতকী নীংতম আন্দোলনগী মতমদা বাংলা সাহিত্যদা থোক্লিবা থৌদোক অমদি ঈৱাং অসি থৱা খেন্নরবসু ভারতকী লোল অতৈগী সাহিত্যদসু অতুম মান্নরা থোকখি।

হিন্দী সাহিত্যদা অশেংবা নেসনেলিজম (জাতীয়তাবাদ) অসি মমিং চৎলবা, শক্তি লৈরবা লেখক ভারতেন্দু হরিশ্চন্দ্র (১৮৫০-১৮৮৪) দা ফংই। মাগী মমিং লৌতুনা মতম অতুবু হিন্দী সাহিত্যদা 'ভারতেন্দু যুগ' হায়না খঙনৈ। মহাক অমসুং মাগী মতমগী মতুংইনবা অইবশিং অসিগী ৱাথল অসি সমাজ সংস্কারগী মপুংওইবা ৱাথলগী পরিংদগী লাম্থোকপা ঙমখিদে। হৌগ্রবা মিংচৎ নীংশিংতুনা শৈথাবা, পরম্পরাগী ফজবা গুণ শক-শোনবা, ইমালৈবাকপু শৈথাবা— হিন্দু রিভাইবেলিজমগী পরিকর মতুংগী সাহিত্যগী শক্তমনি। মতমতুগী সমাজগী সমস্যাশিংনা মখোয়গী সাহিত্যগী মচাকনি।

মতুংদা লাকই পণ্ডিত মহাবীর প্রসাদ দ্বিবেদী। মতমসি ২০ শুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপা চহী ২০ মুক্কী তাঙ্কক অদুনি। গান্ধীজীগী লীচীং মখাদা নীংতম-আন্দোলন চঙশিল্লিবা মৈ হৌরবা তানফম্লি। নীংতম-আন্দোলনগী, মরৈবাক, মজাতিগী প্রেমগীদমক্তা মমিং চৎলবা কবি কয়া চোঙথোক্লকই—মৈথিলী শরণ গুপ্ত, রাম নরেশ ত্রিপাঠী অমসুং মাখনলাল চতুর্বেদী অসিনচিংবা কবি কয়া। মৈথিলী শরণগী "ভারত ভারতী" না মতমদুগী সাহিত্যগী মশক ফজনা তাকই।

মতমসিদা চোঙথোক্লকই মুন্‌শী প্রেমচঁদ হিন্দী সাহিত্যগী নিংথৌ-রেল। মহাক্তা হিন্দী সাহিত্যদা রারেংগী অরাংবা থাক অমা পুরকপদা নত্তনা অরংবা যুগ অমসু পুরকখি। মহাক রিভোলুসনরী থিঙ্কর অমনি। অদুগা মহাক আইকোনোক্লাষ্টসুনি। পুম্নমক্কী মথক্তা প্রোগ্রেসিভ রাই-তরশিংগী লুচিংবা ফিরাল পায়বা নিপা অমনি। ইং ১৯২০ দা গোরখ-পুরদা গান্ধীজীনা 'নন কো-ওপরেসন মুভমেন্ট' গী মরমদা ঙাঙবা তাবদা মপুক্লিং ওনখি। চহী ২১ চুপ্পা তৌরক্লবা ডিপুটি ইন্সপেক্টর ওফ স্কুলসগী ফম থাদোকখি। মতুদগী গান্ধীজীগী প্রভাবতগী নাথৈদুনা সমাজদা অওনবা খরা পাম্বা রাখলদা চঙশিনবা গোখলেগী মায়কৈরোমদা চিং-শিনখি। মতুংদদি তশেংবা সমাজবাদকী রাখলদা লূপখি। বোলসে-বিক্কী রাখল তশেংনা য়াখি। ইং ১৯৩৬ গী "প্রগতিশীল লেখক সংঘ" (প্রোগ্রেসিভ রাইতরস কনফরেন্স) গী মমিং চৎলবা সভাপতিগী ভাষণ অদুদা প্রেমচঁদগী মার্ক্সকী রাখল পরীং অমদি প্রোগ্রেসিভ লিটরেচরগী রাখল-পোমিং অদু ময়েক শেংনা পনখি। মানা হায়—"ঐনা কলা হায়বসি অতোপ্পা পোৎকুম্না কান্নবগী খন্দা ওল্লি হায়না লাউথোকপসিদি ঐগী করিসু চিংননিংঙাই লৈজদে। ঐখোয়না ফজববু ওল্লিবা লমজৈ অসি হোংবা তাবনি··· কলা হায়বসিনা তাক্লিবা অদুগা হৌজিক ফাওবদা মসিনা খঙনরিবদি য়াম্না অথুবা ভাবতা ফজবগী মওংবু পূজা তৌবনি। খম থেংবা মীৎয়েং অদু কলানা য়েংবা ঙম্নবা হোৎনত্রি।

... সাহিত্যগী মণ্ডিরদা লনতবু হুংশিবা মথোয়গী মক্ষম লৈতে।'

... অহুদগী মানা খোঞ্জেল হৌনা লাউখি—"ঐখোয় সমাজগী ফিরাল পায়হুনা চঙশিল্লিবা লাম্মীনি"। মহাক্না শিগদবা থা অনীগী মমাঙদা ইবা, য়াম্না মমিং চংলবা রচনা "মহাজনী সভ্যতা" দম্ভু হৌজিক্কী সমাজদা অনাবা লায়না পোকহল্লিবসি শেন্দোং তানবা অসিনা মরু ওইনা' থোক-হনবনি হায়না ময়েক শেংনা উংলি।

প্রেমচঁদগী উপন্যাস, ড্রামা অমসুং ৱারীমচা কয়া অসিনা সমাজদা অনৌবা ৱাখল—অনৌবা পুন্সিগী মীংয়েং অমদি পান্দম অমা পুরকখি। মাগী অহানবা উপন্যাস— "সোজ-ত্র-ৱাতন" (লৈবাক্কী মৈচাক) সর-কারনা থিংখি, মৈ থাখি। "প্রেমাশ্রম" গী লৌমীশিংদা গান্ধীজীগী অসহযোগ আন্দোলনগী মমি ফজনা তাবা উবা ফংই। ইং ১৯২২ দা লম্প্লোদা 'মহৱম' হুমিত্তা হিন্দু-মুসলিম কাঙলুপ মশেল থংনবা অহুদগী শন্দোকখিবা য়েংথিনবগী মৈ অহুদগী হুংঙাইতহুনা "কর্বলা" কৌবা নাটক অমগা "কয়াকল্প" হায়বা উপন্যাস অসিগা ইথি পুলিসকী হেক্লিনবা থবকশিংদা হুংঙাইখিদহুনা "গবন" (১৯২৯) ইখিবনি। "ৱঙ্গভূমি", 'কর্ম্মভূমি' উপন্যাসশিংদা গান্ধীজীগী ৱাখলগী মমি য়াম্না ফজনা তাই। প্রেমচঁদগী থুংইশিংনা ভারতকী নীংতম আন্দোলনগী খোঙ্‌থাংদা থুমাং চাওশিন্নবগী অকনবা শক্তি পীখি। ভারতকী লাইবক শেন্নদা অমদি অনৌবা ভারত শাগৎপদা প্রেমচঁদগী থুংইগী অচৌবা'দান অমা য়াউরি। অসুম্না হিন্দী সাহিত্যগী কবি কয়ানা, নীংতম-আন্দোলন্দা চোঙথোরক্লুনা ৱাণ্ডখি। মথোয়গী কলমনা লিংজেল থৌনা হাপ্লদা নত্তনা তোথায় তো-থায়বা নীংতম-আন্দোলনগী শক্তম য়েক্লুনা ফজরবা সাহিত্য অমা শেম্লমী। ভারতকী নীংতম-আন্দোলনগা সাহিত্যগা লৈনবা মরী অসি বাংলা অমসুং হিন্দী সাহিত্যতদা নত্তে—ভারতকী লোল খুদিংমক্তুনি। লোল খুদিংগী সাহিত্যদা আন্দোলনগী ঈরাং চূদবা অহুগা আন্দোলনবু করিগুম্বা মরম অমদা মথৱায় হাপ্লুনা ইদবা য়াউদে। মারাঠি সাহিত্যদা

মরুওইনা ওান্দুনা লৈরি—তিলক, খাদিলকর, পারঞ্জপে, সর্ভাকরনচিংবা লেখক, পণ্ডিত কয়া কয়া। পণ্ডিত তিলকপু "giant among men" হায়না খঙনৈ। তিলকী "কেশরী" অমসুং পরঞ্জপেগী "কাল" চেফোঙ-শিংদা মৈ হৌরবা আর্টিকল কয়া, রাজনীতিগী য়ারেং কয়া ফোঙখি। মতমতুদা তিলকনা লেখকশিং, কবিশিংগী য়াখল মচাক পোক্লকম খাইদগী চাউবা লৈবাক হুপ্না শোন্নবিবা মীশক ওইখি। খাদিলকরগী লীলাশিং, (মরুওইনা "কিচকবধ"), হরি নারায়ণ অপ্তেগী উপন্যাসশিং, সর্ভাকর, বিনায়কনচিংবা কবিশিংনা দেশপ্রেমগী মরমদা অমদি নীংতম-আন্দোলনগা মরী লৈনবা বিষয় কয়াদা লাইরিক কয়া ইখি। গুজরাতী সাহিত্যদা মপুং ওইনা লৈরি—মহাত্মা গান্ধী, অম্বরলাল সকারলাল দেসাই, উমা-শঙ্কর জোশী, ঝিনভাই দেসাই, কে: এম: মুনশি, নন্দলালনচিংবা লেখক কয়া। গুজরাট বিদ্যাপীঠ বিশ্ববিদ্যালয় লিংখৎপদা সাহিত্যদা অচৌবা অহোংবা অমা পুরকখি। মহাত্মা গান্ধীগী থুংই কয়ানা, চেফোঙ কয়াবা ভারতমচাশিংদা অনৌবা য়াখল পোকহনখি অমসুং নীংতম-লানগী য়াখল শন্দোকখি। কনাড়া সাহিত্যনা অনৌবা থরায়-লিংজেল অমগা লোয়-ননা চঙলকপদি ইং ১৯২০ দগীনি। মরুওইনা কবিশিংনা মরুওইবা শরুক য়াখি। অঙনবা পরেংগী কবিনা শান্তকবি, আনন্দকান্দ, গোবিন্দ পাইনি। অতুগা অথেংবা চোঙথোক্লকপা মমিং চৎপা কবিশিংনা—মস্তি, বিন্দরে, কুবেমপুনি। ড্রামা, উপন্যাসনচিংবা হীরমদদি থোইদোকনা শীংথানবা য়াবা লৈতে।

তামিলনাডুনা ভারতকী রাজনীতি ক্ষেত্রদা রাজা গোপালচারী পুথোক্লকই। মহাক্তি নেতানি। অদুবু সাহিত্যগী লমদদি—অমর ওই-রবা কবি— সি: সুব্রমনিয়ম ভারতী লৈরি। নীংতম-আন্দোলনদা মহাক্কী শৈরেং, ঈশৈ কয়ানা থম্মোয়দা নীংতম য়াখলগী মৈ চুখৎখি। মাগী মমাংদা রামলীঙ্গ, স্বামীগল, ভল্লালর, গয়ুবাম বিত্তানয়াগর, গোপাল কৃষ্ণ ভারতীনচিংবা কবিশিং অসিনা মরৈবাক নীংথগী শৈরেং কয়া ইদুনা

অনৌবা ৱাখল্লগী যুম্ফম থোনগ্রবনি। তেলেগু সাহিত্যগী মতাংদদি কন্দুকুরী কুরেসলীঙ্গম অমসুং আর: ভি: আর: নাইডুনা সমাজ শেমদোক্নবা থবক কয়া পায়খৎপা হোই। মঙ্গীপুদি ভেনকতা শর্ম্মা, আর: এস: ৱাওনচিংবা কবিশিংনা মরুওইবা থৌদাং লৌখি। অসুম্না উরিয়া সাহিত্যদা — উৎকলমণি গোপালবন্ধু, ফকিরমোহন সেনাপতিনচিংবা কবিশিং পোকখি।

অসুম্না ভারতকী মফম খুদিংদা লোল খুদিংদা, সাহিত্য খুদিংদা নীংতম-আন্দোলনগী মমি ত্তাদবা লৈতে। ভারতকী নীংতম-আন্দোলন অমদি সমাজ সংস্কারগী থৌদোক কয়ানা ভারতকী সাহিত্যদা মফম মতম খেন্নরবসু হকপেংননা অকনবা প্রভাব কয়া পীখি। লম লমগী লোলশিং অসিগী কবি কয়ানা দেশপ্রেমগী ঈশৈ কয়া শকখি। লেখক কয়ানা পেট্রিওতিজম, সোসিয়েল আইডিএল, নেসনেলিজমগী মরমদা মখল মখা কয়াগী লাইরিক ইখি। সমাজগী অনৌবা ৱাওল অমা লাকপা মতমদা মী খুদিংগী পুক্নিংবু শীংনরকই—মদুগী পাউখুম সাহিত্যনা পীখি। ভারতকী সাহিত্যনা তুমিন্না তুমদুনা লৈথোকখিদে—মাঙদা, নাক-য়েত্তা থোক্লিবা থৌদোকশিংগা ঈরোয়নবা চৎখি। নীংতম-আন্দোলননা ভারতকী লোল কয়াদা অনৌবা মখলগী সাহিত্য কয়া শেমবদা তেংবাংখি। কবি, লেখক কয়াগী থুংইগী থৌইনশিন্না ভারতনা নীংতম্বা ফংখি অদুগা অমরোমদা নীংতম-আন্দোলননসু অনৌবা সাহিত্য, আধুনিক সাহিত্য শেমখি।

মণিপুরী সাহিত্যদা ভারতকী নীংতম আন্দোলনগা মরী লৈননা ইবা থুংই য়াম্না তাঙই। মসিগী মরমদা সাহিত্যগী অকনবা অচৌবা ঈহৌ অমা ওইনা লাকপা থেংনদে। ২০ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা চোঙথোক্লকখিবা থুংমাবা কবিশিং, অইবশিং অয়াম্বা ভারতকী নীং-তম আন্দোলনগী ঈরাং ফংখিদে। মথোয়দা অনৌবা শিংলক্লিবা রাজনীতিগী চেতনা অসি য়াম্না ৱাংপা মরম্না মথোয়না ভারতকী নীংতম্বা আন্দোলনগা

মরী লৈনবা সাহিত্য পুথোকপা ঙমখিদে। তশেংবমক, মণিপুরদা চপ-চাবা মওং তানা চম্বরকপা রাজনীতিগী ঈহৌ অসিদি মাম্না থেঙনা লাকখি—খৃঃ কুমঃ ১৯৪৬ তা কংগ্রেস পার্টি লিংখৎলি অমুগা মণিপুর কম্যুনিষ্ট পার্টিনা খৃঃ কুঃ ১৯৪৮ দা শেমখি। মসিগী মমাঙদা নিখিল মণিপুরী মহাসভানচিংবা দল থরা রাজনীতিগী মওংদা থবক তৌবা হৌখি। অমুবু মখোয় অসি চপচাবা রাজনীতিগী পান্দম, আইদিয়োলোজি অমদি মেনিফেষ্টো অমগী মখাদা শেমখিবা নত্তে।

খুৎমাবা অইবশিংগা মখুত্তগী ঐখোয়না কংলিবা স্বদেশপ্রেমগী সাহিত্য অসিদি মজাতিগী কৃষ্টিবু মুংশিবদগী লাকপা চুমগী মরৈবাক মুংশিজমুনা শৈথাজবা, লৈশি-লৈথোঙবা খুৎইশিংবা অয়াবনি। অমুবু মণিপুরদা নিপা অমা লৈরম্মী। মহাক্কী থম্মোয়না তোল্ল-তারবা, লায়রবা লৌমী-শিন্মী, মীচম প্রজাবু তশেংনা মুংশিবা ঙমখি। মহাক্না নিংথৌগী শক্তি অমদি বৃটিশকী লোইনম শাসনগী মমুংদা ওমমুনা লৈরিবা ওৎ-নৈবা অমদি মীওইবগী শক্তিবু লাম্না শিজিন্নবা অমু উবা ঙমখি। মহাক্তি মীয়ামগী অশেংবা নেতা হিজম ইরাবত সিংহনি (১৮৯৬-১৯৫১)। লৌমী-শিন্মীশিংগী লুচিংবা অসিনা মণিপুর অমসুং ভারতকী নীংতম্বা ফংনবগী আন্দোলনদা চপচাবা রাজনীতিগী ফিরেপ অমা লৌখি। ইচঙ থৌনা নিংথৌ অমসুং বৃটিশকী মায়োক্তা লেপ্পুনা সমাজ সংস্কারগী থবক কয়া তৌরম্মী। ব্রহ্মসভাগী অমাং-অশেং, চন্দন-শেনথায়, পিয়ন চাক-থাক, পোৎথাং বেগার, দোলাইরেং, য়ারেক শান্ত্রি, জল সম্বন্ধি অসিনচিংবা ওৎ-নৈবগী চৎনবী, মীগা মীগা মান্নদবগী পথাপশিং অসিগী মায়য়োক্তা ইরাবতনা আন্দোলন হৌদুনা লাম্বেং অমা চঙশিনখি। ভারতকী স্বদেশী আন্দোলনগী ঈহৌদা ইরাবতনা মাগী মুপীগা লোয়নননা চৈরাপ মমাঙদা মীয়াম থঙনা অমসুং থওইনা ভাব তানা পাম্নথৎপা থৌওং অমা ওইনা বন্দে মাতরম লাউরমুনা বিলাতী ফিরোল মৈ থাদোকখি। মমুদগী খাদিগী ফিরোল শেৎপা হৌখি। মমাক ইবুংঙো ইরাবতনা ইকাইখুম্নরবা

পঞ্চায় মেম্বরগী ক্ষম থাদোক্লুনা, মতমচুদা 'পূর্ণদায়ীত্বশীল শাসনগী দাবী তৌখিবা অসি শীংথানবা য়ারবা অমম্বুং য়াম্না মাংজিল থাবা থবক অমনি।

নেতা ইরাবতনা মাগী ৱাথল অদু মীয়ামগী থম্মোয় খুদিংদা করম্না য়োৎনবা ঙমগদগে হায়না খনখি। ফজরবা পাম্বৈ অমা কংলে। ঈশৈ পামজরবা মণিপুরী বৈষ্ণব সমাজগীদমক্তা ঈশৈ কয়া ইরে, সুর পাল্লে। মীয়ামগী থম্মোয়বু হোদোকপা মরৈবাক নীংবগী ঈশৈ কয়া পুথোক্লে। মাগী ঈশৈনা মণিপুর শীনবা থুংনা শম্দোকখ্রে—১। হোয়ো হোয়ো ভারত মচাশা, ২। হোয়ো অৱাবা অহিংগী অমম্বা কোক্লুনা, স্বাধিস্তাগী মুমিৎ থোরক্লে, ৩। চৎলো চৎশি ইচিল ইনাউশা লৌমীগী লৈবাক শেমলুসি, ৪। থাঙ্গোল অদু ময়া থাংউ থৌনা, ৫। চীং-তম পুম্বা লোয়না লাকলো আইন সভা তাল্লুসি অসিনচিংবা। খৃঃ কুঃ ১৯৪৫ দা নেত্রকলাদা (হৌজিক্কী বাংলাদেশ) তৌখিবা কিষান সভাদা শকখিবা ইরাবতকী ঈশৈ অদু ভারতকী নীংতম-সাহিত্যগী ফজরবা খুদোল অমা ওইরি—

অৱাবা অহিংগী অমম্বা কোক্লুনা
স্বাধিস্তাগী মুমিৎ থোরক্লে মাঙদা
মরুপশিংগী থৱায়না তত্তুনা কৌরক্লে
য়াকায়ররে নঙগী থোঙজিন্দা।
হোয়ো হোয়ো হোয়ো হোয়ো লৈবাকপুম্বা
য়োংহ্লিং চল্লবী ভারত ইমা কপ্পা মুক্তি পাম্ববী
থোঙ লোন্দুনা মঙ তমহুনা
তুমখিদরা তুমথুল হন্না।
ভারত জাতিগী অচেৎপা ৱাশক
চহী য়াঙথৈগী মুক্তি সাধন
পোলোইহসিদা মাঙখরেনে অৱাবগী হাহাকার তেংথাবা।
শিদোৱবা ভারতকী অৱাবা মৈনা

শিরবা দেশ প্রেমদা ভৌরি অভিশাপ
কোকহল্লু চোপ্পা, কোকহল্লু পাপ
চাউথৎলবা একতা খুৎলাইনা।

ভারতকী নীংতম-লানগী অকনবা ঈহৌগী মমি তাখিবা অমসুং দেশ-প্রেমগী ঈহৌবু ময়েক শেংনা কোঙদোকখিবদি মণিপুরী থিয়েটরনি। এম, ডি, য়ু, এরিয়ান, রূপমহল, সোসাইটি থিয়েটর অমদি মক্‌ম কয়াদা লৈবা থিয়েটর য়ুনিটশিংনা নীংতম মমাঙদা মথল মথা কয়াগী মরৈবাক নীংবা অমসুং স্বদেশপ্রেম উৎপা লীলা কয়া হন্না হন্না শান্নখি। মরৈবাক মজাত্তি সুংশিবা উৎপা ঐতিহাসিক অমসুং সামাজিক লীলাশিং অসিদা মরৈবাক সুংশিবগী ঈহৌনা থুমহৎলবা ঈশৈ কয়া মরাং কায়না য়াওই। "নরসিংহ"( এল, ইবুংঙোহল ), "ভাগ্যচন্দ্র"( দরেন্দ্রজিৎ ), "মোসু থাঙ্গাল" ( এস, কৃষ্ণমোহন ), "টিপু সুলতান", "মৈরার পতন," "পঞ্জাব কেশরী রনজিৎ" ( অনুবাদ ), "ইন্দিয়া" ( জি. সি. তোংব্রা ) অসিনচিংবা অসি মরৈবাক নীংবগী ফজরবা রাখল কোঙদোকপা লীলা ঙাক্তনি।

এল. খৈলচন্দ্র সিংহ

# কোন্থৌজম্ নোংকারোন

হয়া হে খোইয়ুম লাইয়িংখৌ চীংজু নোংখৌ সোরারেন অরাং পাখং য়োইরেনপা খংপা নোং নিংখৌ কোনখৈ অতাম্পা শরাং অথাম্বা, খংপা য়াথংলেন শীংকাপ লোংনা থাপা শীংতুম নীংকোয় য়েকপা, মাকমৈ হয়েন থনপা, নম্ কমকম শীনপা, তাইপঙ অচং অশি লুংপা, শরুক লৌতম ছনপা, লালোই মীঙাথোক শরেন মীগুং-লাংপু য়েনহৈপা, লাইপক খেলাই ইপা লাইয়িংখোও! য়াকয়ৈ নহিরম ইনঙমত্তে, তপ্পা সনা নঙৈ-খোলপপু শকঙমত্তে হায়না য়ারৌপিকুনো। তয়ম ইয়াকমনা চীংজু নপা য়েং খোইয়ম নপা থম্না লহান নোং হয়িঙৈকি হাওরোক মনিল নাই কোন্থৌ তানা তানা পাল্লমঙৈ কোয়ৌ চুইমু লৈমা হুচেংয়াম্পী শম্বোঙ য়াথাইচেং পাইচেং অপনপনা পোকপী লাংহে কুমতোন লোম্পী হৈয়িকুম লোংচুম্পীনা হৈরাঙতুকুম মচা-য়ান, তাউচীংতুকুম মরু পানঙৈতা খোইয়ম পাখং য়োইরেনপনা লাউথরকএ। হে ইমান কোয়ৌ চুইমু লৈমা-ও হৌচিক নঙনা নাকলু-কি য়াম্লিপা অসিমু অরাং কোয়ৌ নোংলৈমাপু ওইনকে। হাওরোক শিহল্লোই কোন্থৌ নাহল্লোইএ, তরা চামাংকুনো, শংলৌ য়েনমাংকুনো হায়না খোমলেন মংলানচান্তা পাওমেন্নৈএ। কোয়ৌ অহু চুমিত্তগী তরা চামাংতা শংলৌ য়েনমাংতনা লোইতাম খা তরা চুমিং-শীং গুরপকি তাইপং মালং কাওনা শানকোঙলপকি কোয়ৌ চুমিং তরুক্কি গুতরিঙৈ খোইয়ম পাখং য়োইরেনপনা মালং কেনচি ওই, খমকোন নোংলৈ ওইনা লাউথরকএ।

হে ইমান কোয়ৌ চুইমু লৈমা হাওরোক কোন্থৌ নোংপা খায়াল পাথুপ নোংলোন মনিন নাইপাশিং-ও! নমোম অসিপু পাংঙা য়েপ-লোইতা শংলৌ য়েনমাংহনকুনো, লৈকাই তেম্ফোং কেন, তুরেল খাম্বা

লাম্না কাঙ্চানপিকুনো। কোয়ৌ নোং লৈপাক্তা ইমু কমলম শীল শক্লক লৈত্তম হুনপপু য়িপিঙা শীনমিন্নকে হায়না লাউথরকপপু হাওয়োক কোম্মৌ পুন্নমক্তি চুমলেন নাপু য়ুংনা তায়োএ। কোয়ৌ হুইমু লৈমা হুং-চেংয়াম্পীনা খোইয়ম ময়াথংতকি মমোম্পু ভয়া চামাংতা শংলৌ য়েন-মাংতনা মাউয়োকখিএ। ইঙা লৌকুমতা ইঙেন লৌতাতা শংলৌ য়েলাং-তনা অচাউ হেপকায়া শাংগু লেগুমলকএ। চৈয়েলিক্তমকে মান্নৌ লাক্তম কেন্নকলপতা কোয়ৌ হুমিং মাতা চিনফুয়োন কোম্মৌশুনা লমলেন লোন্নোই লৌচীংথাং চীংথাং থংলাংমৈ লীকপুপী চীং, লোংন্না তাউপী চীং মপম্না কুপিয়ম মতুনা কাপী লম খোইয়ম লাই পুন্সি থংপি চীংমাপা চীংয়া ওনতন য়েনশিন্নৌ, পোৎচম লৌতি লৌনিংপাক পাথং শনম তেং-য়াংলৌ নুয়া চামলৌ লয়াংলৌ, খুয়েন কৈতংলৌ, তেকপী শাপৈ য়ুংশোল লৌ, নোংচুপ কোংয়াং অখোপা লাম্তা লৌ, হাওয়া অয়স্পাশাথুপ লৌ, হাওচু পালতোইন্নুনা উংখা ফমনা হম্না লৌ তিনহল হাথয়ৌ-তিন্নাই নোংচেন লৌ অন্নাং থমলৈ তংপোক্তা য়েন্নাং খৌচৎপতা শংলৌ য়েনপুন-কাতা খুংতাক ঙাইয়ন ফৎতয়িভৈতা চীংঙু নোংখৌ সোয়ায়েন অন্নাং পাথং লাইয়েনপানা কোয়ৌ মথলমাতা লাউথরকএ।

হে পেম্মা চিনফুয়োন কোম্মৌশু নঙপু পলেম পীপুকহুংকি খোইয়ম ঐনা য়েংতৌ উয়োং য়ুং, পালেম উয়াই হকপা নত্তপয়া ? য়েন্নাং করিকী খৌচৎপনো ? নপন হাওয়োক নতু কোম্মৌ ইমান কোয়ৌ হুইমু লৈমাতা হায়রু-ও। হয়েং কোয়ৌ মঙানি ঙুপাতা হাওয়োক নম্নুমনাক কোম্মৌ নশাইকোত্তা তান্নোয় হুয়িন্নকে হায়না লাউথরকলপতা চিনফুয়োন কোম্মৌশুতি, চেংলৌ শক উতা পুহুং লেপথঙ ঙমতয়পকি উনপী পুকনীং ঙকনা হলন্নাইয়কএ। ইপল হাওয়োক ইতু কোম্মৌ পলেম শম্মোঙ হুইমু লৈমা-ও, নমোম ঐনা পনম চখোকলুপতা কোয়ৌ অথান্নতা পাওমেন্নকএ। মোমহু নঙপু পলেম পীপুকহুংকি হৈনা নষ্ট কন্নপনে। কোয়ৌ হুমিং মঙানি ঙুপাতা হাওয়োক নয়ানয়ায়তা তান্নোয় হুয়িন্নকে হায়য়মএ।

অমুম পাউত্তাকলপতা হাওরোক পুমনা হুপ কোম্বো পাকনা তাইনা ময়ান লানকা শেম মালেম লৈমায় তৈ, চামলো লাকা খা চৈরৈ ফিভো থম্না তাইখমলে।

চীংঙু থংপা নোং নিংথৌতি লাংকোই কোক অনী লোঙপা শায়া মরি পানপপু খোঙওইনা কোয়ৌ কূপতুম কূপ য়াংপন লাতুম লংনা মালেম লৈতারকলে। হাওরোক কংলৈ মশূমাঙতা পানপা হৈ, হৈরাঙ মউত্তাখি চায়াই চক্ষেন মানপা, তাউচীং মনাত্তুতি তাউপা হুইরৈ মানপা, হৈরাঙ লোংচুম্পা তাউচীং য়েনয়েংপকি পামেন শাপীপু খেমশাথক্তা য়াইথুংলরে। থংপা নোংনিংথৌনা মশানৌ চিনফুরোনপু নীংনা নীংনা কূমলকএ। অতু নোংকিপু হৈনীং লোংচুম্পা ত্তোনা কৌএ। হাওরোক মনিন নাইপনা খোইয়ম মখোঙখাত্তা পুরুম্নরে। খোইয়ম লাইয়িংথৌরা চরৈ ফিশঙতুংত্তা চঙনা লুহোং লৈকোই লোইরপতা খোইয়ম লাইয়িং-থৌনা হাওরোক শেল্লেঙাই, কোম্বো পাইরৈঙাই পুমনমা-ও! চীংঙু ইয়নকুতি হাওরোক শিকনো কোম্বো নাকুনো, কাওরেন শনয়াম লোই ত্তয়ম নাই শীনা কৈরেন হাপচথন শোয়খোঙ ঙা চঙপা শারেন শায়াম ফাপপু লন কুপীকে। চীংঙু তাউপা মহুইচাপু ইহন পাউহন্না-ও হায়না লন কুপীরম্মে। অয়াং পাখং য়োইরেনপতি মশানৌকা ঙাইরোয়ননা কোয়ৌ নোং কাখিয়ে হায়তপরা?

চীংঙু মরনকুকি হাওরোক শিতরে কোম্বো নাতরে। হুংঙাই য়াইপী ময়াং কায়না পাম্লে হায়তপরা? খোইয়ম লেংনা তিনপালক্তা চিনফু-রোন কোম্বোশূতি কত্তোনকপা। য়াংপন লৈমা নাহুইন্ কোয়ৌ লৈমা-ও ত্তোনা কৌএ হায়তপরা?

কোয়ৌ হুমিংমাত্তা হাওরোক পুমনা হুপ কোম্বো পাকনা তাইনা লমলেন য়াংত্রাই খাত্তা য়াওয়ৌ শা তাম্নুপত্তা চীংঙু মরনকুকি কোয়ৌ খৌশী হুই, য়াংপন পাউহন হুইপু তাংচা লিম্নাখি নোংকোন শেয়ন মৈনা

ঙম্পল্লপকি খরৈ কুমলে লেমলৈ তারে। হাওরোক কোম্বৌ পুন্নমানা হাওশি মংথিন ঙম খুন্নুং পাউত্তাক ঙমনা য়াংলেন পুংচাউ রৈ ভরেং শেনফাং রৈ মীকপ ঙম মীয়াং ঙম্পপু য়াংপন লৈমা নাহইনা মিংয়েং শানকৈরপকি খোইয়ম ইশাপি-ও। লহান নোংতি হাওরোক শিহল্লোই কোম্বৌ মাহল্লোই হায়পা নত্তপরা? হৌচিক্তি হাওশি মংথিল্লে খুন্নুং পাওত্তাকলে। ইপন কনা কেম্পা ইতু কনা মনপা-ও মিংয়েং শানকৈরুকে হায়রকপত্তা খোইয়ম লাইয়িংথোনা শানৌ চিনফুরোন-ও নপন কেমত্তে নতু মস্তে। হাওরোক তাউপা মহূইচাপু ভাংচা লিল্লাথিনা ঙম্পল্লে। অতুকি হাওশি মংথিনপনে হায়খিএ। য়াংপন লৈমা নাহইমুনা তাউপা মহূইচাকি ঙমক্তি য়াংলেন পুংহৌরোই, নশানৌ ঐত্তি ইপন কনা কেম্পা ইতু কনা মম্পনো-ও মিংয়েং শানকৈরুকে হায়রপত্তা খোইয়ম লাইয়িংথোনা শানৌও! চীংভু ঐনা নপন কেমংলো হায়ভরিয়ে। শানৌ নঙতি ইপারি খোরিফাপপু ভরা চাপুক শায়না নাউহম্পীনে চংফরোই হায়পত্তা ভৌইকিত্তি শাপি-ও মালেম লৈত্তারোইএ। কোরৌ মথনমাত্তা পাউহংলুকে হায়না পুক্লম-চরপত্তা শানৌ-ও চীংভু ঐত্তি মিংয়েং তাং চুম্পা নাকোং নাচুম্পনে ভরা চামাংত্তা য়াংলৈ য়ুমাংলক্লুনো হায়খিএ।

চিনফুরোন নাহইমুত্তি মপন কুমলকলে মতু তারকলে। কোরৌ মথনমাত্তা হে পলেম ইমা হূইমু লৈমা-ও ইপন কনা কেম্পা ইতু কনা মনপা পাউহংপপু হে ইমোম ইপেম্মা নপন কেমত্তে নতু মস্তে। নশাপি চীংভু নোংথৌ সোরারেননা লনকু হূই, কোরৌ থৌশী হূই, য়াংপন পাউহন হূইপু ভাংচা লিল্লাথিনা ঙম্পল্লে অতুকি হাওশি মংথিন ঙম্পনে। ইমোম নঙপু চেংলৌ কূইনা উত্তরে নতুরোইনাই কোম্না শাংপা নহইরোন কোম্না ফুয়পীশিংনা চেংলৌ শক উরৌগুনো। ইমোম নঙপু মালেম লৈত্তারম-ও হায়না পাউ-খোকপপু মমোম নাহইমুনা হে পলেম ইমা-ও। চীংভু মিংয়েং তাংচুম্পনা ভরা চাকমাংকুনো য়াংলৈ য়ুমাংকুনো মালেম লৈত্তাকনো হায়রকএ হায়না

য়াকনপপু মতু লাকলৌশিল মনিং খোঙকাং লেংবী পুমনমানা কংলৈ মশূ-মাংতা শমু খোঙপু খীয়া মীকপ্পপকি ফুংশি মতৌ য়েংনা মালেম লৈতা-রকলে। পালেম মমানা কৈরা তাস্তা পম খচাই লেংলোই চুপনা য়োই-চাময়ে, ইমোম নঙপু নাউরা খোইরেনকমতা নপন ইখোয়কি ভয়া চামা-য়োয়চিংনা হাওতৈ অথুম্পপু তংখিও হায়রপতা মদোমনা হায়কনো। লাই-রিংখো য়োইরেনপা মপারি সনাহনখু ভয়া চাপুম শায়না নাউহমলিএ। খোইয়ম মিৎয়েং তাংচুম্পপু শোঙকিয়ে হায়রপতা ইমোম-ও তৌরাং ককচা খন চৱে ফিরোন ভয়েৎ কোয়য়ে। খোইয়ম মিৎয়েং তাংচুম্পনা উরয়োই হায়না পুশিনখিয়ে। চামলো লাথুপ শানা য়াংলৈ চেপনা হৈপতা খোইয়ম নাযুংপনা তিল্লাং হাইশিংমপনা তৌরাং কক্তা কাওনা চামলো লাথুপলুংতা তাররে। মাঙলে মাঙলে ইপনখোয় ইশাইঙৈনা হায়চপতি খোক্লরে। হাওয়োক শিরঙৈ কোম্বো নারঙৈনে। নমোম ঐস্থু খোইয়ম লাইরিংখোকা ইনখোংলিকুম শোয়রঙৈনে হায়না য়াওইখিএ। চিনকুয়োন নাহইখুতি চৱে মরিনকিপু হাইনা হুমনা কাখিয়ে। কোয়ৌ মখনমাতা য়াইপী মহুং হৌনা ইপন কেমলো ইতুমলো হায়না কোয়োয় মখুৎতোপপু কেহ্রমএ। তাংচা লিয়াখি নোংকোন শেরনমৈপু শাওনখিয়ে। কোয়ৌ নোংলৈমাতি লাইরিংখৌ সোরারেননা কোয়ৌ নোংখোঙ থিংনা লৎনয়ে।

চীংঙু মপারি পলেম পীনাইতা পানপা কৈখোম থকনা নাওনৌপতি পলেম পীথাংসিনপী য়াংপন উত্তরপকি চীংলেন নোংলাউথীকুম মীকপলে। খোইয়ম লাইয়িংখৌনা পারি সনাহন-ও পলেম নমাতি পোনা হয়া নে নে পাউখোপপু চৈরৎতে। কোয়ৌ হুমিংমাতি থংচীং লাইমরুনা চোয়নৌ সনা খেংকু শাপপু শমু খুত্তা শূনা পাউখেম্পাপু কোয়ৌ খাকুম খাকলে। কোয়ৌ হুমিংমাতি চীংঙ হংকোই নিংখৌ কৌপরু অচিপনা সনাকি শামু-শাপপু শমু মাঙতা চিংনা পাউখোম্পপু হোয় য়াতরপকি কোয়ৌ হুমিং-মাতি খোইয়ম কৌপরেন অহনপনা সনাকি য়েনপা শাপপু শমু খুত্তা শূনা

লাইয়িংথৌ সোয়ারেনকি মপারি খোইয়ম খোরিফাপা-ও চীংলেন নোং-লাউথীকুম্পপু চৈরংত পাউথেম্পপু হোয় য়াত্তে। কোয়ৌ সুনিংমাত্তি লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্পানা শীংলেন লৈশং তোম্নোঙপপু শমু খুত্তা শূনা পাওখোম্পপু শীংলেন মশক য়েং লৈরাং খুৎনা য়াম্বনা খেকনা নোকলে। অতু নোংকিপু লৈশং খেকয়ায়পা তৌনা কৌএ।

অসি ভুংত্তা নোংপোক হুমওইপনা নোংথৌ সোয়ারেন-ও চিনফুয়োন নাহইনুসিপু তন্না চামাংতা য়াংলৈ য়ুমাংতপীনে হায়না পাউমেন খোনকি নোংনৌ সোয়ারেন্না চীংঙ্ মন্নাথংকি কোয়ৌ তেসিন্না য়াংপন হনচিন্নকে হায়পকি লাইচা ঈরিক লাইশেং খোইপা লৈগুং পায়োংশুপা মরি হন্নাই চাইনোংকতনা চাউপা মতোম শেংপা ঈত্তা শান্তেংলপকা চরৈ ফিতৌ হোংনা খোইয়ম লেংনত্তিনপালক্তা - কোয়ৌ খাচিকনা য়াপন খাপাংননা য়ায়েনমন্নরে হায়তপরা?

রাজকুমার মণি সিংহ

# চৎনবী

চৎনবীনা ঐবু য়াহল্লি, চৎনবীনা ঐবু হুংঙাইহল্লি। থায়নগী চৎনবীনা ঐবু নিংশিংহল্লি। হৌজিক কালগী চৎনবীনা ঐবু ককঙাউনহল্লি। চৎনবীগী লৈই মচুংদা ঐবু কোয়শিন্দুনা থম্মী। করিগুম্বা য়াংমা লাম্লুরগনা মীনা নোক্লে, থাগৎপিরকপস্থু ময়াউই। পুন্সিদি অহোংবা নাই। অফবদস্থু হোংঙি, ফত্তবদস্থু হোংঙি। অরিবা চৎনবীগা অনৌবা চৎনবীগা ঙাইহাক্তা লৈমিন্নবা য়াদে, হেক্তা মুকথায়নৈ। মরক অহুদা মীওইবা কয়া লাই ওইথিবস্থু য়াউই, শা-ঙা ওনথিবস্থু মথেংনৈ।

অখণ্ড-অহেশিংনা হায়নৈ মীওইবগী ইতিহাস চহী লিশিং তরেৎলোমগী মমাঙদগী হৌনা খঙবা ঙম্লে, রেকোর্দ লৈরে, প্রমান ফংলে। এশিয়া, য়ুরোপ, আফ্রিকা অমস্থুং আমেরিকাদা অরিবা সভ্যতা কয়া লৈরম্মী অমস্থুং লৈরি। সভ্যতাশিং অসিদগী সংস্কৃতি অমস্থুং সাহিত্য কয়া থুংথাং য়ৈনা মথং মথং মীয়োল নায়না শমথরক্লি। মশিং থরদং পল্লবদা এশিয়াগী চাইনীজ, জাপান, ইন্দিয়ান, পাশিয়ান, বাইজেনটাইন, বেবীলোনিয়ান, ইসলাম অমস্থুং খৃষ্টিয়ান; য়ুরোপকী সুমেরিয়ান, হিত্তাইত্তো, হিব্রু, গ্রীক, লাটিন, রোমান, কেল্টস, জীউ ক্রিটান, স্পেইন, ইংলেণ্ড, জর্ম্মনী অমস্থুং রাশিয়ান। অরাং আফ্রিকাগী ইজিপ্তসিয়ান অনস্থুং ফোনিসিয়ান। আমেরিকাগী পেরুভিয়ান, ইনকাজ, সেন্ত্রেল আমেরিকাগী মায়া অমস্থুং মেক্সিকোগী আজটেক্ক। ঙসিগী পৃথিবী থায়নগী অমদি হৌজিক্কালগী চৎনবীশিং, সভ্যতাশিং অসিগী খুদোলনি, সংস্কৃতিগী পরম্পরানি।

অহুবু মময়সেট ম্রাইনদি মাগী "দ হিস্তরী ওফ দি ৱার্লদ" দা অম্বয়া ইরি "মীওইবগী সভ্যতাগী য়ায়ৌদি কিলোমিটর মরিফুয়োর শাংবা চে মকোন অমগী মচুংদা চোকোলেট মচা অমত্তমুক শাংগনি। চহি মিলি-য়ন অনী মথাইদগী অহুম কাওবগী মমাঙদা মীওইবনা পৃথিবী অসিদা লৈবা হৌরকখি হায়বসি খঙলবদা চহী লিশিঙ তরেৎলোমদগী য়ায়ৌনা মীওইববু মশক খঙনবা হোৎনবা হায়বসি থয়া মপূং ফাবা য়াৎখিনি হায়বত্তনি। আর্য্যশিংগী য়ায়ৌদা ঐখোয়না থেংনরি সত্য, ত্রেতা, দ্বাপুর অমসুং কলি। ঐখোয়গী পুরাদসু য়াওরি হয়িচক, হয়াচক অমসুং লাংবচক অসিনচিংবা। শাংলবা লম্বী অসিদা লম লমদা মত্তম মত্তমদা চৎনবী কয়া লাকখি, চৎনবী কয়া চৎখি।

য়ুরোপ অমসুং আমেরিকা, ঐখোয়না নোংচুপকী সভ্যতা হায়না খঙনরিবসিগী অচৌবা থুদোলদি 'বিজ্ঞান—সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজি' অসিনি। হিংনবগী লানকমদা হেয়া শক্তি লৈননবগী খোঙজঙদা মখোয়গী হোৎনবা কনবা, লৌশিং তানশিনবা থাগৎনিংঙাইনি। অদুবা লৈত্তনা পৃথিবী পুমবু কমলা মচা অমগুম্না য়েংহনা অনৌ অনৌবা বিজ্ঞানগী শক-লোন কয়া লেপ্না লৈত্তনা থিজিন্নি, অঙকপা কয়াগা লোয়ননা পুথোরকই। এশিয়া অমদি নোংপোক আফ্রিকাদগী থোক্রকই শকতম কয়া মানববিজ্ঞানগী অমসুং মনোবিজ্ঞানগী হকচাং মচুংদা লৈরিবা থরাইগী।

অনী অসি চাংদমনবদি মচুংদা উগনি "থুৎশেমগী মঙাল অমসুং মহৌ-শাগী অইঙবা অনী মুক্কবগী খোঙেল।" দাক্তর সামুয়েল জোনসননা হায়-রম্বা নিংশিংউ,

**Let observation, with extensive view**
**Survey mankind from China to Peru.**

চীনাদগী পেরু ফাওবদা পাকচাউরবা মিৎয়েংগা লোয়ননা য়েংঙু করিনো মীওইবা।

খুৎশেমদগী থোক্লকখি মেটিরিয়েলিজম অমসুং হিংসা। মহৌশাদগী ওইরকখি আইদিয়েলিজম অমসুং অহিংসা। মীওইবগী পুন্সিবু অনী অসিনা শক্লোন কয়া থোক্না শেমখি। শারীরচং অমসুং লাইরচং অনীদগী মওং মতৌ লাইদবা মীরমচং ওইরকখি। কাংলুপ কাংলুপ লাইনা মচি মচিদা যুক্ষরপদগী কুনগুবা শতাব্দী চঙলকপদদি থোক্লরে অহানবা অমসুং অনীগুবা পৃথিবীগী লানাউ। মীওইবগী সভ্যতাকী থুডম মুত্নরে। অঙঘনা মীওইবগী থম্মায় পোলাংদা হাপচিনখরে। মায়থীহৌ-বনা মীনাই কাংলুপ অমসুং কোলোনী লোইনম। অহূবু লান্দি লেপত্রি। কয়রম্নু লেপকনি রাখল থনবা ওবা মীওইবগী পুক্লিংনা। লানকমদা চোং-থোকুনা হকচাংগা হকচাংগা তুহৎনদে হায়রবতনি। পুক্লিংদদি পেন্দবগী লানাউ অতিয়া শীনবা থুংনা লাউনরি।

মতমগী থোমাউনি নিংতম্না হিংজবা। মহৃগীদমক স্লোগান কয়ানি কেপিটেলিজম, সোসিয়েলিজম, নেসনেলিজম, ইন্টরনেসনেলিজম। রারবা কান্দা শোব হোনদোকই পৃথিবীগী শান্তি, য়ুনাইটেদ নেসন্স, সেকিয়ুরিটি কাউন্সিল, নেটো, সিটো, নাম অমসুং থার্দ পাৱর। এটোম মচেৎ মচেৎ থায়দোকপদি লেপ্তে লানগী থুংলাই শাবদি হন্দে, লানগী ইনজি থোম-জিনবদি হন্দে। কমপিয়ুতর শাই, রোবোৎ পানখৎলি স্পেসতা পায়খৎলি, থাদা থোঙদায়। মজহল্লি মীওইবগী লৌশিংগী রারী। মশক থোকহল্লি সিনেমাদা, খবর কাগজদা, রেদিয়োদা, টি.ভি. দা অমসুং লাইরিক-লাইত্ত কয়াদা।

অমুম্না মীওইবগী চংনবী থাম্নদগী হৌজিক কাওবা মপাঙ্গোংদদি নোংম নোংমগী মশক কল্পবা হেল্লকলি। চাব্না কল্পনা চায়, শেংপা কল্পনা শেংলি, রাঙাং-শাঙাং কক্রে। থোঙনা চংনরক্রে ইঞ্জিন পানবদা নংত্রবদি। পৃথিবী, নোংমদা কয়ারক হন্না কোয়বা ওয়ে। হৌজিকী পুন্সিদা মিটিং, সেমিনার, কনফরেন্স থানবা য়ারক্রে। রাজনীতিগী, অর্থনীতিগী

ধর্ম্মনীতিগী, সমাজনীতিগী, সাহিত্য, কলা কৃষ্টি অমসুং সংস্কৃতিগী অনৌবা পাউজেল নাকোং শীংজা য়েত্রে হায়রবতা মতাময়ে।

মসুংমদি থম্মোইদদি করম তৌরি ? মী অমগা মী অমগা জাতি অমগা জাতি অমগা থেম্নবা হেন্গৎলকপদগী থম্মোয় কয়াদা তাশোলনা তন্তনা থিময়ে। চৈনা কাওরবা মীওই কয়ানা মথনাউ তৎপমথৈ লাউহ্নলা লৈরি "অনৌবা পৃথিবী, অনৌবা মীওইবগী মপোক।"

ঐখোয়গী লমদদি পৃথিবীগী চাউথৎ-খোঙথাঙ শয়া তপ্না য়োয়কখি। চহী লিশিং লিশিংগী সভ্যতানা মালেম শীনবা থুংপ্রবা কান্দা ঐখোয়গী বিশ্ববিদ্যালয় অমসুং অয়াংবা থাকী শিক্ষা চহী চামফাওবা তত্রি। য়াহৌ খেঙলবনিনা হকচাং অসি তহা তহাই, পুক্নিং অসি চয়াং চয়াংতি। থায়নগী চৎনবী, হৌজিকালগী চৎনবী, ইয়েংবৎ য়েংশিনৈ। তুমহ্নলা লৈ-খোকনূরবা খেবনা, তপ্না লেপ্তুনা পহ্‌ৃং য়োথিগদবা থেঙ্গুনগী পাঙল খোইনবা হোৎনবগুম্বনি।

ঐখোয় ইরমদম থাদোক্তুনা মীরমদমদা য়াম্না চৎনিংতি। লৌশিং তাম্লুনবা চৎনবী কয়া তম্লুনবা, শয়া হায়রবদা মীয়ক তিম্লুনবা। চৎলুরিবা মপান খোক্ল্রিবা থরসিনা লৈহৌরবা, চৎহৌত্রবা মশীং য়াম্রবা কাংবু-শিং অসিদা নাপলগা লোয়ননা পাউদম্মী, শিন্না তাকই। লৌশিনবা তমলিগত্রা ?

অঙবম্ম কয়ানি, ঙমদবম্ম কোঙ্গায়নি। অহ্নবু য়াহং অমদি অনীমক্তা চপথাম্নে "ঐখোয়গী আইদেনটিতি হায়বদি অশেঙবা শক্তম কয়িনো" ইতিহাসতা য়েংলুই, ময়েক শেংদে, শাজৎ লমচৎতা য়েংলুই, ইতোং তোংশিনৈ। য়াজনীতি, ধর্ম্মনীতি, অর্থনীতি অমদি সমাজনীতি মনিং মথা য়াম্না তম্না উই। অ:চৎপা শক্তম লেংঙয়োইদবা ক্রিবম থশোক বিদোকপদা য়ানা খোক্নি। ময়েক শেংলিবদি 'মতৌ তম্না' অসিতনি।

চেকশিনগদবদি, মতৌ অম্বা হায়বসি পাঙদবগী পুদম্নি। ঐখোয় অভিয়াদগী চাউবোক ওইনা পোপ তায়কপা নত্তে। ঐখোয়গী আইদেন-টিটি মাঙকম খোক্তে। ঐখোয়গী পরমপরা লৈত্তবা নত্তে। ঐখোয়গী মতমগী ওইবা য়াথঙোন 'মোদর্নিটি' য়াওজদবা নত্তে। অহূনা নায়ক্তা শাৎপা কেতূকীনি হায়না কবিনা শীংথাবদা অঙকপা নত্তে।

হৌজিকী য়াফমদি ঐখোয় থয়া হেন্না বৈজ্ঞানিক ওইবা কৈ, 'সিস্তেম' মশক খঙনা থবক চথবা কৈ। কবোকংগুম কোয়ত্তাউ তাউহনা শাৎ-পবুদি থয়ো থম্বালগুম লৈমুংদগী থিঙৎলক্লগা নিংথিনা শাৎপা কৈ। মসিনা তুং কোইবা হেনগনি, কজবা চৎনবী পুখোকপা উমগনি।

থোকচোম যোগেন্দ্র সিংহ

# "লৈ পরেং" দা ডাক্তর কমল

কনা পূম্নমক্তা ওইবগুম্না কবিতাগী পোঁথোক হায়বসিদা ইহান হানবা অহুগা ভঙাইফদনা চঙলিবা পোৎচঙদি ইমোশন নত্রগা অশেংবা ফিলিং হায়বসিনি। হায়রিবা ইমোশন নত্রগা ফিলিং অসিদি কম্রিম্ম নত্তবা পুন্সিগী থৌদোক-থ্রাথোক, ইচম চম্বা থোম্বাং অমা তাক্লুবদগী, হৈ অমা লৈ অমা উক্লুবদগী, করিম্ম থওইনদবা পোৎ অমা থেংনরুবদগী ফাওবা পোক্লকপা য়াই। অতুমকপু কবিতা ওইনা থোক্লকপদদি কবি অহুনা মাগী থ্রাখল থম্মোয়গুংদা মতম কুইনা ভূমহন্দুনা থম্লম্লবা কম্ননা নত্রগা ফেন্সিগী পরিং-তিংনা লৈরিবা চান্নবা ইমেজ পূম্নমক অহু সবকন্সিঅস মাইন্দগী মতাং চানা পুংথোক-থোমদোরক্তুনা শাফু কন্না শীজিম্নরকপহু শোয়দনা থেংনগনি। মতাং অসিদা কবিনা থ্রাথলগী মঙলান অসিদা তাউথিবদগী মতম, মফম, মহাক্কী অকোয়বা পূম্নমক কাউথিগনি। অসিগুম্বা এক্সাইটমেণ্টনা থম্না লৈবা তেল্লবা মতমসিবু কবিগী ইন্সপিরেশন ফংবগী মতম্নি লৌনৈ। অমরোম্নদা ইন্সপিরেশন হায়বসি কবি অহুগী 'ষ্টেট ওফ ইমোশন'দুবুনি হায়না অর্থ হনৈ। অম্মুম্না অম্নাংবা ইমোশন নত্রগা ফিলিংদা তাউরবশিংদগী অশেংবা, অচুম্বা, ফজবা কবিতা পাবা তাবা ফংই। লোয়ননা, মসিগুম্বা অশেংবা অচুম্বা কবিতানা অপাবশিংগী ইমোশনবুম্মু লায়না আপীল তৌবা ঙম্মী, ময়েক শেংনা মায়পাক্না কম্যুনিকেৎ তৌবা ঙমহল্লি।

ডাক্তর কমলগা ঐখোয়গা শক খঙনবা অসি মাগী পুন্সিগী শিনফমদগী—মণিপুরী সাহিত্যগী সাহিত্যকার—কবি অমা ওইনা খঙনবনা হেল্লি—হেন্না নকশিনৈ।

কবি কমল হায়রগা মৈত্রবাক্তা মাবু খঙনদবা কনা য়াওবগে? মহাক মণিপুরী জাতিগী ওথোক্না লুরবা মতাং অমদা হিংথিবা মুপানি। ইশাগী লৈজরম্বা ইয়েক থাদোক্তুনা বাঙ্গালী ময়েক্না ঐখোয়গী ইয়েক

ওইনা চৎনরক্লবা, হৌজিক্কী চারোল-শুরোল্না ঐখোয়গী ইপা-ইপুগী সাহিত্যগী তাবু পুন্নমক মনম-মহা তাহল্লবমখৈ থম্লবা, অনৌবা ধর্ম্ম লৌরবা, পুন্নমকী মথক্তা বৃটিশকী শাসন মখাদা লোইলম ওইহন্না লৈরবা নীংতম্বগী মঙাল পুন্নমক মাঙপ্রবা মতমসিদা পোকখিবনি। য়ামত্রবদা, ইনাক খুল্লবা মমা-য়োম্না লৈখাত্তানা মাঙখিগদৌবা অসি উবদগী, অঙম্বা পাম্বৈনা অমুক্তং কনবা ঙমনবগীদমক হোৎনখিবশিং—নৌহৌনা মজাতিবু মিকপ থোক্লবা হৌদোকখিবা—য়াকাইরোল শকখিবা মতমচুগী খুৎমাবশিং চাউবা, অঙাং-হল, নবদ্বীপচন্দ্র, দরেন্দ্র, মীনকেতননচিংবশিংগী মরক্তা ডাক্তর কমল মাঙ-জিল থাবা অমনি। লোন অসিনা অরাংবা থাক য়োনা করিগুম্বা সংস্থান অমত্তদা তম্মবগী খুদোংচাবা লৈরমদে। অনৌবা উৎসাহগা লোয়ননা লোল অসিগী মতিঙ থঙলবা কবিনা থাক্তনা অমদি নাপনগা লোয়ননা খৌ-পোঙনা লাউখি,

মাতৃমন্দিরদা হৌবা লৈপালগী,
চাউখৎলকপা মশা মরেংনা,
অত্যাদা খৎসনু নোংগী লম্বী ;
পোথায়সনু মীরৈবাক্কী চেক্লা।
মৈতৈগী তম্পাক্তা হৌবা লৈরাং,
থাক্লসনু সমক্র য়াংমদনু
শাংলুসনু ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়দা ;
করি ঙম্লোইদগে "লৈ-পরেং" না তত্রবদি।

('মৈতৈ চনু')

পুকচেল খোইচেল তিন্নহন্না, ইরৈবাক্কী ওইবা ইশাগী ইশক তাকচবা মণিপুরী লোলগী সেবা লেপ্তনা তৌননবা, লেপ্তনা মতম পুম্বগী ওইবা য়াবা লুপ্তবা য়াবা য়াৱেং শৈরেং লাইরিক কয়া ইহন্না মমাগী সেবা তৌনবগী অরাংবা আশা উৎপা শৈরেংনি। পুন্না শৌগৎমিন্ননবা পাউজেল্লি।

মরৈবাক মজাতি নীংবগী অপান্নবা শৈরেংদি ইরমজ্রবম্ মাগী শৈরেং-শিংগী মচী মচীদা রাখল অসি য়েকপা শৈরেঙ্গী সুরদি ঐখোয়দা ওত্তনা ভাহল্লি। মরৈবাকপু কয়া য়াম্না লুনা অমদি লুম্না লৌজবগে খাবগী মতাংদা মানা হায়,

পোক্লকম লমদম খাদোকুমা, হাপ্তুনা থন্নাই খুবাক্তা,
লল ভানবা চৎনৈ খুদোংথীরবা মকমদা।
ইরৈবাক্কী মহুংদা মিংচৎ মমল য়ান্নবা,
ফুমহ্নরা লৈরি লৈন্নুংদা, ভাল্লুসি শকাহেনবা।

('চন্দ্রনদী')

মশানা হৈম্ব তোঙৈম্ব লৌজরবা—মীম'ন্নবা হুমন্ত্রে খল্লবদা মশাদা পেন্দবা পোন্নবই। মরৈবাক্কীদমক্তা হুংনাংবা পোকপা, শ উরপ তোবা লোন্দাদা রাকৎলি,

মাতৃ মন্দিরগী লৈনম হুংশিবা
ভপ্না লিরি লিরি শিৎপা হুংশিৎনা
হুমখিসনু মৈতৈ লৈবাক খুদিংদা,
তেকথৎসনু শিক্রম নাকুম্বা মৈতৈ।

('মৈতৈ চনু')

খাঙবা কনবা, নিংহন্নদবা কিদবা হায়বসি অশেংবা দেশভক্ত ভামা ওইবদা কয়া য়াম্না চাউনা চঙবগে.হায়বহুগী মতাংদা শৈথারি,

য়েংউ লৈবাক মচাশা! হিহোনবা সুপা'সে
হোল্লুরে মরুভূমি কয়াগী মথক্তা
মায়া মরীচিকাগা থেংনহ্নুনা;
থেংল্লুরে অঙম্বা লৈরাই কয়াদা,
ঈরাক্লুরে অরুবা হিদেন কয়ামুক্তা,
নল্লুরে চীং নাপোম কয়া লিখাইহুনা।

মতৌ অসুম্না ডাঃ কমলনা মাগী শৈরেং কয়াদা মপুং ওইনা নত্রবসু মচেৎ মচেৎ ওইনা মরৈবাক নীংবগী লুরবা শেংলবা ঈরিক অমা থিকথকি-রম্বগী শৈহেক-শৈদা য়েকপসি মরিক চুম্না উবা ফংই।

কমলনা মাগী মতমগী মণিপুরদা থেংনবা সমাজগী শককম্না পোথাহল্লবা অমা তত্তনা ফাওহল্লি। য়াখল অসিদা লুপ্তুনা লৈরুবদা মশাদা তোয়না সুংবংনবা অমা ফাওহনখি। মতম অতুগী শাফু কল্লবা অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োম্না য়োম্বা মরৈবাকচাশিং, য়াই-য়াদে, চুমদি চুনদেগী হক্না থুরবা ধর্ম্মগী চেক-পল, ওইদবা, তৌশিন্নবা নমথাক্লা থম্লবা সমাজগী ওইদবা মশক, মশাগীতা ওইজবা থিবা, অডম অডম তুহৎনবা থুন্নাই অতুগী মায়োক্তা লেপ্তুনা খোম্লাউ কয়া ল্যাউখি। মীওইবগী কান্নবা থবক তৌবগী য়াখল পোক্লবা অমদি থাদোকপগী পুকচেল চেন্নবগী মতাংদা,

পামলবদি মীগী কান্নবা
থাঙগদবনি মীনা ওৎপা
কনানা কান্নবা তৌথিবা,
থাঙথিদগে মীনা ওৎপা !
কংলো কংলো লৈহাও লৈরেন !
মিংচৎ উরোং খিল্লমতুনা।
থাদোক্লমলো অরেম্বা তাইবংপান,
হৌরুরো শান্তি লৈকোল্দা।

ধর্ম্ম, কুচু, জাৎ থায়দনা মীপুম খুদিংমকী মফমদা সুংশিবা থম্বা ভম্বনা পুন্সিদা কয়াদা সুংঙাইবা ফংগদবা—মীওইবগী অন্না-অনাদা ঐগী হায়বা থমদনা সেবা তৌবগী অন্নাংবা আদর্শ থাতুনা শৈশক্লি,

হে লৈবাকমচা মাতৃসেবক !
স্বার্থত্যাগকী শিদ-হিদাক
থাবিয়ু মন্দিরগী অকোম্নবদা
পুন্সিবা পান্নবদি মৈতৈ চনুগী।

মতম অসিদনি তশেংনা হুংঙাইবগী তুংনফম অমু কংননবা তানবা হোৎনবদা—অভ্যাস কয়া তৌননবা অইবনা ইঙ্গিৎ পীরিবা। অমুক্তা হেন্না লাইবক থীবদি মীওইবা হায়বসি তাইবং শেংবা মপুনা ফনা চেকশিন্না শেমচনন্থু চপচানা মপুং ফাবা, অন্নাৎপা অমত্তা য়াওন্রবা হায়বহুদি থক ওইদে। কবিনা মীওইবা পুন্সিগী মপুং ফাদবা শক্তম অসিগীদমক্তা নীংবা কায়বগী ইহল অমা ফাওবা মাগী কবিতাশিংদা থেংনৈ। জাতিগী ইতিহাসমু মপুং ফাদে—মী থরনা মতম থরদা ইরিবা—থোদোক-ন্নাথোক থরা অহুতনা ইতিহাস ওইদে। লামায় চম্ববা থোদোক-ন্নাথোক কয়া অমা কনা থঙবিদা কনা উবিদা শিঙেল অরেম্বা. লৈরাং অতিংঙা তাহুনা লৈরি। কাউজন থীবা মীওইবা মপোকনিনা মংগী মাগী মথোদা চন্নাংন-রিঙৈদা—মশক থঙদনা অরেম্বদা উকং ওইনা মংঙহনকদে হায়না চেকশিন্না ফোংঙদোকলি! পুন্সি হায়বসি মচু কয়াগী পুন্সিন্নবা ফজরবা লাই অমনি। লাই অসিবু মুন্না য়েংবা হৈবা—মশক থঙবা হায়বসি মচুশিং অহুবু মুন্না থঙবা হায়বনি। মচুশিংহুবু কুপ্না শেংনা থঙত্রিবমথৈ পুন্সিগী অশেংবা মশক অমদি মহ'ও থঙবা ওইথোক্তবনি। মপাম্বোংগী উরি-তারিবা থরসিনা পুন্সিগী চপচাবা মথল অমন্নুং মশক লেপ্পা লান্নি হায়না কমলনা হায়রি। অহুগা কবিনা তত্তনা নীংজরিবা অপাম্বদি মীওইবগী মরক্তা হেন্না ফবা. হেন্না মপুং ফাবা, হুংঙাইরবা সমাজ অমা পুন্নকপগী থাজবনি। মশা মশানা শোয়ররবা, মপুং ফাত্রবা পুন্সিগী মশক অসিবু মরোমদোম থঙজরক্তুনা—হেন্না ফবা, মপুং ফাবা সমাজ অদোমদা অনৌবা আশাগা লোয়ননা চঙলকপা অহুনি থোয়দানা য়েংজনিংলিবা কবিনা। 'নিজ্জ´নতা' দা অচিকপগী লাইরেম্বীনা ব্রহ্মচারীগী মফমদা তমথিবা অসিনা ঐথোয়গী হাযগী লৌনন্নিবা সমাজগী চৎনবী অমদি পুন্সিগী মমলবু শাথীনা লান্নি হায়না ফোঙদোক্লি,

সমাজগী ইতিহাস
মপুং ফাদে মপুং ফাদে।

খুমক্তা শানবা ৱারী,
মরীক চুমদে, মরীক চুমদে।

... ... ...

জাতিগী ইতিহাস হায়বসে
মিংনা উহৌবা, নাকোংনা তাহৌবা
মরিক চুম্না ইবত্তনি ৱারী খরা।
কোঙদোক্তবা পুৱিংগী ৱাদি
করম্না খঙগনি মহাক্না ?

... ... ...

পোংকী মমলবু অচুবা,
খঙহৌবা, উহৌবা, তাহৌবত্তনা
লেপনবয়নে চাংতম্নহনা ?

চিন্নবা লমদমসিদা চিন্নাইদবী মহৌশা লাইৱেন্মীগী মকমদগী অকুপ্পা তত্ত্ব অসি খঙলক্লবদা মপুং ফাদবা—অয়ানবা কয়ানা থল্লরা সমাজদগী তম্নকপা লৌরকপা মহৈ অহূ মরমসিদগী মপুং ফাদে হায়বা ব্রহ্মচারী মশানা ৱাজর্ষি অমমুং মাগী মফমদা অরোইবা ওইনা চঙজর্থি। মরম কয়াসিদগী মপুং ফাত্রবা সমাজ অহূদগী পেনত্রহনা তেংথানিংলকপা, মশা পান্দুনা পাইনিংলকপা—অশেংবা থম্মোইগী অপাম্বহূ কোঙদোক্লি,

ইমাগী তম্পাক্তা তুমগুম
তুমজগে নঙগী তম্পাক্তা।
শান্তিগী মশক ওইবা অমৃত
চুপচহনা হিংজগে ৱাইবী থৱাই।
লিন্নাগুম থম্নাথক্তা পকপা
পুন্সিসি তয়াং তশোইবা

থম্না খেল্লোংনা ভামথবা মতমদা
তিল্লগে নঙগী পুক্নিং পুক্রিদা।

অম্মুম্না মশা পুম্মক কথোক্তুনা মহৌশা কোৎনা লাইরেম্বীগী মকথদা চঙজখিবনি। ‘কুটিল ওইরবা সমাজ’গী অনৌবা হেন্না ফবা, মপুংফাবা সমাজ অমগী আশা ভৌরি।

কমলগা প্রকৃতিগা অনীগী মরক্তা লৈরিবা মরী অসিদা য়াম্না শেংবা—মমা অমম্মুং মচা অনীগী মরক্তা লৈবা তৎন—থাজবা মরী অচু উরকই। মাগী শৈরেং অয়াম্বা মহৌশা লাইরেম্বীবু নীংথিনা, থোয়দানা থাবা অসি মৈতৈ কবিশিংগী মরক্তা ভাঙনা থোকই। মহাক্না মহাক্কী শৈরেং খুৎথাদা মায় য়াম্না পাক্না ংরিবা—কবিগী অশেংবা আসন পীরিবম্মু মতাং অসিদগীনি হায়বা য়াই। শেংলবা থম্মোইনা প্রকৃতিবু মুন্না কুপ্না য়েংই—মহাক্কী ভম্পাক্তা য়াতাজে শায়জে পুন্সিগী অরুবা পাউভাক পারা ভক্ষম ওম্না গুরু ওই। মনুংগী ময়াইদা শুদ্ধৎতুনা লেপত্রবা কল্পনাগী ইচেল্দা ভাওথরিবা কলাকার অমা ওই। মাগী ‘খোংগমমেলৈ’, ‘লৈপাকলৈ’, ‘খোইমু অমম্মুং লৈ’ চম্না ইংনা ফজবা প্রকৃতিবু শিংথংবা কবিতানি। অপাবদা লায়না হেক্তা য়েংহনবা ভম্বা মাগী দৃশ্য খুৎয়েক্নি,

অপাম হুংশি কায়নরবদা কনাগুম্বনা
লাউ-খোংহ্নুনা কপথোরক্লনি খন্দুনা
ভেন শৎত্রে ভেন্দোংদগী নিত্রা দেবীনা
অহিংসিদা অম্মুক্কী মভিক চিক্লবা,
অমুত্তাপ্না চাক্লবা থম্মোয়সিবু ইংহম্নবা
নিত্রা কদায়—শান্তি কদায়—কদায় থাবল?

অম্মুম্না প্রকৃতিগা কবিগা ভোংন-ভিম্মনা লৈরম্বদগী মমৈথংদদি অনী অসিনা অমত্তা ওইখিবা উগনি। মতাংহুদা কবিনা অন্নাংবা কল্পনাগী অয়োবী থাক য়োনা কাজে। থাক-অসি য়োবদদি মীচম্না থক য়োগে

কংজেবা কমনাগী ঈচেলদা তাউথখিহ্লনা—প্রকৃতি মশামক্তা শকপায়দনা য়ারী চীন্না শাবা ওম্মী। য়াংলবা মফম অসিগী প্রকৃতিগী বর্ণন তৌরকপদা উরু—থেংনরুবা পূম্নমক অহিংবা ঈ-তোংগী মী (কেরেক্তর) ওইহনবা ওগা শক্তি পারসোনিফিকেশন হায়বহ মাগী কবিতাশিংদা তত্তনা থেংনৈ। অহুগা রোমান্তিসিজমগী হৌইনদা মশাগী হান্না ওইরিবা মশক—ফিজমদগী হেন্না য়াংবা জগত্তা পুখতুনা থাগৎলি হায়বদি আইদিয়েলাইজ তৌবা থেংনৈ। প্রকৃতিবু মথোং কায়র্রিবী কনাগুম্বী নুপী অমগী শকুম লৌহুনা শৈথারি,

পোমশাংনবী শিংতেল্লো!<br>
ওখোরুম্ন ইকাই খিব্রেদা!<br>
থুনমক শাংকাইরক্লো;<br>
তাল্লয়ো উনা মরক্তা।<br>
ময়ুমদা উনা পুংবা<br>
কব্লিগী নৈরি লোতুনা।

('খোইমু অমনুং নৈ')

'কাকিগী লেমহৌরবা মথাক'না শকপায়দনা চোংথোরকুনা তেংথারি কবিগী থম্মোয়দা,

মচা ফাওবী শঙ্গী অংখায়া,<br>
মৈচাক খাও'গুম চেন-চোংহুনা,<br>
উনা-থক্তা তা'গুম অহিং লিন্নানা,<br>
অন্নাবা পি শিহরি ওম্না খোইনা।

অমুন্না কমলগী মথুত্তদি মানা য়েংলুবা তাকুবা থেংনরুবা পূম্নমক্তা অহিংবা শককম লৌহুনা য়ারী শাবা, অন্নাবা—অনাবা—পুক্লিংগী অপাম্বা পূম্নমক কোকলোকুনা শরুক য়ারবা অসি তত্তনা থেংনৈ মাগী কবিতাশিংদা। মীওইবগী অন্না-অনা কন্নাদা শরুক য়াবা ওমহল্লি। মহৌশাগী শকুম

পুরমক মরু ওইবা কেরেঙুরশিংদা কাওবা ইখোশন—কিদিং পুরমক কাও-হল্লি,

পাস্তা শাংপা খরো কয়ানা
অত্যাগী থরাম্মিচাকপু রেংহনা
নোকফেং ভোরি করেমবগুম্না
অত্যাদা খোকপা নাপল চাউরবা
থরাম্মিচাক্না ভয়াং ভশোইবা।
মতিল শিংখরি খরো ভম্না,
পুক্নিংদা উশি তুবগা লোয়নবা।
খরো খিবিক্না শাউরক্লে,
পাংয়াইদা হাই হুরক্লে।
ঈথক হৌরকলে পাংকী ঈশিংনা
থামজিনবা লাকনরি চাংজোনা।

(‘চিরবিদায়’)

কবি কমলগী থম্মোয় য়াম্না খোংলি। মসিমক্না লিচিং ওইহনা হুংশিববু লুনা চাম্না শেংনা লোজবা মীওইনি। মহাক ভশেংনমক হুংশি-বগী পুজারীনি হায়বা য়াই। মহাক্কী হুংশিবদি ভথক-ভথকপা ঈরাংদা অপাম্বগী লিচিংনা চেন্দুনা পুবা মওং অহু নত্তে। কবিগী হুংশিবগী শৈখাবা অসি ঈংনা মরিক চুম্না নীংখিজে। কবিগী থম্মোয়না কাওখি,

লৈ :— খাংজেংবা! পোমশাংনবা হায়বসি,
মতম্নিদা খুদোং শীরবা!
থল্লবম্ হৌজিকমক শাংসি,
মপুং ফাত্রি ইনম হুংশিবা।
শাউহনা লৈসি হায়রবম্.
চনগনি অপোম্বা শীংদা।

মথোং কারক্লিবী— জ্ঞান তাদনা কণ্ডাওননা কৈরিবী হেদোই-হেন্নাউ কারিবী পোমশাংনবী কয়া উরুবদা খোইমুনা হায়রি,

খোইমু :— নৌনা পোমলকলিবী লৈরাংশা !
কনা য়েংহনা হয়াওবগে ?
মাইথোং কয়া নোক্লিবীশা !
করি খন্দুনা মকারাম্বগে ?
তমথীরবা তীম্না চিকুনা,
অরেম্বদা কংগনি খন্দ্রবোই !

ইনখংলকপা, মথোং কারকপগী খুদমনি অহানবদা উরিবা শক্তম। অহুবু সুংশিবগী অশেংবা মশক খংলবা বহিনা পাঙল বল্লবা সুংশিবা কৌবসিগী মণিক-মণ্ডপ কয়া শক্লি। হিজ্জাম্না কোনশিনবা ভমত্রবা সুংশিবগী শক্তমনি হায়রি। 'বিশ্ব-প্রেম'দা কবিনা উংলি,

হে পাখংশা ! বিজ্ঞান হৈরবা,
করিগীনো মন্ত্রবু থাজত্রিবা ?
পাল্লবদা সুংশিবগী মন্ত্রনা
মিং তাংগনি পাংনা পাংনা
না পঙগনি তা-না তা-না ;
পঙগনি লৌশিং থোনা থোনা।

অহুগা সুংশিবনা তৌবা ভমদবা অমা অমুক লৈতে ; লোয়নবা পুন্নমক কখোকপা থাত্রবা অসি অশেংবা সুংশিবগী মকমদা তিনবনি।

চৈ থাংলবসু সুংশিবা মীনা,
হীদাক অথাবা চাবগুম্না
হেন্না তেকখৎকনি নশাহু
হেন্না সুভাইগনি নপুক্লিংহু।

পুন্নমক অসি খরা লায়বা সুংশিবগী চাংনি—পাল্লিবা পুন্নমক্তা লৌশিনবা হায়বসিনা মাং থাবা সুংশিবা মখলনি। শীথোকপগী রা য়াওদে।/

মসিদগী হেন্না নুংশিনবা অরুবা মথলগী নুংশিবদি মী পুন্নমক্কী মকমদা লৈমু-ন্নাদবা পীথোকপা ভবগী পান্নল চঙবা পুন্নমকপু নুংশিবা ভখা—চান্নবা চান্নদবা খেন্নবা লৈতবা—বিশ্বপ্রেমগী মশক অহুনি কবিনা আদর্শ ওইনা পামজনা য়েকচরিবা। মসিদি মশাগী য়েংদনা থাদোকপা ভবগী অচৌবা শ্রদ্ধা—পান্নল চঙই। কবিনা শৈথাই,

সননিক পরেং নুংশিবগী,
হুক্তোক্কুনা নুংশিবগী ভকশমদগী,
য়েক্কবদা শিখিবা ভন্নবা,
প্রেমিক কৌই মুপাত্র অশেংবা।

( 'বিশ্বপ্রেম' )

'চির বিদায়' হায়বা শৈরেং অসিদা মপাম্বোংদা য়েংবদা মুন্না অমগা মানা চান্না য়োকচবা ভেনন্না অমগগী মরক্তা লৈবা খম্মোয়গী মরী অহু অয়োবী মুরদা কবিনা শৈহেকই। ভেনন্না অহুবু পুলিগী অন্না-অনা কয়াগী মশক খম্মোয়দা কাওহন্না পায়সোনিফাই ভৌহুনা পুথোকই লোয়-ননা য়া ভাঙহল্লি।

নুংশিবগী মশক য়েকপদা নত্তনা মপুং কাদবা অমাজগী মশক উহল্লি অহুগা অনৌবা অর্থদা পুল্লিবু অর্থ হন্নবা লাক্লাই,

… … …

অপাম্বা উমং য়েংহুনা
থাদোক্লন্নো নুংশি লমদম
লাক্লরো নুংঙাইবা নহুম
পুকনিং চাবা উশা খক্তা,
ভোংলুরো চান্নবী ইক্তা।

সমাজগী পীকলবা—খুন্নবা মীৎয়েংগী মনুংদা য়েক্কবনা কোন্নশিনপ্রবা মতমদা মুন্নানা ভেনন্নাহুগী য়াইবী মাঙলগন্ত্র। চিংনরহুনা—থাদোকলগে খম্নুনা হায়রকই :

হৃদক মপোকসিগীদমক,
মতম কুইনা কাউদনবা
লৌয়েকো নংগী কোটোসি ;
খাদোকলয়ো মুংশি লমদম

বিজ্ঞানগী যুগসিদা বিজ্ঞান্না খুদুম চনবা ভমদবা ঋয়া লৈরিবা—খম্মোয়গী য়াদু কবিনা ফোঙদোকলি। খোঞ্জেলচনা অয়াবা খোয়েলগা লোয়ননা হায়—হৌজিকী সমাজদা মীনা মীগী পুন্সিগী মমল লেপ্লবা লাক্লবা—খম্মোয়গী শক্তম লেপ্লবা হোৎনবা পুন্নমকসি ওইখোক্তবনি,

— ... —

মুংশিবা খোকত্রবা পুক্সিংনা
করি কায়ে ফোটো চামা থেক্তুনা ?
অযরোমদা হায়রুরগা—
মীগী পুক্সিং ঈচেল হোংলকপা,
চেংলৌ শকক্ম হোংলকপা
ভগবনে ফোটোনা মতুং ইনবা ?

অচুনা চেকলা অচুনা 'নিংথৌ, প্রজা, চাক্লিবা, ইনাকখুনবা' চপমান্নবা অকুৎ অভোঙ লৈতবা— মপুং ফাবা খুন্নাই (উমং) অমদা থাদোকপীনবা হায়জরি। অতোনবা মপোক্তা নত্রগা তোঙানবা মপোক্তা পোকলবস্থু থম্মোয় পুন্নমক চপ মায়ে,

পাইত্রে চেকলাসে, লেংবাল্দা তোংলয়ে।
অয়াবা খোঞ্জেম্না খোংলয়ে।
খোঞ্জেন্দু তাবদা অয়াবা,
পি শিন্দ্রে উরী-য়ারী ফাওবা।

কবি কমলনা মীওইবগী পুন্সি অমদি সমাজ অসিবু য়াম্না কুপ্না য়েংশিন্দুনা খুৎ থাই হায়বসি মাগী শৈরেংশিংদগী তরু তরুনা উবা ফংই।

মহাক্কী থৃংইদা হিয়ুমনিজমগী শেংলবা মশক অসি ময়েক শেংনা উবা অহুম ফংই। মানা শাগৎকে হোৎনরিবা সমাজদি অকুৎ-অত্তোং লৈতবা, লৈতেম চপমান্নবা সমাজ অমনি। মহাক্কী সমাজদা নিংথৌ অমদি চাক-নিবগী খেন্নবা লৈতে। মীওইবগী, তোল্লবা শা-ঙা পুম্নমক্কী থস্মোয়নবু অমত্তা ওইনা মান্নবা থনবা, তোল্ল-তারবা কয়াবু মীৎয়েং অমত্তদা য়েংবা ঙম্বা—মুংশিবা ঙম্বা—থাদোকপগী পূকচেলনা মাঙওইনবা—মশাগী য়েংদবা স্বার্থত্যাগ; মীওইবগী য়াইফ-মুংঙাই লথাদা য়েংবা, জাতি ভেদ থমদবা; মীওইবগী সেবানা হিংবগী লমজিং ওইবা—অন্না-অনা থিদবা, ধর্ম্মগী অথূবা চেকপলগী কোড়দা লৈতবা, গুণ কয়ানা লৈতেংবা—মাম্নবা থুন্নাইগী মশক অহু শাগৎপনি। অমুম্না মপাম্মোংগী উরিবা ওইদবা শকফম কুয়োম অসি থাদোকুনা অনৌবা ইত্তোপ তোপ্পা হিয়ুমেন'এণ্ড সোসিয়েল ভেল্যুজ থরগী যুম্ফম অমুক হন্না খোমগৎপনি। মসিদা লৈরে ডাক্তর কমলগী থৃং-ইদা অনৌবা হিয়ুমেন ভেল্যুজ। লিচিং অসোমদা য়েংবদা মাগী শৈরেংশিং মরু ওইনা 'মৈতৈ চনু', 'চিংয়াগী লৈহাও', 'বিশ্ব-প্রেম', 'কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা', 'লৈপাকলৈ', নচিংবদা ময়েক শেংনা উবা থেংনগনি।

ডাক্তর কমলগী শৈরেংশিংদা শীজিন্নরিবা লোল অসি য়াম্না চম্বা কৈ। য়াম্না মরিক চুম্মী। মীয়ামগী ওইবা লোল্লানি। য়েক্লিবা দৃশ্য-পোৎ, য়াথোক—খোদোকশিংগী মশক থাবদা য়াম্না চানবা লোল ওই—খনববু ওইরবস্নু খন্দববু ওইরবস্নু। চানবা লোল ওইবনির্না কবিনা মুহুংহঞ্জিনবা য়েংলিবা অদোমদা অপাবদা লায়না অমদি থুনা য়োহনবা ঙম-দ্রি—মুংঙাইহল্লি। অকনবা লোন অমত্তা শীজিন্নবা থেংনদে। য়াম্না উম্না—মোংহাদবা—অথোৎপা, তোবগীদি থস্মোয়দা অপান্নবা—দং—লাউনা হেক পানবা লোল মক্তনি। করিগুম্বদা মীগী থস্মোয় শোক-হনবা—নাহনবা লোল শীজিন্নদে—অহুবু মচেক্কা য়ৈরগা মন্নানা পানবা লোল্লাদি থন্নমক য়াওদবা নত্তে। করিগুম্বা থোদোক অমা ঙম্বা, দৃশ্য অমা য়েকপা, ফিভম অমগী বর্নণ তোগে হেক নীংলকপদা—পোৎ অহুদা য়াম্না

কৃপথনা য়েংই—থি। ইমোশন নত্রগা অশেংবা ফিজিং অমদা মাগী কল্পনানা খুন্নাক্লই। মতম অদুদা মাগী সবকন্সিয়স লৈজদা লৈবা কবিগী ৱাখল অমদি পুক্নিংদা, শম্না হায়রবদা লেংহুনা লৈরবা ইনাক খুল্লবা ৱাখলগী ৱাহৈ পুক্নৈদগী মরী মরী লেংলক্লুনা মস্তোমস্তা থোরকই। অমুক থম্লুবা থিরুবা হায়রবহু তৌদে। ৱাখলগা মস্তা চানবা য়েংহুনা লোল ওইনা শীজিন্নরকই। চান্নবা অহুম মওই। মশিমক্কা ওইবা তাই হায়নরিবা—কবিদি পোক্লকপনি—পোকলকপদা য়াওরকপা গুণনি কবিহু। অহুনা মানা শোকলুবা পুন্নমক সনা ওন্নিবা —সাহিত্যগী অশেংবা পোপোক।

লৈবাক্নে লৈরাংনা ফুগায়না শাৎপা মী পুন্নমক ইনরে। অহুবু কনাগী খুত্তা থোৎ-নৌরবা লৈরাংসিবু অম্মুম্না পোকহনগ্রবগে ?

নারক্তা শাংপী খোঙনেম্না, লম্নাংদা শাংপী পাঙ্গনবী
কালেন মুংশা খ ঙজরবা, ইঙাগী মোং নংজররী
ইঙেনগী লেন থাঙলবী মুংশিৎ থেংনরবা শক্তিবুগী।

শৈরেংগী থুৎথা থুদিংমক্তা অম্মুম্না থোৎপা নোবা চান্নবা—মশাগী অশেংবা তোপতোপ্পা মশক অমা তত্তুনা দিমাগু তৌর শৈলী অমা, কমলগী মশাগী ওইবা শৈলী। মাগী থুৎই-থুৎথা অসিনা য়েকপদা থাই-দগী পকচবা-ফজনা উবা-মাগী মথুত্তা অনৌবা থরাই হাপ্পুনা হিঙ্গৎহনবা ওমদি—দৃশ্য য়েকপদনি। মাগী দৃশ্য য়েকপদা অমুক মরিক চুম্বগুম, অত্তোপ্পা থোজ্জৈ পায়বশিংদগী পঙথেং থেংনদে।

শেংনা চানবা লোম্না ফোঙদোফপা ওইবনা —তম্নিংলিবা পাউ অহু য়াম্না শেংই—তরু-তরুই—ইচম চম্নী। য়াম্না রোমান্টিক ওইবা থুৎ-ইন্দা—ৱাংলবা আদর্শবাদকী ফিদম লৌহুনা ডাক্তর কমলনা শৈরেং ইবনি—স্পোনটেনিয়স ওইবা পোথোকমক্তনি। এপিগ্রামেটিক টোন্দা নেসনেল রিভ্রৈক্রিং অমা য়াওনা মায় পক্না থুৎ থাখিবা কাবি কমলনি।

'মাতৃ তর্পণ', 'কাক্চিপুরগী লেমহৌবা মথাক' নডিংবা শৈরেংশিংদা কবিগী ঈ-তোং য়াওনা ইবগী খুদম ফংই :

অরেপ্পা নাইদনা চেল্লিবা,
হে ব্রহ্মপুত্র পুকচেল ভগ্নবা,
কৎচরি হৈ-লৈসি নংগী গর্ভদা,
শিন্নবিরম্মুকো ইমাগী খুয়াদা।

('মায় তপন')

শন্না হায়রবদা ডাক্তর কমলগী লোনবু হৈশিংনা শীজিন্নবসিদা মিক্রেং অমদি ময়াওরে হায়নিংঙি। অপাববু চিংশিনবা—হন্না হন্না পানিংবা—পাবদা নুংঙাইবা—খম্মোয়দা নুংঙাইবা অপেনবা অমা তত্তনা পী। খদনবু ওইরবসু খঙদনবু ওইরবসু মাপী অন্নাংবা কল্পনানা য়েক্লিবা কবিতাশিংদা মথল কয়াগী অলঙ্কার নীংথিনা শীজিন্নবা উই। "লৈ-পরেং" অসিগী লৈনা খুদিংমক ফজবা মচু কয়াগী লৈশিংনা—অলঙ্কারগী মতেংনা—লৈতেংবচু উবা ফংই।

শব্দ অলঙ্কার, অর্থ অলঙ্কারগী মগুংদগী কবি কমলনা মরু ওইনা শীজিন্নরিবা লৈতেংদি মরু ওইনা উপমা, রূপক, অনুপ্রাস, উৎপ্রেক্ষা, উল্লেখ, দৃষ্টান্ত, সন্দেহ, শ্লেস—নচিংবা অসিনা খরা হেল্লি। ছন্দ, তাল, মাত্রা কায়হন্দনা ফোঙদোকপা শৈরেংশিংনা কবিগী অপাম্বা ওইনা তৌই। অয়াম্বা শৈরেংদা নাকোংদা তাবগী নুংঙাইবা অমা চন্দ কায়দনা চৎপগী মতৌ উরি-তারি। সংস্কৃত, বাঙালীগী লোন ব্রজবুলি কয়া লৌরুবসিমদি কবিগী করম্বা অপাম্বনো খঙল্লে। তৌবমক্তি, মসিগী কান্নবা উবা ফংদে। তৌবগীদি মতম অমগী অকনবা সমাজগী চৎনরোলনা ইন্দুনা তৌখিবা ওইরম্বা তাই। শৈরেংশিংগী মিংথোলদা 'চিরবিদায়', 'অতীতের স্মৃতি', 'নীরব রজনী', 'নির্জ্জনতা' খোল্লুবা মণিপুরী লোন চান্নবা ফংদবনরা? অদুগা অমুক মণিপুরী লোন শরক্তা শীজিন্নরিবা মৃত্যুমুক্তি, চিরসহচর, স্মৃতি, শালগ্রাম, দৃশ্যাবলী-নচিংবা ৱাহৈশিং অসিদি লোন মরক্তা লূপথবা ঙমদ্রে তাউথৎতুনা অদুম মরৈরে—মোচম অপাবদা চান্নকাক্তে। খরসি নত্তুনা কমলনা ৱাহৈ শীজিন্নবদা কা হেন্না শোয়বা থেংনদে।

অকৰা অশেংবা কবিতাদি মতম, মফম, জাৎ-বিজাৎ, ধৰ্ম, কুচুগী খেন্নবা লৈতনা মীওইবা জাতিগী মতম পুম্বগী হরাউনিংঙাই, নুংঙাইনিংঙাই, তম্নিংঙাই ওইবা অশেংবা লন ওইদুনা লৈ। মানব জাতিগী মতম পুম্নমক্কী য়ুনিভরসেলিটি ওইবা ফজবা কবিতাগী লৈ-পরেং অসি ঐ:খায়দা থুদোল তৌরম্বগীদমক্তা কবি কমলগী মমিং অসি মুৎপা নাইদনা মণিপুরা সাহিত্যগী ইতিহাসতা সনাগী কালিনা ইদুনা অমম্মুং মতম পুম্নমক্তা লংনা ঙান্দুনা লৈগনি

এস. দামোদর সিংহ

# মণিপুরী কবিতাদা আধুনিকতা

সাহিত্যদা আধুনিকতা (ইংরেজীদা মোদর্নিতি) হায়বসি য়াম্না শাক্লু য়াওবা ৱাথল পরীং অমনি, পুন্সিগী মিৎয়েং অমনি অমম্মুং করিগুম্বদা পুন্সিগী মমল নত্রগা পান্দম অমম্মুনি। মসিগী মরুওইবা মগুণদি স্থিগী পাঙ্গল য়াওবা পুক্নি'মতানি, ঐতিহাসিক ওইবা মিৎয়েংদা 'হেন্না কবা' হায়বা পান্দম অমবু থিবনি—স্থিগা ঈরোইনবা সুংকাও অমনি। 'অকবা' হায়বহুদা পেস্থোকুনা লৈবগী মহুত্তা 'হেন্না কবা' হায়বা মগুণবু থিবগী লোইনাইত্রবা খোঙচৎ অমনি। হোংবা, চাওখৎপা অমম্মুং হেন্না কবা মগুণ অমবু থিবগী খোঙচৎ ওইবনা মসিদা মিৎশিং-নাশিংবা সুংকাও অমম্মুং চাংদম্নবগী ৱাথল অমম্মু য়াওরি। মসিনা মরম ওইরহুনা মোদর্নিত্ত অমগী মিৎয়েং ঐতিহাসিক ওইরকই,—থায়নগা হৌজিকা চাংদম্নবগী অমম্মুং তুংদা ওইরকদৌরিবা ফিভমগীদমক মিৎয়েং শাংনা য়েংবা ভারকই। মখোয়না মীওইববু অমম্মুং মখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা ফিভমবু মশক য়াম্না মুন্না খঙদি অমম্মুং থিজিন্নি। মিৎশিং-নাশিংনা খঙজিনবা (ক্রিতিকেল এৱায়ারনেস) হায়বসিমক মখোয়গী ভেল্যু অমনি। মসিদগী, থায়নগী মিৎয়েং অমম্মুং মখোয়গী মিৎয়েংগগী মরক্তা খেন্নবা লাকই। থায়নগী মিৎয়েংদা মীওইবগী পুন্সি অমম্মুং মখোয়গী অকোয়বদা লৈবা ফিভম অনী অসি অমত্তনি হায়না লৌরম্মী; অনী অসি তেংগান তোঙানবা পোৎশক্নি হায়বা খঙলমদে। মোদর্নিত্ত-শিংদি মখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা ফিভমবু য়াম্না মন্নুংহজিন্না খঙি। অসিগুম্বা ঐতিহাসিক ওইবা সুংকাও অসি মখোয়গী অখোইবা মগুণ

অমনি। অসিগুম্বা ঐতিহাসিক ওইবা অমম্বুং চাংদমনবগী বাখল পরীং অসিদা—হৌজিক হৌজিক থোকইবা (সমকালীন ওইবা) থুদিংমক মোর্দন তঙাইফদনা ওইগনি হায়বা নৈনে। মরম অসিনা মোর্দনিস্তি হায়বসিগা কোন্তেম্পোরেনিস্তি (সমকালীন ওইবা) হায়বসিগম্ব্ খেন্নে। হেন্না কনা মগুণ অমা খিবগী নত্রগা চাঙখৎপা হায়বত্বু থিবগী মিৎয়েংদা মোর্দনিস্তিদা অনৌবা হায়বত্বু পামজবগী বাখলম্ব্ য়াওদবা নত্তে। ত্রেদিশনগা মোর্দনিস্তিগম্ব্ য়ান্না অর্থ নৈনা মরী নৈনৈ। মোর্দনিস্তি হায়বসি অহাঙবা অমা ওইনা নৈবা নত্তে। মশাগী খুদোংচাবা মতুংইন্না মোর্দনিস্তিনা ত্রেদিশনবু য়ান্না দাইনামিক ওইবা মিৎয়েংদা অনৌবা অর্থ অমম্বুং মঙালদা লৌননবম্ব্ লাকনৈ। ত্রেদিশনবু পূজা তৌবম্ব্ নত্তে, পুমনং লংশেকপ্রবনি হায়বম্ব্ নৈনে।

অসিগুম্বা হেন্না কনা ভেল্যু খিবগী লোইনাইরবা থোঙচত্তা মোর্দনিস্তিদা অনৌবা হায়বত্বু পামজবগী মখক্তা চঙিক ওইরবা পুন্নমকপু লংশেকপা হায়বা বাখল অমম্ব্ য়াওরি। ঐতিহাসিক ওইবা মিৎয়েং, ত্রেদিশনবু রিভাইতেলাইজ তৌবা পাম্বা, হেন্না কনা ভেল্যু সিস্তেম অমবু খিবা, মীওইবগী কিন্তম ফগৎহন্নবগী হোৎনবা, অসিনচিংবা মুল্য মমল কয়া অসিনা মোর্দনিস্তিগী শকতম ওইরি। ইতিহাসকী থোঙনৈ মতুংদা, সমাজগী শাফু কয়ানা মীওইবগী অমম্বুং মখোয়গী অকোয়বদা নৈবা কিন্তমগী অহোংবা কয়া থোকহল্লি। অইবশিংনা মীওইবগী লাইবকী অমম্বুং দান্নীস্তগী বাখল খনবা হেক্তিল্লকই। সমাজগী শাফু কয়ানা মীওইবদা পীবা প্রভাবপু অইবশিংনা মশক য়ুন্না খঙহনা প্রভাবশিং অসিবু মখোয়গী থুংইদা অচুম্বগা লোয়ননা লান্থোক্লবা আধুনিক অইবশিংনা হোৎনরকই। পুন্সিদা অমম্বুং বাখলদা পাকচাউনা অহোংবা কয়া লাকখিবনা মখোয়না হায়গী কনা মওং পুগাইহনা অনৌবা মকোঙদোক পুখোরকই, মরমদি অরিবা কনা মওংনা অনৌবা শাফুবু, অনৌবা পুন্সি অমম্বুং সমাজবু মশক ভাকপদা য়ানা থোকই। মরম

অহুনা মখোয়না অনৌবা কলাগী চাংয়েং কয়া পুথোরকই। অহুবু মোদর্নিষ্টশিংগী মসিমদি অকন্নবা ত্তাইনদি হায়বসি নৈতে। থুগাইবা, শাগৎপা, অমুক থুগাইবা অমসুং অমুক শাগৎপগী লোইনাইত্রবা থোক্চৎ ওইরকই। অরেপ্পা অকন্নবা হায়বহু লৈরক্রে। অসিগুম্বা দাইয়েলেক্তিক ওইবা কলাগী থোক্চৎ অসিনসু মখোয়দসু চম্মবা পোকহল্লি। নোংচুপকী অইবশিংনা—হোৎনবা, লাল হৌবা অহুগা লানচিং কিয়ালদি থেক্তবা হায়বা মওংগী রাথল পোক্লকুনা অসিগুম্বা কা হেজিনবগী লম্বী য়াৎলকই। মসিমক্তনা আলোচক থরনা হায়—মোদর্নিজমগী অয়োইবা নৈতে।

নোংচুপকী সংস্কৃতিদা ইতিহাস অমসুং সমাজগী শাকুশিংনা ময়ম ওইহনা চাউরবা অহোংবা কয়া যুগ অসিদা লাকখি। অহোংবশিং অসি পুরকখিবগী মরুওইবা ময়ম থয়া নৈ। হকচাংগী পুন্সি (ফিজিকেল লাইফ) তা বিজ্ঞান অমসুং তেক্নোলোজিনা অঙকপা কংনা চাঙথৎ-লকপগা লোয়ননা থাইনগী সুপনম (ওথোরিতেরিয়ান) ওইবা সমাজগী পুন্সিবু মচেৎ মচেৎ ওইনা থুগাইরকই। বাইওলোজিষ্টশিংগী অনৌবা জ্ঞাননা থায়নগী ধর্মগী থাজনবিবু মরুকংনা মাঙহন্নকই। ফ্রোইদ (Freud) অমসুং অতৈ সাইকোলোজিষ্টশিংনা মবকলস অমসুং অন-কলসগী অনৌবা জ্ঞান পুথোরকুনা মীওইবগী মশাগী দায়ীত্বদা চৈথেং পীহনা মশাগী শাজং লেপ্পদা অনৌবা মতাম পীরি। মায়না মীওইবা ক্লাস স্ত্রকচরবু থিজিন্দুনা অনৌবা সমাজ অমগী শক্তম লাংলকখি। আইনুত্তাইনগী রিলেতিভিতিগী রাথম—অয়েম্পা (absolute) হায়বা অমা করিশু নৈতে, ওহাক্তুং মরী নৈনবগী রানি—হায়বা অনৌবা থিংয়েংনা মীওইবা পুন্সিদা মথাংচৈদগী থেরবা অর্থ পীরকই। মতম হায়বসি পরেংশানা তোঙান তোঙাম্না নৈবা শরদবা বিন্দুশিং নত্তে। মসিদি অহৌবা অয়োইবা নাইত্রবা তৎত্রবা ঈচেল নত্রগা অমরনি (ইত্তরনিতি) হায়বা রাথল লাকই।

মসিনা হিন্দুশিংগী থাজনবী—অনৌবা মপোক থ্ংগাইবা অমম্বুং শাগৎপগা—নকশিন্নরকই। মতমদি মায়ানি,—হৌগ্রবা, হৌজিক, হয়েং হায়বা পুন্নমক ইতনিথিদা য়াওরিবনি,—পুন্নমক অসি ঐখোয়গী কল্পনানা নীংশিংবগী শক্তিনা শম্নহনবা ঙম্মী হায়বসি নোংচুপকী অইবশিং ইলিয়ট, জেমস জোইস, আইওনেস্কো, সামুয়েল বেকেট নচিংবশিংনা উৎলি। কন্নবা শাফুর্শিং অসিনা মোর্দন সেন্সিবিলিটিগী অয়েৌবী থাক অমা পুরকখি। মোদর্নিটিগা কোন্তেম্পোরেনিটিগা খেন্নবা লৈরক্কবগী অথুবা মওং অমম্মু লাকই। মীওইবগী চেৎনা থাজনবা পুন্নমক কায়থিত্থনা হৌগ্রবা হায়বসিমদি পুন্সিগী লোইবা নাইত্রবা ঈচেলদা লূপগ্রবনি, অতুগা লাকদৌরিবা হায়বত্থম্মু মশক উত্রি হায়না থম্মিল্লক্তুনা অওইবা (রিএলিটি) হায়বসি হৌজিক হৌজিকী ওইরিবা যিকূপ অসিনি হায়বা ৱাখল মোদর্নিষ্টশিংদা থোরকই। মসিদগী একজিস্টেন্সিয়েলিজমগী হিংবা হায়বসি মতম পুম্বদা মুংনাংত্থনত্তা লৈবা পার্মেনেন্ট ক্রাইশিস অমনি হায়বগী ৱাখল লাকখি। অচুম-অরানগী সংসার অমদা থাজবা মাঙথিত্থনা মখোয়গী মিৎয়েং হেন্না আধ্যাত্মিক ওইরকই। মখোয়গী ৱাখলদা মুংনাংবা, খোয়শাওনবা, নাইতোমত্তাবা, পুন্সিগী অর্থ য়াওরক্তবা, গতি লৈরক্তবা, পুন্সিগী লৈত্তাকম থঙদবা, লালহৌবা, অসিনচিংবা অমম্বা ৱাখলশিং অসিনা আধুনিক সাহিত্যনা নৈনগদবা মরু ওইবা সমস্যা ওইরকই। আধুনিক অইবশিংদা ঐখোয়গী যুগ অসিগী থৌদোক থরদি মমাংদৈঙদা অমুক্তম্মু থোকখিত্রিবা অম্রাবা থৌদোক্নি হায়বা ৱাখল কাওরকই; মখোয়গী মুংকাও মচিল থোবা হেন্জিল্লকই, ইতিহাসগী থোঙচত্তা নাম্বোকপা য়াত্রবা লম্মাংনবগী চৈথেং কাওরকই। মখোয়গী ৱাখলদা ত্রেদিশনগা অয়েম্না লৈত্রবা হৌজিকী ফিভমগগী মরক্তা অকিবা কংনা শম্নদবা অহোবা অমা কাওরকই। মীওইবগী হৌনশা হোংলে হায়না থম্নরকই। ফিভম অসিবু জর্মন উপন্যাসকার হরমেন হেসনা অমুম্না তাকই: "মীওইবশিং য়াম্না খেন্নববা যুগ অনীগী মরক্তা কাজিম্দুনা লৈরে,

মতমগী কলনা মীওইবগী মশানা মশাবু খঙজবগী শক্তি পুম্নমক মাঙখ্রে; চৎনবী, থাজনবা অমসুং পুন্সিগী ভংতাবা পুম্নমক মাঙখ্রে।" অহোংবগী চৈরক অসিদা মীওইবগী পুন্সি অরেপ্পা অমা ওইখ্রে; অরেপ্পা মওং হায়ববু মীওইবশিংনা হুমথিরবা মতম অমদা লৈরি হায়বসিনি। মী-ওইবগী মরাইবক নাম্বোকপা য়াদবমথৈ লুশিল্লক্লে হায়বসিনা নোংচুপকী হৌরম ওইরক্লে। মীওইবনা মশাবু মীচেল্ল অমা ওইনা লৌজরক্তুনা নাই-তোম তাবগী য়াথল হেনগৎলকখি। অসিগুম্বা চৈথেং কংহুনা মোদ-নিষ্টশিংগী সাহিত্য সবজেক্তিব ওইবা হেনগৎলকখি। নাইতোম তাবগী য়াথলনা মখোয়না মহুংগী খোঙচত্তা চঙশিল্লকুনা ইস্তাব্লিসমেন্টগী মারোল্ডা লাল হৌরকই। থায়নগী লেথোক্লবা সংস্কৃতি অমসুং নিয়মবু খুগাইহনা লৈতেং য়াওদ্রবা মমুংফাওনা উবা অথোইবা মহুংগী পাউদম অমা সাহিত্যদা পুখোরকই। স্তাইল অমসুং সেন্সিবিলিতিদা মতম চপ্পা লালহৌহুনতা লৈবা, সাহিত্যদা মতম চুপ্পা য়েম্লিং হন্দুনতা লৈবগী সুর অমা পুরক্লবা খুগাইবা অমসুং শাগৎপগী লোইনাইদ্রবা খোঙচৎ অমদা চঙশিল্লকই। অসিগুম্বা কলচর অসিদা পাউথুম পীবগী দরকার লৈতে, মরুওইরিবদি শুপ্পগী য়াহংতনি। মীওইবগী অরুবা সমস্যাবু নৈনবা থিজিনবনা হিংবগী স্তাইল অমা ওইরকই, কৈ, কজে হায়না লৌনরকই; চিংনবা হায়বদুনা শাকবা পুন্সিগী খুদম ওইরকই। মসিগী কলনা আ-ধুনিক সাহিত্যদা ওবজেক্তিভ ক্রথকী অচুম্বগী মহত্তা খম্মোয়শেংবা অমসুং মহুংগী অশেংবনা অথোইবা ওইনা লৌনরকই। মসিদগী মচেৎ মচেৎ তাবা, মপুংফাদবা, অয়াকপা, খোয়শাওনবা য়াহৈ-য়াত্তা সাহি-ত্যদা খোরকই। সাহিত্যগী পোথোক অয়াম্বা মহুংগী শরুংদা চঙবা খোঙচৎ ওইবনা অর্থ লৌবদা হেন্না লুশিল্লকই। মতমগী তঙাইফদ্রবা ফিভম্না কলাগী মওংসু লেপ্পী। মীওইবগী অরেপ্পা থঙদ্রবা পুন্সিবু ফোঙদোকপা হুম্নবা কলাগী চাংয়েং কয়া তৌরকুনা মখোয়গী মফোঙদোক অমসুং ইবগী স্তাইলদা মরো লৈবা হেনগৎলকই। মসিদগী দাদাইজম,

সুরিয়েলিজম, স্ত্রিম ওফ কন্সসনেস তেক্নিক অসিনচিংবা সাহিত্যগী মখোঙদোক কয়া থোরকই। হোংলক্লিবা মতমগী তেম্পরবু হায়গী খুৎ-ইনা খোঙদোকপদা মতীক চারক্তবনা সাহিত্যদা কলাগী অনৌবা চাং-য়েং কয়া পুথোরকই।

ভারতকী অইবা অয়াম্বদা মোদর্ন সেন্সিবিলিতি লাকখিবা অসি নোংপোক নোংচুপ অনীগী কলচরনা শংযরকপা অমসুং খেন্নাইনরকপ-দগীনি। খৃঃ কুম ১৮৫৭ দা সিপোই মিয়ুতিনিগী চহীমক্তদা কলিকতা, বোম্বে অমসুং মাদ্রাজদা বিশ্ববিদ্যালয়শিং লিংখিবদগী হৌনা ভারত্তা মোর্দন সেন্সিবিলিতি শেম্মক্তবগী মচাক লাকপা হৌখি। খায়নগী ভারতকী অশৈবশিংনা কলা হায়বসি তপ অমনি, সাধনা অমনি হায়না লৌনরম্মী। অদুবু নোংপোক নোংচুপকী সংস্কৃতি অনী অসি মূকখায়-নরকপদগী, পৃথিবীদা থোকখিবা অহোংবা কয়াগী প্রভাব ভারকপদগী ভারতকী লেখকশিং অয়াম্বনা খায়নগী ত্যাগকী মশক ওইরবা সাধানাদগী কলা অমসুং কলাকারগী মুক্তি খিবগী মিৎয়েং অমদা চঙশিল্লকখি। মখোয়দা খায়নবু খাদোকপা পামজদবা লায়বা চেৎশিন্না লৈখ্রবা পুক্নিং-মতা অমা লৈরম্মী। অমরোমদা মুক্তি থুগাইবগী অকনবা শক্তমগী চৈ-ফুমু মতমা মখোয়দা পুরকখি। মসিদগী সংযোগ তিন্নবা অমা লাকখি। য়াম্না চানবা প্রমাণদা ভারতকী আলোচক প্রভাকর মাচবেনা ফিভম অসিবু অসুম্না তাকই : "ভারতকী লেখকশিংনা সংযোগ অমা পাম্মী : প্রমাণ অমদা মখোয় ওমলেত্ত হৌদুনদি চানিংবা, অদুমদি ওইরগা য়েক্রুম অদু থুগাইবদি কিবা মীওইনি।" অসুম্না মতমগী অহোংবগী চৈথেংনা য়ৈবদা ভারতকী সাহিত্যদা মোদর্নিতিগী য়াথল থুংলখি। বিজ্ঞান্না চাওখৎলকপগী মতুংইন্না জাতিশিংগী সীমানা ওমথৈ মাঙখিবগা লোয়ননা ভারত্তা মোর্দন সেন্সিবিলিতি ময়াংকায়না লাকখি। মণিপুরদসু খেং-লবসু খেংনা অসিগুম্বা তম্পর অসি য়োরকখি।

পৃথিবীগী মরুওইবা থৌদোক কয়াগী প্রভাব অমসুং অহোংবা কয়াগী চৈথেং মণিপুরদসু য়ৌরকুনা মণিপুরী লেখকশিংগী অনৌবা সেম্জিবিজিন্তি শেমখি। মতাং অসিদা ঐখোয়না অনীসুবা লান্জাও মমাংগী মণিপুর অমসুং মতুংগী মণিপুর হায়না চাউয়াক্না খায়দোকপা য়াই। লান্জাও মমাংগী মণিপুর নিংথৌগী লৈবাকলোন মথাদা লৈবা লৈবাক ওইরম্মী। খৃঃ কুম ১৮৯১ দা বৃটীশনা লৈবাক অসিবু খুদুম চনখিবদগী নোংচুপলোমগী কলচয়গা ঐখোয়গা শমবা হৌখি। মসিগী মমাংদা লৈরম্বা মরুওইবা থৌদোকশিংদি নিংথৌ মচিন-মনাওশিং খৎন-চৈনবা, লৈবাক কাং-খোং চাইবা, বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অকনবা প্রভাব লাকপা, অসিনচিংবা পনবা য়াই। থৌদোকশিং অসিনা হায়গী চেৎনা থাজনা থমজয়বা ভেল্যুশিংবু থুগাইবগী য়াকম য়ায়া কয়া লাক্রি। খৃঃ কুম ১৮৯১ দগী ১৯৪২ কাওবগী চহী ৫০ মুক্তী মণিপুর নোংচুপকা শমবা হেজিন্নরবসু থোঙজেল তপ্পী অমসুং অহোংবগী শহম য়ায়া তপ্না লাকখি। মতম অসিদা সাহিত্যগী অনৌবা ঈহৌ অমা কমল, চাউবা অমসুং অঙাংহলনা পুরকখি। অহানবা কবি অনীশিগী মিৎয়েংদা মীওইবগীদমক্তা থনবা, থম্মোয়দা কয়া কাওবগী মমি উবা ফংই। মসিমক মোদর্নিষ্টশিংগী এল্লায়ারনেস হায়বহুমক মপুংফানা ওইদবা য়াই। মীওই অনীসিমক ত্রেদিশনগী কবিনি। ভুংদা লাকদবা মোর্দন সেন্সিবিলিত্তিগী মমি থয়দি মখোয়গী শৈরেংশিংদা ভাদবা নত্তে। মতম অহুমী নিংথৌ লৈঙাকী, ধর্ম্মগী অমসুং সমাজগী থুরবা মিৎয়েংবু পেন্নকহনা কমলনা বিশ্বপ্রেম অমসুং স্বার্থত্যাগনা য়ুম্ফম ওইবা সমাজ অমবু ইথৌ লাংজখি : "শনরিক পরেং হুংশিবগী/হক্তোক্নুনা হুংশিবগী ওকশমদগী/য়েংবদা শিবিবা ওত্রবা/প্রেমিক কৌই হুপাদো অশেংবা।" ('বিশ্বপ্রেম')। মীচমগী স্বার্থনা মরুওইবা লিচিং ওইবা মিৎয়েং অমসু মহাক্না উৎলম্মী—"ইতিহাস নিংথৌরেল থুদিংগী/তাজনিংদে তাজনিংদে/মশক থীয়বী লাইরবী/মঙোল থোক্তবী লৌশিং থেন্নবী/মথক্কাই থাজবী নিংবা থুংদনা/শক্ক শোয়বগে

কনানা ?" ('নিজ্জ'নতা')। মহাক্না অসিগুম্বা মীওইবা জাতিবু সুংশিবা অমসুং বিশ্বাস্মাগী পুকচেল অসি অতৈ অশৈবশিংদমু থাইনদগী অহুম য়াওরক্লবনি হায়বদি য়াম্না মমুৎ তাদবা সমালোচনা ওইগনি। ময়মদি মহাক্না অসিগুম্বা মগুণশিং অসিদি, থাহনদগী থেম্বরবা, মীওইবা জাতিবু অনৌবা শকতম অমদা উবা য়াখলনি। মসিদগী হেক লৈথরকপা মওং-মদি মোদর্ন এলিয়েনেশন মহাইরে। মীচমগীদমক্তা অসিগুম্বা সুংনাংবা অমা পোক্লকপা অসিদি মোদর্ন সেন্সিবিলিটি থোরকপগী মখি তমলে হায়বা য়ারে। কমলগী কল্লবা কল্পনা শক্তিনা অচম্বা পোৎশিংবু অঙকপা কক্লরবা পোৎকুম উহল্লি অমসুং ঐথোয়বু তাম্লবা হৌগ্রবা মতম, মকম অমসুং আদর্শগী মুমকমদা শাগৎপা তুংগী লৈবাক অমদা, লেঙলি পাম্লিবা জগৎকী য়াংমদা লৈবা লমদম অমদা পুহনা চৎলি। শক্তি অসিনা পোৎ পুম্নমকপু চুমথাংগী মচুনা লৈতেংহল্লি। কমলনা মান্নবা থাক অমদা মুমকম ওইবা সমাজ অমবু ঈথৌলাংজবা অমসুং মতুগী মিৎয়েংদা হান্নগী থাজনরক্লিবা মীওইবগী কন্সেপ্টপু হোংদোকপা পামখি: "নক্সগা পুরকউ অসিগুম্বা গ্রাফর/মাগী মপাল নাইদবা ফোটো মসুংদা/নিংথৌ, প্রজা, চাকনিবা, ইনাকথুনবা/চপ মান্নগ্রে মতীক মগুণ।" ('চিরবিদায়')। মহাক্না কজববু পামজবগী মথক্তা, আদর্শগা ওইরিবগগী মরক্তা লৈরিবা চাউরবা অহোবা উবদা সুংনাংবা পোকই। মসি রোমান্টিক এগনি হায়রবত্রা নত্রগা আধুনিক অইবশিংগী সুংনাংবা হায়রবত্রা ? অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মসি পেগ্রবা কবি অমগী লাঙতক্লরবা সুংনাংবা থম্মোয়গী খোম্নাঙনি। মসিগুম্বা মীওইবগী অরা-নাহেবু মথৌ-শংবা খোজেল অসিগা লোয়ননা মহাক্না সুপরসেঞ্জুঅস ওইবা ইমেজরি অমসুং অচম্বা য়াহৈনা অনৌবা মফোংদোক শীজিন্নহনা সুংনাংবগী কবিতা অমা মণিপুরী সাহিত্যদা পুরকখি অমসুং অনৌবা মঙাল অমা পীহনা আধুনিক মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎপদা অচৌবা দান পীরম্মী।

মীওইবগী লাইবক্তৌদগী মথক্তা য়াবনা কবি চাউবগী কাব্যগী দর্শননি। থম্বাল উরগা মীওইবগী দশা নীংশিংলক্লুনা হায়রকই : "থম্বাল কোবী লমুংথি/ঐথোরম্থু নখোয়গুম্বনি/তাইবং ঈপাকথকসিদা কেন্নবা শাং-পনি।" অমুকম্থু—"তাইবং মীবু উরগা/ঘুরাম্না জগোই শাবহু নীংশিংজি।" কবি চাউবগী অসিগুম্বা অন্নাবগী দুখ অসি মোদনিত্তিগী মেত্তাফিজিকেল এংগুইস হায়বহুন্না ? চাউবগী অন্নাবা দুখগী হৌকমদি মহাক্না পামজবা ফজবা হায়বা পোৎশক অমম্মুং ফজবনা কুইনা হিংদবা হায়বা য়াথল অনীগী মখথায়নরকপদগী থোরকই। কবি চাউবদা অসিগুম্বা অন্নাবা, দুখনাংবা, পোথাফম থঙদবগী তনিকপা থম্মোয় অসি য়াম্না কনশিন্না লৈ। অমরোমদা চাউবা অমম্মুং কমলগী তেংথানাউওইবগী দুখদি পামজবা অমম্মুং মহুবু ফংবদি ওইথোক্তবা অনীগী য়েথায়নবদগী থোরকপনি হায়বা য়াই। কবি অঙাংহলগী লৈশক্তা—মীচমগী পুন্সিগীদমক্তা মশাগী থম্মোয়না লৃপচবা য়াওদবদি নত্তে : "থোইয়ুমগী নোংদম থীরবা/চিঙুনা তুংওইনরবা/তাইবং মপোক্তা তোল্লবা/পোইরৈ তাবা হে লাইরবা/ফুদিং থপতুনা চাগনি। করিগী পুক্নিং হনগনি।" ('মমল')। মসিদা দুখনাংবগী সেন্সি-বিলিত্তি য়াওই হায়বদি সমালোচনাগী অন্নানবা ওইগনি। মীওইবগী দশাগী মমিশামিবা তথকপা ইহল অমত্তং কবিনা উৎলি হায়বত্তনি। অসিগুম্বা লাংতক্লবা পুক্নিংমত্তা ফোঙদোকপা অসিদি কুনগুবা শতাব্দীগী ওল্লিৈডগী মতমদা লৈরম্বা অইবশিংগী মহুংদা কমল অমম্মুং চাউবনা হেন্না মহুং ছজিনবা হেল্লি। কবিশিংসিনা থায়নগী চেৎনা থাজনরবা ভেল্যুগী কোয় মহুংদা লৈহনা মীওইবগী মুক্তি থিজরবত্তনি, ইত্তাব্লিস-মেন্টগী মায়োক্তা লানহৌবদি নত্তে। মখোয়না থুংইদা অমম্মুং লৈশক্তা থাংগীগী চৎনবীদগীম্থু লাপথোরকুনা থম্মোইগী অশেংবা পাউদম অমা মণিপুরী সাহিত্যদা তাহনবা হৌখি। কমলগী থুৎইবনা থাইদগী হেন্না অন্নাবা অমম্মুং থাংভমদবগী দুখনাংবা ফোওদোকই। মণিপুরী সাহিত্যদা

মোদনিত্তিগী শক্তোম্না খোঙদারক্লমদাইগী মিয়বা, মখোয় মথাক্কাওবা থঙজদবা খোঝাঙনি হায়নিংঙি। খৃঃ কুঃ ১৯১০ দা য়ুরোপতগি মীওইবগী হৌনশা হোংলে হায়না য়ানরকপা অমা লাকপ্রবনি। অহোংবা কয়াগী প্রভাবনা মণিপুরগী চাংলোন মাপল লান্না কাওদোকুনা লাকপদা খয়া য়ানা খোকখি। অনৌবা সেন্সিবিলিতি খোরুকপদা খোহহো থেঙখি।

কয়ল চাউবগী মতুংদা ওইরকপা মণিপুরদি পৃথিবীদা লাকখিবা চাইরবা খোদোক কয়াগী চৈথেং ফংলবা, অহোংবা কয়াগী প্রভাব তারবা, অনৌবা তেম্পরগী শহম কংলবা সমাজ অমা ওইরক্লে। মীওইবা সমাজগী য়ুক্ষমু মচেং মচেং তানা থুগাইখিবা পৃথিবীগী অনীশুবা লান্নাওগী শরুক অমা মণিপুরদা খোকখি। মণিপুরীশিংনা চাউরবা লাম্লাও অমগী তমখিরবা চৈথেং কংহুনা ময়ুম মকৈ থাদোকুনা পুন্সিগী মরু কুপ্তোকুনা ককহাওনবা গতি লৈত্রবা দশা থেংনখি। খায়নবী ভেল্যুজদগী মরাই চায়থরক্লবা মীওইবগী তমখিরবা শাজংকী চৈথেং কয়া থেংনখি। মথংদা ইকুই কুইদনা ভারত অনীথোক্লা থুগাইখিবা, নীংতম্বা অমসুং নীংতম্বগী মতুংদা ওইরকপা মীওইবশিংগী মগুণ মরায় চায়থরকপা, করপশন, শেঙ্গা-থুমজা পূরমক অসিগী চৈথেং কংখি। মণিপুরগী কমকৃনিতাই ওইত্রবা সামাজিক, রাজনৈতিক অমসুং শেল-থুমগী কিতম, কুইনা মরা তাত্রবা শাসনগী মওং. শাসনগী সমাজগা শমরক্তবা মওং পূমমক অসিগী চৈফুনা য়াম্না সেন্সিটিভ ওইবা কবিশিংগী ক্রিটিকেল এয়ায়ারনেস হেন্না থোরকই। হায়গী সমাজদা চোকখবা পোকুনা মখোয়দা চিংনবগী অমসুং সুংনাংবগী ইথিল কয়া কাওরকই, হায়গী ভেল্যুজদা থাজদবা পোক্লকই; খোয়শাওনবা, লানহৌবগী য়াথল কাওরকই। মখোয়না পামজত্রবা সমাজ মওংদগী মখোয়বু কিহল্লবা ওর্দর অমদগী নাইতোম তারকই। মখোয়না সুংগী খোঙচৎ অমদা খোঙশানবা পাম্মকই। অসিগুম্বা পুক্নিংমতা অসিদা মপান্নগী লাকপা, মরুওইনা নোংচুপতগী লাকপা

অহোংবগী শকম কয়ানা মখোয়দা ভস্তনা ঐয়রি। লাঙাও মতুংগী মণিপুরদা অনৌবা সভ্যতাগী শকম তোয়না অমস্তুং থুনা-য়াঙনা ফাওয়রে। শাফুশিং অসিগা মণিপুরীশিংগী থায়নগী পরমপরাবু খাদোকপা ঙমজ-দবগী চেংলবা থুংপায়গা চিংখাইনহুনা মোদর্ন সেন্সিবিলিটি থোয়রকখি। মণিপুরী কবিশিংনা হৌজিক্কী ফিভমবু হক্না পুক্নিংদা ফাংহুনা মথলমথা অয়াম্বা কলাগী মওংদা রেসপোন্স পীরকই। শৈরেংগী হীরম অমস্তুং শৈশক্কা অহোংবা কয়া লাক্রে—লাক্তবস্থু য়াদবনি, মরমদি যুগকী ভঙাই-কদবা ফিভমনা কলাগী মশক লেপ্পী। মখোয়গী কবিতা থোইমুদী লৈরাংগী নংলক্রে। মখোয়গী রাহংশিংগী, শুংনাংবগী, চিংনবগী কক্তাও-নবগী ইথিল ফোংদোকপা য়ানবা কলাগী মোডেল থিরকই।

সমরেন্দ্র অমস্তুং নীলকান্তনা চাউবা কমলগী মতম অমস্তুং নহারোল মোদর্নিস্তশিংগী লাংদাইনি। পৃথিবীগী অহোংবা কয়াগী শাফুগা ঐখোয়গী হায়গী ভেলুজগা চিংখাইনবগী প্রভাব মখোয় অনীগী শৈরেং অয়াম্বদা তাই। নীলকান্তনা কিম্বরক্লবা, মরায় চায়থরক্লবা সমাজগী মরক্তা অনৌবা মপুংফাবা ওর্দর অমবু ঈখোলাংজবা উংলি—"চংলসিনে কদাই-দনো ইবানি। খাবলগী ঈপাক মথক অসিদা হিহোনবনা য়োঁঙমত্রবা লমদমহুদা/কনানস্থু উত্রবা কনানস্থু খংদ্রবা কনানস্থু তাত্রবা/চত্ত মচংসি হংলকহু রাহংদো/করিগীনো অসিদি।" ('চংলসিনে কদাইদনো ইবানি') মঙোন্দস্থু পুন্সি অসি মোদর্নিস্তশিংগী মতৌগুম রাহংতা মডায়বা পাউথুম য়াওদ্রবা লোইবা নাইদ্রবা খোঙচং ওইরকই। "ঐহাক্কী সুর য়াওদ্রবা ঈশৈ ফোংদোকপা ঙমদ্রবা খোঙচং খাদোকপা ঙমদ্রবা/ধ্রুবতারাগী ছন্দ/পাউথুম মাঙখ্রবা তত্রবা রাহং লৈকংলাগী মিরবা তেংথারোল" ('চংলসিনে কদাইদনো ইবানি')। কবি অসিনা নীংতম্বা মতুংগী মণিপুরী সমাজদা স্পিরিচুয়েল ক্রাইসিস অমা উরকই—"কদোমদনো লখেলসিবু/চীনগা থংকা মামদবা/লমথুংকমগা লখেনগা শমদবা/কিদমদগী মীং

লুবা?" ('মণিপুর')। অচুম-চুমদ খঙত্রবা মোরেল ওর্দরবু চিংনবগী মিৎয়েংনা য়েংঙকই—"খোংঙো নোং চুরো ঝম ঝম/শিৎলো হুংশিৎ উঃ উঃ লাউনা/শীনথ্রেনে অভিয়া অমম্বা মৈথুনা/লৈখিদ্রে সংসার অচুম্বা মঙাল।" ('ৱারবা জগৎ')। মহাক্না হেন্না নাইত্তোম ভারক্কুনা পুন্সিগী অর্থ মাঙখিবগা লোয়ননা অহাঙবা ঙাক্তা উরকই—"অহুবু ওইরে পুন্সিসি অহাঙবা/অহাঙবগী অহাঙবা ঙাক্তা/মিৎতাংবা লোম্বোক্ত্রবা অনী লেপ-মিন্নবদোনা।" "হৌজিক্তি উরে অহাঙবা ঙাক্তা খাপ্পবনা কুপশিনখ্রে পুন্সি অসি/দ্বীপ কয়া কয়া থোকখ্রে তিন্নবা লৈত্রবগী/শক খঙনদবদগী খম্মোইগা খম্মোই তিন্নদবগী।" ('ঙসিগী বসন্ত অয়ুকসিদা')। কবিগী থুংনাংবা হেন্নকুনা হিংবা হায়বহুতনা অচুম্বনি খল্লকই—"অসিমদি শোইদ্রে—নঙ অমম্বুং ঐ/অহুগা পুন্সি/পুন্সিদি মায়া নস্তে লৌনম নস্তে/ পুন্সিদি অশেংবনি, অচুম্বনি।" ('ওইজগে ঐহাক্তি কবি') মহাক্না অহোংবা হায়বহুবু পাম্মকই, চন্সিক ওইবা কান্নদ্রবা ভেল্যুজবু থুগাইহুনা অমুক থুগাইবা অমুক শাগৎপগী থোঙচৎ পাম্মকই, মশাগী অমম্বুং কলাগী মুক্তি থিরকই—"কাওখোকউ খদংলু সমাজগী য়োংহ্লিং/অর্থ য়াওদবা পুন্সি পীদবা/থুগাইয়ু, শেগায়য়ু করিমত্তা কিগনু/অপৎপা তুক্কচবা পুম্নমক।" "অনৌবা স্মুরদা, অনৌবা জগোইদা/অনৌবা ৱারেংদা অনৌবা শৈরেংদা/ কংহল্লু ৱাখলগী মুক্তি/মুৎথৎখ্রো সাহিত্যগী অমনবা লম্বেল।" ('থিয়ু নহারোল থিয়ু')। পুন্না য়েংলবদা নীলকান্তগী মিৎয়েং মোদর্নিস্ত অমগী মিৎয়েংদা নকশিল্লকই। মহাক্কী কলা অমম্বুং স্মুর ইনৌ নৌবনি। মহাক্কী শৈরেংশিংদা খম্মোয়গী থুংনাংবা লাংতক্লবা, খায়নদগীম্বু তোপ-তোপ্পা কলা মঙং অমম্বুং নাপচিন্না শোম্বাংনবা অৱাবগী স্মুর অমা, খম্মোয়গী পাউদম অমা য়াওরি। মোদর্নিতিগী শকলোন কয়াদা নক-শিল্লকপা শৈশকনি। আধুনিক মণিপুরী কবিতাগী দৃশ্যদা তোপ-তোপ্পা মচ অমনি।

সমরেন্দ্রগী মোদর্ন সেন্সিবিলিতি মহাক্কী চিংনবা য়াহং কয়া, অনৌবা স্তাইল অমসুং মকোঙদোক্কী মরোলৈবা মওংমা (subtlety) শেংনা উৎলি। মহাক্কী কি ভিকেল ওইবা মিৎয়েং মরোলৈবা মফোঙদোক্লা কবি অমা ওইবগী ভেল্যু ওইরকই। মরায় চায়থরক্লিবা সমাজগী—মীওইবগী অশোনবা, চুমদবা, করামচাউবা, করপসন পুন্নমক করেমবা মফোঙদোক্তা হায়বনা অমা অর্থনা অমা থোকহন্দুনা তোপ-তোপ্পা কলা অমা মহাক্লা পুথোরকই। ইংরেজী আলোচক অমসুং কবি অমনা হায়খি—আধুনিক কবিতাদি মফোঙদোক্তা মরো লৈগদবনি। মণিপুরী কবিতাদা সমরেন্দ্রগী মম'ঙদা অসিগুম্বা মরো লৈবা স্তাইল অমসুং সেন্তায়ার থোকখিদ্রে। কবি অসিদা হৌজিক্কী ওইরিবা মীওইবগী অমসুং সমাজগী ফিভমবু হকচিন্না খঙজিনবগী থৌরবা পুক্লিংমতা লৈ। মহৃদগী মঙোন্দা থোয়শাওনবা হুংনাংবা পোক্রক্লুনা মশক থিজিন্নক্লবা সমাজদগী নাইতোম তানিংলকই। নাইতোম তারক্লিবমখৈ মহাক্কী ইনভোল্বমেন্ট হেনগৎলকই। কবিগী অসিগুম্বা থম্মোয়গী ফিভমদগী হান্নদগী থেন্নবা স্তাইল অমা থোরকই। নীলকান্তগীনা শোক্লবা থম্মোয়গী মুরনি; সমরেন্দ্রগীনা মচেক্লা য়ৈবনি, করেমবনি, খাজদবনি, অশাওববু আইরনিদা ফোঙদোকপনি। মহাক্কী মোদর্ন অমা ওইবগী মগুণদি অসিগুম্বা মরোলৈবা কলানসু উৎলি। চান্নরবা ইমেজরি অমসুং শক্তি লৈবা ওবজেক্তিভ কোরিলেটিভ থরতনা হৌজিক্কী সমাজ অমসুং মীওইবগী ফিভমবু তশেং তশেংনা ফোঙদোকপা ঙম্মী—"হুরানবা মচা অমথক/ হুরানবা তরুক্লা ফারকই/হুরানবা মচা অহৃ মথন্নায় থায়/হুরানবা কুন্থ্রাতরুক্লা নেৎলগা/হুরানবা নীফুনা শেৎপদা।" শাশন্নবনা থন্নবা সমাজদগী নাইতোম তারক্লুনা মচেৎনা ইঙ্গিৎনা লোৎনা শকপা শৈশক্লা মশাগী পেন্দবা অমসুং অন্নাবগী ইখিন্দ ফোঙদোরকই—"হে ভগবান! অসুপ ফক্লবরনে লৈবাক অসিবো/অসুপ ফক্লবরনে তম্পাক অসিবো' অসুপ নানবরনে খাইরম্বন্দ অসিবো/অসুপ লিংজেন মান্নবরনে

/সিবো/ওঃ লিংজেন মাম্নহৌরো মৈত্তে পুন্নমক ঙসিদং চহীচুপ্পা লিংজেন মাম্ননবা।" ('চীং কাসি ঙসিদি')। হৌজিক্কী অচুম—চুম্নদগী ওর্দরবু য়ানিংঙক্তবগী পুক্নিংমত্তা, ৱাহং হংনিংবগী, শীংনবগী ইথিলমু মহাক্কী শৈরেং অয়াম্বদা ফোঙদোকই। হৌজিক্কী মীওইবশিংনা অমগা অমগা শম্নরক্রে হায়বা ৱাখল কবিদা ফাওরকই—"যুম অমত্তদা লৈমিন্নে/মকম অমত্তদা – মতম অমত্তদা যুগ মরিগী মী—ঐখোয় মরি/ৱাখল মান্নদে পুক্নিং তিন্নদে/লম্বী তিন্নদে মায়কৈ মান্নদে।" ('ঐখোয়')। কবিগী মিৎয়েংদা মতমগী চৈথেং ফংলবা মীওইবশিংগী মকম পীকশল্লকই—"সহরগী লম্বীনা পাকথোক্লকপা খুদিংগী/গভর্নরগী গাড়ীনা চাউথোক্লকপা খুদিংগী/নোংমা নোংমগী পীকশিল্লকই ঐহাক্তি।" ('পীকশিল্লকই ঐহাক্তি') কবিগী অনৌবা মিৎয়েংনি, অনৌবা কলানি। অহূবু মিৎয়েং অসি অমম্বা মপৈপ্তবু উবনি, মঙালগী লমদমদি থাপনা লৈবগুম তৌরি।

সমরেন্দ্র নীলকান্ত নত্তবা মোদনিস্ত কবি অয়াম্বদি যুগকী ওল্লক্লিবা ফিভমগী চৈথেং হল্লা ফংলবা মীওইশিংনি। লাম্লাও মতুংগী মণিপুরদা হান্নগী ত্রেদিশন অমসুং মতমগী শাফুশিংনা পুরকপা অনৌবা তেম্পুরগা থেঙ্গাইনবদা থোরকপা সংস্কৃতিগী অচৌবা অহোংবা অমগী প্রভাব য়াম্না কম্না ভারবা নহারোল কবিশিংনি। য়াম্না থুনা কিম্বরক্লিবা সমাজ অমদা দশা অমগা লোয়ননা থোরকইবা মীওইশিং ওইবনা মখোয়গী এল্লায়ারনেশ য়াম্না থোই। মখোয়না হেন্না কনশিনবা মোদনিস্ত মুভমেণ্ট অমদা চঙশিল্লকই। সাহিত্যগী খোঙচৎ অমা থোরকপদা চেতনা অমা ইভৎ ভত্তনা দরকার ওই। মোরেল ওর্দর অমগী অর্থ য়াওরক্রুবা, ভংভাবা অরেপ্পা অমা থঙত্রবা, পান্দমকম অমা লৈরক্রুবা সমাজ অমদা লৈরুবনা মখোয়গী মিৎয়েংসু মচেৎ ভারবা, ৱাহংনা থল্লবা, য়াম্না ক্রিতিকেল ওইরবা দৃষ্টি ওইরকই। পুম্নি অসি মতম চুপ্পদা সুংনাংহুনত্তা লৈবা খোঙচৎ অমা ওইরকই। ভমথিরবা সমাজ অমবু পেন্দবদগী

হেন্না নাইতোম তারক্তুনা অশাউবা লালহৌবগী মওং উৎলকই। অদুবু মোদর্নিতিগী মফুংদা চেল্লিবা নাইতোম তাবগী অর্থদি পেন্দবা অশাউবা উৎপত্তনা ওইদে। মসিগী মফুংদা হেন্না ক্রিয়েটিভ ওইবা অর্থ য়াওরি মহুদি—মীওইবগী য়াইকনবগীদমক্তা হেন্না ইনভোল্বমেণ্ট লৈবা, হেন্না কমিটমেণ্ট লৈবা হায়বনি; মীওইবা জাতিগী দায়ীত্বগী ৱাথলনা লিচিং ওইদুনা অফবা থবক কয়া লৌখৎপগী অর্থ য়াওরি। মণিপুরী মোদর্নিস্ত কবি অয়াম্বগী এলিয়েনেশন্দি অকোনবা অর্থদগী অহানবগীনা হেন্না চানৈ। মসিমু মতম খরতগী ওইবা থৌদোক (তেম্পরেরি ফেনোমিনন) ওইবা য়াই। মিৎয়েংদা হেন্না মুল্লকপা, হেন্না পাকচাউরকপা, হেন্না ইন্তিগ্রেন ওইরকখিবা য়াই; মরমদি মখোয়গী সুংনাংবা, অশাউবা, লালহৌবা অমসুং চিংনবগী পুক্নিংমতা অসিগী মফুংদা মীওইবগী স্বার্থনা ময়ায়দা থম্মগা য়েংবা মিৎয়েং, মীওইবগী 'হেন্না কবা' অনৌবা সমাজ অমা পুরকপগী মিৎয়েং অমা য়াওরি। কলাগী মওংদা য়েংলগসু মখোয়না আধুনিক ওইবা মওংদা হৌজিক্কী পুন্সিগী মিহুনবু উৎননবা হোৎনরি। অনৌবা মফোংদোক্নি, অনৌবা স্তাইলনি। হৌজিক্কী ওইরিবা সমাজগী ফিভম ফোংদোক্নবা হোৎনবদা হায়গী কলা মওংনা য়ারক্তুনা অনৌবা কলা থিরকই; পৃথিবীগী অতৈ কবিশিংগী মফোংদোক অমসুং স্তাইলগী মোদেল থিরকই। কাংলুপ অসিগী মাঙজিন থাবদি শ্রীবীরেননি। মহাক্কী কবিতা অয়াম্বদা মোদর্নিস্ত সেন্সিবিলিতি অমসুং মফোংদোক পাকচাউনা উৎলকই। মহাক্কী "তোল্লবা শাহুগী ৱাথল" (১৯৭০ ইং) হায়বা শৈরেং লাইরিক্তা মহাক্কী কবি 'মমা ওইবগী দাইয়েলেক্তিক ক্রিদ অমা লাউখোরকই—শাগৎনবগীদমক থুগাইগদবনি, মুক্তি থুগাইবগা ক্রিয়েটিভিটিগা থানবা য়াদে। থুগাইবা অমসুং শাগৎপা হায়বা খোঙচৎ অদোমদা চঙশিল্লক্তুনা কলাগী অমসুং কলাকারগী মুক্তি থিরকই। মোদর্নিস্তশিংগী মুক্তিগী স্তাইল—"ইশানা, ইশাগী অমসুং ইশামক্কী মুক্তি

/গদবনি" (a salvation by, of, and for the self) হায়বা লোইবা নাইত্রবা মিৎয়েং অমত্থু য়োরকই। পুন্সিদা অচুম-অরানগী ৱাখল চেন্নরক্তবা উরগা মহাক্না থম্মোই শোক্না লাউরকই—"পুন্সি হায়বসি শাখিনা ভমখিরবা ক্যাগি অমনি", "পুন্সি হায়বসি খাজবা য়াদবনি" ('ভো'ম্নবা শাত্থুগী ৱাখল')। অসিগুম্বা অচুম-অরান লৈরক্তবগী ফিভম অসিদা মোরেল ওর্দরবু খাজরক্রে, ঈশ্বর শিগ্রে হায়বা ৱাখল ক্যাওরকই অমস্থুং মশাগী থরায়গী মনিংতম্বা খিরকই– "থরায়গী মনিংতম্বা/মীওইবগী মনিংতম্বা/মীওইবা মীওইবা/মসিতনি, মসিতনি, মসিতনি/ঈশ্বরদি ভাবনা শাবনি।" মহাক্না মীওইবগী মাহুপ্রবা আইদেন্তিতি অমস্থুং মকম খিরকই; মীচমগী, লৈথা ভারবশিংগী ফমফম অমত্তুং ফংননবগীদমক থরায় শোক্না লাউরকই—"ঐগী লৈকম অমত্তা পীবিয়ু/ঐগী লৈকম অমত্তা পীবিয়ু/লৈকম অমত্তা পীয়ু/তুং কোইনা লৈবা য়াবা/লৈকম অমত্তা"। ('ঐবু ইমিং অমত্তুং থোনবিয়ু')। "ঐগী দাবীদি/কর্ণস্থ হিংগদবনি/মাবু মনীং ভমহল্লু/মাবু মনীং ভমহল্লু।" ('দাবী')। স্থর অসিমক্তদা মীওইবা মীভোপ অমা ওইরে হায়বা ৱাখল পোক্লকই—"ঐগী ইমিং থোক্রি/ঐগী লৈকমস্থ লৈত্রি"। ইস্তাব্লিসমেন্টপু থুগাইত্থনা কবিনা অনৌবা সমাজ অমা শাগৎনিংঙি—"নঙনা করি অমুক পামলিবগে ?/হৌজিকপু ?/পৃথিবীসি লোইনা তুমলসন্থ/অত্থুগা শেম্নসি অমুক পুমনৌ নৌনা" ('দাবী')। মোদর্নিতিগী অয়োবী মওংদা কবিনা অমুক—অরেপ্পা অওইবা হায়বত্থুদি হৌজিক হৌজিক ওইরিবা মিকুপতা থেংনরিবা অত্থুতনি হায়বা মিৎয়েংদা নকশিল্লকই—"তশেংবা অওইবদি'মীওইবতনি, মীওইবতনি/হৌজিক্কী মিকুপ অসিতনা'অশেংবা অর্কক্লবনি/ঐ মীবু পূজা তৌজগে/ঐ ঈশ্বরবু পূজা তৌনিংদে।" ('ঐ লাইমিং লৌদে')। মীওইবশিংনা ফৎচিল্লক্তবা, সমাজনা মরায় চায়থরকপা উরগা অশাউবা, অৱাকপা, মমাংঙৈদা শীজিন্নখিত্রবা লোম্দাদা, পারিবা মীশিংদা থংহল্লি—"বেশ্যাইমচাগী/ওক মকোক পানবশিংদো/মমিং মমিংতমক ময়েংনৈ/

মমিংত্তমক ময়েংনৈ ” (অমম্বা মপৈ মপৈ’)। বীরেনগী শৈশক কলা অনৌবনি; থম্মোয়গী পাউদম ইকোক কোক্লা শেংনা ফোঙদোক্লবা হোৎনরকপনি।

মথংদা কবি অনী—ইবোপিশক অমসুং ইবোমচা পনবা য়াই। মখোয়গী শৈশক্তা হৌজিক্কী সমাজগী ফিভম অমসুং মীওইবগী অরাবা দশা নিংথিনা মশক তাকই। মখোয়গী সেন্সিবিলিতি থৌই, এব্রায়ার-নেশ কল্লি। নাইত্তোম তাবগী রাথলনা লাকশিল্লকপনা মখোয়না সব্জেক্তিভ ওইবা হেক্সিল্লকই, মুংগী শুরংদা চঙশিল্লকপা সেরিয়েলিজমগী স্টাইল লৌরকপনা মখোয়গী মফোঙদোক্তা, কলাদা লুবা হেক্সিল্লকই। ইবোপিশক্কী শৈরেংশিংদা মীওইবগী আশা য়াওরক্তবগী শক্লোন অমা অরাবা সুরদা শাফ্ য়াওবা ইমেজরিদা ফোঙদোকই। মীচমগী আই-দেন্তিতি থিরকপদা মুংদা চঙতুনা “ঐ কনানে/ঐ কদায়দা লৈরি?” হায়না লোইবা নাইদ্রবা রাহং হংলকই অমসুং মুংনাংবনা মপুংওইবা পুন্সি খোঙচৎ অমা য়াল্লকই। হান্নগী চেংনা থম্লবা ভেল্যুজবু থাজরক্ততুনা লাউরকই—“গোবিন্দদি উকংনা শাবনি”, “অচুম্বা হায়বসি চেগী লৈনি” অমসুং মোদর্নিস্তশিংগী হৌজিক হৌজিক্কী মিকুপনা রিয়েলিতিনা হায়বা মিৎয়েংলোমদা নকশিল্লকই—“যুগ কয়াগী লেপত্রবা রাহংগী পাউথুম/অসিনি/নেশা পাল্লুবা মীৎকুপ্তো পুন্সিনি।” অরেপ্পা হায়বহু অমত্তা লৈরক্রবা, মরা চেত্রবা পুন্সি অমগী চৈনা কবি অসিনা খাংঙি—“ফেৎ ফেৎ হাইবা/হীরম খুদিং অমত্তসু থক মরা তাশিন্দবা/অছুদি করিদি খেন্নৈ/লৈমায়সিদা পক্লিবা উফুল মরীক ময়ামসিগা/ত্তিন্নদবা ময়ামসিগা?” (‘খোঙচৎ’)। অমুকস্সু মীওইবগী হৌজিক্কী দশাবু অরাবা সুরদা ফোঙদোরকই—“সমুদ্র তরেৎকী জ্ঞান খোমজিল্লগা/থরায় পানবা পুম্নমকী/নশানা নিংথৌ শেমজবা/হে মীওইবা/হৌজিক্তি কমদৌরে থৌরী য়ান্দুনা শিজরেদো।” (‘অনৌবা থুংলবা জীব’)। মুংগী লম্বী য়াল্লক্তুনা

মহাক্না উৱকই—মীওইবগী পুন্সি মরু মরা ফুক্লবনি, পল্লেপফম খণ্ডদ্রবনি, তংভাব অমবু থিরক্লিবা 'অপায়বা থরায়'নি

নহা ওইরিবা কবি ইবোমচানা মোদর্নিষ্ট কলচরগী মিংয়েংদা পুন্সি অসি ৱাহং হংবগী, পাউখুম ডাইদবগী লোইবা নাইদ্রবা খোঙচৎ অমনি হায়না থাজরকই—"ৱাহং কয়/পাউখুম ফংদ্রবা ৱাহং কয়/ৱাকৎ কয়া/তাবিনবা লৈত্রবা ৱাকৎ কয়া অসিগুম্বা ৱাহং কয় ৱাকৎ কয়ানা/ওইরে ঐখোয়গী পুন্সি।" (জগোই জগোই')। পুন্সিগী অর্থ হিংবগী পান্দম লৈতদ্রবা লম্বাংনবগী, হুংনাবগী মিরবা স্তুর অম মহাক্না শৈরেংশিংদগী থোরকই, মঙগ তাইবগা খেন্নবা উৱক্তে; হুংগী স্তুরুংদা চঙডুনা মঙলৈপাক অমদা খোঙশান্নিংঙকই, মঙ মঙবনা স্বপ্নগী অহৌবনি হায়না খল্লকই—"তুমলসি মথপ মঙ মঙলসি/পুন্সি হায়ববু মঙনি।" "হিংবা হায়বগা শিবা হায়বগা করিদা খেন্নরিবগেদো পুন্সি গঞ্জা থকউ কানি চাও।" ('অরোয়বা ৱা')। হৌজিক্কী মীওইবগী পুন্সি কায়রবা মূর্তিগুম উৱকই "মচেৎ মচেৎ তোইরিব মিংশেলসিদা/তারিবা মমিসি কনাগীনো/মসিবু ঐৱা"। ('কায়রবা মিংশেলদা তারিবা ইমিগী মমি') কবি অসিনা পুন্সিগী অনৌবা সমাজ অমা থিববু ঙম্মরোইদবা লোইবা নাইদবা খোঙচৎ অমনি হায়না লৌরকই—"নোংখোংপরেং" থিবগুম্বনি খল্লকই—"কদাই নো পোং পরেংদি নোংমাইজিংগী ৱাংমদা অতুদগীদি অসুম চৎপা অসুম চৎপা/নোংখোংপরেং য়ৌনবা।" (মখোয়গী য়ুগ')। মহাক্না 'মিং ইয়ারস এতিংস' হায়বা শৈরেংদা সমরেন্দ্রগী করেম্নবা মগুদা মীওইবদা মপান্থোক্লদি অনৌবা চহীগী য়াইফ পাউজেলগী মঙ ওইবা থম্মোয়দদি খোয়শাঙনবা পাউ থারি—হৱাওবসি নুংঙাইবসি চরা হেল্লোই চেঙ লৈত্রবসু/ঐখোয়গী সরকারগী মন্ত্রীশিংনা মবুক কংনা চাশিন্নগা ৱাখল থনবারি ঐখোয়গীদমক।" ইবোপিশক, ইবোমচা অমসুং রনজিৎকী 'শীংনবা' মিংথোলগী মখাদা ফোঙবা শৈরেংশিংদা মখোয়গী খোয়শাঙনবা, নুংনাংবা হেনগংলক্তুনা শীংনবগী অয়াকপা খোঞ্জেল

শীজিন্নরকই ; অশেংবা থম্মোয়গী পাউদমখোল ফোঙদোক্তুনা হৌজিক্কী সমাজগী তৌশিন্নববু করেম্নতুনা হঙ্গোই হায়না লৌনরবা রাহৈনা চৈরকই। রাহৈশিং অসি শীজিন্নরকপগী মরমদি কবিশিংগী ইনভায়রনমেন্ট অমসুং সমাজগী শাফূননি হায়না লৌববসু যসিনা অরাংবা কলা অমা শাগৎপদা কয়া যাম্না মতেং পীবগে হায়বাসিদি চিংনিঙাইহি।

আর, কে. মধুবীরনা উরিবসু শিন্থরক্র। সমাডনি কাম্বরবা মূর্তিনি। মহাক্কী শৈরেং থরদা কবি টি, এস, ইলিয়টকী মমি ভাই মহাক্কী ইমেজরি অমসুং রাহৈশিংনা 'a heap of broken images', the thousand sordid images', the hollow man' হায়বা ইলিয়টকী অর্থ য়াওবা রাহৈশিংবু নীংশিংহল্লি। মধুবীরনা হৌজিক্কী মবায় চায়থরক্লবা মীওইববু চৈরকই—"চকগী মী/মথাসু চনা শাবা/মকোকসু চরুঙাক্তা ঙায়বা/পীজরগা চাবা পীজদ্রবসু কৈসু হায়দবা/মফি-মরোল থর শেংচিল্লগা/লমজাওদা হেক্তা চংলৈ/কৈথেলদা হেক্তা ভিল্লে।" ('চকগী মী')। হৌজিক্কী পুন্সিনা অর্থ য়াওশিল্লক্তুবদা নোস্তেলজিক ওইরক্তুনা অনৌবা সমাজ অমবু ঈথৌলাংজরকই—"খোঙশাল্লসি ঐখোয়নি সিদগী/কদোমদনো অমদা হেক্তা/কদাইদনো হেক্তা।" ('মৈশা ফংলবী মৈরানবা')। মোদর্নিস্ত সেন্সিবিলিতিগী মশক অমা নল্লগা অমদি য়াওরবা, মখোয়গী কলা মওংদসু হান্নগী ত্রেদিশন্দগী খেন্নরবা কবি লহারোল কয়ামসু লৈরি। মখোয়সু কল্লবা এরায়ারনেশকা লোয়ননা মতমগী ফিদমবু মথল-মথা অয়াম্বা কলা মফোঙদোক্লা অমসুং শ্রাইলদা মখোয়গী শৈরেংশিংদা উৎননবা হোৎনরক্লি।

ঐখোয়গী মীরোলগী মোদর্নিস্ত কবিশিংগী অপুনবা পূক্লিংগী ফিভমদি থাজবগী নত্তে, নীংবকায়বগীনি; ঈচং থৌবগী নত্তে, শীংনবগীনি. থম্মোয়গী কল্লবা লৌচিং নত্তে, লাইনা চেল্লবা পূক্লিংমতানি। নাইতোম তারকপগী, হিংবগী অর্থ য়াওরক্তবগী, আশা লৈবক্তবগী, নুংনাংবগী.

লালহৌনিংবগী, অশাউবগী খোঙচৎনি। 'অমম্বা মপৈ মপৈ', 'কায়রবা মুর্ত্তি'গী দৃশ্যনি. মঙালগী শক্তম, মপূংফাবগী শক্তমদি লোৎখ্রে। মখোয়গী কবিতাদা স্লোগান, ষ্টেটমেন্ট, ক্লিসে (cliche) য়ান্না থেংনৈ। থম্মোয়গী ঈথল পংথম থম্বতনা অফবা কবিত ওইদে। কবিতাগী অৱাংবা থাক য়োননবা থম্মোয়গী ঈথল পুম্নমক মৈ ইকথোক্লুনা হেন্না মরীকচুম্বা, বিশ্বগী য়াওবা য়ুনিভর্সেলিটি যাওবা মগুণ অমদা ওন্থোকপগী (trans-mutation) দরকার ওই। মখোয়গী মিৎয়েংনা অকাই-অতোই, অমম্বা পুম্নমক অসিদগী নান্থোক্লুনা অচৌবা অপাকপা মিৎয়েং অমদা য়েংবা ওম্বগী দরকার ওই। অমরোমদা মতমগী চৈথেংনা ফুবদা মশক খঙদবমখৈ ওন্থোরক্লবা হান্নগী ভেল্যু মাঙখ্রবা, অৱেপ্পা খঙদ্রবা, চোকথরবা সমাজ অমগী পুন্সিগী ফিহুলদি মোদর্নিস্ত কবিশিং অসিনা শাফু য়াওনা ফোঙদোক্লবা হোৎনরি হায়বদা অৱানবা ওইরোই। তৌবতবু চঙখোনবা কলা অমা পুরক্লবা মখোয়না য়াম্না হেন্না থম্মোয়দা ফাওবগী, হেন্না হকচিন্না ইনভোল্ব তৌবগী দরকার ওই। অনৌবা কলা পুথোক্লবা হোৎনবদা মপূংফানা মমুন ফাবদগীদি চাংয়েংনা হেন্দুনা চৎপগুম উরি। অদুবু মখোয়গী স্বরগী পোমশাৎনবা লৈরাংশিংনা মপূংফানা শাৎকাই-রকখিগনি হায়বসি ঐখোয়গী চেৎনা থাজবনি।

